তমষন

# শম্বল (অনীশুবা)

অইবা ঃ

ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ




**শম্বল (অনীশুবা)**
**(মণিপুরী উপন্যাস)**

| | | |
|---|---|---|
| অইবা | ঃ | ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ<br>শীংজমৈ চীংঙা মখোঙ চোংথাম লৈকায়,<br>ইম্ফাল মণিপুর,<br>টেলিফোন ২৪৪৪৬১১/৯২০৬১৬৬৩৩১ |
| ফোঙজবী | ঃ | ময়াংলম্বম ওংবী রাজকুমারি থোইবীস্না দেবী |
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | ২৬/৬/২০১১ ইং |
| কোপি রাইট | ঃ | অইবা |
| কোপি মশীং | ঃ | ১১০০ (লীশীং অমা চাম্মা) |
| মখুম য়েকপা | ঃ | আর কে থম্বালস্না সিংহ |
| মমল | ঃ | লুপা ১৩০/- |
| লাইবিক ফংফম | ঃ | অইবগী য়ুম, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল অমসুং<br>রাজেস বুক স্টোর, গভনর মনীং, ইম্ফাল। |
| প্রুফ রিডর | ঃ | অইবা |

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।।

ঐগী শম্বল (অনীশুবা)

কনা লৈজদ্রবা অঙাংশিংগীদমক

কথোকচবি।

# ঐঙোন্দা ফাওরকপা

"শম্বল" অহানবা শরুক্তা অইবনা রোমেন অমদি বৃন্দাগী মরক্তা অচেৎপা শম্বল অমখক খারি। য়াম্না নক্লনা লাপথোক্লরি। থম্মোইদি নকশিন্নরবসু হকচাংদি লাপথোক্লহল্লি। খারিবা শম্বলসি পুক্লীংগীনি। পুক্লীংবু লাকশিনবা, ইন্দ্রিয়বু খুদুম চনবগী শম্বলনি।

অনীশুবা শরুক্তসু শম্বল অসি অদুম চেৎনা খারি। শম্বলসিদা ঙাইহাক্কী ওইনা য়েৎলরি নলিনী অমদি রিকিনা উরী ওইনা। অদুবু অনীমক খুইজিল্লকখি অমসুং কংশিনখি।

ফিদমদা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎপনি 'শম্বল' গী ৱারী-মপুংসি। অইবা মশামক ফিদম্বু য়াম্না ইকাইখুম্নজবা অমসুং পামজবা মীশক অমনি। অদুনবু রোমেনগী কেরেক্তরসি শেম্লুবনি। শরুক অনীমক পারবা মতুংদা রোমেনগী চপচাবা মশক থেংনগনি। অপাবশিংদা পানা-পানা শম্বলবু পুল্লিবা পরৈসি কোমহল্লক্লীংবা ফাওরকপা য়াই। করিগুম্বা  মতাংদা শম্বল অসিমক শীদোকহন্নীংবা ফাওরক্কনি। বৃন্দাগী মীচঙদা লেপ্পীংলক্কনি। মতাংসিদা অইবগী পুক্লীং অমসুং পুকচেন্দা ৱারৌবা অপাবা খরসু য়াওরকপা য়াই।

রোমেন অইবগী খুৎশেম্নি। করিগুম্বা রোমেন অসি লূ-তোংনা শাবা, ঊনশানা কুপ্পা, থম্মোই পানবা, মনীং তমজবা পুক্লীংগী তথক-তথকপদু য়াওজবা অশেংবা পুন্সিদা হিংবা মীশক অমা ওইরম্লগদি শম্বলসি মপুন্সিগী ওইনা ফিবমদুদা খাবা ঙম্লগদ্রা হায়বসি তঙাইফদনা হংদবা য়াদবা ৱাহং অমা ওইরকই। ৱাহং অসিমক উপন্যাসসিগী শরুক অনীমকসিদা অইবনা শাগৎলিবা সিচুয়েশন, নাকয়েৎকী ফিবম অমদি থৌদোক-ৱাথোক্লা হংহল্লকপনি। তৌবগীবুদি অরোইবগী মতাংসিদা শম্বলগী পুল্লিবা পরৈসি খরা খজিক কোম্লকপগুম তৌরম্লগা থোকপদি ঙমখিদে। অইবনা থৌওইনা থোকহন্নখিদে, ফিবম অমদি মতাংনা। অইবসি পামজবা ফিদম ঙাক্লবা হোৎনবদা থম্মোই কন্দবা য়াদবগী ফিবমদা লাকই। অদুবু থম্মোইগী অথুপ্পা কাচিন্দদি শোয়দনা নুংহিক্লরমগনি।

মযাংলম্বম কান্দেশকী বাবী শেম্বা হৈবা অমদি লীথোকপগী হৈ-শিংবদু 'শম্বল' (শকুক অনীমক) হাযবা উপন্যাস অসিদা নীংথিনা উবা ফংঙি। থৌদোক-পবীং শেম্বগী হৈ-শিংবা অমদি তাবদা নুংঙাইবা লোন্দা-পুদাগী ফজবনা অপাবশিংবু ৱারীগী অহৌবদগীনা লোইবা ফাওবা পুদুনা চৎপা ঙম্মি; অপাবশিংগী পুক্নীং চোইথোকহন্দে। মসিমক অইবসিগী হোৎনজবগী মায় পাকপদুনি।

ঐহাকপুসু 'শম্বল' না কোয়শিল্লিবা মফমসিদগী হেন্দোকহন্দবমখৈ ফাজিন্দুনা থম্লুরে। ঐঙোন্দা নুংঙাইব 'মা ফাওই।

হায়নীংবা-ফোঙদোক্নীংবা কযা লৈ। অদুবু হায়রবোই। অপাবশিংনা মশানা উপন্যাসসিগী ৱারী-মপূংদা চঙশিল্লগা খঙজবদুনা হেন্না নুংঙাইবগনি। অপাবশিংগী নুংঙাইবদা মাঙজৌননা লম্বী থৎনীংদ্রে।

ঐগী ওইনদি অইববু হাযনীংঙাই লৈতনা থাগৎলি।

তাং ১৯/৬/২০১১

নোংমাইজিং

**আই এস কাঙজম**

প্রোফেসর, মণিপুর ইউনিভর্সিতি কানচিপুর

# ৱারোল খরদং

শ্রী ময়াংলম্বম কান্দেশকী 'শম্বল (অনীশুবা শরুক)' ডি.টি.পি লোইরবা তুংদা পাজরে। খ্বাইদগী হৈথোই শিংথোইদ্রবা ঐঙোন্দা থাজবা থম্বীদুনা পাহনবীবগীদমক্তা থাগৎচরি। অদুবু লাইরিক অসিগী মরমদা খরদং-ইবগী মতাংদদি ঐঙোন্দা অৱাবা অমা ওইজে। ঐহাক্তি করিগুম্বদসু লাইরিক অমগী মরমদা নৈনদুনা ইজবসু তৌজখিদ্রি, ইতীক-ইপা চাদেসু খঞ্জে। অদুবু ঐনা খরদং ওইরবসু ইদ্রগদি অইবনা ঐঙোন্দা থম্বীরিবা থাজবসি মাঙখিদৌরিবনিদো। অদুনা তঙাইফদনা ইজরিবসি য়াম্না চম্বা অপাবা মীশক অমগী মপাউনি খনবিগনি।

শ্রী কান্দেশ নোভেল ইবদা খুৎলোয়রবা, মমিংসু লৈরবা অইবনি। মহাক্কী অহানবা অমদি অনীশুবা শম্বল পারুবদা উবা অইবসিগী প্লোট শেম্বা য়াম্না হৈবগী খূদম ফংজে। সব-প্লোট মচা মচাগী মতেংনা নোভেলগী চবিত্রশিংবু অমগা অমগা লাপথোক্লহন্দনা, মবী অমত্তা তৎহন্দনা পুথরকপা ঙম্বা অসিমক অইবগী অফবা গুণনি হাযজনীংঙি। ৱারী চৎথরকপদা, থৌদোক-বাথোকশিং থারকপদা, চরিত্রশিংগী লমচৎ-শাজৎ উৎথোকপদা, প্রকৃতিগী ফজবা থাদুনা য়েকলকপদা, ফোঙদোকপা ৱাহৈ বাতাশিংদা যাম্না ফজ-ফজববা পরেংশিং য়াওবা থেংনৈ। ৱাহৈশিংবু মতাং চানা, মতীংথোক্লা শীজিন্নবা হাযবসিমক অইবা অমগীদি খ্বাইদগী চাউববা গুণনি, ইনাকখুনবগী অমত্তা বাত্তবা পূক্কেংঙম্বনি। মসি শ্রী কান্দেশকী নোভেলশিংদসু উবা ফংঙি।

নিপাশিংনা মৈতৈ নুপীনা শেৎনবা ফিগী মতাংদা অপাবশিংদ হংজৈ "কবম্বা মৈতৈ নিপানা মমাগী নত্তবা, নুপী অতৈনা শেৎনরুবা ফনেকপু হঙ্গোয়দবা য়াওবগে?" (লামায় পরেং ২৬) নেসনেল হাইৱে ৩৯ গী অৱাবশিং কাউথোক্তে, নুংঙাইতবদু ফোংদোকচৈ "খঙহৌদনা চোরফোন মচুগী ফি শেৎপা, নোংমৈ পায়বা ... কাখৎলক্লগা ... পৈশা, ঘড়ী, সনা খূদোপ, লীক-লৈ লোইনা মুল্লি।" (লমায় ৮ পরেং ২১-২৫)

শম্বলগী মপুঙ ওইবা নিপাগী চরিত্র (লমচৎ-শাজৎ) তাকপদা মিনুংশিগী শরুকসু য়াওহল্লি ... "রোমেন নুপীদুগী অৱাবদু উবদা নুংঙাইতদুনা মাগী ইয়ারবেগতা হাপখিবা লুপা লীশীং অহুমদু লৌথোক্লগা লুপা লীশীং অমা নুপীদুদা পীরে।" (লামায় ৯-পরেং ১১-১২)

মণিপুরগী হৌজিক্কী তং-তাদ্রবা হিংবগী মওংসিগী মতাংসু কাউথোক্তে —
"মতম অমদা ফিজৌ শেৎপী মযাম পুল্লপ পুল্লপ ধাডনা ফমহৌবদো, ঙসিসু ফন্নল্লি।
(লামায ২০ পরেং ৪-৫)

অইবনা ইবৈবাক্কী থৌদোকশিংবু কাউবা ঙমজদবগী খুদম ওইনা, মণিপুরগী মপান্দা লৈখ্রবশিংদা নাৎকী ওইবা কুম্মৈ ফিযোং যাওবা ফংলক্তবগী নুঙাইতবদুসু অসুন্না ফোঙদোক্লি — চৈবাউবা, কাং, ঝুলন, কৃষ্ণ জন্ম, থৌবাগী জন্ম, চীঙ্গোয বাক্সীনচিংবা কযাগী নুঙাইবা মহাওদুদি ফংবা নত্তেদা।" (লামায ১০ পরেং ১০-১২)। বাখল ফাথবা ঙম্বগী মওং তাক্লকপদা —' পুক্লীংদনা মশক উনিংবনা লাংতক্লবি। অদুগা বাখলগী ঈথক্লা থজিল যৌনা থুমখ্রবসু মাযথোং অমদি চীনবান্দদি অবোনবা তাৎকী শকলোন অমা উৎনবা হোৎনবি।" (লামায ১০,১১ পরেং ১ ২)। লৈশাবী মচাশিংগী পুক্লীংগী মওং-মতৌ ফোঙদোকপগী মতাংদা —"মতমদুদা ঐগী পুক্লীংসে লেতাফম খঙদবা, ঈবাঙ লাঙবা ফাওবকখি। ফি ফজবা শেৎনীংঙি, কেবা খোৎপা পাম্মকখি অদুগা লৈ ফজবা অমত্তং শাৎপা উবদা পৎ হেক থৎলগা চিন্নীংবা বাখল তোযনা ফাওবকখি।" (লামায, পরেং ২৩-২৬) থেংনৈ।

অইবনা মশাগী এক্সপবিযেন্সপুসু লেন্না খক মাঙহনদে। মদুদি সি এম সি হোসপিতাল (Vellore)) গী ফজবশিং মবীক চুন্না শীঙথাবসি তবাতরেৎশুবা মতাঙদগী উবা ফংঙি। ঐহাক ইশামকসু মফমসিগী এক্সপবিযেন্স খবা লৈবনা মতাং অসি যৌবকপদা ঐগী থম্মোযবুসু অবা-নুংঙাই কযাগী চৈথেং পীবকপা যাওদবা নত্তে।

লোইশিঞ্জবকপদা, বাফম অনীখক পঞ্জনীংঙি। শম্বল (৩ শুবা) গী বাবী মখা শোযদনা চৎথবকখিনি খল্লি। মবমদি নোভেলসিগী মপুং ওইবিবা বোমেনবু বৃন্দাগী মনাক্তগী যান্না নুংঙাইতনা তানবিখিবসি শোযদনা অমুক হল্লকফম থোকই খঙ্গে। লমশাং পুলিস (ও সি) গী অশোযবা মথৌদু চুমথোক্লখিনি। মবমদি —"দি এস পি ফজতোন্না হোমদা ফত্তবা থৌদোক থোক্লকপদা মঙোন্দসু পাউ পীবকউ, মতেং পাংবা ঙম্লবদি শোযদনা পাংগনি হাযদুনা বৃন্দাদা মাগী ফোন নম্বব পী" হাযনা অইবনা (লামায ৬০ পরেং ১০-১২) ফোঙদোকখ্রিবসি অনৌবা বাবীগী প্লোট শাগৎখিবগী খুদম্নি হাযনা থমজবি।

অবোইবদা নোভেল ইবদা মচীন তুমখৎলক্লিবা, মীযাম্না পাম্নবিবা অইবা শ্রী কান্দেশ ঈশ্ববগী থৌজাল ফংদুনা, সমাজবু সংস্কাব তৌবা ঙম্বা মীশক অমা ওইনা মতম কুইনা মীযামগী সেবা ফংবা ঙম্বা, থম্মোয শেংনা তাইবঙ মপুগী মফমদা নীজবি।

তাং ১৬/৬/২০১১ এস ভানুমতী দেবী

# অইবগী ৱারোল

ঐগী শম্বল অনীশুবা শকক অসি অহানবা শকক পাবীখ্রবা মীওই কযানা যাম্না তোযনা "নঙগী শম্বল অনীশুবা শকক কবম্বকান্দা ফোঙগদগে" হংবা তাকবদগী তঙাই ফদনা ' ইদবা যাদবদগী মখা ইথজবনি। ঙসিদি অনীশুবা শম্বল ফোঙননবা তাঞ্জাদু চহী তকক্কী মতুংদা ঙমজবে। অহানবা শকক্তা নুপী নুপা অনীগী নকবগা লাপ্নবা মবী অমনা অপাবশিংবু খোযদৌ যাম্না শাওনীংহনখি। কনাগুম্বনা ৱাবীসি ওইথোকপা যাবোইদবা ৱাবীনি হাযনা পাউ ওইনা তম্বীবকপা তাখিবা লৈবগসু ঐগী নাকোংদা অপাননা ফোঙদোবকখিবদি লৈতে। নোংমা বামোন লৈকাযদগী লৈশাবী অমা ঐগী যুমদা শম্বল অহানবা ভোল্যুমগী মতাংদা ঐবু উনজগে হাযবৈ। ঐনা লৈশাবীদুনা ঐগী শক উবগা নীংবা কাযগদবদু খল্লুবদা ঐ লৈতে হাযযু হাযনা ইমুংগী মীদা মাবু চৎহনখিনবা হাযবদা লৈশাবীদুনা শিখাঙ খাঙদুনা ঐগা উন্নবা তাখি। মানা ঐঙোন্দা হংখিবা বাহংদু "শম্বলদা যাওবিবা বোমেন অমদি বৃন্দা হৌজিক কবম-কবম লৈবিবগে ? মখোয অনী অমুক হন্না উনববোইদ্রা ?" ঐনা —"অনীশুবা শকক্তা মখোয অনী শোযদনা উনবকখিগনি বাকগনু" হাযবগা মাবু থেম্লগা চৎহনখি। নোংমা অমসু ঐবু মুন্না খঙবা হান্না কম্মিস্নাব ওইবম্বা ইযাম্বা অমনা — "ইনাওগী শম্বল পাকবদা ঐ যাম্না কপখ্রে, ঐনা যাম্না খঙনীঙবা অমগা লৈবে — মদুদি বৃন্দানা ইম্ফালদা চৎখিবা নুমিৎকী অহীংদা মানা হিপ্লম্বা ফমুংদা বোমেন তূমহৌই হাযবদু বৃন্দানা কবম্না খঙগনি ?" ঐনা —"মদু মথংগী অনীশুবা শম্বলদা বৃন্দাবু শোযদনা খঙহনগনি" হাযখি। মহাকসু ঐগী পাউখুম তাবগা "ফবে ফবে" হাযবল্লগা হনখি।

হন্দক্কী শম্বল অনীশুবা শককসিদা তোঙান তোঙানবা নুপী খবগী লমচৎ যাওবা থেংনবীগনি। পাবিবিবা খুদিংমক্লা ঐগী খুৎশেমগী বাবীসিগা মান্নবা থৌদোক কযাগী মতাং যাওবা থেংনবীববসু বাবৌবীবোই। মবমদি বাবীসি তশেংনা খুৎশেম্নি, থোকখিবা থৌদোক অমত্তা নত্তে। মান্নকবা তাববসু ঙাকপীযু।

হাযজনিংবা অমনা লাইবিক ফোঙবা নুমিৎকী থৌবমদা নুপী ঙাক্তনা দাইজদা ফম্বীবগা নুপীনা কন্দক তৌবীবগা নুপীনা লাইবিক্কী মবমদা বা ঙাংবীনবা শীঞ্জবি।

লাইরিক অসিগী মরমদা ৱামাঙ য়ানবগী ৱাহৈ মঙা-তরাদং ইবীনবা হায়জরুব্দা হরাও-হবাও য়াবীরকপা আই· এস: কাঙজম, প্রোফেসর, মণিপুর য়ুনিভর্সিটি অমদি ইচেম্মা এস: ভানুমতি দেবী, মণিপুরী সাহিত্যগী শৈরেংগী কাঙলুপ্তা মমিং লৈরবী ওজা অনীবু ঐহাক্না ঙমখৈ লৈতনা থাগৎপা ফোঙদোকচরি। মথংদা লময়ানবা প্রিন্টর্সকী মেনেজর শ্রীতাওরেম মঙ্গী সিংহবু লাইরিক অসি মতম চানা পুথোকপা ঙমহনবীবগীদমক থাগৎচরি। লাইরিক অসিবু কম্প্যুটরনা নম্বগী থৌদাং লৌবীরম্বা শ্রীককচিংতাবম জয়প্রকাশ শর্ম্মা, ক্ষেত্রিময়ুম ওমরজিৎ অমদি ক্ষেত্রিময়ুম বীরজিৎ সিংহ অহুম্বু থাগৎপা ফোঙদোকচরি। লোয়ননা মখোয়গী মতেং য়াওদনদি ফোঙদোকচরিবা লাইরিক অসিবু মশক থোক্লা অমদি মতম চানা পুথোকপদা য়াম্না অৱাবা ওইগদবা বাইন্দিং সেক্সনগী ইচিল-ইনাও খুদিংমকপুসু তৌবিমল খঙবা উৎচবগা লোয়ননা থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

অরোইবদা লাইরিক অসিগী মখুম য়েকপীরকপা ঐগী ইসেন ইবুংঙো আর. কে: থম্বালস্না সিংহবুসু ঐনা হন্ন-হন্না থাগৎপা ফোঙদোকচরি। বনান অমদি ৱাহৈদা অশোয়-অঙাম য়াওরবসু পুন্নমক্না শোয়দবা ঙমদবা মীওইবনি খনবীরগা ঙাকপীগনি।

তাং ৮-৬-২০১১ ইং,

ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ

# শম্বল

## (তরামাথোইশুবা)

চহী তরুক্কী মতুংদা বোমেন জেলদগী থাদোরক্লে। হেক থাদোরকপগা পঙ্কজনা ঙাইদুনা লৈবম্বা কারদা তোংলগা লাকপনা গীরিধারিগী থোঙ্গাল য়ৌরক্লে। থোঙ্গালদা ইন্দিরানা রোমেনবু মৈ ওক্লম্মী। রোমেন মন্দোমচাবু মখোঙ শোক্লা খুরুম্মী। খুরুম্বদা মীৎলুদগী পিরাং শীঙ্করকই। ইন্দিরাসু মপি তাবকপদু ফিজিদা তৈথোকই। থোঙ্গালদগী চঙমিন্নরক্লিবা ইন্দিরা অমদি রোমেন অনীমক মীৎলুদু ইচোৎ-চোৎলে। শুমাঙ য়ৌরকপগা বালানা হান্নদগী থৌরাং তৌদুনা লৈরবা চর্নামৃতদু বোমেনগী মশাদা খিক্তোকই। বালাসু মীৎলুদগী পিরাং থিংবা ঙমদে। অচেৎপা প্রেমগী মরীনি। মীৎনা কুপ্পদা রোমেন চহী তরুক্কী মমাঙদা বৃন্দাগা পুন্না লৈমিন্নরম্বা শঙ্গোযবোমদা খঙহৌদনা মীৎয়েং থল্লুই। অদুবু অহোংবা কয়ানা মিকুপ্তুদা থম্মোয় নুংঙোলহনবদি ঙমদ্রে। শঙ্গোয়দা খাবম্বা ফক, থোঙ লোইনা শীদোক্লম্লে। মখোয়না হান্না লৈরম্বগী খুদম অমফাওবা উবা ফংদ্রে। মাঙ্গোল কাবক্লগা মাবু খৌরাংনা ঙাইবিবা মমাইবেম্মা পাকপী অমদি গীবিধারি অনীবু মখোঙ শোক্লা খুরুম্মী। অহল অনীনসু রোমেন উবদা মখোয় অনীনা পোকপা মচা হল্লকপমুক নুংঙাই। ইপুদি বোমেন্না জেলদা লৈখিবা থা নিপাল ফাবকপা মতমদা লৈখিদ্রে। রোমেন যুমদা হল্লকপসিদা ইপুবুসু নীংশিংলকই। মরমদি মতম অমদা ইপুনা বৃন্দা অমদি রোমেনগীদমক যাম্না বাজখিবনি।

বালানা তাঞ্জা খঙনা ঈশিং লুম্লগা রোমেন্না ঈরুজনবা ঈশিং য়াওবা বালটিন্দু বাখলমদা থাংজিল্লি। রোমেনবু ঈকুজথোক্লবা তৌরসি হাযরগা রোমেনগী মনাক্তা চেহা দোক্লবা খুদৈ অমসু থম্মী। চহী খরগী মমাঙদা বৃন্দাগা বোমেনগা অহানবা য়ুমসিদা [illegible]শখিবা নুমিত্তা বালানা রোমেন্দা হোংদোক্লবা খুদৈ পীখিবা অমদি নুমিদাংদা ফমুং শেমখিবগী থৌদোক্তু ঙসি নৌহৌনা অমুক নীংশিংলকই। বালানা রোমেন্দা উৎখিবা ব্যবহারদু ঙসিসু করিমত্তা হোংদ্রি। রোমেনগী পূক্নিংদা কাউঙল্লরোইদবা থৌদোক পুরেং অমনা রাখলগী ঈরোলনুংদা অমুক লুপ অমুক ফাওগৎ তৌদুনা কনাগুম্বী অমগী শক্লোন্না মাগী থম্মোয়নুংদা তত্তনা ওৎপগুম তৌরক্লে। মতম অমদা রোমেন্না শীঙলগা শাবীখিন্না

বৃন্দাগী মখুৎনা বালাগী ঙকশমদা ঈঙেনগী কাং চিংবা নুমিত্তা শিবীখিবা সনাগী লীক মরীদো বালাগী ঙকশমদা ঙসিসু শিরি। রোমেন সনা মরীদু উবদা বৃন্দাগী ঙকশমদা অতোপ্পা অমগা শাবীরগা শিহনগে খল্লগা শিহনবদি ঙমখিদ্রবা সনা মরীগী মতাংদু নীংশিংলুবদা ৱাখলদা নুংশিবগী থাক অমগ'মুক কাখৎলকই। সনাগী ৱারী খজিক্তুং নীংশিংবা হৌরুবদা বৃন্দাগী সনা কায়বগী মতাংদুসু লোইনা নীংশিংলক্লে। জেলগী চেকপলনুংদা বৃন্দাগী বাখলনা পোৎথাফম ওইৱগা মশুংলাংগী অৱাফমদা তাবদা পেঞ্জখিবা রোমেন চহী তরুক্কী তুংসিদা ঙসিদি ধোরিদা য়েৎশিল্লুরবা পূল্সি তাংকক অমগী লংজা কয়া চিংল-চিংলগা হন্দোরকপগুম লোইনা মীত্তা শং-শং উরক্লে। ঈরুজবিঙেদা রোমেন্না খল্লি — "মতম হাযবসি অঙকপনিকো! অহোংবা কয়ানা বালাবুসু মপূং-মরৈ ফারবী, বী এ লোইববী ৈলশাবী হায়বদু ওইহল্লক্লে। অপোকপা মপা য়াওদনা ইন্দোমচানা মচা অনীসিগীদমক কযাদা ৱানা য়োকচরক্লবা! অমরোমদা খুরাইবুংঙোনা পোকমিন্নবা মনাও লৈখিদ্রবসু মনাও নুপানা হুন্দোক্লম্লবা মনাও নুপী অমদি মচা অনীবু মানা হেক পোকপা মচাদগী করিমত্তা তাদনা হোৎনবীরি। পূন্নমকসিগী মথক্তা করিসু থোক্লদবা ঐগীদমক্তসু উকিল নেক্তুনা, পৈশা চঙনা অমদি ৱাখল কয়া থাদদুনা জেলদগী থাদোক্লবা হোৎনবীখি। ঐ হৌজিক ঐগী লেমহৌরিবা পূন্সিসিনা মখোযগীদমক করিগুম্বা অফবা থবক খরদি তৌবা চুম্লোইদ্রা? ঐনা খুরাইবুংঙোবু অমুক্তং মপাল্লমদা পুৱগা লায়েংনীংই। মথংদা ইচন বালাবু মতিক চাবা মাবু লুনা তৌবীগদবা নুপা অমদা লুহোংবীবা পাম্মী। অদুগী তুংদা ইনাও বীমোলগী থবক অমা তৌহল্লগা লুহোংবীরবদি ঐনা ইমুংসিগী লমনদি তোল্লরোই। অদুগী মথংদা ঐ করি তৌবা তাই? পৈশা খরহেন্না তাল্লগা মীওইবগীদমক ঐগী ইরমদম মণিপুর অমদি ঐগী ইজাতিগীদমক অফবা থবক খরদি তৌরম্বা চুমই।" ৱাখল খন্ন-খন্না ঈরুজবা লোইরে।

নুমিদাংগী চাক চাবা মতমদা রোমেন্না ঙসাই খনখিবা ৱাফমদো ময়ামদা হৌদোরকই। ইমুংগী মী ময়ামসু মাগী ৱাদু মুন্না তায়। বালাগী মতাং পল্লকপদা বালাদি মতমদুদা মণিপুরদগী মাগা নোংমা কমক্ষ্যা মন্দিরদা উন্নখিবা, গুৱাহাটিগী ইঞ্জিনীয়ারিং কলেজদা সিভিল ইঞ্জিনীয়র তম্লম্বা য়াইস্কুলদগী জিতেশ্বরগী মশক উরকই। গীরিধারিনা হায়রকই — "পূন্নমক্তু ইপাগীসু অপাম্বনি। অদুবু খ্বাইদগী অহানবদা তৌগদবদি নহাক্কী মৌ অমা থিবনি। নুপী অমা য়াওদনা পূল্সিদা কনা অমত্তনা মহয় য়ানবা পূল্সি ওইবা ঙমখিদ্রি। ভগবান শ্রীরামচন্দ্র ফাওবা মবেম্মা সীতা য়াওদবদগী ককঙাওননা পূল্সি লোমখ্রিবদুনি। অদুনা রোমেন! ইচাগীসু মণিপুরদগী নৎত্রবসু ঐখোয়না খঙবা নঙগী তুংগী পূল্সিদা লোয়নবা নুংঙাইগদবা নন্দোমচাগা তাম্নরগা মৌ অমদি য়াম্না থুনা থিম্নবা তৌরসি! নঙ! ইপানা হায়রিবসি য়াদবা তৌগনু! নশা অঙাং নৎত্রবনি।"

রোমেন গীরিধারিগী অচুম্বা ৱাহৈশিংদুনা ৱা মখা তাবা ঙমখিদ্রে। অসুন্না নুমিত্তুমা হৌখ্রে।

মথংগী অয়ুক্কি। ইন্দিরানা অমুক্কা হন্না ঙরাং নুমিদাংগী গীরিধারিনা হায়খিবা ৱাফমদুগা মান্নবা ৱাফম অমমুক হৌদোরক্লে। ইন্দিরানা নোংমা মখোয়গীদা মমাগা লোয়ননা অহীং অমা লেক্লম্বা হোজায়দগী রানীবালা কৌবী গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিদা এম এ পোলিটিকেল সাইন্স তন্নিবী লৈশাবী অমগী মতাংদা ৱা হৌদোরকই। মাগা য়ুনিভর্সিটিদা চৎমিন্নরগা শক খঙনরুসি হায়রকই। রোমেনসু হোয় হোয়দি হায়রগা মন্দোমচাগী ৱাদুদা থোইনা লুনা খঞ্জিল্লুদে। ঙসিদি বালানা নুমিৎ নীনিগী মমাঙদা রোমেন জেলদগী থোরক্লগনি তাবগা নীংথিনা শুরগা ইস্ত্রি তক্তুনা হেঙ্গরদা য়াল্লগা থম্লিবা মতম কুইনা শীজিন্নরুদ্রবা রোমেনগী ফুরীৎ খোঙগ্রাওদু শেৎনবা পুথোরকই। রোমেন ফুরীৎ খোঙগ্রাওদু বালাগী মখুত্তগী লৌবা মতমদা বৃন্দাবু অমুক নীংশিংলক্লে। বালানা ফুরীৎ খোঙগ্রাওদু পীরম্লগা মতুং ওম্থোক্লগা চঙখিবদু য়েংলুবদা মিকুপ অমদি বালাবু বৃন্দা ওইরবোই নীঙলুরে। তশেংবমকসু মানা শেৎকদৌরিবা খোঙগ্রাওসিদা বৃন্দাগী খুৎকী মমি শোয়দনা য়াওরমগনি। খোঙগ্রাওদুমক রোমেন্না মতম খরা হোস্পিটালদা লৈরিঙৈদা শেৎখিবদুনি। রোমেন নুপাগী থম্মোয় ফনা ওইরবসু তাইবংগী মরুওইবা থৌদোক কয়াগী ৱারীনা হারবা, নুপী-নুপা অনীগী চেৎলবা থম্মোয় অনীগী মমি য়াওরবা ফুরীৎ খোঙগ্রাওদু মখুৎনা পায়রগা মশাদা শেৎচিনবা হৌরকপদা মীৎলুদা পিরাং পিরোইনরকই। মানা হোস্পিটালদা লৈরিঙৈদা মখুৎ শোকপনা মরম ওইরগা বৃন্দানা খোঙগ্রাওগী চেন চিংথরগা নর্সনা নীঙজোন্দা হিদাক কাপখিবা মতাংদু য়ৌনা নীংশিংলুবদা রোমেন থম্মোয় পুবা ঙমদ্রমাল্লে, হিক্লা হিক্লা কপ্লক্লে। উরুবা খুদিং পূক্কিং-নুংশিবগী নুংশিবা ঙাক্তনি মঙোন্দা থোক্লিবসি। কায়রবা থম্মোয়বু মতোমতা থেমজিল্লগা মহৌশাগী গীরিধারিগী থবক মফমদা চৎখ্রে। লম্বীদা বৃন্দাবু উনীংবনা ঙাওরকই। খুদক্তা পাইরগা চৎপা য়ারবদি খল্লকই, খাঙবা ঙম্লক্তে।

থবক শুফম য়ৌবগা রোমেনবু উবদা মাগা হান্না লোয়নরম্বা ফেক্টরিগী শিন্মী ময়ামদুনা হরাউ-হরাউ কৌরম্মী। মানা মহৌশা ফম্লম্বা কাদুদা পঙ্কজ ফমদুনা লৈরম্মী। পঙ্কজনা হৌগৎলগা রোমেনবু ওকই। পঙ্কজগা রোমেনগা ব্যবহার ফজনা তৌনৈ। মখোয় অনী চহীদসু থোইনা খেন্নরমদবা য়াই। তৌবগীদি রোমেনমক গীরিধারিগী য়ুমদা লৈরমদ্রবদি পঙ্কজগা ফজবীগা থুংনরমদবসু য়াই। মখোয় অনীগী মরী ফগৎহনবদা রোমেন্না য়াম্না চাউনা মতেং পাংখিবনি। মদুগী অচুম্বা ৱারী খুদিংমক ফজবীনা পঙ্কজদা তম্বদগী পঙ্কজনা রোমেনবু থাজবা হেল্লক্লবগী মরম ওইরম্বসু য়াই। বৃন্দাগা রোমেনগা লৈনরম্বা মরী, ঙসি মানা তাহৌরিবা দষা পূন্নমক্তু মুন্না খল্লুরগা পঙ্কজনা রোমেনবু

ফিদম্লিঙাই ওইবা অতাঙবা মী অমনি হায়না খল্লরুবগী মবমসু ওই। মদুমরুসু পঙ্কজনা রোমেনবু জেলদগী থাদোক্লবা কন্না হোৎনখিবগী মরম্নি। ফজবীনা মতম অমদা রোমেন্দা য়াম্না নকশিন্নীংবগুম তৌখিবদুসু রোমেনগী চমজবা মতৌনে, মশক্তে, শাবাননে, ৱাঙাংনে, নহা ওইবগী পূক্লিং ফাথবা ঙমদ্রিঙৈগী কেনা য়োক্লকপা ওইবগা নীংলু-নীংলুবদা পঙপামদা পামখিবা, নীংলক-নীংলকপদুনা চুম্বোই নীংবদগী তৌখিবনি। মতমদুগী রোমেন অমদি ফজবীগী মরীদুগী মতাংদদি পঙ্কজনদি করিসু খঙবা নত্তে। মদুগী মরমদু রোমেন্নদি ফজনা খঙখিবনি।

ফজবী ঙসিদি মপুরোইবনা জ্ঞান তারকপদগী নে-তাবা পূন্সি অমদা লৈরে। মচা নুপাঙাক্তা অনী শুরে। মচা অহন্দি লাইরিক তম্বা হৌরে। অদুনা য়ুমগী থবক্রা ঙমখিদুনা মপামদা তোয়না চৎপসু শংখিদ্রে।

রোমেন পঙ্কজগা হৌজিক হৌজিক চৎথরিবা গীরিধারিগী ফেক্টরিগী থবক্কী মতাংদা ৱারী কুপ্না শানৈ। রোমেন্না ঙরাং খবরদা থেংনবা নৌনা শেম্লক্কদৌরিবা লমদিং-টু শিলচরগী ব্রোদ গ্ৰেজ রেল লম্বী শেম্বগী থীকা অমত্তং ফংলবদি শেল তানবগী থবকসি খবা হেন্না ফগৎহনবা ঙমগনি হায়না হৌদোকই। মখোয অনী সুরবনিনা ফেক্টরিগী থবক্তি মখোয় অনীগী মরক্তা অমনা য়েংশিল্লগা অমনা থীকা তৌদুনা শেল খরা হেন্না তাল্লবদি অফবা থবক খরগা হেন্না তৌবা য়াগনি হায়বা ৱাফম হৌদোকপদু পঙ্কজসু য়ানীংই। পঙ্কজনা রোমেন্না হৌদোরক্লিবা ৱাফমদু মহাক্কী মাম্মা রাজেন গোহাইদা চৎলগা অথুবা মতমদা অমুক্তং তান্নরুসি হায়। রাজেন গোহাই রেলবে লাইন শেম্বগী থবক মতম শাংনা তৌরক্লবা থীকাদারনি। হৌজিক্তি অহল ওইশিল্লক্লুনা মাগী থবক্তু মমাক নুপানা তৌববনি। রাজেন গোহাই মচানুপী অমখক্তা পোকপনি। রাজেনগা উনবগী বাফম য়ান্নরবা তুংদা রোমেন পঙ্কজগী মনাক্তগী হৌগৎলগা কাদুগী অকোয়বদু য়েংবা হৌরকই। কাদুদা লৈরিবা সোফাদু উবদা রোমেন বৃন্দানা মচা অবুংচা কোল্লগা কপ্পুনা লৈরম্বা মূর্ত্তিদু মীত্তা শং-শং উরকই। রোমেনগী মফমদদি পোৎনা পিক থন্না লৈরিবা কাদু ইহাঙ-হাঙবগুম তৌই। ঈশিং থন্না য়াওবা লংলবা পিথ্রাই স্নাবুলদো য়েংবদা কয়াদি ফজৈ; অদুবু কাচিন্দা মতম কুইনা শীজিন্নদনা মিরাং কাদুনা লৈরুরবা স্নাবুলবুদি কনানা য়েংনীংগনি। অহাঙবা ঙাক্তা উরক্লবা রোমেনগী ৱাখলদা লৈতাদবা অমা পোক্লক্লি। খুদক্তা মণিপুর চৎলগা বৃন্দাগা অবুংচাগা অমুক্তং উনরবদি কয়াগী মতিক নুংঙাইগনি হায়বগী ৱাখলনা পোৎথাফম খঙলক্তে। খল্লকই — "অবুংচাদু চহী তরেৎ শুরবদি স্কুল কাদুনা লাইরিক তম্বা হৌরম্লগনি। ইনাকখুনবা মপাবুং রতন্না নীংথিবা ফিজেৎ থোনবীদুনা লুনা-চান্না তৌরম্লগনি। ঙসি মানা ঐবু উবদা শক খঙলরোইদো, বৃন্দাবুসু রতন্না পামজবা ফিজেৎ হোং-হোংদুনা শেৎহল্লগা মণিপুরগী ফজ-ফজবা মফম কয়াদা পুদুনা য়েংহল্লম্লগনি। মদুদা বৃন্দাগী পূক্লিংনা কয়াদা পেঞ্জরমগবা!

অবুংচানা অশেংবা মপাবুংদা পাবুং হায়না কৌবা ফংলম্লগনিকো। মখোয়গী নুংঙাইবা পূন্সি মরেলদু মফম অমদগী ঐনা ইশক লোৎলগা য়েংবা মতমদা ঐগী থম্মোয়সিনা তশেংনা পেনবা ঙমগদ্রা? উদি উনীংলবসু মদুবু উরুবা মিকুপ্তুদা ঐগী মীত্তা পিরাং শোয়দনা শীঙ্করক্কনি। হো বৃন্দা! নুংশিবী! নঙগা কায়নবসিসু বাদি ৱাখ্রেদা! সংসারসিদা মীওইবনা বায়-ৱায় হায়নরিবা কয়াসিবু ঐনা ঙসি নঙগী নশক উরক্তুবা মতমসিদা ৱাবিবসিমুক ৱারমগদ্রনে? লাপ্পা নশক উদনা ভাবনা শারগা নঙগী মূর্ত্তিবু ৱাখলনা য়েংবসিসু অদুম বায়। মসিদা ৱাবসিগা নশক উরগা ৱাবদুগা অনীগী খেন্নবদি তোঙানগনিকো নুংশিবী! নঙবু উনীংবনা ঙাওজরবা মীৎ অনীসিবুদি অমুক্তং পেন্না য়েংজনবা ঐ ননাক্তা লাক্লগেকো।"

ৱাখল অমদা ঙাইহাক উংলম্লগা রোমেন য়ুম্লোমদা হল্লক্লে। খঙদে, মানা জেলদা লৈরিঙেদদি অসুক য়াম্না ৱাখিদমাক্লে। শারং মনুংদা লৈরুবা শানা শারংগী থোঙ হাংদোকপদা মফম খঙদনা মায়কৈ অমদা পঙচেন্দা চেনবগা পাঙখক ওইরে রোমেন্দো।

য়ুম য়ৌরকপগা বালাদা হংই — "ইবেম্মা বালা! ঐ মণিপুরদা চৎলগা নচে অনন্দিগা অবুংচাগা উনরুবা পাম্মী। ঐনা ইয়াবেগ অমদা হাপ্লগা থম্লম্বা মখোয় অনীনা শেৎলম-চাবম্বা ফি-রোলশিংদুবু লৈরিব্রা?"

— "লৈ, দাদা। ঐনা ইমাগী উপু অফৈবদুদা থম্লি।"

— "ও! য়াম্না ফরে, অদুদি ফিশিংদু য়াওবা ইয়ারবেগতুদি ফবিব্রা?"

— "ফরি, করিসু তৌদ্রি দাদা!"

— "অদুদি ঐনা মণিপুর চৎপদা ইয়ারবেগতু পুবগা মমা-মচাদা শিন্নরম্মগে! পোৎশিংদু সিদা লৈবগা চন্নফম খঙদনা মাঙবদি নুংঙাইতে, ইয়ারবেগতু ঐগী কাদা অমুক্তা পুশিল্লকউ।"

— "ঔ, দাদা!"

বালানা মমাগী কাদা চঙখ্রগা উপু অফৈবদু হাংলগা ইয়ারবেগতু লৌথোক্লগা রোমেনগী কাদা পুশিল্লকই।

— "দাদা! দাদাবু মণিপুরদা কৈদৌঙৈ চৎকদবনো?"

— "ইবুং পম্থনীংদ্রে, হয়েংমক হেক্তা চৎলগে? ইমাদসু খরা হায়য়ু!"

বালানা মমাগী মনাক্তা চঙলগা রোমেন হয়েং মণিপুর চৎকনি হায়না পাউ তম্লুরে। ইন্দিরানা পাউদু তাবদা রোমেনগী মখুত্তা পৈশা অমত্তা পায়রম্লোই হায়বসি খঙই। খুদক্তা

অম্বারি হাংলগা লুপা লীশীঙ মঙাখক লৌথোক্লগা মখুৎনা পায়রগা রোমেনগী কাদা বালাগা পূন্না চঙলক্লগা — "নঙবু নচন্না হায়রিবসিবু চুম্লব্রা ? নুমিৎ কয়ানি লৈরক্কদবনো ? মণিপুর পল্লকপদা ইন্দোমচাসু চৎনীংলকই। নচন বালানসু মণিপুর চৎলুসি হায়রক্লিবসি ফন্না কুইরবনি। অদুবু ঙমদ্রে। ইন্দোমচানা মণিপুর উরক্লিবসি কুইরবনি। অদুবু হৌজিক্তি মতাং কয়া চাফাত্তে, ইন্দোমচাদি কোন্না চৎলগে, নঙ হান্না চৎলুরো। খঙদ্রেদা ইবুংঙো! অনন্দিদুবু মাগী নুপাদুগা লিরি-খোইরিনা লৈমিন্নরমগনি হায়বসি ইন্দোমচাদি কয়া থাজবা ৱাৎলি। মাগী ঈ-পাউ তাখিদবসু কুইরে। নোংমা মাগী ফোন অমখক নুমিদাংদা লাকখি। মদুসু ময়ুমদগী নত্তে, লংকা হায়বা মফমদুদগীনি। মহাক গুৱাহাটিদা লাকপদা খুদোং চাদবদগী লংকাদগী হনবা তারে হায়রগা টেলিফোন্দু অদুম তৎখ্রে। ঐনা খনবদা মাগী নুপাদুনা মাগা ঐখোয়গা ঙাইহাক লৈতনা টেলিফোন্দা ৱারী শানবা কয়া পাম্লমগদবসু মান্দে। মাবু পোকপা ম্পাবুংদুসু ফম অচৌবা পায় হায়বগীরা খঙদে, নোংমখক লাক্লম্বদুসু চাক চরা অমফাওবা চাও হায়বা য়াদনা হনখ্রিবদুনি। মখোয়না ফজরবদি নঙগী মরমদা করিগুম্বা খরদি লাক্লগা শেগা-মাইগা তান্নরফম থোকপনি। অদুবু নঙ নুংঙাইতবা করিমত্তা খল্লুরনু! মখোয়বু নুংঙাইজখ্রবদি ফরে। নঙগীসু ইন্দোমচানা ঙরাং হায়বদো নঙনা ইম্ফালদগী হল্লকপগা ঐখোয় অনী চৎলগা শক খঙনরুদবা য়াদ্রবনি। নঙদি খঙলিরোই, নচনুপী বালাসে লুহোংবীখ্রসি হায়রবনি। নুপা অফবা অমা লৈরে। কাছাড়দগীনি। গুৱাহাটিগী আই. আই. টি দা ওজা ওইনা থবক চঙবা কুইদ্রি হায়। মমিংনা বীনোই কৌই। নঙনা অনন্দিগা উনরবদি পাউদু মঙোন্দসু খরা তম্লমউ!"

মমাগী ৱাদু তাবদা বালা শাউরংননা ফুক হৌগৎলগা থোকখ্রে। মাগী মবুক্তদি য়াইস্কুলদগী জিতেশ্বর নোংমা শোয়দনা মাবু উনবা লাকখিগনি খঞ্জরি। ইন্দিরানা মখুত্তা পায়রিবা পৈশাদু রোমেন্দা পীরগা হায়রকই — "সে! লুপা লীশীং মঙাসে লৌশিল্লু! ভারা ওইনবা?" রোমেন মন্দোমচানা পীবা পৈশাদু লৌই। পৈশা পীরম্লগা ইন্দিরা কাদুদগী থোকখ্রে।

রোমেন্না খল্লি — "ও! ইচন বালাসে লুহোংবা তারবা। ইন্দোমচানা খল্লিবা নুপাসি তান চারেদা। মানা ৱাদু তাবদা ফুক হৌগৎখ্রিবদুবু ঐবু ইকাইবগীরা নৎত্রগা নুপাদু পামদবগীরা? মরমদু খঙদোকপদি চুম্মী। ঐবু মঙোন্দা হংসিরা?"

অহীংদু রোমেন ফন্ন কুইনা তুম্বা য়াদ্রে। তুম্বা চঙলুরবা মানা ফমুংদগী হৌগৎলগা মী কন্না উদ্রবা মতমদুদা কাগী মৈ থাঙ্গৎলগা ঙসাইগী ইয়ারবেগতু হাংদোক্লগা মাগা বৃন্দাগা কায়নখিবা নুমিত্তা মানা কাদুদা চাইখায়রম্বা বৃন্দানা শীজিন্নরম্বা ফিশিংদু য়েংনীংমনখিদুনা অমমমত ওইনা লৌথোরকই। ঙসিসু অমুক থেংনরে, মরাল লৈজদ্রবী

বৃন্দানা শেৎলম্বা মঞ্জুনরবা হঙ্গামপাল ফনেক্তু। ফনেক্তু হেক উবদা রোমেনগী মমীত্তা বৃন্দানা মমাঙদা থোরক্তুনা লেপ্পবগুম উরে। বৃন্দানা তারোমেন হায়না কৌরিবোই তারুরে। বৃন্দানা অবুংচা মীরোল্লিঙৈদা ফনেক্তু শেৎলগা ফমুংদা ইশি-শিনা তুম্লিঙৈদনি রোমেন্না লোন্না কাঙ্খল হাইদোক্লগা বৃন্দাগী নুংশিরবা শকফম্বু পেন্না য়েংজখিবা। তশেংবমকসু বৃন্দানা মীরোন্দুনা পোকখিবা অবুংচাগী হকচাং শাবদা রোমেনগী থম্মোয়গী মমি তাখিরম্বসু য়াই। মতমদুদা থম্মোয়দা কারকখিবা পূক্লিংগী কল্লবা ঈথক্তুবু চাউরবা ৱাখলগী পল অমনা ফৈনা থৎপিখিবনি। কুমজা কয়াদগী থম্মোয়নুংদা লোক্তুনা থম্লকখিবা অমৃত্তগী চফুনা মখাদগী থারকপা কল্লবা মৈনিলগী অশাবা খাঙবা ৱারদুনা শৌগৎলকপদা চফু মপাল য়ৌনা অমৃত্ত পাথোরক্লবদা পূক্লিংগী লৈরাংসু ৱানা খাঙজখিবনি। তনিক্লবা চিম্বালদুনা লৈরাং গুলাপকী লৈকায়গুন্না থোৎনা-মেঙনা উরবা বৃন্দাগী উইশিল্লিবা মীত্তুবু নুংশিনা চুপচনীংনা ফংখিদবা! বৃন্দাগী মতমদুগী পূক্লিংনসু অপাম্বা খুদিংমক লৌনীংনা ঙাইজখিবা; অপাম্বদুবু মনীং তন্না ফোঙদোকপদা করিমত্তসু হায়রক্লরোইদবা; মদুনা অহোইনদুম পূক্লিং অনীগী ঈখৌলাংবা কোকচরমগদবা মিকুপ্তুদা সমাজগী ফজদবা মীৎয়েংগী কল্লবা শম্বল অমনা চৈখৈ ওইনা লৈখিবনা রোমেনবু কন্না, পৎ তৎপমখৈ খামখিবনি। মাগী মমীত্তা চিরবা মিকুপ্তুদা গান্ধীজিগী য়োং অহুমদু ওইনা উরকখিবনি। মংলম্বা নোংদু চুখিদবগীনি ঙসি মানা অসুক য়াম্না ওমচাক্লরিবসি। ঙসিদি নুপা থোকখিদ্রবা থৌনা অমগীদমক রোমেন্না কা মনুংদা মতোমতা লোন্না অনুতাপ তৌহৌরেদো। রোমেন ঙসিসু বৃন্দাগী ফনেক্তুবু পাম্মুবী মানি খল্লগা চেজেৎ কোল্লগা মথানুংদা থমখ্রে। চহী তরুক জেল মনুংদা তুম্মিন্নরুরবা মাগী নুংশিবদু ঙসি জেলদগী থাদোক্লবা মতমসিদা মিকপ অমুক থোকহনবীরে। শাদোং চাম্মগী মহাওদগী হেন্না মগুণ লৈরবা বৃন্দানা শেৎলম্বা মঞ্জুনরবা হঙ্গামপাল ফনেক্কী মল্লবা মনমসিনা রোমেনগী মফমদদি নুংশিবা লৈনম চাম্মদগীসু হেনখ্রেদকো! ৱাংবজাৎনি নুপীগী থাক, নুংশিবগী মগুণ। অদুনা ওইবা তাই মতোংগী শরুক্কা শরুদা নপশিনখ্রবা, তাইবং পূক্সিনা মপাঙ্গল শোল্লক্লবা মতমদা অমুক হল্লক্লরোইদবা ইনখৎলকপা পূক্সিবু কাউথোকপা নুংঙাইনবা লম্বী য়েংলকপদা তত্তনা পন্নরিবা — "ইবেম্মা রাধিকাদা চঙজৌ" হায়নরম্লিবা।

করম্বা মৈতৈ নুপানা মমাগী নত্তবা নুপী অতৈনা শেৎনরুরবা ফনেকপু হঙ্গোইদবা য়াওবগে? অদুবু রোমেন্নদি বৃন্দাগী মশাদা মতম কুইনা শাগোন্নরম্লবা, মানা মণিপুর থোকপদা লোইনখিদ্রবা মল্লবা ফনেক অমবু মী কনা উদ্রবা চিক্লবা অহীংসিদা কা অমগী মনুংদা মথানুংদা চেৎনা কোল্লগা নুংশি মৈচাক খাঙবদা মতেং ওইনরি। অশেংবা মাগী মরম্নি খন্না নুংশি লৈহী চুপ্পগুম চুপ্লি।

খঙদে, মানা গুৱাহাটিদা লৈরগা ৱারীবা, ফাওরিবা ৱাখলগী থাকসি য়ৌনা অশোমদা ইম্ফালদা লৈবা বৃন্দাগী ৱাখলদসু ফাওরমগদ্রা ?

হঙ্গামপাল ফনেক্তু খ্বাইগী মখা ইথং-থংনা থন্নগা মানা পায়দবা শানা লোৎখ্রে। মীৎচিক মীরাওখোল তাদ্রবা অহীংসিদা রোমেন ৱারবা থম্মোয়বু থেমজিল্লগা তপ্না-তপ্না তূমথখ্রে।

মথংগী নুমিৎনি। পাকপী অমদি গীরিধারিদসু মহাক মণিপুরদা নোংমা নীনি চৎলুগে হায়বগী পাউসি তম্লুরে। গীরিধাবিনসু হরাউ-হরাউ চৎলুনবা হায়বীরে। অয়ুক্কী চাক চারগা ফেক্টরিদা ঙাইহাক চত্তুনা পঙ্কজগা উনরম্মী। পঙ্কজনা মাগী মাম্মা রাজেন গোহাইদা টেলিফোন্দা রেলবে ট্রেক্ট থাবগী থীকাগী বাদু হৌদোকপদা য়াম্না থুনা মাগীদা অমুক্তং লাকউ হায়রক্লে হায়বা পাউ তাবদা রোমেন থোইনা নুংঙাইবা পোকই। মীওইবগী পুন্সিদা খম থেংনা ৱারুরবদি নুংঙাইবা অমা লাকফম থোকই হায়বসি রোমেন্না চেৎনা থাজে। মা খমথেংনা ৱারুরবা মীশক্নি। জেলদা লৈরিঙৈদা জেলদগী হেক থোকপগা তৌগদবা অফবা থবক কয়ামরুম নুংতিগী লেপ্পুনা খনখি। ঙসিদি থবকশিংদু তৌনবগী খুদোংচাবা লম্বী থিবা হৌরক্লে। পঙ্কজদা নুমিৎ নীনিদং মণিপুর থোক্লুখিগে হল্লকপগা থবক মথং মথং পাঙথোকপা হৌরসি হায়রম্লগা য়ুমদা হল্লক্লে। নুংথিলগী পুং অনীদা মণিপুর চৎনবা থৌরাং লোইরে। ইমুংগী মীওই খুদিংমক্তা চৎলুখিগে হায়রম্লগা বৃন্দাগী পোৎ শুনা য়াওরবা ইয়ারবেক্তু লেংবান্দা য়াল্লগা থোরক্লে।

পল্টন বজার য়ৌরগা ইম্ফাল চৎকদবা নাইট সুপরগী টিকেৎ কক্লগা বস তোংখৎলে। নুংথিলগী পুং ৩:৩০ দা থারকপা বসতু অহীং নোংয়াইদা দিমাপুরদা থুংলে। দিমাপুরদগী অমুক লেপ্তুনা থৌরকপনা পিফিমা অমুক য়ৌরে। গাড়ীগী সিৎতা ফম্লিবা মী অয়াম্বা তূম্নরি। তূমদ্রিবা হায়ববু গাড়ীগী স্টারিং পায়রিবা ড্রাইভর অদুখক্তনি। খঙহৌদনা চোরফোন মচুগী ফি শেৎপা নোংমৈ পায়বা নুপা তরুক্না পিফিমা খরা হেন্দোরকপদা বসতু খাল্লকই। গাড়ী তোংলিবা মী লোইনমক মমীৎ খংশিং-শিংনৈ। মখোয় অহুম্না মখাদা ড্রাইভরদগী শো লৌরগা শেন্নদুনা লৈ। অহুম অমনা গাড়ী মনুংদা কাখৎলক্লগা অয়াও-অসাওবা পৈশা, ঘড়ী, সনাগী খুদোপ, লীক, লৈ লোইনা মুল্লি। রোমেন ইন্দিরানা পীনকপা লুপা লীশীং মঙাদু লুপা চামঙা অমদি টিকেৎ ককখ্রে। মহাকসু অসিগুম্বসি থোক্লকপা তম্বা ঙমদে খনবদগী লুপা লীশীং অহুম অমদি ইয়ারবেগ মনুংদা ফি মরক্তা হাপ্পনি। মাগী মণি বেগতদি শুপ্নগী লুপা লীশীং অমগা চামঙা থক্তমক য়াওই। মখোয়না চেক তৌরকপদা মাগীদি বেগ হাংদোক্লগা য়াওরম্বদু লৌহৌরে। মখোয়না পৈশা, সনা, ঘড়ীনচিংবা লৌবা অমদি মুনবা লোইরবা তুংদা বসতু থাদোরক্লে। মখোয়গী মতুংদা থুংলবা গাড়ীদুসু চেক তৌনবা খমহৌরে।

মখোয়না থাদোরকপগা দ্রাইভরনা খরা শাউনা গাড়ীদু কন্না থৌরগা লাকই। পৈশা অমদি সনা-লুপা মুলহৌবগী নুংঙাইতবনা গাড়ী মনুংদু মী অমত্তা চেক-মোক লাউনদে। ঙাইহাক লৈবগদি নুপী অমদি গাড়ী মনুংদা শুৎ-শুৎ তৌরম্বদগী মখোল থোক্লা তেংথাদুনা কপখৎলক্লে। মহাক গুৱাহাটিগী ডাউন-টাউন হোস্পিটালদা নর্স ওইনা থবক তৌবী মচানুপী উনবা চৎলুবনি। মচানুপীনা পীবকপা লুপা লীশীং অহুমগা অতোপ্পা মচানুপীগী মমান্নবী অমনা মমাদা শিন্নবীয়ু হায়না পীরকপা লুপা লীশীং অহুম অমগা পূন্না লুপা লীশীং তরুক য়াওবদু পুল্লপ মুলহৌরে। মদুগীদমক তেংথাদুনা কপখৎলকপনি। ৱানা লাকপা খোঙচত্তু অয়ুক্কী পূং তবাগী অদুৱায়দা অৱাং বী ও সি য়ৌদুনা গাড়ী খাম্লে। ঙসাইগী নুপীদো গাড়ীদগী কূপ্লমদাইদা অমুক শুৎ-শুৎ তৌরক্লে।

রোমেন নুপীদুগী অৱাবদু উবদা নুংঙাইতদুনা মনাক্তা চঙশিল্লগা ৱারী শারুরে। অশেংবা ৱারীদু তাবদা রোমেন মাগী ইয়ারবেগতা হাপখিবা লুপা লীশীং অহুমদু লৌথোক্লগা লুপা লীশীং অমা নুপীদুদা পীরে। নুপীদুগী গুবাহাটিদা থবক তৌরিবা মচানুপীগী মমিং-মথা চে অমদা ইরগা লৌহৌরে। মানা লুপা লীশীং অমা পীবদুদা নুপীদু পূক্নিং খজিক্তুং ইংথরগা ময়ূম্লোমদা রিক্সো অমা ফারগা চৎখ্রে।

বোমেন পৈশা কয়া মরাং কায়দবগা থুংফমগী মতাংদা খনবা হৌরকই। মহাক হান্না গুবাহাটিদা লৈরিঙৈদা মণিপুরদা য়াম্না চৎনীংলম্বদু মণিপুর য়ৌরগদি মহৌশাগী খঙন-চান্নবা মী উন্নগদ্রা হায়না চিংনরক্লে। মাগী ৱাখলদা ঙাইহাক্তুদা মণিপুরসি অতোপ্পা দেশ অমদা থুংলুবগুম তৌরে। থৌবালগী স্টেপ ফাদরগী য়ুমদসু চৎনীংদে। অপোকপি মমাবু ফন য়াম্না নুংশিরবসু উন্নগদবা হঙ্গোইবা অমা মাগী ৱাখলদা তত্তনা ফাওরি। মাগী থোকখিবা থৌদোকশিংসিনসু অমুক্কা হেন্না তহ্বহল্লে। মতাংদুদা রোমেন্না মাগা মমা তিন্নবা মপাদি তিন্নদবা মনাও অনীগা মচন্নুপী অমগা লৈহৌবদুবু লাইরিক কয়া য়াম্না তম্নম্নগদগে হাইফেৎ খল্লুই। মনাও শমজাইদি মাগা চহী মঙারোমদনি খেন্নবা। হাইফেৎ খল্লম্লগা মখা তানা খম্বকদ্রে। মমাঙদা অশুক-শাংলবা মতম অমা উনখিদ্রবা তুংসিদা মাগী ফিভম মত্তাসিদা করম্না মখোয়গী মনাক্তা চঙলুগনি। পূন্নমকসি খম্বৱরগা মহাক য়াম্না থুনা গুবাহাটিদা অমুক হনখিবনা চুমগনি খল্লক্লে। মহাক্না পুরক্লিবা ইয়ারবেগতুদং বৃন্দাগী মপামদা শিন্নরম্লগা বৃন্দা উন্নরমদনা অহীং অমত্তং য়াম্না হোঙবা হোটেল অমদা লৈরগা নোংঙানবগা গুৱাহাটিদা হনখ্রগে লেপ্লে।

রিক্সো অমা তোংলগা গান্ধী এভেন্যু তানা লাক্লে। ভারা খরা হোঙবা হোটেল অমদা চঙলে। হোটেলদা ঈরু-মায়থজবা লোইরগা চাক চাথোক্লুরে। অমুক হল্লক্লগা কাদা ঙাইহাক্তুং পোৎথারে। খঙহৌদনা নুংথিলগী পূং অহুম তারম্লে।

হোটেলদগী খোঙনা ইয়ারবেগতু পুদুনা থোরক্লগা কংলা পার্কতগী শীংজমৈ-লিলোং চেনবা কেন্টর অমদা কাখৎলগা তোংলে। ঙাইহাক লৈরগা মী শুদুনা কেন্টরদু থৌবা হৌরে। থোঙনাওদগী য়েংথোকখিবদা চহী নিপাক্লোম থাদোক্লল্লবা ইম্ফাল সহরগী হোংলল্লিবা শক্তমশিং উবদা পূক্লিং নুংশিরকই। মতম অমদা ফিঙৌ শেৎপী ময়াম পূল্লপ-পূল্লপ ধারনা ফমহৌবদো ঙসিসু ফল্লম্মী। প্লে কার্দশিংদা "মরাল লৈতবা মী হাৎপীগনু! মরম চাদনা পুবা থাংবা ঙল্লোইদবা দিমান্দ তৌবীগনু, পৈশাগী দিমান্দগী ফাখিবা ইঞ্জিনীয়র তেক্ত-কায়দনা থাদোকপিরকউ"! হায়না ইরিবশিংদু উবদা মিপাইবা পোক্লকই। খল্লকই — "মণিপুরসি য়াম্না হেঞ্জিল্লম্লেদা! করম্বকান্দা ফরক্কদগে? মসিগী হায়রুরবদি ঐখোয়গী খুরাইবুংঙো গীরিধারিনা মণিপুর থাদোক্লগা গুৱাহাটিগী বেলটোলাদা লম লৈরগা য়ুম শাদুনা লৈরিবসিনা হেন্না চুল্লব্রা? অদুবু ফন্নমক ওইদুনসু মণিপুরগী মতম-মতমগী কুম্মৈ-ফিয়োং য়াওশঙ, চৈরাওবা, কাং, ঝুলোন, কৃষ্ণ জন্ম, থৌরানি জন্ম, চিঙ্গোয় বারুনিনচিংবা কয়াগী নুংঙাইবগী মহাওদুদি ফংবা নত্তেদা!"

ৱাখল অমদা ঙাইহাক্তং উংলিঙৈদা মোইরাংখোম য়ৌরে হায়না লাউরকপদু তাবদগী ফুক হৌগৎলি। কেন্টরদগী কুমথরগা টৱেল অমনা মকোক খুল্লগা ইয়ারবেগতু লেংবান্দা য়াল্লগা খোঙনা থুম্বুথোং তম্না লাকই। থোং ময়ায় য়ৌবকপদা বৃন্দাগা মাগা মণিপুর থাদোক্লমদাই অহীংগী থৌদোক্তু নীংশিংলুবদা কপ্পিংলকই। পূক্লিং ফাজিল্লগা অসুম লাকপনা বৃন্দাখোয়গী থোঙ্গাল মপা য়ৌরে। গেৎ হাংলগা চঙলকই। হেক চঙলকপগা বৃন্দানা অহীংদা থৌরী য়ানগে হোৎনরম্বা হৈনৌ পাম্বীদু উরুরে। হৈনৌদুদি মপাল নীংথিনা শারম্মী। "ও! মখোয়গী হৈনৌসিদি বসন্ত চঙলকপসিদা মপাল ফজনা শারেদা! গুৱাহাটিদা ওইরম্লবদি কোকিলনা হৈনৌ মপালসি খবুম থন্না উম্লগা নুংশিনা কুহু-কুহু হায়না খোংলম্লনিকো! থা মশীং পারুবদা মাগা বৃন্দাগা মণিপুর থাদোকখিবা মতমদু চপ চানা য়ৌরম্লে। তুরেলগী ঈশিংদি হঙ্গৎনা খক চেন্দে, অদুবু ৱাখলগী ঈচেলদি মান্নবা থৌদোক, মান্নবা ঋতু হেক হেক লাকপকান্দা মনীং অমুক মুক হন্দুনা চেল্লকই। নীংশিংলুগনু য়াদে। রোমেনগী থম্মোয়দা য়েন্নীং থা অমা লাকপগুম নুংঙোনবা পূক্লিং লাক্ননু হায়বা য়ারক্রে। খল্লকই — "ও! ঐগা বৃন্দাগা শক্কা-শক্কা উনরক্লিবসি বসন্ত মশীং ফনদি য়াম্লক্লেকো! হৈরাং-লৈরাংনা বসন্ত লাকপা খুদিংগী অনৌবা য়েন্নীং হুল্লগা পাম্বীদা মপাল পোমদুনা মহয় য়াল্লি। বৃন্দাসু বসন্ত কয়াগী তুংসিদা ঐগী ইনাক্তা অৱাবা কয়া খাঙলম্লগা মশাবী কাদা য়ৌজদুনা মচা নিঙোল পিবা মথং-মথং মশীং শোয়দনা হেনগৎলম্লগনিদো! অহোংবা কয়ানা ঐগী ৱাখলবুসু মনীং-মমাং শম্নহন্দ্রে।"

হুমদুনা পুরকপা ৱাখল অমনা নুংশিবা অমা মফম খঙদনা মাঙখিবা থিরকপগুম, মফমসি তানা নুংশিবা থিবা লাক্লি। পূক্লিংদনা মশক উনীংবনা লাংতক্লরি। অদুগা ৱাখলগী

ঈথক্লা থজিন য়ৌনা থুমখ্রবসু মায়থোঙ অমদি চিস্বালনদি অরোনবা তাৎকী শক্লোন অমা উৎনবা হোৎনরি। রোমেন ব্লাখলনা হুমদুনা ঙাইহাক্তি পুরুরে। মানদি করিমত্তা খনবীরুদ্রবা, মানা লৈরম্বা বৃন্দাখোয়গী থংনবদা লৈবা মখাথংবগী য়ুম মচাদুনদি রোমেনবু উবদা অমুক্তং চঙলমখো, লাকখো হায়না কৌবকপগুম তৌরক্লি। নীংশিংলক্লে, মানা থোঙ ফাওবা লোনশিল্লমদনা অহীংদা হাংদোক্তুনা থস্বীরম্লবা য়ুমদুগী মনুংদা লৈহৌবা মানা হিপ্লম্বা ফমুং, টেবল, চৌক্রি, ফক্লাংদা ঙাহৌবা সাইকল, টেবল মথক্তা থম্লম্বা লাইরিক, চে, কলম, উপু মচাদুগী মনুংদা লৈহৌবা ফুরীৎ, খোঙগ্রাও, কাংথোল মখাদা লৈহৌবা খোঙউপ; চাকখুম মচাদুদা লৈহৌবা চফু-উয়ান, পুখম-তেঙ্কোৎ, ঙন্নমক রোমেনগী মকোক্তা শাংলবা চহী নিপানগী তুংসিদা লোইনমক উরক্লে। মানা শীজিন্নরম্বা পোৎশিংদুনা থৱায় পানবা, মরোল থোকপা জীব অমমম ওইরম্লবদি বোমেনবু উবদা কয়াগী মতিক হরাউজরমগবা?

ব্লাখল অমদা আ য়ৌনা কৃমথরুরবা রোমেন, বৃন্দাখোয়গী শুমাঙদা লেপ্লগা মানা লৈরম্বা য়ুমদুদা মুন্না য়েংলগা কন্না উংলি। মফমদুদা মানা লেপ্লগা লৈবদু কয়াম কুইরবা মশা মতোমতা জ্ঞান তাহৌদ্রে।

বৃন্দাবু পোকপি লম্ধোনিনা ইমুংদগী থোরক্লগা — "কনানো ইবুংঙো। কনা হংবনো?" হায়রকপদা খংপ্রেক খংদুনা জ্ঞান লাকই। মকোক্তা কুপ্লম্বা তৱেলদু লৌথোক্লগা — "ইমা। ঐ রোমেন্নি" হায়রকই।

— "হৈমা! ইচা ওইৱে, ঐদি ভাব তাকুদ্রে, কাখৎলকউ, ইচাবু হৌজিক্তা য়ৌরকপ্রা?"

— "হোয়, ইমা! ঐ হৌজিক্তা য়ৌজবকপনি! ইমা! ঐনা লৈরম্বা য়ুমসিবু ...?"

— "এ! সুম হাঙদুনা লৈবদু মতমগা ফত্তবগা ইমানা মখারোমদগী কলেজ তম্বা ছাত্র অনীখক লৈহনবনি। নহাক্কী ফি-বোল অম'মদি ইমানা লৌশিল্লগা ঐখোয়গীদা লোইনা থম্মী।"

— "য়াম্না ফরে, ইমা! বৃন্দাদুবু করম-করম তৌরিবগে? অবুংচাসু চাউরম্লনি, ঐহাক মখোয় অনীগী শেৎলম-চারম্বা ফি-রোল খরসি শিন্নরমগে চঙজবকপনি। মাবু সিদা কয়া তোয়না লাকখিদ্রব্রা?"

ঙাইহাক্তং উংলগা লম্ধোনিনা খুম্লকই — "ইমাবু করি হায়না খুমদোইনো খঙদ্রেদা! মাদি লমশাংদা চিলদ্রেন হোম অমা চলাইরগা মচা অবুংচাগা পুন্না লৈখ্রেনে ইবুংঙো।"

য়াম্না ঙক্লা রোমেন্না হংলকই — "হায়রিসিবু মাবু রতনখোয়গীদা ...?"

— "মানা রতনখোয়গী য়ুমদা চৎলু হায়বা য়াদবদগী তোক্লেদনা! রতন্নসু মানা

য়াদবদুদগী অতোপ্পা নুপী অমা চেল্লগা লুহোংখ্রে। মচাগী ৱাফমসু করিমত্তা হৌদোক্লদ্রে। খঙদ্রে, ইশু অসিসু মরাইবক থীগদৌরিব্রা কৈনো? মানা চাউরক্লগা পীয়ু হায়বা পোৎশক পীবা ঙমদবদগী মমা অসি পঙৱা ৱাগদ্রা খল্লিনে ইমানা। রতন লুহোংলে হায়বগী পাউ তাবদগী বৃন্দাদো মাগী অনাবা তোয়না হৌরম্বদুসু অদুম ফখ্রে। অদুদগী লমশাংগী স্কুল চলাইবগী ৱাখলসে লাকখিবনি। নখোয়গী পাবুংগী পেন্সন ফংবগী শেনফম অয়াম্বা মাগী স্কুলসিদা থাদখ্রবনি।"

মরক থৎনা রোমেন্না হংই — "ইমা! মানা রতনগী মনাক্তা চৎলু হায়বা যাদ্রিবদুবু করিগীনো?"

— "ইমাসু ভাব তাদেনে ইবুংঙো! গুৱাহাটিদগী য়ৌরকপগা নঙগী পাবুংনা কারদু রতনখোযগী য়ুমদা থৌজিলহনবনি। অদুদা মাদি ৱাম্ববক্তুনা রিমসতা পুখৎলে। মথংগী নুমিত্তা ঐখোয়গীসিদা পুথরক্লে। রতনগী মমা-মপা য়াওনা রতন্না কাব অমদা মাবু অমুক লৌবা লাক্লে। অদুবু বৃন্দানা শুকয়া য়াখিদে। গুবাহাটিদা নহাক্কী নফমদা ৱাবী শাগদবগী টেলিফোন পায়নবা হোৎনক্লবদা নপাবুংনা শাউবদগী টেলিফোন মরী ফোইদত্তুনা থম্লে। ইমাসু তৌফম খঙখিদ্রে। তপ্পা-তপ্পা ইংথবক্লে। বতনখোয়গী ইমুংসু হংবা লাকখিদ্রে; মচাসু লৌগে হায়রদ্রে। বৃন্দানা নহাক্কী য়ুমসিদা চঙলগা মমা-মচা তোঙান লৈবগনি হায়না শেংদোকপা হৌরে। অদুবু নখোয়গী পাবুংনা য়াদবদগী অমুক তোক্লে। বা অমত্তা ঙাংনদনা থা অমা হৌখ্রে।" শ্বর অশাঙবা অমা হোন্দোক্লগা — "রতন্না নুপী অমা চেল্লক্লে হায়বগী পাউ তাবা নোংঙানবদনি বৃন্দানা খঙহৌদনা মচা হুন্দোক্লম্লগা গুবাহাটিদা লোন্না মতোমতা চৎখিবা। মদুসু মানা মাগী মোন মখাদা থম্লম্বা চিঠিদু পাক্লবদগী খঙলকখিবনি। অদুগদি মাদি ইম্ফালদগী দিমাপুর ফাওবা তোংমিন্নবা মৈতৈ নুপী অমগা নুপা অমগনা মতৈ-মনাও শারগা থোক তৌবীরবজাৎনি। গুৱাহাটি চৎনবা দিমাপুবদগী ট্রেন টিকেৎকাদু মখোয়না ককপিরগা দিমাপুরগী হোটেল অমদা চাক চামিন্নরে, পৈশাসু নুপাদুনা পীরে হায়। গুৱাহাটি য়ৌগদবা নুমিদাংগী পুং ৯:৩০ গী বি. জি এক্সপ্রেসতা পুন্না তোংলগা দিফু য়ৌরে হায়। দিফুদা মপান থোক্লুগে হায়রগা নুপীদু কুমথখ্রবজাৎনি। নুপাদুনা বৃন্দাদা থংনবা কাদু মী কোম্মী মদুদা ফমসি হায়বদা বৃন্দানা য়াদবজাৎনি। নুপাদুগী মীৎয়েং-নায়েংদা চিংনবা অসুম হেঞ্জিল্লকপদগী বৃন্দানা লমদিং স্টেসন য়ৌরকপদা ঈশিং য়াম্না খৌরাংলে, ঈশিং বোটল অমখক্তা লৈবীরকউ হায়রগা লুপা কুনখক পীরগা নুপাদু কুমথহনখ্রে হায়। মানা কুমথখ্রিঙৈদো বৃন্দানা অতোপ্পা কা অমদা চঙলগা হাওফিদুনা মকোক খুম্লগা মী ময়াম মরক্তা ফমদুনা লৈবদুদা নুপাদুনা থিরকপদা পাক হেক খঙদবদগী মখোয় অনী কায়নরে হায়। পূক্লিংদা অকিবনা হেঞ্জিল্লকপদগী টিকেৎসু য়াওদা থংনবা স্টেসন য়ৌবদা কৃমথরবজাৎনি। স্টেসন্দুগী মমিংদু লংকা হায়মাক্লে। মৈতৈ খুনসু য়াম্না

তাই হায়। শুপ্নগী মিনিৎ অমরোমতমক খাম্বজাৎনি। মফমদুদা বৃন্দানা ট্রেন্দগী কুমথরগা কোইয়েং য়েংলিঙৈদা মৈঙান্দুদা অতোপ্পা দাবা অমদাগী কুমথরকপা পুঙৌ ফনেক শেৎপী মৈতে নুপী অনীখক্কা ফৈজোম শেৎপা খাবৈ চেগপ পুল্লগা পায়বা নুপা মরিগা উরবজাৎনি। বৃন্দানা মখোয়গী মনাক্তা চঙশিল্লগা ৱাহৈ খরা ফোঙদোক্লুবজাৎনি। থেংনরিবা কাঙবুদুনা বৃন্দাগী অৱাবদু খঙবীদুনা মখোয়গা পুন্না চৎমিন্নরগা লংকাগী মখোয়না থুংলুগদবা ইমুংদুদা মাস্ পুন্না থুংলুরসি হায়না হায়বীরে হায়।

হায়নরিঙৈ তাঞ্জাদুদা কদোমদগীনো খঙহৌদনা ঙসাইগী নুপাদু মফমদুদা অমুক য়ৌবক্লে হায়। বৃন্দানা মকোক্তু হাওফিদুনা কুপশিল্লগা মমায় উদনবা লোৎলি হায়না তম্মী। নুপাদুসু অদুৱাইদা রাউন্দ চৎলগা বৃন্দাবু হুরান-হুরান ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ হায়। বৃন্দানা উৎলিবা মওংদু উবদা ঙসাই মানা ইজৎকী ৱাফম অমা পল্লগা তমখিবা পাউদুনা মৈতে কাঙ্বদুস্ হাইফেৎ চিংনদুনা নুপাদু উবদা থৌদেম্বা য়াওরে হায়। নুপাদুনা মৈতৈশিংদুদা ওনশিল্লগা বাহং খরা হংলিঙৈদা মরু কোকপা পাখং মচা অনীখক লাক্লগা নুপী অনীদুবু খুরুম্মী হায়। মখোয় পুন্না পাখং অনীদুনা পুরকপা কারদা তোংলগা লংকাগী মৈতৈ ইমুংদা থুংবদগী অৱাবা কোক্লে হায়না তম্মী। বৃন্দানা থুংলুবিবা মৈতৈ ইমুংদু আসামগী নগাঁও দিসট্রিক্টকী লংকাদা চহী য়াঙখৈরোমগী মমাঙদগী লৈত-লায়রা থিরকপদগী খুদোংচাবা অমা ফংবদগী মফমদুদা খুন্দাদুনা লৈরক্লবা ইমুংনি। ইমুংদুগী অহল অমা লৈতবগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম য়াওদুনা নুমিৎ হুম্নি লৈরে। মফমদুদা লৈরিঙৈদা বৃন্দানা গুৱাহাটিদা টেলিফোন তৌবজাৎনি। অদুদা লাইন বেরা তৌবদগী পৎ-পৎ তত্তুনা বারী ফজনা শাবা ফংখিদে হায়। ইন্দিরাগা পাউ খজিক্তং ফাওনরম্লগা অদুম তোক্লবজাৎনি। মাদি গুবাহাটিদা নহাক্কা উনগে খঞ্জবজাৎনিদা। মাগী নীংজবদা মপা ইচা চানরক্লুবদুদা য়ূম য়ৌরকপগা মচা অবুংচাবু কোল্লগা পেন্না কপখি। থৌদোক্তুগী মতুংদা নঙগী পাবুংসু মঙোন্দা বা অমত্তা ঙাংখিদ্রে।

নোংমা মানা মপাবুংদা থম্মোয় শোক্লা ৱাফম অমখক হৌদোরকই। — "বাবা! নচা হন্দক মপোক্কী অমুক হন্না য়ুম পাল্লরোই। ঐগী লেমহৌরিবা পূন্সিসে কনা লৈজদ্রবা তোল্ল-তারবা অঙাংশিংগী মহৈ তমফম স্কুল অমা লিংখৎলগা মদু শেন্নদুনা লৈরগে! মদু বাবানা অমুক্তা য়ানবা শীনবীয়ু।" মচাগী ৱাদু তারগা নঙগী পাবুংসু য়ানীংলমাল্লে। নোংঙানবগা লমশাংগী ফৌথোক কয়া লৈতবা লৌফমদু য়েংবা চৎলি। অদুদগী ঙসি ফাওবা মফমদুদা শেমগৎখিবা স্কুলদুদা লৈরক্লবনি। চহী মঙারোম হায়রক্লেদনা। "ইচানা লমশাং চৎলগা মাগা উনরবদি মাদি হরাওমন্দুনা লুতোন শাৎলগনি। অমুক্তং চৎলগা য়েংবীরম্মুদনা!"

লম্হোনিগী ৱারীদা রোমেন পুরা ওইনা মশাদু মুন্নে। শ্বর অশাঙবা অমা হোন্দোক্লগা — "ইমা! ঐনা খল্লুবগা মানা তৌরম্লিবসিগা ওম্থোক্লা থীনা খেন্নরম্নে।"

রোমেনগী ৱাখলদা বৃন্দাবু অমুক্কা হেন্না নুংশিরক্লে। অবুংচাবু মথানুংদা চেৎনা কোন্নীংলকই।

— "ইমা! ঐহাক লমশাংদা বৃন্দাগী মনাক্তা চৎলুখিগে?"

লম্হোনিনা খুম্লকই — "ঙাইখো ইবুংঙো! ঙসি অহীংসি ঐখোয়গীসিদা লৈরগা হয়েং অয়ুক ওইনা ইমাগা পুন্না চৎমিন্নবনা ফরোইদ্রা? নঙগী পাবুং হল্লক্লগা উনরগা ৱারী খরসু শান্নবা!"

ৱারীদগী খরা থৈদোক্লগা — "ইমা! ঐদি ইকাওবু কাউরুবে, কান্তবু কমদৌরিবগে?"

— "মহাক হায়স্কুলগী ওজা মচা অমা ওইরে। মাসু হল্লক্লনি। কুমসি মাবু লুহোংবীরসিরা হায়দুনা নুপী অমা হায়নবা লোইরে।"

— "ফরেদা! মতম হায়বসি করিসু খঙহৌদে। অদু, ইমা! ঐ বৃন্দাগী মনাক্তা চৎলুখিগে?"

মানা ইপা-পাখৎপগুম তৌবদুদা লম্হোনি — "হোয় হোয়" হায়রগা লৈহৌরে। রোমেন্না বৃন্দাগা য়াম্না উননীংবা মানবদুদা কন্না খামনীংদ্রমাক্লে, চৎখ্রনু হায়না খামদ্রে।

রোমেন ইয়ারবেগতু য়াল্লগা অমুক থোরক্লে। লম্থোনিসু ৱাখল খরা নুংঙাইনা রোমেন্না বৃন্দাগী মনাক্তা চৎলবদি অহীংসি মাগীদা শোয়দনা লৈরগনি, অদুদি মচাগী নীংবা খরদি থুংজরনি খল্লগা মতোমতা মোমোন নোকই। মখা তানা মানা খলহৌরিবনা চহী খরগী মমাঙদা মখোয় অনী গুৱাহাটিদা মতৈ-মনাও ওইনা কা অমদা পুন্না চামিন্নদুনা লৈমিন্নরম্বনিনা অমুক পুনশিন্নবদা করিবু কায়বগে অসিনি।

রোমেনদি বৃন্দাগী মনাক্তা চৎকে থোরক্লগা তরঙ অমনা বৃন্দা উরগা বৃন্দানা করি খনগনি, মাগা অশুক কুইনা কায়নদুনা লৈরগা করম্না খঙহৌদনা মনাক্তা লাক্লগা কা অমদা মাগা ৱারী শানগনি। মমান্নবীশিংদা ঐবু মানা কনানি হায়না শক তাক্কনি। মখোয়নদি মাবু রতনগী নুপীনি, খায়নবীরবনি খল্লমগনি; মচাসু লৈরবা ঐবুদি মাগা ঙাংনবা, মরক্তা লৈবা ওক্তবা নুপা অমা ওইনা উদনিঙাই মরম লৈতে। ঐ মা উনবা শুকয়া য়াদে। মাবু মীনা অমুক্কা থীনা ঙাংনবীরবদি মাগী আশা লোইনা কায়গনি। মাগী পান্দমসিদি য়াম্না ফৈ, অদুবু ঐনা মরম ওইদুনা মাগী অশুক ফজখ্রবা পান্দমদুদা অয়েৎপা, ফজদবা থোক্তুনা কায়থরক্লবদি মদু পূন্নমক্তু ঐনা থোকহন্নবনি হায়দনিঙাই মরম লৈতে। ঐ মাগী পোৎশিংসি কনানো অমদা শিন্নরম্লগা মাগা উন্নদনা হনখিবনা হেন্না চুমগনি।"

অসুম ৱাখল অমদা উংলগা থোরকপনা থুম্বুথোং অমুক য়ৌরে। অমুক খল্লকই — "ও ! করিগুম্বা ঐনা অহীংদুদা বৃন্দাবু মখুৎ পায়দুনা খান্নমদ্রবা মা শোয়দনা ইম্ফাল তুরেলসিদা চোংথদুনা থৱায় মাঙলম্বসু য়াইকো ! ঐনা ফাদুনা খাম্বদা মানা ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা নুংশিরবী মাগী মখুত্তুনা ওইনদুনা ফুরকখিবদু নুংশিরকইদা"। থোংদুগী মপান্দা লেপ্পগা ঈচেলদু ঙাইহাক্তুং য়েংদুনা লৈ। মখা তানা খল্লুরি — "ফরে হন্দক্কী মপোকসি ঐগী পুক্সিসে নঙগীদমক কৎথোক্লগে" হায়রুবদা মানা কপ্পা তোক্লগা ঐগী ইতুং ইন্দুনা গুৱাহাটি ফাওবা চৎমিন্নরগা চহী অনীরোম কয়াদা ৱানা লেনমিন্নখিবা। ঙসিনা অমুক ঐখোয় অনী কায়নরগা উনবা ফংদবগী অৱাবনা থম্মোয় মৈচাক ওইররবা !" লান্নীংদ-লান্নীংদা থোংদু লাম্থোক্লগা তুং হন্না-হন্না য়েংলগা লাকই। অরাকপা কেন্টব অমা তোংলগা লাকপনা বজার য়ৌর। বজার য়ৌরগা মানা লৈগদবা হোটেলদা চঙলগা অহীংদু পোৎথারে।

হোটেলদা অহীংদু থনবা য়াবা খল্লবা তুংদা মহাক হয়েং অয়ুক বৃন্দাগী মনাক্তা চৎলগা মশক উনরমদনা মাগী ইয়ারবেগসিদং শিন্নরম্লগা গুৱাহাটিদা য়াম্না থুনা হল্লগে খল্লে। অহীং অথেঙবদা চিঠি অমখক ইরে। অদুগী তুংদা রোমেন তুমখ্রে।

নোংঙাল্লে। পূং তরাদা থাগদবা বসকী টিকেৎ অমা হান্না কক্লুরে। অদুগী তুংদা লমশাং চেনবা কেন্টর তোংলগা লাকপনা লমশাং বজার য়ৌরে। কেন্টরদগী কুমথবগা দুকান অমদা লমশাংদা লৈবা চিলড্রেন হোম কদাইদনো হংই। দুকান ফম্বা নুপাদুনা থোরক্লগা খুদোম্বী থিন্দুনা চিলড্রেন হোম তাকই। রোমেন্না ঙাইহাক খঞ্জানরিঙৈদা চিলড্রেন হোমগী চৌকিদার মেধা পোৎ লৈবা থোরকই। নুপাদুনা রোমেনবু অমুক কৌশিল্লগা মেধাগা চঙমিন্নখিনবা হায়। রোমেন মানা নীংলম্বদু মপা চানরুবদুদা নুংঙাইবা ফাওই। মেধানা মানা লৈগে থোরকপা পোত্তু লৈবা লোইরগা অমুক হনগে তৌরকপদা রোমেন্না মেধাদা হায়বকই — "কবিগুম্বা অমত্তা হংজগে।"

মেধাসু — "কবি ওইবীরবনো" খুম্মী।

— "ঐহাক গুৱাহাটিদগী লাকচবনি। ওজা বৃন্দাগী পোৎ অমখক থিল্লকপনি। ঐনা পুজরক্লিবা ইয়ারবেগসে মাগীনি। য়াবগদি ইয়ারবেগসিগা চিঠি সিমত্তংগা, ইচে হেক্তা কৌজরগে, ইচেনা খবা মাগী মফমদা শিন্নবীরবদি য়াম্না নুংঙাইজগনি।"

— "য়ানি, য়ানি, ইবুংঙো, ঐ পুশিঞ্জখ্রগে ?"

— "য়াম্না নুংঙাইজরে। ঐ মাগী মনাক্তা চঙনীংবনি অদুবু গুৱাহাটি চৎকদবা বস থাবা নংহৌররোইদ্রা খনবদগী চঙলম্বা ঙমদবনি হায়না মঙোন্দা খরা হায়বীরো !" ৱাহৈদু হায়বগা লোয়ননা মেধাদা মানা পুরকপা ইয়ারবেগতু শিন্নরে। মথংদা চিঠি য়াওবা ইনভেলপতু অমুক পীরে।

পোৎ শিন্নবা লোইরগা — "ঐ অমুক হঞ্জরগে" হায়রল্লগা ইম্ফাল চেনবা কেন্টর অমা লাকপদুদা অদুম কাখৎখ্রে।

কেন্টরগী থোঙনাওদগী লাপ্তক্না বৃন্দানা চলাইরিবা চিলদ্রেন হোমদু উবদা রোমেন্না শল্লকই — "মাসু নীংবা কায়বা অমনা লাইনীং ওইরগা অসিগুম্বা সমাজসিদা তোল্ল-তারবা পিক্লিবা অঙাংশিংগী লমজিং মৈরা পীবা য়াবা স্কুল অমদি লিংখৎপা ঙম্লবা। অদুবু ঐদি ঙসি ফাওবদা হিংলম্মী হায়বগী অর্থ থোকপা য়াবা করিমত্তা তৌবা ঙমদ্রি। ঐসু মঙোন্দগী পড়া অসি তম্লগা গুৱাহাটিদা ইপু নোয়োনগী মিংদা ধর্মশালা অমদি লিংখৎলম্বা চুম্মী। ঐ ৱাখলসিদা মীৎয়েং থম্লগা হোৎনরুদবা যাদ্রে। ও! অবুংচাদুবু মানা চলাইবা স্কুলসিদা তম্লিগদ্রা? মাগী মপাগী মমিংদুবু রতনগী মমিং ইরমগদ্রা নৎত্রগা ঐগী মিং ইরমগদ্রা? মাগী ষষ্ঠি পূজাশোনবা মতমদদি ঐগী য়ুম্নাক অমদি গোত্রদা শোনখিবনি"।

উনীংবা বৃন্দাগী মশক উগদবা খজিক্তা ঙায়রবা মতমদা অশুক লাপ্না উনীংবগী ঈখৌলাংবনা হেঞ্জিল্লকপদগী মফমসি য়ৌরক্লগা রোমেনগী মশাদা খংশোন অমুক শোঙ্করকখি। তশেংনা মহাক বৃন্দাগী ইজৎকী মতাংগী খল্লুবদা য়াম্না নীংহন্নরকখি। অউবা সমাজনা ঙাংনহৌগদবা কয়াদু খঞ্জিল্লুরগা মহাক বৃন্দাগী মনাক য়ৌরমদনা অমুক হল্লক্লে। অসিগুম্বা ৱাখল ময়ামসি করিমত্তা খন্দনা প্রপ-প্রপ চঙশিল্লগা বৃন্দাগা উনরম্বদা মী কনানসু খঙগদবা নত্তে। মানা লাক্লিবসিসু বৃন্দাগা মচাগা উননীংবদগীনি। খঙদে, মশুং লাংগী মী ফাওবা হাৎপা ঙমখ্রবা রোমেন্না রতনগী ময়ুমদা লৈখিবসু নত্তবা, মাবু উবদা বৃন্দানসু পৃথিবীদা মানা খ্বাইদগী পামজবা অমদি নুংশিজবা মীশক অমা থুংলবগী হরাউ-নুংঙাইজগদবা পূম্নমক্তু অরেম্বদা তাহল্লম্লে। লাপথোক্লখ্রবা থম্মোয়গী অকিবনা লাঙ্গোয় চনখিবনা রোমেন নীংবা কায়না গুৱাহাটিদা অমুক হনখ্রেদো।

# তরানীথোইশুবা

বৃন্দানা মচা বোবিনবু অযুক্কী ব্রেক ফাস্ট পীজবা লোইবগা মফি-মবোল শেৎপীবে। অযুক্কী ক্লাস যাওহন্নবা মাগী ক্লাসকী কা তানা থিল্লকই। মচাবু কাদা থাজিল্লুবা হল্লকপদা মেধানা ইযাববেগ অমা মকোক্তা থোঙ্গৎলগা পুবক্লিবদু হেক উবে।

— "কবিনো ইচে মেধা? লংফৈদগী হল্লকপগুম তৌবক্লিবদুবো? কনাগী পোৎনো অদুবো?"

— "মেদামগীনে।"

— 'হা। হাযবিসিবু কনানা পীবকপনো?"

— "লমশাং বজাবদা নুপা অমনা পীবম্বনি, মহাক গুবাহাটিদগী লাকপনি হায। মেদাম্বু উননীংবনিসু হায, অদুদা বস থাবগী মতম খুযৌনখিবনা চঙলম্বা ঙম্লরোই, পোৎসিগা চিঠিসিগা মেদামদা খবা শিন্নবীযু হাযবল্লগা কেন্টব অমদা যাম্না থুনা কাখৎলগা তোংদুনা চৎখ্রে।"

—"হা। গুবাহাটিদগীনি হাযবা, মমিংদি হংহৌব্রা ইচে?"

— "হংহৌদ্রে মেদাম।"

— "ঐবু তান্নবা ফংখিগদ্রা?"

— "থাজদ্রেবো মেদাম, মা চৎলমগদবা মাল্লে।"

— "অস। নুপাদো মহাক শোযদনা ওইবমগনি ইচে।"

— "কনানো মেদাম্না মহাক হাযবীবিবদুবো?"

— "নঙনা খঙলবোই ইচে।"

মেধাসু বৃন্দানা তাক্লীংদ্রবদুর্দদি মখা অমুক তাকদ্রে।

বৃন্দানা ইনভেলপ্তু হাংদোক্লগা যাম্না খঙনীংনা চিঠিদু পাবা হৌই।

'বৃন্দা। নঙ নুংঙাইবিদনা? ঐহাক নঙগী বাবী লোইনা নখোযগী ইমানা তম্বদগী তাবে। ঐ ঙবাং নখোযগী যুমদা চৎলুই। নখোযগী ইমাগা যাম্না কুইনা ফমদুনা ব্রাবী শানবকখি। ঐনা চিঠিসি ঙবাং অহীং ইবনি। অদু, পুন্সি হাযবসি কনানসু তম্বা ঙম্বা নত্তে।

ঐনা খল্লুবগা নহাক্লা তৌরম্লিবসিগা অনীসি য়াম্না চাউনা তাইওন্নরম্লে। নহাক্লা হৌজিক চঙশিল্লম্লিবা থৌরাংসি ঐসু য়াম্না পাম্মী। তুংদা মতেং পাংবা ঙম্বা য়েংগে। অদু, মতম শাংনা মপু য়াওদনা লমহাঙ ওইদুনা লৈরক্লবা নখোয়গী মখা থংবগী ইংখোলসে কান্নগদবা লৈরবদি নংঙোন্দা শিন্নবগে খল্লি। দরকার লৈরবদি ঐনা মথংগী থোরকপদা নহাক্কী নমিংদা দিৎ অমা ইহল্লগা নমা ওম্থোক্লসি। ঐনা মণিপুরদা অমুক হল্লক্তুনা ইংখোলসিদা লৈরবগী আশা খরা লাপ্পা লৈগদবা মাল্লে। ইংখোলসি য়োম্থোক্লগা নহাক্লা চঙশিল্লিবা থবক্তু খরগা হেন্না চাউথোক্লবা হোৎনহন্নীংই।

নহাক্লা ঐগী নহাক চৎখ্রবা মতুংগী গুৱাহাটিদা লেনখিবা পূন্সিদো খঙব্রা খঙদব্রা হায়বদুমদি ঐ খঙদ্রে। অদুবু ঐ ৱারীদো লীররোই, লীবা তারবসু মথং অমুক লাকপদা ওইনা লীররগে॰ ঐনা মণিপুবদা লাক্লম্বসি তশেংনা নহাক অমদি অবুংচাগী মশক উনীংবদগী লাকখিবনি। অদুবু ঐনা গুবাহাটিদগী খল্লকখিবদুগা নহাক্লা মণিপুরদা ওইবম্লিবসিগা ওম্থোক্লা লাপ্নরম্বদগী ঐ নহাক্কী ননাক য়ৌবা ঙমদনা হনবা তাখি।

লোইরগে, ইনীংবদি কোঙ্গাইনি, অদুবু ঐ ইবা ঙমদ্রে। নঙনা লুনা তৌজবী, মানসু নঙবু মচেদা মচেগুম খঞ্জবী বালাদো ঙসিদি লৈশাবী মপুং ফাদুনা বী এ লোইরে। ঐদি মাবু তুংলোমদগী উবদদি নঙনা মহৌশা ইবানি লৈমিন্নরিঙৈদা নতুং ওম্থোক্লগা চৎপদু নীংশিংলক্তুনা নহাক ওইববোই খনবসু য়াওখ্রবনি। মহাক লুহোংগদৌরে।

নহাক্কী থায়নগী মরুপ!

চিঠি পাবা লোইরে। বোমেনগী অরোইবা বাহৈ পরেং "মহাক লুহোংগদৌরে" হায়বদুনা বৃন্দাগী থম্মোয়দা দং লাউনা পানবগুম তৌখ্রে। মহাক মমীৎ তন্দন পাইবগুম তৌরকই। চিঠিদু পারম্বদগী থাদরম্লগা ফমুংদা লোংনা হিপথখ্রে। মেধানা ঈশিং গিলাস অমা পুবক্লগা বৃন্দাগী মকোক্তা পোপ-পোপ থাই। বৃন্দাগী মীৎলুদু পিরাংতনা পূমথুম থুমহৎখ্রে। রোমেনগী নুংশি ৱাখলদা ইনখৎলকপী লৈশাবী অমগা চপ মান্নখ্রে। মহাক স্কুলগী ৱাকা ঙাইহাক্কী ওইনা পূমকাউ কাউখ্রে।

ঙাইহাক উইথরুরবা তুংদা কোক ঙাওবা খরা ফরদুনা ঈশিং গিলাস অমা থকই। খল্লরোই হায়বা ৱাখলদুনা হেন্না মাবু ওৎপা হেঞ্জিল্লক্তুনা বৃন্দা মেধানা ঙসাই থাংজিল্লকপা ইয়ারবেগতু চেন চিংলগা হাংদোক্তুনা করি-করি য়াওবনো য়েংবা হৌরকই। মানা চিঠিগী ৱারোল পারুবদা খঙহৌদনা মকোক ঙাওরকপগী মরমদি রোমেন বালাগা লুহোংগদৌরব্রা হায়বসিদনি। মরমদি বালাগা রোমেনগা য়ুম অমত্তদা মতম শাংনা লৈমিন্নরক্লবনিনা মখোয়

অনীগী মরী হেন্না নকশিন্নরম্লগনি হায়না খল্লুবদগীনি। রোমেন্না মানা শেৎলম চারম্বা পোৎ লোইনা থিন্নীংলক্লিবা অমদি থিল্লক্লিবগী মরমসু মদুননি। অদুগা মানা মশা চঙলক্কুনা ঐগা উনবা ঙমদ্রিবসিনা তাকপদি রোমেন বালাগা লুহোংবা শোয়দ্রে হায়বনি।

ৱাখল খন্না-খন্না পোৎ লৌথোকপা হৌবকই। বৃন্দানা ইহান হানবদা চহী তরুক্কী মমাঙদা রোমেনগা মাগা কাযনরমদাই নকশিল্লক্রবা মতমদা নোংমা বৃন্দাগী অপোকপা অমদি অপোকপী অনী গুৱাহাটিদা লাক্রম্বদা চাক চাদনা হুনখিবগী ৱাহৌদগী মখোয় অনী নিঙাই খরা তৌনদুনা শাওনবদগী চাক চাদনা তূম্নখিবা মতমদা রোমেন্না মিকপ থোরক্লগা বৃন্দাবু অথেঙবা অহীংদা হৌদোক্লগা মখোয় অনী পূন্না চাক অমুক চামিন্নখিবা, মদুগী মথংগী নুমিত্তা রোমেন্না লৈরকখিবা পাক্লবা মমানা মচাবু নুংশিনা খোম পীথকপগী লাইদু য়াওরম্লে। বৃন্দাগী মীৎমাঙদা মহৌশাগী থৌদোক্তু ঙসিদা থোকপগুম লাইদু উবদা ফন্ন চোংথোরক্লে। মীৎলুগী পিবাংসু থিংবা ঙমদে, থম্মোয় মনুংগী নুংঙোনবা ৱাখলসু কোকউ য়াদে।

কোনশিল্লুববা লাইদু তিংথোক্লগা মেধাদা পীরগা ফক্লাংদা নীংথিনা থেৎনবা শিন্নরে। মথংদা মচা বোবিন্না পিক্লিঙৈদা শেৎলম্বা মখোয় অনীগী কা মনুংদা কায়নবগী নুমিত্তা ফিয়ানখোক্তা য়াল্লগা থনম্বা ফুরীৎ খোঙগ্রাও মচাদু উবদা অমুক্কা হেন্না থম্মোয নৌথোরকই। থৌদোক্তু ঙসিতমক থোকপগুম খল্লকই।

ফিরোল মথং-মথং লৌথোকপদা রোমেনগী ফুরীৎ নৎত্রগা খোঙগ্রাও অমনবা অমত্তসু য়াওরক্তে। মখা ইথং থংবদা বোমেন্না পায়দবা শানা হাপ্লকপা বৃন্দানা তোয়না মচা মীরোল্লিঙৈদা শেৎখিবা মঞ্জুনববা হঙ্গামপাল মচুগী ফনেক্তু থেংনরে। বৃন্দাসু রোমেন্না ৱানা থবক শুরুরগা তাল্লকপা হুমাংমন্না মাগীদমক গুৱাহাটিগী পান বজারদগী লৈবীখিবা ফনেক্তু উবদা মমাঙগী ৱাবী পূন্নমক মকোক্তগী লোইনা নীংশিংলক্লে। রোমেনগী নুংশিবা পূম্বা হৈজিল্লগা পীবক্লবা বৃন্দাগী ফনেক্তু উবম্বা মতমদা বৃন্দা তশেংনা খাঙবা ঙমদ্রে। মখোল থোক্লা কপথোরক্লে।

মেধাদি বৃন্দানা ইনখৎলকপী নুপীমচা অমগী মতৌ উৎলকপদুদা নুংশিবা কায়নবগীদমক হু থকপা ঙম্বগী মতাংদু থোক্লগদ্রা হায়নবু পাখৎলকই। করিনো মেদাম্না ঙসি তৌরিবসিবো খল্লি। স্কুলদদি অয়ুক্কী স্কুল ছুটি থাদুনা নুংথিলগী অমুক কান্নবা হৌরক্লে। ফিশিংদু মথং-মথং লৌথোক্লম্বদগী বৃন্দা মশা মতোমতা মৈচাক খাঙবা ৱারক্তুনা মেধাদা হায়রকই — "ইচে! ঐ য়াম্না চোকথরে, ফার্মাসিদগী য়াম্না থুনা তূম্নবা গুলি অমখক্তা লৈবীরুচো!" ৱাহৈদু হায়রম্লগা বৃন্দা ফমুং চঙখ্রে। মেধানা তূম্নবা হিদাক লৈরুৱগা চাহল্লগা তূমখিবদু ফন্ন নীংথিনা তুমখ্রমাল্লে।

বৃন্দানা হৌগৎলকপা মতমদদি নুংথিলগী পুং অহুল্লোম তারম্লে। ফি ফৌনবা তিংলিবা থৌরীদুদা য়াল্লিবা ফিশিংদু মতম অমদা বৃন্দানা যাম্না তোয়না শেৎলম ইল্লম্বা ফি ঙাক্তনি। ফিশিংদু অয়াম্বনা রোমেন্না লৈবীখিবা ঙাক্তনি। মদু মেধানা ফৌদোকপিবনি। নুংশাদা ফৌরিবা ফিশিংদুদগী থক্তোরকপা মমিদুনসু পুল্লপ উরবনিনা অমমমতা ইয়ারবেগতগী লৌথোকপদা ফাওগদবা অৱাবগী শরুক্তগী খরদি হম্ভবগুম তৌরে। বৃন্দাগী ৱাখলদা উরিবা ফিশিংদুগী মরক্তা অৱাৎপা খরা লৈহৌরমগদবা মাল্লি। বৃন্দা চঙলক্তুনা ইয়ারবেক্তুগী মনুংদা য়েংই।

ওহোকপনিদা! রোমেন্না বৃন্দাবু নুংশিজবসে বৃন্দাগী মতু তুবুম নাম্মা ফাওবা তৎহন্নীংখিদবোইরে। হৌজিক ফাওবসিদা মানা বৃন্দাগী মফমদা উৎলকপা ৱাখলগী পারিং খুদিংমক বৃন্দানসু অমত্তা য়ানীংদবা য়াওদ্রি। বৃন্দানা চিংনজবদু কোক্লবা মানা শীজিন্নরম্বা ফি-রোল মরকসিদা বীনোদ দাশনা শেগায়বীখিবা ৱা অমদি লৈমচুগী ৱাউজদুসু য়াওরম্লে। মেধানদি মদুদি শেগায়রবনিনা কান্নদ্রবনি খন্দুনা হুন্দোকখিবদি হেক নুংঙাইতদুনা ইয়ারবেগকী কাচিন্দা নমশিন্দুনা থম্লম্বনি। বৃন্দাগী পুক্লিংনদি মদু শোয়দনা য়াওরম্বা য়াই খন্না থিরকপনি। মদু উবদনা অমুক্কা হেন্না কপ্নিংহল্লে। রোমেন্নসু বৃন্দানা মদু উরগা ফাওরক্কদবা হৌখ্রবা মতমগী থৌদোক্তুবু অমুক নীংশিংনবা হাপ্লকপা ওইরম্বসু য়াবিবনি। মখোয় অনীগী পুক্লিংগী ৱাহং থম্মোয়গী পাউখুমসু ইমান-ইমান মান্নবগুম তৌরি অমনা চল্লকপা পাউখোঙ অমনা লায়না ফোঙলি। নুংশিবা অনীগী থম্মোয় অনীগী তাৎসে কয়াদা মগুণ লৈনা শান্নরিবা!

বৃন্দানা মতোমতা থম্মোয়দা হংজরকই — "তারোমেন! অশুক নুংশিজবা অশুক পাম্মুজবা নঙনা ইনাক য়ৌনসু লাক্লমগা করিগী ঐবু উনরমদনা হনখিবনো? নঙনা ঐবু ৱাহন্নবা পুরক্লগা ইনাক্তা থম্লম্লিবা ফিরোলশিংসিগী মরক্তা নঙনা শেৎলম্বা নৎত্রগা লীৎলম্বা ফি অমত্তং য়াওহল্লক্তবসিবু করিগীনো? ঐনদি মদুবু নুংশিনা ইনাক্তা নঙনি খল্লগা থম্নীংলি। নঙনা ফিশিংসি ঐগী ইনাক্তা থিল্লুগে খনবা মতমদা ফিশিংসি ইয়ারবেগতা হাপচিনবা মতমদা নঙবু কপখিদব্রনে পাম্মুবা? ঐখোয় অনীগী মরীসিবু মপোকসিমগী অসুম্না অসুম শক্কা-শক্কা উনদনা তৎনরসি হায়রিব্রনে? মথংগী মপোক অমা ঙাইহবসিবু ঙমগদ্রনে? নঙসু হিংলি, ঐসু হিংলি, অশুক পাম্মুজবা অশুক নুংশিজবা মরীসিবু নঙনা করিসু ওইদনা খনবা ঙম্লবরনে? ফি ময়ামসিগী মরকসিদা নহাক্কী অমত্তং য়াওরম্লবদি ঐনা ফিদু উরগা থম্মোয়গী মৈচাকসে খরদং ওইরবসু কোকচদুনা অৱা পোৎথানরমগদবনি। নঙনা ঐগীদমক লৈবীখিবা অমদি থোনবীখিবা ফি ময়ামসিনা ঐগী পুক্লিংগী হাঙলিবা মফমশিংসে লোইনা মেনশিনবদি ঙমদ্রেনে। নঙগী ফি অমত্তং য়াওরক্লম্লবদি নঙনা ঙসিসু ঐবু নুংশিবীরি খঞ্জনীংবদুমদি ফংদ্রেদকে হে পাম্মুবা! অদুবু নহাক্না ঐবু খঙহন্নীংবা মতাং

অমদা বালা লুহোংগদৌরে হায়বা ৱাহৈদুবুদি ঐনা য়ানীংদবগুম তৌরি। অৱাবা ৱাখল ঙাক্তা খল্লগা পূন্সি লোইবা ঙাইবসিবু নুংঙাইবা কৌবা য়াফম থোকপ্রনে?"

বৃন্দানা ঙসাইদগী খল্লম্বা হৌখ্রবা মতমগী অৱাবা মতাংগী ৱাখলশিংদু মচা রোবিন্না মমাদা অচাপোৎ চাগে হায়না নিঙাই তৌরকপা মতমদদি খরা অমুক কাউখ্রে।

ফি ফৌনবা থৌরীদগী ফিশিংদু মেধানা অমুক লৌশিল্লগা উপু মনুংদা মফম চানা-চানা হাপচিনখ্রে।

নুমিদাংগী চাক-ঈশিং চাবা লোইরগা অয়াম্বা বোর্দিংগী ছাত্র-ছাত্রিশিংসু ঙন্না তূম্নখ্রে। মেধাসু তুমখ্রে। রোবিনবুসু মমানা থেল্লগা তুমহনখ্রে। নুমিদাংগী পুং তরারোম তারকপা মতমদুদা বৃন্দা মতোমতা ফমুংদগী হৌগৎলগা মপান থোরকই। মপাবুংগী পেন্সন ফংবগী অচৌবা শেনফম অমা থাদদুনা শেমগৎচরকপা চিলদ্রেন হোমনি। লৌ পরী অমগী লৌফম অমদা পৈশা চঙনা শেমগৎলকপনিনা য়েংবদা য়াম্না ফজরে। ম্যোন রোদতগী ফুট চনীরোমতমক চঙশিল্লগা চেক্লা নোংপোক-নোংচুপ অমদি মখারোমদা খাবগা চঙবনি। মমায় অৱাং ওল্লগা শাবনিনা জালিগী অহোবদগী চিনদ্রেন হোমগী কম্পাউন্দগী ফজবদু অদুম উবে। লম্বীগী নাক-যেত্তা অশোক্কা পাম্বী পরেং শানা ফুট তরা-তবা কান্নরগা হৌরি। লৈকোলগী কাচিন মবিদা ফজরবা লফু জহাজি পাম্বী মরিখকসু হৌরি। মতম-মতমগী লৈ মচু-মচু কয়াসু লৈখল শুনা শাৎলি। নীংথিনা চেক চল্লগা অকোয়বদু আস্টর তৌদুনা নান্না শেল্লগা ফজবা পুখ্রি মচা অমসু লৈ। নুমিদাংগী মৈঙালদুদা য়েংবদদি কযাদা ফজরিবা। মখাদা ক্লাসরুম ওইরগা মথক্তা বোর্দিং ওইনা শীজিন্নরিবা ফুট চনীরোম শাংবা বিলদিং অদুসু গেৎতগী য়েংবদদি ৱাষি লৈনা ফজে। প্রিনসিপালগী ফমফম কাদা থারিবা টেবল, চৌক্রি কাগী দেকোরেসন অমত্তা ৱাত্তে। বৃন্দানা ফনেক হঙ্গামপালগী ময়েক্লাইবা অমা শেৎ, অঙৌবা মচুগী ফুরীৎ ব্লাউজ অমা লীৎ, মোইরাংফি চনবা ৱাংখৈ ফিগী সারি তংখায় শেৎলগা কাদুগী চৌক্রিদা ফম, খুত্তা কলম পায়, করিগুম্বা খরা ইদুনা লৈরিঙৈদা উবগী মফজদু রোমেন্না উরবদি কয়াগী মতিক পেঞ্জরমগবা! মতম অমদা মহাক্লা গুৱাহাটিগী বেলটোলাগী মৈতৈ লৈকায়দা ওজা ওইরিঙৈ মতমদদি ঙসিগীসিগুম্না অতাঙবা মমল য়াম্বা ফি শেৎখিদবনি।

বৃন্দানা অশুক থৱায় য়াওনা, মশাগী ওইজবা, কল্লক মিহৌবগী ৱাখল পূন্নমক থাদোক্লগা চঙশিল্লক্লিবা থৌরাংসিমকসু রোমেন্দা মাগী ৱাখলগী থৌরাংদু উৎচনীংবা অমদি খঙহঞ্জনীংবদগী তৌবনি। অদুবু রোমেন্না লমশাং বজার য়ৌনা লাক্লম্লগা মাগী অনীঙবা অমদি অপাম্বদু ফংগদবা খজিক্তং ঙায়রবা কান্দা চঙলমদনা হনখিবসিনা বৃন্দাবু অমুক্কসু হেন্না নীঙবা কায়হনবীরম্লে। চহী মতাংসিদসু মানা ঐবু নুংশিবগী তাৎ তৌদুনা

মখা তানা ৱাহল্লিবা হায়বদুরা ? ঈশ্বরমক্লা নৎত্রগা নীঙজবা লাই অমনা পেনবীনবগীদমক মী কয়ানা নুংত্তিগী লেপ্তুনা পূজা কৎনরি। কনাগুম্বা থম্মোয় শেংনা নীংজবা মহাক অদুবু ঈশ্বর অদুনা পেনবীদুনা হকথেংননা লেঙবীরক্তুনা ৱারী শাবীরম্বা অমদি বর পীবীরম্বগী ৱারী কয়া তাখ্রে। বৃন্দানা নীংজরিবসিসু ঈশ্বর অমনা পেনবীনবা থৌরাংমক ওইদ্রগসু রোমেন্না পেনবীনবা অমদি মাবু অমুক্তং উননবদি শীঞ্জরিবনি। মহৌশাগী নরুরম্বা মরীদুমক্লা মতম খবা কায়নরুরবসু করিগুম্বা মানা লাকপা থোক্লবদি মাগী থৌরাংসিবু শোয়দনা রোমেন্না থাগৎপীরগনি খঞ্জরিবনি। অদুবু লাক্তি লাক্লম্নগা মনাক্তদি চঙবীরমদ্রে। করম্বা মাগী নীঙজবদা অকায়বা, নাপনগী ৱাখল য়াওখ্রবা চিংনজৈ।

মানা অসুক চাউবা পান্দম অমগী মখাদা শরিবা চাউরবা স্কুলগী য়ুমসিদা রোমেনগী বেদ রুম, বাথরুম টোইলেৎ নীঙথিনা শেম্লগা লুনা-নান্না থমজরিবনি। কনা অমত্তা চঙহন্দনা রোমেনগী ফমুংগী লুখুমগী ফক্লাংদা রোমেনগী ফোটো অমা থেৎলগা পূজা তৌজরিবনি। মদু মী কনা অমগী মফমদা ফোঙদোক্রবসু বৃন্দাগী থম্মোয় মনুংদদি রোমেনবু থম্মোয় শেংনা নীংজবদুগী মমি তারি। অতোপ্পা মী চঙবা য়াদবদুদা কনাগী কানো হংনবা কয়া য়াওখ্রবনি। নোংমা নৎত্রগা নোংমদি রোমেন্না মাবু উনবা লাকপা থোক্লবদি কাদুগী নাল্লবা ফমুংদুদা হিপহনগে খঞ্জরিবনি।

থেঙলবা অহীংসিদা কাদুগী থোঙদু শো হাংদোক্লগা মৈ থানগত্তুনা পাম্মুনা য়েংজৈ। "ও ! পাম্মুবা মানা অমুক্তং মফমসি য়ৌনা চঙলম্লবদি ঐগী নীঙজবসি শোয়দনা মপুং ফারমগদবনিদকো ! করম্বা লাই অমনা লম্বীদা থৎলগা মানা ঐবু উনগে খন্না লাক্তুনা ইনাক য়ৌরমদাইদা অমুক হলহনবীখ্রবা ! করিগীনো ঐগী লাইবকসিবো অশুক থীনা তম্লক্লিবসিবো ? ঐবু অসুক তাঙনা ফংবা তাইবংগী মপোকসিদা নীঙবা থুংদনা অসুন্না অসুম পূম্নিসে লোইখিবা তারব্রা ?"

থৱান থাদা লৈপাক প্রজা অয়াম্বনা লেপ্তুনা হৈথদুনা চুরিবা নোংবু হাংহন্নীংলবসু নোং মানদি লেপ্পা লৈতনা চুবগুম বৃন্দাগী মীৎলু নাপোম অনীদুসু পিরাংগী নোং লেপহনবা ৱানা থোক্লে। হিক্লা-হিক্লা কপ্লগা ফমুং মমাঙদা থারিবা মোরাদুদা ফম্লগা ফমুংদুদা মকোক্লা ঙাথরগা রোমেনগী ফোটোদু খুৎনা লাম্লগা পায়রি। পিরাংদু ফমুং মথক্তা লেপ্তুনা চেম্বুরকপনা পি তাবা মপাদুদি পূমচোৎ চোৎলে।

অমুকসু খল্লকই — "নুমিত্তু বাবাগা রতনগা গুৱাহাটিদা ঐবু লৌবা লাক্লমদ্রবদি ঐ ঙসি ফাওবা তারোমেনগা পূন্না কা মচাদুদা লৈমিন্নরমগদবনিকো ! মদুনা হেন্নদুম নুংঙাইরম্লোইদ্রা ? তারোমেন্না ফজবী কোল্লগা কারদগী কুমথরগা ইমুং চঙমিন্নখিবদা ঐনা খাঙবা ঙমখিদবা মতাঙদু নীংশিংলকইদা ! থকপা ফংদ্রবসু তরু-তরু লূবা ঈশিংগী

ঈপাক অমনা ইনাক্তা নক্না লৈবনিনা অউবনদি ঈশিংদু নুংতিগী ঐখোয় অনীনা শোয়দনা থক্রমগনি খনখিবনি। থকখিদ্রবসু ঈশিংদুগী মনাক্তা লৈরিঙৈদো ফাওখিবা পূক্লিংগী ইথিলদুদি ঙসিদি ফংদ্রেদকো! ফজবীনা তারোমেনগী ফমুংদা তূমগদবগী হোৎনরকপদা ঐনা ব্রাজখিবদুসু ঐ কাউদ্রি। মদুসু তারোমেন্না ঐবু বাবাগা রতনগনা লৌবা লাক্কদবা লৈবনা ঐনা মাবু শাওননবা মরম থিরকপদা শান্নখিবা রোলনি হায়বা ঙসিদি ঐ ভাব তারে।

অদুক কল্লকচখিবা তারোমেনগী মনাক্তা হৌজিক্লা অমুক বালানা তারোমেনবু মাগী ওইদুনা নাপন তৌনা লোয়নদুনা লৈমিন্নখিবা তারবা! অদুবু তারোমেনমক্লা বালাবু লৌগনি হায়বদি ঐ থাজবা ঙমদে। মদু ওইবা য়ারোই। তারোমেন নঙনা চিঠিসিদা ইরল্লিবসি ঐ থাজবা ঙমদে। নঙনা ঐবু নঙগী ব্রাখলদগী লাপথোক্লবা হোৎনবা শোয়দনা ওইগনি। ঋতুগী খোঙচৎকী অহোংবা লাকপা খুদিংগী অইং-অশাসু অওনবা লাকই। ঐগী ব্রাখলনদি নঙনা ইনাক্তা লৈবগুম খঞ্জরি। বসন্ত চঙলকপা মতমসিদা নঙগী খুদাং পায়দুনা বারুনি চীংগী অঙম্বা লম্বীদা কামিন্নখিবদু ঙসিসু কাউদ্রিনে পাম্মুবা! চীংদা লম্মৈ চাকপা উরবসু, গুৱাহাটিদা বোম পোকখায়বগী পাউ তারবসু নঙবু করম তৌরিগবা হেক্তা খল্লকই।"

বাখল অসুম খল্লম্বদগী বৃন্দা মোরাদা ফম্না-ফম্না রোমেনগী ফমুংনি খঞ্জরিবা ফমুংদুদা ঙাথরগা পিরাংনা মোনখাঙনবগা অদুম তূমথোকখ্রে। মমঙদা তাইবংদা খনখিবা ব্রাখলদুনা থৈদোকপা ঙমদ্রমাল্লে। গুৱাহাটিদা ঙসাই অয়ুক হনখ্রবা বোমেন্দু বৃন্দাগী মমাগা লোয়ননা মারুটি কার অমদা চিলদ্রেন হোমগী গেটতা খাম্লগা চঙলকপা উরে। মানা নীংজবগুম মাগী চিলদ্রেন হোমগী কম্পাউন্দু কোয়না-কোয়না চত্তুনা য়েংলিবদু উরগা বৃন্দা হরাউবনা মথুম-মবাঙ হৌজে। বৃন্দা মশানা শেৎলি-ইল্লিবা ফজখ্রবা ফিজোলদু বোমেন্না উরগা ফজদে হায়রক্কদ্রা খন্দুনা ইমুংদা চঙশিল্লগা দ্রেশিং টেবলদা মিংশেল য়েংই। শমজেৎ পায়রগা মশম হাৎকে তৌকই। অঙকপদি মানা য়েংলিবা মিংশেলদুদা তারিবা মাগী মমিদু ওন্নবা নুপী অমগী মমি ওইনা তারম্বদুনি। খদাঙগী চা মচেত্তুসু মমিদুদা য়াওদ্রে। মদুদা চিংনদুনা মতুংদা মী অমা লেপ্লিব্রা হায়না য়েংই। অদুবু কনাসু লৈবমদে। ফদি অমা পায়রগা মিংশেলদু শেংনা অমুক তৈথোকই। অদুবু তারিবা মমিদুদি হোংদ্রে। নুপীদুনা শেৎলিবা ফি-রোলদুদি মহৌশা বৃন্দানা গুৱাহাটিদা লৈরিঙৈদো শেৎলম্বা ঙসাই রোমেন্না পুরকপদা য়াওরকপা ফিদু ওইনা উরে। বৃন্দা নুপীদুবু রোমেনগী নুপী ওইরবোই নীঙলুরে। অশাউবনা হেঞ্জিল্লক্তুনা মনাক্তা লৈরম্বা স্টিলগী গিলাস অমা পায়রগা মিংশেলদা থোম্বদা মিংশেলদু কায়রে। মিংশেল কায়বগী মচেৎ অমনা থক্তোরক্তুনা বৃন্দাগী নাল্লবা খজাইদা য়ুংলগা লৈখ্রে। নামন্দুনা 'ইমা' হায়না মখোল হৌনা কৌরকপদা বৃন্দা মিকপ থোক্লে।

হৌজিক্তা মঙখিবা মঙদুনা বৃন্দা মঙদা মিংশেল মচেৎনা পানখিবা খজাইদা নাম্লগা য়েংলুই। চৈনাদুদি তাইবংদসু ফাওবগুম তৌরি। খজাইদদি করিসু তৌরমদে। অদুবু থম্মোয় মনুংদদি মিংশেল মচেৎনা য়ুংবগী চৈনাদগী হেন্না নাবা চৈনা অমা ফাওবগুম তৌরে। মহাক্কী ৱাখলদা রোমেন বালাগা লুহোংগদৌরে হায়বসি চুম্লব্রা হায়না কন্না চিংনরকই। তশেংনা চিংনবা অমা পোক্লকপদগী মিংশেলদা মমায়দু য়েংই। কপ্লবগী পোম্বনা মমায়দু য়েংবা নুংঙাইত্রে। মমীৎ অনীদু ঙাংশং ঙাংলে। খদাঙ মখাগী চা মচেত্তুদি ঙসিসু ফজবা করিমত্তা হন্থদ্রি।

বৃন্দা মাগী ওইবা অকনবা ঙাক্লৌ ওইগদবা নুপা অমত্তসু য়াওদনা চহী তরেৎকী মচানুপা অমগা নুপী ঙাক্তনা চলাইবা চিলদ্রেন হোমসি চহী মঙা মায় পাক্লা চৎথরকপসিদা মহাক্কী চিলদ্রেন হোমসি লমশাং মায়কৈদা মমিং খরা-খরা তানরক্লে। চহীগী ফাউন্দেসন দে নুমিত্তা লমশাং কেন্দ্রগী এম এল এ ইবোপিশক্লা মণিপুরগী গভর্নরবু চিফ গেষ্ট ওইহনখি। বৃন্দাগী পাবুং থম্বালসু চিফ কঞ্জার্ভেটর ওফ ফোরেস্টকী ফম পাইরম্বদুদা থৌরমগী প্রসিদেন্ট ওইহন্দুনা থৌনা হাপখিবনি। মীয়াম্নদি এম এল এ ইবোপিশক্লা চুম্না মাগী কেন্দ্রদা অসিগুম্বা চিলদ্রেন হোম অমা লিংখৎলকপসিদা থৱায় যাওবনি হায়না খন্নখিবনি। অদুগদি ইবোপিশক্কী পুক্লিংদদি বৃন্দাবু মাগী ওইনা লৌশিন্নীংবগী ৱাখল অমদা চৎথরকপা থবক থৌরাং ওইরম্লে। লাইবক থীবা থৌদোক অমদা ইবোপিশক্কী নুপী ইবেমনুংশি গাড়ী এক্সিদেন্ট অমদা লৈখিদবনি। মহাক য়াম্না ঈং-তপ্পী মীনা য়াবী নুপীনি। মচানুপা অনী হুন্দোক্লম্মী। ইবোপিশক্লা অহানবা ভোৎ কাখিবদুসু মহাক্কী নুপীনা কাহনবনি হায়নখিবনি। ভোৎ কন্না খোমগৎনরকপা, ভোৎ পাঙথোক্কদবা শুপ্নগী থা অমরোমতমক ঙায়রক্লবা মতমদা থংনবা কেন্দ্রগী কেন্দিদেৎ অমগী ফিরাল চিংখৎপা য়াওরুরগা হল্লকপদা ইবেমনুংশিনা তোংলকপা মারুটি ভান্দু অমম্বদা লৈরম্বা অরুবা কোম অমদা শোয়দুনা থৌজিল্লুবদগী লোংবদা ইবেমনুংশি মকোক্তা থীনা শোকপদগী কনবা ঙমখিদবনি। মতমদুদদি ইবোপিশক নুপী থিররোই, মাগী নুপীগী মিংদা করিগুম্বা মানা ভোৎ কারবদি মাগী কেন্দ্রদা চিলদ্রেন হোম অমা লিংখৎকে খনখিবনি। অদুবু থৌরাংদু বৃন্দা কৌবী নুপী অমনা চপ মান্নবা মতমদা মাগী কেন্দ্রদা পাঙথোরকপদুদা মহাক্লা বৃন্দা কনানো হায়না থিগৎলকখি। বৃন্দাগী মশক-মতৌ, চহী মতাংদুগা ইবোপিশক্কী হৌজিক ওইরিবা চহী মতাং অনীদু চাশিন্নরগা পুংবা শারবদি হায়বগী আশারোমদা কন্না চঙশিল্লকখি। মাগী লোকেল এরিয়া দেবলপ্তমেন্ট ফন্দদগী লুপা লাক্ষ অমসু হোমসিদা হান্না থাদখ্রে। হান্নদি খরা কোইনা লাপ্না য়াম্না চম্না লোয়নরম্বদগী হন্দক মরকসি ইবোপিশক চিলদ্রেন হোমসিদা মীৎয়েং খরা হোংবগুম উনরকই। বৃন্দাগা ফম্মিন্নরগা ৱারী শাননীংবদগী তোয়না চিলদ্রেন হোমদা চঙবা হৌরকই। অঙাংশিংগী চাননবা চেং, হৱাই, ঙা-চাক তোয়না পাংবা

হৌরকই। অকোয়বা কম্পাউন্দ মনুংদা চঙলগা চাউখৎ-থৌরাঙগী ৱা হৌদোরকই। মাগী খঙহৌদনা য়াম্না হেঞ্জিন্না ফরকপা মতৌসিদা বৃন্দাসু চিংনবা হৌরকই। মদু পূম্নমক্তু খঙলকপদগী বৃন্দানা ইবোপিশকপু হোমদা তোয়না লাকহন্নীংদবদগী মাগী মতেং লৌজরবোই হায়রগে খল্লকই।

রোমেন্না ইয়ারবেগ থিল্লম্বগী নোংঙানবদা বৃন্দা মকোক ঙাওদুনা ফমুংদা লৈ। ইবোপিশক ইস্কোর্দ গাড়ী অমগা লোয়ননা চিলদ্রেন হোমদা চা থকপা ওইনা লাকই। মী ফমফম কাদা চঙলগা ফম্মী। মেধাদা লুপা চাম্মা চৎপী অনীখক পী। চাগা চানবা খরা শীল্লকউ হায়। মখোয় নুপী অমনা চা লোন্নবা থৌরাং তৌই। সিফাইশিংদুদি খরনা গেটতা লৈহৌরগা খরা অমনা বেঞ্চ অমদা ফম্মী। ইবোপিশক্তি মী ফম্নবা সোফা থাবা কাদুদা বৃন্দা চঙলক্কদ্রা খন্না লাংতক্লনা ঙাইরি। অদুবু বৃন্দাদি হকচাং ঙমদ্রে হায়দুনা হৌগৎলক্তে। ইবোপিশক বৃন্দাগী হকচাং ঙমদবদু করি ওইনা ঙমদবনো ডাক্তর অমা কৌনবা তৌসিরা হায়রকই। বৃন্দাগী বেদরুমদা চঙনীংবগী বাখল লাকপা হৌরকই। অদুবু বৃন্দানা মাগী কাদা মী অমত্তা চঙহন্নবীরক্কনু হায়বদগী চঙবদি ঙমদ্রে। চা-নুং থকপা লোইক্লগা সিফাইশিংদুগা পুন্না ইবোপিশক থোকখিদৌরে। চৎলমদাইদা ইবোপিশক্না অতৈ ওজাশিংদা হোরেন মানা ওফিস কূম্লকপদা ডাক্তর অমা শোয়দনা পুরক্কে হায়রম্লগা ৱাখল কয়া নুংঙাইতনা গেৎলোমদা গাড়ী থৌদোক্লগা থোকখ্রে।

ইবোপিশক থোকখিবা মতুং ইকান-কান্নদনা লক্কোনি লাকই। রোমেন লাক্লম্বগী মরম খঙনীংদুনা লাকপনি। অদুবু মফমদু য়ৌরকপদদি মচানুপী বৃন্দাদি ফমুংদা হিপ্তুনা লৈরম্লে।

মমানা খল্লি, নারিবদু রোমেন লাক্লম্বগী শোয়দনা ওইরমগনি। মমা লাকপদুদা বৃন্দা ফমুংদগী হৌগৎলক্লে।

— "নঙবু করি ওইনা ঙমদবনো? রোমেন লাক্লম্বদো চৎখ্রবা? মানবু করি করিবু হায়রম্বগে?"

মমাগী ৱাহৈদু তাবদা বৃন্দা অমুক্কা হেন্না মবুক্লিং নৌথোরক্লে। ঙরাংদগী লেপ্তুনা শীঙ্থরকপা পিরাংদু মখাক লৈহৌরমাল্লে; মখা তানা শীঙ্থবা হৌরক্লে।

কপ্পা-কপ্পা হায়রকই — "ইমা! তারোমেন্দো মফমসিদা চঙলমদনা অদুম হনখ্রে।"

— "হৈমা! মাবু নঙগা উননি হায়রমদাইনে।"

— "মানা ইয়ারবেগ অমদা মহৌশা ঐগা রোবিনগনা শেৎলম্বা ফি-রোলশিংদু লোইনা হাপ্লগা পুরক্লুনা ইচে মেধানা লমশাং বজার থোকখিবদা মাগা থেংনদুনা শিন্নরকই হায়দুনা পুরগা চঙলকখি। ঐ গুৱাহাটিদা তারোমেনগী মনাক্তা অমুক্তং চৎনীঙই।"

মমা-মচা নহান রোমেনগা মমাগা উনবদা শান্নখিবা ৱারীশিংদু অমত্তা চিৎথদনা মমানা মচাদা তস্মী।

অদুবু মখোয় অনীনা খঙদবা ৱাফম অমদি বোমেন চহী তরুক চুপ্পা জেলদা লৈরুরে হায়বসিনি। রোমেন্নসু মতাঙদুমদি লম্ফোনিদা পল্লমদ্রে।

বৃন্দানা হায়রকই — "ইমা! ঐ গুৱাহাটিদা নোংম-নীনিদং চৎলুবা তারে। ঐ তারোমেনগা অমুক্তংদি উননীংই।"

— " হোয়-হোয়! ইচাসিদি নঙনা ফগনি হায়বদু অদুম খল্লগা তৌরো!" মমা-মচা ৱারী শাবা লোইরগা লম্ফোনি ইম্ফালগী য়ূমদা অমুক হনখ্রে। নুমিদাংৱাইদা এম এল এ ইবোপিশক ডাক্তর শেখর পুরগা বৃন্দাগী চিলদ্রেন হোমদা লাকমিন্নে। ডাক্তর অমগা লাকপদুদা বৃন্দা ব্যবহার তৌনা ওক্কুনা মী ফন্নবা কাদা ফমহল্লি। ডাক্তর শেখরনা বৃন্দাগী বি পি চেক তৌই, বি পি খরা লো ওইরে, ভিটামিন খরা চানবা পাউতাক পী। ৱাখল খরা খনবদগী টেনসন খবা লৈ হায়বদুদা পোৎথানবা পাউতাক পীবগা লোয়ননা হিদাক অমখকসু ইবস্মী। মেধানা চা পুথোরক্কুনা চা থক্রবা তুংদা ডাক্তর শেখর অমদি ইবোপিশক পুন্না থোকমিন্নখ্রে।

# তরাহুমদোইশুবা

রোমেন্না মণিপুরদগী হল্লকপা নোংঙানবদা পঙ্কজগী য়ুমদা চত্তুনা পাঙ্কজ হৌরগা পাঙ্কজগী মমাগী মবুং মালিগাঁওদা লৈবা রাজেন গোহাইগী য়ুমদা চৎলি। রাজেন গোহাই বেলরে লাইন শেম্বগী মমিং চৎপা থিকাদারনী। হন্দক্তা টেন্দর তৌখিবা লমদিং টু শিলচর ফাওবগী রেল লম্বী মিটর গ্বেজদগী ব্রোদ গ্বেজদা ওন্থোকপগী থবক্তু মতেক খবা মখোয় অনী শুগে হায়রুসি হায়না চৎপনি। রাজেন গোহাই লৈবমদুনা উন্নরে। মচন্নুপীগী মচানা য়াম্না থবায় যাওনা হাযববদুদা বাজেন্নসু অহল খরা ওইব্বকপগা মখোয়নবু পাল্লবদি মতেক খবা শুজবসনু খনবদগী টেন্দব ফোর্ম থাজিন্নবা পাউতাক পী। রাজেন্না তাকপিবকপা মতুংইন্না মাগী মিংদা রেলরে পোর্সন অমগী টেন্দব শেম শাবা লোইদুনা থাজিনখ্রে। শোমদা বেলবেগী থিকাগী থবক্কী মরমদা কোক কন্না থাদরিঙৈসিদা বালা লুহোংবগী ব্রা লেপথোক্লবা গীরিধারিগী য়ুমদা কাছারদগী অহল অনীখক লাকই। অমনা বীনোইবু পোকপা ব্রজবিধুনি অদুগা অতোপ্পা অমদুনা মহৌশা গীরিধারিগীদা মতম খরা লৈদুনা কাংগী জগোয় তম্বীরম্বা হোজায়দগী ওজা গৌববিধুনি। বীনোই মতম খরগী মমাঙদা গুৱাহাটিগী ইঞ্জিনীয়রিং কলেজদা জিতেশ্বরগা ক্লাস অমত্তদা ইঞ্জিনীয়র তম্মিন্নখি। মতমদুদা নোংমা কমক্ষ্যা খুরুম্বা চৎপদা মখোয অনীগা বালাগা থেংনখি। নুমিত্তুদা বালাগী সেন্দল নাম্মা তৎখি। জিতেশ্বরনা বালাগী সেন্দলদু কামক্ষ্যা চীংথক্তা লৈবা দুকান অমদা হয়েং লৌরগে হাযনা শিন্নবমখি। সেন্দলদু মথংগী নুমিত্তা বীনোইনা কামক্ষ্যাদা মতোমতা চৎতুনা লৌকুরগা বালাদা শিন্নরৈ। নুমিত্তুদগী হৌনা বালানা বীনোই কনানো হায়বসি মুন্না খঙখ্রবনি। মরক-মরক্তা বীনোই বালানা তম্বা বী বরুব্রা কলেজদা বালা উন্নবা লাকখি। অদুবু বালাগী পূক্লিংনদি মতমদুদা জিতেশ্বরবু লাইনীং ওইখিবনা বীনোইবু কয়া থৌশাখিদে। বীনোইগী লাইনীংনা কনখিবগা জিতেশ্বরগী মৱা-মপাউ কুইনা তাখিদবগা নাকল অমরোমদা বীনোইগী অহল-লমনসু য়াওশিল্লকপসিনা বালা নাছোকপা য়ারোইদবা তাঞ্জা অমদা লাক্লে।

বালানা য়ুমদা লাক্লিবা অহল অনীগী চা অমদি বীসকুটনচিংবা পুথোরকই। ব্রজবিধুনা মমৌ ওইগদবী বালাবু হাইফেৎ য়েংই। বালাগী ঈং-তপ্পা য়েংবা নুংঙাইবা মায়থোঙদু উবদা ব্রজবিধু হায়নিঙাই লৈতনা পামজরে। ঙাইহাক ৱারী-ৱাতায় শান্নদুনা ৱারেপ লৌরবা তুংদা অহল অনীদু অমুক য়ৌজরগে হায়রগা গীরিধারিবু খুরুম্নম্নগা থৱায় নুংঙাইনা হনখ্রে।

মখোয অনী চৎখ্রবা তুংদা গীবিধাবিনা বোমেন্দা বা অমা হৌদোবকই।

— "মীনা পামজৈ হাযদুনা খঙনা চান্নবা মী ফাওবা থিবগা পুদুনা তকশিল্লববনিনা নচন বালাসি লুহোংবদা তাবে। নহাক্কীনা অমুক কোম্থহৌবা তাবেদো? লাক্লল্লিবা কাঙবুদু থোইদোক্লা লৈবাক মচা তাবোইদবা কাঙবুদি মান্দে। ইমাকনিপা ওইগদৌবিবদুসু আই আই টিগী ওজা অমা ওইববনিনা অদুক হাক্লা নোপ্পদি নংত্রে। ইচা বালাগীদি মবাইবক ফববনি। বীমোলগা মখোয অনীগী লুহোংবা লোইববদি ইপাগীসু মকুওইবা ইথৌদাং অমদি লোইশিল্লগনি। অদু নচনগী লুহোংবসি শোযদ্রবনিনা অওং অউন খবদি তমদবা যাবোই। ইচাগী মনীং থুংহন্দবসু যাদে। পাঙ্কজগা নখোয অনী তান্নবগা অউনপোৎকী মতাংদু কবি কবম তৌসিগে হাযবদু খন্নবো। ইপাগী হকচাংসিসু হন্দক মবকসি ইপঙ পাঙশিল্লকপগুম তৌই। ডাক্তবদা চেক অপ অমুক্তং চৎসিবা খল্লি।"

গীবিধাবিগী বাদু তাব্বা তুংদা বোমেন্না হাযবকই — "খুবাইব্রুংঙো। ইচন বালাগীদমক মকুপ পাঙ্কজগা তান্নবগা চোপ্তুনবা হোৎনজগে। খুবাইবুংঙোগী হকচাংসু হযেংমক চত্তুনা চেক-অপ তৌথোক্লুসি।"

গীবিধাবিগা বা ঙাইহাক খন্নবা লোইববা তুংদা বোমেন বা মখা তান্ননবা ইন্দিবাগী কাদা চঙলকই। থংনবা কাদনা বালা শুৎ শুৎ কপ্তুনা লৈবদু বোমেন্না তাবে। বালাগী কাদা চঙলক্লগা বালাবু ইন্দিবাগী কাদা কৌশিল্লগা হাযবকই —- "কবি তৌবে? ইচনগী নীংবা থুংদবা কবি লৈববগে? নবুং অমা অশুক চাউনা লৈবিবসিদি? ইবুংদা অমুক্তা শেংনা হাযযু।"

বোমেনগী বাদু তাবদগী বালা কপ্পা তোকখ্রে।

ইন্দিবানা মচা বালাগী মহুৎ শিল্লগা পাউখুম পীবকই — "মানা কপ্লিবগী মবমসে ইন্দোমচা নংঙোন্দা শেংনা তমগে।" বালা মমাগী বাহৈদু তাবদগী কাদুদগী থোকখ্রে। ইন্দিবানা বাবী লীবকই — "নোংমা শিববাত্রি নুমিত্তা বালা মমান্নবী অনীগা হৌনদুনা কামক্ষ্যা খুকুম্বা চৎখিবনি। লম্বীদা গুবাহাটি ইঞ্জিনীযবিং কলেজদা ইঞ্জিনীযব তম্বা ছাত্র অনীখক থেংনকুবে। ছাত্র অনীদু অমনা মণিপুবদগী জিতেশ্বব কৌই অদুগা ছাত্র অমদুনা ঙসাই লাক্লম্বা কাছাবগী ব্রজবিধু হাযবদুগী মচানুপা বীনোই হাযবদুনি। জিতেশ্বব হাযবিবা নুপামচাদু ব্যবহাবসু যান্না ফজৈ, ঐনসু মশক উখ্রে। মহাক লাইবিকসু যান্না ফৈ হায। ইঞ্জিনীযবগী অবোইবা পবিক্ষ্যাসু মানা ফার্স্ট তাখি হাযনা তায। মানা মণিপুব থোক্লমদাইদা বালাদা মাগী অপোকপি মমা পুবগা নোংমা গুবাহাটিদা যান্না থুনা লাক্লগা ঐগসু শক খঙনহনগনি হাযবম্লগা ঙসি ফাওবা মবা-মপাও অমত্তা তাখিদ্রবা মীশক্তুগীনি বালানা মবুক লাংলিবসি। তম্বা ঙমদবা ঙাইহাক্কী ওইনা থাজনবা পাঙহায-হাযবম্বা ব্রাদুদা মানা

অসুম খন্দুনা লৈরগা করি কান্নগনি। মহৈ অদুক য়াম্না হৈবা নুপাদুবু মণিপুরদা লৈবী ইনাকখুনবী, মশক মতৌ ফজবী লৈশাবী কয়া অমনা মাবু তান্নবা য়াওরমগনি। কন্নানা তম্বা ঙম্মী লুহোংদুনা ময়ুম-মকৈ পাল্লম্বসু য়ারে। নঙনসু নচলবু খরা থেম্মু! কান্নদবদা পাঙখল-খল্লুরনু হায়য়ু! বীনোই হায়রিবসিদা লৈবা ফংগদৌরিবসে ঐখোয়গী ওইনদি লাইবক যাম্না ফরবনি। মন্দোমচাগী ৱাদু তাবদা রোমেন বালাবু থোইনা হেন্না নুংশিরকই। নুংশি মৈনা নুংদা চাক্তুনা মৈরি মুৎপা ঙমদ্রিবা রোমেন্না নুংশি মৈচাক খাঙবগী মবমদা ঙাওজবিবী বালাগী অৱাবা ৱাবী তাবগা করিগী মাসু ৱাবা য়াওরোইদৌরিবনো?

বালাগী মনাক্তা চঙলগা থেম-নৌদুনা জিতেশ্বরগী মিং য়ূম্নাক লৈকায়নচিংবা অশেংবা থিকানা হংলুবে। বালানসু মবুংদা করিমত্তা হঙ্গোইদনা জিতেশ্বরগী এদ্রেশ পীরে।

বোমেন খুদক্তা চিঠি অমা ইরগা জিতেশ্বরগী য়ূমগী এদ্রেশতা থাখ্রে।

শোমদা বালাগী মবমদা মথা কন্না শাবিঁঙেদা গীবিধাবি নুমিদাং পূং তবামখাযরোম তাবকপা মতমদা থবাক্তা যাম্না কন্না নারে হাযদুনা হোস্পিটালদা পুখৎলে। শ্বর হোনবা খবা বায হাযদুনা আই সি ইউনিৎতা থল্লি। পূন্নমক বোমেনগী কোকথক্তা লোইনা তারে। বোমেন্না মাগী খুবাইবুংঙোবু মপাল্লমগী খবা হেন্না ফবা হোস্পিটাল অমদা পুবগা অমুক্তংদি যেংহনগে খনবদু ঙম্লবোইদ্রা হাযনা চিংনবকই। মাদি জেলদা মতম কুইনা লৈরুবনা হৌজিক গীবিধাবিগী মখুত্তা পৈশা কয়া যাম্না লৈবমদগে হায়বসু খঙদে। বেলৱে লাইন শেম্বগী শেনফমসু গীবিধাবিদগী লৌরগা তৌগে খঞ্জবনি। গীরিধারিনা অমুক নারকপসিদা মহাক বুদ্ধি অমা ইথোক-থোক্রে। পঙ্কজদা খবা কুপথনা হংলুরবসু অহৈ-অপা শাবা ওইনা খনখ্রবদি হাযনা চিংনবদগী হংবা ঙমদ্রে। ৱাখল অমদা উংনা-উংনা অসুম হৌখিবনা গীরিধাবিনা হোস্পিটালদা লৈবকপা চয়োল অনীবোম শুরক্লে। গীরিধাবিগী হকচাং খরা নুংঙাইরে হায়দুনা হোস্পিটালদগী অমুক পুথরক্লে। বোমেন্না হোস্পিটালদগী হল্লকপগা মপা চাননা নহান মানা মণিপুরদা জিতেশ্বরগী এদ্রেশতা থাখিবা চিঠিদুগী পাউখুম অমা জিতেশ্বরগী মমানা ইরগা চিঠি অমা হল্লক্লে। চিঠিদু রোমেনগী মমিংদা লাকপদুদা ইন্দিবানা হাংদোক্তুনা য়েংলুদে। চিঠিগী ৱারোলদু পারুবদা রোমেনগী থম্মোয় হেন্না শোকখ্রে। জিতেশ্বর গুৱাহাটি ইঞ্জিনীয়রিং কলেজদগী অবোইবা সেমিস্টরগী পারিক্ষ্যাদা মানা ফার্স্ট তাবগী রিজলট ফংবা নুমিত্তা অপোকপা মণিপুরগী পব্লিগ হেলথ ইঞ্জিনীয়ারিং দিপার্টমেন্টতা চিফ ইঞ্জিনীয়র ওইবা মণিবাবু লালহৌলুপ অমগী দিমান্দগী ৱাফম অমগা মরী লৈননা ফাদুনা পুখ্রগা লালহৌবগী মখুত্তগী নাম্থোরক্লগা লম্বীদা হার্থ এটেক তৌরকপদগী লৈখিদ্রে। মদুগী নুংঙাইতবা ৱাখলদগী জিতেশ্বর মপা ফারুবা কাঙবুদুগা থেংননবা অতোপ্পা ওর্গেনাইজেসন অমদা মতম খরা য়াওরুবে। মমানা কন্না হাযজবদগী থেল্লগা তোকহল্লবা তুংদা হৌজিক মহাক সুইদেন্দা মচেগী মনাক্তা লৈদুনা এম টেক তৌরি।

এম টেক লোইগদবা থা অহুল্লোমতমক ঙাইরে হায়না মরোল খঙহল্লকখি। চিঠিদু পাবদা রোমেন তশেংনা কপখি। মীওইবা মশেলগী মরক্তা চেল্লিবা থম্মোয়গী লূরবা ঈচেলগী মরোলনা তিন্নরম্বা মতমদা কনাগী থম্মোয়না নৌথোক্লোইদগে? রোমেন্না খল্লি — "অদুক ফবা মণিপুরগী মণি অমা পূম্মাঙ-মাঙগে তৌরম্লবা? হে! ইমা মণিপুর নঙসে ওম্থোক্লা ৱারম্লনিদকো!"

চিঠিগী ৱারোলদু পারগা ইন্দিরাদা তম্মী। ইন্দিরাসু পাউদু তাবদা জিতেশ্বরবু থোইনা হেন্না নুংশিবা পোক্লকই। মমাদুগা খুদক্তা শক খঙননীংলকই। মানা হান্না খল্লুবগদি য়াম্না তাইওন্নরম্লে। পাউদু বালানা খঙলবদি হেন্না চাউবা ৱাথোক লাকপা যাই খনবদগী মঙোন্দদি খঙহনখিদ্রে। রোমেনগী ৱাখল, থবক মিকুপ অমগী মতম পোৎথাবা ফংদ্রে। মরকসিদা লমদিং টু শিলচরগী রেল লম্বী শেম্বগী থাজিনখিবা টেন্দর হাংবা লোইরগা থবক মফম য়েংবা শিলচরদা চৎখ্রে।

রোমেন্না শিলচরদা চৎখ্রিঙৈদা শোমদা বৃন্দা মমাগা পুন্না ইম্ফাল গুৱাহাটি ফ্লাইটতা লাক্তুনা গীরিধারিগী য়ূমদা থুংলরে। মচা রোবিন্দি মেধাদা শিন্নরম্মী। থোঙ্গালদগী চঙলকপদা বৃন্দাগী মীৎয়েংদু শঙ্গোয়রোমদা হান্না থম্লুই। অদুবু শঙ্গোয়দু উবদা মতম অমদা রোমেনগা মখোয় অনী লৈমিন্নরম্বা কাদু ঙসিদি উদ্রবনিনা পূক্লিং নুঙোনবদি ঙমদ্রে। মাঙ্গোল কাখৎলক্তুনা ইমুংগী মীগা উনরে। গীরিধারি, পাকপী অমদি ইন্দিরা উবদা বৃন্দা চঙশিল্লগা মথং-মথং খুরুম্মী। ইম্ফালদগী পুরকপা পোৎয়োম পুথোক্তুনা চাকখুমদা থাংজিনবা য়াবা হৌজিক চাবা য়াবা খন্দোকই। কমলা খোক্লগা চামিন্নে। ফক্তা ফল্লগা ৱারী শান্নবা হৌখ্রে।

ইন্দিরানা অবুংচা পুবীরক্তবগী মরমদা বৃন্দাদা হংই। বৃন্দাদি মতম কুইনা কাউথোক্লরবা মাগী মীরোৎ ওইরিঙৈগী মমিংদু ইন্দিরানা পল্লগা 'আনন্দি' হায়রকপদা খংপ্রেকপু খংই। অদুবু খুদক্তা হৌখ্রবা মতমগী মমিংদু কৌরকপদা হৌখ্রবা মতমদু অমুক হল্লকখিগদ্রা খল্লকই। মীওইবনা মথোল কয়াগী ফজরবা দলানগী য়ূমদা লৈবগী নুংঙাইবগা মীগীদা শাইদাংদুনা শঙ্গোয় মচিদা খারগা লৈবগী নুংঙাইবগা অনীদু চাংদম্নবদা করম্বনা হেন্না নুংঙাইবগে হংবদা বৃন্দানা করম্বনা হেন্না নুংঙাই হায়না খুম্লক্কদগে খল্লুবদা অৱাবগী মশক্লি। শঙ্গোয় মচিদা থুরম্বা খোইগী খোইরাদা হাইখিবা লোকখিদ্রবা খোইহিদো ওম্থোক্লা খোইথুম্নরমগনিদকো হায়না তকশি শোনবদা মতারে। ৱারী অসুম শানরকপদা ইন্দিরানা বালা লুহোংগদৌরে, লুহোংবদদি নঙশু লাক্তবা য়ারোইকো হায়রকপদা বালা লুহোংবগী ৱাফমদুদি চুমলে হায়বা খঙলে। কনাগনো হংলুবদা কাছারদগী ইঞ্জিনীয়র বীনোই কৌবা অমগনি হায়রকপদা বৃন্দাগী চিংনরম্বদুমদি কোক্লে। থেঙজিল্লক্লবদা মমা-মচা মখোয়

অনী হোটেলদা চৎনবা তৌরগে হায়রকপদা বালাগা ইন্দিরাগনা কন্না খাম্বদগী অহীংদুমদি মখোয়গীদা লৈবদা তারে।

বৃন্দানা হৌদোকপা ঙমদবা রোমেনগী মরমদদি কনা অমত্তা ৱাহৈ অমা ফাওবা কাঙথোরক্লে। রোমেনগী কা অমদি লৈবগুম তৌই। অদুবু নুমিদাং থেঙজিল্লক্লবা ফাওবদা রোমেন্দি হল্লক্লে। মাগী চাক্লুক শেম-শাবগী মতাঙদসু করিমত্তা পন্নবা তাদ্রে। য়েঙ্খ্লাংদি বৃন্দানা মণিপুরদগী পুরকপা মহৌশা রোমেন্না পামজবা মচল ঙাক্তা থোংলি। চাক-ঈশিং চাবা লোইরগা তুন্ন-হিপ্নবা মতম য়ৌরক্লে। বৃন্দাগা বালাগা তুম্মিন্নবা তারে। লম্ধোনিগী ফমুং অমসু তোঙান্না শেপ্লে। ফমুংদা তুম্বা চঙলবা মতমদতা বৃন্দানা বালাদা রোমেনগী ৱা হৌদোরকই। বালা অমদি ইন্দিরানদি বৃন্দাসি রতনগী য়ুমদা লৈরবনি হায়না খনবদগী খরা কোইরপ তৌনসু লোয়নবীরে। অদুননি বৃন্দাদা রোমেনগী ৱা হৌদোক্লদ্রিবা।

বৃন্দানা হংলকই — "বালা! তারোমেন্দুবু কদাইদা চৎখিব্নো?"

— "তারোমেন কাছারদা থিকাগী মফম য়েংবা চৎখিবনি।"

— "কৈদৌঙৈ চৎখিবনো? হায়রিসিবু মাবু থিকাসু তৌরব্রো?"

— "খঙদে, ইতৈ পাক্কজগা মখোয় অনী হৌনরগা কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনবনি। মাদি ঙরাঙ চৎখিবনি।"

— "ও! কৈদৌঙৈ হল্লক্কনি হায়রম্মী?"

— 'নুমিৎ নীনি, হুন্নি লৈরক্কদবা মাল্লি।"

— "অস! অদুদি ঐগা মাগদি উন্নবা ফংলরোই। ঐদি হয়েং হনবগী টিকেট কক্লক্লবনি।"

— "নহান দাদানা মণিপুরদা ইচেগা উন্নরুনি হায়দুনা ইচেগী পোৎ ময়াম অমসু শিন্নরমগনি হায়দুনা চৎখিবদুবু ইচেগা উন্নরমদ্রবো?"

— "উন্নরমদ্রে ইবেম্মা! তারোমেন্দু ঐগা উন্নরমদনা অদুম হনখ্রবনি।"

— "করিগীনো অদুদি, য়াম নুংঙাইতেয়ে!"

— "ইচেসু খঙদে ইবেম্মা!"

বালাদু মতাঙ চারে হায়হৌরগে মতাগুম — "ইচে! নঙসু নবুক্তি খুৎফত্ত অমনি; দাদানা অদুক কুইনা চহী তরুক জেলদা লৈবদো নোংমতা করম লেপ্লি হায়না হংবা লাকখিদে। দাদানা হন্দক মণিপুরদা ইচেগী পোৎ থিনবা চৎলমদ্রবদি ঙসি ইচেনো লাক্লিবসিসু লাক্লমদবা য়ারিপোৎনি।"

— "করিনো বালা নঙনা হায়রিদুবো ? তারোমেনবু জেলদা লৈরুরব্রো ?"

— "ইচেদি দা রতনগী যূমদা লৈখ্রবনিনা নুংঙাইবনা অৱাবা খঙদে হায়নবগুম দাদাগী মরমদা করিমত্তসু খঙলম্লবোই। ইচেনা গুৱাহাটি থাদোক্কুনা চৎখিবা নুমিত্তুদা ওইহৌবা দাদাগী শকফমদো অৱাবগী মশক্কি। দাদানা শঙ্গোয়গী ইচেখোয়না লৈরম্বা কাসিদা ইচেনা হিপ্লম্বা ফমুংদা হুন্দোক্লম্বা ফিরোলদু লোইনা চাইখায়রগা ও-খোংনা কপ্পুনা লৈরম্মী। নুমিদাংদা ইমানা দাদাগী নঙ্গনগী পুলিসনা ফুখিবা চৈফমশিংদু ঈশিং অশাবনা হিগা য়েদুনা পূক্লিং ফাথখি। দাদাগা ইচেগা গুৱাহাটিদা চেল্লকখিবগী অশেংবা ৱারীশিং দাদানা কপ্পা-কপ্পা ইমাদা লীদুনা তাহনখি। অহীংদু দাদা মানা নুংতিগী তূম্বা ফমুংদা তূমদনা ইচেনা অবুংচা কোল্লগা নুংতিগী তূম্লম্বা ফমুংদুদা তূমখিবনি। মদুদা দাদানা ইচেবু কয়া য়াম্না নুংশিবগে হায়বদু ঐসু শেংনা খঙখিবনি। অদুবু ইচেনদি করিমত্তা খঙবীদনা দাদা রতন্না লৌবা লাক্লে হায়দুনা মণিপুর থোকখিবা নৎত্রা ? মথং নোংঙাল্লকপদা দাদানা থাঙনা থিল্লুবা বীনোদ দাশ শিরে হায়দুনা দাদাবু পুলিসনা ফারগা পুখিবনি, অদুদগী দাদা চহী তরুক জেলদা মিয়াৎ তাদুনা লৈখিবনি। দাদাবু অয়ুক্কী চা ফাওবা পীথকপা নংহৌখিদবগী ঐশু নুমিত্তুদা য়াম্না কপখি। ইমাগা ঐগা মবক-মরক্তা জেলদা দাদা উন্নবা চৎখি। নহান দাদানা মণিপুব থোক্লুবদো জেলদগী থাদোরকপা নীনি শুবা নুমিত্তনি।"

বালাগী অশেংবা বাবীদু তাবদা বৃন্দা কপ্পতনা মশাদু পূমহিক হিকথবগুম তৌরে।

বৃন্দানা তপ্পা খুল্লকই — 'বালা ! ইচেনা নঙগী দাদাগী মফমদা য়াম্না চাউনা লানখ্রে। ইচেদি নঙগী দাদানা চহী তরুক জেলদা লৈরুরে হায়বদি তশেংনা খঙদবনি। নঙ্না খঙদবা অমগা লৈরে; ঐ হৌজিক রতনগী নাক্তা লৈতে। ঐনা নুমিত্তু গুৱাহাটিদগী চত্তনবা কন্না হোৎনখি। অদুবু মখোয়না ঙমদুনা ঐবু পুরগা ইম্ফাল য়ৌরে। ইম্ফাল যৌরগা মখোয়না ঐবু রতনগী যূমদা পুই। অদুদগী ঐ ৱাম্বরকপদগী মথংগী নুমিত্তা ঐনা জ্ঞান তারকপদা হোস্পিটালদা লৈরম্লে। বৃন্দানা মাগী ঙসি ফাওবদা ওইরক্লিবা কয়াদুগী মরমদা অশাঙবা ৱারী অমা লীদুনা বালাবু তাহল্লে।

অশেংবা থম্মোয়গী ৱা হায়দোক্লরবা মতুংদগীদি বালানা বৃন্দাবু অমুক্কা হেন্না নুংশিরক্লে। হান্না মরক্তা লৈনরম্বা থাজনদবগী অহাঙবশিংদু ৱারী মতেক-মতেক্না মেনশিনখ্রে।

হৌজিক্তি বৃন্দাগী ৱারী লীবা লোইদুনা বালাগী অমুক হৌরকই। "ইচে ! ঐগী লুহোংবসে শোয়গদবা মান্দ্রে। নুপাদুসু থবক অচৌবা অমা তৌরে। ইমা, বাবাচৌ অমদি ইমাবোক্লসু নুপাদুবু পাম্লে। অদুবু ঐগী পূক্লিংনদি মাবু ৱারৌবা খরা লৈ। ইচেসু অশেংবা ৱারীদু তারবদি নুপাদুবু শোয়দনা ৱারৌগনি। ঐগী থম্মোয়সিনদি ঐনা লৈগদৌরিবা

নুপাসিগা লুনা তিন্নবম্বা মণিপুবদগী কনাগুম্বা অমবু ঙাইনীংলি। ঐগী ৱাখলগী ঈপাক্তা মানা ইমাঙদা লেপ্পগা কবিগুম্বা খবা ঐগী নাকোঙসিদা হাযবিবোই হেক্তা নীংলকই। অসুন্না হাযবগুমসু তৌই, মদুদি — "বালা! নঙ ঐবু ঙাইবম্মুকো! ঐ নোংমা শুকশোয শোযদনা নঙবু লৌবা লাক্কনি।"

বৃন্দানা মবক থৎনা হংলকই — "মহাক অদুবু কনানো? অশেংবা মমিং-মথা যুন্নাক-শাগৈ ইচেদা লোইনা তন্নো তাবগে?"

"ইচেনা ইম্ফাল থোকখ্রে অদুগা দাদানা জেলদা লৈহৌবেদনা। ঐখোযসু ইচে অমদি দাদাগী শক উদ্রবনিনা তপ্না তপ্না কাউবা হৌবক্লে। নোংমা বাবাচৌনা ইচেগা দাদাগা লৈবম্বা শঙ্গোযদা খবম্বদো উবগা খোযদৌ শাওগৎলি কাদু অফবা কা নত্তে থুনা শিদোকখ্রা হাযবদগী মী নেক্তুনা শিদোকহনখি। হাযগুম্মদনা শঙ্গোয খাবম্বদু লৌথোকখিবদগীদি অবা অনা থোকখিবশিংদু তপ্না-তপ্না লোইনা কাউবক্লে। থা খবগী তুংদা ঐখাযগী ইবুবোকসু লৈখিদ্রে। ইবুবোক লৈখিদবগী পাউদু জেলদা চৎলগা তুম্লুবদা দাদানা জেল মনুংদা হিক্লা-হিক্লা কপখিবদো ঐ ঙসিসু কাউদ্রি।" বালাগী বাবীদু তাবদা বৃন্দাসু মীৎলুগী পিবাং থিংবা ঙমদ্রমাপ্লে হিক্লা হিক্লা কপখৎলক্লে। ঐখোয মীওইবনা হৌখ্রবা মতমদা অফবা মীনা তৌবম্বা অফবা থবক কৈদৌঙৈদসু কাউবা ঙমদে। মখোযগী অফবা থবক্তু নীংশিংলুবদনি মীদুবু নীংশিংলগা মীৎলুদা পিবাং শীঙ্খবক্লিবা! ইপুগী ফজবা পাউতাক অমদি নুংশিবা বাহে-খোনফমদুদনি বৃন্দাগী থম্মোযদসু ইপুগী শক্তম চোংথোবক্লিবা। বোমেনগী মফমদসু ইপুগী মফম অমদি চাউনা কন্দুনা লৈবি। ঙাইহাক পিবাং শীঙ্খনকববা তুংদা বালাগী বাবী মখা অমুক তাবকই। "ইচে! ঐ মেত্রিক পবিক্ষ্যা সেকেন্দ দিভিজন্দা পাশ তৌদুনা বী বকবা কলেজদা এলেভেন ক্লাসতা মিং চল্লে। ঐনা মেত্রিক পবিক্ষ্যা পাশ তৌবা অমদি কলেজ তম্বগী পাউদু ইমানা জেলদা দাদা উন্নবা চৎপদা দাদাদা তম্বদা দাদানা হবাউখিবদু ঐ ঙসিসু নীংশিংলি। পাউতাক কযা পীবগা ইমাগা ঐখোয অনী অমুক হল্লকখি। মথং চহীদা ঐ তুবেলফ ক্লাস অমুক কাবে। মতমদুদা ঐগী পূক্লিংসে লৈতাফম খঙদবা, ইবাঙ-লাঙবা অমথক তৌবকখি। ফি ফজবা শেৎনীংবা, কেবা-মৌবা যান্না পাল্লকখি। মদু ঐনা খনবদা ঐশে লৈশাবী মপূং ফাবকপগী ওইগদ্রা খল্লি। লৈ ফজবা অমা শাৎপা উবদা পৎ হেক থৎলগা চিন্নীংবা বাখল তোযনা ফাওবকখি। ইচেসু মদুগুম্বা মতাঙ কবিগুম্বদা থেংনবকখিব্রা?"

— "কবিগী থেংনবক্তনি, মতমদুদা থেঙলবা অহীংদা বাকনি মহাদেবগী চীংথক্তা শিৎখিবা মালংবগী শাহুমগী মনিলদুদনি ইচেনা মবক-মবক্তা থম্মোযগী অনাবা হেক-হেক হৌবিবসি।"

ব্বারী মখা চৎথরকই — ঐনা বেলটোলাদা লৈমিন্নরিবী ইমান্নবী পুর্নিমা অমদি ইণ্ডেল্লে উনবা তোয়না চৎনীংলকপদগী মখোয়গী মনাক্তা চৎলগা বামোন মেমচাগী চা বোরা হোটেলদা হেক-হেক বোরা চামিন্নে। নোংমদি মখোয় অনীদা ঐনা লাক্লিবা নোংমাইজিং নুমিত্তা কামক্ষ্যা খুরুম্বা চৎলুসি হায়না হেক হৌরুরে। তান চারুদুনা নুমিত্তু মহা শিবরাত্রিসু তারল্লে। মখোয় অনীনসু ঐনা হৌবদুদা হরাউ-হরাউ য়ারকখি।

অয়ুক ঙন্তা হৌগৎলগা ইমুংগী থবক-ইনখাঙ শৎ-শৎ লোইশিল্লে। অদুদগী কোক তুম্না ঈরু লুজবা লোইরগা চন্দোন কৈকা ফজনা থিল্লগা লাইদা কৎনবা লৈ ময়োম অমমম পায়, পুঙৌ ফনেক শেৎ, হরে রাম হরে কৃষ্ণগী ময়েক চাউনা নম্বা মস্লিনগী জযপুর অমমম ঙক্তা য়ান, ইরাঙ-লাঙনা ঐখোয অহুম বস তোংলগা কমক্ষ্যা খুরুম্বা চৎলি।

কামক্ষ্যা মন্দিরগী চীংখোঙদা থুংলগা খোঙনা থাক-থাক নাইনা থারিবা নুংপাকশিংদুদা নেৎ-নেত্তুনা কাবা হৌরে। খোঙনা বানা কাবনা মহয় চাউই হায়নবদুদা খোঙনা কাসি হাযনা থৌওইনা হৌনরগা কাবনি। ব্বারী শা-শাদুনা ঐখোয় অহুম কাখৎলকপনা ফজববা নুঙপাক অমা উবদা মদুদা ঙাইহাক ফমখিসি হায়দুনা ফমথনরে।

অঙম্বা কাবনিনা মায়সে হুমাং মবিক-মবিক কানবপোৎনি। চন্দোন মুৎখিদ্রা চিংনবদগী মাযগী হুমাংদু তৈথোক্তনা খাঙনৈ। অতোপ্পা জাতি তিন্নদবা মী ময়াম অমসু কাঙবু-কাঙবু নাইনা অঙম্বদু কানরকই। মীয়ামদু উবদা থোইনবুদি ব্বাবা নত্তে। ইখঙ-খঙহৌদনা পাখংমচা অনীখক ঐখোয় অহুম্না ফল্লিবদু য়েংলগা মুরুম-মুরুম শোন্নখিবগুম তাখি। ঐখোয়গী ফিজেত্তু উবদা মৈতৈনি হায়বা খঙলমাল্লে, ঐখোয়দা য়েংলগা নোকপগুম তৌখ্রে। ঐখোয়সু ইকায়দুনা মায়-মায় লুকথনরগা লৈনৈ। মখোয় অনীদু ঐখোয় অহুম উবদা চৎপা তপথরগা হুমাং তৈথোক্তুনা লৈবা উরে।

বীনোই হায়বদুনা হায়খিবদু ঐ শোম্বাংননা তাহৌই — "ভায় ! লৈশাবী অহুমসে মৈতৈনি মশক্কাসু অদুম য়াই।"

জিতেশ্বরনসু পাউখুম ওইনা — "মানি, পুঙৌ ফনেক লোইনা শেৎলিসিদি ! মমায়দসু চন্দোল লোইনা থিল্লি; তান চারে নুপাসু য়াওবা উদে শক খঙনরগা চৎমিন্নসি হায়সিরা ?"

বীনোইনা ঐখোয় তাসনু হায়বগী মতাগুম — "ভায় ! মৈতৈ ঐখোয়গী চৎনবীসি তোঙান হেক্তা তাইকো !"

অমদুসু — "তাই, তাই ! ঐদি মৈতৈ ঐখোয়গী ইচনশিংনা পুঙৌ ফনেক শেৎপা, ময়েক নাইবা শেৎপা উবসে পুক্লিংসিদা কৈনো অমা হেক্তা তৌরকইবো ? মাগী ব্বাদু

তাবদা ঐখোয় অহুমসু হৌনা খংনোক নোকথোকখি। ঐখোয়না নোকপদুদা মখোয় অনী ঐখোয়রোমদা য়েংদুনা লৈরে। মখোয় অনীনা চৎপা লেপ্লগা নৈশিন্দুনা লৈবদু ঐখোয় ঙাইবনি হায়বদু ঐখোয়সু ভাব তারে। তৌববুদি ঐখোয় অহুম্না আসামিগী মেখলা শেৎলম্লবা নৎত্রগা সলৱার শেৎলম্লবদি মখোয় অনীনা ঐখোয় অহুম্বু মৈতৈনি খঙলমদবসু য়াই। করিগীনো হায়ববু শকফমদদি বোরো, কাছারি, কার্বি, দিমাশাশিংগী মশক্কা ঐখোয়গী শক্কা করিমত্তা খেন্নদে। মখোয় অনীনা শানরিবা ৱারীদু হাইফেৎ-হাইফেৎ তাবগুম তৌবদুদা ঐগী পূক্লিংদসু ৱাখল জাৎ-জাৎ খনবা হৌরকখি। মখোয় অনীগীসি ঐখোয়গা খোঙবু ওইনীংলমদৌ মানখ্রেদা! মদু চুমসু চুমখি।

মখোয়গা ইহান-হান্না থেংনখিবা মফমদু হৌজিক নীংশিংলুবদা পূক্লিংসে থুক লাউবগুম তৌরকই ইচে। নুমিত্তো নৌনা অমুক লাকহন্নীংইবো।"

বৃন্দানা মরক থৎনা — "মদুনি নীংশিংবা, নীংশিংবা হায়নরিবদু। অমুক হল্লক্রোইদবা মতম্না হোইদুনা পুখ্রগদবা বারী ঙাক্তনি।"

বালানা মখা তারকই — "মতমদুদদি উথক্তা তোংলম্বা কোকিল্না কুহু-কুহু তোয়না খোংখিবদো থৌওইনবু তারুদে। ঙসিদি খোঞ্জেলদুনা নাকোঙসিদা তত্তনা পাম্মুবা মানা কৌবিবোই তাবক্লে। তাম্না তাখিবা শরিক মখোলদুনা ঐখোয়বু কমক্ষ্যাগী মনাক্তা য়াম্না থুনা লাক্লগা অপাম্বা বর নিজহৌররো পীরগে হাযবগুম কৌরকখি। শরিক মখোল তারকপদগী ফুক-ফুক হৌগৎনবগা অমুক চৎপা হৌরে। ঐখোয় অহুম্না চৎপা হৌবগা মখোয় অনীসু ঐখোয়গী তুংদা ইন্নরক্লে। মখোয় অনীনা ইতুংদা ইন্নরকপদুদা খোঙ থাংদুনা চৎপদু কয়াদি ৱায় খঙব্রা? মাযদসু হুমাং অমুক্তা হেন্না শৌরক্লে। মখোয় অনীসিদা মাঙদা হেনগৎলগা চৎখ্রদি নুংঙাইনিদা খল্লকই।

অদুক ৱানা চৎলিঙৈদুদা বীনোই হায়বদুনা হায়রকই "— "করিনো অমত্তা হংজগে?" মাগী ৱাদু তারবসু তাশিন্নদনা নোক্লা নোক্লা কাখৎলকই, মাগী পাউখুম পীদ্রিঙৈদা ইঙৈল্লেনা — "পুর্নিমা ঐদি শ্বর হোনবা ঙমদ্রে, খাগী লৈহাও মখোঙসিদা ঙাইহাক ফমখিগে" হায়রম্লগা পেক লাউনা ফমথখ্রে। মানা ফমখিবদুদা পুর্নিমাগা ঐগসু ফমথরে। ঐখোয় অহুম ফম্নরবা তুংদা মখোয় অনীসু মতাই ওইরপ্না ঐখোয়গী নাকন্দা ফম্লরে। মখোয় অনীনা ইনাক্তা ফম্লবদুদা ঐখোয় অহুম শিথ-শিথ পঙনোক্তা নোকই। বীনোইনা ঐঙোল্লোমদা ওনশিল্লগা হংলকখিবনি — "ইচনখোয়বু কমক্ষ্যা খুরুম্বা চৎলিরো?" মাগী পাউখুম পীবগী মহুত্তা ঐখোয় অহুম নোকপদমক নোকই! বীনোইনা অমুক্তা হায়রকই — "অস! ওম্বোৱা ইকায়জৱেদা, অরেম্বগী হংজরুরে, ইচনখোয় মৈতৈ লৈশাবী ওইবদুদা মণিপুরগীরা গুৱাহাটিগীরা খঙনীংবদগী চুন্না শুম হংবনি; য়াম্না লান্না লৌরমালে, ৱারৌবীবা য়াদেকো?"

ইঙেল্লৈনা সৎ লাউনা খুমদোরকই — "গুৱাহাটিদগীনে।" ইঙেল্লৈনা পাউখুম পীখিবদুদা ঐগী ফুনগৎলম্বদু খরদি ফবগুম তৌরে। তাঞ্জাদুদা ঐখোয়না ফল্লিবা খাগী লৈহাও পাম্বীদুগী মতোন্দগী লৈহাও অমা ঐগী তম্পাক্তা পোপ লাউনা তারকই, ঐনা তাপ পায়রগা লৈদু ঐগী য়েৎথংবা নাদা চিল্লি। ঐনা ঐগী তম্পাক্তগী লৈ খুল্লগা নাদা চিনবদু পাখং অনীদুসু ঐঙোন্দা মমীৎ কুপ্তনা য়েংলিবজাৎনি। জিতুনা শোঙ্থাংননা — "অস! ওঙ্খোল্লা পকচখ্রেদা!" হায়খিবদু ঐ তাহৌই। ঐনা লৈ তারকখিবা নোংথক্তা য়েংখৎলুবদা খোই মখল কয়া, উচেক মচা কয়াসু মথক্তা শাৎলিবা খাগী লৈহাওগী লৈহি চুপ্লি। ঐখোয়না ফল্লিবা মফম অকোয়বদুসু খাগী লৈহাও ঙাক্তনা পূমঙৌ ঙৌনা চাইনা তারি। লৈখোঙদু খাগী লৈহাও মনমতনা পূক্লিং হুরি।

ইঙেল্লৈনা — "নখোয় ফমহৌখিগদ্রা ঐদি চৎলে।" হায়রম্লগা ফুক হৌগৎলগা চৎপা হৌবদগীদি ঐসু হৌগৎলগা চৎপা হৌরে। মখোয় পাখং অনীসু ইন্নরক্লে। বীনোইনা ৱা মখা তানা — "ইচনশিংসি গুৱাহাটিগী মণিপুরী রাজবাড়ীদগী ওইরবোইরে?" হায়রকই।

ইঙেল্লৈনা — "নত্তেদা! ঐখোয়দি বেলটোলাগী মৈতৈ লৈকায়দৈনি।"

— "হা! হায়রিসিবু বেলটোলাদসু মৈতৈ লৈকায় লৈরব্রো?"

— "লৈরেনা!"

মতাংদুদদি জিতুসু ৱা ঙাওবা হৌরক্লে — "ইচনখোয়বু নুপীঙাক্তা লাইখুরুম্বা লাক্লিসিবু করিমত্তা কিজদব্রা? ওঙ্খোল্লা থম্মোয় চাউবীখ্রেদা!" পুর্নিমাসু ৱা ঙাওলক্লে — "হো! পুবীনবা লৈজদবদো!"

— "ও ... ও ... ভাব তারে; অদু ওইরবদি ঐখোয় অনী ঙসিসিমদি বোদি গার্দ ওইনা সুম তুং ইঞ্জরক্কে হায়ববু য়াম্না কায়রগদ্রা?"

ইঙেল্লৈনা — "তামো অনীবু করি লমদগীনো?"

বীনোইনা — "ঐদি কাছারদগীনি, লক্ষিপুরদগী অদুগা ঐগী মরুপসিনা ইম্ফালগী য়াইস্কুলদগীনি।"

ইঙেল্লৈনা মখা তানা — "তামো অনীবু চুম্না কামক্ষ্যা খুরুম্বা লাকপিব্রা নৎত্রগা থবক অতৈসু লৈবীব্রা?"

— "ঐখোয় অনী গুৱাহাটিগী ইঞ্জিনীয়রিং কলেজদা ইঞ্জিনীয়র তম্বনি; ঙসি শিবরাত্রি তাবদুদা পরিক্ষ্যাগী বর নিরুসি হায়না হৌনরগা লাকপনি। ইচন অহুমগা থেংনবসি ওঙ্খোল্লা নুংঙাইরে। শক খঙনবা ওইনা মিংগা কোম্ননা অমুক্তং খঙনসি হায়ববু করি খনবীবগে?"

ইঙেল্লৈনা — "অদুদি তামোখোয়গী হান্না তাকপিরোনে?"

বীনোইনা ঙাইঙমদনা — "ঐগী মিং বীনোই কৌই।"

জিতেশ্বরসু — "ঐগী মিংনা জিতেশ্বর কৌই।"

ঐনা খনখি — " জিত হায়বদি মায়পাকপা হায়বনিকো ?"

বীনোইনা মখা অমুক তারকখি — "ইচনশিংগী অমুক হায়বীরোদনা ?"

- - 'ঐগীদি ইঙেল্লে কৌই।" হায়রগা ইঙেল্লেদু ফাক-ফাক নোকই।

— পুর্নিমাসু — "ঐগীদি পুর্নিমা কৌই।" পুর্নিমাসু মমিং হায়বদা নোকই।

বীনোইনা — 'ইচন অনীগী শক্কা মিংগসি ওহ্লোক্না চান্নখ্রেবো ?"

ইঙেল্লেনা — "উম ! অদুম চান্নবনি।" অদু হায়বগীসু নোকই। ঐদি ঐগী মিং হংলক্কনি খনবদগী মাঙদা খরা হেনগৎলগা চৎকে হায়দুনা খোঙকাপ অমা'নী চেনখৎলুরে। নুঙ অমদা খুদি থীজিনবদা ঐগী য়েৎথংবা সেন্দল মরীদু তৎলে। ঐনা নোম্থরগা সেন্দলদু খুৎনা লৌখৎকে হায়না লাম্বদা ঐগী নাদগী খাগী লৈহাওদু লৈমায়দা তাখ্রে। সেন্দলদু খুৎ য়েৎনা পায়রগা লেপ্তুনা লৈরিঙৈদা জিতুগা বীনোইগা অনীনা ঐগী নাদগী তাখিবা খাগী লৈহাওদু খুনগদবগী চপ মান্ননা নোম্থনবদা মখোয় অনীগী মকোক্তু দোং লাউনা থেংজিন্নরে। লৈদুদি জিতুনা খুল্লগা মাগী ফুরীৎখাউদা হাপচিনখ্রে। মখোয় অনীনা মকোক থেংজিন্নবদা নাবা খাঙবদু উবদা ইঙেল্লেগা পুর্নিমাগদি নোকপা থিংবা য়াম্না ৱাখি। ঐদি নোকপগী মহুত্তা মায়সি ঙাঙশং ঙাঙশিল্লগা খাঙখি। তাঞ্জাদুদা লৈদু জিতুনা ঐঙোন্দা "মেম্মা সে" হায়রগা পীরকই। ঐনা য়ারে তামো ঐ লৈদু চিল্লরোই হায়না খুম্বদুদা জিতুনা লৈদু মাগী ফুরীৎখাউদা অমুক হাপচিনখ্রে। জিতুনা ঐনা পায়রিবা সেন্দলদু মঙোন্দা পীরকউ মা শেম্বা য়াগদ্রা য়েংগে হায়। ঐনা য়ারে তামো ঐ অসুম পায়জরগে হায়রগা সেন্দলদু খুৎনা পায়রগা চৎপা হৌরে।

জিতুদু থৌনা খরগা হেন্না ফগৎলক্লে। ৱা মথং-মথং ঙাঙলক্লে। হায়রকই — "ওহ্লোকপা থৌদোক হায়বদুনি. ইচনগী মিং তাকথোক্নু হায়রিব্রা কৈনো, ইচনগী নাদগী তারকপা লৈসিগী মরোলসিনা করি হায়রিবা ? ইচলগী নাদা অমুক চিল্লরোইসু তাকপিরে।" জিতুনা ঐঙোন্দা ৱাহে খরা হায়খিবদুদা বীনোইদি খরা নুংঙাইতবগুম উই। মানা মতমদুদা খনখিবদু জিতুনা লৈ খুনখিবা অমদি সেন্দল সেম্বা য়াব্রা য়েংগে হায়খিবদুনা জিতুনা ঐঙোন্দা খরা হেন্না নকশিনখ্রগদি মাদি ফরক তাহৌগদৌরে হায়না খনবা মাল্লি। অদুগী মতুংদগীদি বীনোই ৱা কয়া ঙাঙখিদ্রে। ঐনা মিং তাকথোক্তনা অসুম কারকপনা কমক্ষ্যা মন্দির য়ৌখিবা খঙহৌদ্রে। মতমদুদা ঐগী খোঙদা সেন্দল তোংদবদা অনাবা ফাওবদু ঐসু নাদবা শানা খাঙজিন্দুনা চৎলি। ঐগী ইতৌদুদা জিতু য়াম্না নুংঙাইব্রে হায়বসি মানা চৎনা-চৎনা অস। অস। হায়খিবদুনা তাকই।

ঐখোয় লৈশাবী অহুম খোঙউপ থমফমদা ঐখোয়না তোংলকপা সেন্দল থম্লম্লগা লাই খুরুম্নবা মী ময়াম পরেং লেংলিবদুদা য়াওশিল্লে। ঐখোয়গী ইতুং ইল্লকখিবা মখোয় অনীদু কদায়দা লৈহৌরবনো উখিদ্রে। ইঙেল্লেনা হায়রকই — "হৌজিক্কী অনীদু লৈহৌরব্রা, কদোমদা চৎখ্রে, উখিদ্রেনে!" পুর্নিমাসু — "হোয়নহে মখোয় অনীদু লৈহৌরমাল্লে, উখিদ্রেনে?" ঐসু খল্লি — "তশেংনা মখোয় অনীদু লৈহৌবজাৎলা?" পূক্লিংদা মখোয় অনী উরক্তবদুদা নুংঙাইতবা অমদি ফাওরকই। মীৎসি মখোয় অনী কদোমদা লৈবনো হায়না কোয়থি-থিদুনা য়েংদুনা লৈরে। পূক্লিংসে ৱাবা হৌরকই। অদুক য়াম্বা মীয়ামদু মখোয় অনী উদবদুদা ইহাঙ-হাঙবগুম তৌরে।

অসুম্না মিকুপ খরা পূক্লিং ৱারুরবা তুংদা মখোয় অনী সৎ লাউনা অমুক ফাওদোরক্লে। মখোয় অনী উবদা ইঙেল্লেনা ঐগী লেঙজুমদা দক-লাউনা ইল্লগা মখোয় অনী অমুক লাক্লে হায়বগী ইঙ্গিৎ পীরকই। মোমোন নোকপা মায়থোঙ্না জিতুনা ঐঙোন্দা য়েংলকপদা ঐসু হাইফেৎ মঙোল্লোমদা য়েংলুরগা য়েংদবা শানা মায়সি ফৎ অমুক লয়থোকই। মখোয় অনীসু নুপা ময়াম পরেং লেপ্লিবদুদা য়াওশিনখ্রে। জিতুগী মমীৎ অনীদু ঐনা য়েংলুবা খুদিংগী ঐঙোন্দা য়েংদুনা হেক্তা লৈরম্মী। মানা ঙসাই মাগী ফুরীৎখাউদা হাপচিনখিবা খাগী লৈহাওদু লৌথোক্লগা নাতোন্দা থম্লগা মনম নম্মী। মাগীদু ঐবু উনবা তৌবসু মাল্লি। অমুকসু মচিন্না লৈদু চুপ্লগা ফুরীৎখাউদা অমুক হাপচিনখি। ঐখোয় অনীগী মওংদু বীনোইনসু শোয়দনা উরমগনি। মতমদুদা ঐদি বীনোই য়াওরবসু উদবগুম তৌখি। মরম অদুনা ওইবা তাই ঙসি বীনোইগা ঐগা লুহোংবগী মতম লেপ্পখ্রবা ফাওবদা ঐগী পূক্লিংসিনা মাবু নীংশিংবদা মশক চোংথোকহনবা ঙমদ্রিবা? মসিবু ঐগী অশোনবরা নৎত্রগা মাগীরা ইচে? খঙদে নুমিত্তুদা জিতুগা ঐগা য়েংনখিবা মীৎয়েংদু ঐ ঙসিসু কাউবা শুকঙম ঙমদ্রি। ঐনা মতমদুদা খনখি — নুপাসিবু মমা-মপা পূ-পাং শুবা মণিপুরগী নুংঙাই-য়াইফবা ইমুংগী মচাকা ওইরমগদ্রা? মখোয়গী ইম্ফালগী য়াইস্কুল হায়বা লৈকায়দুদি য়াম্না মমিং চৎপা, অচৌ-অশাং য়াম্না লৈবা লৈকায়নি হায়নৈ। মাগী মনাও নৎত্রগা ময়াম্বকা লৈরমগদ্রা? মচে নৎত্রগা মচন ঐগী লোনগাকা লৈরমগদ্রা? মখোয়গী মমাদু মচা-মমৌ লুনা তৌবী মমা অমা ওইরমগদ্রা? মানসু ঐগী মিং অমদি লৈকায়সু শোয়দনা খঙনীংলমগনিকো! ঐনা মিং তাকতবগীদমক মানা ঐসিবু মীদা য়াম্না লুই হায়না খল্লমগদ্রা? মাগী মশক্তুনা মমীৎনা হেক নোকপগুম তৌরদনা ঐনা য়েংলুবগা মোমোন হেক্তা নোক্লম্বদুদা ঐসু শুগৎলুবদি য়াদবনিনা মোমোন হেক্তা নোক্লুবনি। খঙদে, ইচে! ঐ মাগী মশক্তু উরগা অসুম য়েংদুনা লৈনীংবগুম তৌখি। অদুগা মাবু য়েংলুবা খুদিংগী ইতোমতা ইকাইজবগুমসু তৌখি। ঐনা খনবদা মাসু ঐনা খল্লিবা অদুগুম্না শোয়দনা খল্লমগদ্রা খনখি। মখা তানা ঐনা অমুকসু খল্লুই — "মাবু অতোপ্পা খঙন-চান্নবী কনাগুম্বী

অমা লৈরমগদ্রা ? কনাগুম্বী ইম্ফালগী মশক-মতৌ ফজবী, ইনাক-কৈরাক খুনবী, অচৌ অশাংগী মচানুপী অমগা অচেৎপা মরী লৈনরম্লবদি কমদৌবা ?" ঐনা ৱাখল অমদা উংদুনা লেপ্লিঙৈদা তুংদগী ইঙেল্লৈনা লেংবান্দা পায়রগা খংইন ইল্লগা — "য়েংউনে বালা ! ঙসাই নঙগী নাদগী তাহৌবা লৈহাও খুনখিবা নুপা অসে নঙঙোন্দা মীৎকুপ্তুনা য়েংদুনা লৈরেমি !" হায়রকপদা ঐ খংপ্রেক খংই।

ৱাখলনা জ্ঞান তারকপদা নাতোন্দা য়াম্না হৈনদবা মনম অমখক ফাওরকই। হমেং বলি ককপগী ঈ থন্না য়াওরবা পুখ্রিদুদগী ঈহিং মনমদুদা হৈনদদুনা রুমাল লৌথোক্লগা নাতোন মেল্লগা খাঙই। পুখ্রি মথক্কী জালিদুদা বলি কক্লবা হমেং মকোক্কা মশাগা তোঙান-তোঙান তাদুনা লৈরি। মখোঙ মরিদুনা ফ্রিং-ফ্রিং চোংলি। মচিনগী শরুক্লা চৈনা খাঙবা ঙমদদুনা মে-মে খোংলি। মমীৎ অনীদু শ্বর চনীং তানা হোন্নবা কয়াৎ খাইদোকপিখ্রবনিনা পাঙলম্বদগী তপ্না-তপ্না উইশিনখ্রে। নাকল অমরোমদনা খুনু কয়া'মসু হিংনা মকোক্তা শিন্দুর তৈরগা য়েলহিং থারি। পূন্নমক্তু থাজবদা য়ূম্ফম ওইরগা লাইগী লাইপাউ হংলুবদা দষা কোক্কনি অসুম্না তৌ হায়রকপদগী পাঙথোক্লবা শোয়দনা ওইগনি ইচে। লাইদা কৎলিবা পৈশা, য়েলহিং থারিবা, বলি কক্লিবা পূন্নমকসি মীওইবগী ওইজবা থিবদা পাঙথোকপা থবক-থৌরম ঙাক্তা নৎত্রা ? ঈশ্বরনবু অসুম্না তৌ হায়রমগদ্রনে ? থাজনবী হায়বসিমসু মীওইবনা যুগ কয়াগী মমাঙদগী লিশাং শিৎনা চৎনরকপা ওইবনা পাক্লা থাদোকপা ঙমগনি থাজদে। ইচে ! ঐ ইশাগী ওইনদি পামজখিদ্রে। অসুম্না ঐখোয় পরেং লেপ্লিবা ময়ামদু খরা-খরা চঙশিন্নরকপনা ঐখোয়গী কাঙবুসু মন্দিরগী থোঙ মনাক্তা লেপ্লরে। থোঙদগী কুমথরগা খরগা অমুক চঙশিল্লগদি মন্দির মনুংগী লাই খুরুমফম য়ৌরে। ঐসু থাজবগী মতুংইন্না মীৎ অনীসে চেজেৎনা উইশিল্লগা ইমা কামক্ষ্যাগী মফমদা করিনো ঐনা নিগদৌরিবসে হংবা হৌরক্লে। ঐনা মীৎ অনী উইশিনবদা জিতুগী মুর্ত্তি অমা মীৎমাঙদা লেপ্তুনা লৈররে। মানা লৈ খুনখিবা, মচিন্দা লৈদু চুপখিবা পূন্নমক্তু লোইনা উরক্লে। থোক্লবা অমা মরাইনা লাকচরনি ঐগী পূক্লিংদগী মাঙখ্রো হায়বা য়াদনা মীত্তা অসুম উদুনা লৈরবা মহাক অসিবু ঐগী ইপুরোইবা ওইহনবীয়ু হায়না নিজবা নত্তনা অতৈ লক্ষ্মী পূন্নমক ঙাইহাক্তুদদি কাউখ্রে। ঐ থম্মোয় শেংনা জিতুবু ঐগী পুস্নিগী লেঙদবা মীশক ওইহনবীয়ু হায়না কমক্ষ্যাগী মফমদা নিজখ্রে।

ঐনা ধ্যান লোইদুনা মীৎ পাঙথোরকপদা জিতুসু ঐগী য়েৎলোমদা ইনাক্তা নক্লা লেপ্লগা মমীৎ অনী উইশিল্লগা লাই খুরুমদুনা লৈরম্লে। ঐনা মাবু উবদা ফাওখিবা নুংঙাইবদু করি হায়না থাগনি ইচে। ঐ হায়ফম খঙদে। লাইবক্তা ব্রাহ্মন্না শিন্দুর নম্লগা থোক্লরকপদু শিন্দুর মহী চেম্বরক্তুনা লাইবক্তা ইতৈ তৈবদু ঐখোয় মশেল অমনা অমবু য়েংনরগা নোক্লে। ঐগী লাইবক্কী অশোয়বদু ইঙেল্লৈনা ঐঙোন্দগী রুমাল লৌরগা

তৈথোক্লগা মওং তানা শেম্বীরে। মাগী অশোয়বদুনা ঐনা তৈথোকপিরে। ইঙেম্লেগী শেম্বা লোইরগা পুর্নিমাগী শেম্লিঙৈদা ইঙেম্লেনা হায়রকই — "বালা! শেম্বীবগী শেম্বীবা তামো অমগী লাইবক্কী শিন্দুরসিসু মওং তাদ্রে, নঙনা খরা শেম্বীরোদনা? ঐনা জিতুগী মমায়দা য়েংলুবদা মাগীসু শিন্দুর মহী খরা তৈরে। ঐনা মিকুপ্তুদা খনখি — "ঐবু ইঙেম্লেনা হায়বা ইন্দুনা মাগী লাইবক্কী শিন্দুর নম্বদা শোয়রিবসি তৈথোক্লগদ্রনে? ইকতি ইকাইখ্রেদা! ঐ ঙম্মোইদা!" অসুম খল্লিঙৈদা জিতু মশানা ফুরীৎখাউদগী রুমাল লৌথোক্লগা "কদায়দনো মপাদুদা তাকপিয়ু ঐ তৈথোকচগে" হায়রকই। মানা তৈথোকপদা অমুক্কা হেন্না মওং তাদবদু উবদা পুর্নিমাসু য়াওনা — "বালা নঙ কোক হেক তৈথোকপিরোবা" হায়জিল্লকপদুদা ঐসু ইকাই-ইকাইনা জিতুগী লাইবক্কী শিন্দুর অশোয়বদু রুমাল পায়রগা শেম্বীবে। ঐনা মাগী লাইবক্তা খুৎনা শোক্লুবা মতমদা খুৎসি নিক্লকই, থবাক্কী মিহুলগী খোঙজেলসু হেন্না য়াঙনা চেল্লকখি। মদু উবদা বীনোই মতুং ওম্থোক্লগা য়েংদবা শানা লৈখি। ঐগী খুৎনা মাগী লাইবক শোক্লুরবা মতুংদা ঐসে ঙাইহাক্কী ওইনা মাগী ওইখ্রবগুম খল্লকখি। খঙদে, ঐগী ইশাসে মাগীদমক্তা ওইরবদি পূম্নমক মঙোন্দা শিন্নথোকখ্রবসু কায়দ্রে খল্লকখি।

বৃন্দানা মরক থৎনা হায়রকই — "নঙসু মতৌদি ইমান-মান্দনা ফনবু থৌনা ফরুরিনে?"

— "ইচে। ঐনা তৌখিবদুবু কযাম কাযবগে?"

— "কায়বুদি কায়দেদা।"

— "ইচেদা থোক্লম্লবদি কমদৌবমগনি?" - "ঐসু অদুম তৌরমগনিদা। সুম হায়বগী ৱানিদা।"

বালানা ৱারী মখা চৎথরকই।

ঐখোয়না লাই খুরুম্বা লোইরগা থোরকখিবা মতমদু অয়ুক্কী পুং তরামাথোই তারে। লাই খুরুম্বগী পরেং লেংফমদা জিতুগা ঐগা পুং অনীরোম তোয়না য়েংনখিবা অমদি মাগী লাইবক্তা ঐনা শিন্দুর তৈথোক্নুনা মওং তানা শেম্লুবদুনা মাগা ঐগগী মরীদা খরদি নকশিন্নবগুম তৌখ্রে। মানা ঐগী ইনাক্তা চঙলক্লগা ৱা অমা হায়ররে — "মেম্মা! নহাক্কী সেন্দলদু শেমফম লৈব্রা হায়না থিরুবনি অদুবু খোঙউপ শেমফমদি লৈরমদ্রে। খোঙউপ য়োনবা দুকান মচা অমখক্তি লৈহৌই, মদুদগী সেন্দল অমা লৈরগা তোংশিনবনা ফরোইদ্রা? খোঙনা চৎলবদি নাবনা মওং তাররোই।"

ঐসু মাগী ৱাহংদু খুমদবা য়াদবা মতাং ওইবদুদা — "য়ানিদা তামো, সেন্দল য়াওদনা চৎলবসু কয়দেদা! লাই খুরুম্বা লাকপদবু।" ঐখোয় খোঙউপ থমফমদা চঙদুনা

খোঙউপ লৌথোক্লুরে। ঐনা ঐগী অতৎপা সেন্দলদু খুৎনা পায়বা উবদা মানা মঙোন্দা পীরো দুকান অমদা শিন্নরম্লগা মা কোন্না অমুক লাক্লগা লৌরগে হায়রে। অদুবু ঐনা য়াদ্রে। মানা অনম য়াম্না কন্না তকশিল্লক্লে। মানা কন্না হায়বদুদা ইঙেম্লেগা পুর্নিমাগনসু কোক হেক য়ারো হায়রক্লে।

মখোয় অনীনা ঐখোয় অহুম্বু কমক্ষ্যা চীংদোন্দা লৈবা খোঙউপ য়োনবা দুকান অমদা পুশিল্লে। বীনোইদি ৱা অমত্তা হেক ঙাওখিদ্রে। খোঙউপ য়োনফম দুকান মনুংদা চঙলগা খোঙউপ য়েংবা হৌরে। খন্নিঙাই খোঙউপ মখল শুনা ফংবা দুকান্দি নত্তে।

জিতুনা ঐঙোন্দা হংলকই — "ইচলগী খোঙসিবু নম্বর কয়ানা চাবনো?"

ঐনা ইকাইরপ তৌনা — "নম্বর মঙা ওইরমানে"।

মানা দুকান্দারদুদা নম্বব মঙাগী নুপীগী সেন্দল অমখক্তা পুথোকপিরকউ হায়। নম্বর মঙাগী সেন্দল অমা পুথোরক্লুনা য়েংহল্লে। চাৱা য়েংবদা চপ চারে। ঐনা মাগী মমাঙদা ঐগী খোঙ পুথোক্লুনা খোঙউপ চাৱা য়েংবদু ইকাইবা ফাওখি। মানা ঐগী খোঙদা মুন্না য়েংলগা — "খোঙদি মওং চুমই" হায়বকই। সেন্দলদু লৌরসি হায়রিঙেদা মানা মমল কয়ানো হংলগা বেগতগী লুপা চামঙা চৎপী অমা লৌথোক্লগা পী। ঐসু ঐগী বেগতগী লুপা চাম্মা চৎপি অনীখক লৌথোক্লগা পীগদবগী লৈ। মহাজন্দুনা লুপা চাম্মা যাঙ্খে খক লৌজহৌগে হাযরগা মাগী লুপা চামঙাদুদগী লুপা চাম্মা য়াঙ্খে লৌহৌরগা অরেম্বদু মঙোন্দা হল্লকই। ঐনা ঐগী পৈশাদু বেগতা অমুক হাপচিল্লে। ঐখোয় ময়াম দুকান্দগী অমুক থোরক্লে। ঐহাক মানা পৈশা পুথোক্লগা লৈবীবা সেন্দলদু তোংলগা চৎপা হৌবদা ৱাখল অমা লাকপা হৌরে। মদুদি ঙসাই কামক্ষ্যাদা নিজখিবা বরদু থুংগদৌরব্রা হায়না। মদুগী সেন্দলদু মনখিদৌবা পাম্মুদুনা ঙসিসু তোংনদনা থম্লি ইচে।

— "ইচে! ঐ বা অমা হংগেনে?"

— "করি ৱানো ইনাওসিদি হংও!"

— "মানা লৈবীবা খোঙউপ্পু ঐনা হরাউনা তোংলগা চৎপদু উবদা মানা করি খল্লমগনি?"

— "করিনো ইনাওগী ৱাদুবো? পামজবা পাখংনা পামজবা লৈশাবীদা পামজনা থোনবা সেন্দলদু পামজবী লৈশাবীদুনা হরাউনা লৌখ্রবদবু করিগী নুংঙাইরোইদগে? মদুবু কৌই - তম্বা থোক্তবা তাঞ্জা হায়বদো!"

ঐখোয় খোঙনা খরা থোরক্লগা বেঙ্গলিগী অথুম-অহাও য়োনবা দুকান মপা অমা য়ৌরে, জিতুনা — "নখোয় চাক লাম্লম্লনি করিনো খরা চাখিসি" হায়রকই। ইঙেম্লেনা

— "বালা ! ঐদি চাক য়াম্না লাপ্লে" হায়রগা মাঙ থাদুনা বেঙ্গলি দুকান্দুদা চঙখ্রে। মতমদুদা ইঙেম্লেগা পুর্নিমাগনা তোয়না ঐগী মিং কৌবদগী ঐগী মিং বালা কৌই হায়বসি মখোয় অনীসু খঙখ্রে। জিতুনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা অহানবা ঐগী মিং কৌরকখিবদু ঐ কাউদ্রি। মানা — "বালানা চানীংবা করিনো অমদি হায়য়ুদনা ?" হায়রকপদা ঐ মীৎ-না অনীমক খংশিং-শিংখি।

ঐসু তৌফম খঙদদুনা ইঙেম্লেগা পুর্নিমাগদা ওনশিল্লগা হায়খি — "করিনো ঐঙোন্দা ঙাক্তা তাইনরিসিবো ? নখোয় অনীনা চানীংবা অমা হায়খ্রোদনা !"

ইঙেম্লেনা — "তামো ! বালানা গুলাপ জমুনগা বর্ফিগা, জিলিবীগা চানীংই হায়রিয়ে !" ঐনা শাওরপ্পা - ইঙেম্লেগী নঙ্গন্দা পোপ লাউনা থারগা — "মসিগী হিংচাবীসিদি মী চঙহাৎ-হাৎপা ঙমদৌরি" হায়খি।

জিতুনা ঐখোয় অহুম্না চানীংই হায়বা গুলাপ জমুনগা বর্ফিগা জিলিবীগা ওর্দর তৌখ্রে। চান্নবা পুথোরক্তুনা নোক-নোক্তুনা চামিন্নখিবদো ঙসি ফাওবা কাউদ্রি। মদু পুন্সিসিদা অহানবা শকখঙনবা নুপাশিংগা হোটেলদা চামিন্নবনি। মদুগী মতুংদা অসুম্না অমুক্তা থোকখিদ্রি। মদু ফজবা তাঞ্জা অমনা পীখিবনি হায়বা তাই। বীনোই নুমিত্তু পৈশা য়াওদবগীরা খঙদে, সিমদি ঐ পীরগে হায়না ফুরীৎখাউ অমুক্তা হুমখিদে। জিতুনা নুপী মমাঙদা পাম্বোম তিংবা হায়বদুরা করিনো মাতনা পৈশা পীখি। পৈশা পীবা লোইরগা থোরকপদা জিতুনা হায়রকই — "ঙসি ইচন অহুমগা য়াম্না তাঙ্না উনবা নুমিৎসিদা উমানন্দ মহাদেবদংগা পূন্না চৎমিন্নরগা খুরুম্লুরবদি মহয় চাউই হায়নবদু ফংগদ্রা খল্লি, অদুবু ইচিনসিনা চৎসি হায়না হেক হৌবদি ঙমদ্রে।"

ইঙেম্লেনা — "ঐদি য়াই" হায়না খুমদোরকই।

জিতুনা — "ইচন অনীগী মোৎনা কমদৌবা ?"

পুর্নিমানা — "পুবীনবা বোদি গার্দ লৈরবনিনা য়ারে হায়বসু কায়দ্রে।"

— "ফরে, অদুদি আদা খাল্লিবা টাটা সুমোসি উমানন্দ খুরুম্বা চৎনবা মী ৱাৎপা কৌরিমাল্লে, হংলুরসি।"

টাটা সুমোদু মী খরা ৱাৎপা হাপকদবগী ঙাইবা ওইরম্মী। গাড়ীদুদা ঐখোয় ফৎ-ফৎ কাখৎনদুনা তোংলে। সিত্তা মী খরা চিন্না ফম্মী। মখোয় নুপা অনীদি মনীংদা তোংই। তৌববুদি ঐসু হোটেলদা চাবা লোইরগা থোরক্লবনিনা মাগা কায়নরনি, কৈদৌঙৈ অমুক উনগনি খল্লুবদা পূক্লিং ৱাবা হৌরুরবনি। মাবু মখা তানা নুমিৎসিমদি মপূং ফানা উননবা তাঞ্জা অমা লাইনা পীরমাল্লে খল্লকই। চিল্লবা গাড়ী মনুংদুদসু মাগী মমীৎনা ঐবু থিরগা

য়েংবদি লেপ্পা লৈতে। ঐসু ৱাখল মফাং-মফাংই। কামক্ষ্যা মন্দির লৈবা চীংথক্তগী লোইরোই, লোইরোই লৈ-লৈদুনা কুমথরকপা গাড়ীদুনা পুরক্কুনা যাত্রিক ময়ামদু মিনিট খরগী তুংদা কাছাড়ী ঘাট য়ৌরক্লে। মফমদুদা ঐখোয় মথং-মথং কুমথবা লোইরে। ঐনদি খঙজদবা ঐঙোন্দা ওঙ্খোকপা য়াম্না ইকাইবা থৌদোক অমা থোক্লে। জিতু অমদি বীনোই অনীসু ঐগী অশোয়বদু উবদগী ঐগী তুংদা চৎলম্বদগী মাঙদা চৎখৎখ্রে। পুর্নিমানা হান্না উবদগী ঐগী তুংদা মী অতৈনো উদনবা খঞ্জিল্লগা হায়রকখি — "বালা! নঙগী নীঙদা ফজদবা মচু অমা তৈরে"। ঐ শ্বাই লাওই, মায়কাসি ইচপমুক ঙাঙখি। নুমিৎ মশীং পাবদা মদুমক্তি ওইফম থোক্কেনা! ঐনা ৱাখিবদি ঐগী অশোয়বদু জিতুনা উরগা কবি খল্লমগনি হায়বসিদনি। য়াম্না লুনা খল্লুবা পোৎশক্তু পুর্নিমাগা ঐগা খরা লাপ্না হাইদোক্লগা য়েংলুবদদি লমহেনবা অঙাংনা থৌওইনা চ্যুইংগম চারগা চ্যুইংগমদা শিন্দুর হাপচিল্লগা সিত্তা নপশিল্লম্বা মপাদা ঐনা খঙদদুনা ফম্লুবদা অঙাঙবা মচুদুনা নীং মপাদা পল্লকপা ওইবমখি। অসিগুম্বা উহন্নীংদবা পোৎসিনা খবসু মহেল্লে, য়াম্না থুনা উগনবা। পুঙৌ ফনেক অঙৌবগা ওইরে, ঐনা খনখি — "ঐগী অশোযবসি মানা উবা মতমদা ঐখোয নুপী ওইবীশিংগী থাগী থম্বাল লৈকাদা লৈরিক কেল্লমদাইগী লৈশাৎ তম্লক্কুনা লৈচু ওল্লকপদু ওইববোই খল্লমগদ্রা? মদু নত্তে হায়বসিবু খুদক্তা মঙোন্দা কবম্না খঙহনগনি। ওঙ্খোক্লা লুখ্রেদা। অসিগুম্বা মতমদা লাই খুকুম্বদি তৌনদেকো! ঐগীসিদি মদুমক্তি নত্তেদা।"

ঐনা ঐগী ঙক্তা যাল্লম্বা জয়পুবদুনা খ্বাঙদা তংখায অমা শেৎলগা তংখায় অমনা সাবি তংখাযগুম্না লেংবান্দা চিংখৎলে। তপ্না-তপ্না কুমথরক্কুনা ঐখোয় ব্রহ্মপুত্র মপানগী হিথাংফম য়ৌরে। বীনোই পূমমক উরবসু ৱাখল অমদা উংলগা পান্দম অমা শাগৎলগা মতাই ওইরপ চৎলি। মা মথ্বায় কযা নুংঙাইত্রে হায়বসি ঐ খঙই। মফমদুদা লেপ্তুনা ঐখোয ফ্যেবি লাকপা ঙাইহাক ঙাইরে। তুরেল অচৌবগী মপান্দা শিংপা নুংশিৎ মহৌশানা খবা কনমাল্লে। ঐগী শমসে নুংশিৎনা হুম্বদা মতা অমা ওইনা তৌরে। মাসু ঐগী ইতৌদু মীৎ কুপ্তনা য়েংলি। ঐনা মিকুপ্তুদা খল্লকই করিগুম্বা ঐখোয় অনীখক্তা পাক্লবা ব্রহ্মপুত্র ঈপাকসিদা হি অমদা ঈংনা-চিক্লা তোংলগা নুংশি ৱারী শানদুনা চৎলবদি কয়াগী মতিক নুংঙাইগনি। অদুগুম্বা তাঞ্জাদুবু পূন্সিসিদা অমুক লাকখিগদ্রা? অদু ওইরবদি পূক্লিংদা খল্লিবা অশেংবা ৱাখল কয়াসে মাগী মফমদা ফোঙদোক্লবগী তাঞ্জা শোয়দনা ফংলমগনি।

ৱাখল খল্লিঙৈদা ফ্যেবি অমা থুংলরে। উমানন্দ খুরুম্বা চৎলুবা কাঙবু হল্লকপনি। মখোয় ফ্যেরিদগী কুমথবা লোইবগা অনৌবা উমানন্দ চৎকদবা কাঙবু অমমুক কাখৎপা হৌরে। ঐখোয় অহুম্না হান্না কাখৎলবা তুংদা মখোয় অনীনা কোন্না কাখৎলক্লে। মী কাবা লোইবগা ফ্যেরিদু ব্রহ্মপুত্র ঈপাক তম্না থৌদোরক্লে। ব্রহ্মপুত্র ঈপাক তম্না য়াঙনা থৌদোরক্লিবা ফ্যেরিগী মপান্দা পায়রিবা ঐগী খুত্তা জিতুনা মুন্না য়েংদুনা লৈরম্লে।

ঐনা ঐগী খুত্তা মানা মুন্না য়েংলে খঙবদগী খুত্তু মফম হোংলগা অমুক পায়। মাসু মাগী মমীৎনা তান্নদুনা ঐনা নৌনা পায়বা মফমদুদা অমুক য়েংই। ঐনা শ্বর অশাংবা অমা হোন্দোক্লগা মায়সি হাইফেৎ লৈথোক্লগা ফম্মী। ফোরিদা তোংলিবা মী খুদিংমক্কী ৱাখলশিংদুসু অমত্তা মান্নরল্লোইকো ইচে। ফোরি লোইরিবা মপুদুনা খল্লমগদবা ৱাখলনা ঙসি শিবরাত্রি নুমিৎসিদা ট্রিপ মশীং অদুক্কী মতিক য়াম্না থৌহৌরগা পৈশা খরহেন্না ফংহৌগদৌরিবনি। খোঙচত্তুদা য়াওরিবা যাত্রিকশিংদুগী ৱাখলদনা উমানন্দ খুরুম্মুবদা মানা-মানা নীংজবা অপাম্বশিংদু শোয়দনা ফংগনি হায়বসিনি। ফোরিদুনা ঈয়ায় য়ৌশিল্লকপদদি ব্রহ্মপুত্রসিবু কয়াম লুরমগনি, শোয়দুনা লুপ্লবদি কমদৌবা হাযবা বাখল লাকখি। ঐ মীৎ অনীসি উইশিল্লগা তোর্ব্বান থুনা যৌরদি নুংঙাইনিদা খল্লকখি।

পঙলাপ লাপ্লদি নত্তবনিনা উমানন্দগী চীংখোঙ য়ৌদুনা ফোরিদু খাম্লে। মী মযামদু মথং-মথং কুমথনদুনা উমানন্দগী চীং লম্বীদুদা কাখৎপা হৌরে। ঐনা খল্লি, করিগীনো শিব মহাদেবসিনা অযাম্বা মফমদা অবাংবা চীংথক্কু স্বদা ঙাক্তা লৈরম্লিবসিবো? কলি যুগকী মীবোল থুংলরবকান্দা মখোয়না থিরক্লবা হায়দুনা অবাংবা চীংদোল নৎত্রগা ঈথৎ মযায়গী চীংথক্তা লোত্তুনা লৈরম্লিব্রা? শাবী-শানৌ কয়াগী নুংশি ঈপাক তম্ব্রক্লবা, অহানবা শাকখঙনবগী তাঞ্জা অমমম পীবাগে হায়না ঙাইরিব্রা? ঐগী পূক্লিংসে হাযফম খঙদবা তয়াং-তশোইবা অমনা মাগী বাখলদা হুমদুনা পুবগা চপ মান্নখ্রে। মফমদুদসু লাইগী নুমিৎনিনা মীনা ফিঙৌ ফৌবগুম তিল্লম্মী। মীয়ামদুগী মরক্তা ঐখোয় মঙাসু খোঙবু ওইনা পুনখিদুনা অঙম্বা চীংমায়দু কাখৎলকই। চীংথক্তা মাইক্তা আসামি লোন্দা ইশা ইশাগী সনা-লুপা শিরিবশিংদু মীয়াম ইন্নবদা হুরানবনা থৎখিদনবা হঞ্জিল-হঞ্জিল লাউদুনা পাউজেল পীরি। লৈ য়োনবা কাঙবুনা মাগী-মাগী লৈ পরেংদু লৈবীখো হায়না মী খুদিংগী হাদুনা য়োল্লরি। জিতুনা লৈপরেং অহুমখক লৈরগা - ঐখোয় অহুমদা লৈপরেং অমমম পীরবে। খঙনরবনিনা ঐখোযসু লৈ পবেংশিংদু লৌরে। অসুম লেপ্তুনা চঙশিল্লকপনা ঐখোয় লাই খুরুম্বা চঙনবা কুমথফমদু য়ৌরে। মীদি খুৎচিন অমা তৌই। খরা-খরা অসুম চঙশিল্লক্তুনা হন্দকমুক্তি ঐগা জিতুগা খব্রাং চৎমিন্নবগী তাঞ্জা অমা লাক্লে। পৌ নল্লিবা মফমদুদা য়াম্না কন্না ইনশিন্নরকই। মীয়ামদু পুল্লপ-পুল্লপ ফুম নোম্বগুম নোম্লকই। জিতুনা ঐবু নুপা অতৈনা শোকখিগদ্রা হায়না থোইনা হেন্না ৱাবগুম তৌবদু ঐসু ভাব তাই। অদুবু ঐসু নুংশা থিদবদি নত্তে। ইঙেল্লেগা পুর্নিমাগসু ঐগু ম্না ৱারমগনি। মখোয় অনীনা ঐগী ইতুংদা মী অমা খল্লগা চঙশিল্লকই। বীনোইদি মী চিনবসি হৈনদে মপান্দা ঙাইরম্লগে হায়রগা লৈহৌরে।

তাঞ্জাদুদা লৈশাবী অমনা আসামি লোন্দা মঙক্তগী লীক থৎপিখ্রে হায়না খংলাউ লাউরকই। ঐদি নুপীদুনা লাউরকপদুদা পাখৎপা অমা য়াওনা জিতুগী মখুৎ লাম্লগা

ইকাই-ইকি খঙদনা পায়শিল্লুরে। মাসু ঙাইদুনা লৈরম্বগুম মীয়াম মরক্তুদা করম্না হৌনরুবনো খঙহৌদনা খুৎ অনীদু চেৎনা হেক্তা পায়শিন্নখ্রে। খুৎনা মখাদা পায়নখ্রবা তুংদা ঐখোয় অনীগী মায়গা-মায়গসু হাইফেৎ-হাইফেৎ য়েংনরুই। মিকুপ খরগী মনুংদা মাগী থম্মোয়গা ঐগী থম্মোয়গা অনীদু ঙাইহাক্কী ওইনা চান্নবা মরুপ ওইখ্রে। খরা খরা চঙশিল্লকপনা চেৎনা খাবিবা য়োৎকী বারদুগী মনাক য়ৌদুনা ঐখোয় অনী খুৎ থাদোক্লরগা খব্রাং লেপমিন্নরে। শিব মহাদেবগী মমাঙদা লেপমিন্নদুনা থম্মোয় থোঙ্গাল হাংদোক্লদুনা নীনিংবা বর নিমিন্নবা যাবগী তাঞ্জা ফংলে। জিতুনা লাইদা কৎনবা পৈশা অচোইবা ফুরীৎখাউদগী লৌথোক্লগা ঐগী খুত্তা হাপ্লকই। মানসু অমা অনী পায়। মানা কৎলসি হায়বগা ঐখোয় অনী চপ মান্ননা পৈশাদু থাদরগা কৎমিন্নে। ঐনা মানা পীবা লৈপরেংদু পান্দাদা লাইদা কৎপিয়ু হায়রগা কৎমিন্নে। লৈপরেংদু অমুক পান্দাদগী নিবদা মানসু পীবীরকই। ঐনা লাইগী নির্মলা ওইরবা লৈ পরেংদু খুৎনা পায়বগী মহুত্তা ঙকশমদা থোক শিজিল্লে। মতাংদুদা মানা হায়খিবা ৱাহৈদু ঐ কার্উদ্রি — "নঙগী ঙকশমদা লৈপরেং শিবসি কয়াদা পাকচখ্রবনো?" ঐনা মাগী ৱাহৈদুদা মপাম্থোংদা ইকাইবা খাঙখি অদুগা থম্মোয়নুংদদি হ্রাউ-নুংঙাইবা পোকখি। ঐখোয অনীনা লাইখুরুম্বা লোইরগা নোক-নোক্তুনা থোরকখিবদু বীনোইনা অরাপ্পদগী উখ্রে হায়বা ঐ তশেংনা উহৌই। অদুবু মানা উদবা শানা মতুং ওম্থোক্লগা লৈরম্বদু উবদা মানা ঐখোয় অনীবু কল্লকপগী ৱাখল অমা শাগোন্নখি হাযবসু ঐ খঙই। মতাংসিদদি ইঙেল্লেগা পুর্নিমাগসু ঐখোয় অনীগী খঙহৌদনা নকশিন্নবগী মতৌদু উবদা কল্লকপগুম তৌরে। মসিগুম্বসি তাইবংগী লোনচৎ ওইনা তৌৱা ইচে?

বৃন্দানা — "চুম্মী, মদু মীওইবগী লোনচৎনি, চিঠি খেলা ফাওবা মীবু ফাওদবা মীনা কল্লরুবদুগা চপ মান্নে।"

— "ইচে নঙদি ঐগী বারীসি তাবদা য়াম্না বারম্লগনি, মখা লীথখিসিরা তোক্লসিবা?"

— "ইনাওগী ৱারী তারুবদগী ইচেসু কামক্ষ্যা অমদি উমানন্দ অনীমক পূন্না দর্সন ফংবগা চপ মান্নরে। নঙনা সেন্দল তৎলে ঐগীসু তৎপগুম, নঙনা ফেরি তোংলে ঐসু তোংবগা চপ মান্নরে। য়াম্নবু নুংঙাইরি লীদনা লীরবদি মখাক অমুক থমহৌরনু, ইচেগা নঙগা তোয়না উনবসু ফংলরোই।"

বালানা ৱারী মখা শমথরকই।

অদুদগী ঐখোয় মঙা পুনশিন্নরে। চীংথক্তা লেপ্তুনা ব্রহ্মপুত্র ময়ায়দা ফেরি পারেং-পরেং চৎখিবা, হল্লকপা য়াঙনা য়াঙনা থৌরিবশিংদু ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ। নাকল অমরোমদা লিন শান্নবা নুপা অমনা নাগিন খোংলগা খৈরোই অমগা লিন অমগা চিক্লহল্লগা ক্লুম্মে ওইনা উৎলগা পৈশা তাল্লি। ঙাইহাক্কী তুংদা য়ূমদা হন্নীংবগী ৱাখল ফাওরকপদগী চীংখাদা

কুমথরক্লে। চীংদগী কুমথরকপদা ঐনা ঙসাই মন্দির মনুংদা মী য়াম্না চিনবা মফমদুদা জিতুগী মখুৎ লাম্লগা পায়খিবদু নীংশিংলুবদা ইতোমতা ইকাইজরকই। অমরোমদা থৌদোক্তু পূন্সি চুপ্পা থম্মোয় মনুংদা লাত্তুনা থন্নিংবগুমসু তৌরকই। মানা ঙসাই ঐনা ফ্যোরি মপান্দা পায়রিঙৈদা ঐগী খুত্তা মুন্না য়েংখিবদু খুৎ অনী পায়নরুরবা মতুংসিদদি মাগী অপেনবা খরদি ফংলম্লগদ্রা হায়নসু খল্লকই। খঙদে, ইচে! মসিবু নুংশিবা হায়বদু নত্তব্রা? ঐনা ঙাইহাক্তুদা খনখিবা ঙাইহাক্কী তুংদগীদি মহাক্কী মশক উররোইকো খল্লুবদা অৱাবা অমা ওইখি। নুংশিবা হায়বসি মীপুম খুদিংমক্কী মফমদসু অসুন্না তৌনরমগদ্রা খনখি। চীংথক্তগী ৱাখল অমদা তাউদুনা লেপ্তুনা কুমথরকপনা চীংখোঙ য়ৌরে। চীংথক্তা মায় ওন্দুনা য়েংখৎলুবদা পাম্মুবা পোৎশক অমা উমানন্দগী চীংথক্তা তাহৌরবগুম পূক্লিং তয়াং-তশোইরকই। মফমদুদা ফ্যেরি অমনা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরম্বদুদা ঐখোয় মথং-মথং কাখৎলগা ফম্লে। মী শুরদুনা ফ্যেরিদু উমানন্দগী ঈথৎমচাদু তপ্পা-তপ্পা থাদোক্লম্লে। কায়নরমদাই হায়বসি নুংঙাইবা মিকুপ অমা নত্তে হায়বসি মতাংদুদা ঐগী ৱাখলদা তোয়না ফাওবক্লে। পূক্লিংদা মওল-মওল খল্লিঙৈদা জিতুনা হায়রকই — "ঙসিগী তম্বা থোক্তুবা তাঞ্জা অমখক্লা ঐখোয়বু অমগা অমগা শকখঙ-মায়খঙনহন্দুনা হেন্না নক্লবা মরী অমা শেম্লে। মতুংদা করম্বা কান্দা অমুক হন্না ঙসিগী অসিগুম্বা খুদোংচাবা তাঞ্জা অমমুক লাক্কনি হায়বা ঙমদে। ঐগী ওইনদি ঙসিগী নুমিৎসি খ্বাইদগী মমল য়াম্বা নুমিৎনি হায়না খল্লি। নখোয়দি কবম খনবগে খঙদ্রে?"

ঐখোয় অহুমদি কাযনবমদাইগী মীনোক উৎপা নত্তনা পীননবা পাউখুম লৈবমদে। ঐদি ঐনা খনবা ৱাখলগা মানা ফোঙদোরক্লিবা ৱাহৈশিংদুগা য়াম্না চান্নরম্বদুদা মাবু নুংশিবগী চাং অমুক্কা হেনগৎলকখি। জিতুনা মখা অমুক তারকই — "অদো, ঙসিদি নখোয় অহুমগী য়ুম খঙবা ওইনা বেলটোলা য়ৌনবা থিঞ্জরগে হায়ববু?" ইঙৌম্লেনা খুম্মী — "মণিপুরগী তামোসি মবুক-মপাও ফবা য়াম্না হেনগৎলক্লেকো! ঙসাই অহানবা থেংনবদদি ৱা ঙাঙবা কয়া হৈতবগুম, মায়সু খবা শোন্না উরম্বনি, অদুবু ইমান্নবী বালাগা খরা নকশিন্নরুবদগী প্রমান-পাম্থেকা য়াওনা ঙাঙবা য়াম্না হৈরক্লেকো। ইম্ফালদা হান্না খঙনবী লৈশাবী লৈরম্রা কৈনো?"

ইঙৌম্লেগী ৱাহৈদুদা ঐ ইশাসি ৱং লাউনা খঙহৌদনা খংশা শাগৎলকখি। খল্লকই — "হায়গুম্মদনা ইম্ফালদা মাগী চান্নজবী লৈরম্লবদি কমদৌবা?"

মাসু ইঙৌম্লেগী ৱাহৈদুদা ঐনা মাবু শোয়দনা চিংনরম্লগনি হায়না খনবা মাল্লি। হায়রকই — "ওম্থোক ওম্থোকপা বা ঙাক্তা তায়দা! গুৱাহাটিদা চহী মরি লাইরিক তমদুনা য়ুমদা শুকথোক-থোক্তনা লৈরগবু কদাইদগী ইম্ফালদগী নুপী খঙনদোইনো?"

— "লৈত্রগবুদি ফবা, শোমদা মী চাক্লগদৌবা য়াওবদুদা পাখৎচবগী ৱানিদা।"

জিতুনা খুল্লকই — "ঐনা হায়জবদি হোরেন শোম্বু লৈকায় য়ৌনা থিনবা চৎপদা কোক কায়গদ্রা কিজবগী ৱানিদা!"

ইঙেম্লৈনা — "ঐখোয়গী গুৱাহাটিদদি অদুগুম্বা থৌদোক থোকপা থেংনরোইয়ে। ঐখোয়গীদি লৈকায় পিকপনিনা অদুগুম্বা লৈখোঙ শঙবা খোইমু মরাঙ কয়া কায়জদ্দবদো!"

*ঐনা ইঙেম্লৈদা খুজিন্না শিক্লগা কৈদৌনবা হায়রুরিনো হায়না খাম্মী।*

জিতুনা — "ঐখোয়গী মণিপুরদদি নুপীগীদমক্তা কোক্কায়-লূকায়নবা তোয়না থোকপদুদা হায়জখিবনি, ৱারৌবীবা য়াদে। অদু ওইরগদি য়ৌনবা হেক্তা থিঞ্জরগে, যূম খঙবা ওইনা!"

ইঙেম্লৈনা — "য়াইয়ে, য়াইয়ে" হায়রগা নোকই।

ফ্যেরিদু ঙাইহাক্কী তুংদা ঘাট য়ৌদুনা লৈরাই নক্না খাম্লে। চুক লৈবদুদা থৌরীনা ফ্যেরিদু লেঙদনবা পুনশিনবা লোইদুনা মী কুমথবা হৌরে। ময়াম কুম্বা পূমলোই লোইরগা জিতু কুমথরকই। মহাক মশাদু য়াম্না চোকথনা উরে। ম্যেন রোদ তানা কাখৎলক্লগা গুৱাহাটিগী রিং রোদ চেনবা জু য়ৌবা বস লাকপদা জর্জ ফিল্দগী কাখৎলগা ঐখোয় নুপী অহুমদি সিৎ ফংদুনা পুন্না ফম্লে। মখোয় অনীদি সিৎ হাঙদদুনা লেপ্লে। খরা থৌরগা খ্বাইগী মনীংগী সিৎ অনীখক হাঙলকপদা মখোয় অনীসু ফমখ্রে। লাপ্না ফম্নরবনিনা কায়নরমদাই লাকপসিদা উনবদি ফংনদ্রে। খরা চৎলগা বস মথাঙ অমদা অমুক তোংদুনা বেলটোলা য়ৌরে। লৈরক চঙবা য়াবা বস স্টেন্দুদা খামদুনা ঐখোয় অহুম্না মমাঙলোমদা কুমথরগা মখোয় অনীনা তুংলোমদা কুমথরে। ঐখোয় অহুম্না ঐখোয়গী লৈকায়দা চঙলকপদুদা মখোয় অনীদি খরা লাপ্তক্না লেপ্লগা লৈহৌরে। ঐখোয়গী য়ূম হাইজিনফম মপাদগী ঐনা হন্না য়েংলম্বদু মাসু য়েংদুনা লৈহৌই। ইঙেম্লৈনা খুদোম্বী থিল্লগা য়ূমদু ঐখোয়গীনি হায়না তাকই।

— "ইচে! নঙ য়াম্না ৱারমদৌ মাল্লেবো! মখা লীররোইকো!"

— "ৱাদেয়ে কৈশু, ইনাওগী অসুক নুংঙাইবা ৱারীসিবু ঐনা তাবীদ্রবদি নঙনা কনাদা লীরুদৌরিনো? ঙসিদি তুমদনা নোং ঙাল্লবসু ইনাওগী ৱারীসিদদি লোইনবা তারগে, মখা লীরকও!"

বীনোইগী মবুক শেংদবা মতাং লাক্কদৌরে। কামক্ষ্যা খুরুম্লুবা মথংগী, নুমিত্তু ঐখোয়গী য়ূমদা বীনোই লাকপগী ৱানি। ঐদি মা লাকপা মতমদুদা মনীংদা কোল ফেংদুনা লৈ। ইমাবোক্না মী অমা লাকই ঐবু হংলি হায়না কৌথোরকপদা কনানো খঙনীংদুনা

থোরকপদা মা ওইরম্বগী ৱানি। ঐ য়াম্না ঙকখি। ঐনা খল্লুবদি মহাক জিতুগা লাকমিন্নবদা জিতুদি চঙলকপা ইকাইদুনা থোঙ্গালদা লৈহৌরবোই নীংদুনা থোঙ্গম্নোমদা য়েংলুই। অদুবু থোঙ্গালদা কনা অমত্তা লৈবা উদে। ঐনা তামো হায়না কৌরম্লগা ইমুং চঙলগা মুরা অমা লৌথোক্লুরগা থাদুনা মাবু মুবাদুদা ফমহল্লি। মানা প্লাস্টিক খাউ অমদা হাপ্লগা পুরকপা সেন্দলদু ঐঙোন্দা শিন্নবগা হায়রকই — "নহাক ঐনা নখোয়গীদা খঙহৌদনা লাকপসিদা শোয়দনা ঙক্লমগনি।" ঐদি ইমাবোক্লা করি হায়রক্কদগে খনবদা ইশাসে পাখৎপা অমা যাওদুনা মাবু চৎহন্নীংবনা লোইরে। ঐ তৌফম খঙদদুনা — "তামো! ঐ তামোবু থিন্দোকচরগে" অসি হায়রগা দারি মখাদা কুমথরবনি। মাসু হৌগৎলক্লগা ইমাবোক্তা — "ইমা! অমুক য়ৌজরগে" হায়না তাক্লম্লগা ঐখোয় অনী থোকমিন্নরে।

চৎনা-চৎনা মানা হায়রকই — "ঙরাং নঙগী সেন্দল তৎপদুদা ঐসু য়াম্না নুংঙাইখিদবনি। মরমদুমক্লা ঙসি অমুক কামক্ষ্যা মন্দির তানা চৎলগা নঙগী সেন্দল লৌরুবগা থিল্লক্লিবনি। ঐনা জিতুদা ঙরাং থল্লম্বা সেন্দলদু লৌমিন্নবক্রগা খরা থিনবীরুসি হায়কুবনি। মদুদা মানা হায়হৌবা বাদু ঐ তাবদা কয়া নুংঙাইতে। নংঙোন্দা তম্বদা নঙনা থাজদবসু যাই। মানা হায়রকপদো — "হেরা কৈকান্নবা, থৌ লৈতবা, তৎলবা সেন্দলদুগীদমক্তা নঙনা বাবীরিব্রা? ঐনা ঙরাং মখোয অহুমদা উৎখিবদু তাৎ ঙাক্তনি, নঙদি অওইবওইনা খল্লুরব্রা? বালাদু মখোয় অহুমগী মনুংদা মশক খরা-ফজৈদনা। গুৱাহাটিদা লৈবিঙৈদা মতম লেনবা নুংঙাইনবা খঙনবা লৈশাবী অমা থম্বগী ৱানি; গুবাহাটিগী লৈশাবীনবু কয়াম ফরমনিএগে? মণিপুরদা মঙোন্দগী হেনবা লৈশাবী ময়াম অমনা ঐবু ঙাইহৌই। বাবাসু চিফ ইঞ্জিনীয়রনিনা গুবাহাটিগী লৈশাবী পামগদবা মান্দে, ইমাসু কলেজগী ওজানি, মমান্নবীশিংগী মচানুপী পীগে হায়বিবনি সিনি। কয়াদা থওই-উশিত্তবা মাগী বাঙাঙদু তাবদা ঐ যাম্না নুংঙাইতে। মাগী বাদু তাবদা য়ারবোই খঙবদগী ঐ ইতোমতা চৎলগা নঙগী সেন্দলসে লৌরুবনি।"

মাগী ৱাদু তাবদা ঐ য়াম্না ৱাখি। মীৎলুদা পিরাং ঈহৌরকখি। অমুকসু নীংশিংলকই — ঙরাং বীনোইগী মকোক্কা জিতুগী মকোক্কা লৈহাও খুনবদা থেংজিন্নখিবদু। জিতুনা লৈহাও খুনবা হানখিবদুদা বীনোইগী মায়থোঙদা নীংবা কায়বগী শকফম অমা উখিবনি।

মাগী পাউখুম ওইনা ঐনা খুমখি — "তামো! তামো জিতুনা হায়রিবদুদা করিবু লানবা য়াওরিবগে? ঐগী সেন্দলদু মপুক্সি লোইদুনা তৎপনি, মাঙজখ্রসু য়ারদুবু তামোনা কয়াদা ৱানা চত্তুনা লৌবীরুবা! ঐদি ওম্বোক্লা ঈকায়জখ্রে। চুম্মী, মণিপুরদি সনা লৈবাক্নি, মণিপুরগী মৈতৈ লৈশাবীগা গুৱাহাটিগী মৈতৈ লৈশাবীগা করম্না চাংদম্নবা য়াগদগে? থম্মোয় শেংনা শকখঙনবা হৌরকপদা ঙাইরিঙৈদা ফোঙদোকপিরকপা লাইবক ফবনি। তামো! ঐবু ইমাবোক্লা লান্না লৌখিবসু য়াই, ঐ চঙজরে, তামোসু য়ৌবীরো!"

মানা — "য়ুম খঙলবনিনা মরক-মরক্তা কোয়থোরকপা তারে, ঐ চৎলে" হায়রম্লগা অদুম চৎখ্রে।

ঐদি ইমুংদা চঙলক্লগা বাখল নুংঙাইতবনা নুমিত্তু কপ্পুনা লেনখি। মমাঙগী নুমিত্তগী মিকুপ অমত্তা পোখাদনা মাগী আশাদা ঙাওরুরবা ঐসে বীনোইনা পূন্নমক কায়হল্লমখি। ঐনা খনখি — "ঐগী পুক্লিংনা অদুক য়াম্না থাজদুনা মাবু ঐগী ওইহনবীয়ু হায়না কামক্ষ্যা অমদি উমানন্দ অনীমক্তা নিজখিবদুবু অসিগুম্বা ৱাহৈসি তানবগীরা ? তশেংনমক তামো জিতুনা বীনোইনা হায়রম্বা ৱাহৈদুমক হায়বমগদ্রনে ? ঙরাং মখোয় অনী লাকমিন্নখিবা মতমদদি য়াম্না নুংশিননা উখিবনি। অদুগা ঙসিনা করিগী বীনোই মতোমতা ঐখোয়গীদা লাক্লিবা ? ঐদি ঙরাংগী তামো জিতুগী মীৎয়েংদুদা তশেংনা থাজদুনা মখুৎ ফাওবা লাম্লগা চেৎনা পায়শিল্লুরে। করিগুম্বা মানা নুপী নহাদা য়াম্না চোপ্পা মীশক অমা হান্নদগী ওইরবদি ঙরাংগী মী য়াম্না চিনবা মরক্তুদা-ঐঙোন্দসু ইকায়-খঙদবগী লীচৎ চৎনীংবগী ঈরাং-ঈঙ্গিৎ খরদি শোয়দনা উৎলক্কদবনি। মতমদুদা মঙোন্দা মদুগুম্বগী ৱাখল ফাওখিবগী মমি মচেৎ অমা ফাওবা তাখিদে। অদুগা বীনোইনা মাগী মরমদা অদুক ফত্তবা পাউ করম্না তম্লরিবা ? ঐনা ঈশ্বরদা নিজখি — "হে ঈশ্বর ! ইবুংঙো নহাক্তি মফম খুদিংমক শীনবা থুংনা উবনি, পূন্নমক নঙোন্দা শিন্নজবা নত্তনা তোল্লবী ঐগী উপাই লৈজদে।" ঐগী বাখল থিংবা ঙমদে। মখা তানা অমুকসু খল্লে — "তামো বীনোইনা হায়রল্লিবশিংদুবু মানা ঐবু পাম্বদগী শেমজিন-শাজিল্লগা ঐনা জিতুবু শাওননবা হায়বা ওইরমগদ্রা ? মাগী বাঙাঙদা জিতুবু ইম্থোকপগী ৱাঙাঙ অমদি ইচেন -চেল্লবগুম তৌই। ঐ য়াম্না হৈ-শিংনা যেংবা তাবনি।" অসুম্না ইতোমতা পুক্লিং ফাজিঞ্জখিবনি। নুমিত্তু ঐ খোয়দৌ শাওনীংবনা চাবা-থকপা অমত্তা চঙখিদে। ৱানা-ৱানা মথংগী নোংমাইজিং নুমিৎ য়ৌরক্লে। নোংমাইজিং নুমিত্তু ঐ ফি খরা শুবা লোইবগা শাৎ মথক্তা ফিশিংদু ফৌই। নুংথিল পুং অমদা ফিশিংদু লোকশিন্নবা ঐ শাৎ মথক্তা কাখৎলকই। ফি লোকশিনবা লোইবগা মখাদা কুমথগে তৌরকপদা থেলাদা য়েঙ্খাং য়োনবা নুপা অমনা "সবজি, আলু, কোবি, মোটর লে লো" হায়না লাউ-লাউদুনা লাকই। ঙসাই ইমানা সবজি খরা লৌহৌ হায়বদু খংনীং নীংশিংলক্তুনা সবজি বালাদু কৌগে তৌরুবদা জিতুনা লৈরক্তা লেপ্পদু হেক উরুরে। ঐনা মা উবদা য়েঙ্খাংগী ৱাখল কাউরগা ইশাদা খঙহৌদনা ফাওরকপা অৱা-নুঙাই অনীগী তোৎশিন্নবা ৱাখলদু ইচেদা তম্বদা ৱানা থোকই। খুৎ থাঙ্গৎকে তৌরুবদা বীনোইনা তম্লম্বা পাউদু নীংশিংলুরগা থাঙ্গৎপা ঙমদ্রে। মানসু ঐনা মাবু উখ্রে হায়বদু খঙবা মাল্লি। মহাক মমায় ওল্লগা অমুক থোকখ্রে। ঐসু শাৎ মথক্তগী ফিশিংদু পায়রগা কুমথরক্লে। ফিরোলদূ পুল্লপ থম্নম্লগা ফনেক অহনবা অমা শৎ হোংদোক্লগা থোঙ্গাল্লোমদা থেম্ফকই। ঐনা গেট হাংলগা থোরকপদু মানসু উখ্রে। ঐসু মফম খঙদনা খোঙনা পুবা মায়কৈদা মানা

লৈরিবা অদোমদা লেপ্তুনা চঙশিল্লি। মাসু অসুম থোকখিবনা খোংনাংবোট পাম্বীদুগী মরুমদা লেপ্তুনা লৈরে। ঐসু মনাক্তা চঙশিল্লগা মানা লেপ্লিবা মনাক্তু য়ৌরে। খঙহৌদনা কোকিল অনীখক খোংনাং-পাম্বীদুদা পাইরক্তুনা তোংলৈ। কোকিল লাবদুনা কুহু কুহু খোংবা হৌরক্লে।

জিতুনা হায়রকই — "অস! খোংলিবা কোকিলসি ঙসাই কামক্ষ্যা চীংথক্তা খাগী লৈহাও পাম্বীদা তোংলগা খোংহৌবদু ওঙ্গোক্লা মানখ্রেদা! মাদি ঐগী মীচঙ ওইদুনা বালাদা মানা উহৌবশিংদু পাউদমগে হায়না লাকপা শোয়দনা ওইগনি।" মাগী সাহিত্যগী ৱারোল য়াওবা ৱাহৈদুনা ঐবুসু কোকিলদুগী তাম্থা য়াওবা কুহু-কুহু খোঞ্জেলদুদা ঙাইহাক হুমদুনা পুরুম্বগুম তৌরুরে।

জিতুনা মাগী খোঙগ্রাও ফুরীৎখাউদগী রুমালনা য়োম্লগা পুরকপা কামক্ষ্যা খুরুম্লুবগী নির্মল্লদু ঐঙোন্দা সে হায়না পীরগা হায়রকই — "ঐ ঙসিসু ইতোমতা কমক্ষ্যা খুরুম্বা চৎলুরে। নির্মল্লসি নঙোন্দা পীগে হায়দুনা পুরকপনি।" ঐ মঙোন্দগী লাইগী নির্মল্লদু নোক্লগা লৌই। ঐ ৱাদি করিমত্তা ঙাঙদে। মানা মখা তারকই — "ঐ নহান নখোয় অহুম্না ফম্লম্বা নুঙপাক্তু থিরগা মদুদা ঙসিসু ফম্লকই। অদুবু ঙসিদি ঐ ইতোমতা ঙায়রবনিনা মহাও অমত্তা য়াওখিদ্রে। নহাক্কী নহাল থম্লম্বা সেন্দলদুসু লৌগে চৎলুবনি। অদুবু দুকান্দু ঙসিদি থোঙ লোম্লগা লৈরম্বনা ঐ খোঙউপ্তু পুরক্লে। নঙনা শাউগদবা মাল্লি। নঙোন্দা হায়খিবা বা ঙাকপা ঙমদবগী।" মানা বা ঙাঙনা-ঙাঙনা ঐগী খোঙদা মুন্না য়েংই, অদুগা হায়রকই — "আই! বালা নঙনা তোংলিবা সেন্দলসিবু নহানগী কামক্ষ্যাগী দুকান্দা থম্লম্বদুগা ওঙ্গোক্লা মান্নখ্রেদা!"

ঐনা খুমখি — "মানি, মসি ঐগী নহানগী সেন্দলদুমক্লি।"

— "অদুদি করম্না সিদা য়ৌরম্লিবা?"

— "নহান নোংঙানবগা ঐনা ইশামক মফমদুদা চৎলগা লৌকম্বনি।"

— "অস! সেন্দলসিগী মরমদা অরুবা ৱারী অমা লৈরমগদবা মাল্লক্লে। নঙনা নঙগী সেন্দলগীদমক ৱাজবগা ঐনা নঙগীদমক খনবগা অনীগী খেন্নবসিদনি ঐনা ৱারীবা! ঐদি ওঙ্গোক্লা ইকায়জরেদা! ঐ হান্না খঙলুদ্রে, গুৱাহাটিগী মৈতৈ নুপীশিংসি থৌনা ওঙ্গোক্লা ফরমখ্রেদা! খঙদে, ঐসিবু নহাক্কী নফমদা লমলানবা তাদুনা অসুম তোক্কদৌরিব্রা? ইমা ইবেম্মা কমক্ষ্যাদদি নঙবু ঙসিসু ঐগী ওইহনবীয়ু হায়না নিজরম্মী। মসিসু নঙনা থাজরোইদ্রা?" ঐনা খুম্মী — "তামোনা ঐবু থম্মোয় শেংনা নুংশিবীরমগনি হায়বসি ঐদি কয়া থাজবা ঙমদে।"

— "এ! করিগী?"

— "মবম লৈ"।

— "কবি মবম্নো খঙজবা যাবোইদ্রা?"

— "মবম হাযববু ঐখোযদি মীচেন্নি। মণিপুবদা লৈবা যাবক্তদুনা গুবাহাটিদা যূম হোংলকখিবনি। মণিপূবদি সনা লৈবাক্লি। মশক মতৌ ফজবী, ইনাকখুনবী, লাইবিক হৈবী ইমুংগী মচানুপী কযা অমা তামোনা ইঞ্জিনীযব তম্বা লোইবগা থোক্লকপা ঙাইদুনা লৈবমগনি। ঐদি অপোকপা বাবাসু লৈখিদবা কুইবে। বাবাচৌসু মশা পেবেলাইজ তৌদুনা শোল্লে। তামোনা ঐগী অমদি ঐখোযগী অশেংবা বাবী তাবগা ঐবু শোযদনা থাদোক্কে খল্লক্কনি। অহেনবা পাম্বা মী ওইবগী পূন্সিদা ঐগুম্বী কবিসু লৈত্রবী নুপীমচা অমনা খোঙচৎ মচা অমখক্তা ঙাইহাক উনদুনা শকখঙনকবা মীশক অমগা পূন্সি লৈপুল শেমগে খল্লুবা মঙলানগী আশা শোযদনা তাহৌগনি। অদুগুম্বা প্রমানগা কোন্নবা বাবী কযা ইমানা লীদুনা ঐঙোন্দা তাহনখ্রে। তামো নচনবু ঙাকপিযু। নহান তামো অনীনা ঐখোয নুপীঙাক্তা ইবুং ইপ্পা অমত্তা যাওদনা কামক্ষ্যা খুকম্বা চৎপদা থেংনদুনা মবুং শক্লা শেন্নবীদুনা যূম যাওবা থিনবীবকখিবগী লমন পূন্সিচুপ্পা কাউজবোই। অদুবু তুংদা নীংঙমদবা কযানা মীংলু পিবাং তত্তনা শীঙ্খবক্কদবা অমদি মবাইবক থীববী ইমাবুসু মচা-ঐগীদমক মীৎলুদা পিবাং শীঙ্খহনবদি নচন্না তশেংনা পামজদে তামো। ঐগুম্বী অমনা তামোগুম্বা তুংদা অচৌবা সাহেব ওইবক্কদবা মীশক অমবু খোযদাকবা হাযবসে অবেম্বা লম্বীদা খোঙ থাংজিনবনি। ঐ লেংমান্নবা ঐগী লাইবক্তা তল্লকপা ঐখোয শ্বাযগী অমা যেংজহৌবগে।"

ঐগী বাহৈশিংদু মুন্না তাবা লোইবগা মানা খুল্লকই — "অস। বালা। নুংশিনববু অদুম্না মমল হান্না লেপ্লগা লন থুম, ফম চাউবা, পিকপদা নাপ ওল্লগা খন্দোক্লগা নুংশিনবা যাবনে? মদু যাবোই। ঐনা নহান কামক্ষ্যাগী তাঙম্বা কাবকপদা মীযাম মবক্তা নঙবু উখি। হেক উবমগুদা ইশাদা তু চুংবা ফাওখি। অস। মহাক অসিবু কদাইদগী মবাইবক য গা পলেম পম্থৌগী মচা ওইবিগবা? মহাকসিবু পূন্সিগী ইনাক্তা লাইবেম্বী ওইনা থম্বা ঙম্নবদিকো খনখি। নখোয অহুম্না নুপা অমত্তা যাওদনা চৎলম্বদুদা ঐখোযনা নখোযগা যান্না থুনা নকশিন্নবগী তাঞ্জা অমসু ফংখি। নুমিত্তুদা নখোযগা অতোপ্পা নুপা অনীখক্কা চৎমিন্নবম্বা থোক্লবা ঐখোয অনী নখোযবু হাইফেৎ যেংলম্নগা মপু লৈবে হাযনা খল্লগা হেন্দোক্কুনা চৎলমগনি। অদুবু নখোয নুপীঙাক্তা চৎলম্বদুনা নহাক্কী নশক উবদা ঐগী পূক্নিংসে মথুম-মবাং হৌনা নুংঙাইখিবগী মবন্নি। নুমিত্তু ঐগী ইফমদদি পূন্সিগী অহানবা থুংলবা নোংলিক্লি খনখি। ইশা পূম্বা নঙগীদমক ওইববদি কখোক্লগে খনখি। তাঞ্জা চানা নংঙোন্দা মীৎ কুপ্তনা যেংদুনা লৈবিঙৈদা নহাক্কী তম্পাকথক্তা খাগী লৈহাও অমা উথক্তগী পোপ লাউনা তাবকখি। মদু ইতোমতা উব্রা খল্লুবগা ঐগী মকুপ বীনোইসু উবমখি।

নহাক্না লৈহাওদুবু পামজনা নাপ্লদা চিনখি। ঐনা মদুবু য়াম্না পাকচৈ হায়না থাগৎনীংবা লৈবগসু শকখঙনদ্রিবনা ঙমখিদে। নহাক্কী নমিং হংলকপদা নহাক্না মিং তাক্লিংদদুনা মাঙলোমদা অফিং-অফাই ওইনা চেনখৎলুবদা খুদি থীবদা নঙগী সেন্দল তৎখি। মদুদা ঐনা নঙগীদমক ৱাখিবদু ওন্নবা নাপচৈ লৈরম্লবদি নহাক শোয়দনা ঐনা ৱাখিবদু খঙ্লমগনি। নখোয় অহুম্না লম্লানবা ঐনা হায়জবদা য়াবীদুনা উমানন্দ খুরুম্বা চৎমিন্নখিবগী নীংশিং মমিদুবু তশেংনা নহাক্না খুদকসিদা লোইনা মুৎহল্লগে খল্লব্রা? নঙনা মদু ঙম্বা তারবসু ঐদি ঙল্লোই। ঐনদি নঙগী খুৎ পায়রুবা ইশাগী খুৎশিবু পাম্মুনা নুংতিগী নঙনি খন্না চুপচরিবনি। ঐনা চয়োল অমা চুপ্না নঙ উদনা হায়নখিবা মতম য়ৌদ্রি হায়না ৱানা ঙাইরকপসিবু নংঙোন্দদি করিমত্তা ফাওখিদব্রা? ঐদি ঙসিসু পোত্থাফম খঙদদুনা নঙগী নশক উনীংবনা ঙাওবদগী লাকখিবনি। নঙগী ৱাহৈশিংদুনা পূক্নিংগী অশেংবা ৱাহৈমক ওইরবদি ঐসি ওঙ্খোক্না ইকায়বা খঙদবা মৈতৈ মচা হায়বদু তাববনি। অদুবু নুংশিববু ইকায়বনা ফৈন্না মাঙদা থৎখ্রবসু নঙবুদি নুংশিদে হায়বা ঙম্লরোই। অদুগা পূন্সিগী থাদোকপা ঙমগনিসু নীংদে। নঙগী নহানগী মীৎয়েংদগী খবা ওন্নবা মানবা ৱাহৈ খরা নঙনা ঐগী ইফমদা ঙাঙলে হায়না ঐনা লৌদবা ঙমদে। ঐদি নঙবু থম্মোয় শেংনা নুংশি; পূন্সিসিদা ঐগী থম্মোয়দা নঙগী নত্তবা অতৈ অতোপ্পা লৈশাবী অমগী মুর্ত্তিগী মমি অমত্তা তাদ্রি। নঙসু হায়য়ু। ঐনা নখোযগী থোঙ্গালদা ঙসাইদগী ইকায়-ইকি খঙদনা পূং অমা হেন্না লেপ্তুনা ঙাইরক্লিবসি কনাবুনো? নঙনসু ঐবু উবদা উনবা থোরক্লিবা নৎত্রা? অদুগা ঐনা খল্লুবা আশাগী তাইওন্নবা বাহৈ পরেং খবনা লৈপরেং ওইনা ঐগী ঙকশমদা হুকপিরগা ঐনা নীংবা কায়না হনখিবদুরা নঙগী পূক্নিংগী অপাম্বা? ঐহাক্কী ইঞ্জিনীয়রগী অরোইবা সেমিস্টরগী অরোইবা পরিক্ষ্যা শুপ্নগী থা অমরোমতমক ঙায়রে। ঐহাক পরিক্ষ্যাসিদা ইমান্নবা পূন্নমক্কী মকোক থোংনীংদুনা কমক্ষ্যা ইমাদা ৱানোম্বা চৎলুবনি। ইমা পোকপী অবোক্কী মফমদসু ঐনা গুৱাহাটিদা অহানবা লাক্লমদাইদসু ৱাশক্লমখি। অবোক্তু ঙসিদি লৈখিদ্রে। কোর্সসি লোইরগা চহী অনীরোমদি বেঙ্গলরদা নৎত্রগা ফোরেন্দা এম টেক তৌগে খল্লি। মদুদগী হল্লক্লগা নহাকপু ঙসি উরিবা শকফমসিদা ঐগী চান্নবী ওইনা উনীংই। নঙবু ঐবু পোকপি ইমাগী মাঙদা পুরগা ঐগী চান্নবীনি হায়না শক তাক্লিংই। ঐগী ইন্দোমচাশিংদুগী মমাঙদা গুৱাহাটিগী লাইথিসে ফজদ্রা হায়নসু উৎনীংই। নহাক্না ঐবু থাজবা ঙমদে হায়খিবদুনা ঐবু পরিক্ষ্যা ময়াসিদা লাইরিক পাবা ঙমহল্লোইদৌরে। নঙনা য়াবীরবদি ঐ ইমান্নবশিংগী মকোক্তা লাক্লগা নঙগী নুংশি চাংয়েংনি হায়গে খল্লম্বনি। ঐদি অপোকপি ইমাদা গুৱাহাটিগী বেলটোলাগী মৈতৈ লৈকায়দা ঐগী চান্নবী অমা লৈহৌরে য়েংবা চৎলুসি হায়না ইমা পুরক্লগা নখোয়গী ইমুংগী অহল-লম্মনশিংগা শক খঙনহনগে চপ য়ুংনা খল্লুরবনি।

খঙদে, পূন্নমকসি নঙগী থৌজালদা লোইনা লৈরে। অরোইবদা মানা হায়খিবদো ইচে ঐ কাউদ্রি — "বালা! হন্দক ঐনা থাগদৌরিবা পরিক্ষ্যাসে নঙবু নুংশিবদা মীনম্বা খজিক্তং য়াওরম্লবা ঐ পরিক্ষা ফম্বা ঙমদনা তোকখ্রগে! অদুগা ঐনা হন্দক্কী পরিক্ষ্যাসিদা করিগুম্বা মকোক্তা লাক্লবদি ঐনা নঙবু নুংশিবসে অমকপা অমত্তা য়াওদে হায়না খল্লুকো! ঐ নঙোন্দা ঐগী রোল নম্বর পীরমগে! ঐ তোয়না ননাক্তা লাকপসু পামদে।" হায়রগা মাগী রোল নম্বরদু ঐঙোন্দা ইরগা পীরম্মী।

ইচে! মহাক খরা শাথিবা মীদা মাল্লি। ঐসু মাগী ৱাহৈশিংদু তাবদা মীৎলু অনীসিদা পিরাং থিংবা ঙল্লক্তরে। বীনোইনা হায়রম্বা ৱাহৈশিংদুদা ঐনা মাবু চিংনরুবসে য়াম্না লাল্লম্লে। শাওগনবা চেক্লাগুম্না চীংলোন লান্না পাইখ্রগা অমুক হল্লক্লরোইদ্রা পাখৎলক্লে। মানা ঐবু বারৌরিবদুসু চুম্মী খল্লক্লে। কোন্নথংদা ঐগী খুৎ য়েৎ থংবসি থাঙ্গৎলগা মাগী মচিন্দা মখা তানা বাশক্তনবা মেল্লুরে। অদুগদি মাগী মখুৎনা ঐগী খুৎসি ফারগা মচিম্বান্দা থম্লগা চুপ্পিখ্রে। মী অতোপ্পনা উব্রা উদব্রা খল্লুনবা তাঞ্জা ফাওবা ফংখিদ্রে। ঐখোয় অনীমক ৱারীদা মুল্লুরে।

তাঞ্জাদুদা ইমানা ঐ থোঙ্গালদা থোকখ্রগা কুইমন্না হল্লক্তবদুদা চিংনদুনা ঐবু থিবা থোক্লক্লবজাৎনি। ঐখোয় অনীনদি ইমা লাকখিবদু উহৌদ্রে।

জিতুনা হায়রকই — "ঐদি ইকাউবু কাউরুরে, নহান নঙনা ফম্লম্বা নুংপাক্তুদা ঙসিসু ঐনা ঙাইহাক্তং ফম্লিঙৈদা নহানগীদুগুম্বা লৈহাও অমা ঐগী ইথক্তা তারকই। ঐনা লৈহাওদু নঙগী নাদা চিলহন্নীংদুনা পুরকই-সে! নঙগী নাপ্পদা চিনবীরগা ফজব্রা অমুক্তং য়েংলমগে" অসি হায়রগা লৈহাওদু ফুরীৎখাউদগী লৌথোক্লগা ঐগী নাদা চিনবীরম্মী। ঐখোয়গী ইমাসু উ মরুমদা ঐখোয় অনীনা ঙাঙনরিবা, তৌরিবদু খরদি খঙলবজাৎনি।

জিতুনা মখা তারকই — "নঙ! ঐনা হায়খিবশিংদু য়ানীংলে হায়না ৱাহৈ অমত্তংদি হায়রম্মুদনা? ঐশু চৎলগে?"

ঐনা খুমখি — "তামো! পাঙলবী নচলবু ঙাকপিয়ু! তামোনা নীংলিবা পূন্নমক ইমা কামক্ষ্যাগী থৌজান্দগী থুংবা ওইরসনু!"

মানা — 'ইমা কামক্ষ্যাগী থৌজালনা অমনি, নঙগী চিম্বালদগী থোরকপা নুংশি হায়বা ৱাহৈদুনি ঐনা তানীংলিবদি।"

ঐনা — "নোংমা তামোগী য়ূমগী মবেম্মা ওইরকান্দা নুংতিগী নুংশি হায়না শোঞ্জরগে?"

— "অদুনিদনা! ফরে, অদুদি ঐগী পরিক্ষ্যাগী মঙ্গল অমত্তদি পীয়ুদনা!"

— "তামোগী পরিক্ষ্যাদা পূম্নমক্কী মকোক্তা লাক্লবা নুংতিগী ইমা কামক্ষ্যাদা নিজরমগে?"

— "য়ারে, হৌজিক্তি নঙগী থম্মোয়গী অশেংবা পাউখুম তারবনিনা ঐ পেল্লে, ঐ অমুক চৎলগে? নঙগী বরদু ঐ ফংবা ওইগেকো!" ৰাহৈদু হায়বা লোইরগা মহাক চৎপা হৌরে। ঐসু উ মরুমদগী লৈথোরক্লে। ঐনা লৈথোরকপদা ইমাগা দোং থেংনরে। জিতুসু ইমাবু উবদা মখোঙ থাংবা ঙমদ্রে। তাঞ্জাদুদা ইমানা — "ইবুংঙো নঙবু কনানো?" হেক হংলুরে।

ঐনা জিতুদা ঐখোয়'মানি হায়না তাকই।

জিতু অমুক হঞ্জিল্লক্লগা — "ইমা! নচানা খুরুমজরি" হায়রগা ঐখোয়'মাগী মখোঙ শোক্লগা খুরুম্মী। মাগী মতৌদুনা অদুম্না তৌরক্কনি খল্লুদে। অদুবু মানা অদুম্না তৌরকপদুদা ঐনা কয়াদা পেনখিবা! ইমাসু তৌফম খঙদনা — "ইচাগী মঙ্গল" হায়না বর পীখ্রে।

জিতুনা — "ইমা! ঐ অমুক চৎলুখিগে" হায়রম্লগা চৎখিবদু ইমাগা ঐগা লেপ্লগা য়েংদুনা লৈহৌই। মদুদগী মহাক ঙসি ফাওবা ঐবু উনবা লাকখিদ্রে। ঐনা ইমানা ঐঙোন্দা হংবা বাহং কয়াগী পাউখুম পী-পীদুনা মমাঙগী কামক্ষ্যা অমদি উমানন্দ খুরুম্বা চৎপদা থোকখিবা থৌদোক্কী মরমদা অশেংবা বাবী লীদুনা তাহনখি।

থা মরিরোম লৈরগা নোংমা আসাম ট্রিবুন্দা মখোয়গী ইঞ্জিনীয়রগী অরোইবা সেমিস্টরগী পরিক্ষ্যা হায়দোকপগী পাউ য়াওবা থেংনখি। মহাক্কী মোমোন নোক্লগা নম্বা পাসপোর্ট সাইজগী ফোটো অমা য়াওনা মহাক্লা ফার্স্ট তাবগী পাউ অমখক থেংনখি। ঐনা মদুদা কয়াম হরাউখি। য়াম্না থুনা মা ঐখোয়গীদা লাক্লগনি খল্লুই। অদুবু মাদি শুকলাক লাকখিদ্রে। নুমিৎ খরনি লৈরগা বীনোই নোংমা ঐনা তম্বা বী বরুবা কলেজদা লাকখি। মহাক পরিক্ষ্যা ঙম্লে, থার্দ পোজিসন লেপ্লে হায়রখি। অদুবু মানা জিতুনা ফার্স্ট তাবগী মরমদদি করিমত্তা পল্লমদে। মাগী রিজল্টতু ঐদি হান্নদগী খঙলবনি। ঐসু ইঞ্জিনীয়রগী পরিক্ষ্যাদা থার্দ পোজিসন লেপ্পা হায়বসি অরায়বা নত্তে হায়না মাবু য়াম্না থাগৎখি।

ইচে! নঙসু অমুক্তা খন্দুনা য়েংউ; ঐনা ঙসি ওইরিবা ফিভমসে নংঙোন্দা ওইরম্লবদি নহাক কমদৌরমগনি? করিগুম্বা ঐনা বীনোইগা লুহোংদুনা লৈখ্রবা তুংদা মানা ঐখোয়গীদা অপোকপি মমা পুরগা লাকপা থোক্লবদি মানা করি খনগনি? ইমা কামক্ষ্যা অমদি উমানন্দ অনীদা ঐখোয় অনীনা নিজখিবা ববদুবু থুংনদনা অসুম তোক্লগদ্রা? গুৱাহাটিদি ইমা কামক্ষ্যানা কোনবা মফমনি। ঐসু ইমা কামক্ষ্যাবু য়াম্না থাজৈ। খঙদে, বাবাচৌনসু

যাথোকখ্রে। ইমানসু বীনোইগী কাঙবু লাক্লম্বদা লুহোংবগী ৱাফমদু মাসু য়ারে হায়খ্রে। ঐ হৌজিক কবি তৌগনি ? ইচেনা মণিপুব যৌবগা জিতুগী মবমদা অকুপ্পা মরোল অমত্তদি খঙহনবীবক্কেরা ?”

— “হোয় হোয়, ইচে নঙগী নতেং পাংবা ঙস্ত্রা যেংগে নঙগী ৱাবী লোইববা নৎত্রা, ইচে তূম্বা থেম্লগেকো।”

— “হোয় ইচে।” বৃন্দা মনাও বালাবু নুংশিনা কোল্লগা তূম্মিন্নখ্রে।

# তরামরিশুবা

নোংঙাল্লে। বৃন্দাগা মমাগা চিন-য়া শেংবা লোইবগা ঈরুমায়থজবা লোইদুনা চৎনবা শেম-শাবা হৌরে। বৃন্দানা বালাবু মনাক্তা কৌশিনখি। ঙরাং য়ুমসিদা থুংলবদগী য়াম্নদি চঙনীংনা অদুগা চঙবদি হেক ঙমদবা রোমেনগী কাদু মাবু অমুক্তা য়েংহল্লু হায়। বৃন্দাগী মখুত্তা প্লাস্টিক্কী খাউ অমদা ফি-রোল খরা য়াওবা উই। বালানা থোঙ হাংদোক্লুনা বৃন্দাবু রোমেনগী কাদা পুশিল্লকই। রোমেনগী ফুরীৎ খোঙগ্রাও য়াল্লিবা ফিয়ানকোক্তু হান্না উরে। শুপ্নগী ফুরীৎ অমগা খোঙগ্রাও অমগা য়ান্দুনা লৈ। ফমুংগী খুয়াদনা রোমেন্না তূম্বদা শেৎনবা পাজমা অমগা লীৎনবা মোজা ফুবীৎ অমগা থুপ্লগা লৈ। রোমেনগী ফমুংদা খল্লিবা কাঙখলদুসু জালিগীনি, কয়া ফবা য়ৌদনা উরে। বৃন্দানা বোমেনগী ফমুংদু উবদা পূক্লিংদা নুংঙোনবগী ৱাখল অমা লাকই। মতম অমদা মখোয় অনীনা গীরিধারিগী মমাঙ শঙ্গোযদা লৈরিঙৈদা ফাওখিবা পূক্লিংগী ইথিলদু অমুক হল্লক্কে তৌই। য়াম্নদি বাখিবা, নোংগৌবীনা লাইজ ঙাইবগুম নোংমা নৎত্রগা নোংমদি বোমেনগী ৱাখলদা মখোয় অনীগী মরক্তা খাবিবা থম্মোয়গী শম্বলদু শোযদনা কোমথোবক্কনি খঞ্জখিবদুবু কোমথোরকপা ঙাইনা ঙাইনা মপাবুংগা বতনগনা মাবু লৌবা লাকপনা হানখিবা পূন্সিগী তাংকক্তু নৌনা অমুক মনীং হল্লকই। অহীং কয়া চাক চাদনা অমদি তূমদনা রোমেন হল্লকপা ঙাইজখিবনি। ঙসিদি নক্লরিঙৈদা লাপ্নখিবা থম্মোয় অনীদুনা শক্কা-শক্কা উনদ্রবা মতমসিদদি অমুক নকশিন্নীংবগী ৱাখল লাকপা হৌরে।

ঙাইহাক ৱাখল অমদা উংলিঙৈদা মীৎলু নাপোম অনীদুদি পিবাংনা ঈরুজবদু ঙায়রে। বৃন্দা চঙশিল্লগা রোমেনগী ফমুংদা থুপ্লগা লৈরিবা পাজমা অমদি মোজা ফুরীত্তু পূন্না শুপ্লায় পায়খৎলগা মথানুংদা কোনশিনখ্রে। মাগী মতৌদু উবদা বালাসু নুংবংননা মপাল থোকখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা বালা অমুক চঙলক্লে। বৃন্দানা বালাদা হায়রকই — "বালা! নঙগী দাদা হল্লক্লগা ফি অনীসে ঐনা পুখ্রে খরা হায়য়ু! অদুগা ইচেনা মণিপুরদগী পুরকপা খুদৈসিগা মোজা ফুরীৎসিগা নঙগী দাদানা শেৎননবা থনম্লগে।" অসি হায়রগা প্লাস্টিক খাউদগী ফিশিংদু লৌথোরকই। অদুগী তুংদা বৃন্দানা পুরকপা কাঙখলদু পুথোরক্লগা মখোয় অনী চঙদুনা রোমেনগী ফমুংগী কাঙখলদুসু শিন্দোক্লে। বালানা খল্লকই — "মখোয় অনীগী অমনা অমবু নীংনবগী মরীসে ঙসিসু করিমত্তা তৎত্রিদনা! হে ঈশ্বর! নহাক্লা মখোয় অনীবু অমুক্তংদি থুংনহনবীয়ু।" কাঙখল খনবা লৌইবদগীদি মখোয় অনী

কাদুদগী থোরক্লে। বৃন্দানা রোমেনগী পাজমাগা মোজা ফুরীৎকা অনীদু মাগী বৃফ কেশতা হাপচিনখ্রে।

লন্ধোনিদি ফি-রোল হোংদোকপা লোইরগা চা থক্লগা বৃন্দাবু ঙাইদুনা লৈরে। বৃন্দা মশাদু ইহৈ-হৈনিংদনা ফি-রোল হোংদোকপা লোইরে। চৎলমদাই য়ৌরদুনা ইমুংগী অহলশিংদা তাকপা চঙখ্রে। গীরিধারি অমদি পাকপীদা — "ইমা, পাবুং ঐ অমুক চৎলুখিগে" হায়রগা খুরুম্মী। ইন্দিরাবুসু খুরুম্মী। — "ইন্দোমচা! ঐ বালা লুহোংবদা শোয়দনা লাক্লে, বার্ত্তন মতম চানা থারকউ।" অসি হায়রগা মমা-মচা তুংথ-মাংথ থোকমিন্নখ্রে।

রোমেন উন্নগে খন্না লাকখিবা বৃন্দা মমা-মচা বোমেন উন্নবা ফংদনা হনখ্রে। মাবু ইমা কামক্ষ্যানা চানবীখিদ্রে।

বৃন্দানা মাগী চিলড্রেন হোমদা থুংখিবা মতমদা অঙাং নুপীমচা চহী অহুমতা ঙায়রিবী য়াম্না শিংবী পিক্কি কৌবী অমখক হোমদা থিল্লক্লম্লে। অঙাংদুবু থিল্লকখিবা নুপীদু চহী যাঙ্খেগী মথক্লি। মমিংনা গঙ্গা কৌই। অঙাংদুগী মমা অশেংবদি শ্রিমা কৌবী লৈশাবী অমখক্লি। শ্রিমানা দিল্লিদা লাইবিক তম্লিঙৈদা নেপালদগী মাগা ক্লাস অমত্তদা তম্মিন্নবা ওজিৎ থাপা কৌবা পাখং অমগা নুংশিনরকপদগী মহাক মীরোল্লকখিবনি। মশা-মশা য়ানবদগী য়ূমগী অহল-লম্মন খঙহন্দনা কোর্ট মেরিএজ তৌখি। য়ূমগী অহল-লম্মন্নদি মচানুপীগী হোংলক্লিবা ফিভমগী মতাংদা করিমত্তা খঙহৌদ্রে। থা থাগী মহৈ তম্বগী থাফম থোকপা পৈশা থারি, মহাক মথৌদা পূক্লিং চঙলি হায়না খল্লি। অদুবু মহাক্না লাইবিক তম্মিন্নবী মমান্নবীশিংগী মচিন্দগী খঙন-উনবা যাওদুনা মথং-মথং পাউ তম্নবকপদগী শ্রিমাগী লৈকায়দা পাউসি নিমফুং-নিমফুং ঙাংনবা তারকখি। ইমুংগী মীনা বাফমদু অশেংবরা হায়না থিগৎনবা দিল্লি চৎলুবা মতমদদি মচানুপী শ্রিমা কুম-থা শুদুনা লৈবম্লে। ওজিৎ থাপাসু নেপাল চৎখিবদগী হল্লক্রে। মচাগী ইকায়-ফিরুক খুম্বা, মীমাঙ থোকপা বাফমদুবু উৎনা-বাইনা খুমগে খন্না মমা-মপানা শ্রিমানা অঙাং উনরবা তুংদা মমা-মচা অনীমক মণিপুরদা পুথোবক্লগা লৈকায় খঙহন্দনা অঙাংদুবু খরা থাপ্না থৈদোরক্লুনা লমশাংদা লৈবা গঙ্গাদা থা-থাগী পৈশা পীরগা য়োক্লবা শিন্নখি। গঙ্গানা অঙাংদুবু মচাদা মচাগুম্না য়াম্না লুনা অমদি নুংশিনা য়োকপা হৌরকখি। অহানবদদি শ্রিমাগী অপোকপা অমদি অপোকপি অনীনা থা-থাগী অঙাংদু য়োকপদা চঙগদবা পৈশা ইতৎ-তত্তুনা থিনবা লাক্লম্মী। চহী ফারকপদগীদি কয়া থৌশারকখিদ্রে। গঙ্গাসু ঙম্ন-ঙম্নবা হোৎনবা হৌরে। ইম্ফালদা লৈবা অঙাংদুগী মমাগী য়ুমদা চত্তুনা পৈশা পীয়ু হায়রুদ্রে। খরা লৈরগা শ্রিমাগী ইমুং-মনুংদু য়ূম-ইংখোল থাদোক্লম্লগা বেঙ্গলরদা ফ্লেট অমা লৈরগা লৈখ্রে। শ্রিমাগ লৈশাবী

শাদুনা অতোপ্পা মপান্দা থবক তৌবা মৈতৈ মাবু মৌনি, মচা লৈবীনি খঙদবা নুপা। অমদা লুহোংদুনা মযূম পাল্লে। অঙাংদুগী অশেংবা মবী-মতা অমত্তা মণিপুরদা লৈহৌদ্রে।

মবাইবক থীনা তম্লকপা হায়বা তাবে। অঙাংদুবু মচাদা মচাগুম্না য়োকচবী গঙ্গা কনবা ঙম্লরোইদবা থ্রোৎ কেন্সবনা নাবদগী মখোল শিবা হৌরে। মশা লায়েংনবা পৈশাসু লৈত, অঙাংসিবু য়োকপসু ৱারক তৌফম খঙলক্তবদগী লমশাংগী চিলদ্রেন হোমসিদা থম্নবা পুরকখিবনি। বৃন্দা মপান্দা চখোকখিবনা ৱা লোইশিনবা ঙমদনা লৈরম্বদু বৃন্দা থুংলবগা অঙাংদুগী বারী অশাংবা অমা তারবা তুংদা বৃন্দানা হরাউনা লৌশিনবীরে।

য়াম্না নুংশিবা অমনা অঙাংদুনা বৃন্দাবু হেক উবদা মমা ওইনা খল্লুবমাল্লে, বৃন্দাদা কোল্লুরে। অঙাংদুগী নুংশিবা ৱারীদু তাকুবনে বৃন্দানা অঙাংদুবু চেজেৎ কোল্লগা নুংশিনা থাঙ্গৎলগা খজাইদা চুপ্পি। বৃন্দাগী মীৎলুদগী পিবাং মতূম অনীখকসু লৈমায়দা তাখি। বৃন্দা হন্দক গুৱাহাটি চৎলুবদগী থম্মোযদু খবগা হেন্না নৌথোরক্তুনা মীনুংশি পোকপা হেনগৎলকপগুম তৌবে। অঙাং খুদিংমকপু মচা ওম্না নুংশিবা ঙমদ্রবদি কবম্না অঙাংশিংগী হোম চলাইবা ঙমগনি। মঙোন্দা নাপন, পোঙবা, চাউথোকপগী বাখল কবিগুম্বদা চেনবা অমুক্তা উদে। মানা যাম্না শাউনীংবদি নিযম কাযবসিনি।

কবম থোক্লগবা তম্বা ঙমদ্রে। ঙবাং থম্লম্বা পিঙ্কি কৌবী নুপীমচাসি কপ্লবসু, নিঙাই তৌববসু বৃন্দা নত্তবদি থেম্বা যাদ্রে। চাক চাবা, তূম্বা খুদিংমক বৃন্দাগা পূন্না চাবে, পূন্না তূম্মিন্নবে। বৃন্দানসু নুংতিগী পিঙ্কিবু ময়াম মবক্তগী তোঙান্না মাগা রোবিনগা চাবা থকপদা ওইনা পূল্লে। থামুক্কী মতুংদা পিঙ্কিবু মচাগুম্না যোকচবম্বী গঙ্গা লৈতবগী পাউ তারে। বৃন্দা পিঙ্কি পুবগা অশিবা হংবা চৎলি। শ্রাদ্ধ কর্ম্ম নক্লবনিনা লোইনমক চত্তুনা যাওরুই।

এম এল এ ইবোপিশকসু শোবাৎ নুমিত্তা বৃন্দাবু উখি। বৃন্দানা পুঙৌ ফনেক অমা শেৎ, ইন্নফি অঙৌবা অমা ইন, চহী কুন্থামঙাগী মৌ নহাগী লেম্না ফজবকপা শকফমদুদা নাদা কুন্দো অমা চিন, ইবোপিশক্লা উবদা বৃন্দাবু পামজবনা তৌফম খঙদদুনা মতিন কুৎ-কুৎ যোৎলগা য়েংদুনা লৈ। ইবোপিশক্লা খল্লি, — "করিগীনো মাগী বৃন্দা হায়বীসিনা ঐনা মেধা থাজিন্দুনা থেম্বদা শুকয়া-য়াদ্রিবসিবো! মাবু এম এল এ গী নুপীকাসিবু ওইনীংদবজাৎলা? মানা চলাইরিবা হোমসিদি ঐগা পূন্না লৈমিন্নরগা চলাইমিন্নবদা ইরায-লায়না চলাইগনি। খঙঙে, মেধানা মাবু থেম্বা হৈত্রে। অতোপ্পা নুপী থেম্বা য়াম্না হৈবী নুপী অমা ওইনা পৈশা চাউনা পীরগা থেমহনবা তারে। মাগুম্না ফজবা, লেম্বা নুপী অমত্তা তিল্লিবা মীয়ামসিগী মরক্তা য়াওদে। ঐনা মাবু অমুক্তংদি লৌদবা য়াদে।"

ঙাইহাক লৈরগা বৃন্দা হৌগৎলগা থোকখিবদগী ইবোপিশকসু ফম্বা ঙম্লক্তদুনা অদুম থোকখ্রে।

গাডীনা থিল্লমগে হাযগদবসু মফমদু যান্না নক্লমনবদুদা হাযবা যাদ্রে। গাডীদগী চেপথবগা বৃন্দাদা মখুৎ হাইবম্লগা ইবোপিশক চৎখ্রে।

পিঙ্কিনা বৃন্দাগী হোমদা লৈবকপা চহী অমমখাযবোম হাযবক্লে। মহাক অযুক্কী স্কুল কাদুনা লাইবিক তম্বা হৌবে। মবকসিদা পিঙ্কিবু পোকপি শ্রিমা মযুম পাল্লবা তুংদা অঙাং ওইবা ঙমদবগী অবাবা অমা মাযোক্লবা হৌবে। মশাগী চহী লিশিল্লকপগা ডাক্তবগা তান্নবদসু অঙাং ওইবদা খুদোং কযা চাবোইদবগী বা ঙাক্তা হাযবে। তঙাইফদনা অঙাং অমা এদোপ্ত তৌসি হাযনা হৌদোকপদা মাগী মপুবোইবনসু যাবে। অঙাং যোকপা তাববদি মণিপুবদগী মৈতৈ মচা ওইনা যোকসি হাযনা যান্নবদগী শ্রিমা মণিপুবদা অঙাং থিবা লাকই। মশাগী ঈনা পোকখিবা অশেংবা মচা অমা লৈখিবনা মচাদু থিবগা যোক্লগে হাযনা চপ যুংনা লেপ্লে।

চহী খবগী মমাঙদা মখোযনা অঙাং শিন্নবম্বা গঙ্গাগী যুম থিবকই। গঙ্গাদি শিখ্রে, অঙাংদুনা লমশাংদা লৈবা চিলদ্রেন হোমদা শিন্নখ্রে হাযনা গঙ্গাগী যুম্লোন্নবা ইমুংগী মীনা তম্লক্লে। শ্রিমা বৃন্দানা চলাইবিবা হোমদা যৌবক্লে। মানা হৌখিবা বাবী খবা লীদুনা তাহল্লবসু বৃন্দানা পিঙ্কিবুদি শ্রিমাদা মচানি হাযনা তাক্লে। পিঙ্কিনা শ্রিমাগী মমাঙদা শান্নববসু শ্রিমানা পিঙ্কিবু মাগী মচানি হাযবা খঙদ্রে। শ্রিমানা থম্মোয শেংনা অঙাং অমা যোক্কে হাযবগদি চিলদ্রেন হোমদা লৈবিবা অঙাং মযামসিগী মনুংদা অঙাং অমা যোক্কে হাযবগদি হোমগী অঙাং অমা হেক্তা লৌবা যাগনি। অদুগা অকক্লবা অঙাং অমা থিবক্লগা যোক্কে হাযবদি যাবোই হাযবে।

অঙাংশিংদুগী মবক্তা কবম্ববু মাগী মচা ওইনা যোক্কদগে খনবদি শ্রিমা যান্না লুনা থোক্লে। মবমদি শ্রিমাদি বৃন্দাগুম্না পূকচেল ফজবী অঙাং খুদিংমকপু মচাগুম্না খনবা ঙম্বী মমা অমদি নত্তে। মবুকথোক্কী মচাবু পোকপা মতমদা মীঙোন্দা পীথোক্লগা কবিমক্তা খন্দনা লৈশাবী শাবগা অতোপ্পা নুপা অমদা মযুম অমুক পানবা ঙম্বী নুপীদুবু বৃন্দানা কবিসু লৈতবী নুপীনি হাযনা খল্লি। মহাক্কী পূন্সিদা ফজবা পডা অমদি ওম্বীবা চুম্মী হাযনা বৃন্দানা খল্লি। মমৈথংদা যোক্লবা অঙাং খনবা ঙমদবদগী পিঙ্কিবু মশক খঙদনা শ্রিমা মানা লৈবা হোটেলদা অমুক হনখ্রে। মথংগী নুমিত্তা গঙ্গাগা যুম্লোন্নবী পিঙ্কিবু মশক মুন্না খঙবী নুপী অমদা পিঙ্কিগী মশক লোন্না তাক্লম্নবা পৈশা পীবগা লাকমিন্নৈ। অদুবু শ্রিমানি খঙবদগী গেটতা চঙবা যাবোই হাযদুনা বৃন্দানা থিংদুনা চঙহনখিদ্রে। শ্রিমা যান্না শাওনা মাগী মচাদু কেশ তৌবগা নমদুনা লৌগনি হাযনা ধমকা তৌবম্লগা বেঙ্গলবদা অমুক হনখ্রে।

পিঙ্কিগী মবাইবক ফবা হাযগদ্রা থীবা হ'যগদ্রা মাবু হেক পোকপি মমানা যোকচগে হাযববদা পীখিদ্রবী পিঙ্কিবু মচা লৈজদবা মমা মপা অনী পূন্না কাবদা লাক্লগা মযাম

মরক্তগী পিঙ্কিবু খল্লগা য়োকচগে হায়ররে। হন্দক্কীসিদি বৃন্দানা য়ানীংবা মীশক হায়বদু হেক থোক্লে। অদুবু বৃন্দানা মখোয় অনীদসু খরগা মুন্না খম্থরুনবা হাযবদগী মতৈ-মনাওসু হনখ্রে।

নুমিৎ হুন্নি লৈরগা চান-থক্লবা ময়াম অমা পুরগা অমুক হোমদা লাক্লে। পূকচেল চাউবা মতৈ-মনাও অনীসিনা বৃন্দাগী হোমদা লুপা লাক্ষ অমগী শেনফমসু দান তৌজরমগে হায়রে। বৃন্দানা পিঙ্কিবু হন্দক্কী মতৈ-মনাও অনীসিদা শিন্নবদা য়ানদুনা পিঙ্কিবু থেল্লগা কারদা হাপ্পুনা পুহনখ্রে। নুমিত্তুদগী পিঙ্কি দি.এস.পি. ফজতোন অমদি মাজিষ্ট্রেট ইবেথোই অনীগী মচা ওইখ্রে। পিঙ্কি পুখিবা মতুং নোংমাইজিং নুমিত্তা বৃন্দা পিঙ্কিগী মনাক্তা চৎলি। পিঙ্কিনা হরাউ-হরাউ লৈরম্বা অমদি মাবু উবদা মামি হায়না কৌরকপদা বৃন্দা মীৎলুদগী পিরাং শীম্থখিবা খঙহৌদে। পিঙ্কিবু মথানুংদা চেজেৎ কোল্লগা মানা পুরকপা বীসকুটতু পী। ফজতোন অমদি ইবেথোইগা ফমদুনা ৱারী ঙাইহাক শানৈ। ফজতোন্না হোমদা ফত্তবা থৌদোক থোক্লকপদা মঙোন্দসু পাউ পীরকউ মতেং পাংবা ঙম্লবদি শোয়দনা পাংগনি হায়দুনা বৃন্দাদা মাগী ফোন নম্বর পী।

বৃন্দানা পিঙ্কিদা ঙসিদগী মঙোন্দা মামি কৌবা য়াদ্রে অস্তি হায়না কৌননবা তাকই। পিঙ্কি খুদক্তা বৃন্দাদা অন্তি হায়না কৌবা হৌরে।

দি.এস.পি. ফজতোন্না পিঙ্কিবু সেসন হেক হৌবগা লিট্টল ফ্লৱার স্কুলদা মিং চনবীরগনি, হৌজিক্তি মখোঙ খরা শেংনা খঙননবা য়ুমদা ওজা অমা নেক্লগা লাইরিক তাকহনবা হৌরে হায়। অঙাংদুগী মশক, মবুদ্ধি-মরৌশিং পূন্নমক্তুনা ফজতোন অমদি ইবেথোই তুংগী পূন্সিদা নুংঙাইনা হিংনবা লম্বী অমা বৃন্দানা ফংহল্লে হাযনা বৃন্দাবু থাগৎলগা লৈহৌরে।

পিঙ্কিগী পূন্সিদা নে তাবা পূন্সি মহিং অমা ফংগনি খল্লুবদা বৃন্দাগী ৱাখলদা নৌনা অয়েৎপা অমগমুক লাক্লে। মদুদি নহান লাক্লম্বী পিঙ্কিগী অশেংবা মমা শ্রিমানা মাগী অশেংবা মচা পীয়ু হায়না লিগেল নোটিশ অমা থাবক্লে। মানা নহান হায়খিবা চিলদ্রেন হোমগী অঙাং চহুম-হুম্ফুমরিগী মনুংদা অঙাং খুদিংমকপু মচা ওইনা খল্লবা তুংদা অঙাং য়োকপা য়াগনি নৎত্রবদি হোমগী অঙাং পীবা ঙম্লোই হায়রুবদগী শ্রিমানা মাগী অশেংবা মচাদু কেশ তৌরগা লৌগনি হায়না মুক্লবগী ৱাবোলনি। বৃন্দাসু উকিলগী ৱারোলদু পাবদগী শাউবা খংহেন হেনগৎখ্রে। বৃন্দানা শ্রিমানা পাল্লিবা অঙাং পীরগে শ্রিমাবু হোমদা অমুক্তা লাকপিয়ু হাযনা পূংফম অমা থানরগা কৌরে। নুমিত্তু বৃন্দানা তঙাই ফদনা পিঙ্কি য়োকখিবা দি এস.পি. ফজতোনগা মাজিষ্ট্রেট ইবেথোইগা অনীবুসু কৌই। ফজতোনগা ইবেথোইগা অনীদি অঙাংসি মখোয় অনীনা য়োকপা ফংলরোইদ্রা হায়না পাখৎপা অমা য়াওরবনি।

বৃন্দানা শ্রিমা য়ৌরকপদা পম্থদনা ৱা খন্ননবা কাদা কৌশিল্লে। ৱা খন্নবা হৌরকপদা বৃন্দানা শ্রিমাদা হংই — "শোমগী ইপুরোইবগী মিং অমুক্তা হায়বীয়ু।"

— "প্রেম কৌই।"

— "মহাক হৌজিক ইস্ফালদা লৈবীব্রা?"

— "মহাক বেঙ্গলরদা লৈবনি।"

— "ও! অদুদি বেবিনা ক্লিনিক্তা শোমগী ইপুরোইবগী ঈগা শোন্না ক্লেম তৌরিবা ইচানুপীগী ঈগা অমক্তং টেস্ট তৌরগা মপা-মচা চুম্নরব্রা হায়না য়েংবা তারে। নুমিৎ কয়ানিগী মনুংদা থবকসি পাঙথোকসি হায়বনো শোন্না অপাম্বা নুমিৎ অমা অমুক্তা থাবীরো?"

বৃন্দাগী ৱাহংদুদা অদুম্মাইনা হংলক্কনি খল্লুদবা শ্রিমা মমায় ঙাংশং ঙাংশিনখ্রে। মানা মিকুপ্তুদা খনখি — "মতৌ করম্না বৃন্দা হায়রিবী নুপীসিনা পিঙ্কিবু ঐগী নুপাগী মচা নত্তে হায়বা খঙলিবনো? ঐনা মণিপুরগী মী কনামত্তনা খঙদে খল্লুবা ঐগী অরোনবা থবক্কী মরী মখোঙ লোইনমক লমশাংগী চিলদ্রেন হোম য়ৌনা ময়েক শেংনা খঙলম্লবা! কুন্তিগী মচা কর্নগী ৱারীসু ভারতবর্ষতা লৈবা হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা মীপুম খুদিংমক্লা খঙনৈ। মসিদি মহাভারত পাবদগী নৎত্রগা তাবদগী য়াম্না তপ্না যুগ কয়াগী তুংদা খঙনরকখিবনি। অদুগা ঐগী অরোনবা ৱারীসিদি ফোং-ফোং শারিবগুম্বনি। মৈবু ফিনা কয়াম কুইনা খুম্বা য়াগনি হায়নবদু ওম্থোক্লা চুমখ্রেদা! ঐ হৌজিক করিনা পাউখুম পীগনি। ঐদি ঐনা তৌরিবা থবকসি ইপুরোইবা খঙহন্দনা তৌগে তৌরুবনি। মসিদা মানা ঐসি নেপালি ওজিৎ থাপাদা য়ুম পান্দুনা ইচা অমা লৈরে খঙলবদি মিকুপ্তুদা ঐবু খাইনগে হায়রক্কনি।"

শ্রিমা মশাদু অকিবনা লাঙ্গোই চনশিল্লকখি। মানা তাল্লিবা দাবীদি মশাগী অশেংবা মচা য়োকচগে হায়বনি। বৃন্দাগী ৱাহংদুসু লাল্লি হায়বা কনামত্তনা ঙল্লোই। কায়নথংদা মশাগী মরাল য়াজদুনা শ্রিমা মাগী লিগেল নোটিশতু হন্দোকচরগে হায়রকখি। লোইননা মানা মশক খঙদ্রবা মচানা লৈবা চিলদ্রেন হোমসিদা লুপা লীশিং য়াঙ্খ্রেগী শেনফম অমা দান তৌরমখি। বৃন্দানসু হারউ-হরাউ মাগী তেংবাংশেলদু লৌহৌবগা লোইননা শ্রিমাগী লিগেল নোটিশতু পীথোকখি। মতৌ অসুন্না পিঙ্কিগা মমাগা তুরেল ঈচেন্না ঈরম অমদা থৈরগা চেনখিবগুম মমা মচা অমুক হন্না উনগনি হায়বা থাজবা ঙমদ্রে।

দি. এস. পি. ফজতোন অমদি মাসিস্ট্রেট ইবেথোই অনীনদি পিঙ্কিগী অশেংবা মমাগী মশক্তি খঙহৌরে।

# তরামণ্ডাশুবা

রোমেন অমদি পঙ্কজ শিলচরদগী হল্লক্লে। রোমেন্না থুংলবা নুমিদাংদু মাগী কাদা চঙলকপদা হোংলম্লিবা ময়ামদু উবদা মহাক ঙক্লম্মী। মাগী ফমুংদা থল্লম্বা পাজমাদু লৌরগা হোংদোক্কে চঙলুবদা পাজমাদু লৈরমদ্রে। মদুগী মহুত্তা খুদৈ হঙ্গামপাল মচুগী অহনবা অমগা মোজা ফুরীৎ অহনবা অমগা লৈরম্লে। কাঙখলদুসু অহনবা অমা ওইনা শিল্লম্লে। খুদৈদু লৌরগা হোংদোক্লগা কাদগী থোবকই। মানা খুদৈ শেৎলগা থোরকপদা বালানা মঙোন্দা শোয়দনা বা অমা হংলক্কদ্রা খল্লি। বৃন্দানদি মানা শোমদা তৌরিবা ফিভমদু উজনীংবদগী তৌজবম্বনি। অদুবু বৃন্দাগী মহুত্তা বালানা ওইনা উহৌরে। বালানসু রোমেন্দা করিমত্তা হায়রক্ত্রে। মখোয় পূন্নমক নুমিদাংগী চাকচাবা লোইনবে। তুম্লমদাইদা রোমেন্না ইন্দিবাদা হংলকই — "ইন্দোমচা। ঐখোয়গীদা কনা লাক্লম্বগে?"

ইন্দিরানা — "আনন্দিগা মমাগা নহাকপু উনবা লাক্লম্বনি।"

— "ও! মখোয় লাক্লম্বোইরে।"

— "নহাক্না শিলচরদা নোংম-নীনি লৈরক্কনি হায়বগী পাউ তাবদগী মখোয় অনী নোংঙানবগা অদুম হনখ্রে।"

রোমেন বা মখা তানা হংখিদ্রে।

রোমেন্না খল্লি — "মা ঐগী কাদা চঙলম্বোইরে, মানা পুখিবা নত্তনদি ঐগী পাজমা অমদি মোজা ফুরিৎ অনীসি মাঙফম থোক্তে। ঐখোয় অনীনা উনরক্ত্রিবসি চহী তকক মপূং ফারক্লে। মহাকপু ঐনা ঙম্মী হায়দুনা অবুংচাগা পুন্না কারদা পুরগা থবক মফমগী কাদা থম্বিরম্বা মিকুপ্তুদগী অৱাবা তাংকক অমগী মথংদা অমা শন্নদুনা লাকখিবনি। রতন্না অবুংচা পল্লগা কোর্ট মমাঙদা লেপহৌবা অমদি বৃন্দানা কপ্না-কপ্না ঐগা বীদাই তৌনখিবা মিকুপ্তো নীংশিংলকইদা! নুমিত্তুদগী শাংলবা মতমসি মাগা ঐগা নোংমতা উনরকখিদ্রবনি। মদুগী তুংদা ঐনা মাবু উনীংবনা ঙাওরকপদগী জেলদগী থাদোরকপা নোংঙানবদা মণিপুর চৎখি। অদুবু মাগা উনবদি ঙম্লকখিদে। মাসু গুৱাহাটি তানা ঐবু থিবা লাক্লম্লে। মদুদসু ঐগা মাগা উনদনা মাসু হনখ্রে। ঐখোয় অনীগী লাইবকসে মপা অমা ইচাহেক চানদেদকো!" ৱাখল অসুম খল্লম্বদগী থেঙজিল্লক্লবদুদা রোমেন মাগী কাদা তুম্বা চঙখ্রে। তুম্বা চঙলগা তুম্বা য়াদনা ফমুংদা মীৎ পাঙথোক্লগা ফন কুইনা লৈখি।

মতম্না খোঙজেল য়াঙনা চৎপনিনা বালাগী লুহোংবদু অসুম নকশিল্লক্লি। রোমেনগা পঙ্কজগা তান্নদুনা উপু, কাংথোল অরূ অপানগী অউনপোৎ মশীং শুনা লাঙবা লোইরে। বালাগা বীনোইগসু তোঙান্না অমুক্তং উননবা শীন্দুনা উনহল্লে। পূক্লিংগী অশেংবা ৱাফম ফোঙদোক্লদুনা অনৌবা য়ুম্বাল পূন্সিদা খোঙদামিন্ননবা বাফম য়ানবা লোইরে। অসুম্না বালাগী ৱারোইপোৎ পুখ্রে।

*ৱারোইপোৎ পুখ্রবা মতুংদগীদি বালা জিতুবু কাউনবা হোৎনবনা চুমগনি খনবদগী পূক্লিং ৱারকপা হৌরে। অদুবু কাউরগে খল্লুরগা জিতুগী মশক্তু হেন্না ময়েক শেংনা* মীৎমাঙদা চোংথোরকপগুম তৌরক্লে। বালা লুহোংগদবা শুপ্নগী নুমিৎ মঙানিদা ঙায়রে। অউনপোৎশিংদু মমাঙ শঙ্গোয়দা পূল্লপ থম্মী।

জিতেশ্বর মাগী এম টেক্কী কোর্স লোইরগা য়ুমদা থোক্লক্লে। থুংলবগা মমা রাষিনা জিতুগা মহৌশা গুবাহাটিদা খঙনরকখিবী বালাগী মরমদা ইরকখিবা চিঠিদুগী মতাংদা মচানুপাদা তম্লুরে। জিতুনা মরক-মবক্তা বালাবু নীংশিংলবসু মানা বাশক্লম্বা বাফম কয়া মতম চানা থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙমখিদবগী বালানা মঙোন্দা হাযখিবা ইম্ফালগী ইনাক-কৈরাক খুনবা ইমুংগী মচানা ঐখোয়বু পাম্বীরোই হায়বা বাহৈদু নীংশিংলুবদা মতোমতা ইকায়জরক্তুনা বালাখোয়গী য়ুমদা চৎপা ঙমখিদবনি। অদুগা চৎনবা তাঞ্জাসু অমুক্তা ফংখিদে। অদুবু মানা ঙসি চহী মরিগী তুংদা য়ুমদা থুংলবা নুমিৎসিদা বালানা মাবু ঙসি ফাওবা খৌবাংনা ঙাইরি হায়বদু তাবদা খুদক্তা দুস্যন্ত নিংথৌনা মাগী মাঙখিবা খুদোপ উবগা শাকুন্তলা নীংশিংলকপগুম বালাবু উনীংবনা ঙাওরকই। কামক্ষ্যা খুকুম্বা নুমিত্তা থোকখিবা থৌদোকশিংদু মথং-মথং মমীত্তা উরকই। ব্রহ্মপুত্র মপান্দা ফ্যেরি ঙাইরিঙৈদা তোর্বানগী নামিবা নুংশিৎনা হুম্বদা বালাগী অমুবা অমদি যান্নবা মশন্না মমায হেক-হেক খুম্বদা মখুৎনা মশম হাইদোক্লগা নোকমি-নোকমি তৌনা মঙোন্দা ওনশিল্লগা যেংলকখিবা কয়াদু নীংশিংলুবদা বালাবু মথানুংদা চেৎনা কোন্নীংবা ফাওরকই। অরোইবা উনবা নুমিত্তা হায়রম্বা ৱাহৈশিংদুগী হাযরুরবদি বালানা মাবু ঙাইফম থোকই। মণিপুরগা গুবাহাটিগা খেন্নবা অমনা মখোয়গীদি মৈতৈ লৈকায কয়া চাউদবনিনা বালাগা য়ুম পানমিন্নবা য়াবা পাখং মনাক্তা মরাঙ কায়না লৈতবা অসিনি।

জিতুনা মমানা তম্বা পাউ তাকুবদগী মশাদু বালা উনবা চৎনীংবনা লৈফম খঙদ্রে। মপাবুংগী চহীগী দিন্দু ঙসি হুন্নিদা ঙায়রে। মাদি মপাবুংগী দিন য়াওবা নংনবা থোক্লকপনি। মমানা মপাবুংগী দিনসিদং লোইরগা গুৱাহাটি চৎলসি হায়বদা য়াদুনা লৈরে। মপাবুংগী দিন নুমিত্তা মন্দোমচা তোম্বী মখোয়গীদা দিনগী উৎসোব য়াওবা লাকই। ময়াম চাক-ঈশিং চাবা লোইদুনা হন্নখ্রবা তুংদা তোম্বীনা মচেদা জিতুবু চহী মতাং চারিঙৈসিদা লুহোংনবা তৌরসি হায়না ৱা হৌদোরকই। মতাং চানা রাষিনা মনাওদা গুৱাহাটিগী বালাগী মরমদা

হৌদোরকই। পাউদু তাবদা তোম্বীনা নুপীমচাদুগী মশকপু কমদৌবগে? ইচেবু ফোটোকা উরব্রা হংই। রাষিনা উদ্রি অদুবু ইচানা তম্বদদি অদুগুম্বা লৈশাবী মাগী পূক্সিদা থেংনগদবা মান্দে হায়রি হায়না তম্মি। তোম্বীনা "হায়রিসিবু কয়াম ফজবনোনে, ঐবু চৎলগা হেক য়েংনীংলকইদা!" রাষিনা — "য়েংউসি হায়রগা ইচানুপা পুরগা ইচিল-ইনাও নোংমা নাঁন মখোয়গীদা লৈরগা নুপীমচাদুবু সেবা তৌহল্লগা য়ানীংলগা ইমৌ ওইবা, পামদ্রগা তুমিন্না ফুক হৌগত্তুনা লাক্লগা লোইরে কৈনো।" "ইচে নঙগীসিদি ঈরোই লৈদ্রিঙৈদা হৌদোঙ হাৎলি হায়নবদু তানিকো!" "কৈদৌ তাজরুনিগে?" "য়েংউনে নঙবো! ৱা অমগা লৈরেনে; নুপীমচাদুগী ইমুংদু মণিপুরগী লাংথবান্দগীনি হায়গুমসু তারিনে। মণিপুরদা পৈশা খায়বগী ঈরাং কনমনবদগী লৈবা ঙমদদুনা চেনখিবনিবু তারিনে!"

— "হো! থোকঅবা অমা লাকচরনি, চৎলগা লোইনা খঙদোক্লুরসি! ইবুংঙোবু টিকেৎ অহুম ককহল্লুরো! ঐগী পৈশাদু কোন্না হঞ্জিল্লক্লগে?"

মমানা হায়বদগী জিতুনা গুবাহাটি চৎনবা ফ্লাইট টিকেৎ অহুমখক কল্লুবে। হয়েং শোয়দনা চৎকনি হাযবগী অয়ুক্তা বৃন্দা জিতেশ্বরখোয়গী য়ুমদা লাকই। য়ুম, কৈয়. শঙ্গোয়, শুমাঙ হেক য়েংবদা মীরোল খরা ইংখোলসিদা নুংঙাইনা পাল্লকপা ইমুংনি হায়বা খঙই। ফক্লাংদা থেৎলিবা লৈপরেং শিরিবা ফোটোশিংদুগী ফ্রেমগা তাইনবদা মীদুগী মমিং ইরি। ফোটোশিংদু মথং-মথং য়েংলিঙৈদা রাষি থোক্লক্লগা বৃন্দাদা — "ইবেম্মা কনা উনবীগদবনো" হংই। ঙাইহাক্তুদা জিতুসু থোঙ্গালদগী চঙলক্তুনা বৃন্দাগা উনরে। ঙাইহাক শক তাক্লদুনা ৱারী শাবা হৌরকপদা রাষিনা 'ইবেম্মা! ফম্মু, ইমা চা লোনবীরক্কে" হায়রল্লগা ইমুং চঙখ্রে। জিতুগা মখোয় অনী কনানা কনানো শক নীংথিনা তাক্লরবা তুংদা বৃন্দানা জিতুদা বালাগী মতাংদা ৱারী শাবা হৌরকই। বৃন্দাগী বারীদু তাবদা জিতু বালাগীদমক খল্লুবদা মহাক য়াম্না নুংঙাইত্রে। মহাক্না অশুক শাংবা চহী মরিসি ঈশিংদা লুপখিবা নুঙগুম তুমিন লৈখিবনা মরম ওইরগা বালানা মাবু লুহোংলম্বসু য়ারে হায়না খলহৌরি হায়বদু তাবদা জিতু বৃন্দাগী মমাঙদা ইকায়বা অমা ফাওরে। অদুবু মহাক হয়েং গুৱাহাটি শোয়দনা চৎকদবা লৈরবনা বৃন্দাদা অশেংবা গুৱাহাটি চৎলগা বালা উনরুগনি হায়বগী পাউদু তল্লে। বৃন্দাসু মদু তাবদা য়াম্না হরাউরে। বৃন্দা ঙাইহাক ফমদুনা চা-নুং থক্লগা লমশাংদা অমুক হনখ্রে। মানা বালা কাছারদগী বীনোই কৌবা অমগা লুহোংগদৌরে হায়বা ৱাফমদুগী মতাংদদি শুকপন-পল্লমদ্রে।

রাষিনা মণিপুরগী লফোই, কিহোম, কল্লা, ক্বা খরা মনা খরা; য়েঞ্জাং মনা-মশীং অতেক-অনৌ, বোরি মরোইনচিংবা লৈদুনা গুৱাহাটিদা ফ্লাইটতা পুরগা লাক্লে। গুৱাহাটি য়ৌবগা পল্টন বাজারদা হোটেল অমদা চঙলগা কা অমা লৌরে। অদুগী তুংদা টেক্সি অমা ৱায়রগা মখোয অহুম বেলটোলাগী মৈতৈ লৈকায় তানা লাক্লে। য়ুমদি জিতুনা

হান্না খঙবনিনা হংনরুবগী মথৌ তাদ্রে। মখোয় অহুম থোঙ্গালদগী চঙলকই। শঙ্গোয় মচি য়ৌরকপদা রাম্বিনা তুং হন্না য়েংলুবদা শঙ্গোয়দা উপু, কাংথোল অমদি অতৈ ইলেক্ট্রোনিক্সকী অউনপোৎময়াম অমা লৈরিবদ্ হেক উরুরে। কনা লুহোংবগীনো খল্লি। পূক্নিংদা চিংনবা অমদি পোক্লকই। মাঙ্গোলদা গীরিধারি চৈশুদুগা চৌক্রি অমদা ফল্লি।

মৈতৈ নুপী অনীখক য়াম্না লেম্বা ময়েক নাইবগী ফিজোলদা নুপী অমগী মখুত্তা খাউ অমা পায়রগা চঙলকপদু উবদা গীরিধারি মহৌশা মানা মণিপুরদা লৈরিঙৈদা য়াম্না তোয়না লম্বী শড়ঙ্গা উখিবা, ঙসিনা জাতি তিন্নদবা, ফিজোল মান্নদবা মীরমদা লৈরুবনা মতম শাংনা উবা ফংলক্তুবা মণিপুরগী অশেংবা ইমা লৈবাক্কী ফিজেত্তু উবদা খঙহৌদনা পূক্নিংদা থুক লাউবা পোক্লকই। ফিজেত্তুমক্তি ময়ুম পাল্লবী মৌনা মনেমবোক্কা মপামদা পূন্না লাকমিন্নবা নত্তগা মপামদা চৎলুবদগী নুপা ময়ুমদা হল্লকপদা নত্তগা নৌনা মচা-মমৌ থিবগা মরী লৈননা অহানবা নুপী ময়ুমদা চৎপদা শেৎনবা ফিজোলদুমক্নি।

— "কনা কনানো চঙলক্লিবসিবো?" গীরিধারিনা খল্লি। চৌক্রিদগী হৌগৎলগা হায়রকই — "ইচনশিংগী ফিজোলসি উবদা ঐদি ইমা লৈবাক নীংশিংদুনা ঙাইহাকসিদা মণিপুর য়ৌরুবগা চপ মান্নখ্রে। খঙদ্রে, হকচাংগা শোঞ্জিল্লকপনে ইরমদম নুংশিবদি নোংম-নোংমগী হেঞ্জিল্লকই। লৈবা ঙমদ্রে হায়দুনা লাকখ্রবসু পূক্নিংনদি নুংশিদবা ঙমদ্রেদো, চীং-পাৎ, তুরেল, উচেক-ৱায়া, লমদুগী তামহৌরবা মরুপশিংদো! ইচনশিংবু করি মরুওইবা থবক লৈবীবনো, ঐখোয়গীসিদা লেংঙকপবো?" অহন্দুগী ৱাঙাং, ৱাহৈ, ব্যবহারদু ফজমনবদুদা রাম্বিনা খল্লি — 'ইমুংসিগী মচানবু শোয়বা হৌনব্রদো?" খুল্লকই — "ঐখোয় ইম্ফালদগীনি তাদা! গুবাহাটিদা বেলটোলাদা মৈতৈ লৈকায় অমা লৈহৌই, নোংমতং কোয়রুসি হায়না ইচানুপানা য়াম্না তোয়না হায়বদগী চুম্না সুম কোয়বা লাকচবনি।"

— "এ! ফরে ফরে, তাবদা হেক নুংঙাইদা! করম্বা ইচানা তল্লবা পাউনো ইবেম্মা?"

- "ঐগা লোইনজরক্লিবা নুপামচাসিনি তাদা, ইচানুপানি, নুপাদি মতোমতনি, মথঙ্গা মচে অমা লৈবদুদি ফোরেন্দা মাগী নুপাদুগা থবক তৌদুনা লৈমিন্নখ্রে। য়ুমদকা পারা থোক্লকখিদ্রে। ইচানুপাসিসু মচেগী মনাক্তগী থোরকপা কুইদ্রি। ঐগা লাকমিন্নরিবসিনা ঐগা পোকমিন্নবা ইনাওনি।"

— "ইবেম্মা অনীগা ইচানুপাগা মাঙ্গোলদা নীংথিনা কাখৎলক্লগা জ্ঞান তানা ফল্লগা বারী মখা শাসি।"

— "হায়! নখোয়বু তারিব্রা? মণিপুরদগী মী লাকইনে। ঐগী ইচা বালাদুবু লৈতব্রনে?" গীরিধারিনা ইমুংগী মী কৌথোকই।

মখোয়না তোংলকপা খোঙউপ অমদি সেন্ডল লৌথোক্লগা ডারি মখাদা থল্লগা মাঙ্গোল কাখৎলক্লে। জিতুনা চঙশিল্লগা গীরিধারিবু খুরুম্মী। মাগী ব্যবহারদুদা করিগুম্বা

অমা লৈরব্রা হায়না গীরিধারিনা খল্লি। ইমুংদগী গীরিধারিনা লাউখিবদু তাদুনা ইন্দিবা মকোক্তু ইন্নফিনা খুল্লগা থোরকই। য়াম্না লেম্বা অমদি অনানবা ফিজোল শেৎপী মৈতৈ নুপী অনীখক্না পাখংদুগা মাঙ্গোলগী ফান্দা-ফমদুনা লৈরম্বদু উবদা ইন্দিরানা খল্লি — "কনা-কনা ওইরিগবা লাক্লিবা কাঙবুসিবো? মশকশিংসি হান্না অমুক্তসু উখিদ্রি।"

হায়রকই — "ফক্তা ফম্বনা নুংঙাইগদবা মাল্লি. ঐ ফক লৌথোকচরুগে, ফক্তা ফমসি" হায়রম্লগা ইমুং চঙখ্রগা ফক অমা পুথোরক্লগা মাঙ্গোলদা থাই। রাষিগা তোম্বীগা ফক্তুদা ফম্মী।

রাষিনা হায়রকই — "চহীদা ঐনা খরদি হনগনি, ইনাও হেক্তা কৌরগে! ৱাব্রৌননুসি! ঐখোয়না মণিপুরদগী অহানবা শকখঙনবা লাকপসিদা হে রা খরা য়াওজরকই, গুৱাহাটিদা ফংলম্লোইদ্রা হায়দুনা লৈজবকপনি, য়াম্না য়াম্বদি নত্তে। মরোইগা বোরিগা খরসু যাওবনি, সে! ইবেম্মা খাউসি লৌশিল্লু" হায়রগা বাষিনা খাউদু ইন্দিরাগী মনাক্তা থাংজিল্লকই। ইন্দিবানা খাউদু পায়রগা ইমুংদা পুশিল্লগা চঙখি। চাকশঙ য়ৌরগা করি-করি পোৎনো হায়না লৌথোক্লগা য়েংই। লা অমনা য়োম্লগা কোম ক্বা তরামুক্বা মনা তরামুক্সু য়াওরম্মী। লফোই চঙ থোকপা লফাং অমা, কিহোম অনী, চু, কম্লা, সেম য়াওরম্মী। কনাগুম্বনা অহানবা মচা-মমৌ হায়জবা চৎপদা পুনবা পোৎ ওইনা তৌই। প্লাস্টিক খাউ তোঙান-তোঙান্না বোরি, শোইবুম, মরোই নাকুপ্পীনচিংবসু য়াওরি। ইন্দিরা পোৎ-চৈ লৌথোকপা লোইরগা খাউদু পায়রগা ৱাখল অমদা উংলগা থোরকই। লাক্লিবা কাঙবুদু কনাগী ইমুং ওইরিদগে খনবদা ইন্দিরা ফল তাবা ঙমদে। ঙসাই মানা মুন্না য়েংখিদবা পাখং মচাদুদা হন্দক্তি য়াম্না মুন্না হেক্তা য়েংলুরে। করিগুম্বা অমা খংনীং নীংশিংলকপগুম তৌরক্লে।

জিতুদা য়েংলগা হংলকই — "ইবুংঙো! নঙবু চহী খরগী মমাঙদা গুবাহাটিদা ইঞ্জিনীয়র তম্লম্বা... ইবুংঙোগী মিংদুবু... আ?"

— "জিতু হায়বনি ইমা!"

— "হোইনে, জিতেশ্বর হায়বনিনে, ইমাদি ইকাউবু কাউরুরে।"

ইন্দিরা ৱাখল ফুম্বংনৈ, মচা দুকান চৎখিবা হক্লক্লগা করম তৌগনি? ইচাগী লুহোংবদি ঙসি মঙানিদা ঙায়রবা মতমসিদা করম্না মমা-মচানা য়ুমসিদা লাক্লিবা! ইচাগী লুহোংবসিবু কায়বা তারিব্রনে? হুম! মদু য়ারোই, মসি খন্দুনা ইন্দিরানা তপ্না ৱা হৌদোরকই — "ইচেখোয় অশুক লাপ্না লেঙঙকপবু করি তান্নসিগে?"

রাষিনা — "লোন্না-থুপ্না থম্বগী কান্নবা লৈত্রে। ঐখোয়না লাকচরিবসি ইবেম্মখোয়গী বালা কৌবী ইচানুপী অমা লৈবদো ইচা নুপাসিগা চহী মরিগী মমাঙদা কামক্ষ্যা খুরুম্বদা খঙনখিমাল্লে, মদুগীদমক ইবেম্মগী ইচানুপীদো ইমৌ ওইরগে হায়জবা লাকচবনি; বালা নত্রবদি নুপী অতৈগী মশক য়েংউ হায়বা য়াদবদগী ইচাগী নীংবা

কায়হন্নীংদবদগী হেক্তা চৎলুরসি হায়না হৌনরগা লাকচবনি। ইচাগী নীংজবসিমত্তদি তাদা অমদি ইনাও ইবেম্মনা কায়হনবীগনু!" অসি হায়রগা রাষিনা ফুক হৌগৎলগা গীরিধারিবু খুরুম্মী। ইন্দিরাদি মরূ অসুম লুকথখিবনা মমায় থাঙ্গৎলকখিদ্রে। মনাও নুপীগী মতৌ উবদা গীরিধারিনা লাপ্তক্লা মাগী ফমফমদগী খুন্নকই — "ইচন্নুপীগী পাউখুমদু ঐগী ইনাও নুপীনা খুম্বদা খরা ৱানা থোক্লগনি। বালা হায়রিবী নুপীমচাদু ইনাও নুপানা পোকপনি। ঐনা ইমুংসিগী অহন্নিনা ঐনা খুম্বনা ফরগনি খল্লি। ইচন্না লাপ্লবা ইমা লৈবাক নুংশিরবা মণিপুরদগী গুৱাহাটি ফাওবা ইমৌগী মশক য়েংলুসি হায়না লেংঙকপসে তাশেংনা হায়রবদা খোঙহৌ খরা থীনখ্রে। ঐগী ইচানুপীদু কাছারদগী গুৱাহাটিগী আই.আই.টি. দা ওজা ওইবা নুপা অমগা লুহোংনবা মতম লেপ্লদুনা লুহোংগদবা ঙসি মঙানিদা ঙায়রবনি। শঙ্গোয়দা লৈরিবা উপু কাংথোল, অউনপোৎ খরসি মাগী উন্নবনি। বারৌবীবা য়াদে। খোঙহৌ খজিক থীনখিবনা নীঙবা থুংদনা হনবা তারেদো। তশেংনা ঐসু নুংঙাইতে।" বাহৈদু হায়রল্লগা গীরিধারি ইমুংদা চঙখি।

রাষি মনাও তোম্বীগী মমাঙদা ইকাইবনা বা মখা তাবা ঙমদ্রে। জিতুসু মরূ লুকথরগা ঙাইহাক লৈ।

ইন্দিরাসু — "ইচে, ঐ চা অমুক্তা লোঞ্জরুগে" হায়রল্লগা ইমুংদা চা লোনবা চঙখ্রে।

তোম্বীনা মচেদা শোন্থাংননা হায়রকই — "ইচে! ঐখোয়বু হোটেলদা হন্নবা তৌরসিরা?"

গীরিধারি ইমুংদগী অমুক থোরক্লে। রাষিনা ফল্লম্বদগী হৌগৎলগা গীবিধাবিদা ওনশিল্লগা হায়রকই — "অদুদি তাদা! ঐখোয় অমুক চৎনবা তৌজরগে?"

— "ঙাইখো, ইবেম্মা! মদু য়াদে, অশুক লাপ্না মণিপুরদগী লাক্লগা ঙসি অহীংসিদি হাউবা হাউতবা চাক চবা অমা চারগা ঐগী য়ুমর্সিদা লৈবীখো।"

— "তাদা! ৱারৌবীবা য়াদে, ঐখোয় হোটেলদা কা অমা লৌরগা পোৎ-চৈ লোইনা থমজরম্মী। হোটেলদা চৎচরগে টেক্সিসু থোঙ্গালদা ঙাইহল্লম্মী।"

তোম্বীসু হৌগৎলক্লে। জিতুনা খল্লি — "বালাদুবু অমুক্তং থোরক্তুনা উনরবদি ওম্বোক্লা নুংঙাইখ্রনিদা।"

গীরিধারিনা — "ইবেম্মা! ঐবু পুন্সিসিদা নীংঙমদনা লৈহৌবা তারে, ননাও নুপীদো চা লোনবা চঙখিবা ওইরিনি, চা কপ অমত্তসু থকপিখো।"

রাষিদু হৈনীংদনা অমুক ফমথরে।

বালাগা রোমেনগা বজারদগী হল্লকপদা মখোয়গী থোঙ্গালদা টেক্সি অমা খামদুনা লৈরম্বদু উবদা মখোয়গীদা কনা লাকপনো হায়না খল্লি। ৱাখল অমদা হাইফেৎ চিংননা

থোঙ্গালদগী চঙলকপদা বালানা মখোয়গী মাঙ্গোলদা মী খরা ফম্বা উরে। ফিরোল য়াওবা প্লাস্টিক খাউদু মখুৎনা পায়। মাদি ফনেক ময়েক নাইবা শেৎপী নুপী অনীদু উবদা কাছারদগী বীনোইগী মমা লাক্লিবোইনীংলুবে। নুপা অমা ফান্দা ফল্লিবদুনা ড্রাইভর ওইরবোই খল্লুরে। চুনিদুনা মকোক্তু হাইফেৎ চিংখৎলগা খুম্বোই করিওই তৌরগা ডারি মপান য়ৌশিল্লক্লে। মরু লুকথবগা চঙলকপনা ফল্লিবশিংদুদা থোইনা য়েংলুদে। মাঙ্গোলদা ফল্লিবশিংদুনদি বালাদা লোইনা য়েংই। রাষিনা খল্লি — "ইচানা হায়বদু চুম্মীদনা। নুপীমচাসিগী মশকসিদি খুঙ্গং অমদা মশক খ্বাইদগী ফজবী লৈশাবী অমা লৈবদা খুঙ্গং লোইনা খঙনবগুম মশক্লে, মশম্নে, মীৎ, না, নাতোন লোইনা চুং ফিরাল চানা ফজেনা সিদে। অস! ওম্থোক্লা নীংঙমখিদ্রেদা!"

তোম্বীসু খল্লি, — "চুম্মীদনা ইচেনা হায়বা, গুৱাহাটিগী পিক্লবা মৈতৈ লৈকায় মচাসিদা অশুক ফজবী নুপীমচা অমা লৈরম্বসিদি ঙক্লা থোকই। মানা ইচেগী মমৌ ওইববদি ঐসু গুৱাহাটি য়ৌনা লাক্লগা ইমৌ মশক য়েংলুবগী মহয়দু চাফম থোকপনি। অদুবু মাদি মীগী ওইদুনা কাছার লমদম পাংখ্রগদবা! মীগী ওইখিগদবগী পাউ অসিনা ওইবা তাই, ঙসি মাগী মশকসিনা অমুক্কা হেন্না ফজবগুম খল্লক্লিবা।"

বালানা মাঙ্গোল কাখৎলকপগা মমায় লুকথদুনা চৎপনা মানা জিতুবু য়েংলুদ্রবসু জিতুনদি মাবু হেক উবদা "বালা" হায়না কৌরকপদুদা বালাদু ফৎ লাউনা যেংলুবে। জিতু ওইরম্বদুদা বালা জিতুনা কৌবদু খুল্লমদনা ইমুংদা মচিন খুল্লগা চেনশিনখ্রে। মখুত্তা পায়রকপা প্লাস্টিক্কী খাউদু কদায়দা থমগদগে খঙদনা ফমুংদা লংশিল্লগা মশাদু ফমুংদা উপশিল্লগা কপ্পুনা লৈখ্রে। ইন্দিরানা ট্রেদা চাগা বীসক্যুটকা হাপ্লগা পুথোরকই। মাসু বালানা তৌফম খঙদবদগী ফমুংদা কপ্পুনা লৈরে হায়বা খঙই। রোমেনসু কারদু গেরেজদা থৌজিল্লম্লগা চঙলক্লে। মাঙ্গোলদা ফল্লিবা কাঙবুদু উবদা হান্না মশক খঙবা অমত্তা য়াওদবনিনা মাসু কাছারগী বীনোইখোয়গী মরী মতা লাক্লিবোই নীংলুবে। মাঙ্গোল কাখৎলগা — "ইনেখোয়! ঐদি শকসু কয়া খঙদবনিনা ৱারৌবীবা য়াদে" হায়না হৌই।

গীরিধারিনা — "নঙগী ইনেশিংসে মণিপুরদগীনি, মখোয়গী অপাম্বদু ঐখোয়না থুংহনবা ঙম্লোইদৌরে।"

রোমেন গীরিধারিগী ৱাহৈদুদা নুংদা "করিনো খুরাইবুংঙোনা হায়রিবসিবো" হায়না খল্লি।

মাঙ্গোলদা ফল্লিবশিংদুনা ইমুংদা বালানা কপ্পগী মখোলদু তায়। জিতুনদি বালা চৎথোক্লুবদগী হল্লকখ্রবনিনা মপাল থোক্লক্তুনা মখোয়গা অমুক্তং উনফম থোকপনি খল্লি। রাষিগা তোম্বীগসু শোম্থাংননা — "ইমুংদা কপ্লিবসি ইবেম্মদু ওইরমাক্লেনে? মানদি ঐখোয় উবদা নুংঙাইতদুনা কপ্পা মাল্লি।"

রাষিনা মনাওদা শোষ্থাংননা হায়রকই — "ইনাও ! ঐবু ইমুং চঙলগা নুপীমচাদু উনরুসিরা ?"

— "হেরা ইচে ! ফজদেদা। লুহোংগদবা নোংম-নীনিদা ঙায়রবা কানসিদা; মীনা লান্না লৌখিগনি।"

মখোয় অহুমদু চা থক্লবসু কয়া হৈনীংনা থক্রে।

রোমেন ইমুং চঙলুবদগী অমুক থোরক্লগা জিতুবু কৌথোক্লগা থোঙ্গাল্লোমদা থোকমিন্নখি। রোমেন্না জিতুদা ওনশিল্লগা হায়রকই — "ইবুংঙো ওইরে জিতেশ্বর হায়রিবসে ?"

— "মানি তামো !"

— "ইবুংঙোখোয়গী ইমাদা চিঠি ইরকখিবদু ঐনি। ইমানা হল্লকপা চিঠিদুসু মতম চানা ফংখি। ঐগী ইচন বালানদি লুহোংবসি মতম খরা তপথখিসি ইবুংঙো শোয়দনা লাকখিগনি হায়জবনি। অদুদা নুপা ময়ুম্না গীরি গীরি তকশিনবা অমা য়াওরকপগা ঐখোয়গী অহনগী হকচাংনা শোঞ্জিল্লকপগা মপা মপা চান্নখিবা হায়বদুনি। ইবুংঙোদি হৌজিক করি হোৎনবিবা ?"

— "তামো। ঐহাক সুইদেন্দা কমপনি অমদা চহী অমগী কন্ট্রেক্টতা থবক তৌগে হায়দুনা এপ্লাই তৌরম্লে। ঐগা পোকমিন্নবী ইচেগা ইবাইগসু সুইদেন্দা থবক তৌদুনা লৈ।"

— "য়াম্না ফবগী ৱানি। অদু করি হায়গদবনো খঙদে, পুন্সিদা থবক অমা মায় পাক্লবসু ইবুংঙোগী নীংবা অমদি থুংদনা হনবা তারেদো ! ইয়াম্বা তশেংনা নুংঙাইতে। ইচনসিমসু পুন্সিগী নীংঙমদনা পামদবা মফম অমদা চৎহনখিবা তারে।"

জিতুগী মীৎলুদগী পিরাং থিংবা ঙমদে। রুমাল লৌথোক্লগা তৈথোকই।

নঙ্গন্দা পোপ-পোপ থারগা — "নুংঙাইতবা তৌরুব্নু, ইনাওসিদি" হায়রগা রোমেন্না জিতুগী পৃক্লিং ফাথবী।

রোমেন্না মখা তানা — "হৌজিকপু ইনাওগা ইমাখোয়গবু হোটেলদগী লাকপ্রা, য়ুমদগী দাইরেক্ট সিদা লাকপ্রা ?"

"তামো ! ঐখোয হোটেলদগী লাকপনি। হযেং হংচিৎ ফাওবদি লৈথবা য়াই, ঐগী ওবিজিনেল সার্টিফিকেটসু গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিদগী লৌথোক্কে খল্লি। বারী শাবা লোইদুনা মখোয অনী অমুক থোঙ্গালদগী চঙলক্কে। জিতুনা হায়রকই — "তামো ! তামোনা চানবীদুনা বালাবু অমুক্তং কৌথোকপিরক্লগা ইমাগা উনহনবীয়ুবা ? ঐসে ঐগা লাকমিন্নরিবা

ইমা অমদি ইন্দোমচাগী মমাঙদা য়াম্না ইকায়রে।" জিতুনা হায়জরিবদু চুম্মী হায়না খনবদগী রোমেন্না ইমুং চঙখ্রগা বালাবু অমুক্তং মপাল থোক্লগা মাগী মশক য়েংগনি হায়না মণিপুরদগী লাক্লিবা অহুমদুগা উননবা হায়রুরে।

ইন্দিরাসু মচাগী মনাক্তা চঙলক্লগা মচাবু জিতুগা লাকমিন্নরিবা মমা অমদি মন্দোমচাগা অমুক্তং উননবা থেম্মী। বালা কপ্পা তোক্লগা মমা অমদি মবুং রোমেন্না হায়বদু য়ারগে খন্দুনা মকোক্তু ফি অমনা কুপ্লগা মমাগা লোয়ননা মপান্দা থোরক্লে। মাগী মতৌদু উবদা মণিপুরদগী লাকপা অহুমদু চপ মান্ননা নুংঙাইতবা ফাওই।

বালানা রাষি অমদি তোম্বীনা ফম্লিবা ফক্তুদা চঙশিল্লগা ফম্মী। রাষিনা বালাগী মকোক্তা নুংশিনা নাম্থবীবগা — "ইচাসিদি করিগী পূক্নিং অদুক য়াম্না নুংঙাইত্রিবনো? পূন্নমকসে ঈশ্বরনা শীল্লকপা থৌশিল ঙাক্তনি। ঐখোয় মীওইবনবু করি তৌবা ঙমগনি। ইচানুপানা গুবাহাটিদগী য়ুমদা হেক থুংলবগা নঙগী পাউ পূন্নমক তম্লে। নঙগী ননাক্তা চৎলুসি হায়না য়াম্না কন্না হায়জবনি। ইমা-ইচা চৎনবা শেম শাবা পূল্লোই-লোইরগা নখোয়গী পাবুংগী লাইবক থীবা থৌদোক অমা থোকখিবদগী অদুম লাকপা ঙমখিদবনি। নঙসু ঐনা ইখিবা চিঠিদু পাববনিনা বারোলদু খঙলম্লগনি। ইচাসিদি নকোক মক্তা চিক্তনা নপুবোইবগী সেবা তৌদুনা নচা নুপা নুপী পোক্তুনা পূন্সি শাংনা পানবা ঙম্বা ওইয়ু। ইমানা মণিপুর য়ৌবগা ইচাগী ফিগে ফনেক অমগা রাংখৈ ফি অমগা তম্লক্লে। অসুম্না ওইরমগনি খঙদবনা ঐখোয়দি থৌবাং অমত্তসু তৌরক্তে। নবুংসু লাক্লিবা তাং মঙাসিদা সুইদেন চৎপগী থৌরাং তৌরবনি। নঙনদি খঙলম্লোই ঐগী ইচানুপী জিতুগী মচেদো মাগী নুপাগা পূন্না সুইদেন্দা থবক তৌদুনা লৈ।" বালাদু মাগী থম্মোয়দা লৈবা অশেংবা ৱাফমদু রাষিদা ফোঙদোক্লিংবনা মশাদু ফুরি হোৎনীংবা খাঙবা ঙমদবগুম ৱানা খাঙলে। রাষিনা ঙাঙলিঙৈদা জিতুসু বালাদা ৱাহং অমখক হংনীংবনা খাঙবা ঙমদ্রে। ইন্দিরাদা ওইনা ওনশিল্লগা হংলকই — "ইমা! বালাগী বর ওইগদৌরিবা নুপাদুগী মমিংবু কবি কৌবগে?"

ইন্দিরানা — "বীনোই কৌই ইবুংঙো!"

— "হা! বীনোই কৌই হায়বা; করি লমদগী?"

— "কাছারদগীনি!"

— "কাছারদগী বীনোই, ইঞ্জিনীয়র, লক্ষিপুরদগীরা ইমা?"

— "মানি।"

— "মপাগী মমিংদু ব্রজবিধু।"

— "মানি মানি ব্রজবিধু কৌই।"

— "ইমা! বালাগা লুহোংগদৌরিবা নুপাদু ঐগী মরুপ বীনোই ওইরম্বা য়াম্না ফরে। মহাক ঐগা গুৱাহাটিগী ইঞ্জিনীয়রিং কলেজদা ইঞ্জিনীয়র তম্মিন্নরকপনি। মহাক গুৱাহাটি আই আই টিদা ওজা ওইরবোইরে। ফরেদা! বালানা মঙোন্দা লৈবা ফংবা য়াম্না ফরবনি। বালা! নঙবু কাউরব্রনে? নখোযনা কামক্ষ্যা খুরুম্বা লাকপদা ঐখোয় অনীগা থেংনখিবদো?"

বালা জিতুগী বাহৈদুদা মশাদু ফুনগৎলক্তুনা ফুক হৌগৎলগা ইমুংদা কপ্লগা চেনশিনখ্রে। মাগী নুংশিবা মীশক অমা শিরবগুম মখোল থোক্লা কপখৎলক্লে। মাঙ্গোলদা ফল্লিবা ময়ামদু অমত্তা নুংঙাইনদ্রে। রাখি ফম্লস্বদগী হৌগৎলগা মনাও নুপীদা ওনশিল্লগা — "চৎলসি ইনাও" হায়রকই। তোম্বীসু হৌগৎলক্লে। জিতুসু চৎকদবগী হৌগৎলক্লে। গীবিধারিগী মনাক্তা চঙশিল্লগা — "পাবুং! নচা অমুক চৎচকখিগে" হায়রগা খুরুম্মী। গীবিধাবিসু ঙসাইদগী মীৎমাঙদা উবিবা থৌদোক অমদি ৱারীশিংদু লোইনা খঙলবনিনা থম্মোয় মনুংদা জিতুনা থামুক্তুং ঙনখৎনা লাক্লম্লবদি হায়বা বাখল অমদা মীৎলু পিরাং ঈহৌরকই। জিতুবু মকোক্তা নুংশিনা নানবীবগা ইচানা তৌক তৌকবা থবক খুদিংমক্তা মঙ্গল ওইবা ওইয়ুকো! ইচানা কবিগুস্বকান্দা গুবাহাটিদা লাকপা থোক্লবদি করিমত্তা হঙ্গোইদনা হেক চঙলকউকো।"

রোমেন্না — "ইবুংঙোনা লৈবিবা হোটেলদুগী মমিং অমুক্তং খঙজহৌগে।"

পলটন বজারগী হোটেল ময়ুবগী রুম নম্বব ৪০৪ দু ইবগা বোমেন্দা পী। বাখিনসু চৎলমদাইদা গীবিধারিগী মনাক্তা চঙশিল্লগা — "তাদা, হকচাংসু রুনবীরো, ইচাগী লুহোংবসু অশোয-অঙাম য়াওদনা পাঙথোকপিবো। নচনখোয অমুক হঞ্জবগে?" অসি হায়রম্লগা মখোয অহুম দাবি মখাদা থম্বা খোঙউপ অমদি সেন্দল তোংশিল্লগা থোক্লকই। বালাসু জিতু চৎখিগদৌরে হায়বগী শাহুম ফংবদা মথক্তা চেনখৎলগা পিল্লব অমদা কোল্লগা থোঙ্গাল যৌথ্রবা কাঙবুদুবু যেংলগা কপ্পুনা লৈহৌরে। মানা মখুৎ হাইজবদুদি জিতুনা টেক্সি মনুংদা চঙলগা ফমখিবনা উখিদ্রে।

আশা চাউনা লাকখিবা রাখি মনাও নুপী তোম্বীগী মমাঙদা ইকায়বে। টেক্সি পুরগা পান বজার, ফেন্সি বজার অনীমক্তা চত্তুনা ফি-রোল, অপাম্বা পোৎ-চৈ খরা লৈরুরে। নুমিত্তু ৱাখল কয়া নুংঙাইতনা হোটেলদা লেপ্লে।

বেলটোলাদা গীরিধারিগী যুমদসু নুংশুক-নুংজানবা অহীং অমা ৱানা লেনখি। বালা অহীং চুপ্পা কামক্ষ্যা অমদি উমানন্দ খুরুম্বদা থোকখিবা থৌদোকশিংদু নীংশিংবনা মরুওইবা মথৌ ওইখি। জিতুসু অদুমঙাই। হন্দক মপোক্কী মখোয় অনীগী ৱাশক্তু থুংলরোই হায়বসি নত্তনা অতৈ অমা খল্লুবা শংখিদ্রে।

বালাগী নোংঙাল্লমদাইগী মমঙদা বীনোইগা মখোয় অনী লুহোংলবা তুংদা নোংমা উমানন্দা খুরুম্বা চৎমিন্নখিবগুম তৌই। মহৌশাগী ফ্যেরিদু মঙদুদসু তোংই। উমানন্দগী চীংথক য়ৌরবা মতমদা বালানা বীনোইদা লৈপরেং ময়াম য়োল্লিবদু অমখক্তা লৈবীয়ু হায়। বীনোইনা লৈপরেং কত্তবসু য়াই, ঐদি লৈরোই হায়দুনা য়াদ্রে। বালানা অতোপ্পা মাগী মাগী নুপী পুরগা লাকমিন্নরিবা জুরা-জুরাশিংদুনা নোক-নোক্তুনা লৈপরেং লৈনরিবদু উবদা মপুরোইবগী খুৎলিক্তুদা শাওনীংলম্মী। লৈপরেং লৈরিবা ময়ামদুগী মরক্তা বালানা জিতু য়াওবা উরুরে। সুইদেন্দগী কুচু ঙৌবী নুপী অমা মৈতৈ নুপীনা শেৎপা পুঙৌ ফনেক অমা শেৎলগা জিতুগী মখুত্তগী লৈপরেংদু লৌরগা পায়বা উই। লৈপরেং লৈবীবগী নুপীদুনা জিতুগী খজাইদা নুংশিনা চুপ্পি। মখোয় অনীগী নুংশিনবগী মওংদু উবদা মীয়ামদু মখোয় অনীদা লোইনা য়েংনৈ। বালানা জিতুগী খজাইদা নুপীদুনা চুপ্পা উবদা খঙহৌদনা মীৎলুদগী পিরাং শীন্থরগা মশক্তি উহন্দনা লোৎলগা য়েংই। বালানা জিতুবু মশা লোৎলগা লোন্না য়েংলম্বদু বীনোইনা উবদা য়াম্না শাউনা বালাগী খুদাং পায়রগা চিংদুনা পুই। মখোয় অনীনা শাওনরিবা মওংদু উবদা জিতু চঙশিল্লক্তুনা খামগে তৌরুই। বালানা শাওদুনা বীনোইগী মখুৎ কনথোক্লুবদা বীনোইনা বালাগী মমাযদা খুপাক্লা থাই। বালা নামন্দুনা লাউরকপদা মিকপ খংথোক থোক্লে। তশেংনা মহাক মঙদুবু যাম্না শাওনীংলম্মী। অসুন্না বালা নোংঙানবা ঙাইরকই। হোটেল ময়ুরদা জিতুনা মমা অমদি মন্দোমচাদা পঙনা লাকপসু ঙমদবনিনা লাক্লিঙৈসিদা টেক্সি অমা ৱায়রগা কামক্ষ্যা খুকুম্বা চৎলি। কামক্ষ্যা চীংদোল য়ৌবা কান্দা জিতু মহৌশাগী বালাগা থেংনখিবা মতাংদু নীংশিংলুবদা বালাদুবু হন্দক মপোক্কী ঐগী হায়বদু ওইবা ফংলরোইকো খল্লুবদা মীৎলু পিরাং থিংবা ঙমদে। মচাগী মমীত্তা পি শীন্থরকপা অমদি রুমাল পায়রগা তৈথোকপা উবদা রাষি মচাগীদমক্তা ৱাদবা ঙমদে। খাঙবদা ৱাবসি নুংশি মৈচাক্লি হায়নরিবনি। মহৌশা লাই হাক্তক্তগী রাধা কৃষ্ণগী ৱারীদা য়াওরিবদুগা অমহানি। তোম্বীসু জিতুগী অৱাবদু খঙই। মচেদা হন্দক ইম্ফাল থোকখিবগা মাগী অৱাবসি কোক্লবা নুপী অমা থিবীরুরসি হায়।

মখোয়না কামক্ষ্যা খুরুম্বা চৎখ্রিঙৈদা বালানা রোমেন্দা কন্না হায়জবদগী জিতুগা অমুক্তং উন্নরুসি হায়দুনা হোটেল ময়ুরদা লাকই। অদুবু কাদু থোঙ লোন্দুনা লৈবম্বদা বালা ৱাবনা মখোঙ থাংবা থোক্লে। মখোয় অনীনা দলান মথোল মরিদগী কৃমথরকপনা গ্রাউন্দ ফ্লোর য়ৌরকপদা জিতু, রাষি অমদি তোম্বী অহুম টেক্সিদগী কুমথরগা হোটেলদা চঙলকপগা মপা চানা থেংনরে। মখোয় উবদা বালা মরূ লুকথখি।

রাষিনা — "ইমাখোয় কামক্ষ্যা খুরুম্বা চৎলুবনি, সে! ইমানা লাইগী নির্মলা পুরকই" হায়রগা চেং-থোইদিং খরগা খাগী লৈহাও অমগা বালাগী খুত্তা হাপ্পি। শিন্দুরদু রাষিগী

খুৎনা বালাগী লাইবক্তা নম্বা লোইবগা বোমেনগী লাইবক্তসু নম্মী। হায়বকই — "ইচাশিং লাকখো, কাদা চঙলগা ঙাইহাক্তং ফম্মুর্খিশ।"

মখোয় মঙা পন্না কাখৎলক্লগা মথোল মবিগী মখোয়না লৈবা কাগী থোঙ হাংদোক্লগা কাদা চঙলে।

বালানা জিতুদা মযাম মমাঙদা ইফোং-ফোংনা চিঠি অমা পী। বাষিসু উই। মবক থৎনা বাষিনা হায়রকই "ইচাগী লুহোংবা হয়েংদা ঙাযববা মতমসিদা নঙগী নুপা মসুমগী মীনা নঙনা অসুম্না চৎথোক খোৎতোকপগী পাউ তাবগা নত্ত্রগা উবা থোক্লগা চিংনখ্রবদি কমদৌনি। ঐখোয়গী আদদি যাম্না চিংনগল্লি।"

— "ইমানা তাকপিবিবদু যাম্না চুমই। অদুবু ঐগী যুম থাদোক্লগা অনৌবা যুম অমদা চৎলগদবা মতম নকশিল্লব্ল বা কানসিদা ঐনা চঙী-মবি নুংতিগী পূজা তৌজদুনা অমুক্তং উজগে খন্না ঙাইজবক্তপা মহাক অদুনা মম্না চাঙনা ইনাক যৌবক্লবা মতমদা মহাক্কী মফমদা ঐগী অনীংবা পুন্সিংগী বাফম অমম্বা ওবা ফোঙদোক্লমদনা পুন্সি লাইমন ওইদুনা লেলহৌগদবদু খল্লুবদা নচাগী পূকিংদা পুনিবা পোৎলুমসে মহাক্কী মফমদা তংখায় অমা শিন্নবল্লগ। চৎপা তাববদি অবাবসি তংখায় অর্মদি হম্বগদ্রা খঞ্জদুনা নচানা ইকায় খঙদবী ওইজকব্বগী মবন্নি ইমা! ইমা! ঐ তশেংনা পোৎলুমসে পুবা ঙমশিল্লক্ত্রে। ঐনা তাজবা বাবী অমদা অদুঙৈ দ্বাপুব যুগতা শ্রীমতি বাধিকানা ইবুংঙোনা ব্রজা থাদোক্লমদাইদা ইবুংঙোগী দোলাইগী চক্কাদা মশম যেৎশিল্লগা মবুংঙো চৎখিদনবা খাম্বদা বাধাগী শমখোঙ খুদিংদগী থোবকপা ঈগী ঈযুৎশিংনো ঈবেম্মগী হকচাং লুপ্না চেম্ভবকপদা ইবেম্মনা কবিমত্তা বাখিদে হায়বদু নচাগী মফমদসু ইমাগী ইচানুপাগী মশকসে পুন্সিগী ওইনা উখ্রবোই, লাপথ্রগনি খল্লুবদা নচানা ইকায় ইকি খঙদনা মফমসিদা মহাকপু থিজবকপনি।

ইমা! হন্দক্কী মপোকসিদা ঐখোয় অনী থুংনদ্রবসু মথং অমুক্কী মপোক্তদি থুংনবা ওইজগে? ইমানা ববদুমতংদি পীনবীয়ু!" অসি হায়বগা বালানা বাষিগী মখোঙ শোক্লা কপ্লগা খুবম্মী। বাষিগী মখোঙদা বালাগী পি চদুম চদুম শীম্বখ্রে। বাষিসু কপ্না কপ্না বালাবু হৌগৎপি।

'ইচাগী নীংজবদুমক থুংবা ওইজৌকো ইবেম্মা!' তোম্বীসু মপি তৈথোকই। জিতুসু শুৎ শুৎ তৌই। বোমেনসু মঙোন্দদি অসিগুম্বসি লাইমন অমা ওইনা মশাগা মতম চুপ্পদা শাগোন্নদুনা লৈববনিনা অনৌবা ওইনা থোক্ত্রে। মাসু কপ্লি।

বালানা বাষি খুকুম্বা লোইবগা তোম্বীবুসু অমুক খুকুম্মী। অবোইবদা জিতুদা ওনশিল্লগা হায়বকই — "তামো! ঐ তামোগী মফমদদি ইচিনসিনা কবিমত্তা ফোঙদোকপা ঙমদ্রে, চিঠিদুদা ঐগী থম্মোয়গী বাবোল খুদিংমক যাওববনি, ঐ চৎচবগে?"

রোমেনসু — "ইমা ! জিতু ঐখোয় অমুক চৎলুখিগেকো !" অসি হায়রম্লগা দলান মখাদা কূমথখ্রে। বালানা মনাক্তা লাক্লগা উৎলম্লিবা মওং অদুনা ইম্ফালদগী লাকপা মখোয় অহুম চানীং-থক্লীংবা অমত্তা পোক্লদ্রে। মখোয় অহুমগী মরক্তা অমত্তনা চাক লাম্লে চাক চাথোক্লুবসি হায়না হৌদোক্লদ্রে।

জিতু মাগী মরুওইবা দোকুমেন্ট খরা য়ুনিভর্সিটিদগী লৌথোকপগী মতাংদু খংনীং-নীংশিংলক্তুনা "য়ুনিভর্সিটি চৎলুখিগে" হায়রকই। রাষিনা "চাক চাথোক্লগা চৎলোদনা" হায়। অদুবু মচানা চাক লামদে কোন্না চারগে ইমাগা ইন্দোমচাগা চাবীরম্লো হায়রম্লগা জিতু গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিদা সার্টিফিকেট লৌথোক্লবা ফোর্ম লৌবা চৎখ্রে। য়ুনিভর্সিটিদগী ফোর্ম লৌরগা কলেজগী প্রিন্সিপালগী সহি অমুক চঙবনিনা ইঞ্জিনীয়রিং কলেজ তানা চৎলগা প্রিন্সিপালগী সহী লৌরগা থাজিনবদদি নুমিৎ থেঙজিনখিবনা নুমিত্তুদা নংদ্রে। মানা থবক চৎলুরগা হোটেলদা হল্লকপদা পূম্মম-মল্লে।

মথংগী নুমিত্তা অমুক য়ুনিভর্সিটি চত্তুনা মাগী সার্টিফিকেটনচিংবা লৌথোকপা লোইরগা অহীংদুমা লেল্লগা মথংগী নোংঙানবদা এরোপ্লেন্দা ইম্ফাল থোরক্লে।

জিতুনা বালানা মঙোন্দা পীরম্বা চিঠিদু য়ুমদা পারুরগে হায়দুনা পারক্তে। য়ুম য়ৌবগা শেংনা ঈরুজথোক্লগা ফমুংদা লোংখ্রাক লোংনা হিপ্লগা বালানা পীরকপা চিঠিদু পাগে হায়না হাংদোক্লুই। "তামো! পূন্সি হায়বসে অসুন্না ওইরক্কনি হায়না নোংমতসু খল্লুদে। খঙহৌদনা পূক্নিংদা হৌরকপা ইনখৎলকপগী ঈথিল অমনা কন্না ইনশিল্লক্তুনা নোংমা ইমান্নবী অনীগা কামক্ষ্যা খুরুম্লুসি হায়না হৌনদুনা কামক্ষ্যা খুরুম্বা চৎখি। লম্বীদা তামোগা তামোগী মরুপ বীনোইগা থেংনদুনা শকখঙনখি। শকখঙনখিবা নুমিত্তুদা নৌনা উনবতা ঙায়রিবা তামোগী শকফম উরুবদগী নচনগী থম্মোয়দা তামোগী মমি অমা তাদুনা লৈখি। তামোনা ঐগী নাদগী তাখিবা খাগী লৈহাও খুল্লগা ফুরীৎখাউদা হাপচিনখিবা, লৈহাওদু লাই খুরুম্বগী পরেং লেংফমদা তামোনা ফুরীৎখাউদগী লৌথোক্লগা মনম নমখিবদুদা ঐগী নুংশিবা পূম্বা তামোগী শ্বর হোঞ্জিনবদা য়াওখ্রবগুম; অমুকসু কামক্ষ্যা খুরুম্লমদাইদা মীৎ অনী উইশিল্লগা ইমা ইবেম্মদা করি বর নিগদগে খল্লিঙৈদা তামোগী মুর্ত্তিনা ইমাঙদা লেপ্লবদগী ঐনা তামোবু ঐগী ওইহনবীয়ু হায়না নিজখি। ঐনা মীৎ পাঙথোরকপদা তামোসু ইনাক্তা লেপ্লগা মীৎ উইশিন্দুনা লৈরম্বদু অমুক উবা মতমদনা ঐগী নিংজবসি থুংগদৌরিমাক্লে হায়না খনবা হৌখি। সেন্দল তৎপদগী হৌরগা সেন্দল অহনবা লৈবা, উমানন্দ খুরুম্বদা তামোগী খুদাং পায়রুরবা মতুংদগীদি ঐগী পুন্সিসে তামোদা কৎথোক্লে খঞ্জখ্রবনি। তামোগা অরোইবা উনবগী পূংফমদা তামোনা অপোকপি ইমা পুরগা ঐখোয়গী অহল-লম্মনগা উনরগনি তাকপিরম্বা অমদি তামোনা ঐবু পোকপি ইমাদা খরুম্লম্বদুদা ঐনা ফাওখিবা নুংঙাইজবদু ঐ থাদুনা ইবা হৈজদে। ঐনা নুংতিগী

অয়ুক্কী নুমিদাংগী ধুপ-থাওমৈ কৎপদা তামোবু অশোয়-অঙাম য়াওহনবীগনু মাগা ঐগা থুংনহনবীয়ু হায়না নিজরকপা চহী মরি হায়রক্লে।

ঙাইবা, অসুম ঙাইবা, তামোনা ইমা পুদুনা মরাক্তুবদুদা ঐগী পুক্লিং ৱাবা হৌরকখি। ঐ চহী কুনমঙা মপুং ফারমখি। য়ুম পানবা মতম হেনখিদৌরে হায়বা হৌরকখি। মখোয়না হায়রিবদুসু চুম্মী। মরমদি গুৱাহাটিগী বেলটোলাদা লৈরিবা মৈতৈ লৈকায়গী ইমান্নবী ইঙেল্লে, পুর্ণিমা ময়ুম পান্নখিদুনা মমীত্তা মচা উনখ্রে। নিংঙোল চাক্কৌবা লাকপদা ঐবু মখোয় নীনা নঙগী কামক্ষ্যাগী মহাদেব মানবদো লাক্ত্রুবা হায়না করেম্নে। বীনোই লাইরিক য়াম্না ফরকপা, অচৌবা ওজাগী ফম পায়রবসু ঐগী থম্মোয়না তামোদা ফাওরিবা নুংশিবসে মঙোন্দা থাংজিল্লগে হায়না কয়ারক খল্লুরবনি।

অদুবু ঙসি ফাওবদা ঙমদ্রি। তামোবু কাউগে খল্লুবা মিকুপ্তা তামোনা খাগী লৈহাও পায়রগা মনম নমখিবা, মন্দির মমাঙদা ঐগা খৱাং লেপমিন্নখিবদো হেক্তা চোংথোরকই। ঙসি অয়ুক্কী লাই ধুপ থাবা ফাওবদা ঐনা তামোগী মুর্ত্তিদা তামোবু মতম চুপ্পদা য়াইফম্বা ওইহনবীয়ু হায়না নিজখি। ঐনা বীনোইগী য়াইফম্নবা ঈশ্বরগী মফমদা অমুক্তা নিজখিদ্রি। মসি ঐগী পাঙদবনরা খঙদ্রে। নুংশিবগী ঙকশমদগী লৈপরেং হুক্তোক্লগা নুংশিদবা মহাক্কী ঙকশমদা হুকপিবা ঙম্বা মহাক অদুবু বিশ্ব প্রেমনি হায়না তাজে। অদুবু পাঙ্গল শোনবী ঐঙোন্দদি হন্দক্কী মপোক্কী মদু ঙম্বগী থৌনা লাকখিগনি হায়বা ঐ থাজবা ঙমদ্রে। অপাম্বগী য়ুমদগী নত্তুগা নুংশিবগী মফমদগী পোৎ পূম্নমক লোন্না নত্তুগা ফোংনা লৌরগা নুংশিদবা থৱায়না খোয়দাদবা অমগী মফমদা পীথোক্লুচো হায়বসি ঐদি ঙমগদবা মান্দ্রে। বীনোই অতোপ্পা লৈশাবী কয়াগী মফমদা য়াম্না ফরবসু ঐগী ইফমদদি তামোবু ঐনা যনক নিংথৌগী মচানুপী সীতানা মহাদেবগী লীরুং থাঙ্গৎপা ঙমখিবা দশরথ নিংথৌগী মচানুপা অহল রামচন্দ্রদা থম্মোয় কৎথোকখিবগুম তামোনা ইঞ্জিনীয়রিং পরিক্ষ্যাদা মকোক তারকপগী পাউ তাবা নুমিত্তুদা ঐগী থম্মোয়সু তামোদা কৎথোকচখ্রবনিনা ঐগী থম্মোয়দা বীনোইগী মফম য়াওদ্রে।

অমরোমদা বীনোই মরুপ মশক খঙদবা মশাগীতা খনবা মীশক্লি হায়না ঐনা লৌই। মদুগী অমুবা দাগতু ঐগী থম্মোয়দা মানা তামো য়াওদনা ঐগীদমক্তা কামক্ষ্যা খুরুম্লুবা নোংঙানবদা চৎলগা ঐগী অতৎপা সেন্দল শেম্লগা থিল্লকখিবদুনা লেঙদ্রবা প্রমান্নি। মানা নুমিত্তুদা তামোবু য়াম্না লমচৎ চুমদবা নুপীদা য়াম্না ঙাওবা মীশক অমা ওইনা পাউদম্লমখি। ঐসু তামোবু অহানবদা য়াম্না ৱারৌরুরে। অদুবু তামোনা মথংগী নোংমাইজিং নুমিত্তা কামক্ষ্যা খুরুম্লুবগী নির্মলা পুরক্তুনা ইখুত্তা পীরম্বা, লৈহাও অমখক নাদা চিনবীরম্বদুনা ঐনা তামোগী মনুং-মপান নাইদবা অশেংবা শক্তম অমখক উজখি। মদুনা ঐগী নুংশিববু ঈশিং চাইবীদুনা হেন্না মশক থোকহনখি। বীনোই কয়ারক হন্না ঐনা

তম্বা কলেজদা লাকখি। তামোনা ফার্ষ্ট পোজিসন লেপ্পদা মানা থার্দ পোজিসন লেপখিবনি হাযবসি দোকুমেন্টনা সাক্ষিনি। মানা মহাক থার্দ পোজিসন লেপ্লেখক্তমক হায়রগা তামোনা ফার্স্ট তাখিবদু ঐঙোন্দা তাক্লীংখিদে। পাউর্দি ঐনা মঙোন্দগী হান্না খঙলবনি। তামো। ঐগী নীংজবসি থুংহনবীবা ঙম্বীররোইদ্রা? ঐবু পামদ-পামদ বীনোইগী মকাদা অসুম্না অসুম লেম্লুরো হায়ব্রা? ঙসি অহীং পূং ১১ দা ঐবু লৌবা লাকপিয়ু! ঐ তামোগা মহৌশা ৱারী শান্নখিবা খোংনাং মখোঙদা শোয়দনা ঙাইজরমগে! অদুগা ঐসু তামোখোয় ইমাখোয়গা পূন্না মণিপুর থোকপদা য়াওরগা ইমা অমদি তামোগী পুন্সিচুপ্পা সেবা তৌজগে?

নহাক্কী মরাইবক থীরবী
বালা, বেলটোলা।

জিতুনা খল্লি — "করিনো বালানা হায়রিবসিবো? মাবু অহীংদু খোংনাং বোট মখোঙদা নুমিদাং পূং ১১ দা থোক্লগা ঐবু ঙাইরমগদ্রা? ও! ঐনা বালাগী মখোঙদা তোংলম্বা সেন্দল উবদা সেন্দলসি নঙগী নহান কামক্ষ্যাদা থল্লম্বা সেন্দলদুগা য়াম্না মান্নৈ হায়রুবদা মানা সেন্দলদুমক্তি, মানা নোংঙানবগা কামক্ষ্যা তানা চৎলগা লৌরুবনি হায়খিবদু বীনোইনা লৌরুবা ওইববোইরেকো! ঐনা মানা গুৱাহাটিদা হোটেলদা পীরম্বা চিঠিসি গুৱাহাটিদা পারুরবদি ঐগী অরুবা থবক খরা লৈবদু পাঙথোকপা যাররোই, মাগী হৌখিবা পুন্সিগী ৱারী ওইরগদি য়ুম য়ৌরগা তপ্পা ঈংনা পারুরগে খল্লুবসিমদি লাল্লম্লেদনা! মানদি ঐনা চিঠিসি পারবোই নীংদুনা ওম্থোক্লা ৱানা অহীংদু লেক্লম্লনিদকো। মহাক শোয়দনা কপ্লমগনিদো! ও! ওম্থোকপনিদা! অশুক শাংবা মতমসি ঐবু মানা অয়ুক অমুক সন্ধ্যাদা অমুক নুংতিগী থুপ-থাওমৈ কৎপা মতমদা ঐগী যাইফ-মঙ্গল নিজৈ, নহান ঐবু উনবা লাকখিবা অয়ুক অদু ফাওবা ঐগী যাইফ মঙ্গল নিবা লেপখিদে হায়বি। ঙসিসিনি মাগী লুহোংবা নুমিৎ হায়বদু। ঙসি অয়ুক্কী মাগী পূজাদসু, মানা ঐগীদমক নিজরমখিগনিকো। হোরেন সন্ধ্যাদগীদি মানা মপামগী যুমদা ধুপ কৎলরোই। হযেং অয়ুক্কী আই.আই টি গী ক্বাটরদা বীনোইগী য়ুমদা অহানবা ধুপ-থাওমৈ কৎপদা কনাগী মিংদা অমুক কৎকদৌবিবা?"

জিতুদু তৌফম খঙদ্রে। মমাগী মনাক্তা চঙলগা বালানা পীরকপা চিঠিদু — "ইমা! চিঠিসি বালানা নহান গুৱাহাটিদা পীরকপদুনি। ইমাসু অমুক্তং পাবীয়ু" অসি হায়না মমাদা পীরুরে। রাষি মচানা পাউ হায়না পীরবা চিঠিদু খুদক্তা হাংদোক্লগা পাবা হৌই।

রাষিগী মফমদসু জিতুদা ফাওবা নুংঙাইতবা বাখলদু চপ চানা ফাওই। খল্লকই — "করিগুম্বা ইচানুপানা চিঠিসি গুবাহাটিদা লৈবিঙৈদা পাবা থোক্লম্লবদি অহীংদুদা মখোয অনী উনরম্বা য়াই। মদুদগী মখোয় অনী চেন-চোংবা তারম্লবদি অচৌবা লাঞ্জাও অমদি শোয়দনা থোক্লমগনি। মাবু নুংশিবগী হায়রুরবদি মদুমক তৌরম্লবসু মশানা যাবনিনা

থোইনা কায়দে। অদুদা নুপা ময়ুমদুনা ইকায়বা অমদি নুংঙাইতবা ময়াম অমা থোক্কদবদু খল্লুবদা মদুসু অরুব্বা অমনি। মাগী লুহোংবা নুমিত্তু ঙসিনি। ঐখোয়না গুৱাহাটি চৎলমদ্রবসু মফরমগদবা, ঐখোয়সু কান্নদবদা চত্তুনা মাগা উনরুরে। ঐখোয় উবদগী মাগী ৱাখল অমুক ওল্লকপা ওইরমগনি। ও ! ওম্থোকপনিদা, মাদি ওম্থোক্লা ৱারম্বা তারেদো !" ৱাষিসু মচানা পাউ হায়বা চিঠিদু পারুবদগী অৱাবা অমা ওইরে। ৱাখল নুংঙাইফম ইখঙ-খঙদনা লৈরিঙৈদা নুমিদাংদা টেলিফোন কোল অমখক লাকপদু রাষিনা পায়। লমশাংগী চিলদ্রেন হোমদগী বৃন্দানা তৌরকপা ওইরম্মী।

গুৱাহাটিগী বালাগী লুহোংবদু বরগী মপাদু লুহোংবা লাকপগী লম্বীদা গাড়ী থেংজিন্নবদা শোকপদগী গুৱাহাটি মেদিকেল কলেজ হোসপিটালদা পুখৎপদা লায়কন্নবা ৬মদনা শিরে। মরম অদুনা বালাগী লুহোংবা তোক্লে হায়না পাউ পীরকই। পাউদুখক্তং বালানা জিতুদা খরা খঙহনবীখো হায়রকপনি হায়রগা টেলিফোন্দু থমখ্রে।

রাষিনা খল্লি, — "মসিবু বালানা ঐগী ইচা জিতুবু লাইনীং ওইরুবগীদমক ইমা কামক্ষ্যানা বরগী মপা তোংবা গাড়ীদা অকায়বা পীবদগী মচাগী লুহোংবা নুমিৎমক্তা বর মপা শিবগী মরম ওইবিগদ্রা ?" মমানা পাউদু মচা নুপা চৎথোক্লুবগী হঞ্জিল্লকপদা তম্মী। জিতুসু মমানা খনবদুগা চপ মান্ননা খল্লি — "চুম্মী, গুৱাহাটিদি কামক্ষ্যানা কোনবা লমনি। মসিদবু লাই থাজরোই করম্না হায়গনি। মহাক্লা ইমা কামক্ষ্যাবু য়াম্না থাঙনা নীংজবদুদা লুহোংবসি শোয়দনা কায়বা ওইগনি। অদুবু মাগী লুহোংবা কায়রে হায়দুনা ঐনা করি তৌগনি।"

গুৱাহাটিদগী বোমেন কাছার তানা চত্তুনা ব্রজবিধুগী সংস্কারনচিংবা য়াওরুই। অদুবু শ্রাদ্ধ কর্ম্মগী বার্তোন্নচিংবদি অমত্তা তৌরক্তে। মীনা ঙাঙনবা তাবদা বালা হায়রিবী নুপীমচাদু মবুক কয়া ফবা য়ৌরম্লোই। মগু চাউবী ওইরমগনি। লুহোংবা নুমিত্তা বরগী মপা শিবা হায়বসিবু করম্বকান্দা তাখ্রবগে ? মসি পঙনা থোক্কন্দবা থৌদোক্নি। ও ! মঙ্গলগী খুদম্নি পীরিবসি। লুহোংদ্রিঙৈদা থোক্লম্বসি খববু ফববনি। লুহোংলবা মতুংদা ওইরম্লবদি খাযনবসু ফবকতা, ইমুং তুম্না শিরম্বসু কনানা খঙবা ? মশক্লা চাবা য়াব্রা, লুহোংবসি তোকথোক্লগা কাছাবদগী অনৌবা নুপী অমা য়েংলগা তপ্পা ঈংনা হোংবনা চুমগনি হায়নবা তারে। শোবাৎ লোইববা মতুং নুমিৎ তরানিরোম হৌখ্রবা ফাওবদা ঈ-পাউ অমফাওবা পীবত্রে। ইন্দিবাসু ইকায়বনা তৌফম খঙদ্রে। গীরিধাবিসু খল্লকই — "নহানগী ইম্ফালদগী লাক্লম্বা নুপামচাদুবু বালাগী লুহোংবা কায়বগী পাউসিবু তারম্লগদ্রা ?"

বালানা নুংতিগী ধুপ-থাউমৈ কৎপদা নীংজবা জিতুগী মুর্ত্তিদু পাক্লা হোংগদবা মান্দ্রে। মাগী ৱাখলদদি মানা মণিপুরদা মচে বৃন্দাদা ফোন্দা খঙহনখিবা পাউদু জিতুগী নাকোঙ য়ৌববদি জিতুদসু অনৌবা ৱাখল অমা লাক্লমগদ্রা খল্লুরি।

নোংমা-নোংমা হৌখিবনা বালা লুহোংগনি তৌবম্বা নুমিত্তগী থা অমা হাযবক্লে। কাছাবদগীসু পাউ অমত্তা লাক্তে, মণিপুবদগীসু পাউ অমত্তা লাক্তে।

# তরাতরুকশুবা

রোমেন বালাগী লুহোংবগী অনৌবা মতম লেপ্পগী ৱা মেন তাখিদ্রবা তুংসিদা পঙ্কজগা চত্তুনা রাজেন গোহাইগী মিংদা রেলৱে ট্রেক্ট থাবগী থবক্তু হৌরে। লেবর চনীরোম্না থবক কন্না শুবা হৌরে। জে.সী.বী., ট্রক গাড়ী কয়া শীজিন্নদুনা লৈপাক থোনবা নুঙ থাবগী থবক কন্না চৎথরে। পঙ্কজদি গুৱাহাটিদগী চয়োল অনীগী মনুংদা অমুকমুক থবক মফমদা চৎলি। রোমেন্দি মতম খরা খোলাদা লৈবা য়াওদুনা থবক য়েংশিল্লি। মফমদুদা নোর্থ কাছার হিলসকী লালহৌবা খরা লাক্লম্মী। মখোয়না রেলৱেগী তালি অমদি অতৈ পোৎ ময়াম অমা থল্লিবা গোদাউন্দু চঙলগা য়েংলম্মী হায়বগী পাউ অমা তারে। মতমদুদা রোমেন্দি লেবর ময়ামগী চেং-চাক, হৱাই, অলু লৈবা টাউন্দা চৎলুবদগী মখোয়গা থেংনহৌদে। রোমেন মখোয়না লাক্লিবদু পৈশাগা মরী লৈনবা মরমগী ওইগনি হায়বা খঙবদগী মনাক নকপা অদুৱাইগী খুঙ্গং অমদা লৈফম অমতং ফংলবদি খল্লকই।

নুমিৎ খরনি অমগসু হৌখ্রে। রোমেন ঙসিসু মহৌশাগুম দি আই টাটা অমা ৱায়রগা শিলচর বজারদগী চেঙ, হৱাই, থুম, থাও লৈবা লাকই। রোমেন্না পোৎ লৈগদৌরিবা বঙ্গালি দুকান্দুদা মহৌশা রোমেন্না লৈরম্বা বামোন লৈকায়দগী অহল অমা থেংনরে। রোমেন্না অহন্দুদা মুন্না য়েংই। অহন্দুনসু রোমেন্দা মুন্না য়েংই। মীরম ওইবদুদা কৌরগদি ময়েংলগে খল্লক্তুনা "খুরাবু ইম্ফালগী বামোন লৈকায়দগী ওইবীরব্রা?"

মাগী ৱাহৈদু তাবদা অহন্দুনসু — "ঐসু ইবুংঙো উবদা শক খঙবগুম তৌই কৌশিরা খল্লম্বনি" হায়না খুল্লকই।

— "খুরা! কমদৌরি? উনখিদবা চহী তরেৎ, নিপাল শুরম্লগনি। খুরাদি সিদা করি থবক্কী?"

— "ইবুংঙো! পাউ করিমত্তা তাদব্রা? খুরাখোয়দি আসাম লৈবাক্তা লৈরকপা চহী তরেৎ, নিপাল শুরক্লবনি।"

— "ও!"

লালবাপু মচা নুপীঙাক্তা মরি পোকই, নুপাদি য়াওদে। মহাক হৌজিক রামনগর হায়রিবা খুঙ্গং মচাসিদা মীগী ইংখোলদা শঙ্গোয় অমদা মাগী নুপী চাওবীগা মচানুপী

অহুমগা মণিপুরদগী য়ুম হোংলক্তুনা রিফ্যুজিগুম লৈরকপনি। মণিপুরদা লৈরিঙৈদা থবক শুবা, নোম্বা য়াম্না কঞ্জবা, রিক্সো তরামুক লোইদুনা মচাশিং থাকপা ঙম্নবা কন্না হোৎনজরম্বা মীশক্নি। মচানুপী য়ায়মা নলিনি মশক-মতৌ য়াম্না ফজৈ; চুং-ফিরাল চাবী; মশম ফবী; শেৎতোক-চাথোরকপদা ইপক্তা পকচবা মতৌদুদা মীনা কল্লরুবা হৌরকই। মহাক মখোল নুংাশ হায়দুনা ঈশৈসু কবক-কবক তম্বা হৌরুরে। মতমদু নলিনি চহি তরানিপাল মপূং ফারক্তুনা টুৱেলফ ক্লাস তম্লিঙৈর্দনি। মহাক বৃন্দাগী চহী লেঙ্গানি।

মণিপুরদা ভিদিও ফিল্ম নম্বগী কমপিতিসন অমা লৈকায়-লৈকায়দা খম থেংনা চৎথনবকপা মতম্নি। নলিনিবু ভিদিও ফিল্ম কূম্নবা হায়বা মথং-মথং লাকখি। লালবাপুনা হায় — "ঐনবু কৰি খঙগনি, নখোয় নুপী মশেলনা ফৈ হায়ববদি মীসু ময়াম অমা তৌনরিবনিনা তৌগে তৌহল্লো।"

হক্কৎচবদা খুৎ থাজিল্লুবগুম নলিনি অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং মাবু শঙবা, শেন্নবা নুপা মশীং খঙদ্রে। মাসু ফিল্মগী শিল মতেক-মতেক ঔরাইবা, দাইলোগ ঙাঙবা, অতৈ এক্টিংগী প্রাক্টিস তৌবিঙৈদা স্কুল কাবগী মতম ফাওবা ফংদ্রে। নোঙ্গৌবী কৌবা ফিল্ম অমা কূম্লুবদগী নলিনিগী মমিং সেগাক-কায়না ফাওরে। মণিপুবদা মাগী মমিং তাদবা মী লৈরক্ত্রে। কনাগুম্বশিংনদি নলিনিবু নোঙ্গৌবী হায়না কৌবসু যাওরে। ফিল্মদুগী কেসেৎ যোনবদা প্রদ্যুসব কিরনসু পৈশা ফজনা তালহৌবে।

নলিনিগী ফিল্মদু উবব্দগী পঞ্জাপতগী লোগ সভাগী এম পি ওইবা অমগী মচানুপা গুবাহাটিদা ব্যাজিনেস তৌবা রাজিন্দর সিংহ কৌবা অমখক্না নলিনিদা পুবা ঙাওরম্মী। মহাক্না ইংলিসতা দব্বিং তৌগদবা আসামি ফিল্ম অমখক কূম্বীয়ু, ফিল্মসি নুমিৎ হুন্নিখক্তং চঙনা নমগদবনি, ফিল্মসি কূম্বগী লুপা লীশিং যাঙ্খে ফংগনি হাযবরে। মণিপুবী ভিদিও ফিল্ম অমুক কূম্বদা লুপা লীশিং মঙা ফংবদা যাম্না যাম্বা মতম্নি। মখোয়না পীগে হাযরিবা শেনফমদু হান্না তংখায় অমা পীবা য়াব্রা হংলুবদা যাম্না লাযনা য়াই হায়বকপদুদা নুমিৎ হুন্নিখক্তং চঙনা নমগদবনিনা ইমুংগী নুপী মশেল খন্নবদা য়ানবে।

পৈশা পামদবা মী জগত্তা খরা তাঙনা থোকই। লালবাপুসু মচানুপীনা মশক খবা ফজবগা, মীনা কন্না ঙাঙনরকপা তারুবনে মচাগী মিংচৎ খরা হেন্না লৈহৌনবা — কূমহল্লো হায়না অয়াবা পীখ্রে।

ফিল্ম দিবেক্তর, প্রদ্যুসর, কেমেরামেন মখোয় অহুম্না নলিনিবু অহানবদা ইচম-চম্না শিল খরা নম্লগা ঙাইহাক পোত্থারে। য়াম্না হৈশিংনা নুপী অমখক্না হৈ মহি গিলাস অনীখক পুথোরক্লগা নলিনিদা অমা পীরগা মাবু শেন্নরিবা মমা চাওবীদা অমা পী। মখোয় অনীমক হৈ মহিদু থকপা লোইরে। ফিল্ম মখা নম্নবা নলিনিবু ফিজেৎ হোংবীরে।

নলিনি মশাদু ঙাওফিং ঙাওফিং তৌরে। চাওবীদি ঙাইহাক্তা হিপকে হায়দুনা ফক অমদা হিপহল্লি। অতোপ্পা আসামি নুপী অমগা নলিনিগা পূন্না তু চুংবা ফিল্ম অমা নম্বা লোইরে। মিহুল তিং-তিং চোংবা ফিল্মদু নম্বা লোইরবা মতুংদা নলিনিনা মমাবু হৌদোক্লগা মখোয় অনীবু ভান অমদা যুম তানা থিল্লকখি। মথং নুমিৎ নীনি লৈরগা পঞ্জাবী নুপাদুনা নলিনিনা শোয়দনা য়ারনি খঙবদগী মানা লৈবা হোটেলদা কৌরগা অতোপ্পা ফিল্ম অমা নম্বদা নলিনিনা য়ারবদি লুপা লাক্ষ অমা ফংগনি হায়রে। নলিনি বাফমদু পৈশাদুগী য়েংলগা কিরক্লে। য়ারে হায়না সাইন তৌথোক্লম্লে। বেদ রুমগী শিল অমা নল্লি মমা চাওবী চঙবা নুংঙাইরোই হায়বদগী চাওবীসু ইক-অকতা চঙহনবীদ্রে। নলিনি খর-খরদগী পঞ্জাবীদুনা লৌবা নুপীগী শিল অমদা নুপী ওইবীগী ইজৎ তেমশিংনবগী ফিল্ম অমা নম্বা লোইরে। ফিল্মদু নম্বা লোইবদা নলিনিনা পঞ্জাবী নুপাদুদা ব্রডব ঐবু থাদোকপিগনু হায়বা হৌরক্লে। পঞ্জাবীদুনসু — "ঐনা নঙবু কোলকটাদগী হল্লকপগা চান্দিগরদা পুরগা হিন্দি ফিল্ম কুমহনগনি" হায়না থেল্লগা থাদোরক্লে। পঞ্জাবীদুনা ফিল্ম নম্বা লোইরগা নলিনিগী মমাদা লুপা লাক্ষ অমগী লীশিং চৎপী বন্দল অমা পী। পৈশাদু উবদা চাউবী পূমঙা ও ঙাওরে। পৈশাদু বেগতা হাপচিল্লগা মমা-মচাবু ভান্দা যুম তানা থিল্লক্লে। ফিল্ম নম্লুবা হল্লক্লগা নলিনি মশাদু মহৌশাগা মান্নদনা চোকথবনা ফমুংদগী হেন্দোক্লে। মনাও অনীনা হংবদা কোক খরা চিকই হায়।

থা অমগী মতুংদা নলিনিনা কুমখিবা ফিল্ম অনীদু ইদিটিং তৌবা লোইদুনা কেসেৎ যোল্লগা লোন্না আইন্না য়াদবা ফিল্ম ওইনা কাপ্পা উনরক্লে। অপিকপা লমদম্লিনা অমা ঙাঙনা - অনী ঙাঙনা, মশকসু লৈকাযদা নক্লা লৈবনিনা লোইনা ইখঙ-খঙনরক্লে। ফিল্মদা মমিং লৈবা হৌরকপদা ঙায়রিবী চহী তরানিপালগী নলিনি সমাজদা অরানবা চুমথোক্কনি থোবক্লিবা খুৎলায় পায়বা নহাবোল সংস্থান অমগী খুত্তা তারে। চঙজরক্কবা নুমিৎ থবান অকক্লবা তারিখ থাদুনা য়াথং তাউথবকপদগী তঙাইফদনা চঙজবা তারে।

খুকউ মথক, তনৌববী নুপী ওইবীগী পাম্মুখ্রবা ফৈবাক্তা নোংমৈ মরূ অমনা দন্দি পীদুনা মখুল অমা থমখ্রে। আর্ট ফোব আর্ট শেক্কী বাউন্দরিগী শম্বল ৱাংমা খজিক্তুং লানশিল্লুবদগী নলিনি নোংমৈ গুলিগী দন্দিগী মথক্তা মতম চুপ্পগী ওইনা ইমা লৈবাক মণিপুরগী ফজবতনা লৈতেং ওইরিবা, ঋতু তরুক্কী ফিজোল হোং-হোংদুনা প্রকৃতিনা জগোই খুৎথেক লৈনা শাবিবা লম কুঞ্জবনসি থাদোক্তুনা চীংলোন মাপলগী শম্বল ৱাংমদা চৎখিনবা য়াথং অমগসু তাউথরক্লে। মাঙদা থাক্লিবা লাংদু উনা-উনা ঐবু চানবা থারিবা চিঞ্জাক মিহৌবা পোক্লবা থল্লিবা অমৃতদু মীৎ ঙাইহাক থক্লুবনা ঐনা লাংদা থুজবনিকো! কনাদসু তাইনফম লৈতে। নলিনিদা নত্তনা মাগী ইমুংগী মীপূম খুদিংমকপুসু লোইনা লৈখা তাহল্লে। ইচা অমগী হাক্তক্তা স্বর্গ কায়, ইচা অমগী হাক্তক্তা নরক তাই; জাতি অসিগী চৎনবীবুসু লৈখা তানা চিংথনবা মচাক ওইহল্লে। কয়াদা চাউনা মাঙজরবা।

রোমেন থোকখিবা থৌদোক্তু মানা ইম্ফালদা লৈরিঙৈদা থোকখিবা ওইবনা অহলদুগী মশক উবদা লোইনমক নীংশিংলকই। অহন্দুনদি রোমেন অমদি বৃন্দাগী ৱারী করিমত্তা খঙখিদে। রোমেন ঙাইহাক্তুদা মতম শাংনা উখিদ্রবী লালবাপুগী মচানুপী রোমেন্নসু মশক মুন্না খঙবী নলিনিদু মশক খংউ উনীংলকই।

রোমেন্না হংই — "খুরা! ইন্দোলখোয়, খুরাগী ইচানুপীশিংদুবু ময়ুম-মকৈ লোইনা পান্নখ্রবা?"

— "ইবুংঙো! নন্দোন্দুগা ঐগা ঙন্ন-ঙন্নবা পঙহোৎ-হোৎনবনি। ইচানুপী অহন্দুদি ক্বাকৈথেলদা ওংবনি; য়াইমদুনি মওং তাখিদবদু! মাদি ময়ুম পাল্লুরগা মচানুপী অমগা হল্লক্তুনা ঐগা লৈমিন্নরি।"

— "ও!" হায়না রোমেন্না খুম্মী।

মখাতানা অহলদুনা হায়রকই — "ইচানুপী অহুমশুবীদুনা লক্ষিপুরদা স্কুলগী ওজা ওইবা অমদা ময়ুম পাল্লি। মাদি মনেম-মকুসু ফবনিনা য়াম্না নুংঙাইনা লৈখ্রে। লুহোংদ্রিবদি অতোম্বীদমক ঙায়রে। মসিমতং তান চাবা নুপা অমত্তং লৈরর্বদি থাজরল্লগা ইপাগী অরোইবা মোংফমদি ইমা লৈবাক মণিপুরদা ওইনা পাঙথোকহন্নীংই। ইবুংঙোদি সিদা করি করম্বা থবক্কী লাকপনো?"

— "খুরা! ঐগীসু শাংলবা ৱারী অমখক লৈ। ঐসু মণিপুরদগী ফিভম্না য়াদবদগী চেনথোরক্তুনা গুৱাহাটিদা লৈরকপা চহী তরেৎ-নিপাল হায়রক্লে। হৌজিক হিংবা ঙন্নবা 'সুম হোৎনবদগী আসামী অহল অমগী মখাদা রেল লম্বী শেম্বগী লম্বী ককপা লৈপাক থোনবগী থবক পান্নবা লাকচবনি। মফমদু নহারোল লালহৌবা কনবা মফম ওইনা তৌবদুদা খোলাদা লৈবা নুংঙাইতদুনা লৈফম অমত্তংসু য়েংসিরা খঞ্জবনি। লেবর ময়ামদুগী চান্নবা চেঙ, হৱাই, থুম, থাও, খরসু লৈগে হায়দুনা লাকচবনি। খুরাগী পোৎশিংসিবু...? য়ুমদা থবক থোকপা য়াওবগীরা?"

— "নত্তে, ইবুংঙো! দুকান মচা অমা খুল্লক্তা তেক-তেক ফমজবনি, দুকানগী য়োন্নবা পোৎনি।"

— "এ! অদুদি ঐগী পোৎ-চৈ হাপ্পা লোইরগা দি.আই. টাটাসিদা খুরাগী পোৎসিসু হাপকৎলগা ঐ থিঞ্জরমগে? য়ুম খঙবা ওইনা!"

— "ফরেদা ইবুংঙো! ইচাগা থেংনবা। পূন্সিসে অসুম্না ওইরক্কনি হায়বসে মঙদা ফাওবা মঙখিবা নত্তে। মীওইবা হায়বসে দযাগী মনাইনি হায়বদু চুমখ্রবা জাৎনিকো ইবুংঙো!"

ঙাইহাক ঙাইথোক-ঙাইশিন তৌরগা রোমেনগী গাড়ীদা অহন্দুগী পোৎ-চৈদুসু পুন্না হাপ্লগা লালবাপুগী লৈকায় তানা থৌরক্লে। থোঙ্গাল য়ৌদুনা গাড়ীদগী কুমথরে। দুকান্দা লালবাপুগী লোইনবী চাওবী পোৎ লৈবা লাকপা মী অমগী পোৎ তমদুনা লৈ।

লালবাপুনা চাওবীদা রোমেনবু মশক তাকই। চাওবীনসু রোমেনবু মশক খঙলম্মী। ইমুং চঙলুখিসি হায়দুনা লালবাপুনা মাঙ থারগা রোমেন্না তুং থংলগা চঙলকই। লালবাপুনা মচানুপী সনাতোম্বী কৌথোকই। রোমেন্নদি সনাতোম্বীগী মশক লাকশিনবদা নীংশিংবা ঙমদ্রে। মচে নলিনিদি লায়না মশক্তু নীংশিংবদা চোংথোরকই। সনাতোম্বী ইমুংদগী থোরকই। লালবাপুনা "লাকইবসি মশক খঙব্রা য়েংউ" হায়।

সনাতোম্বী লকক তৌরম্বদগী নীংশিংলক্রমালে — "খঙই, ইচে বৃন্দাখোয়গা থংনবদা লৈবা তাদা রোমেন হায়বদু নত্ত্রা?"

রোমেন্না — "মানি, মাদি য়াম্না ফজনবু নীংশিংলম্মীনে! ঐদি ইচনগী শকসি খরা হোংবগুম, মতম কুইনা উনখিদ্রবনিনা লাকশিনবদা খরা ৱানা থোকই।"

লালবাপুনা — "হায়! নবুংগী চা কপ অহাওবা অমত্তং লোম্লকউ। নবুংসে মহৌশাগীদু নত্ত্রবনি, অচৌবা থীকাদার ওইরবনি খঙউ! লমদিং টু শিলচরগী রেল লম্বী শেম্বা লাক্লিবনি।"

সনাতোম্বী ইমুং চঙখ্রে।

লালবাপুগা রোমেনগা মতম খরা ভারাদা লৈবা য়াবা য়ুম অমত্তং ফংলবদি হায়না বারী শানরিঙৈদা হান্না প্রধান ওইরম্বা মীনৌ অমা খুলদা থুংলবগা মাগা হান্না হেক্তা খঙনগনবা, মীদুদগী খুদোংচাবা লৌবা হৈবা য়ুমথংনবদা লৈবা ময়ামগী ওজা খোঙনেম হেক চঙলক্লে। মখোয় অনীনা শানরিবা বারীদু হাইফেৎ তাহৌবদগী "করি বারীনো শানরিবদুবো" হংলকই।

লালবাপুনা অশেংবদু হেক হায়রুবদা মাগীদা লৈবা য়াবদুবু কা অহাঙবসু লৈ হেক হায়দোরক্লে। খুদক্তা মাগীদা চৎলগা কা য়েংলুসি হাযজিল্লক্লে। লালবাপুদি মাগীদদি কয়া থম্নিংদবনি। অদুবু খোঙনেম্না বা লৌবা হৈবদগী লালবাপু বা ঙাঙবা ঙমদনা রোমেন পুরগা খোঙনেমগীদা চঙখ্রে। রোমেনসু থোইনা লুনা খঞ্জিল্লদনা ইপাগুম্বা খুরা অনীনা শীনবীরবনিনা ঐ হয়েংমক পোৎ-চৈ পুরগা লাকচরগে হায়রম্লগা লালবাপুগীদা অমুক হল্লক্লে। লালবাপুগী য়ুমদা মচানুপী সনাতোম্বীনা চা পুথোক্তুনা ঙাইরম্বদু থক্লগা মাগী টাটা দি আই দু থবক মফম তানা থৌরগা লাক্লে। রোমেনগী থবক মফমসিগা রামনাগর খুঙ্গংসিগা কিলোমিটর মরিরোম লাপ্লগনি। রোমেন মথংগী নুমিত্তা মাগী ইয়ারবেক্তু পুরগা ওটোরিক্সো অমা ৱায়রগা রামনাগব খুঙ্গং য়ৌরক্লে। ঙরাংদি উখিদবা খোঙনেমগী মচানুপী নুংশিতোম্বীনা রোমেন্না লৈগদবা কাদু শেংদোক্তুনা লৈ। সনাতোম্বীসু লালবাপুনা খরা চৎলু হায়বদুদা নুংশিতোম্বীগী মনাক্তা লাক্তুনা থবক্তু পাংই। কা শেংদোকপা লোইরগা ধুপ নুং থাদোকই। মখোয়না কা শেংদোক্লিঙৈদা রোমেন লালবাপুগী য়ুমদা লালবাপুগা ৱারী শানদুনা লৈ। তাঞ্জাদুদা নলিনি চহী তরেৎলোমগী মচানুপী অমা মখুৎ শম্লগা

থোঙ্গালদগী চঙলকপদু রোমেন্না উরে। ফনেক ময়েক্লাইবা হঙ্গামপালগী অমা শেৎলি; চাদর অমনা সারি তংখায়, মৈতৈ নুপীগী ফিজেৎনি। মৌ ওইবদা য়েংবা য়াম্না নুংঙাইরকপা, মণিপুরদা ওইরবদি লুহোংবগী, হৈজিংপোৎকী যাত্রা পুবীয়ু হায়না য়াম্না নেক্লবা চহী মতাঙনি। শকফমদু খরদি ওল্লম্লে। অদুবু মহৌশাগী ফজবদুমদি শকফমদুগী মকুমদা লোত্তুনা লৈবগুম উরি। কেরবদি হান্নগী শকফমদু শোয়দনা চোংথোরক্কনি হায়বগী মমি তারি। মহাকপু নোংমৈনা ফৈবাক্তা কাপখিবদুনা মখোঙদা চৎপদা শোইনাইরমগদ্রা হায়না রোমেন্না খল্লুবদুমদি লাল্লম্লে। রোমেন্না হৌখিবা ৱারীদু নীংশিংলুবা মতমদা নলিনিগী ফৈবাক্তা নোংমৈ মখুলগী দাগ অমদি লৈরমগনিকো হায়বসিমদি কাউবা শুকয়া য়ারমদে। নলিনিনসু রোমেনবু উবদা করিনো অমা নীংশিংলকপগুম — মহৌশা য়াওশংদা নোংমা রোমেন্না নলিনিগী মমায়দা আবের তৈগে তান্নবদা রোমেন নুঙ অমদা খুদি থীদুনা তুশিনখি। মদুদা নলিনিনা "চাউবং" হায়না চৈবীখি। মিকুপ্তুদা নলিনি থৌদোক্তু নীংশিংলকই। নুমিত্তুদগী বোমেন্না নলিনিবু কিখিবনি। ঙসি চহী নিপালগী মতুংসিদা মীরমদা উনরবসিদা মখোয় অনীমক নুংদা বাখল অমদা কাইদোং ওইদুনা ঙাইহাক উংনৈ।

লালবাপুনা মচানুপীদা রোমেনবু শক তাকই। নলিনি নোকমি নোকমি তৌরগা — "কদোমদগীনো ওহ্লোক্লা থাজদনা" হাযদোরকই। রোমেন্নদি মহৌশা নলিনিনা য়াওশঙদা চৈখিবা "চাউবং" হায়খিবদুগা ঙসিগী ৱাহৈসিগা অনীগী খেন্নবদু চাংদম্নদুনা য়েংলুই।

খুম্লকই — "ঐখোয়গী খুরাগা ঙরাং বজাবদা থেংনবদুদা ঐসু শ্বাইদা ভাবাদা মতম খরা লৈশিরা হায়দুনা চঙজরকপনি। হনবীরক্লিসিবু কদাইদা চৎপীরুবনো?"

— "প্রাইভেৎ স্কুল অমদা তেক্লি-তেক্লি হিংবা ঙন্নবা অঙাংশিং গাইদ তৌজবনি।"

রোমেন্না নলিনিগী মচানুপীদুদা ওনশিল্লগা — "বেমবেম! কাকাগী নাক্তা লাও ও! ইচাগী মিংবু করি কৌগে?"

— "বেম বেম কৌই।" "হা! ঐনা অহানবা কৌরুবা মিংদু নঙগী মিং ওইবল্লবা! তাঞ্জা হায়বসিসু অঙকপনি; ঐনা মফমসিদা খুরাখোয়, নলিনিখোয়গা উনরক্কনি হাযবসিসু তস্বা ঙস্বা নত্তে, তাঞ্জানা পীবা খুদোংচাবনি। সে! সিননে বোবোক্কী দুকান্দগী অচাপোৎ অমা লৈরুরো" হায়রগা লুপা য়াখ্খে চৎপী অমা পী। অঙাংদু দুকান তানা চেনখ্রে। লালবাপুসু হৌগৎলগা মশুগী মতুং ইন্নখ্রে। নলিনিগা রোমেনগা ৱারী শানহৌই। নলিনিনা চহী খরগী মমাঙদা থোকখিবা মাগী ফজদবা ৱারী মতাঙদু রোমেন্নসু খঙলমগনি খনবদগী মশাদা হৈনদবা অমা লৈবগুম তৌই। রোমেন্নদি মদু খঙলবসু করিমত্তা খঙখিদবা শারগা নলিনিদা হংলকই।

— "ঐ ৱা অমা হংগে ৱারৌবীগনু! নলিনিখোয়গী ইমুংনা আসামগী রামনাগর খুঙ্গংসিদা লাকখিবসে করি মরমদগীনো?"

বাহংদু তাবদা নলিনি পিং হেক লাউই। খুল্লকই — "শোম্বু তশেংনা ঐখোয়গী ইমুংগী থৌদোক অমা থোকখিবদু তাবীহৌদব্রা ?"

— "কবি কবম্বা থৌদোক্লো, ঐদি তশেংনা তাহৌদবনি।"

— "শোন্না থৌদোক্তু তাবীহৌদবা যাম্না ফবে, ঐ থৌদোক্তুগী ৱাবীদু ঙসিদি লীববোই। কবিগুম্বা ঐনা বাবীদু লীকুববদি অদোমসু মফমসিদা ফম্বা ফাওবা তঙ্লক্তুনা হৌগক্তুনা চৎখিবসু যাই।"

বোমেন্না মখা তাবকই — "ফবে, নহাক্না বাবীদু লীদ্রবসু নহাক্কী নুংশিখ্রবা ইচানুপীসিগী অপোকপদি মণিপুবদগীবা ? ঐদি নহাক্কী লুহোংবগী পাউসু খঙহৌদ্রে ?"

নলিনিনা খল্লি — "কবিগীনো মানা অসুক কুপ্থনা হংগৎলক্লিসিবো ?" বাহংদুনা মঙোন্দা কবি কান্নবা লৈবগীনো হংনীংবা পোল্লকই। অদুবু নাপন যাওবা বাঙাঙদদি অমুক হন্না ঙাঙখ্রবোই খনবদগী পূক্লিং ফাথবগা খুল্লকই। "নত্তে, মহাক কাছাডদগীনি। ঐগী নুপাদু এক্সিদেন্ট অমদা লৈখিদবনি। ঐনা মাগীদা অতোম্বী ওইনা লৈকুবনা মাগী নুপী অহল অমদি মচা অনীনা সম্পত্তিগী মতাঙদা ঐবু যুমদুদা লৈবা ঙমদনবা লাম্লোং চৎথবা হৌবকপদগী ঐ ফুক হৌগত্তুনা লাকখিবনি। কৈদৌকনি, ঐগী মপোক কয়া যৎলক্তবনিনা হৌজিক্তি ঈশ্বরদা চঙজবগে খন্দুনা খোঙ থাংজিনবা হৌজবে। খঙদে, ইচানুপীসিদংদি মী ওইনবা শেম্নীংই।"

বোমেন্না — "শেমগদবনি কৈনো, ঐখোয খ্বাযসু লৈবি।"

নলিনি হন্দক্তি বোমেন্দা বোমেনগী মণিপুব থাদোক্লগা আসামদা লাকখিবগী মবমদা হংবা হৌবকই। — "শোন্না গুবাহাটিদা লৈবকখিবগী মবম্না কবম হাযননো ? মদুসু খঙনীংই।" নলিনিনা হংলক্লিবা বাহংদুগী মবমদা নলিনিনা বোমেন অমদি বৃন্দাগী থৌদোক্কী মবমদা কবিমত্তা খঙখিদবনিনা অশেংবা বাবীদগী থৈদোক্লগা শেম্লগা পাউখুম পীবকই। "ঐ গুবাহাটিদা থবক থিবা লাকপদগী লাংথবালদগী গুবাহাটিগী বেলটোলাদা যুম হোংলকপা অহল অমা থেংনবদগী মাগীদা থবক পাংদুনা চহী খবা লৈবকখি। ঙসি ঐনা শেন্নবা লাক্লিবা থবর্কাসিনা আসামি অহল অমগী মখাদা বেলবে ট্রেক্ট থাননবা লৈপাক থোনবগী থবক্কীনি। নোংমা মতাঙ চাবা অমদা গুবাহাটিদা লাকপা থোক্লবদি চঙবীবকউ।"

বাবী ঙাইহাক শানবদুদা পূক্লিংগী লাপথোক্লবম্বা, চিংনবম্বা খবদুদি কোকপগুম তৌনবে। লালবাপুগা মগুনুপীগসু হনমিন্নবক্লে। নলিনিনা হাযবকই — "ঙসিদি হাউবা-হাউতবা ঐখোযগীদা অহানবা লাকপগী চাক চবা অমদি চাথ্রসি।"

— "কোন্না চাম্মবক চাবা যাইদা।"

— "য়াদে, য়াদে, ঐখোয়দি পাঙন-পাঙনবা পঙলৈ-লৈবা, পঙহিং-হিংবা পুন্সিনিনা তুংদা পীজবা ঙমখিদবসু য়াই। ঙসি তাঞ্জা ফংলিঙৈসিদা পীজনীংদুনা হায়জবনি। চাদৌরিসিসু অহাওবদি নত্তে, হৱাই থোংবনি।"

— "হাউবা হাউতবগী ৱা নত্তেদা।"

— "অদুদি ঐ ঈরুজরগা চাক থোংনবা হোৎনরুখিগে।"

— "ফরে" লালবাপুদা ওনশিল্লগা — "খুরা! ঐবু ঙসিদি নলিনিনা খুরাখোইদা চাক চাদবা য়ারোই হায়রিয়ে।"

— *"চাগদবনি ইবুংঙো! খুরাসু হৌদোক্কে খল্লম্বনি, অদুদা ঙা থোংবা পীজবা* ঙমগদবা মান্দবদুদা হায়বা ঙমদদুনা তৌবনি।"

নলিনি ফি হোংদোক্লগা পুখ্রিদা ঈরুজবা থোকখ্রে। ঈরুজবা কারকপদা তুলসি মচুম থক্লগা নুমিত্তা ওনশিন্দুনা খুরুম্বদু উবদা রোমেন্না খল্লি, "ও! নলিনিসি মমা হায়বদু ওইরবনিনা মমা অমদি মাল্লেদো।"

নলিনি চন্দোন থিনবা, লাই খুকুম্বা লোইরগা চাকখুমদা চাক থোংবা চঙখ্রে।

ঙাইহাক লৈরগা সনাতোম্বীগা নুংশিতোম্বীগা চঙলক্লগা রোমেনবু শেম্বা লোইববা কাদা চঙলগা ফি-রোল হোংদোক্লবা তৌবা য়ারগনি হায়ররে। বোমেন্না — "খুবা! ঐ ঈরু-মায়থজনবা তৌরুবগে" হায়রল্লগা থোকখ্রে। মানা লৈগদবা কাদুদা চঙলুবদা ফমুংকাদু য়াম্না নান্না থাদুনা শেল্লম্মী। ফিয়ানকোক্তা খুদৈ অমসু য়াল্লম্মী। খুদৈদু হোংদোক্লগা তৱেল মচা অমা লেংবান্দা য়াল্লগা পুখ্রিরোমদা পালটিন অমা পায়রগা চৎখ্রে। পালটিন্দুনা ঈশিং শোক্তৎকে হায়না কুমথরকপদা হৈনৌ মখোঙদা ফি শুদুনা লৈরম্বা নুংশিতোম্বী চঙশিল্লক্লগা ঈশিংদু মা শোক্লক্কে হায়দুনা রোমেন্দগী পালটিন্দু মানা লৌখ্রে। রোমেনসু মখোয়গী শ্বাইগী চৎনবী ওইরমালে খন্দুনা নুংশিতোম্বীনা হায়বদু অদুম য়াই। ঈরুজবা লোইরগা শমজেৎ, মিংশেল পায়খত্তুনা শম হাৎপা, থাও তৈবা লোইরগা পাজমা অমা হোংদোক্লগা মোজা ফুরীৎ অহনবা অমা লীৎ, লেংবান্দা তৱেল অমা য়ান, খোঙ্গাল্লোমদা থোরকই। থংনবা লালবাপুখোয়গী য়ুম তানা চঙখ্রে।

নলিনিনা ৱাইরম শিৎ নান্না তৈথোক্লগা চাক্লুক অনীখক শেল্লগা লৈরল্লে। ফান অনী অমসু থারি।

লালবাপুনা — "ইবুংঙো চাক চানবা তৌরসি" হায়রকপদা রোমেনসু "চারসি খুরা" হায়রগা মখুৎ-মশা হাল্লগা চাক চাবা চঙখ্রে।

নলিনিনা — "য়েঙ্গাংদি হৱাই থোংবনিকো! নোক্লবা য়াদে, চনা কাংঙৌদুগা পূক থন্নবা চাবীয়ু!"

লালবাপুনা অমুক পাংশিল্লকই — "ইবুংঙো! খুরাখোয়দি পাঙল-পাঙলবা শিদনবা চাবনিকো! নোক্লবা য়াদে।"

রোমেন্না — "য়াম্না হাওই খুরা" হায়না খুম্মী।

নলিনিনা মুরা অমদা ফম্লগা মকোক্তু গমশা অমনা খুম্লগা অৱাৎ-অপা য়েংলি।

রোমেন্না হংলকই — "নলিনি গ্রেজুএদতি লোইশিল্লেকো?"

— "লোইশিল্লে, বী এদ সু লোইশিলহৌরে।"

— "থবক তৌবা য়াবগী চহীদি কয়া লৈরি?"

— "ও.বী.সি. গী সার্টিফিকেৎ য়াওবনিনা চহী অহুমগুম্বা লৈরি।"

— "সেন্ট্রেল স্কুলগুম্বগীদি ট্রাই তৌখিদ্রিব্রা?"

— "হন্দক্তা শিলংদা পরিক্ষা অমা য়াওখি। করিগুম্বা খল্লক্লবদি নোর্থ ইস্টকী মফম অমদা থারকপা য়াই। খল্লক্লবদি বেমবেমগী অমুক খল্লিবা।"

— "বেমবেম্বু ক্লাস কয়া তল্লিবগে?"

— "ক্লাস থ্রি তল্লি।"

বোমেন্না — "বেমবেমসি গুৱাহাটিগী বোর্দিং স্কুল অমদা থম্বদি চিংনব্রা?"

— "মদুদি য়াম্না ফবগী ৱানি। অদুদা...?"

— "ও! পৈশাগী ওইরবদি থোইনা ৱারুনুদা! ঐনসু ইশা গুৱাহাটিদা লৈবনিনা মরক-মরক্তা চৎলগা অৱাৎ-অপা, মাগী মহৈ তম্বগী অচঙবা শেনফমদুদি পাংলবসু কায়দেদা! ঈশ্বরনা অফবা থবক তৌবগী মতেংদি অদুম পাংলক্কনি কৈনো।"

লালবাপুনা খল্লকই — "ও! করিগুম্বা ঐগী ইচানুপীসিনা সিদ্র লৈবী অমা ওইরমদ্রবা, রোমেনগুম্বা অমদা ময়ুম পাঞ্জরম্লবদি কয়াদা মরাইবক ফরমগবা" "হায়রকই ইবুংঙোগী ফজবা পূকচেলদু খঙবদগী জাৎ তিন্নদবা আসামি ফাওবনা ইবুংঙোবু থাজদুনা অশুক চাউবা থীকাগী থবক শিন্নরক্লিবনি। খুরাদি ইচানুপাসু য়াওদবনা বুদ্ধি-লৌশিংনগা কয়া য়ৌদবগা অনা-সিকি তাক্লিঙৈদা লাক্ষ, ক্রোরগী ৱাখলদি আ লৈনুংদা লৈখ্রে। ইবুংঙোদি পাঙ্গল-লৌশিং ফরিবনি, হোৎনবা য়ারিঙৈদা হোৎনরগা জাতিগী থাক্তা মিংচৎ উরোং খিল্লম্মু।"

রোমেন্না ফোঙদোকখিবা ৱাফম খরদুনা নলিনিবু অঙম্বা চীংদোল অমা কাখৎলগা চীংদোল য়ৌগে তৌহল্লুরে।

জ্ঞান লাকপদা রোমেন্দা ওনশিল্লগা — "করি হাপচরকখোগে" হংলকই।

রোমেন্না — "হাউমনবদুদা য়াম্না চাশিনখ্রে" হায়রকই।

চামিন্নবা হাউই, পুমিন্নবা য়াংই হায়নৈ। পুন্না চামিন্নবদগী রোমেনগী ৱাখলদা ভার পুমিন্নবগী ৱাখল অমা লাকপা হৌরে। নলিনিগী ৱাখলদসু রোমেনলোমদা খরা লূমথরকপগুম তৌরকই।

চাক তোকপগী খুৎ হামগে থোরকপদা খোঙনেম মপান্দা লেপ্তুনা লৈরম্মী। হায়রকই — "ইবুংঙোগী চাক্তি ঐখোয়গীদা নন্দোন্না ঙাকা থোংদুনা হোৎনরিবনি। ইবুংঙোদা পাউ পীরমদ্রব্রনে?"

— "এ! খুরা! ঐখোয়গী খুরাসি মণিপুরদা লৈকায় অমত্তদা লৈমিন্নরম্বনি। মতম কুইনা উনখিদবদুদা খুরানা হরাউ-হরাউ চাক চরা অমা চামিন্নসি হায়বদা নচানা য়াদ্রবদি নুংঙাইরোইদবদুদা তৌজবনি। ৱারৌবীগনু!"

"য়াইদা, য়াইদা, অদুবুদি অমহানিদা; অমগীদা চারবসু অমগীদবু চারবসু ঐখোয়গী ইমুং অনীসিদি ইমুং অমগুম্বনি।"

চাক চাবা লোইরগা মপান্দা ঙাইহাক ফল্লিঙৈদা সনাতোম্বীনা ক্বাগোক পুথোক্লগা থম্লম্মী। রোমেন ক্বাদু মশুং অমা লৌরগা মনাদা শুনু খরা তৈরগা চাই। অদুদগী খোঙনেমগা রোমেনগা পুন্না থোরক্লে।

রোমেন অয়ুক্তা মাগী থবক মফমদা চৎলমদাইদা নলিনিখোয়গীরোমথংবা থোঙনাওদু হাংদোক্লগা নলিনিবু মরক-মরক্তা য়েংই। নুমিৎ খরনি লৈরকপসিদা খোঙনেমগী মচানুপী নুংশিতোম্বী রোমেনগী কাদা চা পীবা, চাক থাংলকপা চঙলকপদগী খরা খরা হেঞ্জিন্নক্লুনা রোমেনগী ফুরীৎ, খোঙগ্রাও, মোমপাক ফিদক শুনবা থিবা হৌরকই। ফুরীৎখাউদা য়াওরম্বা পৈশা থম্মোয় শেংবা শাদুনা রোমেন্দা লৌথোক্লগা পীশিল্লি। নুংশিতোম্বী লৈশাবী অমগী মগুন চপ-চানা লৈবী লৈশাবীনি। মশা নোয় পাল্লি. থীক-থা অদুৱাইদা মাগুম্বী য়াওদে। মপাগী মরমচৎ লৌদুনা পৈশা পায়বা নুপা হেক উবদা নপশিনগদবগী হোৎনবা হৈবগী মরমচৎ অমা শাগোন্নে। মসিনি মাগী অশোয়বা। মাগী হান্নগী মরমচৎকী মতাংদা নলিনিখোয় ইমুংনা শিৎ নান্না খঙলবসু রোমেন্দা তম্বা ঙমদে। রোমেন্না লালবাপুগী য়ুমদা হেক চঙখিবদা খোঙনেম নত্রগা নুংশিতোম্বী রোমেন থিবা লাক্কনি। মরমদি মখোয়গী ৱারীদু রোমেন্না খঙখ্রবদি মপা-মচাগী থৌরাং মায়থিগদৌরিবনি।

নুংশিতোম্বী হান্না মণিপুরদগী মখোয়গী য়ুমদা চহী অনীরোম লৈরম্বা দ্রামা তম্বীবা ওজা বোকুলনা লৌরম্লে। ওজা বোকুলদি নলিনিগী ৱাখলদা নলিনিগী ৱারী মণিপুরদা লৈরিঙৈদা তাখিবদগী মাগা অমুক্তং উনরবদি চান্নবা হৌগে হায়দুনা থিরকপদা খোঙনেম

থেংনদুনা খোঙনেমগীদা লৈরগা নলিনিদা খুদোংচাবা লৌগে খনবদগী তাঞ্জা লুম্লকপনি। অদুবু নলিনি ঙসিদি মীনা হায়বদা পাক হেক য়াগনবী নুপী অমা ওইদ্রে। বোকুলনা মাগী দ্রামাদা নলিনিনা হেরোইন কুমহন্নবা ফনা কন্না মী থাজিন্দুনা থেম্বদা য়ারক্তবদগী নুংশিতোম্বীদা তাখিবনি। দ্রামাগী স্কৃপ্তসু মা মশানা ই, ঈশৈসু মানা তম্বী। দ্রামা তম্বীবদগী ময়ুমদা লৈবগা নুংশিতোম্বীসি মানা লৌবোই করিওই তৌখিবনি। মানা পুরকপা লুপা লাক্ষ অমরোম লোইশিল্লকপগী তাঞ্জাদা খঙহৌদনা ঈশিং ঈচাও থোকপদগী শাফগদবা মফম থিরকপদা মতম খরা নেসনেল হায়রেদা পাখল খল্লগা লৈখি। মদুদগী হি তোংলগা চৎখিবদগী বোকুল খুঙ্গংদুদা অমুক হল্লকখিদ্রে। মতমদুদা নুংশিতোম্বী গর্ভপত্তি ওইরম্লে।

ঈশিং-ঈচাও হন্থখ্রবা তুংদা গুৱাহাটিদা চত্তুনা অঙাং এবোর্সন তৌহনখি। মখোয়গী ইমুংনদি মী অতৈ খঙদে খঞ্জরগসু লৈকায় লোইনা খঙনখি। ওজা বোকুলনা শীজিন্নরম্বা তবলা, হারমনিয়ম লোইনমক মখোয়গীদা লৈ। মরক-মরক্তা নুংশিতোম্বীনা ঈশৈ ঔরাইবদা শীজিন্নে। মহাক রবিন্দ্র সঙ্গিত্তি ফজনা হে। মখোলসু পঙফ-ফবা নত্তবসু তাবদি অদুম য়াই। মাগী ৱারীসিনি মখোয়গী ইমুংনা রোমেন্না খঙখিগদ্রা ৱাজরিবা। নুংশিতোম্বীগা খোঙনেম্না তোয়না হায়মনবদগী তঙাই ফদনা নোংমা রোমেন্না মপা-মচা পুরগা গুৱাহাটি চৎলুরে। য়ুমদদি লৈফম খবা চিল্লি হায়দুনা হোটেলদা লৈহল্লি। ফেন্সি বজারদা পুদুনা ফিরোল খরা লৈরগা হলহনখি। নলিনিখোয়গী ইমুংদা রোমেন্না নুংশিতোম্বী মপামচাবু পুরগা গুৱাহাটি চৎখিবগী পাউ তাবদা অহী'দু তূম্বা য়ানখিদে। মপা মচা হল্লক্লবা কান্দা নলিনিখোয়গী ইমুংদু হুমাং খরা হন্দোকখি।

গুৱাহাটি চৎলুরবা মতুংদগী নুংশিতোম্বীগী বাখলদা মশানা মশাবু রোমেনগী লোইনবীগুম খনবা হৌবকই। খরা-খরদগী ঙসিদি ঙা চাসি হোরেন হল্লকপদা ইলিশা লৈবীরকউ হায়রকই। মানা ঙা লৈবক উ হায়বদুদা রোমেন নলিনিনা মখোয়গীদা চাক পীজবা নুমিত্তা "ঙা থোংবা নত্তে, হৱাই থোংবনি চাগদৌরিবসি" হায়খিবদু নীংশিংলকই। শিলচর বজারগী ঙা য়োনফমদা চত্তুনা ইলিশা অনীখক লৈরগা তোঙানবা খাউ অনীদা হাপহল্লি। থবক মফমদগী হল্লকপদা খাউ অমনা মীবক-নারক য়েংলগা নলিনিখোয়দা থিল্লুরে, খাউ অমনা নুংশিতোম্বীদা পীশিল্লে। মথংগী অয়ুক্ত নলিনিনা স্কুল কাবা থোরকপা মতম ফাওবা থবক মফমদা চত্তনা মখোয়রোম থংবগী থোঙনাওদু হাংলোক্লগা নলিনিনা মচানুপী পুরগা থোরকপা যেংগদবগী ঙাইদুনা লৈ।

নলিনিসু রোমেন্না হাংদোক্লিবা থোঙনাওদুদা য়েংশিল্লুই। রোমেন্না — "বেম বেম! স্কুল চৎলব্রো" হংলকই।

— "কাকা! কাকানা ঙরাং পীরকপা ইলিশাদু ঐখোয় মানা থোংবদু য়াম হাওই।"

মমা মচা অনী চৎখ্রবা তুংদা রোমেনসু থবক মফমদা চৎখ্রে।

অসুন্না রোমেন চৎনা-থোক্না তৌদুনা মাগী থবক লোইনবা কন্না হোৎনৈ। রোমেন ঙসিদি থবক মফমদগী খরা থেঙনা হল্লক্লগা নুংশিতোম্বীনা থাংজিল্লম্বা চাক্তু চানবা থৌরাং তৌই। প্লেট অমদা চনা কাংঙৌ তোঙান্না হাপ্লা অমা য়াওরম্মী। চনা কাংঙৌদু চারুবদা নহান নলিনিনা পীজখিবা চনা কাংঙৌগী মহাওদুগা চপ মান্নবগী টেস্ট অমা ফাওই। মানা চাক চারিঙৈদা নলিনিনা মোরাদা ফল্লগা মনাক্তা গমশা অরাংবা অমনা মকোক খুন্নগা অৱাৎ-অপা য়েংদুনা লৈখিবদু উরকই। খল্লকই — "ও ! নলিনি নঙসু নরাইবক্তি থীবজাৎনিকো ! মণিপুরদা লৈজরম্লবদি নুংঙাই-য়াইফবা ইমুংগী রানী ওইজরমগদবনিকো। খোঙথাং খজিক কায়রুবনা নঙনা অসি য়ৌনা ৱাবগী মরমনিকো ! নখোয়গুম্বা ফজবগী শকফম পূবী মালেমগী নিংঙোল কয়ানা নঙগুম্না নুংঙাইতবা পূন্সি মহিংদা পূন্সি লীলা য়াওরিকো। ময়ামদুগী মরক্তা ঐগী নুংশিবী বৃন্দাসু অমনি।"

চনা কাংঙৌগী মরোল খঙনীং-খঙনীংনা চাক চাবা তোক্লগা ফমুং চঙলকপদা কাগী মৈদু ফুৎ মুথৎলি। হারমনিয়মদা মহৌশা মণিপুরদা তাখিবা মৈতৈলোনগী অরীবা ঈশৈ অমখক খোংবা হৌরকই। হারমনিয়মদা শুর শেম্বা লোইরগা "করম্বা যুগকী কাউখ্রবা অহীংদা মঙখিবা মঙগী মমিনো" হায়বা এম.কে. বীনোদিনিগী ময়েক্তা অসেম বীমলানা শকপা ঈশৈদু চপ মান্ননা শক্লকই। ঈশৈদু তাবদা রোমেন তু খ্যাও চুংই। ফমুংদগী ফুক হৌগৎলগা ফমুংদা ফল্লগা ঈশৈদু লোইবা ফাওবা তাই। ঈশৈদু শকপা লোইখ্রবা তুংদা কনা ওইরিদগে ঈশৈ শক্লিবীদো খনবা হৌরকই। অদুৱাইদা লৈবা মানা খঙবা নুপীশিংগী মনুংদা ওইবা য়াবা থিরকই। অসুম খন, অসুম খন, মমৈদা শকফম অমখক চোংথোরকই। শকফমদুদি নলিনিগীনি। রোমেন্না মখোয়গীদা মাগা অহানবা উনখিবদা শেৎখিবা নলিনিগী ফিজোল, মচাগী মখুৎ শম্বা, অদুদগী রোমেন্না চাক চারিঙৈদা নলিনিনা মকোক্তা গমশা অমা কুপ্লগা য়েঞ্জাং হাপকে চঙলকখিবা শকফমশিংদু মথং-মথং রোমেনগী মীৎমাঙদা চোংথোরকই। অরোইবদা নলিনিনা ফক অমদা ফল্লগা হারমনিয়ম অমা মাঙদা থল্লগা মদু খোংলগা ঈশৈ শকপগী মূর্ত্তি ওইনা চোংথোরক্লে।

অহানবগী পূক্লিংদা থুক লাওখিবা ঈশৈদুগী মতুংদা ঈশৈ মথং-মথং মী হোংল-হোংলগা শকখি। তৌইগুম্বসুং ঈশৈ অতৈদুবু রোমেন্না পূক্লিং চংনা তারুদবনরা খঙদে, ঈশৈ অমত্তনা অহানবগী মহাওদু পীবা ঙমখিদে। ৱাখল অমদা উংলগা রোমেন তপ্না-তপ্না তূমথখ্রে।

মথংগী অয়ুক্তা রোমেন্না থবক চৎনবা থৌরাং তৌরিঙৈদা নুংশিতোম্বী রোমেনগী কাদা চা পীবা চঙলকই। রোমেন্না — "ঙরাং অহিংদি ঈশৈ ফজ-ফজবা য়াম্না শক্লখ্রেকো ! মখোল য়াম্না নুংশিবা অমা য়াওখিবদুবু কনানো ?"

— "ও ! দাদানা য়াম্না থাজবা মীদু শোয়দনা ওইরমগনি, দাদা ঐখোয়গী কুমসি চহীগী দুর্গা পূজা খরা চাউনা লাৎসি হায়নরি। পৈশা খরা য়াম্না হাপ্লিয়ুকো।"

— "হাপ্লোকসি ঙাইদনা।" রোমেন্না মখা তানা — "নখোয়গীসিবু নুংতিগী ঈশৈকাসু শক্তোইরা ?"

— "শক্তোইনি।"

তাঞ্জাদুদা সনাতোম্বীসু চঙলকই।

রোমেন্না — "সনাতোম্বীসু ঈশৈ হৈব্রা ?"

— "ঐদি হৈতেদা।"

— "ঙরাং মখোল য়াম্না নুংশিবা নুপী অমা ঈশৈ শকখিবদু মশক খঙনীংবা ?"

— "ও ! ইচে নুংশিতোম্বীনি।"

— "হেরা ! নুংশিতোম্বীবু মখোল অদুক য়াম্না ফব্রনে ! থাজখিদ্রেদা ! হোরেন্দি ঈশৈ শক্লিঙৈদা লোন্না শক য়েংহৌবা তারে।" মখাতনা — "নখোয়গী পৈশাদু নোংম-নীনি লৈরগা হাপ্লগে। ঐ থবক শুবা ময়ামগী পৈশা পীরমদবা য়ারোইদৌরে।"

মাগী ৱাদুদা মখোয় অনী চৎখ্রে। মখোয় অনী থোকখ্রবা তুংদা রোমেনসু থবক মফমদা চৎখ্রে। নুমিদাংৱাই থবক মফমদগী হল্লকপগা নলিনিবু অমুক্তং উনরবদি মঙোন্দা দুর্গা পূজাগী পৈশাদু কয়া হাপসিগে হংগে খল্লি। অদুবু নলিনিসু থেংনদ্রে। ময়ুমদা চঙদুনা হংলুবসু হেক নুংঙাইত্রে।

মথংগী অয়ুক্তা নলিনিখোয়গীরোমথংবা থোঙনাওদু হাংদোক্লগা নলিনিনা তূম্বা হৌগৎলকপা, ঈরুজবা, মথং-মথং য়েংদুনা লৈরে। নলিনিসু রোমেন্না নহানখৈগা মান্নদনা মাবু ঙসাই অয়ুক ঙস্তাদগী কোইতান-তান্নদুনা য়েংবদুদা বোমেনসি মঙোন্দা করিগুম্বা ৱাখল অমা খল্লব্রা হায়না চিংনরকই। অসুম্না চিংনরিঙৈদা নলিনিনা থোঙ্গাল থোক্লকপদা রোরেমন্না নলিনি ঙাইরগা মখোয় অনী ৱারী শানরগা চৎমিন্নখ্রে। মখোয় অনী চৎমিন্নখিবা উবদা লালবাপুসু ৱাখল অমা খল্লগা লৈহৌই। নলিনিদি ঙসিসি রোমেন্না শোয়দনা ৱাফম অমা হৌদোরক্দ্রা হায়না কন্না খল্লি।

অদুগদি রোমেন্না ইতিং-তিংনা — "নলিনি ! ৱা অমা হংগেনে ! দুর্গা পূজাগী পৈশা হাপ্পু হায়রিসিবু পৈশা কয়া হাপসিগে ? ঐদি অসিগুম্বসি হান্না অমুক্তসু তৌরক্তবনিনা কয়া খঙদে। নখোয় শ্বাইগী চৎনবীদু অমুক্তা হায়য়ু।" নলিনি রোমেন্দা নমহায় অমা অদুম শীজিন্নবা তোক্ত্রি। খুল্লকই — "শোম্না থীকাদার ওইরুবদুদা অঙাংশিংনসু য়ানি খঙনা হায়জরকপা ওইরিনি; ঐখোয়দি ইনশিনবা য়াওদেকো।"

— "অদু কয়া হাপখিসি হায়রিনো ? নঙ অমুক্তা হায়য়ু হায়বা ।"

— "অদুবু ঐনা করন্না খঙদোইনো ? ঐখোয়দি থাদা লুপা লীশীং অনীখক ফংবা ওজাগী থবক তৌবনিনা লুপা চাম্মদং হাপ্পদা য়াম্মল্লে শোয়দনা হায়রক্কনি। খঙদে, অদোম্না খল্লগা অদুম তৌবীরো ।"

রোমেন তৌফম খঙদনা "অস" হায়রগা লৈহৌরে। মহাক মহাক্কী থবক মফমদা অমুক চৎখ্রে।

নুমিত্তুগী নুমিদাংৱাইদা হল্লক্লগা দুর্গা পূজাগী পৈশা হাপ্পগী মতাঙদা খল্লিঙৈদা নুংশিতোম্বীগা সনাতোম্বীগা ঙাংনবদা কলেজ ওজা ওইবা ধবল্লোদি লুপা চনীখক হাপ্লকই ওম্বোক্লা লিকখ্রে হায়বা তাহৌরে। মাগীসু লুপা চামঙাদং হাপ্লন্নগা হয়েংসি গুবাহাটি চৎলুগে খল্লি। নুমিদাংদু হিসাব ময়াম অমা পাবা লোইরগা লুপা লীশীং চৎপী কুনখক রবর অমনা পুল্লগা বৃফ কেশতা হাপ্পি। লুপা চামঙা চৎপি মঙা অমগা চাম্মা চৎপি অহুম অমনা মণি বেগতা হাপ্পি। অদুগী তুংদা গুৱাহাটিদা নোংম নীনি বীল তান্নরক্কে খল্লগা তুমথখ্রে।

নোং ঙাল্লে। চীন-য়া শেংবা লোইরগা ফি-রোল অমা অনী বৃফ কেশতা হাপকে হায়দুনা বৃফ কেশ হাংদোক্লগা ফুরীৎ অমা থুপ্লিঙৈদা মনুং অচৌবা চঙনীংলক্কুনা ফমুংদা হুন্দোক্লম্লগা টোইলেৎ তানা চৎখ্রে।

ঙরাংদি অয়ুক ঙন্তানা থোঙনাও হাংদোক্লগা মখোয়রোমদা য়েংদুনা লৈখিবদুদা ঙসিদি নলিনি মচাবু মখুৎ শল্লগা রোমেন্না থোঙনাওদা ঙরাংগুম্না য়েংলমগদ্রা খন্দুনা মশম নান্না হাৎলগা ফি মতেক অমা ইল্লগা থোঙ্গাল ফাওবা হঙ্গৎ-হন্দা অমুক অনীরক চৎলি। রোমেনগী থোঙনাও মপা য়ৌরকপদা থোঙনাওদু ফৎ হাংদোরকই। রোমেন ওইরবোই নীংলুই। হাইফেৎ য়েংলুবদা নুংশিতোম্বী ওইরম্মী। থোঙনাওদগী "ইচে" হায়না কৌরকপদা নলিনি খংপ্রেক খংই। নুংশিতোম্বীনা নোম্বরগা থোঙনাও হাংদোরকপদা নলিনিনা উরুবা নুংশিতোম্বীগী নিল্লবা থবাক্কী মরু কোকপা মরুভুমীগী চীংদুম অনীদুদা শ্বাই লাউখ্রে। নলিনি নুংদা "অস" হায়বা ৱাখল অমনা মখোল থোক্তনা থবাক্কী মিহুলদা থেংলুবদা দং দং চোংখ্রে। খল্লকই — "অয়ুক ঙন্তসিদবু মানা নুপা অমগী কাগী থোঙনাও হাংদোরক্লিবসিবু... মখোয় অনী পূন্না ফমুং অমদা... হুম ! মদু ওইবা য়ারোইদা। নহান নোংমসু নুংশিতোম্বীসি মানা পুদুনা গুবাহাটিদা চৎমিন্নরুরেকো ! অদুগা মানা দুর্গা পূজাগী পৈশা হাপ্পগী মতাঙদা ঐঙোন্দা অদুক কুপথনা হংলম্লিবদুনা করিগী ? নুংশিতোম্বীদা মখুৎনা পীরগা শিন্নখিবা য়াদ্রা ?" ৱাখল অমদা উংলগা নলিনি মচাগী মখুৎ শল্লগা চঙখ্রে।

শোমদা নুংশিতোম্বী মানা পুরকপা চা কপ্তু টেবলদা থম্লগা হাংদোক্লিবা বৃফ কেশতুদা পৈশাকা য়াওব্রা য়েংই। থেংনরে লীশীং চৎপী প্রেক-প্রেক লাউবা ঙাক্তা, রবরনা ফারগা য়াওরিবদু। য়াম্না থুনা পুরগা ইমুংদা চঙখ্রে। ঙরাং খায়কুবা চাম্মা চৎপী খরা মঙোন্দা লৈবদুগী মমায়দা লীশিং চৎপী অমা হাপ্লগা রবরদুনা ফাজিল্লগা বৃফ কেশতা হাপ্লুরে। চাদু অমুক পুথোরক্লগা শুমাঙ য়ৌরগা মমায় শৎ লৈরগা রোমেন্না লৈবা কা অদোমদা মতুং ওল্লগা চৎলি। তাঞ্জাদুদা রোমেন পুখ্রিদা মখোঙ-মখুৎ হামদোক্লগা মাগী কাদা চঙলকপদা নুংশিতোম্বীনা চা লানশিল্লি। চা পীরম্লগা নুংশিতোম্বী ময়ুমদা চঙখ্রে। রোমেন্না খল্লি, "ঐবু মখারোম থংবগী থোঙনাওসিবু হাংদোক্লম্বনে?"

চা থক্না-থক্না ফুবীত্তু থুপচিল্লগা বৃফ কেশতা হাপ্লে। রোমেন ফি শেৎপা লোইদুনা বৃফ কেশতু পায়রগা খোঙনেমদা চৎলুখিগে হায়বা চঙলকই। খোঙনেম্না — "দুর্গা পূজা নংনবা লাক্কদবা নত্ত্রা?"

— "লাক্কনি খুরা" হায়রম্লগা থোরক্লে। চুমদ্রিং হেক চৎখিবদি নুংঙাইতদুনা লালবাপুগীদা অমুক চঙলগা চৎলুখিগে হায়না তাক্লম্মী। নলিনিদি ঙসাইগী নুংশিতোম্বীগী মওংদু উরুবদগী বাখল ময়েং খংতা তাবগুম তৌদুনা বোমেন উনবা থোরকখিদ্রে।

রোমেন্না খল্লি — "মাগীসিবু ঙরাং ঐনা দুর্গা পূজাগী পৈশা হাপ্পগী মতাঙদা মঙোন্দা হংলুবদুদা ঐসি য়াম্না কুপ্পা নুপা অমা ওইনা উখ্রবজাৎলা!" বাখল ইনুং-নুংঙাইতনা বোমেন থোকখ্রে।

রোমেন্না গুবাহাটি যৌবকপা মতমদা বীমোলদু য়ুমদা হল্লক্লে হায়না লৈরম্লে। মহাক এম. কোম. তম্লগা পাশ তৌবা ঙমদ্রে। নুপী নহাদা খরা ঙাওবদগী লাইরিক্তা পূক্লিং চংদবদগী ওইরকপনি হায়না তাই। মাগা কোয়নরম্বা নুপীদুসু অতোপ্পা নুপা অমনা লৌখ্রে হায়না তাই। ময়ুমদা থোবক্লগা ফেক্তরিগী থবক য়েংশিল্লু হায়না নোংমা-নীনি চৎহল্লুরে। পুং তবেৎ-নিপাল কা অমদা ফমদুনা লৈবা হৈনদে হায়দুনা চত্ত্রে। পঙ্কজনা পূরা ওইনা য়েংশিল্লি। বোমেন য়ুমদা হল্লকপদুদা ইন্দিরানা হায় — "ইবুংঙো! ননাও নুপাসে শিলচরদা মতম খবা নঙগী থবক্তু পানবা তমহল্লু! য়ুমদা অসুম করিমত্তা তৌদনা লৈরবদি থবক লৈতদুনা ঙাওবকপা তাবে।"

রোমেন্নসু বীমোলনা মতম খরা থবক্তু পানরবদি মানা শোমদা বেডকুষিগী লমদু লৈরগা ধর্মশালা শাবগী থবকতু অথুবদা পায়খৎপা য়ারগনি খল্লি। হায়রকই — "ইন্দোমচা ঐ হংচিৎ নিংথৌকাবা নুমিৎসিদা মা পুরগা চৎলগে। ইন্দোমচানসু মাবু য়ান্নবা হায়নরো।"

ইন্দিরানা মচানুপাদা রোমেন্না হায়বিবা বাফমদু হৌদোকপদা যারে হায়রে। রোমেন্না বীমোলবু মাগী কাদা কৌশিল্লগা মানা হৌজিক তৌরিবা থবক্কী মতাঙদা শম্লপ্পা ৱারী

তৌই। মানা তৌগদবা থবক ফজনা তান্নরবা তুংদা মখোয় অনী নিংথৌকাবা নুমিত্তা চৎপা হায়না লেপ্লে।

রোমেন ঙরাং হাপ্লকপা ফুরীত্তু লৌথোক্লগা লীৎলগা মালিগাঁওদা রন্নিং বীল শেম-শারগা থাজিন্নবা বৃফ কেশতু পায়বগা থোরকই। চে মথং মথং থিরকপদা ঙরাং হাপখিবা পৈশা বন্দলদু পায়রুবদা খরা পাথবগুম তৌবদুদা হাইফেৎ য়েংলুবদা মনুংদা চাম্মা চৎপী তরামুক্তা লীশীং চৎপী অমখক্লা মমায় থংলগা লৈরম্বদুদা মা শ্বাই লাওই। মীৎনা কুপ্পদা মানা বীমোলবু চিংনরকই। খল্লকই — "ঐগী ইনাওসি সিগী থাকসি য়ৌরবোইরে। করমকান্দা পৈশাদু লৌরগা য়াম্না হৈনা চাম্মা চৎপী খরগী মমাঙদা লীশীং চৎপী অমনা মমাঙ থংলগা রবরনা ফাজিল্লগা হাপ্লল্লিবা!"

মানা বীমোলবু মাগী কাদা কৌশিনবদা বৃফ কেশতু শো লোন্দবদুদা হাংলগা লৌবা শোয়দনা ওইগনি হাযনা ৱারেপ লৌরে। মসি য়াম্না চেকশিঞ্জবা রোমেনগী পুন্সিদা অহানবা থোকপা থৌদোক্লি। অমরোমদা অমুকসু খঞ্জিল্লুই মদুদি বীমোলদি দিল্লিদা মহৈ তম্বদা এম.কোম লোইশিনবা ঙমদ্রিবসি দ্রগ চাদুনা ঙাওশিন্নবদগী ওইরম্বসু যাই। মহাক পৈশা উবা য়াদবগী লায়না অমনা নাববা মীশক ওইবা শোয়দ্রে।

মী অতৈদা হায়দ্রবসু রোমেন্না ৱাফমসি মন্দোমচাদা পৈশা মাঙবগী ওইথোকপা য়াবা মরমদু শেংনা তম্মী। মদু তাবদা ইন্দিরা শ্বাই লাওনা পাখৎলি। মানা হেক পোকচবা মচানা অদু য়ৌনা ফত্তবদি ওইহন্নীংদে। ইন্দিরানা রোমেন থাজবগা মচানুপা বীমোলবু থাজবগা চাংদম্নবদা রোমেনবু লূম্না লৌরিবসি কবিগীনো খঙদে। মচাদা হেক হংলুবসু খংশাও-শাওরক্লবদি খঞ্জানরিঙৈদা নিংথৌকাবা য়ৌরক্লে।

রোমেনগা বীমোলগা থবক মফমদা চৎমিন্নখ্রে। ইন্দিরাগী মবুক্তা পৈশাদু মচানা লৌবা ওইরমদ্রবদি ফনিদা হাযবসি লাইনীং ওইরকই। থবক মফমদা হান্না চৎলি। মফমদু য়ৌবগা মোহোরি বীস্বাসনা হায় — "রামনাগরদগী খোঙনেম কৌবা অহল অমনা সাহেব য়ৌরকপগা লাক্তবা য়াদে হায়না তম্বীয়ু হায়রম্মী।"

বোমেন পাউদু তাবদা করি মরমগী ওইরমদগে খল্লি। মীনা লাক্তবা য়াদে হায়না কৌররবনিনা বোমেন বীমোল পুরগা রামনাগর য়ৌরক্লে। মানা লৈবা কাগী শো হাংলগা ইয়ারবেগ বৃফ কেশনচিংবা থল্লম্লগা খোঙনেম উনবা চঙলকই। নুংশিতোম্বী থোরকপদা মাগী ঙকশমদা হান্নগী য়াম্না পিকপা সনা মরীদুগী মহুত্তা খরা হেন্না চাউবা সনাগী মরী অমা শিরম্বা, মখুত্তা সনাগী খুদোপ অহনবা অমসু শিরম্বদু উবদা রোমেন ঙক্লম্মী। খল্লকই — "হাই! ঐগী বৃফ কেশতগী পৈশাদুবু মানা লৌবা ওইরবজাৎলা! অদুগা ঐনা ইনাও বীমোলনা লৌবা ওইরমগনি হায়না ইন্দোমচাদা হায়রুরিবা। ঐসি খন্থবা ওম্থোক্লা

ৱাৎখ্রেদা ! ঐ হয়েংমক চৎলগা ইন্দোমচাদা অশেংবসি হায়হৌদবা য়াদে। মসিনা ঐবু মখোয়না চিংনখ্রবদি ঐনা অসুক থম্মোয় শেংনা হোৎনরক্লিবা ময়ামসি লোইনা মাঙবা তারে।

খোঙনেম চৎথোক্লুবদগী হঞ্জিল্লক্রে। — "ইবুংঙো য়ৌরকপা নুংঙাইরেদা। হন্দক্কী দুর্গা পূজাগী শেনফমসি ইবুংঙোনা খবা নীংথিনা পুথোকপিবা তারে। ঐগী য়ুমদা লৈবনিনা ঐনা ইবুংঙোবু পুথোকহনগে হায়দোকখ্রে। পূজা হৌগদবদি নুমিৎ হুন্নিদা ঙায়রেদো। মদুদা ইবুংঙো লাকখিদবদুদা চোপ্লগদ্রা চিংনরক্তুনা হংজরম্বনি। ঐখোয় ইবুংঙোনা হন্দক হ্চানুপীগী পূজা নংনবা সনাগী মরী অমগা খুদোপ অমগসু শাবী হায়না মমানা তম্মী।" ৱাহৈদু তাবদা রোমেন খংপ্রেক হেক খংই। রোমেন কৈবন চল্লবা কৈগুম ৱাখল অসুম পিকশিল্লকই। খল্লকই — "ঐসি মখোযগী মপা মচা অনী চঙদুনা ফাখিবা শোয়ররোই। নলিনিনা পাউসি তারগা করি খল্লমগনি ? য়ুমসি থাদোক্তুনা হেক চৎখ্রবসু মরক-মরক্তা মাগী মশকসি উরগা অচৌবা তুবেল অমগী তোর্ব্বান্দা চাক্তারম্বা পোম্বী চেক্লানা খরা পিকথবা তুরেল তোর্ব্বান অমা থেংনবদা পূক্লিংগী পোখাবা ফংজবদু অমুক মাঙখিদৌরি। মসিসু অৱাবা অমনি। হে ঈশ্বর ! ৱাখলসিনা কদোমদগী লাক্লগা ঐগী থম্মোয় য়ৌরক্লিবা হায়বা ঙমদে। খোইথুম্নবা মহাও ঙাক্তনি লৈতাফম খঙদ্রবা ঐগী ইফমদদি।" বীমোলবুদি রোমেন্না মানা লৈবা শঙগী কা মনুংদা থম্বীরম্মী। নুংশিতোম্বী চা লোল্লগা রোমেন্দা অমা পীরম্লগা বীমোলদা চা কপ অমা পীবা চঙখি।

নুংশিতোম্বী চঙলকপদা বীমোল হাইফেৎ য়েংথোরকই। মাগী নোকমি-নোকমি মী কিদবা মতৌদুদা বীমোলনা খল্লি, — "অস ! মাগী ফিভমসিদে।"

নুংশিতোম্বীসু চা পীরম্লগা শৎ থোকখিগে হায়দনা "কাসি নুংশিৎ চঙলরোই থোঙনাওসি হাংদোক্লবদি ফগাদবা" হায়রগা থোঙনাওদু লাল্লগা হাংদোকই। হাইফেৎ নোঙ্বদা বীমোলনা উহৌবা য়েংহৈদবা পোৎশক অমখক্লা বীমোলবু ঙাওহল্লম্লে। অমুকসু হংজিল্লকই — "শোমগা ঐখোয়গী তামো রোমেনগা করি থোক্লবীবগে ?"

— "ইয়াম্বশিংনি"

— "অদুদি খরা কোইনরমদৌ মাল্লি ?"

— "পোকমিন্নবা নত্তেদা, থোইনা কোইনদে।"

ৱাহৈদু হায়রম্লগা নুংশিতোম্বী থোকখ্রে। বীমোল ফমুংদা ফম্লগা চা থক্লগা ৱাখল অমদা তাউদুনা লৈহৌরে। রোমেন লালবাপু লৈরবদি উনগে খন্দুনা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখিবদা নলিনি থেংনরে। নলিনিসু নুমিৎ হুন্নিরোম রোমেনগী থোঙনাও হাংদোকপা

উখিদবদুদা মঙোন্দা চৈনা মচা অমদি পীবগুম তৌবজাৎনি। মাসু বোমেন লাকখ্রে তাবদা মশক উনীংদুনা থোঙ্গাল ফাওবা থোরকপদা থেংনরুরে।

নলিনিনা — "হনবীরক্লেদনা।"

— "হোয়। ঐগী ইনাও অমবু থবকসি মতম খবা পানহনসিরা খন্দুনা মাবু থিল্লকপনি। ঐদি হয়েং অমুক চৎলুখিগে?"

— "ঐনা পাউ অনৌবা অমা তারিবসিবু চুমগদৌরিব্রা?"

— "হা! করি অনৌবা পাউ লৈরবগে?"

— "অনৌবা, অফবা মরী-মতা অমগী ৱাবীনিদা।"

— "করিনো? ঐদি ভাব তাবা ঙমদ্রে।"

— "মীগী সনা মরীকা থোনবীবা হৌরে হায়নরিসিবু...?"

রোমেন নলিনিগী মমাঙদা ইকাইবনা তৌফম খঙদ্রে। পৈশা মাঙবগী মতাঙদুসু মীগীদা লৈবনিনা হৌদোক্লুবদা মাগী ফজফম লৈতে। মতা চাদ্রবদি হন্দক নুংশিতোম্বীনা হোংলক্লিবা মওংসিনদি মানা ঐগী কাদা চঙলক্লগা ইজৎ মাঙহনবীবে হায়না লাউববদি ঐ শোয়দনা মাবু লৌদবা যারোই। মীপুম খুদিংমক্লসু থাজগনি। হৌজিক ঐ করি তৌবা তাই। ফবে, মতম খরা বীমোল মফমসিদা থনম্লগা ঐ অমুক হল্লক্লগা হোটেল অমদা লৈবা তারে। চিংন-চিংননা নুমিদাংগী চাক খোঙনেমগীদা চারগা বীমোল মখোয় অনী পূন্না হিপমিন্নরগা অহীংদুমা লেল্লে।

মথংগী অয়ুক্তা বীমোলনা তৌগদবা থবক মচা খায়না অমুক তাক্লে। চৎলমদাইদা মানা হান্না বীমোলনা পৈশা লৌই হায়রুবদু কোক্লবা লুপা লীশীং কুন্থা বীমোলগী মখুত্তা শিন্নরম্লে। লৈশাবীশিংদগী চেকশিনগদবা কয়া অমসু তাকই। রোমেন গুৱাহাটি চৎনবা থোরক্লে। খোঙনেম্না দুর্গা পূজাগী পৈশাগী মতাঙ পল্লকপদা ইনাও নুপাগা য়ান-য়ানবা ঙাঙনবীহৌরো! ঐ চত্তবা য়াদবা অথুবা থবক অমা লৈরে হাযরম্লগা বোমেন গুৱাহাটি চৎখ্রে।

গুৱাহাটি য়ৌবগা মন্দোমচাদা মানা বীমোলবু লান্না খনখিবদু ওইরমদ্রে, নুংশিতোম্বী কৌবী লৈশাবী অমনা লৌবা ওইরম্লে, হাযনা শেংদোক্লে। ইন্দিরাসু পাউদু তাবদা মকোক্তগী পোৎলুম অমা থাংথবমুক য়াংই। মন্দোমচাগা ৱারী ঙাইহাক শারম্লগা রাজেন গোহাইগীদা চত্তুনা মাগা তান্নরগা অনীশুবা ফেজগী বীল শারগা থাগৎনবা খন্নরুরে। থবক্কী প্রোগ্রেস মতুংইন্না য়ান্নদুনা নুমিৎ মরিনি চঙনা কন্না হোৎনদুনা বীল কায়রে।

হন্দক লৌবিবা বীলসিদগী বেদকুষিদা গীবিধাবিগী ফেক্তবি তৌবিবা লমগা তাইনবদা যোল্লিবা চীঙযাগী বিঘা মবিবোম চাউবা লমসি লৌশিল্লগা মানা নীংলিবা ধর্মশালা শাবগী থবক্তু হৌবগে লেপ্লে। মানা তৌগে খল্লিবা থবক্তু পঙ্কজদসু ইশেং-শেংনা অদুম ফোঙদোকই। পঙকজদি মাগী ফংফম থোকপা সেযাবদুনা উজযেন বজাবদা ফ্লেট অমা যোল্লি, মদ্ লৌবগা মদুদা যুম ওইনা লৈনবা প্লান তৌ। লোইবে হায।

নুমিৎ খবনিগী মনুংদা লম মপুগা উনদুনা বেদকুষিগী লমদু লৈবা-যোনবগী দলিন ইনববা তুংদা বেজিষ্টাব তৌনদুনা নামড াবি ওনবা লোইবে। বোমেন্না হন্দক লৈবিবা লমসি হযেং লোন-ন° লৌবা তাববসু খবা কোম্লবা মাগী মমিংদা পাল্লি। মদুমক্লা লমদু মানা ওইগে হাযবদি নত্তে। কোন্না ট্রস্ট অমা শেল্লগা ট্রস্টকী মমিংদা ওল্লবসু কাযবোই খনবদগী তৌখিবনি। মানা নীংলিবদুমক গীবিধাদা ফোঙদোকপদা গীবিধাবিনসু যাই।

টাটাগাডী অনী অহুমদা চীংলৈবাক হালহল্লগা অকুৎপা লমদু মেনবা হৌবে। বোমেন অনৌবা বাগ অমা যাওনা থবক চঙশিল্লি।

বোমেন্না গুবাহাটিদা বেদকুষিগী নৌনা লৌবা লমদা পুক্লিং চঙলিঙৈদা মাগী থবক মফমদা থবক পানহৌবা বীমোল নোংমা-নীনিদি বা ইঙা° ঙাংদনা থবক ফজনা পানবম্মী। মাগী চই। লোনগা বঙ্গালি অহুমখক যাওবিবদুনা থবক শুবিঙৈদা লোন্না হিদাক থক্তুনা লৈবম্মদু বীমোলনা উকবে। মখোযদি চৈবক্কদ্রা হাযনা পাখৎলুবে। অদুবু বীমোলনা শ্মাইদা হিদাক অঙাঙবা ফংব্রা হংলকপদুদা হবাউনা সংই সাহেব হাযবকই। মখা তানা 'সাহেবসু হিদাক তঙাঙবা হৈনবীব্রা?" হংলকই।

যংলবদি ঐসু খবা পাযগে লৌকগেবা হাযবকপদা বঙ্গালি নহাদুনা সাহেব। ঐ লৌকগে হাযনদুদা লুপা চামপ্রা চৎপী অমা শংলগা পী। অতোপ্পা নহা অমনা — 'সাহেব। অশাবা ঙাক্তা পাযবদি নংঙাইবোই নু ঙাইবগী নুংঙাইবা অতাওবা খবগা যাওববদি",
ফ ব্ ফংগদ্রা ফংলগা অতাওবসু যাওনা লৌবকও হাযনা লুপা চামঙা অমগা হাপ্পি। সাইকল অমদা খাউ অমা যাল্লগা চৎখিবা নহাদু পৃখাই অমগী মনুংদা হল্লক্লে। মখোয মবিশক্তা খোলা মনুংদা হিদাক থক্তুনা মাবিনবা যেন অতাওবদ্গা হাওনা চাদুনা লৈ। ঙাওফিং ঙাওফিং চোইবোন পাবোন খবা খবা ঙাওনবা হৌবকপা কান্দা লৈশাবী অনীখক্লা থীকাদাব থিবক্লি হাযনা থবক শুবা নুপা অমনা পাউ পীববে।

বীমোলনা খোলাদগী থোবকপদা নুংশিতোম্বীদু মমান্নবী অমগা লেপ্তুনা লৈবম্লে। নুংশিতোম্বীনা নহান বীমোলনা লাকপদগী যেংলক্লিবা মীৎযেংসি বীমোলসু ভাব অদুম তাই। মানা থবক মফম ফাওবা লাক্লগা থিবক্লিবসিনদি মনুংদা বা অমদি লৈবম্বা তাই খল্লি।

নুংশিতোম্বীনা হায়রকই — "অদোম্বু নত্তেয়ে ঐখোয়না থিরক্লিবদি দাদা রোমেন্নি। মাবু থবক মফমদা লাক্তব্রা?"

— "হেরা! মানা ঐঙোন্দগী করি হেল্লদনা। নখোয়গী অপাম্বদু হেক্তা হায়য়ু ঐ পিগে?"

— "য়াম্না লিংইকো! নহান দুর্গা পূজাগী পৈশা হাপ্পিনি হায়রগা হাপ্পমদনা চৎখিবদগী পূজাগী থবক হৌবা য়াদবদগী লাকচবনি। শোম্না হাপ্পিরবসু যাই।"

— "নখোয়না পাম্লিববু পৈশা কয়ানো?"

— "খঙদে, কয়ানো পূজাগী পোৎলম শীল-লাঙবা কোন্ননবা হাপ্পিয়ো।"

— "সে, সে; লুপা লীশীং মঙাসি পাযখ্রো, সিনা হান্না শীনবা হৌরম্লো।"

নুংশিতোম্বীনা পৈশাদু লৌগে হায়না লাম্লকপদা বীমোলনা নুংশিতোম্বীগী খুদাংদু তাপ পায়রগা মখুৎ অনী চঙদুনা পৈশাদু নুংশিতোম্বীগী খুত্তা শিন্নে। নুংশিতোম্বীনা — "মতা অমনিনা সিদে" হায়রম্লগা মখোয অনী নোক- নোক্কুনা চৎখ্রে।

হিদাক খরা পাযশিল্লুববনিনা লাক্রম্লিবা অনীদুগী ফিভমগী মতাঙদা বাবী শানহৌই।

বীমোলনা হায় — "হৌজিক লাক্লম্বী থীক-থা ফবী, ফনেক হিগোক শেৎপিদে। ঐগা শক খঙনবা নুমিৎ হুম্নিদা ঙায়রি। মাগী মীৎয়েং-নায়েং, এক্তিংদু মতা অমনিকো। মাগী বাগদা য়ুমকা লোইনা কাউবজাৎনি। তান চাদ্রদি মানা ঐ ফাখিবা শোয়রোই।"

পাখং অমনা হায়বকই — "পাম্মদি কোক হেক্তা লৌরো কৈনো! মশক হায়রা থোইনা থীবসু নত্তে, ফিভম মুর্ত্তি অদুম মফে, নখোয়গী জাতিসু ওইবা। খঙনবা নুমিৎ হুম্নিদা ঙায়রিঙেদা সিয়ৌনা লাক্কুনা সাহেবপু থিরকলিবসিনদি ফিজি-ফিম্নাকা নেৎলুরব্রা?"

— "এ! কদাইদগী, ঐখোয়দি তুলসি মনানি, মানা নহাল ঐনা লৈবা কাদুদা চা পীবা লাকপদা থোঙনাওকাদু হাংদোকপিরম্মী, ফমুংদা লৈবা ফিকাদু ফিয়ানগোক্তা য়ানখৎপিরদনা তৌরম্মীনে। ঐঙোন্দা তামো রোমেনগা করি থোক্লবগে, হঙোইনব্রা কাইনা হংলম্মীপোৎনি। ঙসিসু অদুম্মাইনা তৌরক্লদি মনাতোন্দু তাপ পায়রগা লৈথৎলুগে।"

পাখংদুনা — "খরা খরদগী ফাজখিনিকো!"

— "ফাখ্রগা ফাখ্রেদনা, অহানবনি কৈনো! অনী অত্তুম থিরগা লোইরে।"

অতোপ্পা পাখং অমনা — "কান্নররোই য়াবু য়ারদি কোক হেক লৌশিন্নোদা! চহী মতাঙসু চারে। ঐখোয়দি ইচা অনীদুম শুরে।"

অতোপ্পা অমদুনা — "ঙাইখো৷ মানা মী কিদ্রিবসে মবম অমা শোযদনা লৈবমগনি। সিদ্র লৈববদি অদুন্না তৌগনবনি। হান্না চেল্লুবগা খাইদোক্লুবা ওইজবন্নিকো৷ ঐখোযগী তাদা অমা নুপী মশক ফজবী অমা পুবক্লে হাযনা হবাউকৄবগা হাযদোকপা চৎলুবদা হান্নগী নুপা মযুমদা হাযদোর্কাপিকুবো, মচা অমসু লৈববনি হাযবকখিবদো নীংশিংলকইকো।"

অসুন্না নুংঙাই-নুংঙাইবা বা ঙাক্তা ঙাংনবম্বদগী অমুক হাইদোক্লখ্রে।

বীমোলদি খোলাদা ফম্না কুইনা তুন্নম্বদগী মোহোবি লাক্লগা হৌদোক্লগা ওটোবিস্লো অমদা বামনাগব তানা চৎখ্রে। ওটোবিস্লোদু খোঙনেমগী থোঙ্গালদা খামহল্লগা বীমোল কুমহৌবে। দুর্গা পূজা মফমদা মাইক খোংদুনা লাওবা তায। বীমোলদি যৌবকপগা ফমুং চঙলগা অদুম তুমথখ্রে। নুমিদাং পূং ৩বাগী অদুবাইদা নুংশিতোম্বী দুর্গা পূজা মফমদগী নাতোমতা হল্লকই। মখুত্তা লাইদা কৎপা অথুম অহাও খবা পুবকই। মযুম চঙদ্রিঙৈদা বীমোলগী থোঙদা কোক কোক তৌই। বীমোল মিকপ খংথোক থোকই। থোঙদু হাংদোবকপদা মুশি মুশি নুংশিতোম্বী লেপ্পুনা লৈবম্বদু উবে।

'কবি তাকপিগদবা?"

– 'অস। ব্যবহাবসিদে। ঙসাই পৈশা চাউনা হাপ্পগী মনা পীগে তৌনিদা" হাযবগা লাইগী নির্মলাদু বীমোলগী মখুত্তা শিন্নে।

— "শোম্বু কনা-কনা হনমিন্নবকপগে?"

— "ঐ ইতোমতা হল্লকই।"

— "অস। হাযবিসিবু কবিমত্তা কিজদব্রা?"

— "ইশাগী লৈকাযদবু কনাবু কিকনিগে?"

— "হাযবিসিবু ঐবুসু কিদব্রা? '

— "কিদে। নুপা থোক্তবা নুপানা অমুক্কা হেন্না কিদে।"

— "অস। ঐবু নুপা থোক্তবা মানব্রনে?"

— "কনানা খঙনি, নুপাগী মগুন্দি তৌথোবকপদা হেক্তা খঙগদবনি।"

— "কবিনো তৌথোবকপা হাযবিসিবো?"

— "নুপানা তৌবা ঙম্বা যাম্না লৈনা। নুপানা তৌবা ঙম্বদো নুপীনা তৌকুববদি হেক্তা পকচদবা।"

— "করিনো হায়রিসিবো ! ঐদি ভাব তাবা ঙমদ্রে।"

— "কবিগুম্বকান্দা য়েনবীগা য়েনবাগা পূন্না চাক্তামিন্নবা উবীরব্রা ?"

— "অদুবুদি উরেনা।"

— "মদুদা য়েনবীনা য়েনবাদা কৌরগা অহাওবা অমা লৈরে চামিন্নসি হায়বা উবিখ্রব্রা ?"

ঙাইহাক্তং খল্লগা — "হুম ! মদুমদি ওন্নবে, য়েনবীনা মচাশিং কৌবদি উবে; য়েনবাবু কৌবদি উখিদ্রি। চুম্মী, য়েনবানদি অহাওবা অমা থেংনবদা য়েনবীবু কৌরগা মানা চাগদবদু চাদনা য়েনবীদা চাহল্লি।"

— "ও ! অদৈদি... ? হায়গদবা ইকাইজে হায়রবোই। নুপা পাঙদবা হায়রিসে মদ্বাইদনে। নুপা পাঙদবগা বারী কুইনা শাবা তল্লি।" হায়দু হায়রম্লগা কাদগী থোকখিগে তৌই। বীমোলনা নুংশিতোম্বীগী খুদাং তাপ পাযবগা ফমুংদা চিংশিনখ্রে।

য়েনবাবাবগী ফজবা কাদর অমা নুংশিতোম্বীনা বীমোলদা তম্বীকবদগী বীমোলনা নুংশিতোম্বীগী মশাদা য়াওবা চানীংবা শরুক মখৈ ফংজদা চাকচাদা চাবা লোইখ্রে।

ফমুংদা উপ্পা তারিবা বীমোলগী মশাদা খুযাদা থুপ্পুনা লৈবিবা কম্বলদুনা থুংনা কুপ্পুনা থম্বীরম্লগা নুংশিতোম্বী কাদুদগী শাগুম তপ্পা থোবক্লগা য়ুমজাওদা চঙখ্রে। বীমোলনা নুংশিতোম্বীদা নুপাগী তৌবগুম্বদু থাঙ্গৈশেংনা উৎখ্রে। মদু ওইবতাই নুংশিতোম্বীগী পামজবা। বোমেন্দি থম্মোয খুদুম চনবা মীশক ওইবনিনা নুংশিতোম্বীগী লাংদা পাক থুহনবা ঙমখিদে।

দুর্গা পুজা মনুংদা রোমেন বেদকুষিগী নৌনা লৌবা লমদু লৈপাক থোনবা ফক্লাং ফেন্সিং খাবনচিংবা লোইশিল্লে। মানা শেমগৎলিবা মফমদু গীবিধারি পুবগা য়েংহল্লি। গীবিধাবিনা অকোযবদু ফক্কী মহুত্তা চেক্লা বাল নীংথিনা চন্নবা পাউতাক পী। গেট খপা চাউবা অমসু মফম চানা ম্যেন বোদকী মায়ওন য়েংলগা শাহৌনবা হায। ফেন্সিংগী মনুংদা নালা অমা কোযনা চল্লগা নালাদগী ঈশিং মপান্দা চিংথোকখিনবা থৌবাং তৌহৌনবা তাকই। অমুকসু নালাদগী খরা হঞ্জিল্লগা য়ুবী পাম্বী পবেং শানা নাকল অনীমক্তা থান্নবা, ময়াযদা পুখ্রিমচা অমা তৌরগা পুখ্রিগী অকোয়বদু লৈকোল ফজনা শেম্নপা থৌরাং তৌ হাযনা তাকই। ময়াম পূন্না পোত্থাবদা ফম্বা য়ানবা মপানগী অমোনবা ফম্বা নুংঙাইবা নাপী মখলদু থাবা লোন অমসু শেম্নবা তাকই। রোমেন্না খঞ্জবসু চহী খুদিংগী মণিপুরদগী অহল নুপী-নুপা কয়া বস থন্না ভারতকী তোঙান-তোঙানবা লাইফম শীন থুংনা কোযবা চৎনৈ। মণিপুরদগী গুৱাহাটি ফাওবা লাকপগীদি ধর্মশালাদা লৈবগী থোইনা মথৌ তাদ্রবসু থা অমরোম ভারত থুংনা কোয়রুরগা হল্লকপা মতমদা পৈশা-নুংশা

লোইশিল্লক, হকচাংসু চোকথরক, অনা-অয়েক কয়া য়াওরকপা কান্দা গুৱাহাটি য়ৌরকপা মতমদা নাগালেন্দদা লম্বী ব্লোকেড তৌদুনা মণিপুর য়ৌশিনবা য়াদবা মতাঙ লাকপদা নুমিৎ খরনিদি গুৱাহাটিদা ফাইদুনা লৈবা তারকপদা য়াম্না নুংঙাইনা শেল ইচঙ-চঙদনা পোত্থাদুনা লৈবা য়ানবা হকচাং চেক-নুং তৌনবা ডাক্তর ফাওবা থমদুনা শেল্লমগে হায়বসিনি। গীরিধারিনসু থবক্তু হান্নদগীসু পাঙথোক্লিংদুনা লৈরম্বনা রোমেন্না শীল্লক্লিবা থৌরাংদু অচুম্বনি হায়না খল্লি। রোমেন্না কথোক্কুনা হোৎনরমগে খল্লিবসিসু পান্দমদুগীনি।

থা মখায় অমগী মতুংদা রোমেন থীকাগী থবক মফমদা থবক্তু কয়া য়াম্না শুজিল্লবগে য়েংবা চৎলি। অদুবু থবক্তু মঙম ইশান-শাল্লমদ্রে। বীমোলদি থবক য়েংশিনবগী মহুত্তা নুংশিতোম্বীদা পুরা ঙাওদুনা লৈরম্লে। শিলচরগী করম্বা সিনেমা হোলদা করম্বা নুংঙাইবা সিনেমা তৌরিবগে থিরগা নুংশিতোম্বী পুরগা সিনেমা য়েংবা, কোয়বা-লংবা কয়া তৌদুনা লৈরম্লে। রোমেন্না মঙোন্দা শিন্নরম্বা পৈশা অয়াম্বা দুর্গা পূজাগী কুম্মৈ হরাওগী খরচতা লোইশিনখ্রে। অদুগী মথক্তা লাক্কদৌরিবা ফাইরেন থা পানখৎলকপদা রাসলিলা অমা কৎকনি, মদুদা-নুংশি তোম্বীনা মকোক চিংলগা হোজাইগী ওজা গৌরবিধু নেক্কুরগা জগোয় ৎম্বীহনগনি হায়নদুনা লৈরম্লে। পাউসি বীমোলগা নুংশিতোম্বীগা সিনেমা য়েংবা চৎখিবা হল্লক্ত্রিঙৈদা রোমেন্না মাগী কা থোঙ লোল্লম্বদুদা লালবাপুগী য়ুমদা চঙলগা ঙাইহাক ফম্লিঙৈদা লালবাপুনা রোমেন্দা তম্বদগী খঙবনি। মখোয়না কৎকদৌরিবা জগোয রাসতুগী কৃষ্ণ শাগদবনা নলিনিগী মচানুপী বেমবেমনি।

পাউদ্ তাক্নবদগী রোমেন্না বীমোলবু য়ুমদা চৎলসি হায়গে হায়না চপয়ুংনা লেপ্লে। নুমিৎ তারমদাইদা বীমোলগা নুংশিতোম্বীগা ওটোরিক্সো অমা তোংলগা হল্লক্লে। রোমেন্না বীমোল হল্লকপা উবদা লালবাপুগী য়ুমদগী থোবক্লগা মানা লৈবা কাদা চঙলগা বীমোলগা উনবে। বীমোলনা য়েংশিলহৌবা থবক্কী মতাংদা হংবদা বঙ্গালি মচা মহেস সাহাদা শিন্নরগা য়েংশিলহল্লি হাযনা ইবায়-লাযনা খুল্লকই। রোমেন্না শাওবপ্না হাযবকই —"ইয়াম্বনা নঙোন্দা শিন্নবগা য়েংশিল্লম্মু হায়রগা নঙনা কবম্না মীঙোন্দা অমুক শিন্নবিবনো? নঙবু সিদা থবক কয়া য়াম্না চিল্লদনা? নঙ য়ুমদা হনবনা ফব্নি।" বীমোলনা খুল্লকই —"দাদা! ঐসে অঙাং নত্তুবনি, ঐসু দাদানা তৌবা থবক, খনবা বাখল লোইনা খঙবজাৎনি।"

রোমেন বীমোলগী অদুম্মাইনা খুল্লকদবা মান্দবা পাউখুমদুদা মখা তানা ৱা ঙাঙগদবা চিংনবা পোক্লকই।

য়াম্না তপথরগা হাযরকই – "ফবে, নহান ঐনা নঙোন্দা শিন্নবম্বা পৈশাদুদগী লুপা লিশিং তরাখক্তা পীবকউ। থবক শুবিবা কাঙবুগী চেঙ, হৱাই মনা-মশীং লৈহৌদ্রে, হয়েং অয়ুক খরা লৈবীরমদবা য়ারোইদৌবি।"

বীমোলনা খুল্লকই —"ঐঙোন্দা পৈশা অমত্তা লৈত্রে, ঐদি দাদা লাক্লগা পৈশা খবা লৌহৌগে ঙাইবিবনি।"

"এ! কবিনো ইবুংঙো! থা মখায অমসিদা থিকাগী থবক্তা পৈশা অমত্তসু থাদদনা লুপা লিশিং কুনথ্রাবু কবম্না লোইশিনখিবা?"

"দাদানা মদু থিগৎপিযু হাযদে, ঐঙোন্দা লুপা লিশিং তবাখক্তা থনম্মু।" বোমোন তৌফম খঙদদুনা মব্দ লুকথবগা বাখল অমদা উংদুনা লৈ। তাঞ্জাদুদা নুংশিতোম্বীনা চা কপ অনীখক পুবগা কাদুদা চঙলকই। বোমেন্দা ওনশিল্লগা —"তামো! হৌজিক থুংলব্রা? চা থকসি।" বীমোলনা নুংশিতোম্বীদা ওনসিল্লগা হাযবকই —"নুংশিতোম্বী! সে! ফুবীৎসিগা খোঙগ্রাওসিগা যাম্না মোৎলে, হযে، লিৎপা নংনবা খবা শুদোনকউ।" অসি হাযবগা বোমেনগী মমাঙদা পীবা ফুবীৎ খোংগ্রাওদু নুংশিতোম্বীনা লৌবগা কাদুদগী থোকখি।

বোমেন মানা হাযগে খল্লম্বা বা অমত্তা মখা তানা কাঙথোকপা ঙমদনা নুংশিতোম্বীনা থল্লম্বা চাদু ফাওবা থক্তনা বেক্তু যাল্লগা কাদুদগী থোকখ্রে। অহীংদু থিকাগী থবক মফম তানা চৎলগা থবক মফমদা লেক্লে। মথংগী নুমিত্তা যুমদা হনবগী লম্বীদা খল্লকই — "ঐনা কবম্না ইন্দোমচানা হাযবা ইন্দুনা বীমোলবু থবক পাননবা পুকবিবা? তেল্লবা মতম খবসিদা কমদৌনা নুংশিতোম্বীনা মাবু ফাখিবা? চুম্মী, পৈশা মযামদু মপা মচাগী মোইথেমদা লোইবা শোযদনা ওইবমগনি। হৌজিক কবম তৌনা মাবু নুংশিতোম্বীদগী নাম্থোকহনগনি?"

গুবাহাটি যৌবে। পাউদু মন্দোমচাদা তম্লুবগা অমুক্তা হেন্না বাথোক ওইনবগদ্রা খনবদগী তমদ্রে।

মথংগী নুমিত্তা বীমোল যুমদা হল্লক্লে। মতমদু বোমেন মাগী কাদা হিসাব কন্না পাদুনা লৈ।

বীমোলনা যুমদা থুংলবগা মমাদা খংশাও-শাওনা মখোযগীদা বোমেন থম্বগী মতাংদা ঙাঙবা হৌবকই —"ইমা! নঙগী অশাবা নচা নুপা বোমেন হাযবদুনা তৌবিবসি করিনো? মাগী থবক পান্নহল্লগা পৈশা লৈত্রে লুপা লিশিং তবাখক্তা পীবম্মু হাযক্লবদগী খুল্লমদনা চৎলগে হাযবা ফাওবা তাক্লমদনা চৎখিবদু সি যৌবক্লব্রা?"

মমানা —"তপ্না ঙাঙউ, নযাম্বা মাগী কাদা লৈবমগনি" হায।

—"লৈগে লৈসনু! মাবু নখোযনা অশুক যাম্না কিবিবসি কবিগীনো? ঐ ঙসিদি মাবু য়ুমসি থাদোক্লগা চৎথ্রো হাযগে হাযনা থৌওইনা লাক্লবনি। নুপাসিবু যুমসিদা লৈহনবা

ঃকয়া য়াদ্রে। খরা লৈরগদি ঐখোয়গী ইমুংসি মঙোন্দগী নিরগা হিংবা তারক্কদৌরি।" াচাগী অদুক কনবা ৱাদুদা ইন্দিরা তৌফম খঙদ্রে। হায়রকই —"করিনো ইবুংঙো নঙনা ঃঙলিবদুবো? পোকমিন্নবা নয়াম্বদগী হেন্না লুনা খনগদবা নয়াম্বগী মফমদা নঙনা ঙাঙলিবদু মদে। নথক্তা নয়াম্বা নখাদা ননাও লৈবসু নত্তবা, ইমাদি রোমেনবু নয়াম্বমক্তি খল্লিবনি।"

মমাগী ৱাদু তাবদা বীমোলনা খুল্লকই —"মানা ঐখোয়গীদা অশুক কুইনা নৈশিন্দুনা লৈরিবসি ইমাখোয়, বাবাচৌখোয়না করিমত্তা খঙদ্রমালে, মনুংদা মরোল অমা লৈরম্লে। মানা ইশুংসিদগী কনাগুম্বী অমা কন্না লুম্মী। হন্দক ঐখোয় 'চে বালাগী লুহোংবা কায়রবা তুংদা নুপা ময়ুমগী মী লাক্তবগী মরমসু মানা য়ুমসিদা লৈবদগীনি হায়বসে হন্দক ঐনা কাছাড়দা থা মখায় অমা লৈরুবদা লোইনা তারক্লবনি। মাবু ঐখোয়গী শাগেগী ঈরা? ইমাদি মাবু লুনা তৌমনখিবনা মীনা ঙাঙনরিবসি করিমত্তা তারমদ্রে। মানা ঙসি ফাওবা থিকাদার শাদুনা ঐখোয়বুনা মাগী মতুং ইনবা মোহোরি ওইহল্লিবসি কনাননো? ঐখোয়গী বাবাচৌনা মাবু জেলদগী থাদোরকপা মতমদা অতোপ্পা মফম অমা য়েংখ্রো হায়রম্লবদি বা-যাম্নরম্লোইদবনি। নুপী অমগীদমক নুপা অমা হাৎপা ঙম্বা মীশক অমবু করিগী কৌশিন্দুনা য়ুমসিদা থমফম থোকপগে? মমৈদা ঐখোয়গী য়ুম, ইংখোল, শম্পত্তি লোইনমক মাগী ওইখিবা শোয়ররোইদবনি। য়ুমদাংবনা কৈনাবা হায়বদু য়ৌগদবা কুইদ্রবনি। য়েংউ। মানা হন্দক তৌরিবসি বেদকুষিদা লম অমা নংহৌরোইদবগুম লৈরিবসি মাগী মমিংদা শোয়দনা পাল্লমগনি। ববাচৌদসু ঐঙোন্দসু করিমত্তা তান্নবমদনা ঐবু শিলচরদা থবক পান্নহল্লগা মানা শোমদা মাগী মিংদা লম লৈশিল্লম্লে। মানা তাল্লিবা পৈশাসিবু কনানা হান্না পুথোকপিখিবগে? মাবু শেম্বীরকপা মপু চাবগী থবক চৎথরকপা নুপা অসে ঐদি শুকয়া য়ানীংদে। ঐদি মাগা লৈমিন্নবা শুকঙম ঙম্লোই। মাবু য়ুমসিদগী চৎহন্নখিবা অমা নত্রগা ঐনা য়ুমসি থাদোক্তুনা চৎখিবা অমা শোয়দনা তৌবা তাবনি। ইমানা বাবাচৌগা তান্নরগা অথুবা মতমদা ৱারেপ অমা লৌবীরো হায়রিবসিনি।"

হায়রক্কনি খল্লুদবা ৱাফম অমখক বীমোলনা হায়রকপসিদা ইন্দিরানদি রোমেন মাগী কাদা লৈতমালে খল্লুরগা রোমেনসু মাগী কাদা লৈবনিনা বীমোলগী ৱাদু লোইনা তারম্লে।

রোমেন মাগী কাদা পুক্লিং নুংশিনা মখোল থোক্তনা কপ্তুনা লৈরম্মী। মানা বালাবু পোকমিন্নবা মচনগুম্না খঞ্জরুবদু অউবশিংনদি পোকমিন্নবা মচনমক্তি নত্তবনিনা মৌপ্পা বীমোলদা তম্লম্বা তারে খল্লি। মদুনা মরম ওইরগা বীমোলনা মাবু অদুক য়াম্না চিংনরম্বগী মরম্নি। মসিনা ওইবা তাই, লৈপুংনা যন শাবদা মো লাউনা খোংদে হায়নবদু! রোমেন কাদগী থোক্লককপা ঙমদনা উংদুনা লৈরে। মহাক্লা য়াম্না থুনা পায়খৎকে খল্লুবা ইপুগী

মিংদা ধর্মশালা শাবগী থবকসি মতম খরা লেপখিগে খল্লে। মাগী মিংদা পাল্লুবা লমগী পট্টাদুসু য়াম্না থুনা গীরিধারিগী মিংদা অমুক ওম্ভোক্লবা তৌরগে লেপ্লে।

ঙসি বীমোলনা ঙাঙলিবা ৱাসিদা অচুম্বা মরম কয়া অমসু য়াওদবা নত্তে। অদুবু রোমেন্দি অফবা ঙাক্তা খল্লুবনা ফত্তবগী নাকন নাম্মদু শুকউ উবা ঙমখিদবনি।

কাদা তুমিন অসুম লৈরম্বদগী রোমেন কাদুদা হুবানবা চঙলুবদা মপু উদ্রিঙৈদা কাদুদগী করম্না নাম্ভোক্লগা মপু উহন্দনা থোকসিগে খনবদুগা চপ মান্নখ্রে। মীরক-নারক রেংলগা সন্ধ্যাগী মল্লি-মল্লিবা মতমদুদা ইয়ারবেগ অমদা পুবা য়াবা খরা হাপচিল্লগা য়ুমদগী থোকখ্রে। মহাক থোকখিবা অমদি হঞ্জিল্লকপগী মতাংদা কনা অমত্তনা উহৌদবনিনা ইমুংগী মী অতৈনা বীমোলবু শাওনীংবা নত্তনা অতে ৱাখল থোইনা খন্নরুদে। ইন্দিরাদংদি মচা বীমোলনা হায়খিবা অকনবা ৱাহৈশিংদু রোমেন্না তারমদ্রদি ফনিদা খল্লি। বালাদি মৌপ্পাগী অকনবা ৱাহৈশিংদুনা মাগী কাদা চঙলগা হিক্লা হিক্লা কপখি। নুমিত্তু নুংঙাইতবগী ফিজং অমনা পুল্লপ খুমজিনখিবগুম গীরিধারিগী ইমুংবু খুমজিনখি।

নুমিদাংগী চাক লোইদুনা বালানা মহৌশাগী মতৌগুম রোমেনগী কাদা চঙলুবা মতমদদি রোমেনগী কাগী টেবলদা চে অমখক্তা অসুম্না ইদুনা লৈরম্বা থেংনরুবে — "ইবুংগী ইবেম্মা বালা! নঙ ইবুংবু ৱাবৌগনুকো। মথংগী মপোক অমদা ইচিল-ইপ্পা ওইনা ইন্দোমচাগী গর্ভদগী পোকমিন্নসিকো!" চে মচেত্তুদা ইবম্বা মযেক খবদু পাকবদগী বালা ইমুংদুদা মী অমা খঙহৌদনা শিবগুম মখোল থোক্লা কপথোবক্লে। মমাসু কাদুদা চঙলক্তুনা ঙাইহাক কপমিন্নবে। ইমুংদুদা থোক্লিবা থৌদোক্তুনা মবম ওইবগা চানীংবসু থোইনা পোক্তবনা বালাগা ইন্দিরাগদি চাক চাদনা ফমুং চঙখ্রে।

নোংঙাল্লকপদা রোমেন য়ুম থাদোক্তুনা চৎখ্রে হায়বসি গীবিধারিগা পাকপীগসু খঙলে।

গীবিধারিনা বীমোলবু কৌথোক্লগা খরা ৱারক্কে হাযদুনা ঙাঙবা হৌই —"ইবুংঙো। নঙনা হন্দক রোমেন্দা হায়খিবা ৱাদু য়াম্না লানবা ৱাখলদগী হায়বনি, নঙ নয়াম্বগী মফমদা য়াম্না থুনা লানখ্রে হায়না অমুক্তং শেংদোকউ!"

গীরিধারিগী ৱাদু তাবদা বীমোলনা খুল্লকই —"ঐগীদি হায়রিবসিনি বাবাচৌ! মাবু য়ুমসি থাদোক্লগা চৎহনখিদ্রবদি ঐ ওইনা য়ুমসি থাদোক্লগা চৎখিবা তাবনি।"

মাগী অকনবা ৱাহৈদু তাবদা গীরিধারিসু অশাওবা ফাজিনবা ঙমদবদগী হায়রকই —"ফরে, নঙনা য়ুমসি থাদোকলগা চৎখ্রবসু ঐ করিমত্তা ...। ৱাহৈ পরেংদু হায়বা লোইফাত্রিঙৈদা গীরিধারি মখুৎনা মথবাক পায়রগা —"ঐ করিনোমা তৌরে" হায়রকই।

খুদক্তা গীরিধারিবু হোসপিটালদা পুখৎলে। বীমোলদি য়ুমদগী শাওদুনা থোকখিবদগী হৃঞ্জিল্লক্তে।

রোমেন অহীংদু হোটেলদা লৈবগা নোংঙানবগা পঙ্কজগী মনাক্তা চৎলি। মতমদুদা পঙ্কজগা ফজবীগা অনীমক হোসপিটাল চৎখি হায়বা তাবদা রোমেনসু হোসপিটালদা লাকই। রোমেনগী মশক উবদা গীরিধারিগী হকচাংদু খরহেক ফগৎপগুম তৌই। মাদি রোমেন অমুকহন্না মখোয়বু উনবা লাক্লরোই খল্লুববনি। মানা রোমেনগী ফাথবা ঙম্বা অঈংবা থম্মোইদুবু নুংদা থাগৎলি। রোমেন্না মন্দোমচাগা বালাগা মফমদুদা উরবসু ঙরাংগী বীমোলগী ব্রাহৈশিংদুনা মন"ক্তা চঙশিনবা ঙমদনা মখোয়গী মশক উরগা ইকাই-হঙ্গোইবা ফাওরকই। ইন্দিরানা মনাক্তা চঙলক্লগা হায়বকই —"ইবুংঙো! নঙ ননাওগী ব্রাদুদা লান্না খক লৌগনুকো। মঙোন্দা কন্নানা করি ব্রা তমশিনবীবদগী মানা নঙোন্দা ঙাঙলোইদবা ব্রা কয়া ঙাঙলক্লিস্বনি। ইন্দোমচাসু মাবু অঙাং মচানি হায়দুনা ফু-চৈদুনা ব্রারকপগী মতমসু নত্তবদুদা করিমত্তা হায়বা ঙমদ্রে।"

রোমেন্না খুম্লকই —"ইন্দোমচা। ঐ খুবাইবুংঙো। পুবগা য়াম্না থুনা ভেলরগী সি.এম.সি হোসপিটালদা লায়েংবা পুব্বগে! হন্দক্কী মতাংসিদা য়েংহৌদ্রবদি খুরাইবুংঙোগী ফিভম কা হেন্না শোকচিনখিবসু য়াই। ঐ টিকেৎ কক্লুবগে?" বোমেন মফমদু থাদোক্লগা চৎখ্রে।

ফজবীসু বোমেন্না য়ুম থাদোক্লগা চৎখিবদগী মপাবুংগী অনাবা হৌরকপনি তাবদা হোসপিটালদগী মপামদা বীমোলবু চৈবা লাকই। মচে ফজবীনা ঙাঙবদদি বীমোল করিমত্তা খুমদে। বীমোলনা মহৌশাদগী মচে ফজবীবুদি খরা কিবনি। মবমদি মচে ফজবীনা কন্না যেৎলবদি মাগী শরুক কবিমত্তা ফংদবসু যাই হায়বসি খঙই।

গীবিধারিগী হকচাং নোর্মেল ওইরক্কনা য়ুমদা পুথবক্লে। বোমেন্না টিকেৎ কক্লুরবনিনা মথংগী নুমিত্তা চৎনবা থৌবাং পুম্বা লোইরে। গীরিধারিনা রোমেনবু য়ুমদা হল্লক্কবদি মা লায়েংবা চৎলোই হায়বদগী রোমেন অমুক অহীং অমা হান্নগী ফমুংদা হিপ্পল্লগা নোংঙানবগা গীরিধাবি পুদুনা ফ্লাইট্টা ভেলরগীদমক গুৱাহাটি থাদোক্লবা থৌরাং লোইরে।

রোমেন্না অমুক য়ুমদুদা হল্লক্লগা অহীং অমা লেক্লল্লবসু মহৌশা বালানা পোকমিন্নবা মবুংগুম চৎলমদাইদা রোমেনগী অৱাৎ-অপা হংজগদবদুমদি মৌপ্পা বীমোলগী ব্রাহে খরদুনা রোমেনগী মনাক্তা চঙবা ঙমহনদ্রে। মখোয় অনীগী মরক্তসু অনৌবা শম্বল অমা নৌনা খাহনবীখ্রে। অসুম্না রোমেন্না গীরিধারি পুরগা ভেলর চৎখ্রে।

# তরাতরেৎশুবা

রোমেন অমদি গীরিধারি অনী ভেলরদা থুংদুনা রবি লোদজদা লৈরে। মখোয়না লৈরিবা কাদুগা থংনবদা জোরহাৎতগী আসামি ফেমিলি অমা লৈ। মখোয় মমা মচা অহুম্নি। মমা রঞ্জনাগী পেবালাইসিসকী লায়েংবা লাকপনি। মখোয়দি নুমিৎ তরানিরোম শুরে হায়। রঞ্জনাগী পেরালাইসিস তৌরবা মখোঙদু নুংতিগী সি.এম. সি গী রিহেবীলিটেসন্দা এক্সরসাইজ তৌবা চৎলি। হান্নদগী খরা য়াংলে হায়। বরেন্দাদা অয়ুক ঙন্তা হৌগৎলগা মখোঙ শেক্লা-শেক্লা ঙাক্লৌগী চৈশুদু পায়রগা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি?

চহী লেঙ্গা ওইনা তৌবা রঞ্জনাগী মচানুপা নোরেন গোগোইগা রোমেনগা খুৎ শোক্লদুনা শক খঙনরে। অমসু আসামদগী আসামি ঙাঙবা অমসু আসামদগী আসামি লোন খঙবা মণিপুরী ওইরম্বদুদা য়াম্না থুনা নকশিন্নখ্রে। মথংগী অয়ুক্তা নোরেন গোগোইনা তাক্তুনা মখোয় অনী চৎলগা চাক-ঈশিং থোং-থাক্লবা কোল-লিক গ্যাস সিলিন্দর (লিটর অনীচনবা স্টোপকা পূনবা) ঈশিং হাপ্নবা পালটিন শুনা ৱায়রুরে। কৈথেল চৎমিন্নদুনা চেঙ, হৱাই, মনা-মশীং খরসু লৈমিন্নরুরে। হল্লক্লগা রোমেন ঈরু-মায়থজবা লোইরগা চাক থোংনবা হোৎনখ্রে।

নোরেনগী মমা রঞ্জনাবু লায়েংলিবা নিউরোগী ডাক্তর টি এ চান্দিনা গীরিধারিবুসু য়েংগদবনি। হান্নদগী গুৱাহাটিগী ডাক্তর অমনা টেলিফোন্দা এপোইন্টমেন্ট লৌবীবদু মথং নুমিৎকী অয়ুক্কী পুং মাপলদা তারে। নুমিত্তু রোমেন্না অহানবা চাক থোংবা লোইদুনা গীরিধারিগা পুন্না চামিন্নরে। নুংথিল নুংশা খরা নেমথরকপা মতমদা ভেলরগী লম্মীৎ-তুমিৎ খরা খঙনবা অসুম চৎথোক্লুসি হায়না রোমেন্না নোরেন্দা হৌই। রঞ্জনানা মচানুপী রিকিবুসু খরা পুবীয়ু হায়। মবুংনা চৎকদবা ওইরবদি ফি হোংদোকউরো হায়বদুদা রিকি বাথ রুমদা হোংদোক্কদবা ফি পুরগা চঙখ্রে। সলৱার কম্মিজ শেৎলগা মশম হাৎনা-হাৎনা মমাগী মনাক্তা লেপ্লরে। মমানা মচাগী শমদু তুংলোমদগী নীংথিনা শেল্লগা পুনখৎপি। ঙাইহাক ঙাইনরগা মখোয় অহুম আসামি লোন্দা ৱারী শা-শাদুনা চৎমিন্নখ্রে। বরেন্দাদা থাংদোক্তুনা লৈবা চৌক্রিদুদা রঞ্জনাগা গীরিধারিগা ফল্লগা ৱারী শানদুনা লৈহৌই। লোন খঙনবদুদা পোত্থামিন্নবদা নুংঙাইনবা মচাক অমসু পীরি। মখোয় অহুম অসুম মনীংলোমদা ম্যেনরোদ অচৌবদু লাম্থোক্লগা খোঙনা খরা চৎলগা টিপু সুলটানগী ফোর্ট মপা য়ৌরে। অৱাং থংবা কেনেল মপানগী নুঙদুদা ঙাইহাক ফমখিসি হায়দুনা ফল্লগা

অচৎ-অওকশিংদু য়েংই। অমুকসু ফুট চাম্বরোম হেন্না লুবা কেনেলগী আ মখাদা চেল্লিবা ঈচেলদুদা লমঙানু খরা চাদুনা শান্নরিবদু য়েংই। মহৌশানা লানবন অয়াম্বগী ৱাংমদা ঈশিংগী খোংলম অমমমদি শেমদুনা থমনৈ। মফমসিদসু লানবনগী ৱাংমদা তুরেল অমা য়াম্না লুনা তৌরগা য়েক্লবা লানশিল্লকপা ঙমদনবা শেল্লম্মী। মদু য়েংনা-য়েংনা নোরেনগা রোমেনগা শানরিবা ৱারীদু রিকিসু অদুম তায়। মাদি ৱাহে অমফাওবা য়াল্লুবা লৈতে। মমীৎনা রোমেন্দা হুরান-হুরান য়েংলিবদু রোমেন্নসু উই। রোমেনগা মাগদি য়ামদ্রবদা চহী তরুক-তরেৎকুম্বদি খেন্নরমগদবা মাল্লি। মমীৎনা নোকপি রিকিগী পূক্লিংদসু য়োমেনবু উবদা নুপী ঙাওনবা মীৎয়েং, ৱাঙাং অমা পোকপদগী রোমেন্দা য়াওজরকপা গুন্দুনা মাবুসু ফাগ্রবগুম তৌরুরে।

ৱারী অসুম শান্নরকপদা নোরেন্দি য়ুম পাল্লগা চহী অনীগী মচানুপা অমা লৈরে হায়। রোমেন্না মাদি পাখংনি হায়বদুদা ওইরম্বসু য়াই, রিকিগী মীৎয়েং অমদি ৱাখলদা নুংঙাইজবগুম তৌরুরিবা! মাগী খৌরাংবা মীৎয়েং অমদি ৱাখলবু ভাবনা উবা ঙম্বা রোমেন্না ৱা অমখক হংলকই — "ইচন্দি ঐখোয়না ৱারী শাবসু য়াওদে, বোরিং য়াম্না চুরমদৌ মাল্লি। ইচনবু হৌজিক য়ুমদা করি-করি হোৎনরিগে?"

— "দাদা! ঐ গ্রেজুএদ লোইরগা স্কুলগী ওজা ওইনবা আসাম সবকারগী মখাদা পাঙথোকপা চাংয়েং পরিক্ষ্যা অমা য়াওজখ্রে।"

— "য়াম্না ফৈ, ওজাগী শিনফম হায়বসি য়াম্না লেম্বা শিনফম্নি। নুপীগীদি শিনফমসিনসু খ্বাইদগী হেন্না ফৈ। হৌজিক মতমগী অঙাংশিংসে স্কুল লেভেলদগী হৌনা চেকশিন্না তাকপি-তম্বীদুনা শেমগৎলকপা মথৌ তাই। মখোয়বু থকশি-খাশি লমচৎ-ব্যবহার তম্বীগদবসি পিক্লিঙৈদগী তম্বীগদবনি। লমচৎপু চাউরগা শেম্বদি খরা ৱাগনি। মরুপ গোগোইদি করম্না খনবীবগে?"

"য়াম্না চুমই। হৌজিক মফম খুদিংমক্তা জাতি খুদিংমক্কী ওইনা লমচৎ-শাজৎ, চিঞ্জাক্তা য়াম্না চাউনা অহোংবা অমা লাক্লে। মসি মরুওইনা ইংলিস সিস্টেমগী লাইরিক মতম্বীদা পূম্নমক্না মায় ওনশিন্নরকপদগীনি। অসিগুম্বা ঙসিগী অঙাংশিংসিদা লমচৎ-ব্যবহার, থকসি-খাসি নিয়ম চুম্না তম্বীহৌদ্রগদি তুংগী মীরোলদা চাউনা অশোয়বা ময়াম অমা লাকহৌগদৌরিবনি। মদুদা মখোয়না হান্না হিংলম্বা অহলশিংদা শোয়দনা দোষ তৌহৌগদৌরিবনি।"

— "য়াম্না চুমই। করপসন হায়বসিসু লমচৎ-ব্যবহার, থকসি-খাসি ৱাৎলকপা পূকচেল শেংনদবদগী থোরকপনি। অদুগী মথক্তা হৌজিক্কী মতমদা ঈশ্বর, লাই থাজদবগী ৱাখল অসিনসু করপসন অমদি কা হেন্না ফত্তবা থবক ময়াম অমা তৌরক্লবগী মচাক

ওইহল্লি। মরম অদুনা ঐগী ঐগী ধর্মগী লাইবু নুংতিগী ঈরাৎ-পূজা তৌবসিসু অচুম্বা পুরক্লবা অমদি নিয়ম ঙাক্লবা য়াম্না চাউবা মরম অমনি। শেংনা ঈরু-লুজরগা অশেংবা ফি শেৎলগা লাই খুরুম্বা অমদি অফবা থবক তৌবদা শোয়দনা মায় পাক্লনি হায়না পূক্লিংনা থাজে। মদুগী অচুম্বা, ফজবা ৱাখলদু ঙর্সিদি পূম্নমক কাউনবগুম তৌরক্লে।"

"চুমই, মরুপ্না তাকপিরিবদু, শোয়থরক্লিবা ময়ামসি অশোয়বশিংদুগী ফলনা ওইহনবনি। মমৈদদি চাউখ্রবা ইন্দিয়াসিসু রুসিয়াগুম্না মচেৎ-মচেৎ কয়া থোক্লা কায়থরকপসু য়ারিবনি। মদু হিন্দুগী জোইন ফেমিলি থুগায়রগা ইমুং মশীং কয়া থোক্লা খাইদোক্লরকপগুম্বনি। অপুনবগী পাঙ্গলগা মচোই তাবগী পাঙ্গলগা কৈদৌঙৈদসু মান্নবা হৌনদে হায়বসিমসু পূম্নমক্লা খঙমিন্নবা মথৌ তাই।"

ৱারীদি শাবা হৌখ্রবদি লোইবা নাইবা নত্তে। রোমেন্না — "মখারোমদা চৎলগা অতোপ্পা মফম খরগমুক য়েংলুসিরা" হায়না হৌই। মচিন-মৌপ্পাসু হৌগৎলকই। মফমদুদগী মখোয় অহুম মখা পাংনা লাকই। খরা চৎলগা লৈগী বজার য়ৌরে। লৈ মনমদুনা মফমদু পূমঙাও-ঙাওই। রিকিগী মমীত্তা মফমদুগী মৌ, লৈশাবী খুদিংমক্কী মশমদা লৈ চরোং-চরোং ফজ-ফজনা য়াল্লগা চৎনরিবদু উবদা মাসু শমজিদা লৈ থেৎনীংবগী ৱাখল অমা ফাওরকই। লৈয়োনবী হনুবী অমদা খুৎনা সাইন তৌরগা জাতি কুপ্পী ঙাক্তগী লৈপরেংদুগী মমল হংলুরে। খুৎশা তরাদু উৎলগা "দশ রুপয়া" হায়রকই। অমখক্তা পীবীয়ু হায়। হনুবীদুনা মা শেম্বীগে হায়দুনা রিকিগী মশমদা মওং তানা লৈদু পুল্লগা শেম্বীরে। নোরেন্দি মচন নুপীনিনা থোইনা য়েংলুদে অমদি খুঞ্জিল্লুদে। রোমেন্না হাইফেৎ য়েংলুবদা রিকিদু লৈদুনা মশমদা থেৎপদা মগুণ অমা খংহেন-হেনগৎলকপগুম তৌরকই। ঙৌরবা য়াদু হাইফেৎ উরপ তৌনা খোইরুম তৌরকপদুনা রোমেনসু মাগী মশক্তু য়েংলরোই হায়বা ঙমহন্দ্রে। রোমেনগী কোক্তা লৈরম্বা গুবাহাটিগী নুংঙাইতবা মৈশাদু খরদি কাউথোকখ্রে।

লৈ শেম্বীবা লোইরগা রিকিনা পৈশা পীনবা বেগ হাংলগা লুপা চাম্মা চৎপি অমা শৎলগা হনুবীদুদা পী। হনুবীদুনা মকোক হাইরকই। রোমেন্না — "ঐঙোন্দা পৈশা অচোইবা য়াওরি, ঐ পীগে" হায়রগা মানা পী। লৈ লৈবা লোইরগা কৈথেল মনুংদা চঙলগা য়োল্লিবা ময়ামদু মথং-মথং অসুম য়েংলকপদা বোলগুম্না মতুম তাবা অৱাথবী য়োল্লম্বা উরুরে। অৱাথবী অনীখক লৈরে। রিকিনা মা পায়গে হায়রগা প্লাষ্টিক খাউদু মানা পায়। মনা-মশীং য়োনবা কৈথেন্দগী চম্প্রাগা ফর্দিগোম খরগা লৈরগা থোরকই। গোগোইনা মখোয় অনীবু খা পাংনা অমুক পুরগা লাকই। মখোয় অনীবু ঙা য়োনফম তানা পুশিল্লকই। সমুদ্রদা ফাবা ঙা মখল কযামরুম য়োল্লম্বা থেংনরে। মথং-মথং অসুম য়েংলকপদা ফ্রিং-ফ্রিং চোংবা কম্মন কার্প ফজবা ঙাক্তা য়োল্লম্বা অমুকসু থেংনরে। রোমেন্না ঙাদু

কিলোগ্রাম অনীখক লৈরগা শেমহল্লে। হন্দকমুকসু রিকিনা ঙাদু মা পুগে হায়। অদুবু হন্দক্তি রোমোন্না য়াদদুনা মানা প্লাস্টিক খাউদু মখুত্তা য়াল্লগা পুরে।

লম্বীদা হোটেল চঙবদি ঙা য়াওবদুদা নুংঙাইতদুনা রোমেন্না স্প্রাইট বোটল অমা লৈরগা মখোয় পূন্না লাকমিন্নদুনা রবি লোদজ য়ৌরক্লে। রঞ্জনাগা গীরিধারিগা ৱারী শাবা লোইরমদ্রি। গীরিধারিনা আসামি লোনবু মমা লোনগুম খঙবনিনা মখোয় অনী মশা-মশাগী অনাবগী মরমদা অমদি ইমুংগী ৱারী শানবদা থোইনা অৱাবা ওইরমদে।

রিকি য়ৌরকপগা চৎথোকপদা শেৎলুবা সলৱার কম্মিজদু বাথরুম চঙলগা হোংদোক্লুরে। শমজিদা পুল্লকপা জাতিকুপ্পী পরেংদু তপ্না লৌথোক্লগা দ্রেশিং টেবল মথক্তা থম্মী। মেখলা ফনেক অমা শেৎলগা ব্লাউজ অঙাংবা অমা লীৎলি। গমসা অমনা মঙক্তা য়াল্লি। ঙসাই লৈরকপা অৱাথবীদু শেংনা চামথোক্লগা খোকপা লোইদুনা মশুং অনী, অনী তোঙান-তোঙানবা প্লেৎ অমমমদা হাপ্লগা পুথোরকই। গীরিধারিদা প্লেৎ অমা পীরে অদুগা মমাদসু প্লেৎ অমা পী। গীরিধারি অবাথবীদু মশুং অমা লৌরগা চায়। কয়াদি হাউরম্মী। হায়রকই — "ইচাগী অবাথবীসিদি হাউখ্রেদা! ঐখোয়গী আসামগীগা মান্নদে।" নোরেনগা রোমেনগা খরা চৎথোক্লগা অতোপ্পা বীহারদগী অহল অমগা ফন্নগা সি এম সি. হোস্পিটালগী চেকশিনবা নিতি-নিয়ম অর্মদি মদুদা লায়েংবা লাক্লিবা মীয়ামশিংদুগী মরমদা ৱারী শানরি। হোস্পিটালদা লৈহৌবা বেঙ্গলি ময়ামদু উরুব্দা সি. এম. সি. হোস্পিটালসি বেঙ্গলি ঙাক্তা ঙাযরে হায়নৈ। রিকিনা প্লেৎ অপাকপা অমদা অৱাথবী মশুং তরুকখক হাপ্লগা টেবল মচাদুদা থম্মী। মখোয় অহুম অৱাথবীদু লৌরগা চায়। মহাও য়াম্না লৈবদুদা অবাথবীগী মরমদা ৱারী অমুক শানৈ। রিকিনা লেমহৌবা মশুং অমখক চাই। মহাওদুদা মাসু খল্লকই — "হয়েংসু লৈবা তারে।"

ঙাইহাক লৈরগা রিকিনা চাবা-থকপগী প্লেৎ পুশিল্লগা চামথোক্লুরে। অদুগী তুংদা খুৎ-শা হামদোক্লগা কাগী মৈ থানগৎলে। ধুপ-নুং থাদোকই। থংনবা কাদসু রোমেন ধুপ-নুং থাদুনা সন্ধ্যাগী লাই খুরুম্মী। কা অনীদুগী মনুং-মপান অনীমক্তা ধুপকী মনম ফাওরকই।

ঙাইহাক লৈরগা রোমেন চাক থোংনবা থৌরাং তৌখ্রে। চাক থাঙ্গৎখ্রবা তুংদা ঙসাই লৈরকপা ঙাদু তাউবা হৌরে। তাউবা লোইরগা আসামিগী খুৎথোংদা খামেন অশিনবা খরা থাক্লগা পূক্লিং চঙনা থোংবা লোইরে। থংনবা কাদা নোরেন কৌরগা মখোয়সু য়েঙ্গ্নাং খরা মহাও য়েংবীয়ু হায়। নোরেন্না মচনুপীদা পাউদু তম্মী। রিকিনা য়াম্না পিকপা তেক্কোৎ অমা পুরগা চঙলকই। রোমেন্না মী অহুমগী হাপকদবনি খরা চাউবা অমা পুবীরকউ হায়। রিকি অমুক থোকখ্রগা সস্পেন অমা পুরগা লাকই। রোমেন্না

সস্পেন্দুদা ঙা মতুম তরুকখক লৌথরগা হাপ্পী। মহি খরা হৈরে। রিকিনা য়াম্মক্লে হায়। "ঐখোয়গীদি মী অনীখক্তনি, নখোয়গীদি অহুন্নি; ঙসি নোংমদি চামিন্নসি হায়দুনা লৈরকপনি" হায়না রোমেন্না শেংদোকই। রিকিদু নোকমি-নোকমি সস্পেন্দু পায়রগা থোকখ্রে। মখোয়গী কাদা অমুক তোঙান্না চাক য়েঞ্থাং শীন্দোক্লগা মমা অমদি মবুং কৌশিনখ্রে। রোমেনগা গীরিধারিগসু চাবা হৌখ্রে। থংনবা কাদা মখোয় অহুমসু চাবা হৌখ্রে। রোমেন্না থোংবা য়েঞ্থাংদু অমুক্তা চাদ্রিবগুম কয়াদি হাউই। রিকিনা খল্লি — "করম্না পাখং মানা চাক-য়েঞ্থাং থোংবদা অশুক য়াম্না হৈরল্লিবা! মখোয় মণিপুরীশিংসিবু নুপীসু-নুপাসু চাক-য়েঞ্থাং থোংবা লোইনমক ত্রেনীং ওইনা তম্নবজাৎলা? ঐখোয়গী দাদাদি নোংমতসু চাক থোংদে, মাদি অসুম্না থোংবা হৈরোই। ঐসু নোংমদি মানা থোংবা অসিগুম্না থোংলগা মাবুসু পিজগে!" চাক চানা-চানা মমাসু মবুংসু মরোল লোইনা লোন্নরকই রোমেনগী য়েঞ্থাংগী মরমদা।

গীরিধারিগা রোমেনগসু চাক চাবা লোইদুনা মখুৎ হান্নগা মপান থোরক্লে। রোমেনবু থংনবা কাগী মী অহুমদুনা অমমম ওইনা থাগৎনরকই। গীরিধারিনসু রোমেন চাক-য়েঞ্থাং থোংবা হৈবগী মরমদা খরা পল্লগা ঙাওই। রোমেন্দি ইকাইবগুম — "তান চারুবা ওইরমগনি" হায়না খুম্মী। ৱারী ঙাইহাক শানরল্লবা তুংদা নুমিদাংগী পূং তবা তারকপা মতমদদি মাগী-মাগী কাদা চঙনখ্রে।

রিকি ফনা কুইনা তুম্বা য়াদনা রোমেনগী মরমদা খন্দুনা লৈ। "চহী মতাংসি ফাওবা মানা নুপী থিদ্রিবসিবু নুপী অফবা থিরিঙৈ মশক ফজবা নুপী ঙাইরিঙৈদা শোয়হৌরিব্রা? নৎত্রগা নীংবা কায়বদগী থিররোই খল্লবজাৎলা? নুপাসিদি মমায় য়াম্না শোনবা নুপীদা ৱা হায়বা ঙমদবা মীশকসু নত্তে। ঐদি মাগী মশকসি হেক উরুবদগী ঐঙোন্দগী চহী ফনা য়াম্না হল্লম্লবসু পূম্নমক কাউথোক্লগা মাগী মথাদা য়াতানীংবগুম, মাগী মনাক্তা অসুম লৈনীংবগুম তৌরকই। জাৎ মান্নদ্রবসু মানা আসামি লোলবু মমালোনগুম ঙাঙলকপদুদদি ঐদি মাবু জাতি তোঙানবনি হায়না খনবা ঙমদে। মানা থোংবা য়েঞ্থাংদুগী মহাওদুনসু ঐগী পুক্নিংবু মানা ফাখিবগুম তৌরে। মানা ঙাদু লৈজরগসু ঐখোয়গী দাদাদা নখোয়গী নচনবু থোংহল্লু হায়দনা মানা থোংলগা ঐখোয়গী শরুক পীরক্লিবদুবু মহাকসি য়েঞ্থাং থোংবগী স্পিসিয়েলিস্টনি খঙহন্নীংবজাৎলা?" খনবমখৈ খল্লম্লগা ৱারোইশিন খঙদনা রিকি তুমথখ্রে।

মথংগী অয়ুক্কি। রোমেন ঙস্তা হৌগৎলি। চিন-য়া শেংবা লোইবদা ঙায়রি। নুপা অমনা শঙ্গোম লৌগদ্রা হংলৈ। লৌগে হায়দুনা সস্পেন অমা পায়রগা থোরকই। শঙ্গোমদি যন্দগী খুদক্তা শুম্লগা য়োনগদবা ওইরম্মী। লমলোং মরি ফাংবা মফমদু ফাওবা খোঙনা থোরকই। ষণবী অমগা ষন্নাও অমগা ইলেকট্রিক পোস্ট অমদা পুল্লগা লৈরম্লে।

মী অমা অনীসু মখুত্তা পাত্র অমমম পায়রগা শঙ্গোম শুম্বা ঙাইনরি। ময়ামদুগী মরক্তা রিকিসু য়াওরম্লে। রিকিনা মঙোন্দা য়েংলকই। রিকিগী মেখলাদুগা ফুরীৎ অঙাংবদুগা আসামি গমশাদুগা ইথা-থাদে। রোমেন্না উরুবা খুদিংদা রিকিবু মদুগী শকফমদুদা উবা তোয়রকপসিনা মাগী মমীত্তা শকফমদু ফন-ফন চোংথোরকপগুম তৌরে। রিকিগী লাইবক্কী মতাইগী খোইরি-খোইরি তৌবা মশমদুনা রাখি অমা হাপ্লদুদা রোমেন্না মদু হেক উবগা ৱাখল লমফৈ অমদা চৎকে তৌরকই। বৃন্দাগী ৱাখলবু হুমদুনা পুথোকখ্রগা রিকিগী শকফমদা পূক্লিং চঙগে তৌরকই। বিকিনা মঙোন্দা য়েংলগা নোক্লকপদুদা মাসু হেক্তা নোক্লুই। অমুকসু খল্লুরি — "রিকিনা শেৎলিবা ফিজেৎসি বৃন্দানা শেৎলবসু অদুম পকচগনিকো!" তাঞ্জাদুদা রোমেন মনুং অচৌবা চঙনীংবনা লেপ্পা ৱারকই। মাগী সস্পেন্দু রিকিদা শিন্নরম্বসু শক খঙনবদা ঙাইবিবনা খরা হঙ্গোইরি, সস্পেন্দু থনম্লগা মাগী লৈফম তানা প্রপ-প্রপ লাকই। রিকিনা খল্লি — "মাগীসি পৈশা কাউরম্বা শোয়দনা ওইগনি।" মানা চঙশিল্লগা রোমেনগী সস্পেন্দু লৌকরে। শঙ্গোম শুম্বা লোইদুনা ময়াম মথং-মথং শঙ্গোম লৌরগা পুদুনা চৎনখ্রে। রিকিনা বোমেনগী শরুকসু মানা লৌবীরগা শঙ্গোম লিটর অমগী পৈশাদু মানা পীরম্লে। সস্পেন অনীদু খুৎ য়েৎ-ওই অনীনা অমমম পায়রগা লাকই। লম্বীদা রোমেন থেংনরে। হায়রকই — " ঐ অকুবা পোৎ অমা কাউরম্বদগী চৎলুবনি। পৈশাদি ইচন্না পীরম্লব্রা? সে! সি লৌশিল্লু!"

— "য়ারেদা!"

— "য়াবা য়াদে!" হায়রগা রোমেন্না লুপা কুনখক রিকিদা পীরগা শঙ্গোম য়াওবা সস্পেন্দু মানা লৌই। মখোয় অনী তুংথ-মাংথ লাকমিন্নৈ। রবি লোদজ য়ৌদুনা মাগী-মাগী কাদা চঙখ্রে। ঙসিদি পূং মাপলদা ডাক্তরগী এপোইন্টমেন্ট লৈ। পূং মাপল চপ চানা উনহৌদ্রবদি অরেম্বা তাগদৌরিবনি।

রিকি শঙ্গোম লৌরুবা হল্লক্লগা ঈকজবা লোইদুনা বরেন্দাদা গমশা মচাদুনা মশম কংহন্নবা কম্থোকই। মানা তৌথোরকপা খুদিংমক ইপক্তা পকচৈ। রোমেন্না গীরিধারিদা চাগা বিস্কুটকা পীরম্লগা ইংলিস খবর অমা লৈরুরগা চঙলক্নুনা বরেন্দাদা ফম্লগা খবর ঙাইহাক পাই। রিকিসু রোমেন্না উনবা তৌরিবদু রোমেনসু হাইফেৎ শাহুম ফংবগুম তৌই। রোমেন্দা য়েংলম্লগা ইমুং চঙখ্রগা ব্রেক ফাস্টকী তল হৌনবা হোৎনখ্রে। মমাগা মবুংগদি ফিজিও থেরাপি তৌবা চৎখ্রে। মিনিট খরগী তুংদা তল হৌবা লোইরগা প্লেৎ অনীখক্তা তলগা শাক্কা গীরিধারিগা রোমেনগদা পীররে।

গীরিধারিনা হায়রকই — "করিগীনো ইচানা অদুক ৱানা হোৎনরুরিবা! ইপাদি চা থক্লগা অদুম য়ারে। ঐখোয় মণিপুরীদি অয়ুক্তা ব্রেক ফাস্ট কয়া চানদে, পূং তরাদা চাক-

চাবগী হৈনবী লৈ। রিকিনা চা কপ অমমমগসু লৌরুদুনা পীররে। গীরিধারিনা মখা অমুক তারকই — "ইচানা তৌবীরিবসিগী লমন তোনশিনবা তারেদো!"

রিকিনা খুল্লকই — "বাবা! ঐখোয়না হিংলিবা পূন্সিসে অমনা অমগী মতেং পাংননবগীদমক্তা নত্তবরা? বাবাগা ঐখোয়গা পূন্সি চুপ্পা মফমসিদা লৈমিন্নগদবা নত্তে। তেল্লবা নুমিৎ খরনিখক হকচাং ঙমদবগী লায়েংবা লাকপসিদা অমনা অমগী অঙম্বা মতেং খজিক্তুং পাংনবসিদা করিগী ৱারুদগে? ঙসি নোংমখক নুংশিনা লোয়নখিবসিগী মমি অমা তুংগী পূন্সিদা নোংফাদোক হৌখিবা মতম নীংশিংলুবদা বাবানা ঐখোযবু নীংশিংবা ঐখোযনসু বাবাবু নীংশিংবা, কাউনদবদুনা ওইবোইদ্রা হিংমিন্নবগী অচুম্বা অর্থ? ঐনা তৌজরিসে হয়েং তুংদা নীংশিংবা নুংঙাইনবনি"। "চুমখ্রেদা ইবেম্মা! ইচাগী কযাদা ৱাংথ্রবা থম্মোইনো? ইচাগা মফমসিদা থেংনবসি ইপাগী লাইবক ফবনি, হায়জিন্নবা নত্তে, অচুম্বমক্নি। ইচাগী ফিদম্নিঙাই ওইবা ৱাখলসি নুপী অয়াম্বদা য়াওবা ঙম্নবদি মালেমসি নুংশিনবগী লীপুন্না চেৎনা পুনবা ঙমগনি।"

ৱারী শারিঙৈদা পুং নিপাল মখায় তারে। রোমেন ফি হোংদোকপা লোইরগা থোরক্লে। গীরিধারিদি হান্নগী ফিজোলদুগা তপ্পা-তপ্পা চৈশুদুগা হোস্পিতাল চৎনবা থোরক্লে। রোমেন্না রিকিদা ওনশিল্লগা — "ঐখোয চৎলুখিগে" তাক্লম্মী। রিকি মখোয অনীবু য়েংদুনা লৈহৌই। ওটোরিক্সো অমদা মখোয অনী কাখৎখ্রে।

গীরিধারিগা রোমেনগা অনীনা হোস্পিটালগী গেত্তা চঙলকপদা নোরেনগা রঞ্জনাগা এক্সরসাইজ তৌরম্বা লোইরগা থোরকই। মখোয় কৌনরম্মী। ফার্স্ট ফ্লোরদা লৈবা ডাক্তর টি. এ. চান্দিগী থোঙ মনাক্তা থারিবা চৌক্রি পরেংদুদা ঙাইহাক ফল্লগা মতম য়ৌরকপা ঙাইরি। মিনিট অমা শোয়নদনা কৌশিল্লক্তুনা ডাক্তরগা উনরে। কেশ হিস্টরি লৌবা লোইরে। টেস্ট তৌগদবা, ঈগী, য়ুরিনগী, হার্টকী, ব্রেন স্কেনীং, এম আর. আই নচিংবা লৌনবা ইরগা পীরক্লে। কাউন্টরদা লেপ্তুনা রিসিপ্ট ককপা হৌরে। রিসিপ্তু ককপা লোইরগা ঈ চিংহলম্লে, য়ুরিন লৌরম্লে। ই. সি. জি অমুক তৌই। টেস্ট খরা তৌনবা হোৎনবদা নোংমদুমা চঙখ্রে। অৱাৎপদু মথংগী নুমিত্তা লৌবা তারে। কিউ লেপ্পদা অনাবসু সেবারিসু অনীমক চোকথবদা লোইরে। থোরক্লগা হোটেল অমদা তল খরা চারে। মখোয় অনীনা রবি লোদজ য়ৌরকপা মতমদা পুং মঙা তারে। মখোয়গী থোঙ হাংবগী মখোল তাবদা নোরেন থোরক্লগা রোমেন্দা করি করি টেস্ট তৌবা লোইরম্লবগে হংলৈ। রোমেন্নসু ঙসি তৌখিবা টেস্ট ময়ামদুগী কিউ লেপ্পা ৱাবগী মতাংদা ৱারী তৌই। রিজলত খরদি হয়েং ফংলগনি হায়। রিকিনা চা থাঙ্গত্তুনা লোনবা লোইরগা চা কপ অহুমখক পুরক্লগা পীরৈ। গীরিধারিসু চাদি খরা পাম্বনিনা রিকিনা লোল্লকপা চাদু হাউনা থকই।

হায়রকই — "ইচাবু সিদগী অনাবা ফরগা য়ূমদা হল্লবা কান্দা গুৱাহাটিগী ঐখোয়গী য়ুমদা নুমিৎ খরনিদং ওইরবসু কোয়রক্লবা কৌদবা য়াদ্রে। ইচাগী সেবাদা ইপা পূমপেল পেল্লে। ঐগীসু নঙগী চহী লেঙ্গাগী ইনাও নুপানা পোক্লস্বা ইচানুপী বালা কৌবী অমা লৈহৌই। নখোয় অনী মরুপ শানৌ!" রিকি গীবিধারিগী থম্মোই শেংবা ৱাহৈদুদা নোকই অদুগা হায়রকই — "অদু ওইরবদি বাবাবুসু ঐখোয়গী জোরহাটতা লাক্লবা কৌবা তারে।"

— "ইপাগী হকচাংনবু ফব্বদি ঐ শোয়দনা লাক্লনি। ইপা জোরহাট মমিং তাবদি য়ামা কুইরে, অদুবু অমুক্তা চৎত্রি। খঙনবা ইচাখোয় লৈরবনিনা চিংনদনা চৎপা ওল্লগনি।"

অসুন্না কা থংনবা রবি লোদজদা লৈবা লায়েংবা লাকপা ইমুং অনীগী মীওইশিংসি য়াম্না নুংশিননা লৈমিন্নরি।

মথংগী অয়ুক্লি। ঙসিসু শঙ্গোম লৌফমদা রোমেনগা রিকিগা থেংনরে। রোমেনগী মীৎয়েংদা রিকিবু য়াম্না তোয়না উরকপসিদা বৃন্দাগা মান্নবা মওং অমা উবা হৌরকই। রেমেন্নসু রিকিন্নসু তোয়না উনীংবা অমদি অমনা অমবু য়েংনীংবগী ৱাখল ফাওরক্লিবসিবু করিগীনো? করম্না কদোমদগী ইনশিল্লকপা বাখল ওইরিগবা! শঙ্গোম লৌরগা হনমিন্নরকপদা রিকিনা য়াম্না কোইবপ্না বা অমখক হৌদোরকই — "দাদা ঙসিসু নহানগুম্না নুমিদাংৱাইদা কোয়থোক্লসিদনা?"

—"য়াইয়ে, অদুদা নখোযগী দাদানবু যাগদ্রা?"

— "ঐখোযগী দাদা যাওদ্রবদি য়াদব্রা?"

— "যাবুদি যাবা, অদুদা ইমাখোয়না চিংনখ্রবদি?"

— "দাদাগী পূক্লিং ঐদি উবগা অদুম খঙই, দাদাগুম্না পূকচেল ফজবা মীশক অমদবু ইমানা করম্না চিংনগনি?"

— "অদুবুদি চুম্মীদা, তাঞ্জা যেংসি। ঐসু নখোয়গী দাদাদা হায়গে!" মখোয়না লৈবা হোটেল য়ৌদুনা মাগী-মাগী কাদা চঙনখ্রে।

রোমেন বাথরুমদা চঙলগা শৎ-শৎ ঈকুজৈ। ফি-রোল ফৎ-ফৎ শেৎচিল্লগা ঙবাং তৌবা নংহৌদবা টেস্টশিংদু ঙসি তৌবা তাবনিনা কিউ অমুক লেপ্লুবা তারি। ব্রেন স্কেনিং, এম. আর আই. নচিংবা লৌরুনবা রোমেনগা গীরিধাবিগা অমুক থোকখ্রে। হোস্পিটাল য়ৌবগা কিউ লেপ্লা য়াওদুনা টেস্ট তৌনবা রিসিপ্ত কক্লে। গীরিধারিবু স্কেন্নিং তৌনবা মফমদুদা পুশিল্লগা মাগী পালি অমুক ঙাইহল্লে। পূং অনীরোম ঙাইরবা তুংদা স্কেনিং তৌবা লোইরে। অদুগী তুংদা এম. আর. আই লৌনবা কিউ লেপ্তুনা রিসিপ্তু কক্লগা এম. আর. আই লৌবা লোইবদা নুংথিলগী পূং অমরোম তারে। নুমিত্তুমসু ঙরাংগুম্না হৌখ্রে। মথংগী নুমিত্তা রিজল্ট ময়ামদু ডাক্তরগী কাদা লৈবা কম্পুটরদা লোইনা য়ৌরক্লম্নে।

ডাক্তরগী এপোইন্টমেন্ট ফংদুনা উনরবা তুংদা থা অমরোম চাং নাইনা এক্সারসাইজ তৌবগা লোইননা মখোয়না ইরিবা হিদাক মখল অনীসি চাবদা শোয়দনা ইম্প্রুফমেন্ট ফংগনি হায়না তাকপিরে।

রোমেন্না পাউদু খুদক্তা পি. সি. ও. দা চঙদুনা গুৱাহাটিদা পী। রোমেনগী পাউ পীবা লোইবগা ইন্দিরানা রোমেন্দা পাউ অমখক পীরকই। পাউ অদুদি কাছারগী রামনাগর খুঙ্গংদগী নলিনি কৌবী মৌনহা অমখক লাক্লম্মী। মাগী চহী তরেৎলোমতা শুরিবী মচানুপীদু গুৱাহাটিগী বোর্দিং স্কুল অমদা লৈহন্নবগী মতাংদা রোমেনবু লোকেল গার্জিয়ান ওইহন্নবগী রোমেন উনবা লাকপনি সিনি। রোমেন পাউদু ইন্দিরানা ফোন্দা হায়রকপদা ইক-আক তৌই। মানা নলিনিদা হৌদোকখিবা ৱাফম ওইবদুদা মশাগা উনদ্রবনিনা নলিনিনা করি খল্লমগদগে হায়বগা মন্দোমচানা মাবু চিংনরমগদ্রা হায়বদুগা অনীদু পাবদুদা ৱা ঙাঙবদা মরোল ফাইবনি। অদুবু খুদক্তুদা নলিনিগা মাগা ৱারীদু শানবদি নত্তবনিনা ইকাইবদু তপ্না-তপ্না হম্বখ্রে। ইন্দিরানা মশা লৈতবনিনা ঐখোয়না ভাব তাদ্রে হায়রগা চৎহনখ্রে হায়রকপদু তাবদা রোমেনগী পুক্লিংদা নুংঙাইতবদি ফাওই। মতোমতা মশাবু ৱারৌরকই — "করিগীনো ঐনা ঙমসু ঙম্লোইদবদা মীগীদমক হোযা অশুক য়াম্না ফরুরিবদুবো?" মদুসু মানা রামনাগরদা লৈরিঙৈ মতমদুদদি নলিনিগী মশক উরগা মাগী পোত্থাফম ওইখিবনি। ঙসিনা অমুক রিকিনা মাগী ৱাখলগী পোত্থাফম ওইরি।

রোমেন নলিনিগী ৱাখলদা ঙাইহাক্তু পোৎলুম ওইরগা হল্লকই। কাদা চঙলগা গীরিধারিদা ডাক্তরনা হায়রকপা ৱাফমদু নীংথিনা তল্লে। অনাবা ফগনি হায়বদু তাবদা গীরিধারিসু ৱাখল খরা নুংঙাইরে। মখোয় অনীনা ৱারী শারিঙৈদা রিকিনা রোমেনগী চানবা চাক থাংজিল্লক্লে। রোমেন — "ইচন্না পঙৱাদা ৱাবীরে" হায়।

গীরিধারিনা — "ইচানুপীসে মীবায়বা য়াবা নত্তে, মানা ঐবুসু সেবা তৌদুনা পীজরবনি।"

রিকিনা — "বাবা! চা লোল্লকসিরা?" অমুক হায়।

— "নঙগী দাদানা চাক তোক্লগা লোলহল্লগে?"

— "ঐ অদুম লোল্লক্লগে! ঐগী থবক করিসু লৈতে।" রিকি কাদুদগী থোকখ্রগা গীরিধারিগী চা লোল্লগা অমুক পুশিল্লকই। গীরিধারিদা চা পীরগা মাগী নুংঙাইবা পাউ অমা তস্মী।

— "বাবা! ঐনা জোরহাটতা স্কুল ওজাগী অইবা চাংয়েং অমা য়াওরম্বদু ঐ পাশ তৌরে, ভাইভা য়াওবা নংনবা য়াম্না থুনা লাকউ হায়রকই। ভাইভাদু য়াম্না থুনা তৌরগনি হায়রি। খঙদে, ডাক্তরনা ইমাগী অনাবসি দিসচার্জ তৌবগী ৱাসু থোইনা হায়দে।

ঐদি য়ুমদা থোক্লগা ভাইভাসি য়াওনীংই। ইতোমতা ট্রেন্দা চৎপসু থিনবীনবা লৈতবনিনা ফ্লাইটতা চৎপা তারে।"

— "ফরেদা! হৌজিক্কী মতমদা সরকারগী থবক অমা ফংবা হায়বসি য়াম্না ফরবনি। নহাক ভাইভা শোয়দনা য়াওনবা হোৎনগদবনি। ইপানা মায় পাক্লবা বর পীরবনি, নঙ শোয়দনা মায় পাকপা ওইজরো!"

রিকি হরাউনা মখোয়গী কাদা চঙখ্রে। রোমেনসু চাক চাবা লোইরগা কিৎচন্দা চাবগী কোন্দু ফেঙদোকই। রিকিনা মা ফেঙদোক্কে হায়বক্কনি হায়বগী পাখৎলি। মথংগী অয়ুক্তু গীরিধারিগীসু এক্সবসাইজ তৌবা হৌবা নুমিৎনিনা রোমেনগা মখোয় অনী খরা ঙন্না থৌরাং তৌই। ওটোরিক্সো অমা বায়রগা লাকই। হোস্পিটাল য়ৌবদা রোমেন অনাবগী কার্দতু ঙরাং লীৎলুবা কোট ফুবিৎখাউদা যাওহৌদুনা অমুক রবি লোদজ তানা হল্লকই। মানা কাগী থোঙ হাংবগী মখোল তাবদা রিকিসু থোঙ হাংলগা থোরকই।

— "দাদা! করি কাউরম্লে?" ঙাঙনবিবা খুদিংমক আসামি লোন্দা ঙাঙনবনি।

— "ঐ কার্দ কাউরমদুনা লৌবা লাকপনি।"

— "দাদা! নখোয়গী চাক ঐনা হাপ্লম্লগে?"

— "হাপ্লুনু! ঐ লাক্লগা থোংলবা য়াই।"

— "য়াদে, হাপকনি, ঐদি নোংমা নীনিসিদা য়ুমদসু চৎকদৌরে।" রোমেন খুল্লমদনা অদুম চৎখ্রে। রিকিনা বোমেনবু য়েংদুনা লেপহৌই।

হোস্পিটাল য়ৌদুনা গীরিধারিবু বিহেবিলিটেসন্দা পুশিন্দুনা অনাবা ময়াম মরক্তা এক্সরসাইজ তৌবা য়াওহল্লে। পূং অমরোম চঙ্না চখবকপা এক্সরসাইজ তৌবদু লোইরগা রবি লোদজদা অমুক হল্লক্লে। নুমিত্তুমসু বিকিনা চাক হাপ্পমদুনা মখোয়গী কাদা থাংলক্লগা পীজরে। অসুম নক্লবদগী থংনবা কা অনীদু ইমুং অমত্তগী মীগুম্লে।

নুমিদাংৱাইদু রিকিনা মাদি হংচিৎ চৎলগদবনিনা মবুং নোরেন্দা বর্মা মার্কেৎ চৎলগা মাগী পোৎ মচা-মশু খরা য়েংলুসি হায়না হৌই। মমানসু মচনবু অমুক্তং পুবীয়ু হায়বদুদা নোরেন্না রোমেনবুসু অসুম ঙাইহাক কোয়থোক্লুসি হায়না হৌই।

ঙসিদি রিকিদু লৈজবী থাদুনা কেরে। আসামি সিল্ককী মেখলা অহনবা, ব্লাউজ অঙাঙবা মচুদুগা য়েংবদা য়াম্না পকচরে। মমাসু মবুংসু মচানুপী অমদি মচন্নুপীগী ৱাখলদা অহোংবা অমা মফমসিদা মতম কুইরবগী তুংদা উবা ফংবসিদা নুংঙাইবগুম তৌই। নুংদা ৱাখলসিবু পীরিবা মীশক্তুসু রোমেন্নী হায়বসি ভাবনা লাম্বা ফংই। মখোয় অহুম থোরক্লে। রিকিদু রোমেনগী নাকল্লোমদা অয়াম্বা চৎলি। রিকিনা খংহৌদনা হায়রকই "দাদা! লৈগী বজারদা হান্না চঙখিসিকো!" "য়াইয়ে" হায়রগা লৈগী বজারদা চঙবা হৌরে।

লৈ মনমদুনা মফমদু স্বর্গগী অর্মাবতি হায়বদু অসুম্না তৌরমগদ্রা খল্লকই। য়োল্লিবা মখল-মখাগী লৈশিংদুগী মরক্তা ফাওদুনা লাকপদা পূক্লিং হুরবা বজারদুবু পুল্সিগী ওইনা কাউগদবা মান্দ্রে। মঙদা চৎপগা চপ মান্নরে। ঙসিদি লাইগী নুমিৎ অমসু তাবগুম লৈ লৈবা লাকপা মীনা য়াম্মনখিবনা চিক্লা-চাইনববু ঙমদ্রে। রিকি নহান মঙোন্দা জাতিকুপ্পিগী লৈপরেং শমজিদা পুনবীখিবী লৈ য়োনবী অহন্দুবু নীংশিংলক্লুনা মাগী লৈ য়োনফমদু কোয়না চত্তুনা থিরকই। অহন্দুবু উরদুনা মাগী লৈ য়োনফমদা চঙশিল্লগা জাতিকুপ্পি ঙাক্তনা লেংবা লৈ পরেং অমা লৈরগা মশমদা নীংথিনা নহানগুম্না পুলহল্লে। লৈ পুনবা লোইবগা রোমেন্দা ওনশিল্লগা — "দাদা! অহনসিনা শেম্বীরিবসিবু য়ারব্রা অমুক্তা য়েংবীয়ু" হায়বকই। মখোয় অনীগী মওংদুদা অহলদুনসু করিনো অমা খল্লি। বোমেন্না শোঙ্খাংননা হায়রকই — "ঙসিদি নঙগী সিল্ককী মেখলা মথক্তা আসামি সাবি, ব্লাউজ অঙাঙবদুগা, হৌজিক্লা খা ভাবতকী লৈপবেংনা শমজিদা তাংজবসিদা অউবা খুদিংমক নঙঙোলোমদা লোইনা যেংনরিবসি উদব্রা?"

— "অওইবগীরা দাদা?"

— "ঐনা হাযজিন্নবা নত্তেযে, নঙসু মীযামসিনা য়েংনরিবসি অমুক্তা য়েংউনে?" হায়গুম্মদনা বিকিগী মমীৎনা বোমেন্না হাযবিবদু চুস্ত্রা হাযনা যেংলুবদদি লৈ য়োল্লিবা অমদি লৈবিবা ময়ামদু রিকিদা ফিল্ম স্টার লাকপদা য়েংনবদুগা চপ মান্নখ্রে। লৈগী মমলদু ঙসিসু রোমেন্না পীরে। বিকি ঙসিদি তশেংনা রোমেনবু লৈদু লৈহন্নীংবনি। মাসু পৈশাগী মতাংদুদি করিমত্তা হায়দ্রে। মী য়াম্না চিনবদুদা লম্বী অচৌবা তানা থোরকপদু অৱাবা অমা ওইরে। নোরেন্দি মাঙদা চৎখৎলগা মী খরা কোম্বা মফমদা মখোয় অনীবু লেপ্লগা ঙাইরি। রিকিনা তাঞ্জা অমা ফংবদুদা ইকাইবা পূম্নমক থাদোক্লগা মাগী তুংদা লাক্লিবা বোমেনগী তুং থংগদবগী গুলাপ য়োনফম অমদা শৎ লৈথরগা হায়রকই — "দাদা! গুলাপসি ফজদ্রা? মনমসিনা মরোল অমা কয়াদা নুংশিরিবা! গুলাপ অমখক্তা লৈবীয়ুবা?"

মাগী বাহৈদুদা ঙাইঙমদনা — "লৈগেনে! ইচন্না অদুক য়াম্না পাম্লদবু" হায়রগা অঙাঙবা মচুগী গুলাপ ফজবা অমা খল্লগা রিকিদা পী। রিকিসু হৱাউনা লৌই। মমল হংদুনা রোমেন্না পৈশা পীরম্লগা অমুক চৎপা হৌরে। মখোয় অনী লাকপা উবদগী নোরেনসু চৎপা হৌরে। রিকিগী খুৎ নাম্মনা সেগাদা বেগতু য়েপ্লি; বেগ য়েপ্লিবা খুত্তুনা গুলাপ্তুসু পায়। চিল্লবা মীয়াম মরক্তুদা রিকিদা থেংজিন্নিংবা ফৈজোম্না লোংগ্রি শেৎপা নুপাসু করিগী য়াওদনি। পূক্লিংদা মথুম-মরাঙ হৌরবা রিকিগী মখুৎ য়েৎনা রোমেনগী ওইথংবা মখুত্তু লাম্লগা তাপ পায়রকই। খুজিদুনা রোমেনগী খুদাংদা থেংবদা রোমেনগী

থম্মোইগী ফক্লাংদা দং লাউনা পাল্লি। মী অতোপ্পনা থেংবদা হঙোইদনবা রোমেনবু মাগী ওইরবা মীগুম্না তুং লোমদগী অমুক কোল্লগা থোকমিন্নরকই।

রোমেন্নদি নোরেন্না উরগা করি খনখিগদগে চিংনজে। নোরেনসু করিগী উদনি, মাসু মমীৎ অনী ইরাও-লাউনা পাল্লিবনি। মাদি মচনগী অপাম্বদু থুংজবসনু খল্লমাল্লে খরা লাপ্না চৎখৎলগা মখোয় অনীদা য়েংশিন্নদ্রে। তশেংনা বিকিগী লাইবক্তা হুমাং মরিক-মরিক কাখৎলক্লে। খরা শাংনা চৎমিন্ননীংবা বজার মনুংগী অচিনবা লম্বীদু খঙহৌদনা লোইদুনা রিকিগা রোমেনগা লম্বী অচৌবা তাবে। রিকিগী কোল্লম্বা মখুত্তু থাদোক্লবা রোমেন্না খুবীনা থেংলুবদা রিকি য়াম্না পাম্মুনা মখুত্তু থাদোকখ্রে। মখুৎ থাদোকপগা মমীৎনা রোমেনগী মমীত্তা য়েংখৎলকই। নুংদা ৱাখল অমদা ঙাওনা ফৈনা লৈরুরবা বিকিগী মখুৎকী গুলাপ্তু শুপ্নগী লৈনা অমখক্তা ঙায়রম্লে। মী চিনবা মরক্তুদা চোইনা তাহৌরে। লৈ মচৈদু রোমেন্দা উৎলগা নোকথোরকই। নোরেন মচনুপীনা অসুন্না নোকপা উরক্তবা চহী অহুম হায়রক্লবনি। মচন্না নোকপা উরগা মাগী মীৎলুদা পিরাং ঈহৌরকই। তশেংনা রোমেন্না মচনুপীগী থম্মোইবু জয় তৌখ্রে। মসিনা অমুক কয়াম কুইনা চৎকদৌরিবা?

মফমদুদা হুন্দোক্লম্বা য়ারবা গুলাপ লৈখোক্তু রিকিনা মাগী বেগ মনুংদা হাপচিনখ্রে। রোমেনসু রিকিনা পাম্মুনা থমজিনখ্রিবা লৈখোক্তু করিগী উদনি।

মখোয় অহুম খোঙনা মখা পাংনা অসুম লাকপনা বর্মা মার্কেৎ য়ৌবে। মফমদুদা অমুক মীনা চোন্না তিন্দুনা লৈবম্মী। নুপীগী গার্মেন্ট য়োনফম অমদা রিকি চপ লেপ্পি। নোরেনগা রোমেনগা ভাব তাদুনা মতুং ওম্থোক্লগা ৱারী শাদুনা ঙাইহাক লৈ। ফি মচা অমা, অনী খল্লগা লৈবা লোইবগা বিকি থোবক্লে। বৃফ কেশ য়োনবা দুকান অমদা মাগী হয়েং পুনবা বৃফ কেশ অমা য়েংখিগে হাযদুনা অমুক য়েংই। অপাম্বদু খনবা লোইরগা নোরেন্না মমল ঙাঙনরগা পৈশা পুথোক্লে তৌবকপদা রোমেন্না — "ইচনগী বৃফ কেশসিমদি ঐ লৈরগে" হায়রগা লুপা লীশীং অমগা চনী লৌথোক্লগা পী। রিকি রোমেন্দা মুন্না য়েংলগা ৱাদি ঙাঙদনা নোকমি-নোকমি তৌরগা লৈ। মাগী নোকমি-নোকমি তৌবদা উহৌবা অপোবা ময়াদু উবদা রোমেন্না খল্লকই — "রিকিসি ময়াসিনা রাষি অমসু হাপ্পম্মীদনা!" পোৎ লৈবা লোইরবনিনা মখোয অহুম মমায় ওল্লগা হল্লক্লে। হল্লকপগী লম্বীদা ঙাগী কৈথেলদা হাইজিল্লগা মেকরেল কিলোগ্রাম অমা অমুক লৈরে। পোৎ লৈবা লোইরগা হোটেলদা হল্লক্লে। নুদিাংদা রিকিনা মেকরেলদু নীংথিনা শেল্লগা তাউরগা আসামমিগী খুৎথোংদা থোংই। করেলা কাঙঙৌ অমসু য়াওই। গীরিধারি অমদি রোমেনসু পুন্না চাক-য়েঙ্গাং থিল্লক্তুনা পীজরে। নুমিদাংগী চাবা থকপা লোইরগা বরেন্দাদা ফম্মিন্নবদা গীরিধারিনা রঞ্জনাদা হায়রকই — "মান্নবা জাতি ওইরল্লবদি ইচানুপাগী ইমৌ ওইনবা

রিকিসে নিজরগে হায়ববু জাতি মান্নরমদবসিদা হায়বা ঙমদ্রে।" গীরিধারিগী থাজদনা হায়দোরকপা ৱাঙাঙদুদা রঞ্জনাসু নোকই। নুংদা ৱাখল অমা খনবসু মাল্লি। থেঙজিল্লক্লবদা মপান্দা ফম্লম্বা কাঙবুদু মাগী-মাগী কাদা চঙনখ্রে। রিকিদি তুম্বা য়াদনা চিঠি অমা ইরগা লৈ।

নুংশিরবা মণিপুরী দাদা! হন্দক ইমা নাবনা মরম ওইরগা ইবুংগা ভেলরদা থেংনবসি ঐগী ওইনদি পুন্সিসিদা তম্বা থোক্তবা নুংঙাইবা হায়বদু ওইখ্রে। তাইবংপানসিদা দাদাগুম্বা মীশক অমমুক থেংনরক্কনি হায়বা থাজদে। মমাঙদসু থেংনখিদ্রি। ঐদি হন্দক্কী মপোকসিদা লাইবক থীরবী অমনি। দাদানদি ঐগী হৌখিবা অশেংবা ৱারী খঙদবনিনা ঐবু অশেংবা আসামি লৈশাবী অমগুম উবীরমগনি। ঐগী লাইবক্তা সিন্দুর নমদবা অমদি অঙৌবা ফিজোল শেত্তবনা মরম ওইরগা। ঐ লুহোংলবীনি, অদুবু ঐগী ইন্দ্রিদি হৌজিকসু ভর্জিন ওইরিবীনি। পূক্তা বোম মচেৎনা পানখিবগী দাগ অমগা ডাক্তরনা ওপরেসন তৌরগা বোম মচেৎ লৌথোকখিবগী দাগ অসিগা অনীসি নত্তনা ঐগী ইশাদা দাগ অতৈ লৈত্রিবীনি। ঐনা থম্মোয় শেংনা ফোঙদোকচবসি থাজবীয়ু। ঐগী থম্মোয় শোকপা ৱারীসে দাদাগী মফমদা করিগীদমক তম্নিংলিবনো হায়বদুদি দাদানা নোংমা থবক শংবা নুমিৎ অমদা মিকুপ খরদং খনবীবগা লেপ্লিয়ু। ঐবু ইমা অমদি ইবুংনা থাজবগী ৱারেপ লৌদুনা ঐগা লুহোংনবা য়ান্নখিবা নুপাদু আসাম রাইফলসগী কেপ্তেন ওইবনি। মমিংনা নৃপেন দেকা কৌই। থা অমগী ছুটি লৌরগা লুহোংনবগীদমক ময়ূমদা থোক্লককপনি। মহাক নালবারিদগীনি। ঐখোয় অনী লুহোংবা লোইরগা জোরহাৎতগী নালবারি তানা বোলেরো অমগা বস অমগদা লুহোংবগী নুপা ময়ূমগী মীয়ামগা পুন্না লাকখি। নুমিদাং পুং নিপাল্লোম তারকপদা থোং অমা লাল্লি থোং অদু লানবা লোইশিল্লকপদা অহৌবা বোমগী মখোল অমা তাখি। ঐনা জ্ঞান তারকপদা ঐহাক দিব্রুগড়গী হোস্পিটালদা ওপরেন তৌবা লোইরগা লৈরম্লে। ঐগী ইপুরোইবা নৃপেন দেকাগী হকচাংদি সংস্কার তৌখিরম্লে। ইমুং অনীনা ৱা তান্নরবা তুংদা ঐবু ইপামদা লৈহনবদা য়ানখি। ঐবু উবদা ঙসি ফাওবদা ঐগী লৈকায়গী মীশিংনা ও! মঙ্গোলগী মশক্কি হায়না লোয়নবীরি। মসি পূন্সিগী ওইগদবসু মাল্লে। ঐ য়ুমদগী মপাল থোক্লক্তবা চহী অহুম হায়রক্লে। হন্দক ইমাগী লায়েংবা ভেলর চৎপসিদা অনৌবা নীংতম্বা সংসার অমা ফংবগা চপ মান্নররে। অদুবু য়ুমদা হন্দবদি য়াদবনা য়ুম য়ৌবগা হান্নগী মতৌদুদা অমুক শোয়দনা হঞ্জিল্লককনি খল্লুবদা ঐদি ভেলরসিদা অসুম লৈজনীংলে। মফমসিগী লৈগী বজারগী মিকুপ খরগী নুংঙাইবদুনা পূন্সিগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা মিকুপ ওইরগা অসুম তোকপদা মতারব্রা হায়বা ঙমদে। দাদাগা অয়ুক খুদিংগী শঙ্গোম লৌফমদা থেংনখিবা মতমদা থম্মোয়দা ফাওরকখিবা নুংশিবা ৱাখলদুসু ঙসিদগীদি

লাপ্নখ্রগদবনিনা তপ্না-তপ্না কাউনখ্রনিকো ! খল্লুবদা মীৎলুসিদা পিরাং ঈহৌরক্নু য়াদে। তোল্লবী নচন্না দাদাগী শকফমদু থম্মোয়দা অসুম লাক্নুনা থমজবসিমত্তদি ঙমহন্নবীয়ুবা !"

নহাক্কী লম্লানবী নচল

বিকি

মীৎলুগী পিরাংনা য়োম্লবা বিকিগী চিঠিদু এনভেলপ অমদা হাপ্লগা চেকশিন্না থমখ্রে।

মথংগী অয়ুক্কি। রিকি হান্নদগী হেন্না মরম মোকখৎলকই। য়াহৌবগা রোমেন্দা চা লানশিল্লকই। শঙ্গোম লৌফমদসু ঙস্তানা সম্পেন অমা পায়রগা লেপ্পুনা লৈরম্মী। রোমেন্না লাপতক্না রিকিবু উবদা "কনানো ঙসিদি রিকিগী মহুত্তা মৈতে নুপী ফজবী অমা লেপ্লিবসিনা ! অনৌবা মশক ফজবী মৈতে নুপী অমসু থুংলরবোইরে" খল্লুরে। অসুম নকশিল্লক্নগদি রিকিনি হায়বা ময়েক শেংলক্লে। অমুকসু খল্লকই — "করিগীনো মানা ঙসি নহানখৈগা মান্নদনা হিগোক ফনেক য়াম্না মানবা মেখলা অমা শেৎলম্লিবসিনা ? লীৎলিবা ব্লাউজ অসিসু নহানখৈগী মচুদু নত্তে লৈ মচুনি। মসিগী অর্থসিনা করি হায়রিবনো ? রোমেনসু মাগী নুংতিগী শঙ্গোম শুম্বা ঙাইরিঙৈদা লেপ্পা মফমদুদা লেপ্লুরে। মীৎকা-মীৎকা য়েংনরম্বদগী ঙরাং লৈগী বজারদা রিকিনা মাগী মখুত্তা লাম্লগা পায়রকখিবা রিকিগী মখুত্তা মুন্না যেংই। রিকিনা খল্লি — "মাগীসিবু কদাইদা য়েংলিবনো ?"

নুপী ওইবীগী খুৎনিদনা ওম্থোক্নসু থোৎনা উরেদা ! খুৎশাশিংদুগী মরক্তা খুৎনিংথৌদা সনাগী খুদোপ অমসু শিরি। ঙরাং খুৎ অনীনা অদুক নক্লনা অমগা অমগা পায়নদুনা চৎমিন্নরিঙৈদদি য়েংবু য়েংলুদে। করিগীনো ঙসিনা অশুক পামজনা য়েংনীংলুরিবা ? রিকিগী মোমোন নোকপা মীনোক্নুনা রোমেনগী খুত্তা য়েংলম্বা মীৎ অনীদুবু মায়থোঙদা অমুক য়েংলক্লো হায়না পাউ পীরবগুম রোমেন রিকিগী মীৎকা মীৎচানখ্রে। নুংদা ৱারী ঙাইহাক শানদুনা মখোল থোক্তনা মরোল লোন্নখ্রে। খঙহৌদনা শঙ্গোম শুম্বা লোইরম্লে। মাগী-মাগী সম্পেন্দু পায়রগা হল্লকই। লম্বীদা রিকিনা -

— "দাদা ! হয়েং ঐবু চেন্নাই ফাওবা খরা থিনবা য়ওবীয়ুবা ?"

— "য়াইয়ে, অদুদা ....।"

— "অদুদা কৈদৌরবা ? ঐবু নুংশিদবগী ৱারা ?"

— "কৈদৌবগী নুংশিরোইদোইনো ? খুরাইবুংঙোগী অরুবা ডাক্তরগী এপোইন্টমেন্ট লৈরম্লবদি ... ?"

— "কৈশু লৈরম্লোইয়ে; অদু দাদা ! ঐনা দাদাদা পীনবা চিঠি অমা ঙরাং অহীং ইবা লোইরে।"

— "হা ! করি হায়না ইরিবা ?"

— "হায়দোকপদি ইকাই, ঐগী হৌখিবা পূন্সিগী ইতিহাসনি। মদু দাদাবু খঙহন্নীংদুনা ইজবনি। হয়েং চৎলমদাইদা পীরমগে !"

ৱারী মখা শমথনীংলবসু হোটেল য়ৌরবনিনা ৱারীসু লোইশিল্লে। মাগী-মাগী কাদা চঙনখ্রে।

ঙাইহাক্কী তুংদা গীরিধারিগা রোমেনগা রিহেবিলিটেসন্দা এক্সরসাইজ তৌবা চৎখ্রে।

নুংথিল চাক-ঈশিং চারগা ঙাইহাক পোৎথারিঙৈদা হোটেলগী কেয়র টেক্করদা টেলিফোন অমখক লাকই। রোমেনগী ওইরম্মী। পঙ্কজগা ফজবীগা চেন্নাই ইয়ারপোর্টতা ফ্লাইটতা নুমিদাং পুং নিপান্দা থুংগনি, খরা ওক্লম্মু। হায়রকই। রোমেন পাউদু গীরিধারিদা তম্মী। য়াম্না থুনা ফি হোংদোক্লগা ট্রাভেল এজেন্সিদা চেন্নাই চৎকদবা ট্রেন অমদি বসকী তাইমিং হংলুরে। পুং মরিদা থাগদবা বসতা চৎলগে খন্দুনা হোটেলদা হল্লক্লে। গীরিধারিদা পাউদু তম্লগা পুগদবা ইয়ারবেগতু পায়রগা থোরক্লে। থংনবা কাদা তাক্লমগে হায়না চঙলুবদা রঞ্জনা মতোমতা লৈরম্মী — "ইমা ! ঐ চেন্নাইদা ঐখোয়গী খুরাইবুংঙোগী মচানুপীগা মমাকনুপাগা থুংলগনি খরা ওকপিরম্মু হায়রকই, মদুগী হৌজিকমক চত্তবা য়াদ্রে; রিকিদা মাবু থিনবা য়াওদবগী শাওবা য়াদে খরা হায়বীয়ু ! ঐ চৎলুখিগে" হায়রম্লগা থোকখ্রে।

রিকিদি মঙোন্দা লৈশাবী অমখক্লা লৈবীরকউ হায়না তপ্লকপা পিথ্রাইগী স্টেন অমা নোরেনগা য়েংবা চৎখিবনি। রোমেন চৎখ্রবা মতুং ইকান-কান্নদনা রিকি মবুংগা মানা লৈগে চৎলুবা পিথ্রাইগী স্টেন্দু পায়রগা হল্লক্লে।

মমানা রোমেন্না ঙাইহাক্কী মমাঙদা হায়রম্বা পাউদু তম্বদা রিকি বাথরুমদা চঙলগা লোন্না কপ্পুনা লৈখ্রে। মচাগী অৱাবদু রঞ্জনাসু তশেংনা খঙলে। কপ্লুদবা শানা মীৎলুগী পিরাং শেংনা তৈথোক্লগা থোরকপা শকফমদু মমানা হাইফেৎ উবদা মচাগীদমক রঞ্জনা তশেংনা অৱাবা অমা ওইরে।

সন্ধ্যাগী ধুপ-নুং থাবা লোইরগা নুমিদাংগী চাক থোঙ্গৎলে। গীরিধারিগী চাকসু হাপ্পিদুনা রিকিনা থাংলক্লগা পীজরে। চাবা লোইরবা তুংদা কোল-লিক নীংথিনা ফেংবীরম্লগা গীরিধারিদা চৎলগে তাক্লম্মী। গীরিধারিনা হায়হৌই — "হয়েংদগীদি ইচানুপীগা ইমাকনুপাগা লাক্লগনি মখোয়না থুংলবা মতমদদি নহাক্তি অমুক চৎখ্রনিদো। উনরগা শক খঙনরবদি কয়া নুংঙাইগদবা !"

অহিংদু রিকিনা রোমেন্দা পীগে খন্দুনা মমাঙগী অহীংদা ইখিবা চিঠিদু অমুক ফাক্তোক্লগা পাই। মীৎলুগী পিরাংদি লেপ্পা লৈতে। মরাইবক্কী মতাংদা মতোমতা তেংথারল্লগা তপ্না-তপ্না উইথখ্রে। রোমেনগা মাগা নহান নোংমা য়েংমিন্নখিবা টিপু সুলটানগী লানবন্দু গেৎ ঙাক্লিবা নুপাদুদা হাযনরগা চঙমিন্নরকই। অসুম চঙশিল্লকপনা পরেং শানা শেন্নগা থল্লিবা সিরিদু মথং-মথং কাখৎলকই। সিরি লোইরকপদা মনা পূংবা থেবোং অমদি হৈনৌ পাম্বী ঙাক্তা হৌবা হৈকোলদু ফাওরগা চঙলকই। হৈকোলদু লোইরকপগা মচু-মচুগী সনারৈ ঙাক্তগী লৈকোলদু য়ৌরক্লে। লৈকোলদুগী ময়ায়দা মন্দির মচা অমা লৈ। মন্দিরদুগী মমাঙদা ব্রাহ্মণ অমনা যজ্ঞ অমা পাঙথোক্লি। লুহোংগদবা বর অমগা কৈন্যা অমগা মঙক্তা লৈপরেং অমমম শিরগা যজ্ঞগী মনাক নক্লা ফীজি অনী পুন্নরগা ফল্লি। অতোপ্পা বর অমগা কৈন্যা অমগসু মখোয় অনীগী মতুংদা লুহোংগদবগী ঙাইহরি। মদু উবদা রোমেনগা রিকিগগী ৱাখলদসু চপ মান্নবা মওংগী লুহোংবদু পাঙথোকপা য়াগদ্রা হায়না হংনীংলকখি।

রিকিনা হান্না হৌদোরকই — "দাদা! ঐনা নঙবু নুংশিবগী চাংয়েং উৎনবা ঐখোয় অনীসু মফমসিদা লুহোংলসি?"

— "ঐসু নংঙোন্দা ৱাফমদু হৌদোক্লে খল্লম্লিবনি। অদুদি ঐখোয় অনী লুহোংলবদি হয়েং য়ুমদা হন্নখিবদা নঙ জোবহাৎ যৌদনা গুৱাহাটিদা লৈহৌবা তারেদো।"

— "ঐ পূন্নমক যাজরে দাদা।"

— "অদুদি ঐ লুহোংবদা চঙগদবা পোৎচঙ অমুক্তা হংলুগে!" অসি হায়রল্লগা রোমেন ওফিস অমা লৈবদুগী কাউন্টরদা চঙলগা হংলুরে। যজ্ঞগী অমদি ব্রাহ্মণগী দক্ষিনা, মন্দিবগী ফী পূন্না লুপা চামঙা চঙগনি হায়দুনা মদুগী বিসিপ্ত অমা কক্লগা রিকিদা উৎলরে। মখোয় অনী লুহোংনবা থৌরাং লোইদুনা মখোয়গী পালি ঙাইদুনা লৈরে। ঙাইহাক্কী তুংদা মখোয়গী পালি লাক্লুনা লুহোংবা লোইরে। লুহোংবা লোইরবনিনা মখোয় অনী পূং অমরোমদি হোটেল অমদা লৈমিন্নরুসি হায়দুনা হোটেল অমদা চঙলগা অনানবা ফমুং অমদা ফম্লগা রোমেন্না রিকিগী মখুৎতু পায়বগা নুংশিনা খুৎনমদু মাগী খজাইদা থম্বা হৌরকপদা মপান্দগী থোঙদা কোক কোক থীল্লকই। রোমেন্না থোঙ হাংদোক্লুবদা নোরেন্না পুলিস পুরগা মখোয় অনীবু ফাবা লাকপা ওইরম্লে। রোমেনবু পুলিসনা হেন্দকপ তৌরগা পুরগা চৎপা হৌবকপদা রিকিনা — "দাদা! ঐগা মাগা মন্দিরদা ইশা-ইশা য়ান্নদুনা লুহোংলবনি, মাবু থাদোকপিয়ু! ফাবা তারগনা ঐখোয় অনী পুন্না ফাবীয়ু! মা মতোমতা পুবীখিবা তারবদি ঐ টিপু সুলটানগী লানবনগী ৱাংমদা চেল্লিবা তুরেলগী খোঙনুংদা চোংথদুনা শিগনি।" অসি হায়রল্লগা রিকি তুরেলদু তানা চেনখ্রে। চেল্লকপগী লম্বীদা গাড়ী অমনা মাবু থেংলে। রিকি খঙহৌদনা মিকপ থোক্লে। ফমুংদা ফুক হৌগৎলগা

ফম্মী। মখুৎনা মীৎলু অনীদা লাম্লুবদা মীৎলুদু পিরাংনা পূমচোৎ চোৎলম্লে। রিকি তাইবংদা হিক্লা-হিক্লা কপ্লকই। মমানা — "করি তৌরে" হংই। করিমত্তা খুমদনা কপ্লগা লৈ। নোং ঙানফুং-ঙানফুং তৌরকপা মতমদা রিকি ঙসাইগী রোমেনগা মাগা লুহোংখিবা মফমদু য়েংনীংমনখিদুনা মখোঙ্না অসুম লাকই। লম্বীদা অঙাওবা নত্তনা কনামত্তা চৎনদ্রি। টিপু সুলটানগী ফোর্ট মমাঙ ফাওবা লাক্লগা য়েংই। নোং খরা খরা ঙানথোরক্লে। ফোর্টকী গেৎকী ৱাংমদা ফুরীৎ অঙৌবা লীৎপা নুপা অমা এক্সরসাইজ তৌরি। রিকিনা মথন্তা লেপ্তুনা লৈবদুদা হকচাং কারবার তৌবী লমদমদুগী নুপী ওইরবোই নীংলুরমাল্লে। মখুৎ হৎলগা লাকউ হায়না কৌরকই। মতমদুদা রিকি — "ঐনা তৌরিবসিবু করিনো, ওক্তবা নুপা, নহা থেংনরবদি ঐ মাঙলমগনিদা" খল্লগা য়াম্না থুনা লোদজ তানা হল্লকখি।

রিকি ইঙাও-ঙাওনা হোটেলদা হল্লক্লগা মানা অঙাওবীগুম চৎলুরিবদুগী মরমদা মতোমতা খল্লকই। অদুবু মী অয়াম্বা হৌগৎনদ্রিবনিনা উহৌবা মী অমা অনীদগী হেনবা নত্তে। মহৌশাগুম চীন-য়া শেংবা লোইহ্নগা ঈরু-মাইথজবা লোইরে। ধুপ-নুং থাবা লোইহ্নগা শঙ্গোম লৌবা পাত্র পায়রগা থোরকই। য়াম্না হৈনীংদনা গীরিধারিগী কাদা চঙলগা "বাবা! সস্পেন লৌগেকো, শঙ্গোম লৌনবা" হায়রগা কিৎচন্দগী সস্পেন্দুগা সস্পেন অনীদু পায়রগা শঙ্গোম লৌবা লাকই, শঙ্গোম শুম্বা ঙাইহাক ঙাইরগা শঙ্গোম পুরগা হল্লক্লে। শঙ্গোম লৌফমদা রোমেন উদবগী অৱাবনা মশাদু তৌফম খঙখিদে। হোটেল য়ৌরক্লগা কিৎচন্দা শঙ্গোম পাত্র অনীমক মৈথক্তা থাঙ্গত্তুনা ঙাইহাক শৌহল্লে। অদুগী তুংদা চা লোল্লগা গীরিধারিদা চা কপ অমা পীররে।

গীরিধারিনা হায়রকই — "ইচাগা থংননা লৈরমদ্রবদি ঐখোয় য়াম্না ৱারমগনি। ইচানা মতেং য়াম্না পাংবীবনা ঐখোয়গী অৱাৎপা মী অমত্তা লৈতবগা চপ মান্নরিবনি। ঐগী ইচানুপীদো আসামি অমদা ময়ুম পানখ্রবনি। মখোয়সু ঙসিদি শোয়দনা য়ৌরক্লগনি।"

— "বাবা! ঐ পুং নিপান্দা চৎকদবনি, থৌরাং অমুক্তা তৌরুখিগে!" রিকি কাদুদগী থোকখ্রে। মতম্না কনাবুসু ঙাইবীদে হায়বদু চুমখ্রবজাৎনি। রিকি ঘড়ী য়েংনা-য়েংনা মানা পুগদবা পোৎ-চৈ চেক তৌদুনা হাপচিনবা লোইহ্নগা মফি-মরোল হোংদোকপসু লোইরে। গীরিধারিদা অরোইবা ওইনা বীদাই তৌবা চঙলকই — "বাবা! ঐ অমুক চৎলুখিগে! বাবাসু নাবা থুনা ফরগা য়ুমদা হনবীয়ু।"

— "ইচানা হায়বদুমক ইপা ওইগে - সে! য়ামদি য়ামদ্রে লম্বীদা ইচাগী চান্নবা করিনো অমত্তসু লৈখো! লুপা চামঙাসি পায়খো!"

রিকি গীরিধারিনা নুংশিনা পীবা লুপা চামঙাদু লৌই। মবুং নোরেম্না ঙরাং লৈরুবা বেগতু পায়রগা মমাদগী বীদাই তৌরগা রিকি মবুংগী মতুং ইন্দুনা চৎখ্রে। রঞ্জনা মীৎলুদা

পিরাং পিরোইননা লৈহৌরে। ঙসিদি গীরিধারিসু রঞ্জনাসু এক্সারসাইজ তৌবা চৎত্রে। বরন্দাদা ফম্লগা মচাশিংগী মরমদা ৱারী শানদুনা লৈহৌরে।

রিকিগা নোরেনগা থোকখিবা পূংখায়মুক্কী তুংদা টেক্সি অমদা রোমেনগা পঙ্কজ অমদি ফজবীগা পূন্না থুংলরে। পঙ্কজ অমদি ফজবীনা মপাবুংবু খুরুম্মী। গীরিধারিনা বঞ্জনাবু মচাগা মমাক্কদা শক তাক্লবা তুংদা মখোয় অনীনা মখুৎ লোন্নৈ। মখোয় আসামি লোন্দা ৱারী শানবা হৌখ্রে। রোমেন্না রঞ্জনাদা বিকি চৎখিবা কয়াম কুইরবগে হংই। রঞ্জনানা পূংখায়মুক্তা ঙাইহিরি হায়না তম্মী।

রোমেন খুদক্তুদা ঈরুজরগা ফি অমুক শেৎচিল্লগা কৈথেল কাবা চৎখ্রে। ফজবীসু ঈরুজথোক্লগা মাগী পাবুং চা খবা পাম্মী হায়বা হান্নদগী খঙবনিনা চা শৎ লোনখৎলি। থংনবা কাদা রঞ্জনাগী মনাক্তসু মপাবুংনা হায়বদগী চা পীবা চঙলকই। রঞ্জনানা ফজবীদা অঙাং কয়া শুরে হায়না হংলকপদগী ঙাইহাক ফম্লগা বাবী শানৈ। ফজবী কাদুদগী থোরক্লগা চাক থোংনবা হৱাইনচিংবা থিবা হৌরকই। গ্যাস থাগক্তুনা ঈশিং শাহনবা হৌরকপদা রোমেন কৈথেল কারুবা হল্লক্লে। রোমেন্না চাক্তু মা থোংগে হায। ফজবীনা ঙসিদি তারোমেন পোথাবীরো ঐ ওইনা থোংলগে হাযবদুদা ঙা অশেম্বা, থুম, থাও, মনা-মশীংদু থম্লম্লগা থংনবা বঞ্জনাগী কাদা অমুক চঙলকই।

— "অন্টি রিকিনা ঐবু শোয়দনা বারৌবম্বা তারে।"

— "করিগী বারৌরুদগে, তাঞ্জানা য়াদদুনা তৌবনি।"

— "অদু অন্টি ঙসিগী চাক্তি ইচন্নুপীনা থোংবদা হাপ্লে; ঐদি ঐনা থোংগে হায়বনি অদুবু ইচন্নুপীনা য়াদ্রে, মানা থোংহৌরে।"

রঞ্জনা রোমেনগী ৱাদু তারগা নোকই। ঙরাংনা রোমেন্না রিকিগা নোরেনগা লৈবনিনা গীরিধারি মতোমতা থনম্লগা চেন্নাই তানা চৎলুরে, ঙসিনা রোমেন হল্লক্লগনি খনবদগী নোরেন্না মমা মতোমতা হুন্দোক্লম্লগা চেন্নাই তানা মচন্নুপী থিনবা চৎখ্রে। কয়াদা নুংশিনখ্রবা মরীনো হোস্পিটালদা লায়েংবা লাকপা কাঙবুগী পূন্সি তাঙ্কক্কী অশেংবা অমদি ফজবা থম্মোই, পূক্লিং অমদি ৱাখলশিংসে? মফমসিদা ফত্তবদি অমত্তা হেক উদে।

ফজবীনা চাক থোংবা লোইদুনা রঞ্জনাগী চাক শরুক শেম্লগা মাগী কাদা পুশিল্লক্লে। টেবলদা থম্লগা খুৎ-শা হামদোক্লবা ঈশিং পুশিল্লক্তুনা রঞ্জনাবু খুৎ হামহল্লে। রোমেনসু চঙশিল্লক্তুনা মতেং পাংই। গীরিধারিনা মচানুপীদা রিকিনা মঙোন্দা তৌরম্বা সেবাগী মতাংদা হায়রম্বা তাই। মদুমক্লা ফজবীনা রঞ্জনাগী সেবাদা থৱায় য়াওবা ওইগনি। রোমেনগী মরমদদি হায়রুদুনা কান্নদে, হান্নদগী খুৎলোয়দুনা লাক্লবনি। রঞ্জনা চাক চাবা হৌরে। রোমেন্না শঙদুনা লৈহৌই। ফজবী মপাবুং চাক পীজনবা অমুক কাদুদগী থোকখ্রে।

রঞ্জনানা রিকিনা রোমেন্দা পীয়ু হায়না শিন্নরম্বা চিঠিদু রোমেন্দা মখুৎ ওইনা লাম্লগা পী। রোমেন রঞ্জনাদা য়েংনা-য়েংনা চিঠিদু পাবা হৌই। চিঠিগী মরোলদা রিকিনা মঙোন্দা খল্লম্লিবা ৱাখল অমদি রিকিগী হৌখিবা পূন্সিগী খ্বাইদগী লাইবক থীবা থৌদোক্কী ৱারীদু পারুবদা মাসু রিকিগীদমক ৱাবা হৌরকই। মীৎলুদা পিরাং ঈহৌরকই। খল্লকই — "ও! ওম্বোকপনিদা! মাবু ঐগা করম্বা তাঞ্জাদা অমুক হন্না উনরকখিগদগে? মাবু ঐনা চেন্নাই ফাওবা থিনবা চৎলম্বদা মানা ফংজগদবা নুংঙাইবদুমদি ঐনা মাগী মফমদা পীবা ঙমখিদ্রেদো! করিগীনো ঐগী পূন্সিসিনা চনৈনবা পূন্সিগী ৱারীগা শম্নরুৱবা মশক-মতৌ চঙখোনবী নুপীঙাক্তা মথং-মথং থেংনরক্লিবসিবো? মসিবু হন্দক্কী মপোক্তা ঈশ্বরনা ঐঙোন্দা নুংশিনা খুদোল তম্বীরম্লবা পোৎশক হায়বদুরা? তৌববুদি অসিগুম্বসিগী পূন্সিগী থৌদোক্কী ৱারীগী মনম্না লম্বী শোরোক্তা ফজনা উরিবা, সনা কোনুংগী ৱারীশিংদগী য়াম্না নুংশিবা হেল্লমগদবা মাল্লি। মসিগী মরমদা হকথেংনরুৱবা ঐগুম্বা মীশক্তনা অশেংবা মহাও খঙগদবনি।"

মানা চিঠিগী মরোলদা উংলিঙৈদা রঞ্জনানা হংলকই — "নচন্নুপীনা করি হায়না ইরল্লিবনো? ঐগী ইচাদো থম্মোইদি শেংজরবসু মপোক্তি কয়া ফৎলক্রবীনি। মাগীদমক্লি ইমানা ৱারিবসি।" রোমেন পাউখুম পীফম খঙদে। নুমিত্তু মহাক মচি-মচিদা তুমিন উংলগা লেপ্তুনা লৈ। মশাদু তরঙ অমা ইচৎ চৎলি। নুমিদাংৱাইদা ফজবীনা ভেলরগী বজার অচৌবা, কৈথেল য়েংলুসি হায়বদু মানা থোইনা তারুদে। অদুবু ফজবীনা কন্না তকশিল্লকপদগী চত্তবা য়াদদুনা মখোয় অনী খোঙনা ভেলরগী ফিযোনবা বজার অমদি লৈয়োনবা বজার মথং-মথং য়েংই। পঙ্কজদি ফমুংদা তূমদুনা লৈহৌরি। ফজবীনদি রোমেন্দা হান্নদগী কয়া কোইজদবনিনা মখুদাং পায়বদা ঙসিসু করিমত্তা কোইরুদে। মতম অমদা মাবু পোকপি মমানা বৃন্দাদা ফজবীনা মীরোল্লকপা মতমদা অঙাংদু রোমেনগী ওইরমগদ্রা চিংনবদগী থয়ায়ননা হংবা ফাওবা য়াওখ্রিবদুনি। অদুবু রোমেনগী পূক্লিং, ৱাখল, বুদ্ধি অহুম্মক ৱারকপা ঙম্বগী থৌনাদুনা মহাক চোপ্পমক্তি নংখিদবনি। মদুগী মতুংদগীদি মখোয়গী ইমুংগী মী অয়াম্বনা রোমেনবু থাজবা হেল্লকখিবা। রোমেন্নসু গীরিধারিগী ইমুংদা অদুগুম্বা লিচৎতু কৈদৌবগী চৎলুদগে?

ফজবীনা রোমেনবু লৈশাবী অমনা মতুং ইনবগুম রোমেনগী মখুৎ পায়দুনা ইন্নরি। রোমেন্না ফজবীদসু লৈগী বজারদু য়েংহন্নীংবদগী লৈগী বজার মনুংদা পুশিল্লকই। নহান রিকিনা জাতিকুপ্পিগী লৈপরেং লৈখিবা হনুবীদুগী লৈ য়োনফমদা চঙলকই। লৈ মনমদুদা ফজবী পূমঙাও ঙাওই। রোমেন্না খল্লি — "ও! লৈদা ঙাওবসিদি নুপাদগী নুপীনা য়াম্না হেনবোইরে।" ফজবীসু চৎলিবা নুপীশিংদুগী মকোক্তা লৈ চরোং-চরোং য়াম্নরিবদু করিগী উদনি। মদুনা চৎনবী ওইরবা লমদমদুদা করম্বা জাতিগী নুপীনা মফমদু য়ৌরকপদা লৈ

চরোংনা মশমদা য়ান্নীংলোইদগে? ফজবীসু মাগী তুংগী শম্বুলদা লৈ চরোং পুন্নিংবা পোক্লকই। লৈপরেং অমা লৈরগা হনুবীদুনা নীংথিনা শেম্লগা পুনবীরিবদু উবদা রোমেন খঙহৌদনা রিকিবু উরকই। মানা ইরম্বা চিঠিগী ৱারোলশিংদুসু নীংশিংলকই। রোমেন রুমাল লৌথোক্লগা মীৎলু অনীদা ফাওরক্লিবা ঈফুত্তু ফজবী উহন্দনা তৈথোকই। রোমেন্নদি হনুবীদুবু ইপঙ-পঙবগুম লৈদমক য়োল্লগা পৈশা তাল্লিবনি; অচৎ-অওব্বী মরমদা থোইনা খল্লম্লোই অমদি খঙলম্লোই খল্লুরি। হনুবীদুগী পূক্নিংনসু রোমেন্না মফমসিদা তোঙান-তোঙানবা নুপী হোং-হোংদুনা, মখুৎ শম্নবগা লাকখিবা, মখোয়না য়েংনখিবা মীৎয়েং লোইনমক সিনেমাগী বাবী কেসেত্তা হাপ্পগুম মাগী কোক্তুদা থল্লি। তামিল মরোলদা — "করিনো মসিগী শকহেনবা নুপাসিনা নুপী হোংল-হোংলগা মাগী লৈ য়োনফমদা লাক্লিসিবো? মসিবু মমীৎ য়াম্না য়াম্বজাৎলা?"

ফজবীনা রোমেন্দা ওনশিল্লগা — "দাদা! পকচব্রা অমুক্তা য়েংউনে?" হংলকপদা হনুবীদুনা শাওরংননা — "বহুৎ সুন্দব! কলকা ভি সুন্দর, আজকা ভি সুন্দর, সব সুন্দর" হায়বকই। ফজবীনা খল্লি — "করিগীনো হনুবীসিনা শাওবগুম ঙাংলিবসিবো?" মখোয় অনী হনুবীদুদা হন্না-হন্না যেংলগা থোরক্লে। খরা চৎলগা নহান মখোয়না লৈবা বোল মানবা অৱাথবীদু উবদা মদু লৈসি হাযদুনা অনী অমগা লৈরে। ফদিগোম খরগা খামেন অশিনবা খবগসু লৈখিসি হাযদুনা লৈবগা হল্লক্লে।

নুমিদাংৱাইদা চেন্নাইদা রিকি থিনবা চৎলুবা নোরেন গোগোই হল্লক্লে। পঙ্কজ অমদি ফজবীগা বোমেন্না শক তাক্তুনা খঙনহল্লে। নুমিদাংগী চাক চারিঙৈদা রিকি জোরহাৎকী য়ূম য়ৌরে হায়রকই।

নুমিৎ হুম্নি লৈরম্লগা পঙ্কজগা ফজবীগসু হনবা তারে। চৎলমদাইদা রোমেন্না পঙ্কজদা শিলচরগী থবক্তু খরা তোযনা চৎলগা য়েংশিনবীরম্মু হায়। পঙ্কজনা বীমোলদু ফজবীনা চৈবদগী ভাব খরদি তাবগুম তৌহৌরে হায়। রোমেন্না শিলচর মনাক্কী রেল লম্বী শেম্বগী থবক য়েংশিনবা ঙমদ্রে হায়বগী পাউদু তাবদগী ৱাজেন গোহাইনা মাগী মী থাদুনা থবক্তু চৎথবা হৌখ্রবনি। পঙ্কজনা ৱাফমদু রোমেন্দদি ফোঙদোক্লমদ্রে। অসুন্না পঙ্কজগা ফজবীগা গুৱাহাটিদা অমুক হনখ্রে।

# তরানিপালশুবা

পঙ্কজগা ফজবীগা য়ুমদা খোকখ্রবা মতুংদা গীরিধারিগা রোমেনগা লৈবা কাদু ইচিক - চিকহৌরে। থংনবা কাদুসু বিকি চৎখিবদগী হান্নদগী চিক্লবনি।

নুংতিগী অয়ূক্তা রঞ্জনা অমদি গীবিধারি অনীবু রিহেবীলিটেসন সেন্টরদা পুরগা এক্সারসাইজ তৌরম্বা হল্লকপদগীদি থবক থোইনা লৈত্রে। নুংথিলগী মতমদদি পোত্থাদুনা মতম লেপ্লি। ভেলরগী সি.এম.সি হোর্সপিটালদা লায়েংবা লাকপা মী অযাম্বনা অকোয়বদা লৈবা হোটেলশিংদা লৈরগা লায়েংবগী থবক তৌই। হোসপিটালগী ৱার্দতা লৈবদি য়াম্না লুবা ওপরেসন মথৌ তাবা অনাবা খঙ্কনি। হোটেলদা লৈরম্বা মীশিংদুসু অমা চৎখি অমা অমুক লাক ওন্না-ওন্না অরি-অনৌ শিন্নবগী থবক্তি লেপ্পা লৈতে। বীহারি মতৈ-মনাও লৈরম্বা কাদুদা বেঙ্গলি ফেমিলি অমা নৌনা অমুক লাকই। বেঙ্গলি নুপাদু ফৈজোম শেৎলি, য়েংবদা য়াম্না লেম্মী। চহী তরামঙাগী মচানুপী অমগা মাগী নুপীগা লাকপনি। রোমেনগা নোরেনগা বরেন্দাদা ফমদুনা লৈবদুদা চঙশিল্লক্লগা বা খরা হংলৈ। রোমেন্না হোটেলসিদা লৈবগী মওং, চাক - ঈশিং লনাই থোংলগা চাবা, কোল লিক চাক থোংনবা স্টোপ, গ্যাস সিলিন্দর ৱায়বগী মতাংদা মচা খায়না অহন্দুদা তাকই। শক তারুদুনা অমনা মণিপুরিনি অমনা বেঙ্গলিনি হায়বা খঙনরবা তুংদা রোমেন্না বেঙ্গলি লোন্দা ঙাংবদগীদি খরগা হেন্না নকশিন্নরে। অহন্দুনা রোমেন্দা কোল - লিক ৱায়বা চৎপদা মতেং খরা পাংবীয়ু হায়বদুদা খুদক্তা মখোয় অনী চত্তুনা কোল - লিক, চাক থোংনবা গ্যাস স্টোপনচিংবা ৱায়মিন্নরুরে। অহন্দুনা মহাক হান্না একাউন্টেন্ট জেনেরেলগী ফম পায়রম্মী, মণিপুরদসু চহী মঙা পোস্টিং তারম্মী হায়বদুদা রোমেন্না মঙোন্দা সার কৌই। রোমেন্না ব্যবহার তৌনা লোয়নবদুদা হয়েং হোসপিটালদা চৎপদা গাইদ খরা তৌবীয়ু অমুক হায়রে।

মথংগী নুমিত্তা গীরিধারিগী এক্সরসাইজ তৌবা চৎলুবা হল্লক্লগা রোমেন্না বেঙ্গলি অহন্দুগা মচানুপীগা পুন্না চৎমিন্নদুনা সর্জরিগী ডাক্তর নুপী আর.এস. ভানুগী এপোইন্টমেন্ট লৌরগা উন্নরে। কেশ হিস্টরি ফজনা লৌরবা তুংদা টেস্ট ময়াম অমা তৌনবা হায়রক্লে। ঈ টেস্ট, য়ুরিন টেস্ট অমদি অলট্রাসাউন্দ লৌবা লোইরগা ৱারে হায়দুনা হোটেলদা অমুক হল্লক্লে।

হোটেলদা চাক - ঈশিং চাবা লোইরগা নুমিদাংৱাইদা বরেন্দাদা চৌক্রি অমমম থাংদোক্লগা মখোয় নুপামখৈ সি.এম.সি হোসপিটাল ফবগী, অমদি মসিদা নোর্থ ইস্ট স্টেট অয়াম্বদগী অমদি ৱেস্ট বেঙ্গলদগী অনাবা মশীং খ্বাইদগী য়াম্না লায়েংবা লাকপগী মরমদা ৱারী শানৈ।

বেঙ্গলি অহলদুনা মসি হোসপিটালসিদা থবক তৌরিবা ডাক্তরশিং, টেক্নিসিয়ানশিং, নর্সশিং অমদি শিনফম খুদিংমক্কী মীওইশিংদা থম্মোয় শেংনা কৎথোক্তুনা, ইজৎ লৈনা থবক তৌবগী হৈনবী লৈবদগীনি হায। মদু তাবদা রোমেন্না হায়রকই —"মতম অমদা ঐখোয়গী নোর্থ ইস্টতা দিব্রুগড়গী অসাম মেদিকেল কলেজ হোসপিটালসি খ্বাইদগী ফবা হোসপিটাল অমা ওইনা খল্লরম্মী। অনাবা অকবা খুদিংমক মফমদুদা পুরগা লায়েংনবম্মী। হৌজিক্তি মমিং তাখিদ্রে। মতৌ অসিগুম্না হান্না মমিং য়াম্না চৎলম্বা কোলকটা সহরদা লৈবা হোসপিটালশিংসু মমিং অমত্তা তাখিদ্রে। মসি ঐখোযগী ইস্টর্ন ইন্দিয়াগী মফমশিংদা য়াম্না দাউনফোল ওইরকপগী খুদন্নি। য়াম্না নুংনাংবা ৱাফম অমনা কোলকটাদা শাবা হিদাক ফাওবা ক্বালিটি হস্থরে হাযদুনা মীনা পান্নরক্তবা অসিনি। মাগী ৱাদু তাবদা বেঙ্গলি অহন্দু মাগী লম অমদি জাতি চেন্থবা ৱা ওইনা তৌবদুদা নুংঙাইতবদি ফাওববসু শিংবনিনা লোইনা তাথোক্লগা পাউখুম কোন্না পীগে খল্লি।

রোমেন্না মখা তানা অমুক হাযরকই —"তশেংবসু ঙসি - ঙসিমক সি.এম.সি হোসপিটালসিদা লায়েংবা লাক্লিবশিংসি বেঙ্গলি কাঙ্বুনা ৯০% ওইরি হায়নৈ। হোসপিটাল মনুংদা লায়েংবা লাকপা মীনা খঙনবা ৱাবোল ফাওবা বেঙ্গলি ময়েক্কা ইংলিসকা অনীদা ইরিবসিনি। ভেলরগী হোসপিটালগী অকোয়বদা বেঙ্গলি বস্টি ফাওবা লৈরে। মফমসিদা লৈরিবা হোটেলশিংসিদা বেঙ্গলিগী হোটেল য়াম্না যাওরি। মসিদা বেঙ্গলিশিংনা হৱাউরবদি মদু মখোয়গী ওইনা যাম্না মাঙজরক্কনি। মতম অমদা ভাবত্তা কন্না ঙাঙনরম্বসি বেঙ্গলিশিংনা ঙসি খঙবসি অতৈ ইন্দিয়ানশিংনা হয়েং খঙই হায়নরম্বনি। অদুবু ঙসিদি বেঙ্গলিশিংগী মগুন হান্নদগী য়াম্না হম্থরে। মখোয় হৌখিবা মখোয়গী মপা - মপুশিংগী হায়বদি সুভাসচন্দ্র বোস, রবিন্দ্রনাঠ ঠাকুরনচিংবগী ৱারী শাবা, নীংশিংবা নত্তনা অনৌবা ঙসিগী মতমগী ৱারী পুথোক্লবা মীশক পুথোকপা ঙমদ্রে। করিগুম্বা বেঙ্গলিশিংনা কোলকটাদা নত্রগা মখোয়গী সহর অমদা হেক্তা সি.এম.সি গুম্না মগুন লৈবা, লায়েংবা লাকপা মীনা থাজবা হোসপিটাল অমা চলাইদুনা লৈরম্বা থোক্লবা ঙসি মফমসিদা লায়েংবা লাক্লিবা ৯০% গী বেঙ্গলি অনাবশিংসি মখোয়গী হোসপিটালদুদা মখোয়গী ডাক্তরনা লায়েংলমগনি অমদি ঐখোয় নোর্থ ইস্টকী চাউখৎপা কয়া য়ৌদ্রিবা, শেন - থুমগী অৱাবা মায়োক্লরিবা মফমশিংদগী অনাবা ময়াম অমসু কোলকতাদা লায়েংবা লাক্লরমগনি। মদু লৈতবদগী ঐখোয় ভেলরগী সি.এম.সি. হোসপিটালদা মায় ওনশিন্নরকপনি। মসিনা য়ুমদগী লাপ্না

লাকপগী অমদি চাদিং কাহেন্না তৌবগী খুদোংচাদবা কয়া মায়োক্লুহল্লি। বেঙ্গলি য়াম্না মফমসিদা লায়েংবা লাক্লবসু সি.এম.সি. হোসপিটালদা অফাওবা বেঙ্গলি ডাক্তর য়াওবগী মমিংসু থোইনা থেংনদে।"

রোমেনগী ৱাদু তাবদা নোরেন্দি আসামদদি বেঙ্গলিশিংগা আসামিগা কয়া য়ানদবা লৈবদুদা ওম্নোক্না নুংঙাইনা থোক্লে। বেঙ্গলি ওফিসরদুনা হায়রকই - "শোমগী ইচাগী ৱাফমসি ওম্নোক্না চুমখ্রবা ৱাফম্নি, ঐ ইশাসু বেঙ্গলি ওইজরবসু হান্নদি মসিগী মরমদা খোইনবু খঞ্জিল্লুদে। মসি ঙসিগী বেঙ্গলিশিংসি মীশীং কা হেন্না য়াম্বনা মরম ওইরগা ঐগী - ঐগী ঙম্ন - ঙম্নবা হোৎনরিঙৈদা কখোকপগী অমদি জাতিগী থাক্তা ৱাখল খনবা মীগী মশীং হষ্টুরকপদগী ওইরকখিবনি। মসি কোক্লবা উপাই হায়ববু ইচানা পুখৎলক্লিবা ৱাফমসি বেঙ্গলি খুদিংমক্কী কোক্তা মখোয়বু অতৈ জাতিগী মীনা অসুম্না ঙাঙনরে হায়বসি খঙহনবগা লোয়ননা নৌনা মকোক্তগী অমুক হৌগৎপা অমা চঙই। রোমেন্না খল্লি, - "অশিংবা মীগা ৱারী শানবসি ভাব থুনা তাবনিনা মাদি করিমত্তা শাওদে। খরা পঙবা মী ওইরম্লবদি মৈ হৌনা শাওরম্বসু য়াই।" মাসু ৱাফমদু বেঙ্গলিগী মতীং ফুদোরক্লবা হায়গে হায়বা অমা য়াওনা হায়রিবনি। ৱারী শানরম্বদগী কায়নবগা মাগী - মাগী কাদা চঙনখ্রে।

মথংগী নুমিত্তদি বেঙ্গলি ওফিসরদু রোমেন্দা হোসপিটাল চৎমিন্নসি হায়রকখিদ্রে। অদুবু রোমেন্নদি মখোয়গী অৱাৎ - অপা হংবা লেপ্তে। বেঙ্গলি ইমুংদুনা রবি লোদজদা লৈরকপা মরিনি শুবা নুমিৎকী নুমিদাং অথেংবদা নুপী অমা থম্মোয় শোক্না কপ্লগী মখোল অমা তায়। রোমেন তূম্বা য়াদদুনা ফুক হৌগৎলি। মপাল থোক্লগা বরেন্দাদগী কপ্লিবদু বেঙ্গলি ইমুংদুগী কাদরা হায়দুনা কা মপাদা চঙশিল্লগা তায়। চুম্লে, কপ্লিবদু বেঙ্গলি ইমুংদুনা লৈবা কাদনি। ডাক্তরনা নূপীমচাদুগী টেস্ট তৌবগী রিজল্টতা অকবা ৱা খরা শোয়দনা হায়রক্লমগদবা মাল্লি। অহিংদুদা হৌদোকপমক্তি নুংঙাইতদুনা নোংঙাল্লগা হংলগে খল্লগা রোমেন মাগী কাদা চঙলগা তূম্বা অমুক থেমখ্রে।

মথংগী অয়ুক্তা শঙ্গোম লৌরুবা হল্লক্লগা রোমেন্না বেঙ্গলি ইমুংনা লৈবা কাদুদা চঙলগা অহলদুদা মচানুপীগী অনাবগী মরমদা হংই। অহন্দুনা তপ্না হায়রকই -"ইচানুপা ! ঐনা ঐগী ইচানুপীগী অশেংবা ৱাফমসি নঙঙোন্দা ফোঙদোকপদা করিসু হঙ্গোইদ্রে। মফমসিদদি ঐখোয় য়ুম্লোন্নবা হায়বদু ওইরবনি। ঐগী ইচানুপীসে মতোমতা পোকপনি। মহাক্না চহী তরামঙা চঙলক্লবা ফাওবদা থাগী মেন্স লাক্লে। ময়াংসু খরা কংশিল্লকপগুম তৌবদুদা মফমসিদা লায়েংনবা পুরকপনি। ইচানা ঙরাং হায়বদু য়াম্না চুমই। ইপাসু কোলকটাদা লৈবা হোসপিটাল অমদি ঐগী জাতিগী ডাক্তর থাজরক্তবদগী মফমসিদা লাকখিবনি। হৌজিক মাবু লায়েংলিবা ডাক্তর ভানুনা মাগী উমসি লৌথোক্তবা য়াররোই

হাযবদুদা মমা অসিনা মথবায নুংঙাইতদুনা কপ্পনি।" পাউদু তাবদা বোমেন নুংঙাইতবা ফাওই। হাযবকই -"সাব। পূম্নমকসি ঐখোযনা মী ওইনা পোক্লুববনিনা খাঙবা তাবনি, থেংনবা তাবনি। যাম্না হেন্না ৱাক্নবগীসু কান্নবা লৈতে। ডাক্তবগী এদভাইস মতুংইন্না ঈশ্বব নীংলগা ইচনগীদমক হোৎনবা তাবনি। সাব। ঐ ঐখোযগী অহল পুবগা এক্সবসাইজ তৌবা অমুক্তা চৎচকখিগে।' বাহৈদু হাযবম্লগা বোমেন থোবক্লে। বোমেন্না গীবিধাবিবু বিহেবিলিটেসন্দা পুবগা এক্সবসাইজ তৌবা চৎলুবা হল্লকপগী লম্বীদা খল্লকই -"ঐখোযনা ভেলবগী সি এম সি হোসপিটালদা লৈবকপসি থা অমগা নুমিৎ মঙানি শুবে, হযেংদি ডাক্তব অমুক্তং উনবগা যুমদা হনবা যাবগদ্রা হংবা চুমগনি। যুমদা থীকাগী থবকসু লৈহৌবি।" গীবিধাবিবু হোটেলদা থিল্লম্লগা ডাক্তবগী এপোইন্টমেন্ট লৌবা অমুক লাকই। ডাক্তবনা মথং নুমিৎকী থিনি পুং মঙাদা উননবা মতম পীবকই। মানা হল্লকপদা বেঙ্গলি ইমুন্দু হোসপিটালগী প্রাইভেৎ বাদতা হোংননবা ববেন্দাদগী থোবকই। পোৎ-চৈ হোনবা উবদুদা বোমেন্না চঙশিল্লগা অহন্দুদগী ইযাববেক্তু মা থাংগে হাযবগা মানা থাংবী। মানা অহন্দুদ হংই "সাব হৌজিক কদাইদা হেংবীবা তাববগে?"

অহন্দুনা খুম্লকই "ইবুংঙো। ইচানুপীগী ওপবেসন হযেং তৌবসি হাযবে, অদুনা ঐখোয বাদতা লৈক্নবা তাবে।"

মানা থাংলকপা ইযাববেক্তু ওটোবিক্সোদা হাপকৎলে অদুগা হাযবকই -"সাব। ঐ হযেং ইচনগী ওপবেসন তৌফমদা শোযদনা লাকচগে?" অসি হাযবগা বোমেন লৈহৌবে।

মথংগী নুমিত্তা নুংতিগী কটিন বাক লোইবগা বোমেন বেঙ্গলি অহন্দুগী মচানুপী ওপবেসন তৌফমদা চৎলি। ওপবেসন থিযেটবগী মমাঙদা ট্রোলি মথক্তা হিপ্লিবী নুপী মচাসিগী উইশিল্লিবা মীৎলুদগী পিবাং শীম্থবিবদু বোমেন্না উই। মাবু পোকপী মমাগী মমীত্তুসু কপ্লুবগী ঙাঙশং ঙাঙই। অহন্দুনা বোমেন্দা হাযবকই -"ইবুংঙো লাকপা যাম্না নুংঙাইবে, ইপাসু ইতোমতা ঙাযবদুদা তৌফম খঙদদুনা যাম্না বাক্নববনি। ইচানুপী ওপবেসন তৌবগীদমক ঈ দবকাব ওইবকপা যাই, ঈ পীনবা থৌবাং তৌ হাযবি। ইপাসু ঈ ইউনিৎ অমদি ঐঙোন্দগী পীবগে হাযনা লেপ্লে, মখা অমুক চঙগনি হাযবক্লগদি ইবুংঙোদি মফমসিদা হান্না লৈবম্লবনি, ঈ লৈবা ফংগদ্রা হংগে খল্লম্বনি।"

"সাব। মদুগীদমক কবিমত্তা বাবীকুগনু ঐঙোন্দগী পীবগা লোইবে" মাগী কবিমত্তা খম্থকদনা খুমদোবকপা বাঙাঙদুদা অহন্দু পেল্লুববোই, হাযবকই -"ঐগী পুন্সিদা ইবুংঙোগুম্না পূকচেল চাউবা, থম্মোয ফজবা মী থেংনখিদ্রি। ইচাগী ৱাঙাঙসি তাবদা ইপা পেল্লে, কবিগুম্বা কান্দা ইচাগী দবকাব ওইবকপদা ইপানসু পাংবা যাবা মতেং পাংগে।" বোমেন্না -"সাব। মদোমদা খনবীকুগনু, ইচনগী অনাবা ফবনি ঐখোযনা হান্না নীংগদবা লাইদি।"

অহন্দুনা হায়রকই -"ইবুংঙোনা মী অতৈগুম্বা ওইরম্লবদি ঐগী ইচাগী ওপরেসন তৌফমদা লাক্লম্লোই, লাকপা তারবসু ওপরেসন লোইখ্রবা মতুংদা লাক্লমগনি। মরমদি ইবুংঙোগা ঐখোয়গা নক্লবা মরী - মতা নত্তে, অদুগী মথক্তা জাতিসু তোঙাল্লি। ওপরেসন তৌবদা ঈ চঙবনিনা ঈ পীয়ু হায়রক্লবদি মঙোন্দগী পীয়ু হায়রক্কনি হায়বগী কিবদগী লাক্লোইদৌরিবনি, অদুবু ইবুংঙোদদি মদুগী ৰাখল মচেৎ অমফাওবা য়াওদনা ইতিং - তিংনা ঐঙোন্দগী ঈ পীগে হায়রকপদু তাবদা ইপা পেল্লে।" ৰারী লোইদ্রিঙৈদা ট্রোলিদু ওপরেসন থিয়েটর মনুংদা ইনশিনখ্রে।

শোমদা ঈ পীগদবা মী চঙলক্লো হায়বকপদা অহন্দু চঙগে তৌবদা রোমেন্না মা ওইনা চঙলগে হায়রম্লগা মা ওইনা চঙখ্রে। মিনিৎ খরগী তুংদা রোমেন ঈ পীবা লোইরগা থোরক্লে। ঈশু চানরবা মাল্লি মরোল অমত্তা হায়রক্লে। রোমেন্না অহন্দুদা ওনশিল্লগা হায়রকই -"সাব! ঐ হোরেন নুমিদাংবাইদা অমুক লাকচগে, ডাক্তরগী এপোইন্টমেন্ট অমা লৈ অমুক্তা চৎচরুখিগে?"

ৰাহৈদু হায়রম্লগা থোবক্লে। বেঙ্গলি মতৈ - মনাওদু য়াম্না হরাউনা লৈহৌই। রোমেন রবি লোদজদা হান্না হল্লক্লগা শঙ্গোম গিলাস অনীখক থর্কচিল্লে। অদুগী তুংদা ডাক্তরগী এপোইন্টমেন্ট মতম য়ৌরক্লুনা ডাক্তর উনবা হোসপিটালদা অমুক চৎলি। ডাক্তবনা গীরিধারিবু চাং নাইনা এক্সরসাইজ তৌফম লৈরবদি য়ুমদা চৎলবসু য়ারে হায়রকপদুদা রোমেন য়াম্না থুনা পাউদু গীরিধারিদা তম্নীংলকই। হল্লকপগী লম্বীদা বেঙ্গলি ফেমিলিনা লৈবা ৰার্দতা অমুকহন্না নুপীমচাদুগী ফিভম করম তৌরবগে হংগে চঙলকই। অহন্দুনা রোমেনবু কৌশিল্লগা ফমহল্লি। লাইবক ফবদগী নুপীমচাদুগী ৱুমদু লৌথোক্লে হায়বদু তাবদা রোমেন থম্মোয়দা খঙহৌদনা ইশ্বর লৈবোইরে খল্লকই। তশেংনা মানা করিসু থোক্লদবা বেঙ্গলি ইমুংসিগী খল্লুবদা য়াম্না নুংঙাইখিদবদি নুপীমচাদুগী ৱুম লৌথোকখ্রবদি মমা - মপাগী আশা লৈররোই খল্লুবদনি। মীওইবনা হিংনরিবসি ইচাগী আশাদা অদুদগী ইশুগী অসুম্না মীরোল অমগী মথংদা অমনা অমুক শমথহৌগদৌরিবনি। অদুবু বেঙ্গলি ইমুংসিগীদি আশাগী মমিদু য়াওদনা করম্না নুংঙাইবা পুন্সিদা হিংগদৌরি। মদু খল্লুবদনি রোমেন্না ৰারুরিবা।

হিংবগী আশাগী মমি শাল্লুরবা অহল অনীদুগী হোংলল্লিবা মায়থোঙ্দু উবদা রোমেন ওথোক্লা নুংঙাই। মমাদুনা হৈ মহী শেল্লগা রোমেন্দা পী। রোমেনসু হরাউনা লৌরগা থকই। হৈ মহী থকপা লোইরগা রোমেন্না হায় -"সার! ঐখোয়না ঈশ্বরবু কৈদৌঙৈদা কাউবা য়াদে। তশেংনা নহান অহীংদা অন্টিনা কপ্পদু তাবদা ঐ তুম্বা য়াখিদে। ঐনা ঈশ্বরগী মফমদা নিজখিবদু ইচনগী অশোয়বা য়াওহনবীগনু হায়বসিনি। ঐনা নিবদগীসু মমা - মপা ওইরিবা সারগা অন্টিগনা নিবদুনা ঈশ্বরনা হেন্না থৌজান পীনীংলমগনি।

ঐঙোন্দা ইচনগী পাউসি তাবদা ফাওরিবা নুংঙাইবসিনা অপেনবা হায়বদু ওইরে। ঐ হয়েং অমুক লাকচগে ঐখোয়বুদি ডাক্তরনা চৎপা য়ারগনি হায়রক্রে, য়ুমদা হন্নবা য়ারগনি হায়বা পাউসি ঐখোয়গী অহন্দা অমুক্তা তমজরুখিগে?" বাহৈদু হায়রম্নগা রোমেন থোরক্রে।

মানা হোটেল য়ৌরকপদা নোরেনগা গীরিধারিগা ফম্নগা বারী শানরম্মী। রোমেন্না ডাক্তরনা মখোয়দা য়ুমদা হন্নবা য়ারগনি হায়বা পাউদু তম্বদা গীরিধারি খুদক্তা য়ুম খংনক - নকশিন্নকপগুম, য়ুমগী য়েঙ্খাং মথেল খংনীং নীংশিংলকই। মাগী পাউদু তাবদা নোরেনসু ডাক্তরগী এপোইন্টমেন্ট লৌরগা মখোয়সু য়ুমদা হন্বা য়ারগদ্রা হংনীংলকই।

খুদক্তা রোমেনগা নোরেনগা পুন্না চৎমিন্নদুনা ট্রাভেল এজেন্টতগী চেন্নাই - গুবাহাটি পাইগদবা ফ্লাইটকী টিকেৎ অনী কক্লুরে। টিকেৎ কক্লুবা হন্নকপদা রোমেন পুক্লিং নুংশিরকই। মতম খরা মফমসিদা গীরিধারিগী অনাবা সেবাগী লাকপসিদা আসামগী ইমুং অমগা থংননা লৈরুরে। রিকিগা মাগা উনরুবদা নহানমুক্কী মপোক্কী বারী নীংশিংলকপগুম পুক্লিংদা মতম কুইনা বৃন্দাগী বাখলদা উংদুনা লৈরম্বদু অনৌবা বাখল অমনা মায়ওন খজিক হোংগে তৌরুরে।

অদুবু রিকিনা য়াম্না থুনা ময়ুমদা হন্নবা তারকপদগী রোমেনগী মফমদা রিকি উবা ফংলক্তবা নুমিৎ খরনিদুদি ইঙাও - ঙাওখি। ভেলরসিদা মতম চুপ্পা লৈবা য়ারবদি খল্লকখি। য়ুমগী নুংঙাইতবা পুন্নমক মতম খরদি পুমকাউ - কাউরুরে। অদুবু ঙসিদি ইমুংদুদা মাবু খৌরাংনা ঙাইরমগদবা মীগী খল্লুবদা রোমেন গুবাহাটিদা হন্নীংলক্রে। বীমোলগী অকনবা খোনফমশিংদুনা থম্মোয়দা পানখিবা চৈনাদু লোইনা অমুক হন্নক্রে। গীরিধারিদি মতম কুইনা থাদোক্লম্নবা য়ুম, মাগী নুপী লোইনমকপু উনীংবনা লাংতক্লে।

অসুম বাখল অমদা উংলম্বদগী মতোমতা নহান রিকি পুরগা চৎমিন্নখিবা মফমশিংদু মথং - মথং ফাওরগা লাকই। লৈগী বজারদা চঙলক্লগা লৈ য়োনবী হনুবীদুগী মফমদু থিরকই। হনুবীদু লৈয়োনবা উদ্রে। মাগী লৈয়োনফমদুদা লৈ পরেং ময়াম্না য়োম্বা ফোটো অমথক থম্লিবদুদা মুম্না য়েংলুই। লৈয়োনবী হনুবীদুগী ফোটো ওইরম্মী। থংনবা লৈয়োনবা নুপা অমদা হিন্দিনা হংই। পাউখুম ওইনা মহাক ঙরাং লৈ পুরগা ওটোরিক্সো তোংলগা লাকপদা ট্রক গাড়ী অমনা মানা তোংলকপা ওটোদু থেংবদগী মহাক য়াম্না থীনা শোকখি। খুদক্তা হোসপিটালদা পুখৎখি। অদুবু কনবা ঙমদনা সংসার থাদোক্লম্নগা চৎখ্রে। পাউদু তাবদা রোমেন থম্মোয় পুবা য়াদনা বাখি। মাদি লৈ পরেং খরদি মঙোন্দগী লৈরগা পুখিগে খল্লগা লাকপনি। অদুবু মাদি লৈরমদ্রে। হে মীওইবা! নঙগী তাইবংগী লীলাসি অসুম্না তৌবোইরেকো! রিকিবু নীংশিংলগা বাখল অমদা ঙাইহাক তাউগে লাকপা রোমেন হনুবীদুগী শকফমদুনা মাগী মকোক্তা চঙদুনা লৈখ্রে। সন্ধ্যা মতমদা হোটেল য়ৌরক্রে।

মথংগী নুমিৎনি। রোমেন গীরিধারিগা লোয়ননা এক্সরসাইজ তৌবা চৎলুরে। ঙসি অহীংসিদা ঙায়রে ভেলরদা লৈগদবা। হয়েংদি শোয়দনা চৎলগনি। রোমেন অরোইবা ওইনা বেঙ্গলি ফেমিলিনা লৈবা ৱার্দতা চত্তুনা অহন্দুগা উনবা লাকই। অহন্দুনা হরাউনা কৌশিল্লকই। রোমেন্না চঙলকপদা নুপীমচাদু ফমুংদা মোন অমদা ঙারগা ফমদুনা লৈরম্মী। রোমেনবু উবদা মোমোন নোক্লকই। মাগী শকফমদু উবদা রোমেনসু নুংঙাইবা পোকই। খঙহৌদনা নুপীমচাদুনা কৌরকই -"দাদা! দাদানা ঐগী ওপরেসন তৌবগী ঈ পীরম্মী হায়না বাবানা তম্বা তাবদা ঐনা দাদাবু উনীংবনা লাংতক্লরম্বনি। দাদা লাকপিবা য়াম্না নুংঙাইরে।" মানা ঙাঙলক্লিবা লোন্দু মৈতৈলোন্দনি। মাদি মাগী বাবানা মণিপুরদা পোস্টিং তারিঙৌদা লমফেলগী সেন্ট্রেল স্কুলদা ক্লাস ফাইবতগী নাইন ফাওবা তম্লম্বনিনা মৈতৈলোন ফজনা ঙাঙবা ঙমই। মানা মৈতৈলোন্দা ফজনা ঙাঙলকপদু তাবদা রোমেন নুপীমচাদুবু মাগাহেক পোকমিন্নবা মচনমক্লি খল্লুরে। মীৎলুদা পিরাং ঈহৌরকই। হায়রকই -"ঈচন্দি মৈতৈলোনবু মমালোনগুম্না ঙাঙবা ঙম্লম্মীদনা!" নুপী মচাদুনা খুম্লকই -"দাদা ঐদি সান্তিনিকেতন্দা মণিপুরী জগোইসু তম্লী। ঐদি মণিপুরগী কলচরদা ঙাওজবনি।"

"ও! অদুননিদনা, মফমসিদা ইচনগা ঐগা উননবা ঈশ্বরনা শীল্লক্লিবা! চুম্মী মহৌশাদগী বেঙ্গলিশিংগা মণিপুরীশিংগা অফবা মরী অমদি লৈনরকপনি। মরম অদুদগীনি অমনা অমগী ফননবা খন্নরক্লিবা! অদু ঐখোয়দি হয়েং অমুক য়ুমদা হনবা তারে! ইচনসু হকচাং করিসু তৌদ্রে, য়াম্না কন্না উরে! সিদগী অনাবা ফরগা য়ুমদা অমুক হল্লগা লাইরিক লাইশু পূক্লিং চঙনা হোৎনদুনা অচৌবা থবক অমা তৌরগা ইমা বাবাগী সেবা তৌগদবনি। ঐনা লাক্লিবসি এদ্রেশ লৌবা লাকপনি। হয়েং করিগুম্বা মতম অমদা কোলকটাদা লাকপা থোক্লবসু ইচনখোয় উনবা লাকপা য়ানবা!"

অহন্দুনা মাগী মিং অমদি লৈফম ফজনা ইরগা পীরে। রোমেনগীসু গীরিধারিগী এদ্রেশতা নীংথিনা ইরগা পীরে।

কায়নরমদাই য়ৌরক্লবদা রোমেন্না অহল অনীদুবু নোঙ্থরগা মখোঙ শোক্লা খুরুম্মী। ফমুংদা ফল্লিবী নুপীমচাদুগী মকোক্তা নুংশিনা নানবীরগা "ইচন য়াম্না থুনা ফরোকো" হায়রল্লগা রোমেন অমুক থোরক্লে। মীওইবগী মরী হায়বসি শক - চু, জাতিদা লৈতে, মতাংনা মতম্না, তঙাই ফদবা লাকপদগীসু অচেৎপা মরী ওইহল্লি। অদুবু মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা মীগী কান্নবনা মশাগী কান্নবদগী হেল্লি হায়না খনবা মীগী মশীংদি য়াম্না লিক্লা ঐখোয়গী ইরক্তা য়াওই। মদুগী মরক্তা রোমেনসু অমনি। মদুমক্লনি রোমেন্না অৱাবা মায়োক্লগদৌরবা বেঙ্গলি ইমুংসিগী মতেং চঙশিল্লগা পাংলুরিবা। কল্লবা ঈশিং ঈচাওগী ঈরৈনা চেঙ্থদুনা মী অমগী থৱায় মাঙবা তারক্লবদা তোর্বান্দা লেপ্লম্বা ময়াম্না মতেং

পাংবীয়ু হায়না লাউবদগী হেন্না করিসু তৌরুবা ঙম্মদে। মদু মাগী থৱায পাম্মুবদগীনি। অদুবু মীয়াম মরক্তগী মাগী থৱায়বুদি অতোপ্পগী থৱায় কনবনা হেন্না মমল য়াম্মী খনবদগী নুপা অমদি ঈশিংদা চোংথদুনা ঈরৈনা চেম্থদুনা পুখ্রবা মীদুবু কন্নবা হোৎনরকই। অদুবু অতোপ্পা অমগী পুন্সি কন্নবা হোৎনরুবা মাসু ঈরৈদুনা কনমনবনা কনবা ঙমদনা থৱায় অনীমক পুন্না মাঙমিন্নখিবগী ৱারী ঐখোয়না করিগুম্বদা তায়। মদু রোমেনগুম্বা মীওই য়াওরম্বদগীনি। রোমেন বেঙ্গলি নুপীমচাসিগী পুন্সিনা ফগৎলকপা উবদা মশাগী নুংঙাইবদগী হেল্লি হায়না খল্লি।

রোমেন বেঙ্গলি ফেমিলিনা লৈবা ৱার্দতগী থোরক্লগা হোসপিটালগী বীল - নুং লোইনা শেংদোক্লবা তুংদা দিসচার্জ নচিংবগী চে লৌথোরক্লে। লৈগদবা হিদাক লাংথক লৈবা লোইরগা হোসপিটালদগী থোরক্লে।

মখোয় চৎলগনি হায়বা তাবদা নোরেনসু ডাক্তরগী এপোইন্টমেন্ট লৌরগা মখোয়সু চৎপা য়ারগদ্রা হংলুবদা মখোয়বুসু য়ারগনি হায়রক্লে হায়না রোমেন্দা তম্মী।

হয়েং চৎলগদবনিনা ঙসিদি পূন্না চামিন্নবসি হাযদুনা বোমেনগা নোরেনগা কৈথেল কামিন্নরুবে। মখোয় অনী তান্নদুনা চাক - ঈশিং থোংবা লোইরগা পুন্না চমিন্নরে। ফনা থেঙবা ফাওবা বরেন্দাদা ফম্লগা ৱারী শানবম্বদগী মাগী - মাগী কাদা তূম্বা চঙনখ্রে।

মথংগী অয়ুক্লি। রোমেন লম্লোং মরি ফাংবা ফাওবা শঙ্গোম লৌবা থোরকই। থা মখায়মুক্কী মমাঙদা রিকিনা হিগোক মচুগী মেখলা অমা শেৎ, মখুত্তা সম্পেন অমা পায়, আসামি গমসাদুনা মঙক্তা য়াল্লগা শঙ্গোম শুমফমদা লেপ্লম্বদু রোমেনগী মমীত্তা মুর্তি ওইনা উরকই।

ৱাখলদা অমুকসু ফাওরকই -মাগী চিঠিগী মরোলদা য়াওবা রিকিগী লুহোংবা নুমিৎকী তমথীরবা এক্সিদেন্টকী মতাংদো। রোমেন্না মাগী পুন্সিগী থেংখাঙ কয়াদা থেংনরক্লিবা নুপীগী অৱাবা চৈথেঙ অমদি তাংককশিংসিনা মাবু মতেক মতেক্কী ওইনা লমফৈ অমদা পুগে হেক - হেক তৌবকই। মানা খল্লি "মসিবু ঐ ইতোমতগী ওইবা থৌদোক্লা? মী অতৈদসু অসুন্না থোক্লমগদ্রা?" শঙ্গোম শুম্বা লোইদুনা মাগীসু সম্পেন্দা শঙ্গোম লিটর অমা হৈরে। শঙ্গোম শুম্বা নুপাদুদা রোমেন্না হায় - "ঐ ঙসি য়ুমদা চৎলগনি, হয়েং অয়ুক্তি নঙঙোন্দগী শঙ্গোম লৌবা লাক্লরোই। নঙগী অনৌবা কস্টমর অমা থিহৌরোকো!"

মোমোন নোক্লগা শঙ্গোম য়োনবদুনা রোমেন্দা ওনশিল্লগা মখুৎ লোন্নে। মানা হায়রিবদু -"নঙগুম্না ঐগীদমক খনবীবা মী অতে লৈতে, মখোয় অমত্তনা নঙগুম্না

মখোয়না চৎলমদাইদা ঐ চৎলগনি তাক্রমদে, মদুনা শঙ্গোম শুন্নগা শঙ্গোম য়োম্নগা চাবা ঐঙোন্দদি চৎপ্রবা মানা শঙ্গোম লৌবা লাকখিগদ্রা হায়না ঙাইদুনা লৈখিবা কোঙ্গাইনি। নঙ খক্তনদি ঐগী অবাবা খঙবী। মখোয়নদি ঐনা মাঙবগীদমক করিসু খনবীখিদে।" হায়বগী মওংনি।

মাগী শঙ্গোম পাত্রদগী শঙ্গোম খরা কল্লগা রোমেনগী সম্পেন্দুদা হাপ্লকই। মদু উবদা শঙ্গোম লৌবা লাকপা অমনা মাগীসু শঙ্গোম খরা হাপ্লকউ হায়। মখুৎও - মশাও য়াম্না শাওনা ঙাঙলকই — মঙোন্দদি করিগী শঙ্গোম হাপকদৌরিবনো সিনি, তাইবং মীগী চৎনবী মসিগী নুংগী ফজবা অমদি অথীবা কয়ামুক লৈরম্মী।

রোমেন শঙ্গোম লৌরুবা হল্লকপগা শঙ্গোম মুন্না লোম্লগা গীরিধারিদা গিলাস অমা পীরে। থংনবা ইমুংগী রঞ্জনা অমদি নোরেন্দসু গিলাস অমমম পীরুই। মাসু গিলাস অথনবা অমা থকপা লোইরগা কোল - লিক, গ্যাস স্টোফ, সিলিন্দর, বক্কেৎ মীঙোন্দগী নহান লাকপকান্দা বায়রুবশিংদু লোইনা থিন্দোক্লুরে। অমুক হল্লক্রগা মখোয়গী কাদা পুগদবা পোৎ - চৈ পেক তৌবা লোইরগা চৎনবা থৌরাং পুন্নমক লোইরে।

# তরামাপলশুবা

গীবিধাবিগা বোমেনগা বেলটোলাগী যুমদা থুংলবা মতমদা বীমোলনা বামনাগবগী নুংশিতোম্বী চেল্লক্লে হাযদুনা লৈবল্লে। বোমেন্দি নোংমা বীমোলনা মঙোন্দা ঙাঙখিবা ফজদবা বাঙাঙশিংদু নুংশিতোম্বীখোযগী ইমুংনা মঙোন্দা ইনশিনবদগী হাযবা ওইরমগনি হাযবসি ভাব ফজনা তাখ্রবনি। মবর্মদি বোমেন্না নুংশিতোম্বীখোযগীদা মতম খবা লৈরকপদা মঙোন্দা উৎলকখিবা কা - হেনবা মযামদুনা বীমোলবুসু মদুম্না তৌবগা মখোযনা লায়না ফাঁখবগী মবম্নি। বোমেন্না মঙোন্দা খজিক্তং শাফনবা বীমোলবু তেল্লবা মতম খরদং নুংশিতোম্বীখোযগী যুমদা থীকাগী থবক যেংশিন্নবা থল্লুবদা পুন্নমকসি ওইরক্লবগী মরম ওইখিবনি।

অমুকসু মতোমতা খল্লকই -"ওম্বোকপনিদা, ইন্দোমচানা বীমোলবু ঐগী থবক মফমদা পুরগা থবক পান্নবা খবা যাওহল্লু হাযবদগী ঐনা মাবু থবক মফমদা থল্লুবসিনা ইমুংসিগা ঐগা লৈনরম্বা মরীসু তৎনবা তাবক্লেদো।" পাউ হাযদোকপদি ঙবাং লৈকাযগী মী অনীখক চৎপীদবা য়াদ্রে হাযবদগী য়াবীদুনা চৎহল্লুবে। মবৈদি তৌবক্তে হায়ববু লুহোংবসি পৈশা খবদি চঙগদৌবি হাযনা তস্মী। মচানুপী অমখক্তা য়াওবনি, লুহোংবদা মণিপুরদগী নুপী পালা শকহনসি, পোৎলোইসু মণিপুবদগী অহনবা ৱাযবগা শেৎহনসি, যারবদি লুহোংবা হযেংনি হাযবগী নুমিদাংদা মণিপুবগী মমিং চৎপা শুমাঙ লিলা অমা তৌহনসি অসিনি।

পাউদু তম্বা তাবদা গীবিধাবিনা খল্লি -"অস ! কাছারদা লৈবা মৈতৈ মরক্তসু অসিগুম্বা অরেম্বদা পৈশা হুন্দোকপা পাম্বা মীশু লৈরবোইরে।"

বীমোলগী লুহোংবগী মতাংসি রোমেন্দি ৱা অমত্তা ঙাঙখিদ্রে। বীমোলনা নোংমা হায়খিবা ৱাফমদুনা মন্দোমচাগা মাগা য়াম্না ফ্রি ওইনা ৱারী শানবসু হঙ্গোইরে। বালাগা ইন্দিরাগা অনীশু রোমেনগী কাদা হান্নগুন্না চঙবসু তৌখিদ্রে। রোমেন বীমোলগী লুহোংবা য়াওদনা যুম থাদোক্লগা হেক চৎপমক্তি চৎনীংদে। লুহোংবা লোইবা ফাওবদি খাঙলগে লেপ্লে।

গীরিধারিসু মরৈ থোইনা তৌনদনা নুপী ময়ুমগী অপাম্বা মতুংইন্না বীমোলগী লুহোংবা পাঙথোকখ্রে। মরকসিদা রোমেনসু মাগী অনীংবা মতুংইন্না মানা শীজিন্নরম্বা

মাগী একাউন্টসতা লৈরম্বা পৈশামখৈ লোইনা গীরিধারিগী একাউন্টসতা ট্রান্সফর তৌরে। বেদকুষিগী নৌনা লৈবা লমগী পট্টানে, ফেক্তরিগী মানা পায়বা শোনে বেগ অমদা হাপ্লগা গীরিধারিদা শীন্নরম্লগা চৎখ্রগে লেপ্লে। বীমোল লুহোংবা নোংঙানবগী মী অমত্তা হৌগৎনদ্রিঙৈ মতমদা হৌগৎলগা চে - চাং য়াওবা বেগতু মাগী মোন ময়াদা ইফোং - ফোংনা থম্লম্লগা রোমেন বেলটোলাগী য়ুম থাদোক্লগা চৎখ্রে। অযুক পুং তরুক তারকপদা গুৱাহাটিগী হোটেল অমদা লৈরগা অনৌবা কবি থৌরাং পায়খৎসিগে কন্না খল্লি।

মমৈদা ৱাখল অমা লাক্লে, মদুদি —'ইম্ফালদা মাগী মিংদা লৈবা বামোন লৈকায়গী ইংখোলদু য়োল্লবদি লুপা লাক্ষ খরদি শিংকনি। মদুগী পৈশাদু লুপা লাক্ষ অমনা বৃন্দাগী চিলদ্রেন হোমগীদমক শিন্নরম্লগা অবেম্বদুনা গুৱাহাটিদা পঙ্কজগী মাম্মা রাজেন গোহাইগা তান্নরগা অনৌবা কন্ট্রেক্ট ৱার্ক মচা খরা পায়নবা হোৎনবদা লাইবক চুম্লবদি কান্নবা খরদি ফংগনি।

অদু ওইরবদি মথং চহী অনীগী মনুংদা ধর্মশালা শাবদিশোয়দনা লোইশিনবা ঙম্লবদি ঐনা নীংবসি থুংগনিকো"। ৱাখলসিনা মাবু মণিপুর থোক্লগা মাগী লমদু য়োনবদা মতেং পাংবগুম থোকহল্লে।

বেলটোলাগী গীরিধারিগী য়ুমদা লুহোংবা নোংঙানবদা নুংশিতোম্বীনা ইমুংগী অহলশিংদা চা লোল্লগা মথং - মথং চা পীরকপদা ইন্দিরানা রোমেনগী কাদা চা কপ অমা পীরুচো হায়বদুদা নুংশিতোম্বী চিংনরপ তৌনা রোমেন্দা চা পীবা চঙলকই। কাদুদা রোমেন্দি লৈরমদ্রে। নুংশিতোম্বীনা ইন্দিরাদা রোমেন কাদা লৈতে হায়না তম্মী। পাউদুদা ইন্দিরা রোমেনগী কাদা চঙলকই। রোমেনগী ফমুংদা বেগ অমা লৈরিবদু হাংদোক্লগা য়েংই।

ফেক্তরিগী শো, ইংখোলগী পট্টা, হিসাব হোৎপগী চে খরা য়াওরিবদু য়েংই। মদু উবদা ইন্দিরা পুক্লিংদা চিংনবা হেঞ্জিল্লকই। মমৈদা রোমেন অমুক হন্না মখোয়গী য়ুমদা হল্লক্কনি হায়বা থাজরক্রে। ইন্দিরাগী মীৎলুদা পিরাং থিংবা ঙমদ্রে। মমানা কাদগী পাক থোক্লক্তবদুদা বালাসু মমা করি তৌরবগে খন্দুনা কাদুদা চঙলকই। মমানা কপ্পদু উবদা হংই -"ইমা! করি তৌরে, দাদা কদাইদা চৎখ্রবগে?" খুম্লকই -"ইবেম্মা! ইমাসু খঙদে, নঙগী দাদাদো অমুক হল্লক্কদবা মান্দ্রে, য়েংউ! মাগী বেঙ্ক একাউন্সকী পৈশা লোইনমক নঙগী বাবাচৌগী মিংদা হাপচিনবগী রিসিপ্পি ঐনা পায়রিবসি। সিমনা বেদকুসিগী নৌনা লৈবা লমগী পট্টানি। পূন্নমকসি ঐগী ইচানুপানা পঙবদগী মানা ঙাঙখিবা ৱাহৈ খরদুদগী ওইরকপা মহয়নি।"

তাদবা যাদবনিনা গীবিধাবিগা পাকপীগসু বোমেন চৎখিবগী পাউসি তাবে। গীবিধাবিসু কপ্পী। হাযবকই --"মাগুম্বা ইচা অমা তাইনংসিদা মৈ চমদুনা থিবদা ফংলোই। মাব্ ঐখোযনা ফনা যাম্না থেম্বসু মাপ, যুমসিদা লৈবীয় হাযবা যাববোই। মাগুম্বা পৈশাগী লনগৈগী মপু ওইগদবা মীশক অমা ইবায লাযনা যুমসিদগী হেক তাম্থোকখিদা।"

গীবিধাবিগী ব্বাদু তাবদা বীমোল থোবক্লগা হাযবকই "ফবে কৈনো। মা চৎখিবসি ঐঙোন্দদি কেৎলে। ঐনা অকনবা বাহৈ খবা শীজিন্নবমদ্রবদি মা চৎলপ্লোই। অশুক কুইনা মানা মফমসিদা পঙশিন্নদুনা লেবমলিবসিগী অর্থ যাম্না লৈবজাৎনি। হাযবগা ফজদবগী বানি, মনুংদা বা যাম্না লৈবি।"

গীবিধাবিনা খুম্মকই "ফবেনে অদুদি নঙসি ঐগী ইনা ওনা পোকপনি, ঐগী ইচানি। নঙ হৌজিক চাউবে পহৈ তম্পা লোইবে। অদুবু নঙগী নপাগা পোকমিন্নবা ঐবু ভেলব তানা লাযেংবা চৎপদা নঙনা নোংমা ফাওবা লাকখিদবা কবিগীনো? অদুবু নঙনা মীতোপ্পি হাযবিবা বোমেন্নদি থা অমা তেন্না এগী। সবা তৌখি, চাক ঈশিং থোংলগা নুংতিগী ঐবু পীজদুনা ঐনা হেক পোকপা ইচানুপাগুম হোৎনবীখি। ঐদি ঐগী শমপত্তি লোইনমক বোমেন্দা পীথোক্লম্লবসু কবিমত্তা পাম্মুদ্রে।"

"বাবাচৌদি তশেংনা পেং চোইববনি। অদুনিনে বাবাচৌ, মী অমনা অতোপ্পা মী অমা থাজনবা শুম্বা, শুম্বা হাযনব্বিবদো। বাবাচৌ, ইমাবোক, ঐখোযমা, ঐখোযচে লোইনমক তাবোমেন্না শুমখ্রবনি। ইমুংসিগী মী খক্তা নত্তনা মানা হৈবিববু ইচে ফজবী, ইবাই পঙ্কজ উত্তি চাবদু ফাওবা হেক শুম্বা হৈ।

হৌজিক তাবোমেন্দো ঐখোযগী যুমদগী চৎখিবগী বানি, ইবাই পঙ্কজদা অমুক নপশিল্লম্লগনি। থাজদ্রগা তেলিফোন তৌবগা হংঙুনে?"

গীবিধাবিসু বীমোলগী বাদুদা মনুংদা কবি লৈববনো খন্দুনা পঙ্কজদা তেলিফোন তন্তৌ তৌই।

বোমেনগা লাক লাকপ্রা হংলুই। লাক্তে হাযবকই। বীমোলনা হাযবদু ভাবনা শাজিনবনি হাযবসি গীবিধাবি খঙলে। ইন্দিবাগা বালাগদি মখোল থোকপদি ঙমদনা ইমুংদা শুৎ - শুৎ তৌদুনা লৈ।

বোমেন্দি ইম্ফাল যৌবগা হোটেল অমদা লৈবগা মাগী ইংখোল যোন্নবা বৃন্দাগী ইমুংদদি খঙহন্দনা মখা থংবগী উকিল থানিলগা বা তান্নে। থানিলদি হান্নদগী ইংখোলদু পামদুনা লৈববনি। মাগী ইংখোলদু হান্নদগী খবসু পিকপনিনা হন্দক্কী মতাংসি মঙোন্দদি লাইনা পীবগুম থোক্লে। লুপা লাক্ষ তবামাথোইদা যান্নদুনা সাক্ষি অনীখক নেক্লগা লৈবা যোনবগী বেজিস্টাব তৌবা লোইদুনা থানিলগী মিংদা নামা ওল্লে। পৈশাদু লুপা লাক্ষ

অমা খাকহৌরগা মাগী একাউন্সতা হাপচিল্লুরে। লুপা লাক্ষ অমদুনা নুমিদাংদা চৎলগা লঙ্কোনিদা বৃন্দাদা খরা শিন্নবীয়ু হায়রগা পীরুরে। মতমদুদতা লঙ্কোনিনা রোমেনগী ইংখোল য়োল্লে হায়বা খঙই।

মথংগী নুমিত্তা রোমেন গুৱাহাটিদা অমুক হল্লক্লে। পাঙ্কজগী মনাক্তা চৎলগা ৱারী পুন্নমক তম্লরে। ফজবীসু হান্নদগী পাউদু তাবদগী বীমোলবু শাউবনা লোইরবনি। ফজবীনা রোমেন্দা -"দাদা! নঙ হোটেলদা লৈবগী মহুত্তা ঐখোযগীসিদা লৈরসি" হায়। অদুবু রোমেন্না য়াদ্রে। অদু ওইরগা মখোয়গী হন্দক নৌনা লৌবা উজয়েন বজারগী ফ্লেটসিত্তা মতম খরা লৈনবা তৌরো, মদুদসু য়াদ্রবদি দাদা নঙঙোন্দা ঐ দাদা হায়না অমুক হন্না কৌখ্ররোই হায়না কপঙাং তৌরকই। ফজবীগী পিরাং পিবোইনবা ৱাহৈদুদা রোমেনগী থম্মোয় খরা পেৎথরকপগুম তৌরে। খুম্লকই -"ঐ ইচন্না হায়বা অকোনবগী নখোয়গী নৌনা লৌবা ফ্লেটতা শুপ্নগী কা মচা অমদা মতম খরা লৈরগে!"

রোমেনগী বাদু তাবদা ফজবী হরাউরে। মখা তানা ফজবীনা হায়রকই -"দাদা! ঙসিদি ঐখোয়গীদা চাক চাখ্রসি।" পঙ্কজনসু পাংশিল্লক্কুনা বোমেন পঙ্কজগীদা চাক চাবা তারে। চাক চাবা তোক্লগা পঙ্কজগা কার তোংদুনা হোটেলদগী মাগী পোৎ লৌরুরগা উজয়েন বজারগী নৌনা লৌবা পঙ্কজগী ফ্লেটতা লাকমিন্নবে। রোমেন পঙ্কজগী নৌনা লৌবা ফ্লেটতা লৈবা হৌরে।

মথংগী নুমিত্তা পঙ্কজগা বোমেনগা মালিগাওদা রাজেন গোহাই উনবা লাকই। রেলবেগী থবক্তু অহুমশুবা বীল লৌথোকখ্রগা মখা শুদ্রে হাযবগী পাউদু রাজেন গোহাইদা য়ৌবদগী মানা মাগী মী থাদুনা য়েংহল্লুবদা অচুম্বদু খঙবদগী রাজেন্না থবক মখাদু শুবা লোইশিনখিবনি। রোমেনসু মাগী অশোয়বদু অমুক্তং রাজেন্দা খঙহনগে লাকপনি। পঙ্কজনা অশেংবা ৱারী পুন্নমক তম্বদগী রাজেনগোহাই থোইনা শাওদ্রে। নুমিত্তু মাগী বীল শাবা কুমুদচন্দ্র লাক্তবদগী গোহাইনা রোমেন্দা মাগী বীলগী ফাইলদু অমুক্তা য়েংলম্মু হায়। রোমেন্না ঐ য়েংজগে হায়রগা থবক্তু মানা শিৎ নান্না শুবা লোইরগা গোহাইদা য়েংহল্লি। মাগী থবক শুবগী হৈ - শিংবদু খঙবদগী রাজেন্না রোমেনবু থাগৎলি। মনঙ্গন্দা পোপ - পোপ থারগা নঙবু উর্মাংশোদা থোং অমা শুগেরা হায়রকই। রোমেন্না হরাউনা - "সার! মদু ঐগীদমকলৌবীরো! হন্দকমুক্তি ঐ থবক মফমদগী শুক্লেঙ লেঙদনা লৈরগা কুপ্না য়েংশিল্লগা থবক্তু পান্নজরগে!"

রাজেন্না মখাতানা হায়রকই -"থবক্তি পৈশাদি তোংগনি, চহী অমগী মনুংদা লোইনবা শুগদবনি।"

"সার! মদু ঐ শোয়দনবা হোৎনজরগে!"

মানা হায়গদবা অমদি তৌগদবা থবক লোইরগা রোমেন উজয়েন বজারদা অমুক হল্লক্লে। পঙ্কজদি রাজেন্না বীল অমা চেক তৌবম্মু হায়রকপদুদা মতম খরা চঙগদবদু খঙবদগী ঐ চৎলগে হায়বল্লগা অদুম হনখ্রবনি। বাজেন গোহাই উনবা কিরম্বা রোমেন্দা রাজেন্না থল্লিবা থাজবদুনা বোমেনবু অনৌবা আশা অমা নৌনা ময়োল চোংহনবীরে। রোমেন নুংতিগী রাজেন গোহাইগীদা চৎলগা থবক পাংশিনবগা লোইননা মঙোন্দা থবক অতৈ শিন্নরকপা ঙাইদুনা লৈ। মাগী থম্মোয় শেংনা মথৌদা পূক্লিং চঙবদু উবদা রাজেন গোহাইনা উর্মাংশোগী থোং শাবগী ৱার্ক ওর্দবদু ফংবগা রোমেন্দা শিন্নরে। রোমেন উর্মাংশোগী থোং শাগদবা মফমদু য়েংবা লাকই। থোং শাবা হৌরমদাইদা কেন্দ্রগী এম.এল এ য়াওনা যাত্রা হুনবগী থবক লোইশিল্লে। মফমদুদা পোস্টিং তাবা আসাম বাইফলসকী কেপ্তেন বিজয়কুমাব কৌবা নম্বোলদগী অমসু য়াওরম্লে। রোমেন্না শাগদৌরিবা থোংসি চহী অমরোম গাডী লানবা য়াদবদগী দাইভরসন তৌরগা লাল্লি। মরক-মরক্তা আর্মিনা দাইভরসন তৌবিবা মফমদু শেমজিনবগী থবকসু তৌই। হন্দক থোংশি শাবা হৌবগী যাত্রা হুনবা নুমিত্তা থোং শাগদৌরিবা থীকাদারদু মশক খঙনীংদুনা কেপ্তেন বিজযকুমার রোমেনগা উনৈ। থোং শাগদৌবিবা মীশক্তু মৈতৈমচা ওইরম্বদুদা বিজয়কুমাব থোইদোক্লা হবাউই। মখোয অনী শক খঙনবে। মশাগী লৈফম, ইমুং - মনুংগী বাবী মতেক খরা শানৈ। বোমেনসু অশেংবদি হায়দোক্তে। গুৱাহাটিদা থবক থিবা লাকপদগী মথং - মথং মীওই কযা থেংনবদগী ঙসিগী ফিভমসি ওইবকখিবনি হায়না তম্মী। বিজয়কুমারসু থম্মোয যাম্না শেংবা মমা - মপা অনীমক অকবা লৌনগনবা মতমগী লাযনানা লৈখিদ্রবা তুংদা মমাগী মবুংগা মনেগনা মচাগুম্না শেম্বীরকখিবনি, মাগী ওইনদি কনাসু লৈত্রে হাযবদু তাবদা বোমেন্না খনখি। -"ঐখোয়না সংসারসিদা ঐঙোন্দগী হেন্না তোনবা মীশক লৈত্রমাল্লে খল্লুবসিদি চাউর - চাউরবা মীশক ফাওবা মাগী অৱাৎপা অমমমদি লোইনমক লৈবম্মী। গৌতম বুদ্ধনা তাকপিখিবা "মীশি - মীনা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা ইমুং অমদগী থোইদিং মরূ খরা পুরকউ নঙগী নচা হিংগৎহনগে" হায়বা কান্দা মচা শিবগী অৱাবনা ঙাওরবী মমাদুবু জ্ঞান তাহনখিবা পাউতাক্তু নীংশিংলকই। মমা -মপা অনীমক লৈখিদ্রবা তুংদা নীংবা কায়রবা বিজয়কুমারনা মাম্মগী য়ুমদা লৈরগা সেন্ট যোসেফ স্কুলদগী মেত্রিক পরিক্ষাদা মণিপুর বোর্দকী মখাদা অহুমশুবা পোজিসন লৌখি। মথং - মথং বী.এ. ফাওবা লোইশিল্লগা আর্মি রিক্রুৎমেন্ট য়াওবদগী সেকেন্দ লেউটনেন্ট ওইনা চঙখিবনি। উর্মাংশোগী ৪৭ শুবা আসাম রাইফলসকী পোস্টতা পোস্টিং তারকপা থা তরুক্লোমদা ঙাইরি। মশাগী চহী কুন্নীপালতমক ঙাইরি।

রোমেনগা বিজয়কুমারগা শক খঙনবসিনসু মফমসিদদি রোমেনগীদমক য়াম্না ফবা অমনি। যাত্রা হুনবা লোইরবা তুংদা রোমেন্না মাগা হান্না খঙনখ্রবা লেবর কয়া

খোমজিন্দুনা উর্মাংশোদা চহী অমরোম শুগদবা থবক অমা লৈরে হাযদুনা পাউ পীখ্রে। লেবর ময়ামগী লীদর উনদুনা উর্মাংশো চৎকদবা নুমিৎনচিংবা লেপ্পরবা তুংদা লেবর হুমফুরোম উর্মাংশোগী থবক মফমদা থুংখ্রে। রাজেন গোহাইগীদগী লৈপাক তৌনবা জে.সি.বী, দোজর নচিংবা পুদুনা থবক হৌবা চৎখ্রে।

বেলটোলাগী গীরিধারিগী য়ুমদা নুংশিতোম্বীগী থৌরাংদা ইমুংদু ৱাখল লৈতাফম খঙদবা, খোইদৌ শাওগৎনবগী মচাক কয়া থোকপা হৌরে। নুংশিতোম্বীবু পোকপা খোঙনেম য়াম্না তোয়না মচানুপীগী মনাক্তা লাকই। বীমোলবু য়ুমদগী পুখোক্লগা অনৌবা প্লানগী ৱারী কযা শাই। মদুদগী বীমোলনা গীবিধারিদা পৈশা পীয়ু হায়। গীরিধারিনা মাগী ফেক্তরিগী থবক নত্তবা অনৌবা থবক অমত্তা তৌবা য়ারোই, বীমোলবুসু ফেক্তরিদু য়েংশিনবা নত্তনা অতে থবক তৌহনবা ঙম্লোই হায়। মখোয় অনী মরৈ তৌনরকই। নুংদা ওমচাক্লবা ৱাখলনা লৈতাফম খঙহন্দে। খর - খরদগী ইমুংদু চাকখুম অনী থোক্লে। নুংশিতোম্বীনা অচিৎ - অকোম য়েংদুনা ইমুংগী মমল য়াম্লবা ফি-রোল থমফম, সনা থম্ফম খঙনবা হোৎনরকই। খোঙনেমসু কাছারগী ময়ুমদা লৈবদগীদি গুবাহাটিদা লৈবনা মশীঙ য়াম্লকই। অরাকপা খুদিংগী মচানা অরোন - অঙ্গপকী পোৎ হেক - হেক পী।

নোংমা বালাগী ফিগে ফনেক অমা লৈরমদ্রে। মমা - মচা লোন্না ঙাঙনরম্বদগী নুংশিতোম্বীদা উব্রা হংলুবদগী শাওনরক্তুনা বীমোলনা নুপীগী মীচঙদা লৈখিবদগী বালাগা ইন্দিরাগা কপ্পমখৈ কপ্লগা অরেম্বদা তোক্লে। ইন্দিরা মচা চাউরগা মচাগী মপাল চানি খন্না ঙাইজরকপা পূন্নমক উত্তা ঘী হৈবগা চপ মান্নরে। অদুক ঈং তপ্পা লেম্না ফজরম্বী ইন্দিরা মমায় মায়হিংনা য়েংবা য়ারক্রে।

গীরিধারিসু পুন্সিগী লোইরমদাই তাঙ্ককসি ওষ্ঠোক্লা মওং তারোইদৌরিমাল্লে খনবা হৌরে।

রোমেন্দি থা অহুম্লোম উর্মাংশোদা লৈদুনা থোং শাবগী থবক্তু ঈশিং থুমগদবা ফাউন্দেসনগী শরুক মখৈদি লোইরে। রাজেন গোহাইবু নোংমতং য়েংবীয়ু হায়দুনা থোং শারিবা মফমদুদা পুরগা য়েংহল্লি। রাজেন্না থবক্তু উবদা রোমেনবু থাগৎলি।

ফাইরেনগী অঙাওবা নুংশিৎ শিৎপা হৌরক্লে। নোং লাক্ত্রিঙৈদা য়ারিমখৈ অঙম্বা শরুক লোইশিলহৌসি হায়না থবক কন্না শুরি। মফমসিদি চীংগী লম ওইবনিনা নোং - নুংশিৎসু মওং কয়া তাদে হায়নৈ। খঙহৌদনা চাউরকপা ঈশিংনা থোং ফাওবা নমখায় হায়রিবনি। হায়না-হায়না ফাইরেন পঞ্চমি য়ৌরক্লে। আসামদদি সরস্বতি পূজাগী য়াম্না লাঙনবা মতম্নি। উর্মাংশোদা লৈবা সেন্ট্রেল স্কুলদসু সরস্বতি পূজা পাঙথোক্লবা ছাত্র - ছাত্রি, ওজাশিং পূন্নমক শেম - শাবা লোইরে। মুর্ত্তি অমসু পুরক্তুনা লৈরে।

রোমেনগী থোংস্ু ঙসিসি ময়ায়গী য়ান্না মরুওইবা বীম হৈগদৌরি। অয়ুক ঙন্তাদগী লাই খুরুমদুনা পুজা তৌরগা হৈবা হৌবা বীমদু অয়ুক্কী পুং ১১-৩০ দা হৈবা লোইরে। লেবর ময়াম চাক - ঈশিং থোং থাক্লিবা মফমদুদা চাক চাবা চঙনখ্রে। রোমেন পুজা নৃমিৎকা ওইবনে, মাগী থোংগী অরুবা বীম হৈবনে অঙৌবা ফিজোল ঙাক্তা শেৎলগা খোঙউপ কাপ নান্না থাবা অমুবা এম্বেসেদবগী অমা তোংলগা মযাম চাক চারিবদু য়েংই। আসাম রাইফলসকী কেপ্তেন বিজয়কুমাব মাগী জিপসিদা সিপোই খরগা সিভিল দ্রেসতা লাকই। রোমেন্দা "তামো। ঙসিদি উর্মাংসোগী সেন্ত্রেল স্কুলদা ঐখোয়গী মেজর অমৃট সিংহগী মচানুপী বাতি জগোই শাগনি ঐবুসু জগোই য়েংবা লাকউ হায়দুনা বার্তোন পীরকই, সুম ঙাইহাক্তং য়েংলুসি হাযনা লাকপনি।"

রোমেন্না -"যাইযে, ঐগীসু ঙসিসি পঞ্চমি ওইবদুদা থোংগী ময়ায়গী বীমসি হৈবনি, হৈবা লোইরে।" অসি হাযবগা রোমেন আর্মিগী গাড়ীদা তোংলগা পুজা মফমদা লাকই।

আর্মি ওফিসাব, স্কুলগী প্রিন্সিপাল, গার্দিয়ান ময়াম অমসু থৌবমদু যাওরম্মী। বিজযকুমারদি ফম্লিবা মযামদুদা সলাম কোৎলগা ব্যবহার তৌই। রোমেন্না মখুৎ লোন্নরগা খুকুম্মী। ময়ামদা ভক্তি উৎপা লোইবগা সরস্বতি দেবীগী মমাঙদা চঙশিল্লগা লুপা চাম্মা চৎপি অমা কৎলগা খুরুম্মী। বিজয়কুমাবসু লুপা চাম্মা চৎপি অমা কৎলগা খুরুম্মী। লাই খুকুম্বা লোইরগা চৌক্রি অহাঙবা যেংলগা মখোয'নী থংননা ফম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা স্টেজদা ছাত্রি খরনা চপ মান্নবা ফিজেৎ শেৎলগা ঈশৈ শকই। অদুগী মথংদা নুপামচা নুপী মচা পূন্না ঈশৈ অমা অমুক শকই। মথংদা শৈরেং থী. মোনোলোগ তৌই।

অদুগী তুংদা বাতিগী কথক জগোই শাবা হৌই। নুপীমচাদু কদাইদবু তম্লুবনো খঙদে, কয়া ফজনা শাই। মাগী জগোইদুদা খুবা খুবাক মখোলদুনা হোলদু পূমনিল নিল্লি।

অদুগী তুংদা ফনেক ময়েক নাইবা শেৎপি নুপী অমা হারমনিযম অমা থাংলগা থোরকই। তবলা য়ৈবা, বাঁসি খোংবা মথং - মথং থোক্লক্তুনা মাগী - মাগী শুর তান্নবা শেম্মী। হারমনিয়মদা শুর শেম্বা লোইরগা ঈশৈ শকপা হৌরকই। অহানবদদি রোমেন্না নুপীদু মৈতৈনি হায়বদি খঙলগা খবা লাপ্না উবনিনা কনানো হায়বা থোইনা খঙনীংলুদে, বিজয়কুমারগা ৱারী অমদা পুক্লিং কন্না চঙলিঙৈদা। নুপীদুনা আসামি লোন্দা ঈশৈ অমা শুর শাংনা চিংলগা শকপা তারকপদগীদি খোঞ্জেলদু মানা হান্না তাথ্রবা মী অমগী খোঞ্জেল য়াম্না মান্না শক্লকপদুদা রোমেন ঈশৈ শক্লিবী নুপীদুদা য়াম্না মুন্না য়েংলকই। মমৈদা নুপীদু নলিনি শোয়দ্রে হায়বসি শেংনা খঙলে। অহানবগী ঈশৈদু শকপা লোইরগা মণিপুরী ঈশৈ অমগা শক্কে হায়রগা নোংমা রোমেন্না রামনাগর খুঙ্গংদা তাখিবা "করম্বা যুক্কী

কাউখ্রবা অহীংদা মঙখিবা মঙগী মমিনো" হায়বদু অমুক শকই। ঈশৈদু শকপা তারুবদগীদি রোমেন্না কন্না চিংনখিবা নুমিত্তুগী শৈশকখিবীদো নলিনিনি হায়বা শেংনা খঙলকখি। রোমেনগী পূক্লিংদা খঙহৌদনা থুক লাউবা পোকখি। খল্লকই —"নলিনিদি স্কুলসিদা কমদৌনা? মাগী মচাদুবু গুৱাহাটিদা মহৈ তম্লরিগদ্রা? ঐ মাগা উনরগা অশেংবা অমদি খঙদোকপা চুমগনি।" ৱাখলসিদা ঙাইহাক উংদুনা লৈরুরে।

ঈশৈ শকপা লোইদুনা নলিনি মনুংদা চঙখ্রে। ৱান এক্ট প্লে অমা শান্নবা ঙাইহাক্তং ঙাইনরি। রোমেন্না বিজয়কুমারদা হায়রকই -"ঐ হৌজিক্কী ঈশৈ শক্লম্বী নুপীদো খঙনৈ। ঐ মাগা নঙগা শক খঙনহনগে!" বিজয়কুমারসু রোমেন্না হায়বা য়াদুনা মখোয় অনী হোলগী নাকল্লোমদা থোকমিন্নখি।

নলিনিসু রোমেন উবদা থোরক্তুনা মখোয় অনী উনরে।

—"কদোমদগীনো য়াম্না থাজদনা?" মাগী মহৌশাগী বাহৈদু ঙসিসু অমুক তারে। রোমেন্না মানা মফমসিদা চৎথরিবা থবক্কী মরমদা শুগায়না তম্মী। মানা মফমসিদা সেন্ট্রেল স্কুলগী ম্যাজিক্কী ওজা ওইনা খল্লকপগী অমদি মচা বেমবেমগী মিং চনবগী মতাংদা গুবাহাটিদা লাক্লম্বগী মরমদা তম্মী। মদু তাবদা রোমেন মানা মতেং পাংবা ঙমহৌদবগী খল্লুবদা খরদি ইকাই, হৌজিক্তি বেমবেম নাওগোংগী বোর্দিং স্কুল অমদা তল্লে হায়বা খঙলে। রোমেন্না কেপ্তেন বিজয়কুমারগা শক অমুক্তং খঙনৌ মহাক মণিপুরদগীনি হায়না শক তাকই। মখোয় অনীমক মখুৎ লোৎন্নৈ। কেপ্তেন বিজয়না নলিনিগী ফিভম মুর্ত্তি, মশক মতৌ, মশম পুন্নমক উবদা খঙহৌদনা পূক্লিংদা ঙাওবগুম, মাগী মশক্তু মতম চুপ্পদা য়েংনীংবা পোকপগুম তৌখি। চহীদদি য়ামদ্রবদা মখোয় অনী নিপালগুম্বা খেন্নরমগনি।

নোংমা মখোয়গী ক্বার্টরদা চা থকপা লাক্কে হায়রগা হোলদা অমুক চঙলক্লে। বিজয়কুমারনা রোমেনগা নলিনিগা করম্না খঙনখিবনো, নুপীদুনা কদাইদগীনো হংবদা রোমেন্না ইচম - চম্না নলিনিগী হৌখিবা থৌদোক্কী অশেংবা ৱারী পুম্বা বিজয়কুমারদা অমত্তা চিংথদনা লীরম্মী। বিজয়কুমার নলিনিগী অশেংবা থৌদোক্কী ৱারীদুনা অমুক্কা হেন্না পোৎথাফম খঙহন্দ্রে। সরস্বতি পুজা লোইরগা মখোয় অনী থোরক্লে। বিজয়কুমারদি নলিনিগী মশক্তু অমুক্কা হন্না য়েংনীংলি। অদুবু রোমেন্না থোক্লসি হায়বদুদা অদুম থোরক্লে।

বিজয়কুমার মাগী পুন্সিদা নুপীগী মরমদা অমুক্তা অদুক লুনা খনখিবা লৈত্রি। কদোমদগীনো মাগী মশুং - মমান্নবশু নত্তবা, চহীদসু মঙোন্দগী কোকথোং অমা হনবা নলিনিগী মশক্তা মানা অশুক য়াম্না ঙাওরুরিবা? অহীংদু তুম্বা য়াদনা নলিনিগী মরমদা রোমেন্না শাখিবা, হৌখিবা থৌদোক্কী ৱারীদুনা মাবু অমুক্কা হেন্না ঙাওহনবীরে।

বিজয়কুমার মথংগী অয়ুক্তা রোমেন উনবা লাকই। হায়রকই -"তামো! ঙরাং তামোনা শক তাকখিবী মণিপুরী ঈশৈ নুংশিনা শকখিবী ইচেদো অমুক্তা উনরুসিবা! ঐ মঙোন্দগী করিগুম্বা খরা খঙ্নীংবা লৈরে।" রোমেন্না - "করিনো ইনাওনা খঙ্নীংলিববো?"

"তামোনা ঙরাং মাগী মরমদা লীবা ৱারীদু তারুবদগী ঐ তুম্বা য়াদনা অহীং চুপ্পা পোথাবা ফংখিদে। মাবু, মণিপুরগী ৱাংমদা ইমুং - মনুং হুপ্পা তাম্লোকপিরকখি হায়বদুদনি ঐনা হেন্না খঞ্জিল্লুরিবসি।" রোমেন্না খল্লি -"ঐনা মঙোন্দা অশেংবা ৱারী লীথোক্লুরিবসিবু শোয়বব্রা? করিগীনো মাগী চহী মতাংসিদা নলিনিদা ঙাওখৎলক্লিবসিনা! করিগুম্বা বিজয়কুমারনা নলিনিদা ঐনা নলিনিগী অশেংবা থৌদোক্কী ফজদবা ৱারীদু বিজয়গী মফমদা লীবদগী বিজয়না খঙবনি হায়বসি খঙহনখিবা থোক্লবদি নলিনিনা ঐবু ঙাকপিফম থোক্তবা ইরাল অমা শোয়দনা লংশিনগদৌরি। ঐনা করম্না কেপ্তেন বিজয়দা ৱারীদু লীথোক্লুরিবা! ঐসিসু ওম্লোক্লা চিন য়াওবা হায়বদু তাগদৌরেদো!"

মানা উংলিঙৈদা বিজয়না চৎলসি হায়রকই। চত্তবা য়াদদুনা মখোয় অনী বিজয়কুমারগী গাড়ীদা নলিনিনা লৈবা ক্বার্টর তান্না লাকমিন্নবে। নলিনি কোবী, আলু শোইদুনা ক্বার্টরগী বরেন্দাদা মখোয় নুপী ঙাক্তা অহুমখক মুরা অমমমদা ফম্লগা লৈরম্মী। নুপী অনীদুদি লৈশাবী ঙাক্তনি। অমনা বেঙ্গলিনি অদুগা অমনা কার্বিনি। কেপ্তেন বিজয় অমদি রোমেন গেত্তগী চঙলকপা উবদা লৈশাবী অনীদু ইমুং চঙখ্রে। নলিনি ফম্লম্বদগী হৌগৎলগা মখুৎ লোন্নদুনা চঙলক্লিবা অনীদুবু ফমফম কাদা চঙবীযু হায়। রোমেন্না — "ঙসিদি ঐখোয় অনী নঙগীসিদা চা থক্লুরসি হায়দুনা হৌনরগা হেক্তা লাক্লবনি। ঐখোয় লাকপদা নখোয়গী থবক কায়গদবকা লৈব্রা?" "লৈতেদা! থাজদনা লেঙবীরকপসি য়াম্না নুংঙাই।"

বিজয়কুমারনা হায়বকই -"ঙরাং ইচেনা শকপা ঈশৈদু তারুবদগী ঐদি তশেংনা ঙাওরবনি। ঐদি মৈতৈরোলগী ঈশৈসি হান্নদি অদুক মুন্না অমুক্তা তাখিদ্রি। ঙরাংদি মীরমদা তাঙ্না তাবা ওইবদুদা ওইরমানে, ইচেনা মৈতৈগী ময়েক্লাইবা শেৎলগা হারমনিয়ম পায়রগা শকখিবা ঈশৈদুগী রেকোর্দ অমত্তং লৌবা য়ারবদি ইচেদগী অয়াবা অমত্তং লৌজবা লাকপনি।"

"ওম্লোকপা ৱাবু তাকপিরে! ঐদি করিসু হৈবা নত্তেদা, মহৌশা অঙাং ওইরিঙৈদা সিনেমা, ড্রামা য়াওবা খরা পামজরকপদগী মপা চারুদনা ইচেম্মা অসেম বিমলাদা ঈশৈ তমজরকই। মতমদুদা মানা তোয়না শকখিবা ঈশৈদু পামজনা ঐসু তোয়না ঙংদুনা শান্নখি অমদি ঈশৈ ময়েক চিনদা পুখি। মরম অদুদগী করিগুম্বা ঐনা ঈশৈ শকপা তারবদি হায়রিবা ঈশৈসি শকই। কন্নাগুম্বা খরনসু ইপ্পানা তাকপিরিবা অসিগুম্না ফোঙদোকপিরকপা মমাঙদা লৈখ্রে।"

মরক থৎনা রোমেন্না হায়রকই -"ৰারীসি য়াম্না নুংঙাইরি, মতাঙ চারিঙৈদা ঐসু করিগুম্বা পূক্লিংগী বা অমা হায়জহৌগে -নোংমা ঐনা রামনাগর খুঙ্গংদা নলিনিখোয়গা থৎননা লৈরিঙৈদা দুর্গা পুজা ময়াদা নলিনিনা ঙরাং শকখিবা ঈশৈদু তাখি। অহীংদু ঐসু তৃম্বা য়াদনা ঈশৈ শক্লিবীসিবু কনা ওইরিগবা হায়না পূক্লিংদা ইতোমতা হংখি। মদু ঙরাং খঙহৌদনা নলিনিনা ঈশৈসি অমুক হন্না শক্লকপদগী শৈশকপিগী মশক খঙখি।"

নলিনিনা -"ঙসিসি ঐগী দাও য়াবা নুমিৎ হাযবদু তাবে, থাগৎপিনবা মমল য়াম্বা মীশক অনীখক ইনাক্তা লেঙলক্লগা ঐবু থাগৎপিরিবসিগী করিনা সেবা তৌগনি। ঐ চা অমুক্তা শেন্নুখিগে" অসি হায়বগা হৌগৎলকই। নলিনিনা হৌগৎপদা তুংদা পুল্লম্বা শম্বুলদু জ্বাই লাউনা নাম্বদুনা চাইখাইবকই। ওম্ফোক্না লেম্না ফজবা শাবান্নি। বিজয়কুমারগী পূক্লিংদা -"অস ! নুপীসিদি ? মোইরাংগী থোইবী হায়বীদুবু অসুন্না ফজরমগদ্রা ? ফজবা উবদা ঙাওববু করি মরাল লৈবগে ? মতম অমগী হিন্দি ফিল্মগী শক্লাইরম্বী মধুবলাগী ফোটোদা মীরোল অনীগী তুংদা লাকপা পাখং লিশিং কয়া অমা ঙাওনরিবসিদি ?

নলিনিনা হৌগৎলগা মশম মওং তানা পুনবা হৌরকপদা নুপীমচা অনীদুনা মখুত্তা চাগা বিসকুটকা প্লেট অনী অনী পায়রগা কাদুদা চঙলকই। চাগা বিসকুটকদু টেবলদা থম্লম্লগা লৈশাবী অনীদু অমুক থোকখ্রে।

রোমেনগা বিজয়গা চা থকই।

চা থক্লা - থক্লা বিজয়না হায়রকই -'ইচে ! সিদগীদি শক খঙনরবনিনা খরা তোয়না লাকপা তারে !"

"লাকউ কৈনো, ইপ্পাসিদি !

"অদু ঈশৈগী রেকোর্দিংসিবু ?"

"মথং অমুক লাকপদা ওইনা খন্নরসি।"

রোমেন্না হায়রকই -"নলিনিদি ক্লাস লৈরমগনি, ইবুংঙো কেপ্তেন ! অমুক চৎনবা তৌরসি !" অসি হায়রগা মখোয় অনী থোরক্লে। অসুন্না বিজয়কুমারগা নলিনিগা অনীরক হন্না উনবগী তাঞ্জা অমা ফংবদগী মখোয় অনী নকশিন্নবা হৌরে।

নোংমা স্কুলগী অঙাং নুপীমচা অমা সোসিয়েল সার্বিস তৌরিঙৈদা মম্থ কনবা লিল খারৌনা চিক্লম্মী। নলিনিনা খুদক্তা অঙাংদু কেপ্তেন বিজয় খঙনবদগী আর্মিগী কেমপতা পুরক্লম্মী। কেপ্তেন বিজয়না আর্মিগী ডাক্তর সেখর তান্নদুনা এন্টি ভেনোম ইঞ্জেক্সন কাপ্তুনা অঙাংদুগী মথ্বাই কনবীখি। মদুদগী অমুক্তা হেন্না নলিনিনা বিজয়কুমারবু থাজখি। অদুদগী বিজয়কুমার ছুটি নুমিৎ খুদিংগী নলিনিগী মনাক্তা লাক্তুনা ঈশৈ রেকোর্দিং

লৌবা গুৱাহাটিদা নোংমতং চৎমিন্নকসি হায়না হৌই। মানা তোযনা হাযবদুদা নলিনি যাদবা ঙম্লক্ত্রে। নুমিৎ নীনি ছুটি লৌবগা গুবাহাটিগী চান্দমাবিদা লৈবা "বেনুকা বেকোর্দিং সেন্টব" দা চত্তুনা মানা যাম্না পামজখিবা বিমলানা শকপা এমকে বিনোদিনিগী ঈশৈ মযেক্তুগা লোযনবা অতোপ্পা ঈশৈ অনী অমগা বেকোর্দিং লৌবে। অহীং অমা তঙাই ফদনা হোটেলদা কা অনী লৌবগা গুবাহাটিদা লৈবে। নোংঙাল্লগা নাওগোং তানা নলিনিগী মচানুপীগী মনাক্তা লাকমিন্নৈ। বেমবেমগী স্কুলগী ফি - নুং বিজযকুমাবনা লোইনা চহী অমগী শেংদোকপীবে। নাওগোংদগী উর্মাংসো তানা লাকমিন্নবগী লম্বীদা বিজযনা নলিনিদা বাহং অমখক যাম্না থাজদনা খোঞ্জেল নিক্লপ তৌনা হংলকই "হৌজিক ইচেগী চহী কযা শুবীববগে?" নলিনিনা খল্লি "কবিগীনো মানা মখোল নিক্লপ তৌনা ঐগী চহী হংলক্লিবসিবো?" খুম্লকই "ইপ্পানা ঐঙোন্দগী কবি খঙনীংবা লৈবগীনো ঐগী চহী হংবীবিবসিবো?"

—"হুম। চুম্না সুম খঙনীংদুনা হংজবনি।"

—"ঐ। হৌজিক চহী কুম্থামঙা শুবে।"

—"ও। অদুদি যাম্না নৌবিনা। হৌজিক্কান্দদি চহী কুম্থামঙাদি লৈশাবী ওইনবা কযা 'মসু যাওবি।"

খোইকুম মোমোন তৌবগা —"চুম্মী, ঐশু যুম পান্দনা লৈবম্লগবুদি লৈশাবী ওইবম্বসু যাবিবনি।"

—"ইচে। অদু হৌজিক লৈশাবীকাদি অমুক 'মুক ওইনীংলক্ত্রা? হাযবদি যাওশঙ কৈকা নীংশিংলক্ত্রা?"

—"কবিগী নীংশিংদনি, হৌখিবা ঙা চাউই হাযনবদুনি, ঐনা অহানবা ফিল্ম কুম্বা হৌবকপদা ঐখোযগী থোঙ্গান্দা, শুমাঙদা নোং ঙানবদগী ফিল্ম কুম্বীযু হাযনা লাকখিবা পাখংশিংদো ওম্থোক্লা যামখ্রপোৎনি। মবক থৎনা বিজযনা "ইচেবু ফিল্মসু কুম্বীবম্ব্রা হাযবিসিবু?" "ইপ্পাগা নহান লাকমিন্নবম্বা বোমেন হাযবদুনা ঐগী মবমদা কবিমত্তা পনখিবা লৈতব্রা?"

"মানা হাযবা হাযববু ইচে ইম্ফালদগীনি, তঙাই ফদবা মবম খবদগী মণিপুবগী বাংমদা লৈবা তাখিবদগী কাছাবদা ইমুং পুন্না যুম হোংলকখিবনি, অসিখক্তনি।"

"ও। মদুগী বাবী অশেংবদু ঙসি ইচে নঙঙোন্দা লীবগে। বাবীসি তাবদগী নঙনা ঐবু ওম্থোক্লা হম্থবা অমদি তুক্কৎচবা মীৎযেংনা যেংবা হৌবক্কনি।"

"ইচেগী অশেংবা বাবীদু তাববা মতুংদা ইচেবু ঐনা লান্না খন্দ্রবদি কমদৌবা?"

"মদু কৈদৌঙৈদসু ওইথোক্লরোইদবনি, ওইথোকপা তারবসু, তাৎনি, মতম খরগী ঐঙোন্দগী খুদোংচাবা খরা লৌবা লোইরগা অতোপ্পা মীশিংদা ঐবু অমুক্কা হেন্না পাউথোকপিরম্বা নত্তনা কবিসু কান্নররোই।" "অস! ওষ্থোকপা বাবু তাকপিবেদো! মদু কেপ্তেন বিজয়কুমারগী মফমদদি নুমিৎনা নোংচুপ্তগী থোরক্লবা ফাওবদা ওইথোক্লোই। ঐ ইচেগা পুন্সিগী থানদনা লোয়নবা পাম্মী।"

"হায়রিসিবু করম্বা মওংদা লোযনবনো, মচে অমা ওইনরা নত্তগা মরুপ অমা ওইনরা?" "য়ুম পান্দ্রিবা পাখং অমগা মঙোন্দগী চহী তরেৎ, নিপাল্লোম হনবা পোকমিন্নবা মচে নত্তবা নুপী অমগা মতম শাংনা লোযনবা হাযবসি অউবগী মীভ্রা শান্না লান্না উগনি। মরম অদুনা খ্বাইদগী ফবদি .. খ্বাইদগী ফবদি . । বিজযকুমার বাদু মখা তাবা ঙমদ্রে।

য়াম্না অর্থ লৈবা খুৎনোক্তা ফাক-ফাক নোক্লগা নলিনিনা হায়রকই --"খঙলে, নহাক্লা খল্লিবদো! ঐসে চহী তবেৎ শুববী ইচানুপী অমগী মমানি। অদুগা নহাক্লা চহী কুন্নিপালখক্তা শুরিবা, তুংগী আশা চাউনা লৈবিবা মদুসু আর্মিগী কেপ্তেন অমা ওইরিবনি অনীসিগী মরক্তা কবম্না অদুগুম্বা মবী থমগনি?"

বিজয়না মমীত্তু অশাওবগী শকফম উৎলগা —"ঐগী বাহৈ ফাগী নত্তে, নহাল ঐনা নহাকপু উখিবা নুমিত্তগী ঐহাক তশেংনা নহাক্কী বাখলদা ঙাওখ্রবনি। চাবে নঙবু মীত্তা উরে, তুম্লে মীত্তা উরে। ঐদি ঐহাক্কী নীংবসি থুংদবা তারবদি পুন্সিসে লম্মখাঙদা মাঙখিবসু য়াই। ইপা-ইমা অনীমক লৈখিদ্রবা ঐনা সংসাবসিদা অমুক্কসু নীংবা কায়রবদি হিংলুবগী অর্থ লৈররোই। ঐ হান্না মমাঙদা কনাগুম্বী নুপী-অমগী মরমদা অশুক লুনা খনখিবা লৈত্রি। অদুবু নহান সরস্বতি পূজা নুমিৎকী নহাক্কী ফিজেৎ, ফিভম মুর্ত্তি, ঈশৈগী শুর, ঈশৈগী ময়েকশিংদুনা ঐবু খঙহৌদনা তাম্লবা মফম অমদা চিংলগা পুখিবগুম, ককঙাওনখি।"

"মদু য়ারোই, নহাক য়াম্না মুন্না ৱাখল অমুক্তা তৌখো! নহাক্কী তুংগী পুন্সিদা চয়েৎনবা কয়ানা পিক থল্লক্কনি।"

বিজয়না হায়রকই —"ঙসাই ৱারী অমা লীগে হায়বীখিবদো অমুক্তা লীবীয়ু ঐ মদু য়াম্না তানীংলে।"

নলিনিনা মহাক্লা মণিপুরদা লৈরিঙৈ, ফিল্ম কুম্বা হৌরকখিবা, মণিপুর থাদোক্তুনা চৎখিনবা য়াথং পীরকখিবা মতাংশিংদু অমত্তা চিৎথদনা লীরকই। ৱারীগী অরোইবা শরুক্তা মহাক্লা কাছারদা নুপা অমগী নুপী অতোম্বী ওইনা লৈরুরগা মপুরোইবা লৈখিদ্রবা তুংদা মচা বেমবেম পুরগা মপামদা হল্লকখিবগী মতাং য়ৌরকপদা বিজয়না খঙহৌদনা চিংনবা ---- ---- ----কখি। ----দি নলিনিনা লৈরুবা নপাদ করিগীদমক শিখিবনো? নলিনিসিবু

মপুরোইবা চাবীরো ? অদু ওইরবসু মী অমনবু মপুরোইবা কয়া চাগদৌরিবনো ? মাগী ৱারী পরিংসিদদি নলিনিগী মরাল লৈতে। মসিদি নুপানা নমথরগা পানবা সমাজগী চৎনবীনা ওইহল্লকপনি। ঙসি ঐখোয়গী সমাজদা। এইদস' লায়নানা নারে খঙলবা নুপী কয়াগা নত্তবা মরী লৈনরুরবা নুপা অমনা নুপী মথং মথং থিবদা কনানসু থীনা ঙাঙনদে। অদুগা নলিনিবুদি করিগী অশুক তমথিনা মরাল লৈবী তাহনবীরি। ঐ মানা য়ারবদি মাবু মণিপুরদা অমুক্তং পুরগা ঐগী নুপীনি হায়না লেন্নরুবা পাম্মী। মহাক্কী পুন্সি মণিপুরদা লোইহনবা পাম্মী।

নলিনিগী ৱারী লোইখ্রবা ফাওবা বিজয়কুমার তুমিন ৱা ঙাঙদনা লৈখিবদুদা নলিনিনা ঙসাই হায়খিবা ৱাফমদু শোয়দনা তারগনি, বিজয়কুমারনা মাগী ৱাখল থাদোক্কে খল্লক্লগনি খল্লম্মী। মদু তারক্লবা মানা মাগী ফজদবা ৱারীদু নীরগা তাহনবনি।

নলিনিনা হংলকই —"নহাক হৌজিক ভাব তারবা নত্ত্রা ?"

বিজয়কুমার ইখং খংনা —"ঐ ৱারেপ লৌবা লোইরে, নহাক্না য়াবীরবদি ঐগীদি পুন্নমক শেম-শাবা লোইরে।"

"মদু ওইবা য়ারোই। অশুক চাউবা সমাজ হায়বা অমা লৈরিবসিনা ঐখোয়গী অশোয়বা থির-থিরগা নোক্নরক্কনি। ঐখোয়গা শঙ্গ তৌনীংলক্লোই। মদু খাঙবদা য়াম্না ৱাবা অমদি লুবা থবক্নি।"

ৱারী লোইরক্পদা নুমিদাংগী পুং তরেৎমখায় তারে। উর্মাংসোগী বস পার্কিং য়ৌদুনা মখোয় অনী কুমথরে। বিজয়কুমারনা নলিনিবু কার্টর তানা থিল্লকই। থিল্লকপগী লম্বীদা বিজয়কুমারনা —"লাক্লিবা নোংমাইজিং নুমিত্তা অয়ুক্কী পুং নিপাল চপ চানা উর্মাংসোগী দুর্গা মন্দিরদা ঐখোয় অনী অমুক্তং উনসি" হায়না হৌদোকই। পাউখুম পীবা নংদ্রিঙৈদা নলিনি লাকপা ঙাইরম্বী লৈশাবী অনীদু হৌনরগা থোরকপদু উবদা নলিনিগী পাউখুম তাদনা বিজয়কুমার অদুম হনখ্রে।

বিজয়কুমারগী পাউখুম পীরমদবা ৱাহং অমখক্না নলিনি নুমিৎ খরনিদু তুমফম-চাফম খঙখিদে।

ৱাখল মুন্না খল্লবা তুংদা মহাক নোংমাইজিং নুমিৎকী বিজয়কুমারনা থাখিবা পুংফমদুদা দুর্গা মন্দিরদা থুংলরে। লাই খুরুম্বা লাক্লিবদু মা মতোমতনি। লাই খুরুম্বা চৎলমদাইদা মাগা লৈমিন্নরিবী লৈশাবী অনীদুদা মানা অসুন্না হায়রম্মী।

—"ঐসে ঙরাং অহীং মঙদা দুর্গা ইমা উরম্মী। মমাঙদসু অসুন্না অমুকখক উখি। মদুদসু মথংগী অয়ুক্তা দুর্গা ইমাগী মন্দিরদা চৎলগা ইমাবু খুরুমখি। করিগুম্বা কান্দা

ইমানা অসুন্না মঙদা লেঙবীরকপসে অফবা ওইহনবীয়ু হায়না নিজহৌবনা চুমগদমাক্লে খন্দুনা ঐ দুর্গা ইমা খুরুম্লুগে তৌবনি, ঐ চৎলুখিগে"!

নলিনিনা দুর্গা মন্দিরগী গেট য়ৌরকপদা বিজয়কুমার কুর্টা পাজমা শেৎলগা নলিনিবু ঙাইরম্মী। নলিনিনা মাগী মায় ঙাক্লকপদুদা মানা হায়বা য়ারগনি খনবদা অপেনবা পোকই। তশেংনা বিজয়কুমারদু নলিনিনা লাই খুরুম্বগী অঙৌবা ঙাক্তগী ফিজোল শেৎলগা লাকপদুদা হেন্না-পামজরুরে। পুঙৌ ফনেক, অঙৌবা ব্লাউজ, অঙৌবা ইন্নফি, খুত্তা লৈ য়াওবা য়েন্দাই অমা পায়রগা লাকপা উবদনি বিজয়না কল্লকচরিবা। খঙদে, নলিনিগী ফজবদু ঙসিগী সিনা পুক্সিদা খ্বাইদগী হেন্না ফজবা নুমিৎ হায়বদু ওইরিগদ্রা? বিজয়কুমারবু পেন্না য়েংজহৌরসনু মতাগুম কেরকপা ওইরম্বা তাই।

নলিনিনা —"লাকপা কয়াম কুইরে? নঙনা য়াম্না লুনা হায়বদুদা নমায় ঙাকপিদ্রবদি অবানবা লম্বীদা চৎখিগদ্রা হায়না নুংশা থীদুনা লাক্লিবনি। লাকও, লাকও লাই খুকম্লুরসি।" মখোয় অনী দুর্গা মাতাগী মন্দির মনুংদা চঙমিন্নখ্রে।

# কুনশুবা

বোমেন হন্দক মরক নোং খবা চুখিবদুদা থবক মফমদগী চৎথোকখিদ্রে। মশাদু লাইহৌ তৌদুনা চযোলমুকসু নাকুরে। হৌজিক্তি লাইহৌ হনখিবদগী চাক খরা চাবা য়ারে। নোংগা লেপখিবগা নুংশাসু ফজনা শারে। থোং শাবগী থবকসু পুন্না য়েংবদা লোইরে হায়বা য়ারে। কবিনো চানীংবা য়েঙ্গুাং খরা উর্মাংশো কৈথেলদা য়েংলুসি হায়দুনা লেবর গৌরি শঙ্কবগা লোয়ননা মাকটি জিপসি অঙৌবদু রোমেন্না থৌরগা লাকমিন্নে। নলিনি মৈতৈ নুপী অমগী ফিজেত্তা ফনেক অঙাংবা অমা শেৎ, হঙ্গামপাল মতেক মোইরাংফিচনবা অমা খাওন ওল্লগা ইন, খুত্তা খাউ অহনবা অমা পায়, মনা - মশীং য়োনফমদা লৈরম্মী। রোমেন্না নলিনি উখিদবা মতম ফনা শাংলক্নে। কুইনা উখিদ্রবা তুংদা ঙসি অনাবা হৌগৎলকপগী শম, কোই কোক্লগা খরা কেনা থোক্লকপা নুমিৎ ওইবগা রোমেনগী পুক্নীংদসু খরা হৈনীংবগুম তৌই। নলিনি উবদুদা মনাক্তা চঙশিল্লগা হায়রকই -"নলিনি! করি লৈরম্মীনো?"

য়াম্না তপ্না মহৌশাগা মান্নদনা খুল্লকই -"মনা - মশীং খরা লৈজরম্বনি।" মহৌশা নলিনিনা তোয়না হায়খিবা - "য়াম্না থাজদনা" হায়বা ৱাহৈদু ঙসিসু হায়রক্দ্রা হায়না খল্লুবনি। অদুবু মদুগী পাউখুমদুদি ফংখিদ্রে। নলিনিগী মমায়দুসু হাইগৎলক্তে। পোৎ লৈরিবদুদা পুক্নিং য়াম্না চঙবগুম তৌই।

রোমেন্না হায়রকই -"ঐসু মনা মশীং খরা লৈগে থোক্লকপনি, ঐখোয় অনী উনদবসি ফনবু কুইরম্মনি, ঐদি থোং শাবগী থবক্তা চিনমনখিবনা নখোয়গীদা চৎথোরকপকা শর্ংখিদ্রে, কমদৌরি? য়েঙ্গুাংকাদি হাউন- হাউনা চারমদৌ মাল্লি। ঙসি তাঞ্জা চারিঙৈসিদা চানীংবা মথেল অমদি হায়য়ু, ঐ লৈজরমগে?"

নলিনিনা -"য়াজরে, ঐগীদি পোৎ লৈবসু লোইজরে, চানীংবা মথেলসু লৈজরে, আদা মী ঙাইহৌরি খরা হাঞ্জরম্লগে?"

ৱাহৈদু হায়বদা নলিনিগী মমায়দু শুকহাই - হাইগৎলক্তনা মানা থাদখিবা চামঙা চৎপীগী অচোইবা হল্লকপদু লৌগদবগী ঙাইদুনা লৈ। রোমেন্না মিকুপ্তুদা খল্লি, -"নলিনিসিবু ঐঙোন্দা শাওরবা জাৎলা? কেপ্তেন বিজয়কুমারনা নলিনিগী হৌখিবা ৱারীদু ঐনা মঙোন্দা লীদুনা তাহনখ্রে হায়রুবদগী শাওবা ওইরমগদ্রা?"

মাগী কয়া থৌশাদবা মানবা মওংদুদা রোমেন্না হায়রকই -"ফরে, অদুদি ঐসু মনা - মশীং খরা য়েংলুখিগে!" অসি হায়রগা রোমেন মনা - মশীং য়োনবা পরেংদুদা চঙখ্রে।

নলিনিদি পৈশা হল্লকপদু লৌরগা হন্না য়েংলমদনা শড়ক লাম্থোকখ্রে। অশোম ৱাংমদা খাল্লিবা আর্মিগী জিপসি অঙৌবদুদা ইরেন কাখৎখ্রে। জিপসিদুদি বিজয়কুমাবনা মরক - মরক্তা তোংবা গাড়ীদুনি হায়বা রোমেন্না খঙই। রোমেন নলিনিনা গাড়ীদা কাখৎখিবা অমদি গাড়ী তোংলগা চৎখিবদু লাপ্তক্লা লেপ্লগা য়েংহৌই।

খল্লকই -"ও! ঙসি নলিনিনা উৎলম্লিবা অহোংবা মীৎয়েং অমদি ৱাঙাঙশিংদু মহাক কেপ্তেন বিজয়কুমারগা য়াম্না নক্লবা মরী অমা শোয়দনা লৈনরে হাযবনি। ও' কেপ্তেন বিজয়দু মঙোন্দগী চহী তরেৎ - নিপাল হনবা মচেগুম্বা মচাসু লৈরবী নুপী অমদা ঙাওরবা? মানা ঙাওরিবদু নলিনিগী শকফম, ৱাঙাং অমদি মতৌদুনা শোয়দনা ওইগনি।"

কৈথেলদগী হল্লকপা লম্বীদা নলিনিগী ৱাখলদা রোমেন উংলগা লাকখি। খল্লরোই খল্লুবগা হেন্নদুম খনগৎলক্লে। "ও! কেপ্তেন বিজযনা য়াম্না তোযনা লাক্লম্লগা লাকপা খংলেপ লেপখিবর্গা; মরমসু মানা নলিনিবু মিতাবা হৌরকপদগী ওইবা শোয়দ্রে।"

বাখলদা উংলগা চঙলকপদা ঙাইবিঙৈদা গুবাহাটিদগী হেন্দ পোস্টতা চিঠি অমখক থুংলৈ হায়দুনা পীবকই। ইন্দিরানা থারকপা ওইবম্মী। চিঠিদু ফাক্তোক্লগা পাবা হৌই।

ইবুংঙো! রোমেন, নঙ ইন্দোমচাবু য়াম্না ৱারৌবব্রা? নঙদি নঙগী পান্দম ফংনবা লম্বী অমদা খোঙথাং চুম্না থাংজিন্দুনা থবক খুদিংমক মায় পাক্লি হায়না তায়। ইন্দোমচাদি পুম্সিগী লোইরমদাই শরুকসি ওম্থোক্লা ৱানা লেল্লু হায়না তম্লম্লমাল্লে। নচননুপী বালাদু সুইদেন্দগী চিতেশ্বর থোরক্লগা মখোয় অনী পাউ ফাওনরগা ইম্ফালদা চেনখি। পাউ হায়দোকপা লাকপা চিতেশ্বরগী মাম্মদা ননাও বীমোলনা লুহোংবসি নুপা ময়ুমদা অদুম হোংবীরো হায়রুবদা অহল অনী লাকপদু য়াম্না নুংঙাইতনা হনখি। পাউ অমত্তা ফাওনদনা নুমিৎ হুন্নি লৈরবা তুংদা নুপা অনীদু অমুক্কসু লাকখি। দান পীনবা মবুংলা মৌপ্পারা অমত্তংদি য়াওহন্নীংই হায়বদা বীমোলনা "ঐদি চৎপা ঙম্লোই" হায়খি। ইন্দোমচাদি ননাও বীমোলগী ৱাহৈদু তাবদা ৱাম্থরক্তুনা হোসপিটালদা পুখৎলি হায়। ঐনা জ্ঞান তারকপদা ঐখোয়গী ইতৈনসু "নুপা ময়ুমদা য়ান - য়ানবা অদুম হোংবীরো মমাসু ঙমদদুনা লৈরে, কোম্না লৌখৎপা কান্দা অউনপোৎ খরা তম্লকপা হায়বদুনি" হায়বদগী মখোয় অনী হনখি হায়না তম্মী।

মণিপুরদা মখোয় অনীগী লুহোংবা লোইরগা ঐঙোন্দা লুহোংবগী ফোটো খরা থারকই। ইন্দোমচাদি নচন বালা লুহোংবগী ফোটো উবদা কপ্পা নত্তনা উপাই করিসু

লৈখিদে। নঙনা মতমদুদা যুমসিদা লৈবম্বা থোক্লবদি ইন্দোমচানা নঙবু মণিপুবদা থাবগা নচনগী কৈন্যাদান পীহল্লম্বা যাবনি। অদুবু মদু থোকখিদ্রে। হৌজিক্তি পুম্নমক হৌখ্রে, অমুক হল্লক্লবোই। ইচানুপীগী মবাইবক্তা তল্লকপা হাযবদু তাবে। মানা পামজবা মণিপুবগী নুপাদা লৈবদি ফংখ্রে। ইন্দোমচাসু ইচাগী মনীং থুংজখিবদুগীদি নুংঙাই।

নঙগী উর্মাংশোগী থোং শাবগী থবক্তু লোইবগা নঙ ইন্দোমচাগী নাক্তা অমুক্তং শোযদনা লাকউকো ' নচন্নুপীগী মনাক্তা অমুক্তংদি চৎনীংই। মীওইবগী পুন্সিদা নীংবা থুংদবা থৌদোক কযানা পবেং লেংদুনা চৎখ্রে। পুম্নমক মতমগী ঈচেলদা লোইনা তাউথখ্রে।লেমহৌবিবা পুন্সিগী শরুকসিদনা কবম্বা অনৌবা মান্নবা থৌদোক কযা ঙাইখিবা তাবিবা। পুম্নমক ওইবক্রবসু খাঙবা ঙম্বা মখৈ খাঙলম্লগা চৎখিবা তাবনি, অশুক নুংশিখ্রবা সংসাবসি থাদোক্রম্লগা। নঙগী পুন্সিদি অবোইবা শরুক মশক ফজহল্লম্মুকো ইবুংঙো। নঙনা নীংলিবা পান্দমদুমক থুংবা ওইযু। নঙ নোংমতংদি ইন্দোমচাগা উনবা কাউগনুকো। মদুদা ঐনা নঙোন্দা হাযগদবা বা মযাম অমা লৈ। লোইবগে।

নহাক্কী নদোমচা
ইন্দিবা বেলটোলা, গুবাহাটি

বোমেন ইন্দিবাগী চিঠি পাবদা মীৎলুদগী পিবাং শীম্ববকই মতম্না পুবকপা অহোংবা কযাসিনা মাগী পুক্নিংবু মনীং - মমাঙ চিংনা ৱাহল্লে। ঙাইহাক্কী মমাঙদা নলিনিগী ৱাখলদা মথৌ চিল্লম্বা বোমেনগী ৱাখলদু ইন্দিবাগা নীংবা কাযবগী চিঠিগী পাউদমদু খঙলকপা মিকুপ্তগীদি যাম্না থুনা গুবাহাটি চৎনীংবা পোক্লকখি। মঙোন্দা থোক্লিবা থৌদোকশিংসি পবিক্ষা মতমদা তোঙান - তোঙানবা ক্বেসনগী পাউখুম অমা ইবা লোইবগা অতোপ্পা ক্বেসন অমগী পাউখুম অম্মুক খুম্নবা হোৎনবদুগা চপ-মান্নবগুম থোক্লে।

মথংগী নুমিত্তা বোমেন গুৱাহাটি যৌবক্লে। উজযেন বজাবদা হান্না থুংলগা ঈরু - মায়থজবা লোইরে। অদুগী তুংদা অনৌবা ফি - বোল হোংদোক্লগা গীরিধাবিগী যুমদা লাকই। থোঙ্গাল য়ৌবকপদা লকক্ তৌবম্বদু অসুম চঙশিল্লকপনা গীরিধাবিগী মাঙ্গোল কাখৎলকপদগীদি চিংনরম্বা পুম্নমক খঙহৌদনা পাইথোকখিবগুম তৌরে। গীরিধারি অমদি পাকপী অনীনা অমুক হল্লক্কনি থাজকদ্রবা বোমেন্না যাম্না থাজদনা চঙলকপদু উবদা মীৎলু পিরাং য়াওনা বোমেনবু ওক্লম্বদুনা রোমেনগী লেমহৌরিবা পুন্সিদা মখোয়দগী লাপথোকপা য়াগনি হায়বা থাজদ্রে। ঙাইহাক ৱাবী শানরবা তুংদা ইন্দিবাগী কাদা অমুক চঙলকই। রোমেন্না ইন্দিরাগী হোংলম্লিবা ফিভমদু উবদা পুক্নিংদা নুংঙাইতবা পোকই।

ইন্দিরানা তম্বদগী খঙলে, মদুদি বালানা জিতেশ্বরদা চেনখ্রবা তুংদা বীমোলসু কাছারদা নুংশিতোম্বীগী মতুং ইনখিবদগী ইন্দিরা মতোমতা তোঙান চারে। বীমোলনা মরক্তা নোংমা লাক্লগা গীরিধারিদা কাছারদা স্কুল শাবগী থীকা অমা ফংলে, মদু শুবা হৌনবা লুপা লাক্ষ মঙাখক্তা পীয়ু হায়বদা গীরিধারিনা ঙম্লোই হায়দুনা য়াখিদে। মদুদগী মমাদা ওনশিল্লগা অমুক শেনফমদু পীদবা য়াবোই হায। মমানা অবৈবা খোমজিল্লগা লুপা লাক্ষ অমা পীরগা চৎখিবদগী ঙসি ফাওবা য়ুমদা হল্লকখিদ্রে।

রোমেন ৱারী পুন্নমক্তু তারবা তুংদা মন্দোমচা হন্দোক্লম্লগা পাক হেক চৎলগে হায়গদবা হঙ্গোইরে। মাদি য়ুমসিদা বীমোল অমদি নুংশিতোম্বী লৈবমগনি খন্না লাকপনি। অদুবু মানা খল্লুবগদি ওম্থোক্লা তাইওন্নরম্লে।

ইন্দিরানা ঙসিদি হাওবা - হাওতবা ইন্দোমচাগা চাক চবা অমতং চামিন্নখিসি, ইন্দোমচা চাক থোংলুরগে হাযবদুদা বোমেন্না মন্দোমচাগী ৱাহৈদু হিক্তোকপা ঙম্লোইদৌবে। চাক চারগা লৈবা তাববনিনা গীবিধারিগী মনাক্তা অমুক চঙলগা মানা পাঙথোক্কে খল্লিবা ধর্মশালা শাবগী মতাংদু মখা অমুক চত্থবা হৌরগে হাযনা হৌদোক্লুবে। গীরিধাবিনসু পূক্লিং থৌগৎপা ওইনা -“ইচানা পাঙথোক্কে খল্লিবা অফবা থবকশিংসি পাঙথোক্লম্বদা ইপানা করিমত্তা য়েৎকদবা লৈতে। নঙনা ইপা খঙহন্দনা ঐগী মিংদা হাপচিল্লম্বা শেনফমদু ইপা শোক্তে। ইপাগী অরোইবা মতম হাযবদু অসুম - অসুম নকশিল্লক্লবনি। নঙনা থবক খরা কোম্লবদি নচন্নুপী বালাবু অমুক্তং লৌখৎপিনবা তৌসিনে ইবুংঙো? ইপানা মতমদুদা মাবু সিদা ঐগী য়ুমদা হেক লুহোং - খোংদোংবা তৌবদা লৈমিন্নবিবা লৈকায়গী মীশিংসিনা হান্নগী কায়খিবা লুহোংবদুদা মোলোম থল্লগা ৱাবী শানদুনা ঐখোয়বু নোক্লরমগদবদু পামদবদগী মণিপুরদা অদুম হোংলো হায়খিবনি। ইচাদুনা মীগীদা অওং - অউন অমত্তা য়াওদনা লৈরক্লিবসি থা মঙা হায়রক্লে। ইপাদি হায়জিন্নবা নত্তে, নঙগী নশক হেক উবদা ইপাগী পাঙ্গলসে খরদি কনখৎলকপগুম তৌই। মখা তানা থবক কয়া অমগা তৌবা ঙমগদবোই নীংই।”

গীরিধারিনা হায়রিবা ৱাফমদু বালা লৌখৎপগী মতাং ওইবনিনা রোমেন্নসু হৱাউনা য়ারে। মখোয় অনীনা শানখিবা ৱারীদু তাবদা ইন্দিরাসু ৱাফমদু হান্নদগী রোমেন্দা হৌদোক্কে খল্লম্বনিনা নুংঙাইবা ফাওই। অউনপোত্তি হান্নদগী পুম্নমক লাঙবা লোইদুনা লৈরবনি। বালা লৌখৎনবগী ৱারী শানবা লোইবগা ইন্দিরানা রোমেনবু চাকশঙদা পুশিল্লগা চাক চামিন্নরে। নহানমখৈ অমুক্তা পূক্লিং নুংঙাইনা চাবা ফংলক্তবা ইন্দিরাদো ঙসি রোমেনগা পুন্না চামিন্নবসিদদি অৱাবা ৱাখল ঙম্না কাউথোকখ্রমাল্লে,চাক্তু ফম্না নীংথিনা চারে। মীওইবা ঐখোয়না হিংলিবসি আশাগী মপাল তাংলগা হিংবনি হায়নরিবসি য়াম্না চুম্বজাৎনি।

মতৌ অসুন্না মতম খবা লাপথোক্লব্ববা পূক্লিং অমদি বাখলশিংদু অমকপা অমত্তা যাওদনা অমুক হন্না পূক্লিংগী ফজবা বাহৈনা চামথোকখিবদগীদি মতোমতা তাইশিন্নজখ্রে।

থবক্কা অমগী মথংদা অমা তৌগদবা অক্বা ঙাক্তনা পবেং লেংদুনা লৈববা বোমেন নোংমখক্কী খোঙচৎকীদমক গুবাহাটি - ইম্ফাল, ইম্ফাল - গুবাহাটি টিকেৎ কক্তুনা ফ্লাইট তোংলগা জিতেশ্বরখোযগী যাইস্কুলগী যুমদা থুংলে। বাষিগা হান্না গুবাহাটিদা উনখিবনা নৌনা শক তাক্লবগী মখৌ তাদ্রে। বোমেন লাকপা উবদা বাষিনা তবান্না ওকই। হৌন লোনচৎ ফজবা ইমুং অমদা চঙলুবদা কবিসু বানিঙাই লৈতে।

বোমেনবু মী ফন্নবা কাদা পুশিল্লগা চা ণুং পুথোক্তুনা সেবা তৌববা তুংদা বাষিনা বোমেন্দা হাযবকই 'ইবুংঙোনা থাজদনা লেঙঙকপবু ?"

"ইন্দোন। ঐ কোইথোকচববোই, ইচন্নুপী বালা লৌখৎপগী মতাংদা বাবী শানবা লাকচবনি।"

"হোযনে, ইন্দোনসু ভাবনা মদুগী মতাংগী ওইবমগদ্রা খল্লিবনি।" বাবী ঙাইহাক শানববা তুংদা সুইদেন্দা লৈবা জিতেশ্বর ফোন তৌদুনা পাউ ফাওনৈ। বোমেনগা বালাগা ফোন্দা বাবী ঙাইহাক শানৈ। পাউদু তাবদা বালাদি নুংঙাইবনা মথুম - মবাং হৌজবে। মতম কুইনা মখোল তাখিদ্রবা মাগা অমুক হন্না বাবী শানবা ফংলক্কনি থাজকদ্রবী বোমেনগী খোঞ্জেলদু মাইল মশীং খঙদনা লাপ্লবা সুইদেন্দা লৈবা বালানা তাবদা হিক হিক কপ্পি। বোমেনসু বালা কপ্পদু তাবদা মীৎলুদা পিবাং ঈহৌবকই। মতমদু বালা মীবোনবা থা মবিবোম হাযবক্লবনি। অপোকপি মমা উনগনি খনবদা বালানা কযাদা হবাউজবমগদবা। অদুগী মথক্তা বোমেন্না মাবু লৌখৎপিনবা জিতুগী অপোকপিগা বা তান্নবা লাকই হাযবদু তাবদনি বালানা হবাউমন্দুনা কপ্লিবদুসু। মৌপ্পা বীমোলগী অকনবা বাহে খবদগী মবুংমক্লি খঞ্জবিবা বোমেন্না বাবৌদুনা মখোযগী বেলটোলাগী যুম থাদোক্লগা চৎখিবদু অমুক হল্লক্লে তাবদনি মানা হেন্না নুংঙাইজবিবা।

ঙাইহাক্তুদা মখোয অনী ইম্ফালদা থোবক্লবগী মতাংদু লৈখায তাবগা পাউ অমুক খঙহল্লকউ হাযবগা টেলিফোন্দু থমলে। টেলিফোন্দা বাবী শানবা লোইবগা বাষিনা বোমেনবু চাক চাদবা যাবোই হাযদুনা চাক অমুক থোঙ্গৎপা হৌখ্রে।

চাক চাবা লোইশিল্লকপগী তাঞ্জাদুদা সুইদেন্দগী ফোন অমুক লাক্তুনা জিতেশ্বরনা থোবক্কদবা মতম লৈখায তাবে হাযনা খঙহল্লক্লে।

অসুন্না লৌখৎপগী নুমিৎ লেপ্পবা লোইববা তুংদা বোমেন অহীং অমা ইম্ফালগী হোটেল অমদা লৈবগা মথংগী নুমিত্তা গুবাহাটিদা হল্লক্লে।

নুমিৎ লেপ্পখ্রবনিনা ইন্দিরাগা তান্নরগা অউনপোৎকী মতাংদা অৱাৎ - অপা করি করি লৈরিবগে য়েংলবা তুংদা মশীং শুনা লৈবা লোইরে।

থা মখায় অমগী মনুংদা লেপ্পখিবা নুমিৎকী খরা মাঙজৌননা বালাগা জিতুগা সুইদেন্দগী ইম্ফালদা থুংলরবা তুংদা গুৱাহাটি তানা অমুক লাক্কুনা লৌখৎপগী থবক লোইরে।

গীবিধারিগী মশাগী ফেক্তরিগী টাটাগাড়ী অনীদা অউনপোৎশিংদু হাপ্পুনা ইম্ফালদা পুখ্রে। রোমেনসু ইন্দিরাগা লোইননা বালা থিনবা ইম্ফালদা চৎলি। নুমিৎ নীনি লৈরম্লগা মখোয অনী গুৱাহাটিদা হল্লকখি। মখোয় অনীনা গুৱাহাটিদা হনখিবা মথংগী নুমিত্তা জিতুগা বালাগসু সুইদেন্দা অমুক পাইখ্রে।

বালা লৌখৎপগী থৌরম নীংথিনা পাঙথোকপা লোইরবা তুংদা রোমেন্না মন্দোমচাবু থেমজিনবা ৱাহৈনা হায়বকই -"ইন্দোমচা। ঐনা উর্মাংশোদা শাবিবা থোংসি শঙ্গাবা হেক লোইবগা বেদকুষিগী ধর্মশালাসি য়াম্না থুনা শাবা লোইশিল্লগে খল্লি। ধর্মশালাসিদা মণিপুরগী তোঙান - তোঙান্বা লৈকায়, খুঙ্গংশিংদগী লাকপা তির্থ চৎগা যাত্রিক কয়া শোয়দনা থুংলগনি খল্লি। মখোযশিংদুবু থম্মোয় শেংনা নোংমতং মখোযনা ধর্মশালাসিদা লৈবিঔদা মখোয়গী সেবা খরদং তৌবা ঙমজবর্বদি হংদক মপোক্কী পোকপগী মহয় য়াল্লে হাযবা য়ারে। অদুনা ধর্মশালাসি শাবা হেক লোইবগা শঙ্গারবা তুংদা ইন্দোমচাগা ঐগা মফমসিদা লৈরসি। ৱারবসু বানা ইন্দোমচা থা খরদি খাঙখিসি। ঐদি হয়েং অয়ুক অমুক উমাংশোদা চৎলুখিগে?"

ইন্দিরাসু রোমেনগী ফজবা থম্মোয়নুংগী ৱাহৈশিংদু মুন্না তারগা হায়রকই -"চৎলু, চৎলু! পুন্সি হায়বসি থবক্লা উৎকদবনি। পুকচেল শেংনা কথোক্কুনা থবক তৌবা হায়বসিনা লাইফম খুদিংদা চত্তুনা লাই নীংবদগী হেন্না মহয় চাউই হায়নরিবনি। মালেমদা উরিবা ফজবা, অঙকপা পূন্নমকসি থৱায় য়াওনা কথোক্কুনা থবক শুবা কাঙবুনা তৌরম্বা থবক ঙাক্তনি। লাই নীংবনি হায়না চৎনরিবা ফজ - ফজবা লাইশঙ, মন্দির অমদি লাইগী মুর্ত্তি ময়ামসিসু তাইবং মী মরক্তগী খুৎহৈবা য়াওরকপা মীনা শাবা ঙাক্তনি। ঐখোয়না নীংলিবা লাই খুদিংমক মীনি, মাগী মুর্ত্তিসু মীনা শাবনি। ঐখোয় মশীং য়াম্বা মীনবু য়ানরবদি লাই হেক্তা ওইরে। অদুনা ইচাসিদি তাইবংদা মী ওইনা হিংলিঔদা মীনা মীগীদমক কান্নবা অফবা থবক তৌরম্বা হায়বসিমুক চাউবা ধর্ম অমা লৈতে খল্লি ইন্দোমচানা।"

ৱারী মথং - মথং মমুৎ তানা শানরবা তুংদা ইন্দিরানা নুমিদাংগী চাক - ঈশিং থোংবা লোইদুনা অমুক চামিন্নরে। মখা তানা বালাগী অমদি বীমোলগী ৱারী কয়া শানরবা তুংদা মাগী - মাগী কাদা তুম্বা চঙনখ্রে।

বোমেন্না তূম্নবা থৌবাং তৌবিঙৈদা গীবিধাবিনা অমুক্তা লাকখো হাযনা কৌবকই। জোবহাৎটগী ফোন অমখক লাকই হায। গীবিধাবিনা বিকিগী ফোন্নি হায। বিকিনা অসুম্না টেলিফোন তৌবকপসি অহুম্লক শুবে। বোমেন যুমদা লৈতবনা গীবিধাবিনা ইমুংগী ওইবা বাবী খবা শানবগা হেক্তা তোকপনি। ঙসিদি বোমেন লৈবা তাঞ্জা ওইবদুদা গীবিধাবিনা বোমেনবু কৌশিল্লকপনি।

বোমেন্না ফোন্দু পায।

"হল্লো বিকি। নঙ কমদৌবি? নখোন তাখিদবা কুইবেদা। কবিগী খঙদনি, নঙগী নখোনবু। নুংঙাইবি হাযবা। ও। নঙগী ওজাগী থবক্তো, ফবেদা। হা। ওহো। ঐদি মতম চুপ্পদা থবক মফমদা লৈবনা নঙগী ফোন অমুক্তা পাযহৌদে। তমই, তমই, ঐবো। ঐগী পুন্সিদি মযামগী মতে, খবা পাংলগা লেনবা নত্তনা ঐহাক মাযগৈ অদোমদা চঙশিনগে খন্দ্রেদা। ঐনা নঙোন্দা তম্নীংবা ভেলবগী থৌদোক অমগী মতাংদা নীংশিল্লক্লে। ভেলবগী লৈগী বজাবদা ঐখোযনা লৈ হেক হেক লৈখিবী লৈযোনবী অহন্দো নীংশিংলিব্রা? নহাক চৎখ্রবা তুংদা ঐনা গুবাহাটিদা হল্লমদাইদা লৈগী বজাবদা চঙলগা মঙোন্দগী লৈ খবা লৈখিগে চঙলুবদা মহাক্কী ফোটো অমখক মাগী লৈ যোনফমদুমক্তদা লৈ ঙাক্তনা যোম্লগা লৈবম্বা উখি। মদু উবদা ঐগী পূক্লিংসে বাবনা তৌফম খঙখিদে। এ। বিকি। নঙ কপ্লব্রা? মসি নত্ত্রা মীওইবগী পুন্সিগী ইতিহাস হাযবদো। ঐখোযগী পুন্সিগী ইতিহাসসু ইবা হৈবা অমনা থবায যাওনা ইবাববদি বাবীগী বাবী ঙাক্তনি। ঐবো জোবহাটটা, খুবাইবুংঙো পুবগা। তাং মঙাদা, তকক্তা নঙগী বার্থদেগী থৌবম যাওবা। ঐ খুবাইবুংঙোদা অমুক্তা হংখিগে, ঙাইহাক্তং পাযখোকো।"

বোমেন্না গীবিধাবিদা বিকিনা জোবহাটটা মখোয অনীবু তাং মঙাদা মাগী তাং তকক্কী থৌবম অমা যাওবা লাকউ হাযবকই হাযনা তম্মী। গীবিধাবিসু মানা নোংমা বিকিদা হাযখিবা জোবহাটটা শোযদনা লাক্কে হাযখিবদু নীংশিংলকই। বিকিনা নুংতিগী চা লোম্লগা পিথকখিবা, মাগী নুংশিবা মাযথোঙ, নুংশিবা মবাহৈ, মাগী সেবা লোইনা নীংশিংলকই।

হাযবকই - "নঙবু শংগদ্রা? ইপাদি চৎনীংই, তাং মঙাদি হংচিৎনি, নোংমতং চৎপিকুসিবনে?"

"যাবুদি যাইযে, অদুদা উর্মাংশোগী থোংদু থাসিদা শঙ্গাবা নংনবা হোৎননীংবা।"

"নঙগী ববমিস্ট্রিদুবু থবক কমদৌবগে?"

"অদুগীবুদি মা যাওদ্রবদি খুবাইবুংঙো ঐনা উর্মাংশোগী থোং শাবা লোইশিনবদা অব্রাবা ওইবমগনি। মসিগী বীহাবি ববমিস্ট্রিসি পুকচেল মতা অমনি।"

"ফৈ, ফৈ মানা ফজনা হোৎনজরমগনিদা। রিকিদো নোংমতং চৎলগা উনবীরুসি। মসিগুম্বসিসু পুক্সিগী মথেল অমনি, পৈশা তানবা ঙাক্তনসু য়াবা নত্তে। মানা ঐখোয়বু অদুক য়াম্না খঞ্জরগা ঐখোয়না খনবীদবা য়াব্রদো?"

চিনখ্রবা নুমিৎ খরনিসিদা রোমেন জোরহাট অমুক চৎপা তারি। রিকিদু অশোমদা ফোন থমদনা রোমেনগী পাউখুম ঙাইদুনা লৈরি। রিকিদা মাগী বার্থ দে য়াওবা নংনবা তাং মঙাদা শোয়দনা লাক্লুগে হায়খ্রে।

অশোমদা উর্মাংশোগী থবক্তু শোয়দনবা বরমিস্ট্রিদা ফোন অমুক তৌদুনা শোয়দনবা খরা চেকশিন্না হোৎনবীরম্মু হায়খ্রে।

মথংগী অয়ুক্তা রোমেনগা গীরিথারিগা জোরহাট চৎনবা থৌরাং পুন্নমক লোইরগা য়ুমদগী থোরকই।

থোঙ্গাল য়ৌরকপদা ইমুংদা কাছারদগী ফোনকোল অমখক লাকই।

বীমোল ঙরাং অহীং মহাক্না তৌরিবা থীকাগী মতাংদা মরৈ তৌনরকপদগী বেঙ্গলি মচা অমা থাঙনা থিল্লম্লগা চেনখ্রে হায়বগী পাউ পীরকই। পাউদু ফংবদা পাকপীনা ইন্দিরাদা পাউদু রোমেনগা গীরিধারিগদা তম্নবা হায়রকই। থোঙ্গাল তানা চেম্থোরক্লগা মচাগী পাউদু তম্মী। পাউদু তাবদা মখোয় অনী খোঙচত্তু তোক্লসি হায়দুনা অমুক হঞ্জিল্লক্লে। জোরহাটকী খোঙচৎ ঙাইহাক কাউথোক্লগা বীমোলগী মতাংদা খন্নবা হৌরে। পুংমুক্কী তুংদা পুলিস গাড়ী অমা গীরিধারিগী থোঙ্গালদা খাম্লরে। বীমোলগী মরমদা তকখৎলরে। অদুবু হৌজিক ফাওবদি বীমোল য়ুমদা হল্লক্তবনা অশেংবা পাউ ফংবা ঙমদবদগী পুলিস কাঙবুদু হনখ্রে।

চৎকনি হায়না য়ুমদগী থোরক্লগা তাঞ্জানা য়াদদুনা চৎপা ঙমদবগী পাউ অমা হায়দোকখিদ্রবদি রিকিনা য়াম্না ৱারৌরমগনি হায়দুনা রোমেন্না জোরহাটটা তেলিফোন তৌই। নোরেন্না পায়রকই। রোমেন্না নোরেন্দা জোরহাটতা চৎনবা য়ুমদগী থোরকপদা বীমোলনা মী অমা থাঙনা থিল্লুবগী অরুবা পাউ অমা কাছারদগী লাকপদগী জোরহাটতা লাকপা ঙমদ্রে, পাউদু রিকিদা শাউদনবা খরা তম্বীয়ু হায়। মতমদুদা রিকি য়ুমদগী থোকখি হায়বদগী পাউদু মা শোয়দনা পীরগে হায়বদগী ফোন্দু থমলে।

মথংগী অয়ুক য়াম্না ঙল্লিঙৈদা জোরহাটতগী ফোন কোল অমা লাকই। রোমেন্না পায়। নোরেন্না মচন্নুপী রিকি নোংঙাল্লকপদা য়ুমদা লৈরমদ্রে, হায়রকই। হৌজিক লৈকায়গী মী ময়াম অমা মফম মফমদা চত্তুনা থিবা থোক্লখ্রে, মাসু মচন থিবা চৎলুখিগে হায়রকই। নোরেনগী ৱাফমদু তারুবদগী রোমেন ঙাইহাক্তং উংলগা লৈ।

"ও ! ঐনা মরম ওইরগা রিকি মফম খণ্ডদনা মাঙখ্রবা। করিগুম্বা ঐনা খুরাইবুংঙোগা লোয়ননা জোরহাটতা মতম চানা থুংলম্লবদি মফমদুদা রিকিগা উনদুনা মাগী বার্থ দে থৌরম পাঙথোকপা য়াওবম্লবদি থৌদোকসি থোক্লমলোইদ্রা ? মানা ঐবু মাগী বার্থ দে য়াওবা লাকউ হায়রিবদুবু বার্থ দে নত্তবা অতোপ্পা মাবু থাজ - য়োনজবগী থৌরমকা ওইরবজাৎলা ? ঐ নোরেন্দা ৱাফমসি মুন্না হংলগা অশেংবা অমা খণ্ডোকপা চুমগনি।"

মসি খন্দুনা রোমেন্না নুমিদাং অথেঙবদা ফোন তৌবগা রিকিগী বার্থ দেগী থৌরমগী মতাংদা হংই। চুল্লে। থৌরমদু রিকিগী কৈন্যা কৎপগী থৌরম ওইরল্লে। রিকিবু চহী লৈশিল্লবা মচা - মমৌ লৈরবা নুপা অমদা কৈন্যা কৎপগী থৌরম্নি হায়বা নোরেন্না কপঙাং - ঙাঙলগা পীরকপা টেলিফোনগী পাউদগী ময়েক শেংলে। ফোন তৌনরিবা অনীমক মীৎলুদগী পিবাং থিংবা ঙম্নদে। মসি ওইবা তাই, মীওইবগী নুংদা হুম্বা নুংশিৎকী শাফু খাঙবা ঙমদদুনা মীৎলুদগী নোং ওইনা চুথরক্লিবা। মীৎকী পিগী মরোলদি জাৎ, কুচু, ধর্ম অমত্তা খাযরমদ্রে।

বিকিনা খঞ্জকবদি করিগুম্বা রোমেন্না খবা মাঙজৌননা থুংলববদি মাগী অশেংবা থম্মোয়গী বাদু বোমেন্দা অমুক্তং খঙহল্লমগে অসিনি। অথেঙবা অহীংদু ফাওবদি রিকি থিবা ফংদ্রি। বোমেন অশেংবা বাফমদু খঙনবা হোৎনরুব্রা হাযববু হেন্না মৈচাক হাপ্পবা ওইরল্লে। মিকুপ অমত্তা পোত্থাদনা বিকিদুবু শিবম্লগদ্রা, শিরম্লবদি কমদৌবা হায়না খন্দুনা লৈবে। ফনা কুইনা তূমথবা যাদনা লৈরম্বদগী তূমথখিবদা ঙাযরি।

নোংঙাল্লমদাইদা থোঙদা কোক - কোক তৌরকই। রোমেন তাববসু থোঙদু মানা হাংদে। বোমেন্না থোঙ থিল্লবিবদু পুলিস ওইরমগদ্রা খল্লম্মী।

ইন্দিবানা থোঙদু হাংদোকই। বীমোল ওইরল্লে। ইমুংগী মী পুন্নমক লোইনা হৌগৎনবক্লে। থোকখিবা থৌদোক্তুগী মতাংদা বীমোলনা তম্মী। গীবিধাবিনা পুলিসতা সরেন্দর তৌহৌবনা ফগনি হায়। বীমোলনা মদু যানীংদে। উপাই থিরকপদা রোমেন্না লোন্না ইন্দিবাদা ৱাফম অমখক হৌদোরকই। মদুদি - বীমোল মাগা লোয়ননা মতম খরা উর্মাংশোদা লৈরুরগে। বাফমদু ইন্দিরাসু য়ানীংবগুম তৌরে। বীমোলনসু মচিন্না থোক্লা রোমেনগী ৱাফমদু মাসু য়াবে হায়। উর্মাংশোদা চৎপা তারবদি পম্বুবা য়াবা নত্ত্রে হায়না ৱারেপ লৌরবা তুংদা খুদক্তা উর্মাংশোগীদমক মখোয় অনী থোরক্লে।

লম্বীদা খুদোংথীবা অমত্তা য়াওদনা মখোয় অনী উর্মাংশোদা থুংলে। রোমেন্না মাগা বীমোলগা পুন্না লৈমিন্নববদি খুজি - খুনাম্থোক্তগী খঙনবা মী য়াওরক্লবদি খনবদগী মাগী থীকাগী মেছিন থমফম নেপালি বিষ্ণু থাপাগীদা লৈনবা ঙাঙনরে। বীমোলগী লৈফম শীনবা লোইরবা তুংদা মানা শারিবা থোং য়েংশিন্নবা ববমিস্ত্রি বামপ্রশাদকা

লোয়ননা লাকমিন্নে। থোংগী ওইরল্লিবা ফিঙমদু উবদা রোমেন অপেনবা পোকই। থোংগী শরুক পুন্নমক শেম - শাবা লোইরে। শুপ্নগী বং তৈগদবদা ঙাযবে। মদু উবদা রোমেন্না রামপ্রশাদপু থাগৎলি। নুমিৎ খবনি লাকপা ঙমখিদবনা থবক্তা অপনবা লৈবমগদ্রা খল্লুবদু রামপ্রশাদনা নীংথিনা লোইশিল্লখ্বসিদা বোমেন্না ফোঙদোক্তনা নুংদা খল্লি -"হন্দক থোং শঙ্গাবা নুমিত্তা মহাক্না রামপ্রশাদপু থবক নীংথিনা পান্নবগীদমক স্পিসিয়েল মনা অমদি মীয়াম মমাঙদা পীরগে!"

অশুক নুংঙাইরবা মিকুপসিদা অৱাবা বাখল অনীখক্না রোমেনবু অমুকসু ওৎপগুম তৌরি। অমনা বীমোলগী মতাংদনি, অতোপ্পা অমদুনা বিকিদু কবম তৌবমগদগে হাযবগীনি। খল্লবোই খল্লুবগা থোইনা হেন্না অবাবা ওইবে। পুন্নমকসি মানা মীগীদমক খল্লুবদগী থোক্লকপনি। নীংশিংলুবা মবক্তা বিকিগী নীংথিবী শকফম অমদি মদগী মকুমদা বিকিগী থম্মোযদা লোৎলিবা বোমেনবু নুংশিবগী বাখলদুগীদমক্নি। অমুকসু খল্লুবি - "বিকিদুবু মযুমদগী অঙাওবীগুম থোকখিবা মতমদা তমথীবা পৃকচেল ফঙবা নুপা খবনা ফারগা মাগী পাম্মুনা থমজবা ইজৎপু তেমশিংনবীবমগদ্রা?" মদু হেক খল্লুবদা অমুকসু মখা তানা খঞ্জিল্লুই - "বিকিনা ইবম্বা চিঠিদা ফোঙদোক্লম্বা - "ঐগী হকচাংদা দাগফম অমত্তা লৈত্রি, ঐ হৌজিকসু ভার্জিন ওইবিবানি"।

রোমেন্না অসি যৌনা অবাবা বাখল অমনা মাবু ভেলব যৌনা পুদুনা চৎলুবিঐসিদা অতোপ্পা অনৌবা অবাবা পাউ অমগা অমুক তন্নবে। মদুদি কেপ্তেন বিজযকুমাব শিরে। নুমিৎ নীনিগী মমাঙদা মহাক নোর্থ কাছাবগী আর্মি হেদ ক্বাটবসতগী হল্লকপা লম্বীদা এম্বুস তৌরকপদা যাম্না থীনা শোকপদগী আর্মি হোসপিটালদা লায়কন্নরকপনি। ঙরাং নুমিদাংবাই শিরে হায়দুনা কেম্পতা পুবক্লগা হৌনবী মতুংইন্না ইকাই খুম্নবা উৎলবা তুংদা ইম্ফালদা হেলিকোপ্তবনা পুখ্রে হাযবগী পাউনি।

রোমেন পাউদু তাবদা মকোক কন্না পায়শিল্লগা খাঙই। অমুকসু খল্লকই -"চুম্মীদনা! মীওইবগী পুন্সিবু ঈযায়দা তাউবা কোঙ্গোলগা চাংদম্নবল্লিবা। হৌজিক বিজয়কুমারগী কোঙ্গোল তাকখ্রবা! রিকিগীসু তাক্লম্লগদ্রা?"

নৌনা মঙোন্দা পীরিবা থৌদোকশিংগী চৈনাসিনা থোং শঙ্গাবগী থবক্তা পুক্লিং চঙলগে খল্লুবদা অপনবা হেক্তা পী। অদুবু নমদুনা পাঙথোকহৌদবদি য়াদবনা নাওগোং চৎলগা থোং শঙ্গানবা এম.এল.এ. মন্ত্রি তান্নরুনবা থোরক্লে। নাওগোংদা লোকেল এম.এল.এ. অমদি মন্ত্রি উনদুনা শঙ্গাবগী নুমিৎ লেপ্নরবা তুংদা গুৱাহাটি অমুক য়ৌশিল্লক্লে। গীরিধারিদা থোং শঙ্গাগদৌরে হায়বগী পাউদু তন্নবা তুংদা ইন্দিরাগা অমুক বীমোলগী মতাংদা ৱারী শানৈ। ইন্দিরানা পুলিস লাক্লগা বীমোলবু থিরবা লেপত্রি, মাবু করম

লৈহৌবিবগে হংই। বোমেন্না মানা ফনবা শীল্লে, কবিমক্তা বাকুগনু হাযনা মন্দোমচাবু থেমজিল্লি।

মন্দোমচাগা ৱাবী শানবা লোইবগা মালিগাঁওদা বাজেন গোহাইগী মনাক্তা চৎলি। চহী অমা চঙনা যাম্না চেকশিন্না শেন্নদুনা হোৎনবকপা থোং শঙ্গানবা মতম লেপ্লে হাযবগা শাবা লোইব্বা থোংগী ফোটোদু পুথোক্নুনা যেংহল্লি। বাজেন্না বোমেনবু নুংশিনা কোনবীবগা পুক্নি থৌগৎপিবকই।

বোমেন্না পাঙ্কজগা ফজবীগদি উনবমদে। মবমদি মখোয অনী উনবদা শোযদনা বীমোলগী মবমদা হংলক্তবা যাবোই। বীমোলগী অশেংবা পাউদু তম্লুববদি হাযদোক্কনু হাযদোক্কনুদা পুলিসতা পাউ যৌখ্রবদি বেবা লাক্কনি হাযবসি খনবদগী চঙলমদবনি। অহীং অমদি ইন্দিবাগী মনাক্তা লৈবগ৷ নোংঙাল্লগা চৎলগে খনবদগী বেলটোলাদা হল্লক্লে।

নুমিদাংদা বিকিগী অশেংবা পাউ খঙনীংবদগী টেলিফোন তৌদুনা পাউ অনৌবা লৈব্রা হংই।

বোমেন টেলিফোন পাযবিঙৈদা হিক্লা হিক্লা কপ্লকই।

ইন্দিবানা কবি তৌববগে হংই বোমেন্না ইন্দোমচা। ঐনা মী অমসু হাৎলে। পাউদু তাবদা ইন্দিবা যাম্না পাখৎনা চেনশিল্লক্লগা হা। কবি হাযবা?

বোমেন্না তপ্না ঈংনা মখা তাবকই ইন্দোমচা। হন্দক্কীসিমদি নুপীনি। মহাক্কী মমি না বিকি কৌই।' অসি হাযবগা ফোন্দু থম্লগা ইন্দিবাদা বিকিগী মবমদা বাবী লীবকই।

মহাক ভেলবদা থেংনকবনি, জোবহাটতগীনি। মশক মতৌ ফজবতা নত্তনা খম্মোযসু যাম্না ফজবী নুপীনি।

বোমেন্না মন্দোমচাদা বিকিগী বাবী মতেক মতেক লীবগা তাহল্লি। বিকি মাঙখিবা হুম্নি শুবদা অশিবা হবচাং ওইনা থোং অমগী মখাগী ঈশিংদা তাউখৎলক্লে হাযবগী পাউ তাবদনি বোমেন্না কপ্লিবা।

জোবহাট অমুক্তং চৎকে খল্লম্বা বোমেন বিকি শিবগী পাউ তাক্সবদগীদি জোবহাটকী মিং যেম্মৌনবা হৌবে। বিকি লৈত্রে হাযবগী পাউদু মথংগী অযুক্তা গীবিধাবিদা তম্মী। গীবিধাবিসু পাউদু তাবদা পিবাং ঈহৌবকই। খল্লকই "মানা শিখিবদু বোমেনগী মবমগী শোযদনা ওইবম্বা যাই।"

মথং - মথং নীংশিংলকই ভেলবদা লৈবিঙৈদা বিকিনা গীবিধাবি অমদি বোমেনগী তৌখিবা সেবাদু মানা বোমেনবু পামজবদগীনি হাযবসি গীবিধাবিনা ভাব তাখিবনি। চত্তবা যাদবনিনা মথংগী অযুক্তা বোমেন উর্মাংশোদা মায অমুক ওল্লক্লে। গাডী মনুংদা

রোমেন রিকিগীদমক পিরাংগী তর্পন তত্তনা কৎখি। মীৎলুদগী তারকপা পিরাংদু ফুরীৎখাউদগী রুমাল লৌথোক্লগা তৈথোকই। মদুতা থোক্লবা ওইরমগনি রিকিনা মতম কুইনা অমদি পাম্মুনা থম্মোয়নুংদা য়োক্তুনা থমজরকপা নুপী ওইবীগী মনম নুংশিরবা হকচাংগী কয়াৎশিংবু রোমেনগীদমক্তা ঈশিংদা চোংথদুনা অশিবা কৌবা লাইদা কৎপা ঙমখিবদু। মদুদা রোমেন্না পিরাংগী তর্পন ফাওবা কৎপা ঙমদ্রবদি মহাক্কী নুংশিবা মমল য়াওদবনি, মীনম্বনি হায়ফম থোকই।

মতৌ মান্দনা রিকিনা অসুম্না থরায় থাদোকপা ঙম্বসিনা রোমেন্না নুংশিবা তম্বীরুবগী মরালদি রোমেন্না ফংবা তাবনি। রিকিনা থোং মথক্তা লেপ্লগা ঈশিংদা চোংথরমদাইদা রোমেনবু নীংশিংলগা শোয়দনা "নঙ পেলহৌবোকো" হায়রমগনি। পাউদুনা রোমেনগী মফমদা অৱাবা কয়া পীরবসু অপেনবা অমসু ফংবগুম ত্তৌরি। মদুদি রোমেন্না খল্লুবা রিকি তমথীবা নুপা খরনা ফারগা নুপী ওইবীগী ইজৎ তেমশিংনবীরমগদ্রা হায়বদুমদি ওইবমদ্রে। ৱাখলগী অয়ৌবা চৈনা মরকসিদা রোমেন মাগী নোংমগী থৌদাংসু পাঙথোক্তবা য়াদ্রি।

উর্মাংশোগী থবক মফম য়ৌবে। কেন্দ্রগী এম.এল এ য়াওনা থোং শঙ্গাবগী থৌরম লোইশিল্লে।

মতম খরা বীমোলবু উর্মাংশোগী বিষ্ণু থাপাগী য়ুমদা লেঙদনা লৈনবা হায়রম্লগা রোমেন মথংগী অয়ুক্তা গুবাহাটিদা হন্নবা থৌরাং লোইরে। মিস্ত্রি অয়াম্বা চৎনবা হৌরে। বরমিস্ত্রি রামপ্রশাদতি রোমেনগা পুন্না চৎমিন্ননবা লৈরি।

মথংগী অয়ুক্তি। পুং তরেৎমখায় তারে। রোমেনগা রামপ্রশাদকা পোৎ - চৈ হাপকৎপা লোইদুনা রোমেন্না জিপসি অঙৌবদু থৌরগা থোরকই। বস পার্কিং য়ৌশিল্লকপদা লাপ্তক্না পুঙৌ ফনেক শেৎপী নুপী অমা মমাঙদা ইয়াববেগ অমা থম্লগা অতোপ্পা সারি শেৎপী নুপী অনীগা ৱারী শাদুনা লেপ্লদু উরে। জিপসি খাম্লগা মতুং ওৎথোক্লগা লেপ্লিবা পুঙৌ ফনেক শেৎপীদু নলিনি শোয়দনা ওইবা য়াই খন্দুনা মুন্না য়েংই। হাইফেৎ লৈথোরকপদা নলিনি শোয়দ্রে হায়বা খঙলে। গাড়ীদগী কুমথরগা নলিনিগী মনাক্তা চঙলকই। নলিনিদি রোমেন উবদা ইকাইবনা মমায়দু পুবা ঙমদদুনা লৈথোক্লগা খাঙই। রোমেন্না হংই - "নলিনি! য়ুমদা চৎনবা থোরকপা মাল্লিদা?" খুমদে।

মখাতানা রোমেন্না -"য়ুমদা চৎকদবা ওইরবদি ঐসু গুরাহাটি চৎনবা থোরকপনি। নাওগোং ফাওবা চৎমিন্নখিবা য়াইদনা?"

"য়াজরে, ঐ ঐগা চৎমিন্নসি হায়নবা ওজা অনী থোরকপা ঙাইজরম্বনি। কোন্না লাকচরগে, খরা হানবীরম্লো।"

মাগী য়ানীংদবা মানবা ৱাহৈদুদা রোমেন অনীরক হন্না হংলুদ্রে। নলিনিনা পুঙৌ ফনেক শেৎলিবদুগী মরম কেপ্তেন বিজয়কুমার শিবগা মরী লৈনরে হায়বসিমদি রোমেনসু ভাব তারে। "ফরে, অদুদি ঐখোয় খরা হাল্লমগে" হায়রগা গাড়ীদু থৌরক্লে। লম্বীদা গাড়ী থৌনা - থৌনা খনখিবা বারী ময়ামদুনা উর্মাংশোদগী গুৱাহাটি য়ৌবগী অদুক শাংবা লম্বীদো করম্না য়ৌরকপনো খঙহৌদনা সন্ধ্যা মতমদা গুৱাহাটি য়ৌরে।

গুৱাহাটিদা থুংবগী মথংগী অয়ুক্তা রামপ্রশাদকা লোয়ননা বেদকুষিদা লাকই। ধর্মশালা শাগদবা রাউন্দ অকোয়বদু চৎ - চত্তুনা য়েংমিন্নে। রামপ্রশাদনা ব্লু প্রিন্টতু অমুক্তা য়েংজগে হায়। বোমেন্না ব্লু প্রিন্টতি মাববারি মহাজন অমনা শিলচরদা শাখিবা ধর্মশালা অমগীনি। ধর্মশালাদু য়াম্না ফজবদুদা মদুগী ব্লু প্রিন্টকী কোপি অমত্তা লৌজগে হায়বদা পিবকখিবনি হায়দুনা রামপ্রশাদতা য়েংহল্লি।

রাম প্রসাদনা নোক্লগা হায়বকই "এ। সিগী বিলদিংসিদি ঐখোয়না শাখিবনি।" বাদু তাবদা রোমেন হরাউবনা ঙমখৈ লৈবমদে। মহাক্না রাম প্রশাদতা থা তরুক্কী মনুংদা গ্রাউন্দ ফ্লোর ফাওবদং ওইরবসু লোইশিনবা ঙমগদ্রা হংই। রামপ্রশাদনা লেপ্তুনা শুরবদি ঙমগনি হায়বদু তাবদা থবক্তু হয়েংমক হৌনবা লেপ্পরে। রামপ্রশাদনা মাগী হান্নগী মিস্ত্রি মথং - মথং পাউ পীখিদুনা নুমিৎ মঙানিগী মনুংদা পুন্না লেবর কুল্লোম্না থবক্তু কন্না শুবা হৌরে।

গীরিঘারিসু নীনি মরক গুন্নি মবক্তা থবক্কী প্রোগ্রেস য়েংবা চৎলি। শোমদা ধর্মশালা শাবগী থবক কন্না চঙশিল্লিঙৌদা রোমেন জযপুর তানা চৎলগা মুর্ত্তি শাবা অফাওবা কম্পনি অমদা ইপু নোয়োনগী হাফ সাইজ মুর্ত্তি অমা শাহন্নবা শীঙলুরে।

থা তরুক হায়বসি মথৌ য়াম্না চিনবা মীশিংগী মফমদদি য়াম্না তেনবা মতম ওইরম্লে। ধর্মশালা শাবগী গ্রাউন্দ ফ্লোবগী থবক অয়াম্বা লোইশিল্লক্লে। মরকসিদা সুইদেন্দা লৈখিবা বালা মচানুপা অমা পোক্লে হাযনা পাউ লাক্লে। জিতেশ্বরগী মপান্দা থবক তৌবগী কন্ট্রেক্টকী মতমসু লোইশিল্লক্লে। মখা শাংথররোই, মণিপুরদা মাগা চানবা থবক অমা ফংলবদি মীরোলগা লৈতবগা মমাগী মনাক্তা লৈরগে হায়রকই।

লৈমিন্নবা নত্তবনিনা ইন্দিরানা ষষ্ঠি পুজা নমিত্তা মশুগী মঙ্গল ওইনবা পুজা কৎলি।

হৈরাংলিঙৌদা য়ুরাংই হায়নবগুম উর্মাংশোদা লোত্তুনা লৈবা বীমোল বিষ্ণু থাপাগী ময়াম্বনা হুন্দোক্লম্বী মচানুপী চান্দিগা অরোনবা মরী লৈনরে খঙবদগী মখোয় অনী কৈন্যা কৎলে হায়বগী পাউ রোমেন্দা উর্মাংশোগী নেপালি অমনা লাক্তুনা তম্লরে। মতমসিদদি পুলিসনা বীমোল থিরবগী ৱাফমদুসু কাউরক্লবনি। অদুগা নুংশিতোম্বীখোয়গী ইমুংনসু মখা তানা বীমোলখোয়গী ইমুংদগী কান্নবা ফংলরোই খঙবদগী মরী তৎনখ্রবনি।

মচা কৌবনিনা ইন্দিরানা রোমেন্দা উর্মাংশোদা অমুক্তং চৎলগা মচাগা উনরুসি হায়। রোমেন্নসু মন্দোমচাগী ৱাদু চুস্মী হায়না খনবদগী মখোয় অনী উর্মাংশো তানা মচা উনবা লাকই।

মখোয় অনীনা উর্মাংশোদা থুংবা মতমদু নুমিদাং পুং তরেৎমখায় তারে। বিষ্ণু থাপাগীদা চঙদুনা গুৱাহাটিদগী পুরকপা চান-থক্লবা খরদু পুথোক্তুনা পী। বিষ্ণুনা হরাউ - হরাউ তৌরম্বদুদা ইন্দিরাসু চিংনবদি অমত্তা পোক্লুদ্রে। চান্দিনা মকোক খুল্লগা চঙলকপদুদা ইন্দিরানা মকোক খুল্লিবা ফিদু হাইদোক্লগা চান্দিগী মশক য়েংই। কুচু ঙৌবী চান্দিগী মশক্তু উবদা মাগী মী ওইবে হায়না খল্লুবনরা ইন্দিরানা লাইবক্তা নুংশিনা চুপ্লিখ্রে। করি তৌগদবনো খঙজদবী চান্দিনা বিষ্ণুনা হায়বা ইন্দুনা ইন্দিরা অমদি রোমেনগী মখোঙ শোক্লা খুরুম্মী।

চান্দি অমদি বীমোল মখোয় অনীগী যুম অমা শাবগা তোঙান লৈনবা থবক কন্না শুরি হায়না তম্বদু তাবদা ইন্দিরানা মচানুপাসিং থবক শুবগা হৈবব্রা হায়না হংই। খরা খরদি হৈরে হায়না বিষ্ণুনা হায়।

য়াম্না নুংশিবা থৌদোক অমগী বারী লীদুনা বিষ্ণুনা ইন্দিরা অমদি রোমেন্দা তাহল্লি।

রোমেন্না বীমোলবু বিষ্ণু থাপাগীদা শিন্নরল্লবা মতুংদা বীমোল নোংমতসু মপাল থোক্তনা য়ুম ইংখোলদগী হেন্দোক্তনা লৈবদুদা নোংমা বিষ্ণুনা বীমোল পুরগা লম য়েংবা চৎমিন্নে। জঙ্গলগী লম্বী ফাওরগা অসুম লাকপনা তুরেল মচা অমগী নাক - য়েঙ্গো যন ময়াম শেল্লগা লৈশাবী অমা লৈরম্মী। মদু চান্দিনি। মতমসিদা চান্দিনা বীমোলবু মশক ফজনা খঙলবনি। বীমোলদি মহৌশা জঙ্গলদা অমুক্তা চত্তবনিনা মশাদু খরা বারম্মী। বিষ্ণুদা -"ঐ য়াম্না বারে, ঙাইহাক্তা পোত্থাগে" হায়। বিষ্ণুনা -"নঙ! উখোঙসিদা ঙাইহাক্তং পোৎথারম্মু, ঐ জঙ্গলদগী যন্না চানবা উশা খরা থিরুগে" হায়রগা বিষ্ণু চৎখ্রে।

বীমোলনা অনকপদা নুপী ফাওবা যন শেন্দুনা লৈরগবু ঐনা করিসু কিফম থোক্তে খনবদগী উখোঙদুদা পোত্থাদুনা লৈরম্মী। বারবনিনা মশাদু উইনিংলক্লে। উখোঙদুদা ঙাথরগা উইরম্বদগী বীমোল তশেংনা তুমথোকখ্রে। লমদুবু কোইবা খারৌ অনীখক য়াই মুন্নবগী তান্নরক্লম্মী। বীমেলনা তুল্লিবা উখোঙদুগী মনাক্তা কন্না হেক্তা য়েংশিন্নদুনা চিক্লরম্মী। বীমোলদি করিমত্তা খঙবা নত্তে। য়াম্না শাওরিঙৈদা মনাক্তা লৈরম্বা জীবদা তাইনবগী মওংদা তুল্লিবা বীমোলবু লিন অমনা চিক্লম্মী। খঙহৌদনা খংনা - নারকপদুদা মিকপ খংথোক থোক্লম্মী। উরে, মমাঙদা লৈরিবা লিন্দুনা মাবু চিকপনি। পাখত্তুনা কন্না লাওরম্মী। যন শেল্লিবী লৈশাবীদু মী অমনা লাওখিবদু তাবদগী কন্না চেল্লক্লম্মী। মানা য়ৌরকপা মতমদা বীমোলদি জ্ঞান মাঙদুনা ময়াদা কোঙ্গোল কাবা হৌরম্লে। চান্দিনা

মাগী ইল্লিবা ফিদু শেগায়বগা লিন্না চিকখিবা বীমোলগী মখুৎ খুদাং খবা চৎখৎলগা চেৎনা পুল্লম্মী। অদুগী তুংদা মশাদা কবিমত্তা চিংনদনা বীমোলগী লিন্না চিকখিবা মফমদুদা মচিন্না চুপ্লগা লিনগী মহু চিংথোক্লম্মী। মানা অসুন্না হঞ্জিন হঞ্জিন তৌবদুদা চান্দিগী মশাসু লিনগী মহু শন্দোবক্লম্মী। বীমোলদা নত্তনা চান্দিসু বাহুখ্রে। মিনিট তবাবোম কান্নববা তুংদা পেত্রোলিং চৎপা সিফাই কাওবু অমা মফমদু যৌবক্লম্মী। অহানবদদি মখোয অনী নত্তবা লীচৎ চৎলুবগী নোংমৈনা কাপ্লগা হুন্দোক্লম্বা ওইবম্বা যাই হাযনা চিংনবম্মী। অদুবু মশাদা অদুগুম্বগী খুদম অমত্তা ফংদবা, বীমোলগী খুত্তা যেৎলিবা ফিদুগী মখাদা মুশুক মুনা লৈবিবা মখুল অনীদু লিন্না চিকপগীনি হাযবা খঙলম্মী। বাহুবিবা নুপীমচাদুসু লিনগী হু মচিন্না চিংথোক্লবগী শোযদনা ওইগনি খঙনবকপদগী মখোযনা বীমোল অমদি চান্দিবু আর্মি কেম্প তানা পুবীখ্রে।

মতৌ অসুন্না আর্মি কেম্পতা এন্টি ভেনোম ইঞ্জেক্সন কাপ্তুনা হোৎনবদগী মখোয অনীবু কনখি।

অদুগী তুংদগী মখোয অনীগী বাখলদা নুংশিনবগী ঈহুল অমা পোক্লকখিবনি। মচাবু চান্দিনা কন্নবা হোৎনবদা মশাগী থবায ফাওবা পাম্মুখিদবা চান্দিবু ইন্দিবানা কযাগী মতিক নুংশিকবে। বাহৈনদি ফোঙদোক্তনা নুংদা খল্লি "বীমোলনা থাঙনা থিল্লুই হাযবা মাদুবু শিবম্লগদ্রা? শিবমদ্রবদি নাবা ফদুনা থৌদোক্তু সোযদনা খবদি কাউবম্বা যাবে। নোংমতং বোমেনবু কাছাবদা থাবগা পাউ লৌহল্লবগা সন্তাইনবা যাববদি ইচা - ইমৌ অনীবু গুবাহাটিদা পুবা যাবগনিকো।" খল্লি। অসুন্না অহীংদুদা চান্দিনা ঈশিং অশাবা লুম্লগা খোঙ হামদোকহন্দুনা সেবা তৌবম্মী।

চাকসু মমৌনা থোংবা চাগে হাযদুনা চান্দিবু থোংহল্লগা চাবম্মী। ইন্দিবানা বীমোলবু কৌথোক্লগা মাগী হৌখিবা থৌদোক্তু হৌজিক্তি যুমদা পুলিস লাকপা লেপখ্রে, কাছাবদগী অশেংবা পাউ অমতং খঙলবদি নখোয অনীবু যান্না থুনা লৌবা লাক্কে হাযনা থেমজিল্লি। বীমোল পুন্সি চুপ্পা ফাদোক তাবা যাবা থৌদোক অমদা চেন্নকুবগা অদুগী মথক্তা লিন্না চিকপদগী শিবা যাবা থৌদোক অমগমুক থেংনকুবসিনা পুন্সিদা অবানবা তৌনীংলক্রে। মমানা হাযবদা তাবখক নত্তনা পাউখুম অমত্তা পীকদ্রে। মহাক মফমসিদা লিন্না চিকপা মীতনা লিনগী মহুগী মগুন খঙই হাযবা পডাদু তশেংনা ফাবে।

# কুনমাথোইশুবা

ঙসিদি রোবিন চহী মাপলদগী তরা চঙলক্লে। মহাক ক্লাস (V) তল্লে। নোংমা নোংমাইজিং নুমিত্তা স্কুলগী পিকনিক অমা চৎলি। নুমিত্তুদা কনাগুম্বা গার্দিয়ান য়াওনীংবা লৈরবসু য়াওবা য়াগনি হায়বদুদা রোবিনগা ক্লাসতা লুনা তিন্নবা উপেনগী বাবা নবচন্দ্র পিকনিক চৎপদু য়াওই। পিকনিক মফম যৌরবদা উপেনবু মাগী বাবানা মখুৎ শম্বীদুনা চৎপা উবদা রোবিন মপাগী অৱাৎপদু ঙাইহাক্তুদা খঙলকখি। মানা নুমিত্তুদা উপেন মপা মচাগী মতুংদা চৎখি। পিকনিক মফমদা ফমলিঙৈদা উপেনগী বাবানা মঙোন্দা -"ইবুংঙো! নখোয়গী বাবাগী মমিং করি কৌই, করি ওফিসতা থবক তৌবনো" হায়না হংলকই।

রোবিন, ঙাইহাক্তং খুমফম খঙদদুনা লৈবিঙৈদা উপেন্না খুম্লকই -"বাবা! মখোযগীদি বাবা লৈত্রবনি, হংবিরুনু।" -"হা ওহো, সোবি!" বোবিন, মমান্নবা উপেনগী বাহৈদুদা শাওনীংমনখিদুনা -"লৈনা! ঐখোয় বাবাদি গুবাহাটিদা লৈ।" হায়না খুম্লকখি। উপেন্না "কনানা হায়রিবা? অদুগা করিগীনো নোংমতা নখোয়বু উনবা লাক্ত্রিবা?"

নবচন্দ্রনা মরক থৎনা -"তোকওসে, য়াবে, ইপা হয়েংখৈদি নখোয় বাবাগী মরমদা হংলরোই।"

উপেন্না -"বাবা! মোয়' মমাগা মোয 'বাবাগা খৎনরম্মনি, অদুগীনিকো মোয' বাবানা লাক্ত্রিসে!"

উপেনগী ৱাদুদা রোবিন মবুক্লিং নুংশিদুনা কপথোরক্লে। নবচন্দ্রনা রোবিনবু অমেঙবা বাহৈনা নুংশিনা থেমজিনবীরগা ময়াম চাক চাফমদা চঙদুনা মখোয়সু চাবা য়াওখি। নুমিত্তুগী পিকনিক হল্লকপা নুমিদাংদা রোবিন্না মমাদা মাগী বাবাগী মতাংদা তকখৎলক্লে।

"মমা! ঐখোয় বাবা হৌজিক কদাইদা লৈবগে?"

"করিগীনো ইচানা বাবাগী মরমদা হংলক্লিবসিবো? কনানা করি হায়রক্লবগে?"

"মখোয় উপেন্না মখোয়গী বাবাদা ঐখোয়গী বাবা লৈত্রে হায়রিনিনে!"

রোবিন্দু কপঙাং তৌরকই।

বৃন্দা মচাগী ৱাহৈদুদা খঙহৌদনা নুংশা থীবা পোক্লক্লে। থেমজিনবা ৱাহৈনা - "নখোয় বাবাদো গুৱাহাটিদা কম্পনিগী থবক তৌদুনা লৈয়ে।"

"অদুগা নোংমতসু ঐখোয়বু উনবা লাক্লিদি করিগী?"

"মথৌ য়াম্না চিন্দুনা তৌরিবনি হন্দক য়াওশঙদা মরাইনা লাকচগনি।"

"য়াওশঙ কয়াম ৱাৎলিগে?"

"থা অনীদা ঙায়রে, হৌজিক ৱাকচিং থানি।"

মমানা হায়বদু থাজদুনা চাক চারগা মমা মচা তূম্মিন্নখি। রোবিন্দি ৱাখল নুংঙাইনা য়াওশঙদা মপা লাক্কনি হায়বগী আশাদা য়াম্না থুনা ফম্মুং চঙবগা তূমথখ্রবসু বৃন্দাদি অহীং চুপ্পা তূম্বা য়াদনা বাখলনা মাবু লাক্লখি।

মথংগী নুমিত্তা রোবিনগা উপেনগা ক্লাসতা অমুক উনরে। রোবিন্না মপাবুং হন্দক্কী য়াওশঙদা শোয়দনা লাক্কনি হায়। মদুদা উপেন্না রোবিনগী বাবাদু মঙোন্দা মশক তাকউ হায়। "উম তাক্কে" হায়না ৱারী শানবিঙেদা ক্লাসতা ওজা চঙলকপদগী ৱারী মখা তাখিদ্রে।

নোংমসু রোবিন্না মমাগী দ্রেশীং টেবলগী দ্রাররদা যাওবা এলবুমদু লৌথোক্লগা হাংদোক্কুনা বেলটোলাদা মানা অঙাং ওইরিঙেদা নমখিবা ফোটোশিংদু অমমমতা য়াম্না মুন্না য়েংই। ফোটোশিংদু উবদদি রোমেনবু মানা মপা শোয়দনা ওইগনি হায়না খঞ্জখি। তৌবগীদি বৃন্দানা বোবিনগী স্কুল মমিং চনবদা বোমেনগী যুম্নাক অমদি মমিং শীজিন্নে।

হায়গুম্মদনা থম্বাল অর্মদি লন্ধোনিনা বৃন্দাবু থিবক্লমদ্রবদি মখোয় অনী ঙসি ফাওবা বেলটোলাদা গীরিধারিগী য়ুমদা লেঙদনা লৈজরম্লবদি ঙসি রোবিন্না হংলক্লিবা ৱাহংসি থোরক্লমদবসু য়ারিবনি। রোমেন্না মতম অমদা খনখিবা রোবিনসে রতনগী মচানি,মাগা লৈমিন্নরবদি অঙাংসিগী তুংগী পুন্সিদা রোমেন্না ঙসি ফংলিবা পোক্তবা মপাগী অবাবা বাখলসিগা মান্নবা বাখল অমা লাক্কনি খনখিবদুগা ওন্না তৈনবরোমদা লাকপগুম তৌরক্লে। বৃন্দাসু হৌজিক্তি মচানা অসুম লেপ্তুনা চাউখৎলক্লিবগী মতিক ৱাবা হেল্লক্কদৌরি।

নাকল অমরোমদা ইকায়বা খঙদবা লমশাংগী এম.এল এ. ইবোপিশক্না মরোল অমা মী মথং - মথং থাজিল্লক্কুনা বৃন্দাবু মাগী ওইনবা লেপ্তুনা হোৎনবা হৌরক্লি। ইবোপিশক ঙসিদি স্টেট মিনিস্টর ওইনা ট্রান্সপোর্ট পায়রে।

বৃন্দাদি নুঙ অনীগী মরক্তা হা হায়বগী ফিভমদুদা লাক্লে। খরা লাপ্না লমশাংদা চিলড্রেন হোম চলাইরগা শান্তি ফংগদ্রা খল্লুরগা হেন্না অৱাবা অমা ওইরে।

তৌফম খঙদদুনা নোংমাইজিং নুমিৎ অমদা য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকায়দা জিতেশ্বরদা য়ুম পাল্লক্লবী বালা উনবা লাকই।

মতমদু জিতেশ্বর সুইদেন্দগী হল্লক্লবা মতুংদা জুনিয়র ইঞ্জিনিয়র ওইনা থবক অমা ফংদুনা উখ্রুলদা পোষ্টিং তারি। বৃন্দা য়ুমসিদা নোংমা গুৱাহাটি চৎলুবা হল্লকপদা বালানা

ৱাফম অমখক জিতেশ্বরদা তশ্বীনবা হায়রকখিবদু পাউ তম্বগী মতাংদা লাক্লম্মে। মানা অহানবা লাকখিবা মতমদদি য়ুমদুগী মরমদা কয়া চেকশিন্না য়েংখিদে। ঙসিদি ইমুং - মাঙ্গোলদা ধুপ - থাওমৈ থারম্বগী মৈখু অমদি শেম্পাক্তা কৎলিবা লৈনচিংবদু উবদা পুক্লিংদা ইমুংদু লিরি খোইরিনা পাল্লি হায়বা অমদি উরে।

বৃন্দানা খঞ্জরুই -"বালাসি ওম্থোক্লা মরাইবক ফবী হায়বীদু ওইজরে, ওইজসনু, মাদি মরাইবক থীনা অপোকপা ঙন্না কায়নবগী চৈথেং ফংজরক্লবনি, ইন্দোমচা ইন্দিরানা য়ান্না ৱানা য়োকচরকপনি। পুন্সিদা পামজবা নুপাদা লৈবা ফংবগী নুংঙাইবদু মাদি ফংজরবনি। ঙসিগী মাগী মতৌসি ইন্দোমচা ইন্দিরানা উজরবদি কয়াদা পেঞ্জগবা! মাদি তোয়না লাক্কুনা মচানুপীগা উনদুনা বারী - বাতাই শানবদি ফংলরোইদো!" ৱাখল অমদা ঙাইহাক্তং উংলিঙৈদা বালাগী মনেম্বোক রাষি ইমুংদগী থোরকপগা মপা চানরুদুনা রাষিনা হায়রকই -

"ইবেম্মা! কনা উনবীগদবনো?"

"ইমা! ইনাও বালাবু লৈবীদব্রা?"

"লৈয়ে, লৈয়ে! ইবেম্মবু গুবাহাটিদগী ওইবীবব্রা?"

"নৎচদে ইমা! ঐ লমশাংদগী বালাগী মচেশিংনি। চহী খবগী মমাঙদা গুবাহাটিদা বালাখোয়গীদা লৈজরম্বনি।'

"ও! নীংশিংলক্লে, নোংমা লাক্লম্বদো!"

"মানি, মানি ইমা!"

রাষিনা বালাবু ইমুংদগী থোরক্লবা কৌথোকই -"হায ইবেম্মা! বলা! নঙবু উনবা মী লাকইনে, অমুক্তা থোরকখো!"

চা লোল্লম্বদগী মী অমা মাবু উনবা লাকই হায়বদুদা কনা ওইরবনো হায়দুনা ফি অমনা মকোক খুম্লগা থোরকই। বৃন্দাবু উরে! -"ইচে! কদোমদগীনো? ইথা থাজদনা!" "ইনাওগা উননীংমনখিদুনা হেক্তা লাক্লবনি। ইচে করিসু পুরক্তে, সে! খাউসি লৌশিল্লু! বজারদগী সেম খরা লৈরকপনি।" "কৈ কান্না লৈরকইনো? লৈরক্তসু য়াবসিবু! ঐসু ইচেগী নাক্তা নোংমতা লাক্কে খনবদা ঙমদে। ইচে চাক চাখ্রসি!

লাকথোক্তনা লাকপনি, ইচিল - ইনাও চাক চামিন্নদবসু কুইরে। ঐ চাকথোংনবা তৌরগে!"

"ইচে চারোইদা ইনাও!"

"য়ারোই য়ারোই, চাক চাখ্রদৌনি।"

বাষিনা মখোয অনীগী চান্নজবদু উবদা হাযবকই -“চাখ্রো ইবেম্মা ! মাগীদি মপান্নগা খবা লাপ্পগা মচিন - মনাওসু লৈজদবগা নখোযনা নোংফাদোক লাকপসে মাগীদি পোকমিন্নবা মচেগুম খঞ্জবিবনি, চাখ্রো চাখ্রো।”

বৃন্দানা -“নঙগী অঙাংবু কযাম চাউবগে? নখোযনা সুইদেন্দা লৈবিঙৈদা নোংমা ইন্দোমচানা ফোন্দা তম্লকখিবা পাউদগী তাখিবনি।”

“চাউবে চাইলদ কেযব সেন্টবদা থারে হৌজিক্তা থিল্লুবনি।” বালানা বৃন্দাবু মাঙ্গোলদা ফম্লম্বদগী ইমুংদা পুশিল্লগা চঙমিন্নখ্রে। ইমুংগী ফমফম কাদা ফম্মিন্নবে।

“ঐ নঙগা তান্নদবা যাদবা অকবা মতাং অমা লৈদুনা নঙগা উনবা লাকপনি। ’

বালানা হাযবকই “ই,১! মী কন্নাসু লৈতে, চাকশঙদা চঙলগা বাবী মখা শানকসি।” অসি হাযবগা মখোয অনী পূন্না চাকশঙলোমদা চঙমিন্নখ্রে। বৃন্দানা -“বালা! নঙবু হান্নদি নশা খব 'দুম পাবমদাইনে হৌজিক্তি নোযবদনা লেম্লদনা, শাবান যাম্লা ফজবী যুমগী মৌ হাযবদু ওইবেকো! নোয 'বুংঙোদু নুংঙাইজবমগনি! নখোয 'বুংঙোনা কমদৌবিবা?”

“মাদি উখ্রুলদা তাবিযে। নুমিৎ হুম্নি, মবিনি লৈকবগা অমুক - মুক থোবকই। হৌজিকসু উখ্রুলদা লৈখিযে।”

“পৈশা কা হেন্না তাল্লুনু হাযযুকো ইবেম্মা। বোম থমজিল্লমলেগা, ফাখ্রেগা, হাৎলপ্লেগা পুম্নমক পৈশাগী ঙাক্তনিকো, লাঙলিবা মযামসে। নশা নহানি শোযদ্রগা লোইবে।”

“ঐসু মঙোন্দা হাযবিবনি, পৈশা অহেনবকা অমত্তা পামজদে, তলবতগী হেন্না পুশিনবীবক্তনু হাযনা।”

“অদুনি ইবেম্মা পুম্নমকসে মাগী মাগী ইমুংগী মীনা, নুপীনা ফাজিন থেমজিনগদবনি। নুপীনা অচাউবম কাবা পৈশা কাহেন্না পাম্বা, সনা যাম্লা শিবা, কাব মমল যাম্বা তোংবা তান্নবা, যুম পঙবাংদা বাংখৎপা, মযামদু উবদনি বোম থম্নিংলক্লিবা, মী ফানীংলক্লিবা।

“চুম্মী ইচে! ঐখোযগীদি ঐখোয বাবাসু, ইকুবোকসু মতমগী ইবাংগী মযোক্তা লৈকবদগী মনুং - মতম চাদনা লৈখিদবা ঙাক্তনি। ইনেম্বোক্সু মচানুপাদা তত্তনা হাযবিবনি - পৈশা অহেনবা পামজদে হাযনা।”

“মদু যাম্না চুম্লবনি ইনাওসিদি।”

“ইচেনা লাকপগী মবম্বু?”

"অদুবুবো, বুংঙোমচাদু ইচেনা বোবিন হাযনা মমিং থোনবীবে। মা হৌজিক ক্লাস V তম্লে। ঙবাংসে ঐঙোন্দা মাগী বাবা মশক তাক্তবা যাবোই কৈদৌঙৈ যুমদা লাক্তোইনো হাযযু সিনি। ঐনা যাওশঙদা শোযদনা লাক্কনি হাযদোকখ্রে। অদু কবম তৌবগা নঙগী দাদাদুবু মচানুপাগা অমুক্তং উনহনসিগে?"

বালা মক্ক লুকথবগা ঙাইহাক বাখল তৌদুনা লৈ। মখোয অনীমক হৌখ্রবা মতমগী থৌদোক মযাম অমা নীংশিংবগী তাঞ্জা অমনা ঙাইহাক্কী ওইনা বেলটোলা যৌখ্রে।

মীৎলুদা পিবাং ইহৌবককই। ঙাইহাক্কী তুংদা পিবাংদু মীৎলুদগী নাম্থবক্লে। ইল্লিবা ফি মচি চিংখৎলগা মপি তৈথোক্লে।

বালানা তপ্না হাযবককই "ইচে! অবুংচাদু ক্লাস V তম্লে হাযবা নত্ত্রা?"

"হোযনে তম্লেনে।"

"খঙহৌদেকো! মতম হাযবসে, কযাদা থুনা হৌখিবম্লবা! মাগী ক্লাস V কী পরিক্ষা হেক লোইবগা গুবাহাটিগী পব্রিগ স্কুলদা ক্লাস VI তা তমহন্নবা খবা শীনবীবকউ হাযনা ঐ দাদাদা পাউ অমা হাযখ্রগে? অঙাংগী মহে মশিং তম্বদা চঙবা পৈশা খুদিংমক দাদানা পুথোক্কদবনি, থা খুদিংগী অমুক মুক অঙাংগী মনাঙ্গা চৎলগা প্রোগ্রেস রিপোর্ট যেংশিনগদবনি হাযখ্রগে। মদুদা দাদানা লৈথোকপা খক যাবোই।"

"পৈশাগী বাদু হাযক্নুদা।"

"কৈদৌবগী হাযবোইদোইনো! মানা মচাগীদমক কবিবু তৌবীখ্রবগে? মাদি ইচেগী অবাবসি কবিমক্তা খঙবীদবগুম লৈথোকখ্রে। পুন্সি হাযবসি মমল কবিমক্তা যাওদবগুম খনবা যাব্রনে? দাদাগা ইচেগা নখোয অনীনা লেল্লিবা পুন্সি মরেলসিবু কবিনো? মসিবু নুংঙাইবা পুন্সি কৌবা যাগদ্রনে? নখোয অনীগীদি ফবে। অবুংচাগী তুংগী মবাইবক্কীদমক খনবীদবা যাবিব্রা? নখোয অনী পুনশিন্দবা যাদে হাযবিসিনি। ঐনা শুকশোয শোযদনা ওইনবা দাদাদা হাযগনি। দাদানা ইচেবু থম্মোয শেংনা নুংশিবমদ্রবদি বাবাচৌগা ইমাগনা মাবু লুহোংনবা হাযবদা শোযদনা যাবমগনি। মানা লুহোংসি হাযবদা যাদ্রিবসি ইচেগীদমক্তা নত্ত্রা? ঙসিদি মহাক গুবাহাটিদা লৈবা মৈতৈশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী পৈশা তানবা হৈবা মীশক অমনি হাযনা শীংথানববনি। মানা ইবুবোক্কী মিংদা শাখিবা ধর্মশালাদা লৈক্ববা ঐখোযগী লৈকাযসিগী অহল অনীখক মণিপুব যৌবক্লগা ঐবুসু নোযোন ধর্মশালাগী মশুদো অমুক্তা শক খঙনগে হাযনা থিবক্লিবনি। মদুদা ঐনা মীক্তা পি তাবমখৈ নুংঙাইখি। মদু দাদানা পীবা নুংঙাইবনি। মানা ইপুগী মুর্ত্তি অমা জযপুবগী নুঙঙৌনা শাবগা ধর্মশালা মমাঙদা খিন্দুনা ধর্মশালাগী মমিং ইপুগী মিংদা থোল্লিবসে শীংনবা অমা য়াওবদগীনি

ইচে। মানা ঐখোযগী ইমুংগী মিংদা অশুক চাউবা দান অমা তৌবল্লিবসি খল্লুবগা মাবু অমুকসু ইমা অমগী গর্ভদগী তামিন্নবা ইবুং ওইবল্লবদি খল্লকপা য়াওখি ইচে।"

বালাগী থম্মোযনুংদগী থোবকপা অশেংবা বাহৈশিংদু তাবদা বৃন্দা খাঙবা ঙমদ্রমাক্লে মীৎলু অনীদা পিনা অতৎপা লৈতনা শীঙ্খবক্লে। মচেনা কপ্পা উবদা বালাসু পেন্না কপচবে। অৱাবগী পি নত্তে, থম্মোয অনীগী নুংঙাইবগীনি।

বালানা মখা তানা হাযবকই -"ইচে। ঐবুসু দাদানা ধর্মশালা শঙ্গাবা যাওবোলাউ হাযনা কৌবকপদা সুইদেন্দগী থোবকপগা মপা চাকদুনা ননাও জিতুগা পুন্না চৎখি। নুমিত্তুদা দাদানা ইমুংগী মী কনা অমত্তা খঙহন্দনা জযপুবদগী লৌকবা নুঙঙৌনা শাবা ইবুবোক্কী মুর্ত্তিদু মাযখুম হাংদোকপদা ঐনা দাদাগী মমাযদা মোমোন নোকপ্রা যেংগে হাযনা হাইফেৎ যেংলুবদা মাদি নোকপগী মহুত্তা মীৎলু অনীদা পিনা পুমচোৎ চোৎলমখি। দাদানা কপ্পা উবদগী ঐখোযগী ইমা, বাবাচৌ, ইমাবোক, ইচে ফজবী লোইনা কপ্পখিবনি। পুন্নমকসি দাদাগী হোৎনবা কনবা থম্মোয শেংবা অমদি কখোকপগী মহযদুননি। অদুবু মসি পুন্নমক ঙমহনবসিদা ইচেগীসু চাউববা মতেং অমদি যাওবি। মবমদি দাদানা থবকসি তৌগে হাযনা খনবা হৌবকপদা ইচেবু নুংশিবদা লেঙদবা পান্দম থল্লগা হোৎনবমগনি হাযবসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি। ইচেসু লমশাংদা চিলড্রেন হোম অমা চাউনা লিংখত্তুনা চলাইবিবী লোংজম বৃন্দা হাযববদি খঙদবা কনাসু লৈত্রে হাযবা যাববীনি। ইচেসু দাদাবু নুংশিবদা শীংনবগা থবকসি তৌগে খনখিবা নত্ত্রা ?"

বালাগী অচুম্বা বাফমদুদা বৃন্দা ঙসিদি মনাওগী মমাঙদা বা লোৎপা ঙমদ্রে। পিবাংনা মীৎলু অনীদু পুমচোৎ চোৎলে। মহাক বালা উনবদা ঙসিদি ওল্লিমপিক্তা গোল্ড মেদল অমা ফংবমুক নুংঙাইবে।

বালানা শীল্লগে হাযবিবা পোবমদু বৃন্দানসু মদুনা খ্বাইদগী চুম্নগনি খল্লে।

বাবী শানা - শানা বালানা চাক থোঙ্গত্তুনা বৃন্দানা যেঙ্খাং শেম্বা, মনবা পাংদুনা চাক যেঙ্খাং থোংবা লোইবে। মনেম বাষিসু ঈরু - মাযথজবা লোইবগা চাকশঙদা চঙলক্লে। বাষিনা তোঙান্না চাই। মচিন - মনাওদি পুখম অমত্তদা চহী কযাগী মতুংসিদা পুন্না চামিন্নে।

চাবা-থকপা লোইববা তুংদা বাবী - বাতাই মখা তানা শাবা লোইববদা বালানা মচেগী খাউদা কবি কবিনো খবা হাপ্লকপদু পুবগা বৃন্দা লমশাংদা হল্লক্লে।

নুমিদাংদা বালানা রোমেন্দা টেলিফোন তৌদুনা রোবিনগী মরমদা ৱারী পুন্নমক শানৈ। বোমেন বালানা লীবকপা বাবীদু তাবদা মীৎলুদা পিবাং শীঙ্খবকই। অবুংচাগী (রোবিনগী) তুংগী পুন্সিগী খল্লুবগা মহাক বোবিনগী অশেংবা মপাগী থৌদাংদু লৌবগে

হায়না য়ারে। বালানা ফোন্দা হায়রকপগী মতুংইন্না মথংগী নুমিত্তা বেলটোলাদা লৈবা পব্লিগ স্কুলদা চত্তুনা মরী লৈনবা স্কুলগী মীওইশিং উনদুনা মিং চনবগী অকুপ্পা পাউ লৌরুরে।

পাউদু রোমেন্না বালাদা ফোন তৌরগা শুগায়না খঙহল্লক্লে। বালানা অমুক বৃন্দাদা টেলিফোন তৌদুনা খঙহনখ্রে। বৃন্দানা পাউদু তাবদা ওষ্টোক্লা হরাউজরে। অদুবু মতম খরগী তুংদা মচা রোবিনগা মাগা কায়নরনি খল্লুবদা ৱাবদি হৌরে।

খঙহৌদনা লমতা থা য়ৌরক্লে। মণিপুরগী মফম খুদিংমক্তা য়াওশঙ থা লাকপগী ৱাখল,পুক্লিং লাঙবা হৌনরক্লে। য়াওশঙ ঙসি মঙানিদা ঙায়রে। নোংমা মমানা মঙোন্দা হায়খিবা মাবু পোকপা মপাবুং গুৱাহাটিদগী য়াওশঙদা মাবু উনবা লাক্কনি হায়বদু নোংমতা কাউদনা রোবিন্না নীংশিংদুনা লৈরম্লে। বৃন্দানদি মতম লেন্নবা চুম্না হায়খিবনি। রোবিন্না -"ইমা ! য়াওশঙ ঙসি মঙানিদা ঙায়রে, ঐখোয় বাবা লাক্কনিকো !" বৃন্দা খুম্বা ঙমদ্রে।

"হায়যো ইমা ! বাবা লাক্কদবদু য়াওশঙ নুমিত্তা নত্র্রা ?"

বৃন্দা মচাগী পাউখুম পীবা ঙমদদুনা ৱারী অমা ওইনা লীরগা মচাগী ৱাখল থৈদোক্লবা হোংনৈ। ৱারীদু লোইরকপদা রোবিন্না মপাগী বাদা হেক্তা হঞ্জিল্লকই। রোবিন্নদি মাগী মমান্নবা উপেন্দা য়াওশঙদা মপাগী মশক তাক্লে হায়না য়াম্না পোঙ্না হায়দোকখিবনি। নোংমসু রোমেনগী ফোটো উৎলগা মাগী মপানি হায়না য়েংহনখ্রবনি।

য়াওশঙ হয়েংদা ঙায়রে। মমা - মপা ওইবশিংনা মচানুপা - মচানুপীশিংগী চহীগী অনৌবা ফি - রোল লৈবীদুনা হরাউ - নুংঙাইবা ঙাক্তা ঙায়বা থানি। বৃন্দাদি থৱায় ৱাবনা লোইরে। মচাগী ফুরীৎ অমগা খোঙগ্রাও অমগা লৈকুবদু শেৎলু হায়বফাও য়াদ্রে।

য়াওশঙ নুমিৎকী অয়ুক্তা -"ইমা ! ঐখোয় বাবা ঙসি লাক্কদবা নত্র্রা ? পুং কয়াদা লাক্কদবনো ?" বৃন্দা তৌফম খঙদদুনা "নুংথিল পুং অনীগী ফ্লাইটতা লাক্কদবনি, এরাপ্লেন পাইবা য়াদ্রবদি তম্বা ঙমদে।" হেক হায়রুরে।

"য়ারোই, এরোপ্লেনবু করিগী পাইরোইদৌরিনো ? নুংতিগী পাইরিসিদি। ইমা ! বাবা ওকপা চৎলুসি !"

বৃন্দা খংশাও শাওবদগী মতুংদা নিঙাই তৌরিবা রোবিনবু খুনীংনা দগ লাওনা ইম্লুবদা রোবিন ফি শুবগী ঈশিং বালটিন্দা লৌদুনা তুশিল্লম্মী। লাইবক্লা বালটিন্দা য়ৈবদগী ঈ খরসু থোক্লে। মখুৎনা নাম্লুবদা রোবিনগী মখুত্তা ঈ পক্লক্লে। রোবিন পুক্লিং য়াম্না নুংশিনা কপ্পি।

মমাদা "ইমা অঙাওবী" হায়না চৈ। বৃন্দা মচাবু কোল্লগা পেন্না কপ্পি। মেধাসু চেনশিল্লক্কুনা বোবিনগী অশোকপদু লশিংনা মেল্লগা ঙাইহাক্তং থম্বদা ঈদু খকখ্রে। হিদাক তৈবগা ফমুংদা তপ্না হিপহল্লে। বৃন্দানা মপান থোকখিঙৈদা বোবিন্না মেধাদা হায - "নেনে। ঐখোয মাসি যান্না ফত্তে। মানা ঐখোয বাবা এবোপ্লেন্দা লাক্কনি হায়বদু ওকপা চৎলুসি হায়বগা ঐঙোন্দা ইল্লকইনিনে।"

বৃন্দাদি তৌফম খঙদদুনা বালাদা টেলিফোন তৌই। থোকখিবা থৌদোক্কী মবমদা বালাদা শুগায়না তম্মী। বালানা হায়বকই -"ইচে। ঐ ঐখোয়গী ইনাওশিং অমগা ইচেগী নাক্তা পূং অমগী অদুবাইদা লাক্লগে। ইচেসু বোবিনবু মফি মবোল শেৎচিনবীবগা থৌবাং লোইবগা লৈবীবম্মো। পুন্না ইয়াবপোর্টতা চৎলগা নুংথিল পূং অহুমগী গুবাহাটি ইম্ফাল জেৎ ইয়াববেজগী ফ্লাইট তাবা ঙাইবগা "ইবুংঙো বাবাদু খুদোং অমা চাদবদগী লাকপা ঙমদবা ওইবমগনি হায়বসি।"

'হোয়নে, অদুম্মাইনা তৌবনা ফগদমাল্লে। মসি অঙাংসি হন্দক মবকসি ঙাংনবা ইয়া যাদ্রে। ঐ লোইশিল্লগা ঙাইবল্লগে।"

মমানা মচাদা ইয়াবপোর্টতা মাগী বাবা লাকপা ঙাইবা চৎলুবসি হায়গে চঙলকপা মতমদদি বোবিন ফমুংদা মেধানা হুমাই হুল্লগা তুমদুনা লৈবল্লে। বৃন্দা তুপ্লিবা মচাদা মুন্না যেংই। তুপ্লিবা মচাগী মচিন্দু অমুক মুক লেঙলকই। মদুবু বৃন্দানা বোবিন্না বাবা লাক্লব্রা হংলিবোই খল্লুবে। বৃন্দাগী মীৎলুদা পিবাং থিংবা বাবে। নুংথিলগী পূং অমা তাবক্লে। বোবিন্দু লাইবক্তা খবা শোকখিবদুদা মশাদু লাইহৌ তৌরে। দিসপেন্সবিদা পুবগা যেংহল্লুবনা ফবগদ্রা অমুক খল্লি। বৃন্দা তৌফম খঙদ্রে। বিক্নো অমদা বোবিনবু দিসপেন্সবি তানা পুবক্লে। ডাক্তবনা কবিসু তৌবোই ইবিবা হিদাকসি পীজবগা শোযদনা ফগনি হায়বকই।

ইয়াবপোর্ট চৎলগা বাবা ওক্লুসি হায়বম্বা বোবিন্দু মমা কিবদগী বাবা ওক্লুসি হায়খিদ্রে। মমানা মফি শেৎচিনবীবগে হায়বদা ঐদি চৎলবোই বাবাকা অমত্তা উনীংদ্রে হায়বকই।

মচাগী বাঙাং তাকুবগা বৃন্দা থংনবা কাদা চঙলগা মখোল থোক্লা থম্মোয শোক্লা কপ্লুবে। বালাসু যুল্লোন্ননা লৈমিন্নবা মনাও বীক্রম্বু কাব খবা থৌবিযু হায়কব্বদা বীক্রম্নসু যাদুনা বীক্রমা মাকটি কাব থৌবগা মচা কৃষ্ণ পুবগা লাকমিন্নে। লেপ্তুনা লাকপনা বৃন্দাগী চিলদ্রেন হোমগী কেমপস যৌশিল্লক্লে। কেমপসতু উবদা বালাগী পুক্লিংদা বৃন্দাবু হন্না হন্না থাগৎলি। খল্লকই -"ও। অফবা থবকসিদি নীংবা কাযববা মীতনা তৌবোইবে। শোমদা ইচে বৃন্দানা অশুক চাউবা চিলদ্রেন হোম অমা চলাইবি, অদুগা গুবাহাটিদনা দাদা বোমেন্না চাউববা মণিপুরীশিংগী ধর্মশালা অমা শাদুনা মীয়ামদা কৎথোকখ্রে। মখোয

অনীনা গুৱাহাটিগী বেলটোলাদা ঐখোয়গী য়ুমদা মতে - মনাও ওইনা য়ুম্বানবগী পুন্সিদা পরিং চুন্না নুংঙাইনা অয়েৎপা অমত্তা য়াওদনা লৈমিন্নবা তারন্নবদি ঙসি ঐগী মীত্তা উরিবা শক্তম অনীসি উবা ফংলমদবসু য়াই। মখোয় অনীগী মমিংদি মতম শাংনা মীয়াম্না নীংশিংহৌরগনি।"

ৱাখল অমদা উংলগা চঙলকপা বালা বৃন্দাগী মনাক য়ৌরক্লে।

"কৈদৌরে ইচে! ইয়ারপোর্ট চৎনবগী থৌরাং করিমত্তা তৌরমদ্রদি?" বীক্রমদা মচা কৃষ্ণ শিন্নরগা কাদা ফমহল্লম্লগা বৃন্দাগা পুন্না মপান থোকমিন্নখি। বৃন্দানা হায়রকই -"ইচেগী ইবেম্মা! রোবিনসে মতা অমা তৌরক্লে। হোরেন করিগুম্বা ইয়ারপোর্ট য়ৌরগা এরোপ্লেন তারকপদা তারোমেন য়াওরক্লোইদবনিনা বাবা লাকশু লাকওইদবদা নখোয়না ঐঙোন্দা মীনম্বা ঙাংই হায়দুনা শাওদুনা য়ুম থাদোক্লুনা চৎখ্রবদি কমদৌনি। ইচেদি য়াম্না কিবা অমা পোক্লক্লে। মানা অসুম্না তৌরক্কনি হায়বদি নোংমতসু খল্লুদবনি।"

"ইচে! ঐ মাবু পুরগা ইয়ারপোর্ট ফাওবদি য়ৌরুরগে, ঙসি নোংমা নীনিসিগী মনুংদা দাদাদো মাগী অচিনবা ফম য়াম্না লৈরবসু ইমা পুরগা ওইরবসু অমুক্তং লাকমিন্নৌ, ঐগী য়াম্না লুবা মতাং অমা লৈরে হায়খ্রগে?"

"খঙদ্রে, ইবেম্মা! নঙনা সিনা ফগনি হায়বদো খরা সীল্লক্লো।"

চিলদ্রেন হোমদু ঙসি য়াওশঙগী ছুটি ওইবনা ক্লাস তৌদ্রে। বালানা বৃন্দাগা ৱারী শাবা লোইরগা রোবিনগী মনাক্তা চঙলগা রোবিনবু থেম্মী।

"রোবিন! ইন্দোমচাগা ইয়ারপোর্টতা বাবা ওকপা চৎলসি! লাকও নফি শেৎচিল্লরো! ইমাদি লৈজহৌরসনু! নঙগী নমান্নবদুসু হৌরগা পুবীখ্রসি! হোরেন নমান্নবদুগা বাবাগা শক খঙনহল্লসি। সে! লোইশিল্লরো! চোকোলেৎসিসু নঙগীনি সে, চাররো।"

বালাগী থেমজিনবা ৱাহৈদুদা রোবিন অচুম্বা ওইরবোই খল্লক্লে। মমায় মমীৎ তাবা লোইদুনা মফি শেৎচিনখ্রে। বৃন্দাদি রোবিন্না ইয়ারপোর্ট য়ৌরগা তৌগদবা মওংদু খল্লুবদা থৱায় য়াম্না ৱারে।

মফি শেৎপা লোইরবা রোবিনবু মমানা মশমদু থাও তৈরগা হাৎপিরে। শেম শাবা লোইরবদা বালানা -"ইচে! ঐখোয় চৎলুখিগে" হায়রম্লগা বীক্রম্না কার থৌরগা থোরক্লে। লম্বীদা মমান্নবা উপেনখোয়গীদা চঙলগা উপেনবুসু হৌরগা পুখ্রে।

লমশাংদগী ইম্ফাল তম্না থৌরকপা কারদু ইৱোইশেনবা য়ৌরক্লে। ইৱোইশেনবদগী অসুম থৌরকপনা নাওরেমথোং লাক্লগা তেরা তানা লাক্লে। তেরাদগী সয়াং পুখ্রি অচৌবগী লম্বীদা লাক্লগা ৱা কৈথেল তারে। ৱা কৈথেলদগী ইয়ারপোর্টকী লম্বী ফংলে। লম্বীদগী

নোংথক্তা এবোপ্লেন অমা যাম্না নেম্না পাইবা উবে। বোবিনগী মবুক্তা খল্লি -"পাইবিবা এবোপ্লেনসিদা বাবা শোযদনা যাওবক্লম্লগনি।"

লেপ্তুনা থৌবকপা কাবদু ইযাবপোর্ট হাইজিনফমদা চঙলক্লে। সেক্যুবিটিনা চেক তৌবা লোইবগা পার্ক ফি লুপা তবাগী বিসিপ্ট অমা কক্লগা কাবদু থাজিল্লক্লে। পার্কিংদা থৌজিল্লগা কাবদু মফমচানা পার্ক তৌবে।

মখোযনা এবোড্রোম হেক যৌবগা এবোপ্লেন অমা তাবকই। বোবিন্না হংই - "ইন্দোমচা। হৌজিক তাথ্রিবা এবোপ্লেনসিদা ঐখোয বাবা যাওবমগনিকো।"

"যাওবমগনি, লাকও, লাকও, মী মযাম লেপ্লিবা মফর্মসিদা চঙলগা ঙাইকসি লাকও।" অসি হাযবগা বীক্রম্না কৃষ্ণবু পল্লগা মাঙদা চৎলি, বালানা তুংদা ইল্লি। বোবিনগা উপেনগদি মাঙ থাবগা কন্না চেনশিনখ্রে। মীনিৎ মঙাগী তুংদা মী থোক্লবা হৌবক্লে। বালাসু থবায বাবা হৌবক্লে। লাক্লোইদবা মী অমবু লাক্কদবা যাম্না মান্না ঙাইবি।

বালা তৌফম খঙলক্তদুনা বেক্তগী মোবাইল ফোন লৌথোক্লগা খবা চৎথোক্লগা বোমেন্দা ফোন তৌই। (মতমসি মোবাইল ফোন যাম্না তাঙনা ফংবা মতমনি)

লাইবক ফবদগী বোমেন্না পাযবকই।

' দাদা ঐনে বালানে। ঐনা ফোন তৌবক্লিবসি ইম্ফাল ইযাবপোর্টতগীনি। নহাক্কী নচানুপা বোবিন, অবুংচা গুবাহাটিগী পব্লিগ স্কুলদা মিং চনবগী বাফমদো কমদৌবে? যাবনি হাযবা, যামফরে, অদো যাম্না লুবা বাফম অমমুক লৈরে। ঙসি যাওশঙ নুমিৎনিদনা। ইচেনা হা। ইচে বৃন্দাননে নচানুপা বোবিন্না দাদাবু কৈদৌঙৈ মখোয উনবা লাক্কনি হাযনা হংমনবদা খাঙবা ঙমদদুনা নহান নোংমা দাদা যাওশঙ নুমিত্তা মখোয উনবা শোযদনা লাক্কনি, বোবিনগী ফুবীৎ ফিবোল কবিকা লৈবক্কনি হাযকুববজাৎনি। অদুদা যাওশঙ নুমিৎসিদা দাদা লাক্কনি হাযবদো বসতবা এবোপ্লেন্দবা হংবদা এবাপ্লেন্দনি হাযজিল্লুবে হায। অদুনা মাবু থাজনবগীদমক ঐনা মাবু পুবক্লগা ইম্ফাল ইযাবপোর্টতা দাদাবু ঙাইবা লাক্লিবনি। মানা হোবেন দাদা লাক্কদবা নত্তবনিনা মী মযাম থোক্লবকপা মতমদা দাদা যাওবক্তুবদুদা শোযদনা কপকনি। মাগা লুনা তিন্নবা মমান্নবা অমসু যাওবি। মঙোন্দসু দাদাবু মাগী মপানি হাযনা শক তাক্কনি হাযনা লাকমিন্নবি। ঐ ঙাইহাক লৈবগা দাদাদা ফোন অমুক তৌবক্কে। দাদানা মাবু থেমজিনবা ওইনা ইপা ইম্ফালদা নঙবু উনবা শোযদনা লাক্কে তৌবদা গুবাহাটিগী লম্বীদা দাদানা তোংলকপা কাবনা মী অমা থেংলুবদগী লাকপা ঙমদ্রে, নুমিৎ খবনিগী মনুংদা শোযদনা লাক্কে, নঙগী নমান্নবগসু শক খঙনবগে অমুক্তা হাযবীবকউ।" থমজবে। বালা বাহৈশিংদু হাযবদা হিক - হিক কপ্পি।

রোমেন বালানা হায়রকপা ৱারোলশিংদু তারুবদা খুদক্তা রোবিনবু উনীংবনা ঙাওরকই। মাসু মীৎলু অনীদা পিরাং শীষ্টরে। খল্লকই -"মমান্নবা কয়ানা নোংমতা রোবিনগা মপাগা লৈমিন্নবা উদবনিনা "নখোয় বাবা কদায় চৎখি" শোয়দনা হংলমগনি। মদুদা রোবিন্না পাউখুম পীবা ঙমদদুনা মমাদা নিঙাই তৌরমগনি। চুম্মী, ঐনা খল্লুবা খুদিংমক অচুম্বা অমত্তা ওইরমদ্রে। ঐ ইচাগী মনাক্তা হয়েংমক চৎলুরগে, মাগী ফুরীৎ - খোঙগ্রাওনচিংবা লৈরগা পুবীগে! ঐ ইম্ফালদা থোক্লগা ইচাগা উনদবা য়াদ্রে।"

এরোপ্লেন্দা তোংলকপা মী লোইনমক থোক্লবা লোইখ্রে। রোবিনগী মমীত্তা মাগী বাবা থোরকপা উদ্রে। কপ্পিং কপ্পিং তৌরক্লে। মমান্নবা উপেনগী মমাঙদা মা ইকাইবনা লোইরে। অরোইবা ওইনা নুপা অমখক্কী মখুত্তা শুট কেশ অমা পায়রগা থোরকপা উই। মদু মাগী বাবা শোয়দনা ওইরমগনি খল্লুই। অদুবু নুপাদুসু নকশিল্লক্লগদি ওইরমদ্রে। রোবিন নীংবা য়াম্না কায়রে। মীৎলুদগী তারকপা পিরাংদু খুৎনমদা তৈথোকই। মাগী মতৌদুদা বালাসু য়েংবা ঙমদ্রে। রোবিনগী মকোক্তা নুংশিনা নানবীরগা থেমজিনবা ৱাহৈনা হায়রকই -"রোবিন। নখোয় বাবাদু গুৱাহাটিদা য়াম্না লুবা থবক অমা লৈরম্মনি। অদুনা লাক্তবা ওইরম্মনি।" "য়ারোই! নঙসু ঐগী ইন্দোমচা নত্তে। ইমাগা নখোয় অনীনা মান্নরগা থোক তৌবনি। ঐগী বাবা শোয়দনা শিরম্লগনি। মানা গুবাহাটিদা লৈরগা করিগী মচা ঐবু নুংশিদফম থোকপ্রা? উপেনখোয় বাবাদি নুংতিগী স্কুলদা উপেন লৌবা লাকই। ঐবুদি নোংমতসু বাবানা লৌবা লাকপিদে। নখোয়না ঐঙোন্দা অঙাংনি হায়দুনা নমথাক তৌবনি। ঐ য়ুমদা অমুক হল্লরোই। বাবা লাক্লরোইদবনিনা ইয়ারপোর্টসিদা মচা লৈজদবা মপা অমা লাকপা ঙাইহৌরগে, মঙোন্দা ঐবু মচা ওইনা য়োকপিয়ু হায়জরগা মাবু ইমান্নবশিংদা ইপানি হায়না মশক তাক্লগে! উপেন! নঙনা হায়বা চুম্লম্লে, ঐগী বাবা লৈরমদ্রে। ঐ লাল্লে, ঐবু ঙাকপিয়ু নঙোন্দা বাবা মশক তাকপা ঙম্লোইদৌরে।" মাগী কপ্পা - কপ্পা ঙাংবা ৱাঙাংদু তারগা বালাসু মপি থিংবা ৱারে। "ইবুংঙো! নঙ শাওরনু! ইন্দোমচা বাবাদা ফোন তৌগে নঙগা ৱারী শানৌ!" অসি হায়রগা বালানা রোমেনগী নম্বরদা মেৎলি। রিং চৎলে।

"দাদা! ঐনে, বালানে, নচানুপাগা ৱারী অমুক্তা শানৌসে!" অসি হায়রগা ফোন্দু রোবিন্দা পী।

অশোমদা রোমেন ঙসাইদগী বালাগী ফোন লাকপা ঙাইদুনা লৈরিবনি। রোবিন ফোন্দা হল্লো হায়বা হৌরে। বালাসু নাকন্দা ঙাংনবদু তাগদবগী রোবিনগী মনাক নক্লা লৈ। বীক্রমদি কৃষ্ণ পল্লগা কেফিটেরিয়াদা করি করিনো চারি।

"হল্লো কনা ওইবীরবনো?"

"ঐ নঙগী বাবানে হায়যো .খাঞ্জেলদু তাবদা বোবিন তু খ্যাউ চুংই। বোমেনগী মশক উনীংবনা .নাংগৌবা কেঁনা চেক্লানা লাইজ ঙাইবগুম ঙাইজবক্লিবা বোবিন মপাগী খোঞ্জেল তাবদা হবাউবনা স্বগ মখুৎনা লাম্বা ফংবমুক নুংঙাইজবে। নুংঙাইমন্দুনা থুমহৎখিবদগী বাবী শাদনা বাবা হাযনা কৌবম্লগা কপ্পুনা লৈখ্রে।

যাম্না তপ্না "বাবা! নঙ ঐবু শুক্কুং নুংশিদব্রা?"

বোবিনগী কপ্না ঙাংবা খোইথুম্নবা খোঞ্জেলদু তাবগা অশোমদসু বোমেন থম্মোয পুবা যাদদুনা মাসু কপ্লি। মচানসু মপা কপ্লে হাযবা খঙই, মপানসু মচা কপ্লে হাযবা খঙই। অনীমক কপঙাং ঙাংলগা বাবী শানবি। বোমেন্নদি বোবিনগী শকফমদু মতম শাংনা উবক্তবনিনা পিক্লিঙৈগী অবুংচাগী শকফমদু ওইনা উবগা বাবী শাবি। কপ্না কপ্না "ইচাগী কবি বাৎলবগে" হংলকই।

"বাবা! ঐ নঙ বাৎপগীদমক যাম্না বাবে। ইমানা ঐগী কবিমত্তা বাৎহন্দ্রবসু ইমান্নবশিংনা নঙগী বাবা লৈত্রব্রা নোংমতা লৈবা উদেনা হাযবকপদা ঐনা চাউথোক্লা ঐখোয বাবাদি গুবাহাটিদা লৈ হাযনা নাপন তৌনা খুম্লুই। বাবানা যাওশঙদা ঐগী ফিবোন কবিকা যাম্না লৈবক্কনি হাযবগা নঙ লাক্তবনা ঐদি ইকাযবা নংলে। বাবা! নঙগা ইমাগা খৎনবিবসি কবিগীনো? নখোয অনী চান্নবা শুকযা যাববোইদ্রা? ঐদি নখোয অনী নোংমতা ওইববসু পূন্না কা অমদা উজবা পাম্মী। নখোয অনীনা অমুকহন্না চান্নবা যাদ্রবসু ঐগী ইমান্নবশিংগী মমাঙদা অমুক্তংদি নঙবু উৎচগেবা? বাবা! নঙনা ইমাঙদা অমুক্তং লেপ্লববদি ঐনা নঙবু নখোঙ পাযদুনা খুকমজগে! ইমানদি বাবা লাক্কনিদা হাযবগা নোংমতসু লাক্রবনিনা নখোয অনী খৎনবে হাযবসি চুম্লে। ঐদি ইমাগা খৎনববসু হেক্তা চান্নে। বাবানা ইমাগা খৎনববসু ঐগদি খৎনদবনিনা বাবা নহাক মণিপুবদা অমুক্তং থোকপিবকউ। ইমাগা উনবা যাদ্রবসু ঐগা লোন্না উনসিকো।"

বোমেন মচা বোবিনগী বাহে খবদুনা মখৈ ফংনা কপচবা ফংলে। মানা বোবিনবু বতনগী মচানি খন্দুনা যাম্না লাপ্না খনবীকবে। অদুবু বতন্নদি বোবিনবু মচা ওইনা লৌশিন্নীংদ্রে। মবমদি বৃন্দানা বতনবু শুকপাম - পামখিদে। বোবিন্না বৃন্দাগী গর্ভদা বতনগী ঈনা থা তবা নাওপুবগা পোকখিবা অঙাং ওইবগসু মিতম্বা হৌবকপদগী বোমেন্না বৃন্দাবু চেকশিন্না ঙাক শেন্দুনা লৈবকখি। মতমদুদা বৃন্দানা বোমেনবু থম্মোয শেংনা নুংশিজবতা নত্তনা মিকুপ পুংজা খুদিংমক্তা কাউদনা নীংশিংদুনা লৈখি। বোমেনগী মশক মাগী ৰাখলদগী মিকুপ অমত্তা লাপথোকখিদে। মদুমক্লা বৃন্দাগী গর্ভনুংগী অঙাংদুদা বোমেনগী শকফম, পুকচেল ৰাখল লোইনমক চঙলম্বা মশানা তাবনি। মতমদুদা বোমেন্নসু বৃন্দাবু নুংশিবগী থাক পুন্নমক যৌনা কুমথদুনা শেন্নজখি।

অঙাং পোক্লবা মতুংদা অবুংচাগী ষষ্ঠি ফাওবা রোমেনগী য়েক সলাইদা শোনখি। মদুদসু রোমেন্না অথিংবা অমত্তা য়াওদনা য়াখিবনি। বৃন্দানা ঙসি ফাওবদা রোবিনবু রতনগী ঈনা মীরোন্দুনা পোকখ্রবসু রতনগী মচানি হায়না খনখিবসু লৈত্রি। অউবা সমাজনসু য়ানীংলোই। নক্না ইমুং অমদা লৈমিন্নরম্বা গীরিধারিগী ইমুংগী মীশিংনসু য়ানীংদে। বালানসু রোবিনবু বোমেনগী মচানি হায়না লৌরি। বৃন্দানসু মদুদা হেন্না য়ানীংলি। মচা রোবিন্নসু য়ারি। অদুগা রোমেন্নদি করিগী চিংনরিবা? মচাগী খোঞ্জেল তাবদা মীৎলু অনীদা পিরাং শীঙ্গুরগা পেন্না কপখরে রোমেন্দো!

রতন্নদি অঙাংসিগীদমক অসি য়ৌনা খঞ্জিল্লুবা ঙমখিগদ্রা? থাজদে। রতন্না বৃন্দাবু লৌখিবসু বৃন্দাগী মশক্তা ঙাইহাক্কী ওইবা নুংঙাইবা, অমদি অপাম্বদ্রু থুংনবগীদমক লৌখিবা ওইরম্বসু য়াই। নুংশিবদা নাকন নাম্মখক্কী নুংশিবদি মখোল হৌদবা খুবাক নাম্মখক্কী মখোল লৈতবগুম্বনি।

বৃন্দা অমদি রোমেন অনীগী নুংশিবদি যুগ কয়াদা তৎলরোইদবা নুংশি মরীদুনি।

রোমেন্না মচাগী মফমদা ফোঙদোরকই -"ইবুংঙো! ইপা লাক্লে। ইপা হয়েংমক ইচাগা উনবা শোয়দনা লাক্লগে। নহাক্না ঙসি লেপলিবা মফমদুমক্তদা নমান্নবদুগা হয়েংসু লেপ্লগা ঐবু ওক্লম্মু! নহাক মথং চহীদগী গুবাহাটিগী পব্লিগ স্কুলদা তম্নবা ইপানা মিং চন্নবা মরোল ঙাংনবা লোইদুনা লৈরে। নহাক ক্লাস V পাস তৌবগা ইপাগী নাক্তা লৈরগা গুৱাহাটিদা তম্লগদবনি। মখাদি বাবা হয়েং লাক্লগা ওইনা শানরসি! থম্লগেকো!"

রোবিনগী চিংনরম্বা পুম্বা মপাগা ৱারী শান্নরবা মতুংদা লোইনা কোক্লে। মমান্নবা উপেন্দা -"ভায়! হয়েং ঐখোয়'বা শোয়দনা লাক্লগে হায়রক্লে, হয়েং অমুক্কা লাক্লসি নঙ শাওরনু।"

বালানা মখোয় অনীবু বীক্রমগী মনাক্তা পুরগা মোমো অমমম পীজরে। মাসু কোফি কপ অমা থকপা লোইরবা তুংদা পৈশা পীরম্লগা হয়েংগী নুংঙাইবা ৱাখলদা লমশাংগী চিলদ্রেন হোম তানা অমুক হল্লক্লে।

চিলদ্রেন হোম য়ৌরগা বালানা বৃন্দাগা উনদুনা ইয়ারপোর্টতা রোবিন্না কপখিবা, মানা রোমেন্দা ফোন্দা হায়খিবা অমদি রোবিনগা রোমেনগা শানহনখিবা ৱারীগী মতাং লোইনমক তম্লে। বৃন্দাদু হয়েং রোমেন শোয়দনা মচা উন্নবা থোক্লক্কনি হায়বদু তাবদা নুংঙাইবা পোক্লবসু চিংনবা অমদি অদুম পোকলি। মরমদি অশুক কুইবা মতমসিদা নোংমতা লাকখিদ্রবা মানা মাগী ঈনা পোকপা মচা নত্তবা রোবিনবু উনবা লাক্কনি হায়বসিবু চাম্মদা চাম্মা থাজফম থোকপ্রা হায়বসিনি। বালাগী মফমদা ফোঙদোক্লুদ্রগসু পুক্নিংদা মদোম খঞ্জরম্বনি।

বালা হয়েং মতম চানা লাক্লগে হায়রল্লগা হনখ্রে।

রোবিন্না মমাগী মফমদা ঙসাই টেলিফোন্দা রোমেন্না ফোঙদোরকপা ৱাফমদু মরিক চুন্না তম্মী। মচানা অদুক থাজনা মপা লাক্কনি খঞ্জরগা করিগুম্বা রোমেন অমুক লাক্রবদি হায়বসি খল্লুবদা বৃন্দাদু ৱাবনা লোইরে।

রোবিন্না হায়রকই -"ইমা! বাবা লাক্লবদি সিদা লৈগদবা নত্ত্রা? মাবু নুমিৎ খরনিদি ঐখোয়গীদা লৈনবা হায়সিকো! মাবু করম্বা কাদা লৈহনগদগে?"

"বাবাগী কা অমা অশুক চাউনা লৈরিসিদি?"

"কদাইদা?"

মমানা কাদু তাকই। "ও! কাসি বাবাগী ওইরে, ঐদি নহামখৈ খঙদে। অদু ইমা! বাবানা অশুক কুইবা মতমদা ইমাগা ঐগা উনবা নোংমতা লাক্লিসিবু করিগীনো? ইমা! নখোয় 'নীবু লুহোংলগা লৌনবা নত্ত্রা? নখোয়নী লুহোংবগী ফোটোসু লৈতে। ইমান্নবা উপেনখোয়দি মমাগা মখোয়'বাগা লুহোংবগী ফোটোদু য়াম চাউনা শিন্দোক্লগা ফ্রেম চল্লগা থেৎলি।"

মচাগী ৱাঙাংদু তাবদা বৃন্দা খুম্বা ঙমদ্রে। রোমেনগী কানি খন্না থমজবা কাগী শোদু হাংলগা মমা - মচা কাদুদা পুন্না চঙলকই। রোমেনগী ফ্রেম চনবা ফোটো অমা ফিনা কুপ্পগা থল্লিবদু মচাদা য়েংহল্লি।

মদু বৃন্দানা মমাঙদা মচাগী মফমদা অমুক্তা উৎখিদ্রি। রোবিন মোমোন নোকপা রোমেনগী ফোটোদুদা মখুৎ লোন্নরগা -"বাবা! ঐবু ৱারৌনুকো" হায়না খুরুম্মী। মচাগী মতৌদুদা বৃন্দা তশেংনা কপ্লি। করিগুম্বা হয়েং রোমেন লাক্লবদি খন্দুনা কাদু নীংথিনা শিৎ - নান্না শেংদোক্লগা ৱাই তৈথোকই। ফমুংগী মোমপাক ফিদক, কাঙখল, মোনখুম লোইনা শিন্দোকই। বাথরুম্নচিংবা ঈশিং ফজনা থম্মী। ওদোনিন থম্মী। ধুপ মনম নুংশিবা, লৈ মনম নুংশিবা, পুক্লিং হুবা ঙাক্তা থমদুনা থোইনা হেন্না পুক্লিং হুনবা হোৎনৈ।

রোবিন্না অমুক হায়রকই -"ইমা! বাবা লাক্লদি মানা চানীংবা য়েঞ্জাং অমদি পিজসিকো! ঐদি বাবাগা তূমিন্নগনি, ইমা নঙসু তূমিন্নসিকো!"

মমাসু -"পিজ সিঙাইদনা, তূমিন্নসিঙাইদনা" হায়রম্বদগী তপ্পা তপ্পা তূমথখ্রে।

# কুন্নীথোইশুবা

রোমেন লাক্কনি হায়বদু পিচকারি নুমিৎনি। লমশাংগী লম্বী শরুক্তা পাখং - লৈশাবী পুল্লপ - পুল্লপ চৎলি। য়াওশঙগী থাবল চোংবগী লাঙলি। মাইক্তা নুংশি - নুংশিবা মৈতৈলোনগী থায়নগী অরীবা রোকোর্দকী ঈশৈশিং থাদুনা খোংলি। খুঙ্গংগী শান্নবুংদনা নুপামচাশিংনা স্পোর্টসকী লাঙলি। লম্বীদা থৌরী তিংদুনা পৈশা মুনবদি কয়া উদ্রে। বৃন্দাসু রোমেন লাক্কনি হায়বগী ৱাখলদা থম্মোয় থোঙ্গাল হাংদোক্কুনা পাম্মু মাগী ৱাখলদা পুক্লিং ইরাং হৌজরি।

অয়ুক্তা কোক তুমদুনা ঈরু লুজরগা কাশিংদু ধুপ থাদোকই। রোমেনগীনি খঞ্জরিবা কাদুগী থোঙ - থোঙনাওশিংদু অশুবা পর্দা ঙাক্তা শিন্দোকই। পর্দা হাপচিনবা লোইরগা কাগী উপু, কাংথোলনচিংবা তৈথোকই। মানা অসুম্না রাগ অমদা কন্না হোৎনরিঙৈদা মপান্দা হোলি শকপি নুপী তরাগী পালা কাঙবু অমা হোলি থৌগল অমুক্তা তৌজগে হায়ররে।

বৃন্দানা "য়ানি, যানি" হায়বদুদা হোলি পালাগী নুপীশিংদু ঈশৈ হৌগদবগী শেম - শাবা লোইরে। অঙাং ময়ামসু হোলি শক্কদৌরিবা শুমাঙদুগী অকোয়বদা ইকোয় কোয়না লেপ্লরে।

তাঞ্জাদুদা মন্ত্রি ইবোপিশক কুর্টা পাজমা শেৎলগা মরুপ অনীগা পুন্না বোলেরো জিপ অমদা সন্ত্রি খরগা চিলদ্রেন হোমগী গেত্তগী থৌজিল্লকই। পূক্লিংদা য়াওশঙগী খুদোংচাবা লৌরগা বৃন্দাগী মমায়দা আবের অমুক্তং তৈহৌগে সিনি। সন্ত্রিশিংদু গেট মনাক্তা ফমহল্লগা অতোপ্পা মী চঙহল্লকপা য়াদে, হায়না ঙাকহল্লি। ইবোপিশক্কা মরুপ অনীদুগদি হোলি শক্লিবা মফমদু য়ৌনা চঙশিল্লক্লে। অঙাংশিংদুগী মরক্তা লেপ্লগা হোলি শক্লিবদুদা মুন্না চাগদবগুম য়েংই। মেধানা চৌক্রি অহুমখক থাংজিল্লকই। ইবোপিশক্লা - "ইচে মেধা! ফমদসু য়ারেদা, ঐখোয়সু য়াওশঙ য়াওবা লাকপনি।"

ইবোপিশক্লা হোলি পালাদুদা লুপা তরাচৎপী অমমম থাবা হৌই। মানা পৈশা থাবদুদা লাকমিন্নরিবা মরুপ অনীদুসু পৈশা থায়। মৌনহা মরি - মঙা য়াওরিবদু খল্লগা ইবোপিশক্লা আবের তৈ। য়াওশঙ ওইবনিনা করিমত্তা হায়নদে। ঈশৈ লোইরকপদা বৃন্দানা লুপা চামঙা চৎপী অমা পুখম অমদা হাপ্লগা লুকথদুনা কৎলগা খুরুম্মী। ইবোপিশকসু

লুপা চামঙা চৎপী অমা ফৎ শৎলগা বৃন্দাগী পুখমদুদা হাপ্পী। বৃন্দানা খুকউ খুদক কুন্দুনা খুরুম্বা লোইবগী হৌগৎলকপদা ইবোপিশক্না বৃন্দাগী মমায়দা অবের তৈ। বৃন্দাগী মমায়দু আবেরনা পুমঙাং ঙাংলে। হোলি শক্লিবী নুপীশিংদুগী মরক্তা মন্ত্রি ইবোপিশক্না বৃন্দা পাম্মী হায়বসি হান্নদগী খরা খরা খঙবা য়াওই। ঙসি ইবোপিশক্কী অবের খুৎতৈদুদা মীনা ঙাংনবদু শোয়দ্রে হায়বা ময়েক শেংবগুম তৌই।

বৃন্দাসু য়াওশঙ ওইবনিনা থোইনা শাওরুদে। নুপা অনীদুদি বৃন্দাদা আবের তৈবা ঙমদে। লেপ্পগা য়েংদুনা লৈ।

বোবিন্দি মমাবু মন্ত্রি ইবোপিশক্না আবেব তৈবা উবদা শাওনীংবনা খাঙবা ঙমদ্রে। তাঞ্জাসিদা মমাদা ওনশিল্লগা চৈরকই। "ইমা! নঙনা মীনা আবের তৈগে হাযবদা য়ারিবদু করিগীনো? নঙবু লৈশাবী মচাবা? নুপাশিংসি সিদা চঙহল্লিবা করিগীনো? হৌজিক নঙঙোন্দা আবের তৈবদো বাবানা উবদি শাওরোইদ্রা? নঙ! বাবা লাক্লগা তমথোকঅদি বাবা শোযদনা শাওগনি। নমায়দু খরা থুনা তাথোকউ য়াদ্রা?"

বৃন্দাদু মচাগী অচুম্বা বাঙাংদুদা ইকাইবগুম তৌই। রোমেন শোকপদগী লায়েংদুনা লৈবিঙৈদা বীনোদ দাসনা য়াওশঙগী থুদোংচাবা লৌরগা মাগী লাইবক্তা শিন্দুর নমখিবা মতমদা বোমেন্না মঙোন্দা মমায তাথোকহন্নীংখিবগী মতাংদু নৌনা নীংশিংলক্লে। নুমিত্তুদা রোমেন্না ফাওখিবা নুংঙাইতবগী মমিদু মচাদসু ঙসি তাববিবসি কবিগীনো হাযনা মতোমতা হংজৈ। নীঙশিংবা মবক্তা কপ্পিংবসু পোক্লকই।

হোলি লোইরে! নুপী ময়ামদু বৃন্দাদা নুংঙাইনা পাল্লু হায়না বব পীরম্লগা মথং মথং থোকপা হৌরক্লে।

ইবোপিশক্না হায়রকই -"ঙসিগী হোলি পালাসি ওঙ্থোক্না নুংঙাইখ্রে। ঐ হয়েংসু লৈজবমগে। হযেংদি শেনফমসু খবা চাউনা কচ্চগে? মফমসি ঐগী য়ুমনি হায়না খনবীয়ু।"

ঈশৈ হনবীদুনা খুম্লকই-"য়াম্না নুংঙাইজবে, ইবুংঙো! ঐখোয় ইবুংঙোনা পানবসিমুক নুংঙাইবা লৈত্রে। মথংগী ভোত্তসু ইবুংঙোনা অদুম কাবীয়ু! ঐখোয় হয়েং শোয়দনা লাকচগে!" অসি হাযরম্লগা হোলি কাঙবু হনখ্রে।

হোলি কাঙবু চৎখ্রবা তুংদা মেধানা চা লোল্লগা পুথোরকই। ইবোপিশক্কী কাঙবুদা চা কপ অমমম প্লেটতা হাপ্লগা পী। ইবোপিশক্না মেধাদা হায়রকই -"ইচে মেধা! সে! লুপা চনীসি নঙগী য়াওশঙগী নাক্ক থেংবগী দক্ষিনানি, ঐ হয়েংসু মফমসিদা লাক্কনি। শোম্থাংননা -"অমদো য়ানবা অমুক্তা থেম্মু হায়বনি, কৈদৌগে? য়াওশঙ কয়া শুরে হৌখ্রিবসে? মাবু করিমত্তা ভাব তাদ্রবজাৎলা?" "ঐসু থেম্লিবনিনে, খঙদে, ঐখোয়গী মেদামসে মনুং খুৎকন অমনি।"

ইবোপিশক্না -"মেদাম, মেদাম!" অনীরক হন্না কৌরগা বৃন্দাদা চৎলগে হায়বা চঙলকই।

"অঙাংশিংগী য়াওশঙগী বড়া খানাসি কৈদৌঙৈ পীজসি হায়বা? মেদাম্না ৱা ইঙাঙ - ঙাঙদবসিদা ঐখোয়দি চঙলক্কদববু হঙ্গোইজরবনি।"

বৃন্দাদু নোকমি - নোকমি তৌরগা -"ওজানা হোমদা মতেং য়াম্না পাংবসিদা ইখোয়সু ইকাইজরবনি।"

ইবোপিশক মকুপ অনীগা "চৎলগে" হাযরম্লগা থোকখ্রে। মখোয় চৎখিবদা বৃন্দা ৱাই খরহেক শংবগুম তৌহৌরে। রোবিন ঈরুজবা লোইবগা মফি -মরোল শেৎচিল্লগা মমাগী মনাক্তা লেপ্লরে। "ইমা! নঙসু লোইশিল্লোদনা?"

"ইমাদি য়াওরোইয়ে।"

"করিগীনো, ইমাবু বাবা নুংশিদব্রা?"

"নন্দোমচাগা চৎলগা য়াবে, ইমাদি নখোয় হল্লক্লগা চাননবা থোং থাক্তুনা লৈরম্লগে?"

বৃন্দানা খঞ্জরুই -"ইচানা খঞ্জরিবসি অমক্তং থুংলবদি নুংঙাইনিদা। অদুবু তাবোমেনদুবু মফমসিদা চঙলকপা অমুক ঙম্লোইদ্রা? বালানা নমদুনা পুশিল্লক্রবদি মহাক শোযদনা য়াগনি। মানা মফমসি য়ৌবকপদা ঐনা মাবু করম হায়না ওক্কনি। অহানবদা মৈ ওক্লগা পুশিনবনা চুম্লোইদ্রা? মাবু করি হায়না কৌগনি? ঐখোয অনীনা কায়নখিবা নুমিত্তুগী পুংফমদু ওম্থোক্না অৱাবগী মশক্লি। ঐখোয় অনীনা শক্না শক্না উনরক্ত্রিবসি কয়াদা শাংলবা মতম্নো? ঐখোয় অনী পুন্সিগী অমুক হন্না উনরবোইদবগী মওংদা কায়নখিবনি। চহী তরারোমগী তুংসিদা ঐখোয় অনী অমুক হন্না উনবা মতমদা ঙাঙনগদবা ৱাসিবু করিনো? করম্না করি ৱাবু হায়না হৌদোক্লগা ঙাঙনদৌরিবা?

অদুঙৈ রামায়নগী ৱারীদা চহী তরামরি বোনগী খোঙচৎতা যুমদগী পুন্না থোকমিন্নখিবা রাম অমদি সীতাগী ৱারীদুসু ওম্থোক্না অৱাবগী মশক্লি। মখোয অনীদি অকনবা লাঞ্জাও অমগী তুংদা অমুক হন্না উনখি! সীতাবু সত্তিনি উৎননবা আগ্নি পরিক্ষা ফাওবা লৌখি। মদুগী তুংদা য়ুম্বানবগী মরী লৈনদুনা সীতাগী গর্ভদা অঙাং অনীগী মমা ওইবগী খুদোংচাবা হৌরকপদা মতমদুগী সমাজগী মীনোক অমুক লাকপদগী অদুক নুংশিজবা মশাসু লুম্লবী সীতাবু অমুক হন্না লক্ষমন থাদুনা বোন্দা থাদোকহনখি।

তারোমেন! ঐখোয় অনীগী পুন্সিগী লাঞ্জাওসু সমাজসিনা ওইখি। তারোমেন্না মতমদুগী সমাজবু য়াম্না কিজখি। মদুমক্না রতন্দা লুহোংলুরবা ঐবু তারোমেনগী নুপী ওইনা লৌশিল্লবদা সমাজসিনা ঙাঙনহৌগদবা ফজদবা পাউনিনখোলদুবু কিখিবনি। ঙসিদি

চহী তরামরি শুগদবা শুপ্নগী চহী মরিখক্তা ঙায়রক্লবা মতমসিদা ঐখোয় অনী অমুক হন্না উনবগী তাঞ্জা অমদি লাকপগুম তৌরে। মীয়ামগী তোকঙাদি লোইখ্রে হায়বা য়ারে। অদুবু হন্দকমুকসু নঙনা শ্রীরামচন্দ্রগুন্না ঐবু আগ্নি পরিক্ষা অমুক লৌখিগদবা ৱাৎলিবরা? শ্রীরামগী ৱাখলদুমক খনবীরগা ঐবু সীতাদা লোইনবীখিবগুম লোইনবীবন্নবদি পূক্লিংগী মতম কুইনদগী ঈখৌ লাংজরকপসিমদি শোয়দনা কোকপা ঙম্লগনি।"

ৱাখল অমদা উংলিঙৈদা থোঙ্গালদা কার অমা খাম্বগী মখোল তারে। বালা লাকপা ওইরম্লে। রোবিন চেনথোক্তুনা গেট হাংদোক্লুরে। বালা চঙলক্লগা বৃন্দাগা উনরে। বৃন্দানা ঙসিসু মাদি ইয়ারপোর্ট চৎপা য়াওররোই হায়রে। মা তশেংনা রোমেনবু উনীংবনা ঙাওরবসু উবদি কিবগুম তৌরি। রোমেন উগনি খনবদা পাখৎপা অমদি য়াওরি। মানা য়ানীংদবগুম তৌবদুদা বালানা রোবিন পুরগা বীক্রমন্না কার থৌরগা হোমদগী থোরক্লে। ঙরাংগুম্না লম্বীদা উপেন হৌরগা উপেনসু য়াওনা ঙসিসু ইয়ারপোর্ট য়ৌরে।

রোবিন ঙসিদি ঙরাংগুম্না নুংশা থীবা খরদি হম্বরে। টেলিফোন্দা ঙরাং রোমেনগা ৱারী শানখ্রবনিনা শোয়দনা লাক্কনি হায়না থাজরে। হায়না হায়না কোলকটাদগী ভয়া গুৱাহাটি - ইম্ফাল তম্না পাইরকপা জেৎ ইয়ারৱেজগী ফ্লাইটতু তাবগী মখোল তারে। মী ময়াম থোরকপা ঙাইনরিবা মফমদুদা মখোয়সু চঙশিন্দুনা ফ্লাইটতগী কুমথরগা থোক্লরক্লিবা ময়ামদু য়েংই। মীৎ কুপ্তুনা রোমেনগী মশক করম তৌরমগদগে খন্না য়েংজরিবা বোবিন্দা বালানা তাক্লকই —"তু! য়েংউ য়েৎনা শুট কেশ পায়রিবা ফুরীৎ হঙ্গামপাল মচু লীৎপা, খোঙগ্রাও অঙৌবা শেৎপা অসি নখোয় বাবানি"।

রোমেন্নসু ময়াম লেপ্তুনা ঙাইরিবা মপাদু য়ৌরকপদা বালাবু উরে। অতৈদি মানা মশক খঙবা নত্তে। অঙাং অনী লেপ্লিবদুগী মনুংদা অমনা "বাবা" হায়রগা রোমেনগী মখোঙ শোক্লা খুরুম্মী। বালানসু রোমেনবু "দাদা" হায়না কৌই।

রোমেন মাবু খুরুম্লিবদু রোবিন্নি হায়বা মীৎনা কুপ্পদা ভাব তারে। নুংশিনা মচাবু কোনখৎপিবদা ঙসিদি রোমেন লাপ্না লৈরুবখক্তা নত্তনা মচা নুংশিবগী ৱাখলসু লাপ্না লৈরুরবা তুংসিদা অনৌবা জ্ঞান অমা থুংলবগা চপ মান্নখ্রে। ঙসিদি মহাক মচা নুংশিবা খঙবা মপা হায়বদু চপ চানা ওইরে, মাচাবু নুংশিনা কোনবীখ্রে। রোবিন্না মমান্নবা উপেনবু রোমেন্দা মাগা লুনা তিন্নবা মরুপ্নি হায়না শক তাকই। রোমেন্না রোবিন অমদি উপেনগা খৱাং থোকমিন্নরক্লে। বালানা তুং ওল্লগা য়েংবদা রোবিনগী মশক্তু রোমেনগা য়াম্না মান্নবগুম উই। খল্লকই —"করিনো রোবিনগী মশকসিদি দাদাগী শক্লা ওম্থোক্লসু মান্নখ্রেদা। মতম অমদা রোবিনসিবু রতনগী মচানি হায়খিবগুম তৌবদুনা কমদৌরিবা জাৎনো?" বীক্রমসু কৃষ্ণবু পম্লগা তুংদা লাকই।

রোমেন্না বালাদা হংই -"নঙগী অঙাংদি ?"

"শোমদা ইনাওনা পল্লিবসিনি।"

"ও ! বোই ! মামোগী বৃফ কেশতা গুৱাহাটিগী অবোক্লা লৈরকপা নঙগী শুইট অমা য়াওরি, হোরেন য়ুম য়ৌরগা য়েংলুরসি !"

রোবিন্না -"বাবা ! ঐগীসু য়াওরকপ্রা ?"

"করীগী য়াওরক্তনি, ইচাগীসু য়াওরি।"

বীক্রমদা ওনশিল্লগা -"ইবুংঙো ! তোয়না উনদ্রবনিনা শকসু খঙনদ্রে, শাওবা য়াদেকো ! ইবুংঙোদি করি থবক তৌরিবা ?"

"তামো ! ঐদি কন্ট্রেক্ট মচা - মচা খরা তৌজরি। গভর্নমেন্টকী থবক্তি ফংগদবা মান্দ্রে।"

"কন্ট্রেক্টসু অদুম ফৈ কৈনো !"

বালানা হায়রকই -"দাদা ! অদুদি অমুক চৎনবা তৌরসি ! কারসিদা কাখৎপিরো !" রোমেন কারদা কাখৎলে। রোবিনগা উপেনগসু মাগা পূন্না মনীংগী সিত্তা কাখৎলে। বৃফ কেশতুনা সিংকী মনীংদা থাঙ্গৎখ্রে। রোমেন্না বালাদা হংলকই -"নখোয়গী ইবুংঙো জিতুদি কমদৌরি ?"

"মাদি উখুলদা তারি দাদা ! হৌজিকসু উখুলদা লৈখি।"

"অদুদি মাদি ঐগা উনবদি ফংগদবা মান্দ্রে। ঐদি নুমিৎ নীনিদগী হেন্না লৈবা য়াদে। অদু ঐখোয়বু হৌজিক কদোমদা চৎপা তারিবা ?"

"লমশাংদা ইচেগী চিলদ্রেন হোমদা হেক্তা চৎলসি।"

"হা ! ঐশু য়াওনা।"

"ইচেনা চাক ঈশিং শেম - শাদুনা ঙাইহৌরিবনি।"

"অদু লম্বেলদা হোটেল অমদা চঙলগা কা অমা বুক তৌরমসিরা হায়বা ?"

রোবিন্না খুম্লকই -"য়ুমদা লৈতনা হোটেলদা লৈবা য়ারোই। বাবা লৈনবা কা অমা তোঙান্না লৈয়ে, ইমানা ঙরাংদগী শেংদোক্লগা ফমুংকা শিৎ - নান্না থাদুনা থমহৌরবনি খঙব্রা ?" বালানা হায়গে খনবা ৱাদু রোবিন্না হায়রকপদুদা বালা নুংঙাইবা পোকই। কারদু বীক্রন্না থৌরগা অসুম লাকপনা ৱাকৈথেল মপাদা লৈশিল্লগা থৌরক্লে। রোমেন্না খল্লি "য়ৌরগা থোক্লবা অমা লাকপা য়েংবা হায়বদুনি।" মিহুলদি তিং - তিং চোংবা হৌরে।

বালানা মৌপ্পা বীমোলগী মরমদা হংলকই -"দাদা! বীমোলদুবু ঙাঙনবা খরা য়ারব্রা?"

"খঙদে, মহাক্কী মরমসি কোন্না তপ্পা শানরসি। হৌজিকমক্কীদি খঙলবসু খঙদে হায়না খুম্বনা চুমগনি।"

"হায়রিসিবু ...?"

"থোইনা লুনা খঞ্জিল্লনু! মহাক হান্নগী নুংশিতোম্বী খাইনরগা নেপালি নুপী অমা লৌরগা উর্মাংশোদা লৈরে! ৱারী মখাদি কোন্না লীরগে?"

"পাবুংগা ইমাবোক্কদি কমদৌরি?"

"খুরাইবুংঙোদি কুচুবু খরা ফজথোকহৌরে। ধর্মশালাদবু লৈনীংলে হায়হৌই। ধর্মশালা মনুংগী অকোয়বদা নুংতিগী অয়ুক অমুক নুমিদাংৱাই অমুক ৱার্কিং চৎলবদি হকচাং হেন্না ফগদবা মাল্লি হায়হৌই। ঐসু খুরাইবুংঙোবু ধর্মশালাদা লৈহল্লসিরা খল্লিবনি।" "ইমাসু ববাচৌসু, ইমাবোকসু দাদাগী ধর্মশালাদা লোইনা লৈরবদি অদুক চাউবা য়ুমদু কনানা শঙহৌগনি।"

পূক্নিং নুংশিরুরমাল্লে, বালাগী মীৎলুদগী পিরাং শীঙ্থবকই।

রোমেন্না খুম্লকই -"ঐনা খনবদি বীমোলদু উর্মাংশোদগী লৌরুরগা য়ুমজাওদুদা লৈহনবনা ফরগদ্রা সিনি।"

"চুম্মে! দাদা অদু ওইরবদি ঐশু য়ারে।"

গাড়ীদু লেপ্পনা অসুম থৌরকপনা তেরা কৈথেল লাম্থোরক্লগা নাওরেমথোং য়ৌদুনা থোং লাল্লগা কাংচুপ লম্বীদা থৌরকই। ইরোইশেনবগী চীঙ্গোল য়ৌদুনা থোং লাল্লগা লাক্লে। ইরোইশেনবগী চীঙ্গোল লাম্থোরক্তুনা লমশাং য়ৌশিল্লক্লে। উপেনখোয়গী য়ুম য়ৌরে হায়দুনা উপেন কুমথহৌরে। রোমেন্না নুংশিনা -"ইবুংঙো! লৈহৌরোকো!" হায়রগা মকোক্তা নানবীরম্মী।

লমশাং বজার য়ৌরকপদা রোমেন পাখৎপগুম তৌরকই। বীক্রমনা গাড়ীদু স্পিদ করিমত্তা হন্থদনা থৌজিল্লক্তুনা লমশাংগী বৃন্দানা চলাইরিবা চিলদ্রেন হোমগী গেট য়ৌরে।

রোবিন্না কারদগী হান্না কুমথরগা গেটতু লাউনা হাংদোকই। বীক্রমনা কারদু গেট মনুংদা থৌজিল্লকই। কমপাউন্দ মনুংদু পুমচিক চিক্লম্মী। মতমদু বোর্দিংগী অঙাংশিং চাক চাবা লোইরগা পোত্থানবা মতম ওইরম্মী। বৃন্দাদি ঙাইহাক্কী মমাঙদা য়ান্না চম্বা ফিজোল শেৎলগা মাগী কাদা টেবল চৌক্রিদা ফম্লগা হিসাব অমা শুরম্বদগী মমীত্তা

হিসাব উদনা রোমেনগী রোমেন ঙাক্তা উরকপদগী মকোক ঙাওরক্তুনা ফমুংদা হিপ্লগা লৈরম্মী।

কার খামদুনা কারদা তোংলকপা মী পুন্নমক কুমথবা লোইববা ফাওবদা বৃন্দা মপাল থোক্লক্লে। মেধাসু ময়ুমদা চৎখিবনা হোমদা লৈতে। বালানা রোমেনগী শুট কেশতু মানা ওইনা লৌথরগা ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈ। অদুদগী বৃন্দা থোক্লক্তবদুদা শুট কেশতু লৈবাক্তা থল্লগা মশা ঙাক্তা চঙলকই।

বৃন্দা ফমুংদা হিপ্তুনা লৈরম্বা উবদা -"ইচে! কৌদৌরে, হকচাং ঙমদ্রব্রা?"

"ইচে! কোক ঙাওবনা মতা অমা তৌবকপদগী ফমুংদা হিপ্লম্বনি।"

"দাদাসু য়াওরক্লে, চঙহল্লক্রুগে?"

"ঙাইখো! ইচে ফি অমত্তা ইল্লকখিগে?" অসি হাযবগা ফি অমা ইল্লগা খবব অমগা মৈখেৎ অমগা পায়রগা থোরকই। রোমেনগী মাঙদা মৈখেৎ খেৎলগা খবরদু চল্লগা মৈ ওকই। রোমেন তপ্ন - তপ্না চঙলক্লে। খোঙউপ লৌথোক্লগা বৃন্দাগী কাদা খোঙ থাংজিল্লক্লে।

বৃন্দানা মকোক্তু ফি চিংখৎ লগা কুপ্তুনা রোমেনগী মখোঙ শোক্লা খুকম্মী। খঙহৌদনা পোক্লকপা প্রেম্না বোমেনগী মীৎলুদগী পিরাংনা বৃন্দাগী মকোক্তা তাখ্রে। বৃন্দাগী মীৎলুগী পিরাংসু লৈমায়দা পোপ - পোপ তারকই। বৃন্দাদি পূক্লিং য়াম্না নুংশিরুরমাল্লে তশেংনা মখোল থোক্লা কপলে। মমা মাপা অনীগী মতৌ উবদা রোবিনসু কপ্পি। বালাসু হান্নদগী অমুক্তং মখোয় অনী করম্না পুলহনসিগে খল্লকপদু মপুংফাবগী নুংঙাইবগী পিরাং শীম্বুবা য়াওখ্রে। কপত্রিবা হায়ববু বীক্রমগা কৃষ্ণগতা ঙাইহৌরে। মখোয অনীদি মরম খঙদবনা তিঙক মায়ঙক্লনা য়েংদুনা লৈ। ঙাইহাক অৱা - নুংঙাইগী পিবাং শীম্বুনব্ববা তুংদা বৃন্দানা শুৎ - শুৎ তৌনা রোবিন্দা শো পীরগা রোমেনগী কাগী থোঙ হাংদোক্লবা হায়।

রোবিন্না শোদু হাংদোক্লগা কাগী থোঙদু হাংদোক্লরে। মপাবুংবু কাদুদা চঙনবা হায়জে। রোমেন কোইরপ তৌনা মচানা হায়বা কাদুদা শুট কেশতু পায়বগা রোবিনগা চঙমিন্নখ্রে। ওহ্লোক্লা নান্না অঙৌবা মোমপাক ফিদক, অঙৌবা মোনখুম, অঙৌবা কাঙখলগী ফমুংদু উবদা অদুঙৈ বৃন্দাগা রতনগা লুহোংবা নুমিত্তা লুহোংবা লোইদুনা কৈন্যা থিল্লক্লবা মতুংদা পোৎলোই হোংদোকপা লোইরগা বৃন্দাগী মাম্মনা ফমুং নানবা চঙবদা রোমেনসু বৃন্দাগী কাদা চঙলগা লুপা চামগু চৎপী অমা পীরম্বদা উখিবা ফমুংদু মিকুপ্তুদা নীংশিংলকই। ফমুংদুগী লুখুমগী ফক্লাংদা মাগী ফোটো অমা চাউনা শিন্দোক্লগা মিংশেল চল্লগা থেৎলি। ফোটোদুগী মমাঙদা ধুপ থাবগী তাম্বি তারিবদুসু রোমেন্না উরে। মানা পীখিবা মমানা

মচাবু খোম পিথকপগী ফোটোদসু ফক্লাংদা থেৎলি। ফিযানকোক্তা খুদৈ অহনবা অমা য়াম্লি। মোজা ফুরীৎ অহনবা অমগা পাজমা অহনবা অমগসু যাম্লি। মদুগী মনাক্তা টরেল অহনবা অমসু য়াম্লি। খরা মতাই ওইরপ্পা মানা গুবাহাটিদা শেৎলম্বা নোংমা বৃন্দানা গুবাহাটিদা লাক্লম্বদা লোন্না পুবকখিবা মোজাফুরীত্তুগা পাজমাদুগসু য়াম্লি। ফমুংদু নত্তবা অতোপ্পা ফমফম লৈতবনা রোমেন ফমুংদুদা ফমথরে।

হৱাই সেন্দল অহনবা জুবা অমনা ফমুং মখাদা মাবু তোংঙু হাযনা ঙাইদুনা লৈবম্মী। বোবিন মপাবুংবু কাদুদা পুশিল্লম্লগা মপান থোক্কে তৌই।

বোমেন্না -"ইবুংঙো ঙাইখো। সে। ইন্দোমচা বালাগী মচাগী শুইট অমা মবোক্লা পীবকই, সে। সি অমুক্তা পীবীবম্মু।" বোমেন্না শুইট হাপ্পা প্লাসটিক্কী খাউদু মচাদা পী। বোবিন্না প্লাস্টিক্কী খাউদু পুবগা থোকখি। বোমেন হৌগৎলগা কাদুদা এট্রেচ তৌদুনা লৈবিবা বাথরুমদু হাংলগা টেপকী ঈশিং থাকুবদা ঈশিং ফজনা তাবকই। মদু অমুক্তা শিজিন্নদ্রিবা মাম্লি। মদু মানা মমাই - মমীৎ তাদুনা শীজিন্নবা হৌবে।

খল্লকই —"বৃন্দানা অশুক থবায যাওনা শেমজবিবা কাশিবু তশেংনা ঐ লাকপদা লৈননবা শেম্বা ওইবিগদ্রা" মানা ঐবু অশুক লুনা খঞ্জবগা ঐনা অশুক কুইবা মতমসি মনাক্তা নোংমতসু লাক্তুনা মাগী নীংজবসি থুংহনবীখিদ্রবা। ঐসি কযাদা চাউনা মী ওৎপা হাযবদু ওইবল্লবা।"

বালানা মপান্দগী কৌবকই -"দাদা। ইচেনা চাক চানবা তৌবসি হাযবিযে।"

বোমেন পাউদু তাবদা ফিদু সৎ - সৎ হোংদোক্কে খন্দুনা হোংদোক্লবা ফি যেংবা হৌবকই।

থংনবা কাদনা বৃন্দা বোমেনগী মশক উবদগী কোক ঙাওবা ফদুনা দাইনিং টেবলদা চাক শেম্লগা পুখম - তেংকোৎ শীন্দুনা থম্বা হৌবে। বালাসু মচেগী মতেং পাংলি। মকোক্তা ফদি অঙাংবা অমনা কুপ্লগা ফদি মতোন্না মওক্তা যেৎশিনবদুনা অউবা মীদা হেন্না যেংনীংবা পোকহল্লি। খদাং মখাগী চা মচেত্তুনা অউববু চিংশিনবা ঙম্বগী বাষিদুসু ঙসি ফাওবা মাঙদ্রি।

খঙদে, মন্ত্রি ইবোপিশক্লা ঙাওরিবসিসু বৃন্দাগী খদাং মখাগী চাসিদা ওইবমগদ্রা? রোমেন্দি ফি অহনবদু লৌরগা শেৎপসু হেক নুংঙাইতবগুম মানা মহৌশা শেৎলম্বা পাজমাদু লৌরগা হোংদোক্লে। মকোক্তা টরেলনা কুপ্লগা কাদুদগী থোরকই। বৃন্দানা হাইফেৎ য়েংথোরকপদা রোমেন্না শেৎলিবা পাজমাদু উরে। মদু মানা গুৱাহাটিদগী পুরকখিবদুনি হায়বা উবগা হেক্তা খঙই। মাসু হেন্না নুংঙাইবগুম তৌই। খল্লকই -"করিগীনো,

তারোমেনসিনা অমনবদা অশুক য়াম্না ঙাওজরিবসিবো? ঐবুসু অমনবা ফিজোল শেৎহন্নীংলমগদ্রা? চুম্মী, অমনবা ফিজোল শেৎলবদি মহৌশাগী অমনবা নুংশি - নুংশিরবা কাউঙম্লরোইদবা ৱাবী শোয়দনা মথং - মথং নীংশিংলক্কনি। মদুগী মহাওদুদা ঙাওজবা মীনদি অমনববু উনীংবা অমদি পামজবা মশানা তাবনি। ঐসু মাগী অপাম্বা পীবা ঙম্নবা মানা নীংশিংবদা নুংঙাইগদবা অমনবা ফিজোল থিরগা শেৎপা চুমগনি।"

রোমেন দাইনীং টেবল থারিবদুদা চঙলগা ফমথখ্রে। বৃন্দানা খুৎ হাম্নবা ঈশিং পুশিল্লকপদু লৌরগা বেসিন্দা খুৎ হাম্মী। বীক্রমদি হান্না খুৎ হাম্লগা ফমদুনা ঙাইরবনি। রোবিনসু চঙঙক্কুনা রোমেনগী মনাক্তা থংননা ফম্লরে। বালাসু চঙলক্কুনা ফম্লরে। কৃষ্ণদি লম্বীদা উইরক্কুনা বালানা বৃন্দাগী ফমুংদা শুম্বীরগা তুমহল্লি। বৃন্দানা সেবা তৌরগা মখোয় মরি চাক চাবা হৌরে। বৃন্দাদি কোন্না তপ্না চাগে হায়দুনা চাবা যাওদনা মখোয়গী সেবা তৌদুনা লৈ। বালানা চখোম অম'নী হুকপা হৌবকপদা হায়রকই -'ইচেগী ঙসিগী চাক য়েঙ্খাংসি ওম্থোক্লা মচু তানা হাওখ্রে। থৱায য়াওনা থোংবনা ওইরমতাইয়ে। য়োংচাক ঈরোনবসিসু মহাও অমনি। হাওত্রনে ইনাও?"

বীক্রমসু "হাওই" হাযনা খুম্মী।

"দাদাদি মৈতৈ য়েঙ্খাং তোযনা চাবমদৌ মান্দে।"

"ইচন বালানা হায়বা চুম্মী, ঙসিগী চাক যেঙ্খাংসি মবোল চুম্না হাওই। ইবুংঙো' বাবাগী ঙাসি য়াম্মল্লে সে। ইচাদা হাপ্পিরক্কে" অসি হায়রগা রোমেন্না মাগী তেংকোত্তগী ঙা থোংবদু খরা মচাগী পুখমদা হাপ্পী। রোবিন মপাগা চামিন্নবা ফংবগী নুংঙাইবা মবক্তা মপানা চাবগী য়েঙ্খাং হাপ্লকপদুনা অমুক্কা হেন্না নুংঙাইজৈ। মপা ৱাৎপগী মতম শাংনা বাজরকপদু ঙসিদি রোবিনগী অৱাবদু মপানা কোকহনবীরে। মাগী কোক মচাদুনা কয়াগী মতিক পেঞ্জবমগবা।

ৱারী শানা - শানা চাবা - থকপা লোইরগা বৃন্দানা কোম্লা অমুক খোক্লগা পুশিল্লক্কুনা পীরবে। কোম্লা চাবা লোইরগা রোমেন মানা লৈবা কাদা চঙলগা শুট কেশ হাংদোক্লগা মচা রোবিনগীনি খন্না চহীদা পারগা লৈরকপা ফুরীৎ - খোঙগ্রাওদু লৌথোক্লগা রোবিন্দা পী। রোবিন্না ফুরীৎ খোঙগ্রাওদু পুরগা মমাদা বাবানা লৈবীরকপনি হায়না য়েংহল্লি। ফুরীৎ-খোঙগ্রাওদু শেৎচিনবদা চপ চারে। মমানা চিংখৎ-চিংথা তৌদুনা শেম্বীরগা মপাবুংদা য়েংহল্লুরো হায়। রোবিন হরাউনা মপাগী মনাক্তা চঙলক্লগা মানা শেৎলিবা ফিজোলদু য়েংহল্লি।

রোমেন্না মচাবু নুংশিনা কোম্লগা লাইবক্তা চুপ্পি। মপানা লাইবক্তা চুপ্পদা রোবিন্না কয়াদা পেঞ্জরিবা!

বৃন্দাগী কাদনা বৃন্দানা চাক চাবদু বালানা অৱাৎ - অপা হংলি। চাবা থকপা পুমলোই লোইরবা তুংদা বালা য়ুমদা হন্নবা থৌরাং তৌরে। রোমেন্দা -"দাদা অমুক চৎলুখিগে হয়েং লাক্লবা তৌরগে" হায়রম্লগা বীক্রমগা হনমিন্নখ্রে।

মেধাদি ঙসি য়াওশঙগী ছুটি ওইবদুদা ময়ুমদা চৎলুবদগী রোমেন লাকপগী মরমদা থোইনা খঙলমদে। মানা হল্লকপা মতমদা থোঙ্গালদা বালাগা বীক্রমগা থোকখিবা উহৌই। মানা বৃন্দাগী কাদা চঙলকপা মতমদা বৃন্দা মতোমতা কা শেংদোক্তুনা লৈরম্মী।

মেধানা হংলকই -"মেদাম! হৌজিক থোকখিবা কারদুবু ঙৱাং গুৱাহাটিদগী লাক্কনি হায়বা সাহেবতুবু ওকপা চৎলুবা নত্ত্রা?"

"মানি, কারদা চৎখিবদু ঐগী ইনাও বালানি, মহাক গুবাহাটি নিঙোন্নি, য়াইস্কুলদা ওংই। কার থৌখিবদুনা মনাওশিংনি।" "গুৱাহাটিদগী ওইরদি ওম্থোক্লা লাপ্না ওংলক্লেদা! হায়ন - শীংনরগা লুহোংবদি ওইরম্লরোই।"

"ঐগী ইনা ওসিগী বাবীসে ওম্থোক্লা নুংশিখ্রপোৎনি। মাগী নুপাদু ঙসিদি জুনিয়র ইঞ্জিনীয়র ওইরে। গুবাহাটিগী ইঞ্জিনীয়ারিং কলেজদগী মকোক তাখিবনি। হৌজিক মহাক উখ্রুলদা তাবি। মখোয় অনীগী বারীসি লীরবদি ঙসি নোংমদা লোইরোই। মখোয় অনী লাল্লক্তা নুপা ময়ুমদা লুহোংখি। চহী অনীরোমগী মমাঙদা থম্বালসনা কৌবী ফিল্ম কুম্বী অমা গেং খুৎপু অমনা ফাখিবদগী থিবা খঙদ্রে হায়না নুমিৎ নীনি বন্দ তৌখিবদো, অদুদা হোংখিবনি।"

"মেদামগা মাগগী মরীসিনা কদোমগী মরীনো? মেদামখোয়গী ইমাগী মরীরা?"

"ইমাগী মরীদগীবু হেনবজাৎনিদা। মখোয়গী য়ুমদনিনে ঐনা চহী অনীরোম মীরোৎ ওইদুনা লৈরুবদো! ইচা রোবিনসে মখোয়গীদা লৈরিঙৈদা পোকপনি।" "ইহে! ঐদি ইকাউবু কাউরুরে! ঐখোয়গী ইবুংঙো রোবিনগী পাবুং লাক্কনি হায়বদুবু ...? সিদা য়ৌরক্লব্রো?"

"য়ৌরক্লে ইচে!"

"চৎথোকখিব্রা, মশকপু উদেনা!"

"লৈয়ে। মোয়'বাগী কাদা পোত্থারি।"

বৃন্দাগী ৱাহৈদুদা মেধানা বৃন্দানা মী কনা'মত্তা চঙহন্দনা শো লোল্লগা থম্বা কাদুগী থোঙদা চেপথরগা য়েংই। ভাব তারে, মদুদি নুপাদু কাদুদা শোয়দনা লৈরে। মেধানা খল্লকই -"অদু ওইরবদি মন্ত্রি ইবোপিশক্লা শাগৎচরিবা আশাদি মঙলান ওইবা তারবা!

মানা অশুক কুইনা ঙাইজরক্লিবসিদি ফুদিত্তা মাঙজোং চোংবা হায়বদু হেক থোকইদা! মাদি হয়েং অয়ুকসু হোলি য়েংবা লাক্কনি হায়রম্মী। পাউসি মানা তারবদি ৱাথোক্তুম ওইনদনা। নুপাসিনা অশুক কুইবা মতমসি নোংমতা লাক্ত্রগা খঙহৌদনা ঙসি লাক্লিবসিনা কমদৌরিবজাৎনো? নুপাসিবু চহী খরগী মমাঙদা নোংমা লমশাং বজারদা ঐঙোন্দা ইয়ারবেগ অমগা চিঠি অমগা শিন্নরম্বা নুপাদুবু ওইরিগদ্রা? খঙনীংলকইদা।"

মিকুপ খরা উংলুরবা তুংদা মেধানা হংলকই -"মেদাম! ৱা অমত্তা হংজগে?"

"করি ৱানো ইচে"?

"আ! ঙসি থুংলরিবা সাহেবসিবু নোংমা লমশাং বজারদা ঐঙোন্দা ইয়রবেগ অমগা চিঠি অমগা শিন্নরম্বা ইবুংঙোদুরা?"

"মানে! ইচে নঙসু ফন - ফজনবু নীংশিংলম্মী।"

"ও! ঐ ইবুংঙোদু উরবদি মশক খঙবসু য়াই।"

"খঙনৌও!"

মেধাদু হৌগৎলগা থোঙদা চেপথরগা হাইফেৎ য়েংই। রোমেন ফমুংদা মচা রোবিনবু কোল্লগা তূম্বা উরে। মেধানা মানা উরুবদু বৃন্দাদা চঙলক্লগা তম্লরে। মেধানা তম্বা পাউদুদা বৃন্দাসু য়েংনীংমনখ্রদুনা থোঙদুদা চেপথরগা য়েংলরে। মাসু উরে রোমেনগী মখুৎনা রোবিন কোল্লগা মপা মচা নিঙাইদনা তূম্মিন্নরিবদো! অশুক নুংঙাইবা দৃশ্য অমা বৃন্দানা মমাঙদা অমুক্তসু উখিদ্রি। খল্লকই -"ঙসিসি ঈশ্বর অমনা ইনশিল্লগা তারোমেনগী কোক্তা অনৌবা ৱাখল অমা লাক্তুনা ইমা ইচাবু নুংশি মীৎয়েং উৎপা লাকপিরবোইরে। মসিবু কয়া কুইনগীনো? পুন্সিসিমগী ওইহনবীয়ুকো হে ঈশ্বর ইবুংঙো!"

ৱাখল খন্না-খন্না বৃন্দাগী মীৎলু অনীদা পিরাংনা থুমহৎখ্রে। অমুকসু খল্লকই - "করিগুম্বা রতন্না পাউসি তাদুনা হোমসিদা লাকপা থোক্লবদি তারোমেন্না করি অমুক খনখিনি। ইচা রোবিনগীদমক মানা ইচঙ থৌনা অশেংবা মপানি হায়না লেপ্পিবা ঙমগদ্রা?"

ৱাখলদুনা বৃন্দাবু সমুদ্রা ঈরোন্নুংদা পুথবীবগুম অমুক্কসু ৱাহল্লে। মসিনা ওইবা তাই - পুন্সি লম্বীগী অঙনবা শরুক্তা খোঙথাং অমখক লানখিবদা তুংদা লাক্কদবা খোঙথাং খুদিংমক্তা তত্তনা লম্মুক্রহল্লি হায়নরিবসে! বৃন্দাদা অসিগুম্বা লম্মুক্ৰবা থৌদোকসি হেক্তা থোক্লকপা য়াবগী মরম অমা মতম চুপ্পদা লৈবগুম তৌহল্লে। কোকপা ঙম্লরোইদবা দাগ অমনা মাগী থম্মোয়দা চাসি মরু হুন্দোকসি মতোং হায়বদি মপুং ফানা নোকপা ঙমজদবা, কপ্পনা খরা হেন্না চুনবা পুন্সি মরেল ওইহল্লি। খরা হৌনা নোক্লুবগা কপ্পনা মতুং হেক্তা ইল্লকপা হায়বদি নুংশা শাদোরক্লে হায়না অচোৎপা ফি ফৌনবা পুথোরকপগা উরুম হেক্তা লাংশিল্লক্তুনা ফি অমুক লোকশিনবগী থৌদোক্তু মঙোন্দা ইতৎ তত্তনা থোকহনবীরি।

অদুবু ঙসিসিদি বৃন্দাগী চহী কুন্থ্রামাপল মপুং ফারকপা মতাংসিদা খ্বাইদগী নুংঙাইবা মীৎকী অমদি থম্মোয়গী কুম্মৈদুদি উজবা ফংবগুম তৌরে। মথোৎ কারকপা মতমদা নোংমদা ঈশিং খুজাই অথনবা মঙারক হন্না থকখ্রবসু মপাঙ্গল ফরিঙৈনিনা খৌরাংবগী চাংদি পূং খুদিংগী ফাওখিবনি। অদুগুম্বা মতমদা খৌরাং খৌরাংনা, থক্লিং থক্লিংনা থকখিদ্রবা ঈশিংগী মহাওদুগা চহী নিফু শুরক্লবা মতমগী ঈশিং খৌরাংবদুগা চাংদম্নবদি কৈদৌনুংদা খক য়াররোই। ওহোক্লা পাম্মুইদকো! বসন্তদা লৈরাং শাৎফম থিজরকপা খোইমুদুনা শোয়বদগী মিরাংদা থুকবগুম মিরাংদগী নাম্থোরকপা মতমদদি খোইমুনা লৈহী চুপচনীংখিবা লৈরাংদি লৈমন চন্দুনা লৈহী থুপচিনখিবগুম ঈখৌ লাংবা পুন্নমক মাঙখ্রেদো।

পিচকারি নুমিৎকী আতিয়াদা থোক্লম্বা নুমিৎসু লৈথরক্লে। অনকপদা লৈবা শান্নবুংগী লমপাক্তা চেন - চোংদুনা শান্নরম্বা, লাঙলম্বা ময়ামসু স্পোর্টস লোইদুনা নুমিদাং থাবল চোংবগী শেম - শাবা হৌখ্রে। ঙাইহাক শেম - শারিঙৈদা নুংশিরবা অরীবা মৈতৈলোলগী রেকোর্দকী ঈশৈশিং মথং - মথং খোংলকই। "হায়য়ু লৈরাং শকহেন্নবীও, করি পুকচেলনো" "নুংশি করি ওইবসিগে, নুজা ৱাখল থেনমল্লিনে" "থম্মোয় পোনগী চেক্লাও। হল্লকখোনে পোম্বীও"। মযামদুগী মরক্তা রোমেন্না ইনখৎলকপা মতমদা পামজনা তাখিবা ঈশৈ অনীখক থংননা অমুকসু খোংগৎলক্লে। ঈশৈদুদি -"হা চেক্লা নুংশিবী! খোঞ্জেল বাংনা খোংলিবী" "নোকমি - নোকমি নুংশিবা! হো পাম্মু চেঙলৌ শকহেনবা!"

রোমেন ঈশৈ অনীদু তাবদা ফমুংদগী ফুক হৌগৎলি। য়াওশঙ মতমসিদা পুক্লিং নুংঙোনবা ঈশৈসিনা অদুঙৈ য়াওশঙ মতুংদা বারুনি কাখিবা অহীংদা বৃন্দাগী হাকন্দা মীনা ফুখিবা, মতুং তারকপদা বৃন্দাগী মখুৎ পায়রগা বারুনিগী অঙম্বা চীঙ কুমথরকখিবা মতাংদু মমীত্তা শং - শং উরকই। থায়না কায়খিবা কোক মপাগী তোঙখত্তুনা লৈবা দাগফমদু মারুই। 'হায়ফম - তৌফম খঙদবা ৱাখল অমনা মাবু বারুনিগী চীঙখোঙদগী অমুক থুম্বুখোংগী মথক্তা নোংঙাল্লমদাইদা বৃন্দানা থোংদগী চোংথগে তৌবদা মানা খামখিবগী মতাংদু য়ৌনা নীংশিংলকই। মখা তানা অসুম নীংশিংলুবদা গুৱাহাটিগী কোর্ট মমাঙদা বৃন্দাগা অরোইবা ওইনা কায়নরমদাইদা বৃন্দাগী মকোক্তা মানা নুংশিনা চুপ্লিখিবা মতাংদু য়ৌরকপদা মাইকতা "পোনগী চেক্লা তফিং-তফিং চেনগনু, তথক-তথক যেংগনু" হায়বদু খোংলকই। বৃন্দাবুসু ঈশৈদুনা কাদুদা চঙহৌরো হায়না ইনশিল্লকপগুম তৌহল্লকই। বৃন্দা কাদুদা তপ্না চঙলকই। রোমেনসু বৃন্দাদা - য়েংলকই। রোমেন্না উরে, খদাং ময়াগী চা মচেত্তু! অহোংবা কয়া লাকখ্রবসু বৃন্দাগী খদাং মখাগী চা মচেত্তুদি ঙসিসু মফম লেঙদ্রি, মশক মচু থোইনা হোংদ্রি।

অতপ্পা খোনফম্না হায়রকই -"তারোমেন! হৌজিক মাইক্তা খোংখিবা ঈশৈশিংদো তাবীহৌব্রা?"

"তাহৌই, ঈশৈশিংদুনা হৌখিবা মতম কয়াবু ইনাক্তা পুশিল্লকপগুম তৌরুরে। খোংখিবা ঈশৈশিংদু তারুবদা ইশাসি বারুনি চীংদোল লোম্লুরে, থুম্বুথোং মথক্তগী নঙনা তুরেলদা চোংথগে তৌবদা ঐনা খাম্বা লাক্লবদা নঙনা ঐঙোন্দা খাল্লিবা করিগীনো হায়দুনা ফুখিবদগীনা গুৱাহাটিগী কোর্ট মমাঙ য়ৌনা চৎলুরেদো। যেংউ। ঐগী মীৎলুদা চোৎলিবসে ঈশৈ ময়েকশিংদুগী অর্থ হন্নবা হোৎনবদা মতোমতা থোকচরকপা থম্মোযনুংগী হঙ্গৎনা চেল্লকপা ঈচৈলদা য়াওরকপা পিরাংনি।"

বোমেনগী ৱাহৈদু তাবদা বৃন্দা মশাদু চোকথবনা মখোঙদু চুম্না লেপ্পা ফাওবা ঙম্লক্তরে। করিগুম্বা পাম্বৈ অমদা ঙাথনীংলে। হিক - হিক কপ্লগা বোমেন্দা তুথরকই। রোমেন্না বৃন্দাবু চেজেৎ কোল্লগা বৃন্দাগী খদাং মখাগী চা মচেত্তুদা হন্না - হন্না চুপ্পিখ্রে। মমানা কপ্পা তাবদা রোবিনসু ফমুংদগী ফুক হৌগৎলকই। মমাবু মপাবুংনা চেৎনা কোনবদু উক্ববদা পূক্লিং পেঞ্জকুবমাল্লে, মাসু ফমুংদগী ফুক হৌগৎলগা মখুৎ মচাদুনা মমা - মপাবু পূন্না কোল্লগা লেপ্পি।

তাঞ্জাদুদা বৃন্দাগী কাদা টেলিফোন কোল অমা লাকই। মেধানা ফোন্দু পাযখৎলি। মন্ত্রি ইবোপিশক্কী ওইরম্মী।

মেধানা ইবোপিশক্তা খোন পিক্রুপ্না হায় -"সাহেব! য়াম্না লুবা ৱাফম অমা লৈরে। ঐখোয়গী মেদাম বৃন্দাগী মতম কুইনা কায়নদুনা লৈ হায়বা গুবাহাটিগী নুপাদু ঙসি লাক্কুনা হোমদা লৈরে। অদুনা সাহেবনা হয়েং অয়ুক হোলি য়েংবা লাক্কনি তাকপিবদো কয়া নুংঙাইগদবা মান্দ্রে" থমজরগে। পাউদুনা ইবোপিশকপু খোয়দৌ শাওগৎহল্লে। মা লৈবা যাদ্রে। মেধানা হয়েং লাকপা কয়া নুংঙাইররোই হায়রকপদুবু হৌজিকমক লাকউ হায়না কৌবগুম থোক্লুরে। নুপাদুবু করম্বা মরাল অমা শীরগা হোমদগী খুদক্তা তাম্থোকখিসিগে খনবদা পোখাফম খঙদ্রে। খুদক্তা লমশাং পুলিস স্টেসন্দা এপ্লিকেসন অমা ইরগা বৃন্দানা চলাইবা লমশাংগী চিলড্রেন হোমদা আইন কায়না শকখঙদবা নুপা অমা লৈশিল্লে, মানা লাকপগী মরম অমদি হোমসিগা মাগা লৈনবা মরীগী মরমদা ৱাহং পাউহং চৎথবা মথৌ তাই হায়বা কমপ্লেন্নি।

মন্ত্রি অমনা তৌরকপা কমপ্লেন ওইবদুদা ও.সি. থোইবনা এস.আই. মোহেনবু হল্লকপা ঙাইরগা কন্সটেবল অহুমগা জীপ অমদা থারক্কুনা হোম তন্না লাকই।

মতমদু নুমিদাংগী পূং নিপাল্লোম তারে। বৃন্দা য়ুমদা শেৎপা তরু-তনানবা ফিজেৎ লৈতেংগা লোইননা হকচাংদা নুংশিবা লৈগী মনম চেনবা এসেন্স চাইদুনা রোমেনগা মচানুপাগা পুন্না হোমগী কম্পাউন্দ অকোয়বদা চত্তুনা পুর্নিমা মতুং নোংমা কোনবগী থাবল মঙান্দুদা হোমগী চাওখৎ - থৌরাং, গুৱাহাটিগী ধর্মশালাগী মতাংদা করম্না

যেংশিনবা, মখোয কবম্না পূন্না লৈবা যানবা শীনবগী মতাংদা ওইথোকপা যাগদবা লাম্বী পুথোক্কুনা অকবা মতাং খন্নবি। বোমেন্না গুৱাহাটিদা হান্নগুম লৈববসু থা খুদিংগী অমুক 'মুক হোমদা শোযদনা লাকপা যানবা লম্বী থিবা লোইবে হাযনা বাবী তৌই।

বোবিন্না মবক থৎনা হাযবকই -"ইমা! ঙসিদি বাবাগী ফমুং অহনবদা ঐখোয অহুম পূন্না তুমিন্নসিকো! ঐদি যাম্না তুম্নীংলে।" মচাগী থাজদনা হাযদোবকপা বাহৈদুদা মখোয অনী হাইফেৎ ইকাযবগুম তৌনৈ।

বোমেন্না হাযবকই -"থাবল চোংবগী যৈবিবা ধন, বেনগী মখোলসি তাবা নুংঙাইত্রা? ঐদি অসিগুম্বা মখোলসি তাখিদবা যাম্না কুইববনিনা তাবদা ফনবু নুংঙাইবি।"

বোবিন্না খুম্লকই -"বাবা! মখোলসিদি ফমুংদা তুম্লগা তাবনা হেন্নবু নুংঙাইদৌ মাল্লি"।

মচাগী বাদুদা অনীমক নোকই। মচানা কন্না মমাগী মখুৎ চিংদুনা তুম্লুবসি, তুম্লুবসি হাযবকপদুদা মমা মপা অনীসু মচানা হাযবা ইন্দুনা তুম্নবা চঙলক্লে।

বোবিন্দি বোমেনগী ফমুং অহনবদা তুমগনি হাযদুনা ঙাইঙমদনা কাদুদা চঙলগা ফমুংদা চোংখৎখ্রে। বৃন্দাসু মচাগী মতুং ইন্দুনা ফমুংদু কাঙখল থাবগা কাঙ নীংথিনা শুমদোক্লগা মচাবু মফম চানা তুমহল্লি। বোমেনসু কাদুদা চঙলক্লগা হান্না বাথকুমদা চঙখ্রে। বৃন্দানা খল্লি "ঐবু ইচানা হাযবা ইন্দুনা তাবোমেনগী ফমুংসিদা তুম্লগদ্রা" অসি খন্দুনা ফমুংদুদা ফমথবগা বোমেন্না বাধকুমদগী থোবক্লগা কবি হাযবক্কদগে খন্না ঙাইবি। বোমেনসু পাক হেক থোবক্তে। মাসু বৃন্দাদা কবম্না মাগা পূন্না তুম্লসি হাযগদগে খনবদা বাথকুমদগী থোবকপা ঙমদবা মাল্লি। মখোয অনীমক্কী মিহুল মহৌশাগা মান্নদনা দং দং চোংবা হৌবকই। বৃন্দাদু বোমেন্না পাক হেক থোবক্কবদুদা মাগী কাদা চঙলগা ড্রেশিং টেবল মমাঙদা ফম্লগা শেৎলিবা ফিজোলদু যেংই। মতোমতা কবিনোমা বাৎপগুম মাগী শকফমদু বোমেন্না নীংশিংবা নুংঙাইগদবা পোৎশক অমা উহন্নীংবগুম তৌবকই। ফম্লম্বদগী ফুক হৌগৎলগা উপু হাংদোক্লগা মহৌশা বোমেন্না থাবকপদা যাওবকপা মানা শুদোক্লগা থমখিবা হঙ্গামপালগী অমনবা ফনেক্কু থিবগা পুথোবকই। থাংগৎলগা মনম হাইফেৎ নম্বদা শুবগা নীংথিনা থুপ্লগা থমখিবনিনা ঈশিং মনম ফাওবি। মদু হোংদোক্লগে খন্দুনা মিংশেল মমাঙদা লেপ্লগা হোংদোকই। ফিদু হেক হোংদোকপগা খঙহৌদনা বসন্তগী মনম অমা নাতোন্দা ফাওবকপগুম নুংশি-নুংওনগী বাখল লাকপগুম তৌবকই। এসেন্স খবা চাইবে। মিংশেলদা যেংবদা পেল্লক্তদুনা ফনেক্কুনা ফিদোল চিংখৎলগা লিৎলম্বা ফুবীত্তু লৌথোক্লগা চৌকিদা ফম্লগা অমুক যেংই। মতোমতা ইকাইজবক্কুনা অপাবা ফি অমা অমুক ইনশিল্লি। বোমেন্দু বাথকুম হাংলগা থোবকপগী মখোল তাখি। মাগী মনাক্তা চঙলক্লবদি নুংঙাইনিদা খল্লিঙৈদা গেটতা দং দং লাওনা থিল্লকপগী মখোল অমা তায।

"ঐখোয় পুলিসনি থোঙ অমুক্তা হাংদোকউ।"

বৃন্দা শ্বাই লাওই। "করিগীনো অহীংসিদা পুলিসতি?" মশাদু পাখৎপা অমা য়াওই। রোমেনসু লাওরক্লিবদু তাদুনা বৃন্দাগী মনাক্তা মরম খঙনীংদুনা চঙলকই।

হংলকই! "করিগীনো পুলিসনা থোঙ হাংউ হায়রিসিবো?"

বৃন্দানা ঙাইহাক্কী মনুংদা হোংলম্লিবা ফিজেত্তু উবদা রোমেন্না খুদক্তুদা খল্লি -"ও! মানা ঐবু মহৌশাগী নীংঙমহৌদ্রবা পুন্সিগী তাঙ্ককশিংদু ঙসি অহীংসিদা নীংশিংহনবা পাম্লম্বোইরে।"

বৃন্দাদু লৌথোক্লুরবা ফুরীত্তু লিৎশিনবা নংহৌদবদগী মখুৎনা পায়দুনা লৈরম্মী। রোমেন্না গেটতগী লাওরক্লিবদু তানা-তানা ঙাইহাক্তি মথানুংদা বৃন্দাবু অমুক্তংদি চেৎনা কোনবীরম্লগে খল্লুরমাল্লে, বৃন্দাবু চেজেৎ কোল্লগা লাইবক্তা হন্না-হন্না চুপ্লিখ্রে। বৃন্দা মিকুপ অমগী মতমদি মশাদু পুমইং ঈংলুরে।

মেধানা গেট হাংদোকপদগী পুলিস চঙ্লক্লে। ময়াম লাঙবদগী রোবিনসু হৌগৎলক্লে। বৃন্দাবু মপান্দা থোক্লকউ হায়না কৌথোরকই। রোমেন্না বৃন্দাবু কোল্লম্বদগী তপ্পা-তপ্পা থাদোরক্লে। বৃন্দা হান্নগী ফিভমদু করিমত্তা হোংদনা ফি অমা ইল্লগা থোঙ হাংদোক্লগা থোরকই। হংলকই -"পুলিসতি নুমিদাংসিদা করিগী ওইরবনো?"

"ঐখোয় হোমদা আইন কায়না নুপা অমা চঙখ্রে হায়বা পাউ ফংবদগী মহাক্কী মরমদা থিগৎপা লাকপনি। নুপাদুগা অমুক্তা উনজগে?" বাহৈদু তাবদা বৃন্দা মশাদু কোকচাউবী ভুং লাওনা কারকই। রোমেনগা মাগা অমুক কায়নগদৌরে হায়বা খঙলকই। তৌবগীসু চহী তরেৎলোম শুরবা হোমসিদা ঙসি ফাওবসিদা নোংমতসু নুপা অমত্তা লাক্কুনা অহীং লেকখিদ্রি। বৃন্দাদি অসুন্না থোক্লক্কনি হায়বদি করিমত্তা খলহৌদে। রোমেন্নদি মসিগুম্বসি থোক্লকপা য়াই হায়না হোটেলদা লৈজগে হায়জখিবনি।

এস.আই মোহেন্না রোমেনবু পুলিস স্টেসন্দা অমুক্তা চৎসি হায়।

"য়ানি, ঐ ফি অমুক্তা হোংদোরকখিগে?" রোমেন্না ভাব ইতা-তাদনা খুম্মী। থম্মোয় মনুংদদি ৱাবনা লোইরে।

বৃন্দানা মরক থৎনা হায়রকই -"মহাক ঐগী ইপুরোইবনি, ইনাক্তা লেপ্লিবসিনা ঐখোয় অনীগী ইচানি।"

রোবিনসু খুম্লকই -"বাবাবু করিগী ফাগদৌরিবনো? বাবা ফাবা য়ারোই" অসি হায়রগা ফি হোংবা চঙখিবা মপাবু চেনশিল্লগা কোন্দুনা খাম্মী। বৃন্দাদি পিরাংনা থুমহৎখ্রে।

কন্সটেবল য়াইমনা হায়রকই -“ফাগদবা নত্তে, চুন্না শুম ৱা খরা হংলগা অমুক হল্লকদবনি।”

“করি ৱানো সিদা হংবীবা য়ারোইদ্রা?”

“অদুদি য়ারোই, মন্ত্রি ইবোপিশক্কী কমপ্লেন্নি। মাসু পুলিস স্টেসন্দা লৈহৌই, মাগী মমাঙদা খুমগদবনি। মন্ত্রিনা হায়রকপনিনা চত্তবদি য়াররোই। খরা থুনবা তৌরসি।”

“মানা হংনবা মবম্মু কবি লৈবগে হায়বিসিবু?”

“ মেদামনা তারগদি নুংঙাইরোইদবা বানিদা!”

“কন্সটেবল চাউবনা শোম্থাংননা -“মীনা পীজবা পোৎ চাকুববদি অতোনবীদি শোযদ্রেদনা।”

বৃন্দানা মাগী বাদু তাশিন্নদনা অমুক্কসু -“কৈদৌগে মানা হংনিংলিবা বাহংদু সিদা সুম হংবীয়ুবা।”

“মদু য়াবোই, মাগী মমাঙদা পাউখুমদুদং সৎ পীরম্লগা অমুক থুনা হনবীবকপা যাগনি, চৎনবা তৌরসিদা।”

যাববোই খঙবদগী বৃন্দা ফি হোংবা চঙখিবা বোমেনগী কাদা চঙলকই। বোমেন ফি হোংবা লোইবম্লে। বোবিন্না কপ্পা কপ্পা মপাবু কোল্লগা চৎপা য়ারোই হায়জে। বোমেন্না মচাবু নুংশিনা হন্না - হন্না লাইবক্তা চুপ্লি। মা ঙসিদি মপা অমগী ওইফম থোকপা গুন খুদিংমক গুনা খঙবগুম তৌবে। বৃন্দাসু চঙলকপগা ফমুংদা ফমথবগা রোমেন শিরবগুম নোং খোংবগুম কপ্লরে। য়েংহৈদবা মতৌ হায়বদুনি। উপাই লৈতে। মখোয় অহুম কোন্নবগা কপমিন্নবা নত্তনা। মপান্দনা খোরক্লো হায়দুনা কৌবক্লি।

বোমেন্না -“ঐ চৎলুখিগে” হায়রম্লগা থোরক্লে। বোমেন পুলিসকী মাঙ থাবগা থোকখ্রে।

মেধাসু পাখৎপনা তৌফম খঙদ্রে। বৃন্দানা খল্লি “রোমেন মাগী মনাক্তা লৈ হাযবসি কনানা মন্ত্রি ইবোপিশক্তা তম্লুদুনা ইবোপিশক্কা অশুক থুনা খঙলম্লিবা? মাগী মীৎয়েং-নায়েং চুমদবসি ঐনা উরক্লিবসি কুইরবনি। অস! মখা করি থোক্লগবা?” ময়াম লাঙনবম্মদু নেমথখ্রবা তুংদা বৃন্দা মমা-মচা রোমেনগী ফমুংদা ফম্লগা নোং খোংবগুম কপহৌরে।

পুলিসনা পুখিবা রোমেন পুলিস স্টেসন য়ৌখ্রে। ইবোপিশকসু পুলিস স্টেসন্দা ফমদুনা লৈরম্মী। ও.সি থোইবনা ৱা হংবা হৌরকই -“শোমগী মিং করি কৌবগে?”

"রোমেন কৌজে"

"লৈফম হায়বীয়ু!"

"গুৱাহাটি বেলটোলা, মৈতৈ লৈকায়!"

"ইশাগী শিনফম" -"ঐহাক স্পিসিয়েল কন্ত্রেক্টরনি!"

"আই কার্দ" -"শোমদা লৈজরে।"

"শোমগী পোকফমসিবু গুৱাহাটিদা ওইবীরব্রা?"

"নত্তে, ঐ থৌবাল ক্ষেত্রি লৈকায়দগীনি। ইম্ফালদা লাইরিক তমদুনা লৈবদগী বৃন্দাগা মবী লৈনদুনা লুহোংবনি।"

"ও! আইসি! বৃন্দাগা শোমগা লুহোংবগী ফোটো উৎপীবা ঙমগদ্রা?"

"লুহোংবগী ফোটোদি ... আ"

"লুহোংখিদে হায়বনি, নত্ত্রা?"

রোমেন্না মা মশা থৌবালদগীনি হায়রকপা তাবদা এ.এস.আই. শ্যামজাই থংনবা কাদা বাহং পাউখুমদু তারম্বদগী চিংনবা অমা ফাওবক্তুনা ফুক হৌগৎলগা রোমেনগী মশক য়েংনীংদুনা কাদুদা চঙলকই। রোমেন্দা চাগদবগুম যান্না মুন্না য়েংই। রোমেন্দি পুউখুমদা পুক্লিং চঙখিবনা মী অতৈদা য়েংলুবা শংদে।

মতাংসিদা মরক থৎনা ইবোপিশক্না ৱাহং অমখক ফেঞ্জিল্লকই। "অশুক কুইবসি নোংমতা বৃন্দাগী নুপানি হায়না হোমসিদা লাকখিদ্রগা ঙসিখক্তা খঙহৌদনা লাকপগী মরমসিবু করিগীনো? মরম খরা পীবীয়ু!"

"সুমদৌবনি, ঐ ঐনা লৈবা ইমুংগী অহলদু য়াম্না তোযনা নাবদগী ভেলরদা অনাবা চেক-অপকী খরা তোয়না চৎপা অমদি ইমুংদুগী নুপা অতৈ লৈতবদুদা মফমসিদা লাকপা ঙমজখিদবনি। অদুগা ইশাসু কন্ট্রেক্টর ওইজবনিনা অয়াম্বা মতমদা কন্ট্রেক্টকী থবক্তা পুক্লিং চঙলুবদুনসু লাকপা ঙমখিদবগী মরম্নি।"

"মদুনা নুপী অঙাংবু চহী তরেৎ, নিপাল হন্না য়েংদনা হুন্দোক্তুনা থম্বগী চপ চাবা মরম ওইফম থোক্তে। শোম শেঞ্জাও পায়বা মীশক অমনি হায়বসি চুল্লমগনি। শেঞ্জাও পায়বা স্পিসিয়েল কন্ট্রেক্টরসু ওইবা, অচৌবা সহর গুৱাহাটিদসু লৈবা মীশক অমনা অরোনবা নুপী খরা লৈরম্লোই হায়বসি চিংনদবা ঙমদে। অদুগুম্বা মীশক অমনা ঐখোয়গী লমদম লমশাং হায়রিবা খুঙ্গং মচাসিদা য়াম্না তাঙনা লিংখৎচবা মন্দিরমক্লি খঞ্জরিবা নুপী ঙাক্তনা চলাইবা চিলড্রেন হোম অমদা লমদমসিগী থৌবু ওইরিবা ঐগী অয়াবা য়াওদনা অহীং লেকপিগে হায়না থৌরাং তৌরম্বা, মদুসু হোমগী প্রিন্সিপালগী কামক্তা, মসি ঐনা ভোৎ কাদুনা মন্ত্রি ওইরিবা খুঙ্গংসিদা থোক্লম্বসি য়াম্না লাইবক থীবনি হায়দবা য়ারোই।

শোম হৌজিকমক হোম থাদোক্তুনা চৎখিবা তাবনি। নোংঙান্দ্রিঙৈদা থেংনহৌবসিমক শোমগী অর্মদি ঐখোয় পুম্নমক্কী ওইনা লাইবক য়াম্না ফরবনি। নত্তবদি শোমগী লাইবক হেন্না থীবম্বসু য়াই। শোমদি হোমদা চঙবীরুবনু। শোমগী লৈহৌবা পোৎ চৈ লৌরুনবা ঐ মী থাজগে!"

"মোহেন সাহেব! ৱাবীবগী বাবীবা হোমদগী ঐখোয়গী গুবাহাটিগী সাহেবকী পোৎ-চৈশিংদু অমুক্তা লৌবীকবা তাবে।"

"য়াম ফনি, সার, ঐ লৌজরুগে!"

বোমেন উংদুনা লৈরে। এ.এস.আই শ্যামজাই রোমেনগী মমা তিন্নবা মনাওনি। মহাক লমশাংগী পুলিস স্টেসন্দা পোস্টিং তারকপা থা অনীরোম শুরে। মহাক রোমেন্না খুমখিবা পাউখুম খরদুনা রোমেনবু ময়াম্বনি হায়বা খঙলবসু খুদক্তা হৌদোক্লুবদি মতাং চাফাত্তদুনা ঙাইদুনা লৈরকই। রোমেন্নদি শ্যামজাইবু য়াম্না পিক্লিঙৈদগী উনরক্তবগা অদুগী মথক্তা শ্যামজাইনা মফমসিদা পুলিস ওইনা লৈরমগনি হায়না খল্লুদবগা, মফমদুদা লৈবিবা খুদিংমক মাগী য়েক্লবা ঙাক্তা ওইনা উখিবনা খঙদবনি।

শ্যামজাইনা বোমেনবু শোমদা অমুক্তা থোকপিবকউ হায়না কৌথোকখি। রোমেনসু থোরকই।

"ইয়াম্বা। চিংনগনু ৱা অমত্তা হংজগে?"

"হংবীয়ু কৈদৌগে?"

"ইয়াম্ববু থৌবাল ক্ষেত্রি লৈকাযদগী থাইবেম্মা হায়বা নুপী অমা খঙবীব্রা?"

"চহী কযাগী মতাংগী ওইববনো?"

"ঐখোয়বু পোকপা য়াবা চহী মতাংগীনি।"

"খঙই। ইবুংঙোনা হায়রিব্বদো ঐবু পোকপি থাইবেম্মা শোয়দনা ওইগনি। ইবুংঙোদি মাগা করি থোক্লবীবনো?"

ঙাইহাক লকক তৌরগা "তাচৌ! ঐ ইমাদুগী মচা শ্যামজাইনিনে।" খুদক্তুদা মচিন মনাও খামদুনা লৈবা জিপ মকমদুদা চেজেৎ কোম্নে। পিরাংদি অতোপ্পা মরম অমগীসু থুংলরে।

মখোয় অনী কোন্নরম্বদগী থাদোক্লরগা রোমেন্না হায়রকই—"ইমাদি কমদৌরি?"

"তাচৌ! ইমাদো অহল লায়না দাইবেটিসনা নারে। তাচৌবু ইমা উনবা অমুক্তদি লাকপিয়ু কৈদৌবগে?"

"ঐ নোংমা শোয়দনা লাক্কে! ইনাওদি সিদা করি ওইনা লৈবনো?"

"তাচৌ ! ননাও এ.এস.আই ওইনা লৈজবনি।"

"য়াম্না ফরে ! মখোয়না ঐগী শুট কেশ পুরক্লমাল্লে।"

এস.আই. মোহেন্না শুট কেশতু পুরক্তুনা রোমেন্দা শিন্নরে। রোমেন তাঞ্জানা য়াদবনা মনাওগা মেন তানা ৱারী শানবা ফাওবা ফংদ্রে। ওটো অমা খামদুনা লৈবদুদা বজার ফাওবা থিনবীয়ু য়াগদ্রা হংই। নুমিদাংনিনা ভারা লুপা চনী পীয়ু হায়রে। পীগে হায়দুনা য়ানরে। রোমেন্না শ্যামজাইদা "ইয়াম্বা চৎলুখিগে" হায়। শ্যামজাইনা ওটোরিক্সোদু ঙাইহাক্তং ঙাইহল্লগা ইবোপিশক্লা ও.সি.দা শেম-শারগা তম্বা পাউদুনা মরম ওইরগা ময়াম্ববু হোমদগী চৎখিনবা শীনবনি হায়না তম্মী। ইবোপিশক্লা বৃন্দাবু লৌনবা কন্না শেন্নরিবনি হায়বগী ৱাদু তাবদা রোমেন্না মনাওগী ৱাদু মখা তারক্লগনু হায়না খাম্মী। শ্যামজাইনা ময়াম্বদা মহাক্লা বৃন্দাদা মা মশামক শক তাক্লগা নুমিৎ খরনি ছুটি লৌরগা মতৈমা অমদি মচাবু পুরগা গুৱাহাটিদা য়াম্না থুনা লাক্লবা তৌগে হায়। কুইনা ঙাইবা মতাং চাদবা ওইবনা রোমেন মনাওদা অমুকসু "চৎলগে" হায়রল্লগা ওটোদু থৌহনখ্রে।

বৃন্দা পুলিসকী গাড়ীদা রোমেনগী শুট কেশ হাপকৎলগা পুখিবদু উরুবদগী রোমেন মফমদুদা অমুক হল্লক্লরোই হায়বা খঙখি। য়াম্না থুনা মমা-মচা হৌনরগা মখোঙনা চেন্না-চেন্না জিপ্পু তান্নরকই। মমা-মচানা পুলিস স্টেসন য়ৌবকপা মতমদদি রোমেন্দি চৎখিরম্লে। বৃন্দা রোমেনগী মশক উবক্তবদা মখোল থোক্লা কপথোরক্লে। মখোঙনা চেল্লকপগী ৱাবনা শ্বর থবেৎ-থবেৎ হোল্লম্বা বৃন্দা কপ্লম্বদগী ৱাম্থরক্তুনা লৈমায়দা তুখ্রে। রোবিন্না পাখক্তুনা মমাবু মশা নোম্লগা "ইমা-ইমা" হায়না হন্না হন্না কৌই। মখোয় অম-নী চঙলক্তুনা ঈশিং-ঈশিং হায়না লাউনরকই। অশুম্না বৃন্দাবু ঈশিং চাইদুনা ঙাইহাক লাক্লরে। বৃন্দা তপ্না তপ্না জ্ঞান অমুক লাক্লে। ইবোপিশক ফুক হৌগৎলগা বৃন্দাগী মনাক্তা চঙশিল্লকই। ইবোপিশক্লা হায়রকই —"সে ! নমা নচা গাড়ীসিদা কাখৎলো, ঐ থিন্বীবম্লগে"। মদুদা বৃন্দানা য়ারমদে। শ্যামজাইশু তাঞ্জাদুদা বৃন্দাগী মনাক্তা চঙলক্লে। হায়রকই —"ইতৈমা ! ঐ রোমেনগী মনাওনিনে, ঐসু থৌবালদগীনি। ঐনা ইতৈমবু থিনগনি।"

বৃন্দানা খল্লি "মসিনা করম্বা মখলগী অনৌবা জালনো ?"

মখোয়না থিনবীগে হায়বদু মানা অমত্তহেক তাদনা মমা-মচা মখোঙনা তপ্না-তপ্না চিলদ্রেন হোম তানা লাকই। শ্যামজাইনা লাপ্তক্তা ইন্নরক্তুনা বৃন্দা মমা-মচানা গেট চঙখিবা ফাওবা য়েংলম্লগা মাসু থাখল নুংঙাইতনা হাল্লখি।

"মানা ইপুগী মুর্ত্তি অমা জয়পুরগী নুঙঙৌনা শাবগা ধর্মশালা মমাঙদা খিন্দুনা ধর্মশালাগী মমিং ইপুগী মিংদা থোল্লিবসে শীংনবা অমা য়াওবদগীনি ইচে। মানা ঐখোয়গী মিংদা অশুক চাউবা দান অমা তৌরক্লিবসি খল্লুরগা মাবু অমুকসু ইমা অমগী গর্ভদগী তামিন্নবা ইবুং ওইরম্লবদি খল্লকপা য়াওখি ঔচে।"

"পৈশা কা হেন্না তাল্লুনু হায়য়ুকো ইবেম্মা। বোম থমজিল্লম্লেগা, ফাখ্রেগা, হাৎলম্লেগা পূম্নমক পৈশাগী ঙাক্তুনিকো লাঙলিবা ময়ামসে। নশা নহানি, শোয়দ্রগা লোইরে।"

"পূকচেল শেংনা কখোক্তুনা থবক তৌবা হায়বসিনা লাইফম খুদিংদা চত্তুনা লাই নীংবদগী হেন্না মহয় চাউই হায়নরিবনি। মালেমদা উরিবা ফজবা, অঙকপা পূম্নমকসি থৱায় য়াওনা কখোক্তুনা থবক শুবা কাঙবুনা তৌরম্বা থবক ঙাক্তুনি।"

